বৃন্দাবনলাল বর্মা

গী

# মৃগনয়নী



শ্রীবৃন্দাবনলাল বর্মাগী

# মৃগনয়নী

মণিপুরী লোন্দা হন্দোকচবা
কে. য়াইমা শর্ম্মা
সেক্রেটরী
উাবপোক হিন্দী মহাবিদ্যালয়

শর্ম্মা বুক এজেন্সী, পাওনা বাজার, ইম্ফাল

ফোংজবা ঃ
শর্ম্মা বুক এজেন্সী
পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

অহানবা ফোংবা ১৯৯৯
মশিং ঃ- ১০০০ (লিশিংঅমা)


মমল ঃ লুপা ১৫০ /- (মখুম অপাবা)
লুপা ২০০/- (মখুম অথাবা)

নম্ফম ঃ আর. কে. প্রিন্টর্স, কৈশামপাৎ
মখুম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স

মখুম য়েকথোকপা ঃ সোমো

---

**MRIGANAYANI (NOVEL)** by Vrindavan Lal Varma. Translated from Hindi by. K. Yaima Sharma in Manipuri.

* * * * * * * * * * * * * * * * * * * *

" ঐগা নংগা অমত্তা ওইবা পাম্মী,শুকখায় খায়দোক্লদবা ।"

" করম্না ? ঐখোয়গা নখোয়গা জাৎসু তিন্নদনা ।"

" নংনা ঐবু নুংশিবরা ? নুংশিদব্রা ? অসিদ হান্না হায়খো ।"

" ঐনা করি হায়দৌরিবা ? নংদি করি খল্লি। "

" ঐদি ঐখোয় অনি অমত্তনি খল্লি ।"

" অদুবু জাতিদি ?"

* * * * * * * * * * * * * * * * * * * *

फोन : { कार्या० 440682
{ निवास 441491

# मयूर प्रकाशन प्राइवेट लिमिटेड, झाँसी

( डॉ० वृन्दावनलाल वर्मा साहित्य के एक मात्र प्रकाशक )

372/18 ए सिविल लाइन्स
ग्वालियर रोड, झाँसी (उ० प्र०)

दिनांक 9-9-98 199

क्रमांक..................

सेवा में,

सचिव,
उरिपोक हिन्दी महाविद्यालय, इम्फाल
द्वारा शर्मा बुक एजेन्सी, पाओनाबाजार,
इम्फाल

विषय- डा० वर्मा साहित्य का मणिपुरी भाषा में अनुवाद ।

महोदय,

उपरोक्त विषय में आपका पत्रांक यू०एच०एम०/पी-1/98 दि० 28-8-98 का प्राप्त हुआ तदर्थ धन्यवाद । यह जानकर हर्ष है कि आपके सौजन्य से डा० वर्मा की विशेष कृति मृगनयनी का मणिपुरी भाषा में अनुवाद हो रहा है । मैं आपको केवल पुस्तक "मृगनयनी" की अनुमति प्रदान करता हूं, आप इसकी बिक्री पर क्या रॉयल्टी प्रदान करेंगे ! कृपया सूचित करें एवं अनुवादित पुस्तक की 5 ( पांच ) प्रतियां भेंट-स्वरूप भिजवाने की व्यवस्था करें ।

भविष्य में जब आपको किसी अन्य पुस्तक की अनुवाद करने की योजना हो तो इसी प्रकार अनुमति की व्यवस्था करें । धन्यवाद ।

भवदीय
मयूर प्रकाशन प्रा० लि० झांसी

सत्यदेव वर्मा

( सत्यदेव वर्मा )
प्रबंध संचालक

স্বর্গীয় শ্রীবৃন্দাবনলাল বর্মাজীগী

মফমদা কচ্চরি

" মৃগনয়নী "

মণিপুরী লোন্দা হন্দোকচদুনা

কেঃ য়াইমা শর্ম্মা

# অনুবাদক পরিচয়



শ্রীবৃন্দাবন লাল বর্মা গী উপন্যাস অসিবু মণিপুরী লোন্দা হন্দোকপিবা কোংব্রাইলাৎপম য়াইমা শর্ম্মা (কে. ৰায়. শর্ম্মা) "মণিপুরী" অসি খৃঃ ১৯৩৬ কী সেপ্তেম্বর তাং ১ দা উরিপোক তৌরাংবম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই।

শিক্ষা — মেত্রিক, হিন্দী সাহিত্য সুধাকর

থবক মফম — রাজকীয় হিন্দী শিক্ষক প্রশিক্ষণ সংস্থান, ইম্ফাল উরিপোক হিন্দী মহাবিদ্যালয়, ইম্ফাল

লেখক্কী অইবা লাইরিকশিং ঃ-

১. বাল হিন্দী প্রবোধিনী ভাগ, ০,১,২,৩,৪,৫

২. বাল হিন্দী ব্যাকরণ ভাগ, ১,২,৩,৪

৩. হিন্দী মণিপুরী ট্রান্সলেসন ভাগ, ১,২,৩

৪. হিন্দী মণিপুরী ৱার্ড বুক ভাগ, ১,২

৫. সেল্‌ফ স্পোকন মণিপুরী

৬. বীর টিকেন্দ্রজীত (হিন্দী ড্রামা)
ইন্টরনেশনেল আর্ট এণ্ড
কল্‌চরল সোসাঈতী, নজীবাবাদ না মনা পিরব)

৭. মায়োক ৱা (মণিপুরী কবিতা)

৮. মৃগনয়নী (হিন্দীদগী হন্দোকপা)

৯. ধর্ম পাউজেল (থাগী চেফোং- সম্পাদক)

১০. মণিপুরী সংস্কৃতি (হিন্দীগী থাগী চেফোং- সম্পাদক)

১১. লৌশিংগী মশাল (মনিপুর সরকারনা মনা পিরবা)

# ৱাহৌদোক

মণিপুরী লোল অসি চহি কয়া হোৎনরবগী মতুংদা ভারতকী নিপালশুবা সেগুলদা চনখ্রে। লোল অসিবু ইনাক কৈরাক খুলহনবা হায়বসি মণিপুরী ঐখোয়গী ইথৌদাংনি। মরম অদুনা হৈরবসু হৈত্রবসু ইমালোলগী সেবা তৌবা ওয়না শ্রীবৃন্দাবনলাল বর্মাগী উপন্যাস "মৃগনয়নী" অসি মণিপুরী লোন্দা পুথোকচরে। মণিপুরী লোল ফজনা হৈজহৌদবনা ৱাহৈৱাতা, লৈশিলৈথোন, প্রমান-পাষ্টে নচিংবদা খর ফজবদি ৱাৎলে। অদুবু তৌদব য়াদবা ইথৌমকনি খন্দুনা হৈত্রবসু হৈতনা থবক অসি পাংথোকচরে। হিন্দী অমদি সংস্কৃত লোলগী ফজবা অদু মণিপুরী লোন্দা করম্না ফজনা ফোংদোকদগে হায়বসি খনবদা অৱাবা অমা ওইখি। লোল অনিবু থোং মান্ননা শেম্বা খর ৱানা থোকই। অদুবু মফম মতমগী মতুংইন্না পৈনা-ঙমনা থোংশাবগুম পুথোকচরে, "মৃগনয়নী" মণিপুরী লোন্দা।

সাহিত্য অসি ৱাখলগী চিঙ্গাকনি, চিঙ্গাক অফবা চাদবা মী অদু মশামউ ফত্তবগুম, অফবা সাহিত্য লৈতবা জাতি অদু চাউখৎপা হৌনদে। ঐখোয়গী সমাজ অমসুং জাতি চাউখৎহনগে হায়রবদি অফবা সাহিত্য পুথোকপা তাবনি। মণিপুরী লোল অসিদা মগুণ লৈবা সাহিত্য খর লৈবদগী মণিপুরী চাউখৎলি হায়নরিবনি। হৌজিক অনৌ-অনৌবা সাহিত্য কয়া পুথোক্কুনা ঐখোয়গী সমাজ, জাতি অমসুং ইরোল অসি হেন্না চাউখৎনবা হোৎনবা অসি ঐখোয়গী ইথৌদাংনি। য়াম্না লৌশিনবা ঙম্বা, য়াম্না পিথোকপা ঙম্বা জাতি অদুবু ইনাক খুনবা জাতিনি হায়না লৌই। সংস্কৃত, বঙ্গলা, ইংরেজী, হিন্দী অসিনচিংবা লোলগী সাহিত্য কয়া মণিপুরী সাহিত্যদা চংলকখ্রে। অদুনা ঙসি মণিপুরী সাহিত্য চাউখৎলে হায়বগী খুদম খর ফংলি। মণিপুরী সাহিত্য চাউখৎনবা হোৎনবদা মতেং খর ওয়গদ্রা হায়না খঞ্জবদগী "মৃগনয়নী" হায়বা উপন্যাস অসি মণিপুরী লোন্দা হন্দোকচরুবনি।

সাহিত্য হায়ব অসি তুরেল অমগুম্বনি, ঈচেল মচা মচা অদুক্কী মতিক তিল্লিবমখৈ তুরেল অদু অচৌবা তুরেল ওয়রিবনি। অদুম্না সাহিত্যগী ঈচেল অসিদা অতোপ্পা সাহিত্য কয়ামরুম তিল্লরিবমখৈ সাহিত্য অদু অচৌবা সাহিত্য ওয়রিবনি। হিন্দী সাহিত্য পিকলম্মী, অদুবু মসিদা পৃথ্বীগী সাহিত্য কয়া তিনখিবদগী অচৌবা সাহিত্য ওয়খ্রে। বঙ্গালী সাহিত্য, গুজরাতী সাহিত্য নচিংবা সাহিত্য চাউখৎলিবা অসিসু অতোপ্পা লোলগী সাহিত্য কয়া তিনখিবদগী চাউখৎপা সাহিত্য ওয়খিবনি। অদুগুম্না মণিপুরী সাহিত্য অসিদা অতৈ অতোপ্পা লোনগী সাহিত্য অদুক্কী মতিক তিল্লিবমখৈ মণিপুরী সাহিত্য চাউখৎপা ওয়গনি। আশা অসিগী মতুংইন্না হিন্দী সাহিত্যগী "মৃগনয়নী" অসি মণিপুরী সাহিত্যদা পুশিনজরকপনি।

সাহিত্য অসি সমাজগী মীংশেলনি। সমাজগী চাউখৎপা, চাউখৎতবা সাহিত্যদা উবা ফংই। সাহিত্যদা ঐখোয়গী শকতম উবা ফংই। ঙসি ঐখোয়না চরাংনরিবা অসি সাহিত্য য়াৎপননি। অফবা সাহিত্য অমওং থেংনরুবদা ঐখোয়গী চরাংনবা কোক্কনি। কনাগুম্বা অমনা মণিপুরী সাহিত্য য়েংলগা মণিপুরীশিং অসি করম্বা মখনগী মীনো হায়বা খংবা ঙমই। "**খম্বা থোইবী**" মহাকাব্য অসি উবতদা মীরৈবাক্কী মীনা মণিপুরী জাতি চাউখৎলি হায়না লৌনৈ। মৃগনয়নী অসি পারগা ভারতকী ফিভম করম তৌরম্মী হায়বা খংবা ঙমগনি। মসিদা নত্তনা মতম অদুগী সমাজগী, রাজনীতিগী, ধর্মনীতিগী ওয়বা ফিভম কয়ামরুম খংবা ঙমই।

**কে. য়াইমা শর্ম্মা**

# —ঃ মৃগনয়নী ঃ—

## (১)

থুঙংগী অনকপা অরাপ্পা লমদম মাং-তাকহনখ্রে। উ-রাম্নু তুম্না য়ানথংখ্রে, য়ানথংখ্রবা উরুশিং অহূদগী অনৌবা ময়োল অমুক চোংলক্তুনা মশা-মরেং ফল্লক্লে, মশা মরেংশিং অহূনা লৈমায়শিং কুপশিল্লকলে।

থুঙং মাংহনবদা নত্তনা লান্দারকপশিংনা থুনজা থরবুনা থাংনা কক্তুনা হাংখ্রে, থরানা চাকম-থব কম থংদনা শিখ্রে। অহূগা হিংহৌবশিং অহূম্ন পুক্চায় চায়খ্রে। তরামঙাশুবা শতাব্দীদা গ্বালিয়রদা কয়ারক হয়া য়েক্লবনা লান্দারকখ্রে। লান্দামন্দুনা মী ইতাক তাকখ্রে অহূবু মফম থরদা-মী-থর থরদি তারি। উমং-রামং অমদি তুরেলশিংগী তোর্বান্দ মীনৌ থরল্ল থুন্দারকলে।

বহলোল লোদী অমস্তুং উত্তরাধিকারি সিকন্দরনা গ্বালিয়র লৌশিনবা য়ায় কয়া হোৎনখি, অহূবু গ্বালিয়রগী কিলাবুদি থুহ্নম চনবা ঙমখিদ্রে। নিংথৌ মানসিংহদি অঙাং ওয়রি, থঙবা থয়া রাংলি, অহূনা গ্বালিয়রবু পুনচায় চায়থায়বা ঙম্নগনি হায়না সিকন্দরনা থহন্মী। থুঙং অমস্তুং লৌ-শিং পুম্নমক মাংহল্লবা ফাউবদা গ্বালিয়র সহরগী কিলাবুদি মাংহনবা ঙমখিদ্রে, থোং হাংদোকখিদে। মমৈথংদা অশিবা, অপুম-অশাশিংবু গুহাশিংদা থাদরম্লগা মানশিংহ অমস্তুং তোমর জাতিবু অমদি লাম্মীশিংবু মপুক্লিংদা চৈ-থাংলম্লগা সিকন্দরনা দিল্লীগী কালপীরোম্নদা হনখ্রে. মরমদি দিল্লীদা পঠানশিংনা মকোক হায়গৎলক্লে।

সিকন্দর লোদিনা মহাকা রাথল মান্নবা ইতিহাস ইবশিংদা অস্তুম্না ইহল্লে—"গ্বালিয়র জয় তৌরে. লোয়পোৎ পিরনী হায়বদগী নিংথৌ মানসিংহব পাপ্পাকপিরবনি।"

লান্দারকপশিংনা হনথ্রবদা থরা-থরা হিংহৌবা চায়থুনা লৈরম্বা খুঞ্জাশিং খুন্দানবা থোরকলে। থরনা মথোয়না হায় লৈজরম্বা মফমদা কিনা-কিনা লাকলে, থরনা উমং-রামং অমদি চীং- মান্দা চেল্লিবা তুরেলগী তোর্বান্দা খুন্দাররে অসুম্না ইনৌ নৌনা অমুক খুন্দানরে। মথোয়না অনৌবা ইতিহাস অমুক হন্না শেমলে। শা-ঙা চাবশিংনা উমং-রামংদা শাজানুনা হিংলে, শা-ঙা চাদবা কাংবুনা উমং-রামংদগী কংবা চাবা য়াবা উইশিং চাথুনা অমদি মথোয়না য়োকচবা শা-মনশিংগী মথোমনা থরায় হিংনবা উপায় তৌনরকলে। মথোয়না লান চেল্লমদাইদা লোতুনা থম্বা পোৎশিংসু লৈবাক্তা নপশিনখ্রে।

তুরেল থোংবান্দা, খুনগী মনাক্তা চীং অমদি উমং রামংগী মরক্তা, লৌথুকশিংদা গেহু অমদি চনা পাহীশিংনা লেং-লেং চৎলকলে। ফৌ মুনবা হৌরকলে, মীয়াম পুন্নমক হরাওনরকলে।

সাঁক তুরেলগী ঈচেলসু নিংখিনা চেল্লম্মী। ঝুম-ঝুম পাল্লিবা মহৈ-মরোংশিংসু নামীবা মুংশিংনা লিরী-লিরী হুম্বদা লেং-লেং চৎলক্লে. তুরেলগী ঈচেলসু ঈথক-ঈপোম হৌরম্মী।

লান্দারকপশিংনা মমাংঙৈদা থুগায়বিরম্বা মন্দির অমা খুন্দুদা লৈরম্মী। খুঞ্জাশিংনা হল্লকপগা মন্দির অদু শেমজিনজরে. অনৌ-অমৌবা মূর্ত্তি লিংখৎচরে, নোহৌননা খুঞ্জাশিংনা লৈবাক্তা লৈরং তাহুনা শেমজিনবা ঈনা কুপশিল্লে; অকোয়বদা লৈরিবা খুঞ্জাশিংগী পঞ্চায়তনা মুংচেক্তা য়ুম শাগনু হায়না য়াথং পিরকখি অদুনা ঈনা কুপতুনা, লৈরং তাহুনা য়ুম শাবা চৎনখ্রে।

গ্বালিয়রগী খা-নোংচুপ থংবা শরুক্তা চাউরাক্ত কিলোমিটর ১০ মুক লাপ্না চৎলগা লৈবা সাঁক তুরেল তোর্ব্বান্দা "রাঈ" কৌবা খুন অমা লৈরম্মী। খুন অসিদা লৈবা মন্দির অমসুং য়ুমশিং অদুসু ঈনা লোয়না কুপখ্রে। কয়াবিরম্বসু নিংখায়থুনা লৈরি মফমদুদা লৈরম্বা মীশিংনা মনাক নকপা খুন "নগদা" দা লৈখরে। থর অমনা মফম অমদা, থরনা অংতোপ্পা মফম অমদা লৈমখ্রে।

খুঞ্জাশিং লৌ খাওনিংবনা খোয়রাংলম্মী অদুবু লৌদি ইশং শং-লকপদা মঙায়রি। ঈথক-ইপোম হৌরিবা অশংবা পাম্বীশিংন্থু উবগা লৌমীশিংনা মখুত্তা থাঙ্গোল পায়দুনা নৈরম্মী — "অশংবশিং অসিবু কয়ম্না থাউগদগে ? রারবস্থু রানা য়াউশং মৈ থাগ্রিকাউবদি মঙায়রসি।" লৌমীশিংন্থু ঙায়নখ্রে।

সিকন্দর হনখ্রে, গ্বালিয়রগী কিলাদগী মানসিংহগী লাম্মীশিং থোরকলে। মখোয় মখোয়গী লৌ-শিং য়েংশিনবা থোরকলে। লৌ-ইংখোলশিংনা লায়বক্তা তম্বনি খন্নখ্রে।

য়াউশং লাক্লে, মুমিদাংরায়রমদা মৈ থাখ্রে।

( ২ )

রঙ্গপঞ্চমী ফাউবা মুমিৎ মঙানিচুপ্পা হোল্লী পাংথোক্লরম্মী। মমাং-ঙৈদদি থা অমা চুপ্পা হোলী তৌনরম্মী। পুন্সিগী পোৎসুম কয়াদগী মুমিৎ মঙানিদা তেনশিনখ্রে। হৌজিক্তি নোংমা ফাওবা থাংবা রানরে।

অয়ুক ওয়রকপগা মী খরদি য়াইঙং তকখায়রগা অবের শেমলম্মী অদুগা অবের চায়ন চায়নদুনা হোলী শান্নরম্মী। অবের নৈজদবা কাংবুনা লম্বীদগী উফুল খোম্লগা ঈশিংদা থিৎলগা তৈনরম্মী। হৌখিবা অরাবশিং কাউথোক্লগা মতম খরদং ওয়রবস্থু মুংঙায়থোক্লবা শিন্নাংলম্মী। মসিদা মুপীগী মশিংনা হেল্লম্মী।

মমায় খুমজিন্নদুনা মুপীশিংনা অমগা অমগা ফত্তবা ঈশিং অমদি লৈখোম চায়নরম্মী। মনাউমুপা থোকপশিংদা কোয়ঙান তান্নদুনা লৈখোম্না পুমথোম থোম্লম্মী।

খুনগী মুপাশিংনা মুপীশিংদা অবের অমদি লৈখোম তৈদে। মনম্মা অমদি মচল থোকপশিংনা উফুল অমদি লৈখোম তৈনৈ। ঈদ্বরনা য়াম্না রানা মুমিৎ অসিবু পিনবিরি, কমদৌনা লৈম্না থাগনি। মচুদি

মচুনি, গুলালসু লৈজদে, উফুলনা শিল্লে, মচু অমদি গুলালদি লৈত্তেংগী পোৎ ওয়মরে।

নৌনা খুন্দাবা খুনসিদা মুমিৎ থরনিগী মমাংদা ফুশীমচা লৈশাবী অমা মমাগা লোয়ননা লাক্লুনা লৈরম্মী। লৈশাবী অসিদা ফুশা অমত্তনা অবেন্ন তৈভিদে।

অমুবা চফু অমদা অথিৎপা লৈখোম পুন্নগা থোংজিল্লা মোকফেৎ তৌত্তুনা লেপ্লীবী লৈশাবী অমনা নোকলহুনা চেনশিনলক্লগা হায়রক্লম্মী, "নঙ হৌজিক ফাউবা নাইতোম তারিব্রা, লাখী?"

লাখীবু কৌরগা শিংলম্মী, মুপী পুম্নমক উফুল-লৈখোম্না পুমতৈ তৈখ্রবদা তৈহৌদবা অমা লৈহৌবা অসিদা কল্লক্লুনা লৈশাবী অহুনা মঙোম্দসু হোৎচিল্লকলম্মী। থোংহু হায়জিল্লমলগা মসুংদা চেনশিনখ্রে।

"হে! হে! নিল্লী, ঐগী কী মোৎকনি।" লাখীনা মশা নান-থোক্লবা হোৎনরম্মী।

"মপান থোরকউ, মপান্দা! নংবু খোংদগী তোন কাউবা মচু শংবা গুমত্রবদি ঐগী ইমিং নিল্লী নত্রেদনা।" চফু পায়বী লৈশাবীহুনা শিংলম্মী।

"অরে রে রে!!!" লাখীনা নোক্লুনা মথুৎ অনিনা মমায় খুমজিল্লম্মী অহুগা মমিৎ উইশিল্লম্মী। চোং-চোংহুনা নোকলহুনা নিল্লীনা মাবু লৈখোম পুমতৈ তৈশিনবিরে।

"হৌজিক ঐগী পাল্লি থোকলেদনা।" মনাক্তা তারিবা শম্বি অহু লাখীনা লৌখৎলগা নিল্লীদা তৈশিল্লে।

লৈশাবী অনীসি লেংগানি, চাউরাক্লা চহি ১৫/১৬ গুরম্লনি। অহুবু নিল্লীনা মশা-মক্ত লৈ, তিক তিক লাউই, অহুগা লাখীনা মশা পাতক তৌই, মশা খীংই। নিল্লী শম্বি তৈবহু কিবীদে। "লাউ, লাউ ম্রাংলিবরা থরগা অমুক তৈবিগে।" নিল্লীনা নোক্লুনা হায়রকই।

লাখীসু নিংহন্নদে, নিল্লীদা কোনশিনখ্রে। নিল্লীনা লাখীগী শম্বি

পায়রিবা মখুত্তু ফাজিল্লগা মখুৎ অমনা শম্বিতু মুল্লগা লাখীগী মমায়দা তৈশিনবীরে।

"অয়ো য়ো! নংনা ঐগী খুৎজেং লৈথংলে।" লাখী নোক্লা নোক্লা নাহেরম্মী। নিল্লীনা খরা হেনজিনখ্রে খল্লম্মী। লাখীবু থাদোক্লগা চপ তিংনা নোক্তুনা লেপলম্মী।

হায়রকই, "ফয়ে, ফয়ে! শাউগম্মু। নঙ অমুক ঐঙোন্দা তৈরো, নংনা হেক পাম্বা মথৈ।"

"চুম্না তৈরোয়! নংবু মায়খিবা পিরগা তৈগনি।" লাখীনা শম্বি পায়বা মখুৎনা চিংলগা হায়রম্মী।

"নিল্লীবু মায়খিবা শীবা ঙম্বা নত্তে, অদুবু নিল্লীনা ঙমহনখ্রগে খল্লম্মী, খোংকাপ অম-অনি চেনশিন্নরম্মী। লাখীনা মঙোন্দা চোংশিনখ্রে, নিল্লী ঙাপখ্রে। লাখীনা কোনশিল্লগা মরায়বক অমদি মখজায়দা শম্বি তৈশিনবীরে।

"শেন্দোক্লগা লোয়ননা ফংলেদনা" লাখীনা ফাক ফাক নোক্তুনা হায়রকই। "কজরেদা নখজায় ঙোরোক ঙোবদুদা শমক্রদোনা পকলে, কনাগীম্মু মীৎয়েং চংলরোয়।"

"নখজায় নাম্বদি তৈবা য়োহৌদ্রে, মদুদা মীগী মীয়েং চংলনি।"

"ফয়ে! তৈশিল্লো, নক্সবদি ইতোমতা তৈশিনজরগনি।"

"মপান থোক্লসি, কনানো অমনা হেক্তা তৈজরনি।"

"কনানবু তৈগনি? নঙবু তৈবা ঙম্বদুনা ঐবুম্মু তৈবা ঙমগনি।"

"ইনম্মশিং মপান্দা লৈ অদুগা ইচিন ইনাওশিংম্মু লৈ।"

"নংগী ননাওমুপা লৈজব্রা?"

"কনায়দৈনোদা।"

লাখী নোকলম্মী। নিল্লীগী কোয়রাউনবা মমিৎনা শাউশিন্নরম্মী অদুগা চিনবান্দনা মোমোন নোক্লম্মী, মাস্ম নোক্লম্মী।

লাখীনা হংলম্মী, "নংবু লুহোংজ্রিবরনে?"

"ঐখোয় গুজরশিংদি অভাং ওইরিভেদা লুহোংদে," নিন্নীনা থুম্নম্মী অতুগা মভোন্দা অমুক হংলম্মী; "অতুগা নংগীদি ?"

লাখীনা হায়—"ঐখোয় অহিরশিংসু পীকলীভেদা অহুক য়াম্নদি লুহোংদে, খিরবুদি হোংনৈ, অতুগী মথক্তা হন্দকী খুদোংথিবা মরকসিদদি লুহোং-কৈহোংবগী রা কনানবু খল্লগনি।"

য়ুমগী মপান্দা হোল্লী শাম্নরি। পুং ২/৩ দমক হোল্লী শাম্নগনি। থল্লবনি অতুবু খঙংহৌদনা মতম হৌখিরমলে।

নিন্নীনা মপান্দা থোকলসি হায়রম্মী, লাখীসু মতু পাল্লম্মী। নিন্নীনা চকুনা উকুল হাপচিল্লে অতুগা ঈশিং হৈজিল্লগা থোরাং তৌতুনা মাঙোলদা থল্লম্মী। লাখীনা মথুক্তা শম্বি খরা পায়রগা মখোয় অনি মপান থোরকলে।

মুপাশিং অতু মরুম থুপ-থুপতুনা চেল্লম্মী অতুগা মুপীশিংনা মমায় হাংদোক্লুনা নোকখেরম্মী, লৈখোম মতুম মতুম তাতুনা মুপাশিংদা থারম্মী। মুপাশিং অতু জগোর শা-শাতুনা পিচকারী অমদি লৈখোম্না থোম্বা খাংতুনা চেল্লম্মী।

মুপী অমনা লরুরম্মী, "মুপা খোনা কৈ হায়বতু অসিরা? কিতুনা কোয়চেল চেল্লিবা অসিবো!"

মুপাতুনা মুক্লুনা হায়রকই, "ঐগী খবাক্তুম থাজোয়ে। অতুগা মমিত্তু মখুৎনা খুমজিল্লম্মী, লেপত্রে। মুপা অতুগী মম্মায়তু শম্বিগা লৈখোরগনা পুরতে তৈত্রে, মশক ফাউবা খংথিত্রে।

মুপীশিংনা লৈখোম মতুম তারগা মথবাক তম্না থারম্মী, অতুবু লোয়না মপা চুম্বা ওমখিদে।

হে! হে!! হে!!! মুপা অতুনা মখুৎ চুমদবনী লরুরম্মী। মুপী অতুনা খরা নকশিল্লগা লৈখোম মতুম অমগা অমুক থারম্মী, মুতু মংবাড়া পাল্লগা নপত্রে।

"অয়ো" মুপা অতুনা নাহেত্তুনা তৌশিল্লম্মী।

"হৌজিক ৱাংলি, অটল লালা !" মুপীচ্না হায়রকই, "হৌজিক ঐগী চকুদা লৈখোম য়াম্না য়াউরি।"

মুপাচ্না থুমজিল্লীবা মথুৎ হাংদোক্লগা হায়রকই, "হো ইতৈমা, নংগী লৈখোমবু ৱাংপা হৌনৱা ?"

লাখী নিন্নীগী তুংদা লেপ্লম্মী, অচুপা মহাক্না হায়রকই, "নিন্নী, মসি নংগী নবুং অটলনিংনে। লৈখোম মহিনা পুমলুপ : মুপাগী মশকা অমত্তা থংখিদ্রে !!!"

অটলনা লাখীগী গেছ মচু মানবা ফজরবা মমায়দু য়েংদুনা লৈরম্মী। মরায়বক্তা শম্ভিনা চন্দোল থিনবগুম তৈরম্মী অচুগা খজায় নান্দনা লৈখোম তৈরম্মী। খজায় নাম্নদি করিগী তেদে, অটলনা লাখীদা য়েংনিংনা মুম্না য়েংলম্মী।

"অদোমদা করি য়েংলিবনো, সিদা য়েংজকউ।" অচুগা লৈখোম মতুম অমা মথবাক্তা থোমজিনবীরে।

অটলনা মুপী অমগী মতুংদা লেপ্লীবী মচলমুপী নিন্নী উরে, মহাক (অটল) মফমদুদগী চেনখ্রে। মুপী খরনা মখোয়গী লৈখোম পুরদুনা তান্নখ্রে। নিন্নী অমসুং লাখী তুংদা লৈহোরে। মখোয়সু মুপাগী থবাক, মনঙল মকোক অমদি মরেংবান্দা থাগদবগী লৈখোম, শম্ভি পায়দুনা থোরাং তৌরম্মী, অদুবু খুনগী লৈশাবী ওয়বনা পাঙল থোক্লমদে।

"নংসু মুপা অমত্তা তৈক্রচো।" লাখী তুমিন্না লৈবা ওয়মদে।

"ঐখোয় য়াম্মুংদা ! মসি ওয়রিনিনে নংনা পামলিব্রদো ? নিন্নীনা খুদোম্বী চীক্লম্মী।

"ও হো !" লাখীনা মজ্জিন পৈথোক্লুনা হায়রম্মী।

মহাক্না খল্লম্মী, "ঐ ইভোমতগা থেংনরবদি মমায়দা শম্ভিনা থোমগনি।"

নিন্নীনা নোক্লুনা হায়রকই, ফরে, মন্দিররোমদা চংলসি অচুগা ঈশৈ শকলুরসি।

"কনানা শকনি ?"

"ঐগা নঙগা।"

"বাবাজীসু শকদরা ?"

"করিগী শকলোয় ? মহাক্না ঈশৈ অমা শকনি, মহু ঐনা খুমছনা শকনি। নংদি শকপা ঙমগদরা?"

"হোয়নে! কয়াম কুয়না ঈশৈ শকনি? ইমা যন শেন্নবা হন্নকলম্লনি, আটা তকদবনি, অছুগা তল হোগদবনি।"

"অছুবুদি য়ুম খুদিংগী থবক্তি, হোন্নীদি মুংতিগী লাকপসু নত্তে, চৎসি মতম খর চরা হেনবসু কৈ।"

মখোয় অনী মন্নান্না লাংলিবা মায়কৈ অদোমদা লাক্লম্মী।

"বহলো চেল্লে! সিকন্দর চেল্লে!! অসি হায়ছনা মী খরনা অটলবু তান্নরম্মী। অটলনা দিল্লী নিংথৌগী মতৌ তমছনা মুক্তনা চোং-ফন্দুনা চেল্লম্মী। দিল্লী কাংবু ফুবা ফংহোদবগুম মরক মরক্তা উফুল-ব্লাইযুল অমমুং শন্থি অকংবা লং লংছনা তান্নরম্মী।

ঙৈহাক লৈরগা মীয়াম অছু নিংথায়রবা মন্দির অছুগী মনাক্তা থুংলরে। ঈনা কুপ্পা মন্দির অছুদগী মীন্নায় চন্নবা পুজারী অছু নোক্তনা থোরক্লে।

লাউনরক্লম্মী, "বলোরে হরিমাধবকী জয়। রাধাকৃষ্ণগী জয়!!" পুজারীনা হায়রকই, "ঐগীদা অবের খর লৈ। চহি কয়াদগী শেংনা লিছনা থন্নকপনি। ঈরু-মাইথজরুরো, মাধবকী প্রসাদি ওয়না খর খর খিকপিরগে।"

"মিঠায়দি, ভুংদগী অমনা হায়রক্লম্মী।"

পুজারী নোক্লম্মী, "সিকন্দর ওয়ন্নিনী হায়রিবসে।"

মিঠায় পিয়ু হায়বা মুপা অছু নোক্তনা মমাংদা লাক্লম্মী। মহাক্না হায়রম্মী, "সিকন্দরদি চেনখ্রে! মখোয় মন্নান্না তানথোকখ্রে, ঐদি অটলনি।"

"হোয়, হোয় অটল গুজর, নশাগী লবুকা রাধাকৃষ্ণগী লবুক্তা ভাকশেনবা ওম্বা নংবু করম্না কাউগনি? ঈরু-মায়জরুরগা ঈশৈ শক্লরো, অথুম অহাওস্তু চাররো ?"

পুজারী অদু কনাগুম্বনা মঙোন্দস্তু শঙ্খি অমদি লৈখোম থারকত্রা চিংনরম্মী। মখোয় ময়ামদু মকমদুদগী চথোকখিবা পাম্লম্মী।

লাখীনা নিন্নীদা তুমিন্না হায়রম্মী, "বাবাজীগী মবুক অসিদা লৈখোম্না থাজিল্লুদনা।"

নিন্নী নোকফেৎ তৌরম্মী, ঈঙ্গিৎ তৌদুনা য়ানিংদবা ফোংদোক্লম্মী, "মায়, মায়! ময়াম্না লম হেল্লি হায়খিনী।"

মখোয় ময়াম থোরক্লে, অদুবু ঈরুজবা চুমজ্রিং চৎলমদে, হুমিং কয়ানিদগী ফাজিন-পুনশিন্দুনা থম্লুরবা পুক্লিং অদু পুমকাউ কাউখ্রে। চৎন-চৎন পুম্নাং লাংলম্মী, অদুগা অকোনবদা হুপী কাংবু, হুপা কাংবু অমী অদু ঘাট অনীদা থুংখ্রে। ঘাট অনী অদু তুরেলগী থেকপা অদুনা তোঙান তাহল্লম্মী, অদুগী মথক্তা ঘাট অনীদুগী মরক্তা লৈতোং অরাংবা অমনা থল্লম্মী।

ঈরুজবদা, লাখীনা নিন্নীগী অঙৌবা হকচাং নিংখীবদু উরম্মী। থল্লম্মী, করিবু চাদুনা অস্নুক নিংখিজরিবনো!

ঈরুজবা লোয়রগা হুপা-হুপী পুম্নমক মন্দিরদা থুংলম্মী। পুজারীনা পাত্র অমদা, অঙাংবা, অবের খরা-খরা থিকপিরে। লাখী অমস্তুং নিন্নীদস্তু মরিক খর থুংলে। মপুক্লিং শেংলম্মী, অদুগা মখোয় অনী গুগৎনরম্মী।

রাধাকৃষ্ণগী প্রসাদ অসি নখোয় পুম্নমক্তা ফংবগী অধিকার লৈ।

অটলনা হায়রকই—'কদায় প্রসাদিদি। মীঠাঈ পীয়ু বাবাজী।

পুজারী মন্দির মনুং চংখ্রে। জ্বার মপান খর, চিনী খর পুথোরক্লে, মহাক্তা মদু খর খর য়েনবিরে।

পুজারীনা হায়রক্লে—"হৌজিক রাধাবল্লভগী মমাংদা জগোয়-ঈশৈ কৎলসি।"

মীয়ায় ওয়রপ তোবী মুপী অমদা হায়জরকই—"হৌজিক আটা তকউগদৌরিবনি, তল হৌরুগদবা লৈ, মুমিৎযুংলে মহারাজ!"

অদুবু অতৈ মুপী ময়াম অদুদি করিস্থ থওয়রমদে।

নিঙ্গীনা হায়রকই—"বাবাজীনা শকপা ভজন অদু শকপিয়ো, ঐখোয় ময়াম খুমজরগে, অদুগা য়ুমদা হঞ্জরগে।"

অটলস্থ সমর্থন তোরে।

মুপীশিং ঈশৈ শকপা হৌরে। ময়াম্না শক্রিবা স্বর অদুগী মরক্তা নিঙ্গীগী মুংশিরবা স্বর অদু তোঙান তারম্মী। ঈশৈ অদু পদ অহুমতনি। মুপীশিংনা ঈশৈ হল্লগা মুপাশিংনা খুমলম্মী।

হৌগৎলে ঐ মুংশিথোয়বনা হৌদোকপিরবদা,
লায়বক ফবা ওইরে মুংশিথোয়বনা লেংবিরকপদা,
ইম্বিৎতা তুমনিংবা কদায়দগী লাকলগনি?
ইমিৎ অসিনা নংতবু উজরবদা।

ঈশৈ শক শক্লুনা মুপীশিংনা জগোয় শারম্মী। নিঙ্গীগা লাখীগদি ঈশৈদমক শকই, জগোয়দি শাদে। মুপাশিংস্থ জগোয় শাবা হৌরক্লে। অতগনা জগোয় শানা-শানা লাখীদা মিৎচীনা হুরান হুরান্দুনা য়েংলম্মী। অতৈনা উবা উদবদি খংদে, পুজারীদি অমুক অনীরক উহৌরে। অদুবু করিস্থ মুংঙাইতবদি তোদে।

ঈশৈ শকপা, জগোয় শাবা পুং অনীরোম হৌজিনখ্রে। মুংশা শাগৎলকলে। মন্দিরগী মনাক্তা খোংনাংবট অচৌবা অমা লৈ, মদু লান্দাবশিংনা য়ানথৎপিরমদে। খোংনাংবট অদুগী মরুম থুপতুনা মুং- ঙাইনা হরাউ-কুম্মৈ অসি তৌরম্মী। কনা অমতনা মুংশা কনথৎলক্লে হায়বা খংনখিদ্রে, অদুবু অার মপান থরগা চিনী অঙাংবা থরগনদি পংকুই কুইনা মুংঙাইবা ওমদবনিনা ময়াম অদু য়ুম য়ুমদা চৎনিংলক- লম্মী।

পুজারী অদুনা পেল্লদুনা হায়রক্লম্মী, "ঈশ্বরনা ঐখোয় থরদং লৈঙবা

অসিদা মঙ্গল পিনবিরে। মতম পুম্বদা লৌ ইখোল ইশং-শংনা লৈবা ওইরসন্নু। শা-যন অমদি শঙ্গোম ঘীমরাং কায়না ফংবা ওইরসন্নু। নোংমদি নখোয় পুম্নমক সনা-লুপানা রাম্ভ-পাদবা ওয়রসন্নু। ঐখোয়গী মন্দির অসি হান্নগীগুম্না শাবা ঙম্বা ওয়রসন্নু। মফম অসিদা ভজন, জগোয় অমদি বানর্লীলানচিংবা নিংথিনা পাংথোকপা ঙম্বা ওয়রসন্নু। মথংগী হোলী অমুক লাকপদদি প্রসাদি হেন্না য়েনবা ঙম্বা ওয়রসন্নু।"

মুপা-মুপী পুমমক হৌখ্রবা অরা অনা পুম্নমক কাউথোক্লনা লাকদবা অরাবা মায়োক য়াননবা থোরাংখ্রে

( ৩ )

মুম্নিদাংরাইরম ওইরকলবদা খুঞ্জাশিংনা মখোয় মখোয়গী লৌবুক-ঙাক শেনবগী রাথল খমরক্লে। লৌবুকশিং অদু পুম্না তাদে তোখায় তোখায় চায়থোক্না লৈ, খর অমদি পুন্না লোয়না লৈবস্ম য়াওই। চীং অমদি জঙ্গলনা মরক খন খন্দুনা লৈ।

অটল মশা মউ ফবা পাখংনি। মমিং মিত্তা ফজে, মশম শাংই, চীংলেম্মী। চহি কয়া বনদা চীংন্নুং-মান্নুংদা লেন্নকপনা মমায় অশাংব-ফুদা মনাওতোনস্মু অস্থম অস্থম তুমখোরকলে। মচন নুপীবু নিংথিনা কন্দুনাখম্নবা হোংনবদা মহাক্না ঙম্নমখৈ হোংনখিরম্মী। মপা মমাস্মু লান্দা শিখ্রবনিনা ময়ুমদা মখোয় অনীদমক মঙাইরে।

মুমিং চুম্না হৌলী শাম্নরুবনা অটল মশা পুম্নমক পুমচোক চোক-খখ্রে, উইরুম-উইরুম তৌখ্রে। লৌ ঙাকপা চৎকদবনি। মহাকী অঙনবা অদু মচনমুপী নিম্নীনা খংখ্রে।

নিম্নীনা হায়রকই -"ঐ চৎলে লৌতাংশংদা, নং য়ুমদা তুমজ-হৌরো।"

"মুংঙাইয়েনা! মংদি চোকখরমলয়োইনে।"

"ঐদি চোকথদে, লৌ ঙাকলুনি। করিস্থু খল্লুন্দা।

"ঐনা হয়েংফাওবা তুমদুনা লৈরবস্থু নং অদুম লৌবুক্তা মিংশেং থাংদুনা লৈরগদ্রা ?"

"হোয়নে ! হোয়নে ! ঐবুদি মিংশেন থাংগনি, হয়েং ফাউবদি করিগী চোকথগদৌরিবনো ?"

"হয়েং নিনি চনবনি। হয়েংস্থু কুইস্নে তৌগনি।"

ঐস্থু য়াউগনিনা। অহিং অহিংস্থু তুমহিরোয়না।"

"লমঈরোয়, লমশন, ওকনচিংবা লাকনি, মখোয়না, লৌবুক নৈথায়গনি। ঙৈহাক্তুং ম্রিংকুপ অমত্তং উইরুরবদি লৌ তক্তুনা চাথিনি।"

"অদুদা নংনা করম্না অহিং তুমদনা লৈবা ঙমগদৌরিবা ?"

"অদুনিনে ঐনা চিংনরিবা অসি।"

"করিস্থু চিংননিঙাই লৈতে, লিরুংতেন, তেনথাউ, থাং পুগনি, নংস্থু চৎলসি পাল্লি নায়না তুম্নরসি, পাল্লি নায়না হৌগৎনরসি।"

"অদুনা ফরনি, চৎলসি।"

মখোয় অনী থুৎশু-থুৎলাই পুরগা লৌবুক্তা চৎখ্রে। অহিং ওই-রকপগা অটল শগায়দা তুমখ্রে। নিম্নীনা মনাক্তা লিরুং-তেন, থাং-তা থমলগা ফমখ্রে।

থা থোরকলে, হৌজিক থাবল নিংথিনা ফরে। অরাম্বদা লৌ ঙাকলিবশিংনা 'হোই। হোই।' লাউনরকলম্মী। নামিবা সুংশিংনা ছুমবদা ফৌনাশিং অদু লেং-লেং চৎলম্মী। নিম্নীনা ফি অথাবা অমা ইনশিল্লে। অটলবুস্থু মখোং মনাক্তা লৈদ। ফি অমা শুপচিনবিরে। নিম্নীদি ময়ামগুম্না হোই হা লাউরমদে।

নিম্নী তুমিন্না ফমদুনা লৌবুকী কাচিন-কোয়া য়েংলম্মী। সুংশিংনা ছুমবদা লৌরিগী নাপীশিং ফেৎ-ফেৎ হায়বদু উরদা উমংগী শা লাক্ল-মাল্লে থনদুনা নিম্নীনা লিরুং-তেন পাইখৎলম্মী।

মখোলশিংস্থ নেমথনখ্রে। অদুগা লৌবুক্কী কাচিন-কোয়াস্থ শেংনা উরে। থাবল মঙাল ফবনা অরাপস্থ শেংনা শেংনা উরে। চিংনরম্বা কোকখ্রে। মরক মরক্তা উইথরক্লম্মী, উইরুম উইরুম তৌরিডৈদা মংঙই-হাওই করিগুম্বা ওক লাকপোয়, ঈরোই লাকপোয় খল্লম্মী। মপুক্কিংদা লাকলে লাকলে হায়বা রাখল পোক্তুনা লিরুং-তেন হেক হেক পাইথংলকই।

ঐস্থ ঙাইহাক্তুং তুমগে। য়াম্বুংবু হৌদোকসিরা? রাখল অসি খল্লক্লম্মী 'হৌদোকলোয় ন্থমিৎচুপ্পা রারবনি, ঐবুদি চোকংদে। ইংস্থা লাকলম্লবদি অস্থম হায়না উই উইদুনা লৌবুক ঙাকপা করয়া ঙমগনি? গ্বালিয়রবু দিল্লীগী স্থলতাননা কোয়শিনখ্রবদা, উমং-রামংদা, চীংদা অহিং লেনবা মতমদদি করিগী অস্থম্না উইদে? মতোমতা হংজে অদুগা অমুক খংউই উই, মীকপ খংথোক থোকই, তিংলী-য়াংলীরম্মী। মমিৎ অমুক উইশিল্লি, লমশা লাকপ্রা হায়না অমুক য়েংই, মমিৎ শিংনা জ্ঞান তানা অমুক ফমই। মপুক্কিংদা উইররোই হায়না চেৎনা অমুক অমুক খল্লি। ঈশৈদুম খর খর ঙংগে খল্লি। ন্থংখিলদা শকখিবা ঈশৈ-শিং নিংশিংলকই, মহাক্না শক্লকই—

"ঐ হৌরে ন্থংশিথোয়হনা হৌদোক্লবদা ...... ... ..

মশানা শকচবা শৈশক, মশাগী শ্বর মশানা পামজে। ঈশৈ লোইফাত্রিডৈদা লৌবুক্তা শা লাকপগুম খল্লকখি। ঈশৈ লোয়শিল্লগা লৌবুক্কী কাচিন-কোয়া মুন্না য়েংলক্লে, অদুবু অশেংনা রাখল লানবননি হায়বা খংখ্রে।

লৌবুক্কগী খজিক্তুং লাপ্লপ্পা চেল্লিবা তুরেল অদুগী ঈশিং ঈচেল উরক্লম্মী। তথক-তথকপা থাবলগী মঙানগা লোয়নদুনা ইরং চংলবা ঈশিং অদু নিক-নিক লাউনা নিংখিজরম্মী। নিংখিরবা লেংলি-লেংলি তৌবা, নিক-নিক লাউরবা ঈথক-ঈপোমগী ফিজোল অদু মিৎকুপ খুদিংগী হোংবগুম নিংথিজরম্মী। ঈথক ময়াম অদুনা থাবলগী মঙানদা মথুম-মরাং হৌরম্মী। লৌবুক্কী শংবান্নবা পাম্বীশিং অদুস্থ থাবলগা

অনকপদা লৈরিবা উ-রাশিংদা উনাশিংদা সুংশিৎনা অরাঙ্কদগী লিরী লিরী হুমলকপগুম তৌরম্মী। করিগুম্বদা সর সর লাউরম্মী, করিগুম্বদা শ্রি-শ্রি হুম্রম্মী। খোঞ্জেল মরক অসিদা নাহয় কিহুনা চেঙ্খোরকপা শজিশিংনা য়াক্লা অমুক, ইংনা অমুক খোংলম্মী। নিম্নীনা থল্লম্মী, শাশিং অসি লাপ্না লৈ অদুবু অমুকসু থাজরমদে। লম ঈরোই অমসুং ওক্রি তুমিন-তুমিন লাকনি। নিম্নী অমুক হেন্না মিৎ নাশিংনা লৈখ্রে।

লৌতাং শঙ অদু মথক কুপ্পী অদুগা মায়কৈ মরিমক ইহাং হাংই। নিন্নীনা থা য়েংগে হায়দুনা লৌতাংশঙদগী মকোক থিন্দোক্লগা নোংথক্কা য়েংখৎলক্রম্মী। মিৎপানগী পা পিগুম উরম্মী, মমিৎ অদু শজিমচাগী মমিৎকুম লাউরম্মী। নিন্নীনা খল্লে, অহিং নোংয়াই য়োরেদনা। মঙক থিংজিল্লগা মবুংদা য়েংলম্মী। মহাক্তি ইশি শিনা তুম্লম্মী। করি করিগুম্বদা নাখোকপগী মখোন অদু তুরেল ঈচেলগী খোঞ্জেলগা তিম্নখিরম্মী। অদুবু, নিম্নীনা নাখোকপগী খোঞ্জেল অদু থোকহনিংদ মদে মরমদি লমশা লাকপদা মিৎমক্লা উদ্রবসু নাকোংনা তাবা পাম্লম্মী।

নুংশিৎনা লিরি লিরি শিৎলম্মী। অটলগী নাখোকপগী মখোলসু নেমখ্রে, তুরেলগী ঈথক্কী খোঞ্জেলসু তপথখ্রে, থাবলসু নিংথিজনা করক্লে, উপাল-রাপালসু তুম্বগুম চপ চপ লেপখ্রে। মনাক নকপদা লৈরিবা উজাওশিংদুগী মখোলসু থোকখিদ্রে।

মায়কৈ অমরোমদা, চীং মচা-মচাশিংগী মরক্তা লৈচিলনা থনজিল্লবা অরাংবা চীংদোল অমনা থাবল মঙাল অদুবু থনজিন্নবা লাক্তরি, অরাংবা চীংদোল অদু মৈখুগী মপৈগুম উরি। অমরোমদা তুরেল রাংমদা লৈবা উজাউ ময়ামগী মরুমদা অরাংবা চীংদোল অমনা থাজবু কুমথরকউ হায়বগী মতাগুম তৌরি। মরক মরক্তা উচেকশিংগী খোঞ্জেল তারি, অদুবু থাজদি নিংঙাইদনা ঙাল্লি। নিন্নীনা চীক্লা লৈরিবা ফোনাশিংবু য়েংদি, অদুগা অমরোমদা অমুক তুরেলগী ইরাং লংবা ইথক্লশিংবু

য়েংই, অমুকনা অরাপ্পদা লৈরিবা লৈচিলনা খনজিন্নবা চীংঙুবু য়েংই, অতুগা অমুক অনকপা চীংদোল অতুদা য়েংই।

অসিগুম্বা, নিংথিরবা তুরেল অসিগী ঈরাওখোল তাবা মক্কমদা ঐহাক লৈজগে। ঐনা থুল অসিগী মপান্দা চৎলবদি মখোয়বু খোমজিন্দুনা পুবা ঙমগদ্রা? চীক্লা লৈরিবা ফৌনাশিং অসিগী শক্তমবু অঙৌবা চেবাংদা য়েকশিন্দুনা থম্নশিরা? উজাউশিং অসিনা বন্দনরার শারগা উশা-রাশাশিং অসিনা মোংশোং শেম্নগা থম্নসিরা? মসিদা থাবলগী মণ্ডালনা মতম পুম্বদা জগোয় শাহুনা লৈবা চম্বা অতুগা ঐনা হরাউ ঈশৈ শকপা "হৌরে ঐ মুংশিথোয়বনা হৌদোক্নবদা" লুপা মচুগী থাবলন মণিমুক্তাগী প'রেংগুম লৈতেংহুনা লৈবা বন্দনরার অমদি উশা রাশাশিংসু ঈশং শংনা থাবলদা জগোয় শাহুনা লৈবা, অতুগা লৈরাংশিংনা শন্দোকুনা লৈবা, অসুম্না নিম্নীনা রাখল মণ্ডল-মণ্ডল থল্লম্মী। অমুকসু অসুম্না থল্লম্মী, সিকন্দরগুম্বা মীনুংশি য়াওদ্রবা নিংথৌনা লাক্লগা নৈথায়রবা। লিরুং-তেন্না লৌবুকশিংবু লমশাশিংদগী কনহৌবগুম চীং, তুরেল অমদি উমং-রামংশিং অসিবুসু কনবা ঙমগদ্রা? অতুদগী পুম্মাং মাংখ্রবদা লৌমীশিংনা চীং মানদা লোৎতুনা লৈবা তাবা। নিংথৌশিংনা মখোয়গী মচিন মনাওশিংগা লোয়ননা লানবন মহুংদা লান শোক্ল-শোক্লহুনা শিবা। মখোয়গী মুপীশিংনা মৈমুংদা চোংশিন্দুনা সতী ওইবা! মুপীশিং অসিবু লিরুং-তেন কাপ্পা হৈতবরা? লৌতাংশঙদা থাং-তা অমদি লিরুং-তেন পাইহুনা লৌবুক ঙাকপা ঙমদবা মীওইশিং অতুগী লৌ অমুক লৈখিগদ্রা? মাইথোং লোৎতুনা পর্দা মরুমদা লৈবী রানী-শিংগী লৌ লৈফম থোক্কে। ঙসি ফাওবদা মুপীশিংবু ওৎ-নৈবগী রা য়াম্না তারে, অতুবু মখোয়দা ওৎ-নৈরিবা মুপাশিং অতুবু লৈবাক্তা নমশিনবা ঙমদবা মুপীশিং অতুবু করম্বা মুপীশিংনো? চাবনা অহাও-অহাওবা চারিবা মপাঙ্গলনা শোল্লিবা। অতুগুম্বা মৈদা চোংশিন্দুনা শিবা ঙম্বী মুপীদবু কনানা ওৎপা ঙম্বনো? ঐদি কৈদৌঙৈদা অসুম্না ঙরায়-ঙরায়নদি শিরোই।

খঙহৌদনা নিংথৌনা মখয়াৎ চিংক্লম্মী।

মহাক মশাগী ৱাখলসিদা ঙকচরম্মী। নোকফেৎ তৌই, অদুগা অচৌকপা লৌবুক্কী ইংনা লৈরিবা পাম্বীশিং অমদি থাবল মঙালগা ঈথকশিংগা লোয়ননা শান্নরিবা অদু য়েংলক্লম্মী।

অইংবা মুংশিৎ শিখরক্লম্মী। অৱাংবা চীং, উমং-ৱামং উজাউ-শিংগী বন্দনৱার উশা-ৱাশাশিংগী মোংশোং, নিংথিরবা থাবল মঙাল অমসুং উচেক-ৱায়াশিং খোঞ্জেল পুন্নমক অসি কররম্না পুল্লপ পুনশিনবা ঙমগনি ? মহাক উইরুম-উইরুম খনবা হৌরক্লম্মী। অদুদি অফবা লৈবাক পেক্রুনা নৈরগা মদুনা তুরেলগী ঈচেল অমদি উ-ৱা, চীং, উনা-ৱানা, গেহু, চনাগী লৌবুক শাৱবা। অদু ওইৱবদি লৈবাক্কী য়ুম অদুদা পুন্না থম্বা চল্লগনি। অদুগা উচেক্কী খোঞ্জেলদি কররম্না অমুক শেম্বা ? ঐ শক্লগে, "ঐ হৌগৎলে মুংশিখোইবনা হৌদোক্লবদা" ৱাখলনা শাগৎলম্বশিং লেপখ্রে উইদুনা থক চিংলম্মী, অস ! কোক ঙাউরে, লৌত্তাংশঙগী য়ুম্বীদা থেংজিল্লম্মী।

ঙাইহাক নৈরগা অটলগী মাখোকপগী মখোলগা তুরেলগী খো-ঞ্জেলগা তিন্নখিবগুম তৌরম্মী। মমিৎ খংপাং পাংথোক্লম্মী। লমঙক অচোবা অমনা চরুখোক্না লোয়ননা ফৌশিং পুমনৈ নৈথায়বা হৌরকপদু উরম্মী।

নিন্নীনা লিরুং-তেন পাইদুনা মফম চানা ফমখ্রে অদুগা শৰ থিংদুনা তেন থাখিরম্মী। তেন অদুনা লমঙক্কী মঙকশমদা পান্দুনা তম্থায় অমা ফাওদোকখ্রে। লমঙক অদু য়াক্লা খোং খোংদুনা কোয়নৈ লৈরম্মী। ভাঙ্গাদুদা অটল মিংকপ থোক্লক্লে। নিন্নীনা অমুক তেন অমগা লিরীদা হাপ্লগা কাপশিল্লে। মিংকুপ খরগী মনুংদা লমঙক অদু শিদুনা তারম্মী।

অটলনা হায়রকই – "নখুৎ য়াম্না চুমইনা, ঐ ফাওবা অমুক্তা ঙমখিদ্রি।"

অং, নংনা তম্বীবনিনে হায়না নিন্নীনা খুমখি। নিন্নীনা কয়ারক

হাল্লা অমুম্না থুৎ চুম্বা অসি উথ্রবনি। অতুবু অটল মশামকস্তু থুৎ চুম্বদা হায়নরিবা লম্বা লৈত্তবা মীনি। অতুনা নিন্নীগী পুক্নিং থৌগৎনবা হায়-রিবনি। অতুগা কুইনা তুমদুনা লৈথোকলুবগী প্রায়শ্চিত্ত তৌবা তারম্মী। অটলনা হায়রকলম্মী, "নুপীমচা নও অমুক তুমলো, এদি পেন্না তুমহৌরে।"

নিম্নীনা পাম্নম্বস্তু অসিমক্নি। অটলনা লৌ ঙাক্ননবা ফমথ্রে, অদুগা নিন্নীনা তুমথ্রে। লমওক অশিবা অদু অতোপ্পা শাশিংবু কিহন্নবগীদমক অদুম তাহন্দুনা থম্লে।

## (৪)

মথংগী নুমিংতদি হোল্লী নিনি চনবা নুমিৎ ওইরম্মী। মুংঙাই-রিভৈ মতমদদি নিনি চনবা নুমিৎ অসিদা চান-থক্ননবা শিন-লাংবা, পূজা তৌবা, রঙ্গ-গুলাল অমদি অবরে তৈনবা অমস্তুং ভগোয়-ঈশৈ তৌদুনা হোল্লী শান্নরম্মী অদুবু রাই খুন্দা নিনি চনবা নুমিৎতা পূজা তৌবা, ঈশৈ-নোংমাই নত্তনা করিস্তু তৌখিদ্রে। য়েঙ্গোক্নরবদুম, পূজা তৌবনা পূজারিদা শিন্নখ্রে অদুগা হরাও-তয়াম্বনা মীয়ামদা শিন্নখ্রে।

পুজারী য়াওদনা ময়ামগী চাননবগীদমক নিন্নীনা হাৎপা লমওক অচৌবা অদুনা ওইরে। নিনি চনবগী হোল্লী পাংথোক্নরোই হায়না লৈনরম্নবা মীওইশিং অদুস্তু লৈথোম. উফুল অমদি অবের তৈনদুনা পুমলাং লাংথ্রে।

ঙসিস্তু লাখীগা নিন্নীগা লম্ব পাথ্রে। অটলদি অমুক্ত হেন্না হরাউ মথোয় কাথ্রে। নুপী-নুপা পুন্নমক হরাও তয়ামথ্রে।

"লাখী, ঙসিদি পুলৈ-কুচু মানবা নশা অসি শম্বিনা পুমতৈ তৈশিনবা তারে হায়না নিন্নীনা চোংশিন্দুনা লাখীবু ফারগা হায়রম্মী।

মহাক্রন্থ মারু কোনশিন্দুনা হায়রম্মী, "তৈন্থ ঐগী ইপা পুম্বগা নংগী নপাপুম্বগা নৈশিনবরগা শন্থি অহু চপ চপ মাল্লা তৈনগনি।"

"ফরে তৈনরুরসি।"

"ফরে ফরে, মহুম তৌরসি: হা! হা!! হা!!! হা!!!!"

"হা! হা!! হা!!! হা!!!!"

মখোয় অনী অমগা অমগা ফন কুইনা থানখিদ্রে। মওথায় অনী-মক মফী তাখ্রে হায়বা ফাওবা থংনখিদ্রে। মপান্দগী লাউনবা তারক-পদগী মখোয় অনী থায়দোক্লরম্মী। মখোয় অনীমকী খজাই অমদি হকচাংগী শরুক পুম্বা শন্থিনা শাবা মুর্ত্তিগুম লৈখোমগা শন্থিগনা পুমতোং তোংখ্রে। অনীমক অমনা অমবু য়েংনরগা রাম্ব রাম্বনা নোক্লরম্মী অহুগা মফি লোয়শিল্লম্মী।

নিল্লীনা হায়রম্মী—"মংদি য়াম্না কল্লিনা, নপাম্বোম অহুন। মহুআগী মশাদোমা। অহুবু ঐস্থ উপাই অমা তৌহুনা নাম্বোকপনি। অম্বুকা তৌখিসিনে নথোনা লৈরবদি।"

"ঐগী ইপাম্বোম অসিনা মহুআগী মশা ওইরবদি নংগীদি মিক্তগী থৌরী তারে। হে ভগবান, কয়াদা কন্না লাকশিল্লিবা! ফরে চৎসি, অত্তোপ্পদা তৈরুরসি।"

"নওবু কিহুনা মুপী অমতা নওগী লাম্বা থোরল্লরোই। মুপাদকাদি শিংনরুন্নুকো।"

"হে খুনগী লৈশাবীনিদনা! মহু কদায়দগী য়াগদগে। নংবু খুন অসিগী লৈশাবী নল্লো, ঐগী ইবুংগা হোল্লী শাম্নোদনা।"

"রাহ! হায়মল্লেদনা নংস্থ! খুনগী মীশিংনা করি হায়রগনি?"

"ফরে, নংনা পাম্বা অমা হায়রো।"

"য়াম্না ভাউবা মাল্লি পুজারিদা হোক্লরসিরা।"

"করম্না? নংনা হাম্না থংবরনে?"

"ওরাং ঈশৈ শকুনা জগোয় শাবদা নংগা ঐগদা মহাক্লা মুম্না মুম্না লেংই। করি করিগুম্বদনা গুমহৎ-গুমহৎতুনা।"

"ঐঙোন্দবো! ঐদি খংদেনা।"

"খ'লগা কৈদৌনি ?"

"হোয়নে করিবুদি তৌনি, ভেয়া কাপথায়গে হায়রববু লমশাদি নত্তেদনা।"

"ঙসি য়ে'নসিনে নঙোন্দা য়েংব্রা য়েংদব্রা হায়বদো।"

ফরে, হৌজিক খরা ঙনমল্লী করিনো অমত্তংগা শায়খিসি। লৈ-খোয়া অৱাংবা চীংদোলগুয়া মতুম তাবা, য়ুমথক লৈবা য়ুম অমা শাখিসি, অদুগা খোংদা অচৌবা উশিংনা য়ুম্বী ওইবা, য়ুমথক্তা লৈ শাংপা, রাহোং অমদি নিলকণ্ঠনচিংবা উচেকশিং লৈবা, অদুগা মনাক্তা উনা-ৱানা, গেহু চনাগী লৌবুকশিংনা লেং-লেং চংপা, মনাক্তা রাই তুরেল চেনবা।

"ময়াম'হু শাবদি চহি কয়ামা চংগনি।"

"কৈনো শায়পোংনে শাগদৌরিবা অসে, পিক্লা শাগদৌবনে, লৈরিবা লৈখোম খরসিনা ওক্নবা।"

মখোয়'নি শায়পোং শাবদা রাখল চংখ্রে। পুং অনীমথায়রোম চংশিনখ্রে, মতম অদুদদি খুঞ্জাশিং হোল্লি লোয়শিনখ্রে। মখোয় লোয়না তুরেলদা ইরুজরুরগা মন্দিরদা চংরুদবনি। হুমিদাংদা শিকারগী শা অদু চায়বা পরেং লেংউগদবনি।

অটলনা লাখীগী মনাক্তা লাক্লম্মী।

শায়পোং শারিবহু য়েংলগা হায়রম্মী, "করিনো মওং-মরিম ইন্তা তাক্কবমথৈ শারিবা অসিবো?" ইরুজরুরো মন্দির চংকদবনি।

লাখীনা অতলবু মীংচিনা য়েংলয়গা নিন্নীদা নোক্নুনা য়েংলম্মী। নিন্নীনা মতুং ওস্থোক্লুনা হায়রম্মী, "ঐখোয় য়ুমসি শাবা লোয়খিগে।"

অটলনা করেম্নহুনা হায়রম্মী, "ওহো! হো! হো! লৈখোয়া দলান শারো! শাগে হায়রগা, লৈবা য়াবা ঈগী য়ুম শাউদনা।"

নিঙ্গীনা নিঙাই তৌদুনা হায়রক্লমী, "মসি শায়গা মহুক্সু অমুক শাগনি।"

অটলনা লাখীদা অসুম য়েংদুনা লৈরম্মী অদুগা নিঙ্গীদা চৎলসি হায়দুনা তক্লম্মী। নিঙ্গীদা হায়জবা তাখি। মমৈথংদা নিঙ্গীনা য়ারদুনা মখোয় অনী অটলগা লোয়নননা ইরুজবা চৎখ্রে।

ইরু মায়থরবা মতুংদা খুনগী স্কুপা-স্কুপী পুন্নমক মন্দিরদা থুংখ্রে।

পুজারীনা অবের থর থিত্তুনা থক্লম্মী। ময়াম পুন্নমক পুং থিন্দুনা-য়ৈদুনা পূজা তৌবে, অদুগা অনৌবা নৌনা পুরকপা মূর্ত্তি মচা অদু খুরুম-জবে। পুজারীনা হোম তৌরে অদুগা প্রসাদী ওইনা থর থর থিকপীরে। নিঙ্গীদা থিকপদা থর খৌতক চারম্মী, মাগী শরুক অদু লাখীদা কোয়না থিকচিল্লে। মরিক অনীথক্তং নিঙ্গীগী থজাইদা তারম্মী, অদুগা পুজারীনা স্কুর তাফাৎতনা হোল্লী শক্লম্মী—

কারৈৗবিগন্নু শ্যাম হায়জরি,
ফিজি-ফিনা চিংবিগন্নু শেগায়গনি।
কংস নিংথৌগী লৈঙাক ফত্তে,
গোকুলগী গুজরিয়ানি খনবিগন্নু।
কায়রৌবিগন্নু শ্যাম হায়জরি ………।

ঈশৈ অসি স্কুপা-স্কুপী-শিং তোঙান-তোঙান শক্লম্মী। নিঙ্গীগী স্কুংশিরবা খোঞ্জেল অদু তোঙান তারম্মী। অদুগা ঈশৈ শক্লিন্দা পুজারী অদুনা নিঙ্গীদা মুল্লা য়েংলম্মী। নিঙ্গীগী মগুত্তা লিরুং-তেন পায়বা অমদি অশিবা ওক অদু মঙগুম্না মহাক্কী মমিংতা উরম্মী, অদুগা খল্লম্মী—"অঙকপনি মসিগী স্কুপীমচা অসি।"

স্কুপা-স্কুপী পুন্নমক পাল্লি নায় নায়দুনা জগোয় শারম্মী, মতম অদুদা পুজারীনা লাখীদা ইঙ্গিৎ তৌদুনা য়েংলম্মী। লাখীস্সু অটলদা কুফেং কুফেৎ য়েংলম্মী। মখোয়গী মিয়েং অদু পুজারীনা ফারম্মী। নিঙ্গীদি মহাক্কা শক্লিবা ঈশৈ অমদি ময়াম্মা শারিবা জগোয় অদুনা স্পুক্লিং লুক্লি অদুগা করিগুম্বদা পুজারীগী মিৎয়েং কনাদা য়েংবগে

হায়বত্নস্থ তুমিন্না য়েংলম্মী অত্নবু মহাক্কদি মঙোন্দা য়েংই হায়বসিদি থংলমদে।

জগোয়-ঈশৈ লোয়রবদা পুজারীনা জার মপাল খরগা চিনীগা প্রসাদী ওইনা য়েল্লম্মী।

পুজারীনা প্রসাদী য়েন্ন য়েন্না হায়রম্মী— "নিম্নীগী মখুৎ চুম্বসি গ্বালিয়রগী নিংথৌদা উৎলবদি নিংথৌ অমস্তুং মহাক্কী সামন্তশিং ওক্কনি।"

করিমত্তা চীংনবা য়াওদনা নিম্নীনা খুম্লকই—"করিনো? ঐনা কয়াম চাউবা চীং অমা কাপথায়থ্রবগে? ঐখোয় য়াম্বুংনদি কৈ অমস্তুং লম ঈরোয় কয়া তেন অমমম্না হাৎখ্রেনা।"

অটলনা নিম্নীগী পুক্নিং থৌগত্নুনা হায়রম্মী— বাবাজী! মহাক্কস্থ কৈ অমদি লমঈরোয়বু তেন অমত্তনা হাৎপনি। থবক অসি নিংথৌ মান সিংহনা ঊরবদি য়াম্না হরাওজগনি।

"ঐনা গ্বালিয়র নিংথৌগী মফমদা পুগনি। নিংথৌনা ঐবু ফজনা থংবনি, গ্বালিয়রদা চাউর-চাউরবা মন্দির কয়া লৈ ত্নুগা.......”
পুজারী ব্রা মথা তাখিদ্রে।

নিম্নী নিঙাই তৌত্নুনা শাউনা হায়রকই—"ঐ গ্বালিয়র-রাজিয়র খংদে, কনাগুম্বা নিংথৌ অমত্তগী মনাক্তা চৎলোয়।" পুম্নমক নোত্রম্মী।

অটলনা হায়রকই—"গ্বালিয়র য়াম্না চাউবা শহরনি।"

"ওইসম্নু" নিম্নীনা রানিংদবা ফোংদোক্তুনা হায়রকই "য়ুম মচা-মচা থরদং লৈবা, সাঁক তুরেল চেনবা, উমং-রামং, চীং মান লৈবা ঐখোয়গী খুন অসিনা য়াম্না হেন্না ফে।

পুজারীনা নোক্তুনা হায়রকই—"হোয়নে! হোয়নে!! গ্বালিয়রদা ওক, শওম, কৈ, লমঈরোয় কদায়দগী লৈগনি? নিম্নীগীদমক্তা!"

নিম্নীনা মাবু থাগৎপগী রানি থম্দুনা মপুক্নিংদা নাপল তৌজে।

হায়রকই—"লাখীনংস্থ তেন কাপ্পা তম্মো, ঐনা তম্বীগনি, য়াম্নুং-নস্থ তম্বীগনি, নংস্থ লমশা হাৎপা ওয়বা।"

লাখী অটলদা মিংচীনা য়েংলম্মী অদুগা মনাক্তা লেপ্লিবা সুপীশিংস্তু য়েংদুনা মোমোন নোক্লম্মী। সুপীশিং অদুনা নিম্নীবু য়েংলগা মচীন থুমদুনা নোক্লম্মী, অদুগা সুপীনবু লিরুং-তেন পাইবা করি ফবনো মওং ফোংদোক্লম্মী।

নিম্নী খর ইকায়রপ তৌনা লুকথরম্মী। অটলনা লাখীগী মোমোন নোকপদু পুক্লিং পেন্না য়েংনিংলম্মী। লাখীনা হেক নোকপদা খজায়দা খর কুৎশিল্লি, অদুগা ঙাংলপ তৌনা খর তোংখৎলকপা অদু য়াম্না ফজে। অটলনা খুৎশেম অদুতবু য়েংনিংলম্মী, অদুবু তৌয়না উবা ফংদে।

ময়াম পুম্নমক নোক-নোক্তুনা প্রসাদী খর ফংবদু শায় শায়দুনা লম্বীদা চৎনরম্মী। লাখীনা মিংচিনা অমুক্তং য়েংলোরকপদা অটলগা মীৎচানরম্মী।

লাখীনা য়ুম য়োরগা খল্লম্মী, "ঐনা তেন কাপ্পা তম্বসিবু ফগদ্রা? নিম্নীস্তু লৈশাবীনি, গুজর লৈশাবীনদি ঙমগা অহীর লৈশাবী ঐনদি কম্বিগী ঙমলোয়? ঐস্তু থুনা হৈনিনা। নিম্নীদগী ঙমগনি হৈত হৈদ্রগনা অটলস্তু লৈনা, মাস্তু থোয়না তাবা নত্তে। ঐস্তু তমগা গ্বালিয়রগী নিংথৌদা খুৎ কয়াম চুম্বগে হায়বদু উৎকে, নিংথৌনবু চাগে হায়গদবা লৈব্রা? নিম্নীদি ইকায় খিবনি ঐদি ইকায়বিরোয়। গ্বালিয়রদা চৎকনি, অচৌবা সহর, পাক-চাউরবা লমলোং মরী ফাংবা লম্বী, মন্দির অমস্তুং মূর্ত্তি লৈরমগনি, মফম অদুগী মীশিং ফত্তু ফজ-ফজবা, শরং অরাক্ষী ফিরোল শেৎলমগনি।

লাখীগীদি লৌ লৈজদে। শা-যণ খর লৈজরম্বদুস্তু লান্দাবশিংনা লোয়না হাৎপিখ্রে, খর অমনা শিখ্রে। মপাস্তু হাৎপিখ্রে অদুগা মবুং অশিংবা অমা লৈজরম্বস্তু হাৎপিখ্রে। অদুনা হৌজিক মমা মচানা শুজ নোমজবা খর, শঙ্গোম খর, করিগুম্বদা উঁহৈ-য়াহৈ খর ফংজবনা পুন্সি লেপ্লী।

লাখীনা নিম্নীদগী তেন কাপ্পা তম্বা হৌরে। মমানা মহাকপু য়াম্না মুংশিজবনা তম্বদা করিস্তু অপনবা পীরমদে অদুগা অটলনস্তু মহাকপু

ওন্দোরম্মী। মুখ্রিং কুনমঙানিংগী মমুংদা ফো মুন্নহনা লৌ থাউবা ফোনরে অদুগা উমং রামংদা ফৌগে শাহনা লোক্ত্‌না থন্নরে।। মীয়াম পুন্নমক লৌবুক্তা অয়াম্বা লৈনখ্রে। অহিংদা লমশাশিংদগী লৌ কয়ুনবগীদমক মৈ থানগত্তুনা লিরুং-তেন পায়দুনা শংনখ্রে। পুজারীসু য়াওন্না শেন্নবা য়াওররে। লৌ লোক্লগা মন্দিরগী থর ফংফম থোকপদু লৌখিগদবনি, অদুনা মতুগী মমল ওইনা পুজারীনা মীয়ামদা পুরানগী ওইবা রারী-রাতাই থর শেমজিন শাজিন্দুনা তাহল্লি। অহিংদা মৈ মনাক্তা ফমদুনা ভজন অমদি নিংথৌরেলশিংগী ফজবা ঈশৈ শকই।

মহৈ-মরোং লোক্লবদা যালিয়রগী থাজনা লৌনবগীদমক লাক্লে, অদুগা চৎনবী মতুং-ইন্না শরুক তরুক থোকপগী অমা থোমগৎখ্রে। থাজনা লৌবা লাকপদা থোয়না তমথীবা চৈরাক্তি পীরমমে। অহেনবা মহৈ-মরোং থরদি লোৎশিন্দুনা থমহৌরম্মী।

লাখী মমা-মচানা নোমজদুনা অশুমন ওইনা মহৈ-মরোং থর ফংজবা অদুনদি লৌ অমুক লোক্লক্লিবা ফাওবদি চাবা ওকপা নত্তে। লৌ অমুক লোকখ্রবা মতুংদগীদি থুন অদুদা শুফম-নোফম ফংবা নত্তে। অদুনা পুন্সি হিংননবগীদমক লাখীনা তেন তম্বা অদুদা হেন্না রাথল চংলম্মী, অদুগা য়োৎকী তেনজৈ ফংবা রাবনা রাচেৎনা শাবা তেনজৈনা অদুম শিজিন্নরম্মী। অচৌবা শা হাৎপা ওমত্রবসু চান্নবগীদমক উচেক অমসুং তুরেন্দগী ঙা কাপ্লম্মী।

লাখী, নিন্নী অমদি অটল লোয়ননা শা তানবা চৎমীন্নৈ। নোংমদি নিন্নীদু ঙাইহাক্তং মাইকৈ অমরোমদা নাইতোম চৎখি, অদুদা লাখী অটলগা লোয়ননা লৈহৌরম্মী।

অটলনা মহাকপু পুক্নিং শেন্না ফ্লেংবা পাল্লম্মী কয়ারক হোৎনখ্রবনি অদুবু অমুক্তা ফংখিদে। মথোয় অনী শা লাকপরা হায়দুনা উ অমগী মখাদা লুন্নগা মুন্না য়েংদুনা লৈরম্মী।

অটলনা লৈথোক্ত্‌না মিৎচীনা য়েংলম্মী। মহাক্তা মিৎনা ইজিং তৌরম্মী অদুগা মপুক্নিং কাথরম্মী। লাখীসু রাহংগী মিৎয়েং য়েংলম্মী,

অশাংবা মশম অদু মমায়দা হায়থরক্লম্মী। মকোক খজিক্তুং হায়রগা মশম অদু তুংদা ইস্থোক্লম্মী।

অটলনা খর মুন্না অমুক য়েংলম্মী, মদুদা লাখীগী মমিৎ লুকথ-খিরম্মী। তপ্না হংলক্লম্মী—করিনো?

"করি ওইনি? করি হায়নি, হায়কম খংদে।"

"অদুবু? ঐনা নংবু য়াম্না নুংশি, য়াম্না পাম্মী।"

"ঐসু খংই।"

লাখীগী মমিৎ লুকথরম্মী। অটলনা মাবু কোনশিল্লম্মী, অদুগা খোঞ্জেল নিক্লা হায়রম্মী—"ঐগা নংগা অমতা ওইবা পাম্মী, শুকখায় খায়দোকনদবা।"

"করম্না? ঐখোয়গা নখোয়গা জাৎসু তিন্নদনা।"

"নংনা ঐবু নুংশিবরা? নুংশিদব্রা? অসিদা হায়মা হায়খো।

"ঐনা করি হায়দোরিবা? নংদি করি খল্লি?"

"ঐদি ঐখোয় অনী অমতনি খল্লি।"

"অদু বু জাতিদি?"

"হান্নসু নংগী জাতিগা ঐখোয় জাতিগ৷ লুহোংবা কয়া অমা থোকখ্রেনা, পুজারী বাবানসু পুরাণগী য়ারী কয়া লিখ্রেনা।"

"ইম্না অমসুং নচনমুপীনা য়াগত্রা?"

"য়ানিদা।"

"খুনজাশিংদি? পঞ্চ অমসুং মুখিয়াদি?

"ফরে! মখোয়না য়াত্রগনা কমদোবা?"

"য়াত্রবদি ঐনা কৈদোবা ওমগনি?"

"অদু ওইরফাত্তবদা ঐখোয় অনী অমত্তা ওইরনি, ঐনা য়াশক্লে।"

"নিল্লীনা হেক হেক লক্লে, মহাক্তি ঐগী অপাম্বা খংবনি, অদুগা খুনগী মী খরসু তশেংনা খংখ্রবনি।"

"নঙগী য়াখলদি করিনো?"

"ঐগী য়াখলতা নত্তে, নংগী নপুক্লিংদসু হংঙদনা।"

"ফরে, হৌজিক অমুক হংবগী দরকার ওইরে।"

অটলনা মিংকুপ থর লাখীবু কোনশিল্লম্মী। শা অমা লাকপগী খোঞ্জেলনা অটলনা কোল্লিবা অহুদগী নাহোক্লম্মী, খোঞ্জেল অহুদি রাহোং লাবা অমগী ওইরম্মী। রাগী তেনজৈ অমা লৌরগা পিরী থোংহুনা কাপ্পদা রাহোং অহু থরো-থরো ওল্লম্মী। লাখীনা তেজৈ অমগা অমুক নোংশিন্দুনা রাহোংগী অরাবা কোকপীরম্মী।

অটলনা রাহ! রাহ!! হায়রম্মী।

ওাইহাক্কী মতুংদা লমহৌদোং অমা লোং লোত্তুনা চেল্লম্মী। অটলনা তেন কাপশিনবদা পানখিদ্রে, লমহৌদোং অহু চেনখ্রে। মথোয় অনী উ-খাদগী থোবক্লগা রাহোংগী মনাক্তা লাক্রে। তুংলোমদগী নিম্মী লাক্লম্মী, মহাক্না রাহোং অহু উবে অহুগা চেনখিবা লমহৌদোং অহুবুদি উহৌদ্র।

অটলনা লাউনা হায়রকই, "য়েংউনে নিম্মী, লাখীনা কয়াম চুম্না কাপলিবা।"

নিম্মীনা যানিংবা ফোংদোক্তুনা হায়রকই, "য়াম্মুং নংগী গুরু ওইদৌরিকো।"

অটল নোক্লম্মী, লাখীসু কাক-কাক নোকথোক্লম্মী।

অটলনা হায়রকই, "ঐনা লমহৌদোং কাপ্পদি পালহৌদ্রে।"

লাখীনা হায়রকই—"মরমদি লমহৌদোংনা পুক থনবা য়ারোই, রাহোংসিদি মুমিং নিনিদি চাম্ররনি।"

অটলনা পালহৌদবা তেজৈ অহু থিক্লয়ে, অহুগা রাহোং অহু পুরগা মথোয় যুমদা হল্লক্লে। নিম্মীদি কম্মিসু ফংহৌদ্রবনা লাখীনা হয়াউবহু উবদা মহাক সুংঙাইরমদে।

হায়রকই—"ঐ লৈরম্রবদি লমহৌদোং অহু লেম্না থারোইদবনি, রাহোংহু হাৎত্রবস্ম য়াই।"

অটল অহু নিম্মীনা লকনবা অহুদা সুংঙাইতবা থর য়াওরি হায়বহু থংলম্মী অহুবু কম্মিসু থনবিদ্রে, অহুগা লাখীদি হয়াউবগী ওমৈথ লৈখিদ্রে।

নিম্মীনা অমুকসু হায়বম্মী, "তেন মাংপ্রবদি রুনি।"

অটলনা অমুক লক্তনরম্মী, "নংগী লমহৌদোং অহু তেন্না মবুক্তা লেঙ্গনা অহুগা উদা কাখ্রবা। মহুদা নংনা উ কাহনা হেক তান্নবা, লমহৌদোং অহুনা তেনগা লোয়ননা চেনখ্রগা চীংগী গুফাদা চংখ্রবদি তেন্নসু লমহৌদোংসু ফংগ্রবদি ফরনি।"

"হোয়নে লমহৌদোংনা হেন হুরান্দুনা চেল্লনিনে, মঙকশমহুদা হেক কাপ্লবদি তেন্দুগা লোয়ননা হেক্তা শিজরগদৌহুবো।" নিন্নী শাউনা হায়রম্মী।

"করে। করে!! য়ান্না করে!!! হয়েং অমুক য়েংলসি" অটলনা হায়রম্মী।

লাখীনা নিন্নীবু থেমজিন্দুনা হায়রম্মী, "চানবা রাহোংসু ফংলে, তেনসু ফংলে, মসিদগী হেনবা করি লৈ।"

( ৫ )

রাজ্যগী সিপাহীশিং লৌশাল লৌখৎখ্রবা মতুংদা পুজারীগী শরুক খোমজিনবা থর লুনা থোক্লে। লৌমীশিংনা মখোয়গী চীঙ্গাকী খনবদা য়ারম্মী অহুনা পিয়ু হায়বা ইয়া য়ানিংলমদে, লৈথোক-লৈশিন তৌহুনা লৈরে। পুজারীনা হায়রকই—"শাস্ত্রগী বচন কৈদৌঙৈদসু কাউরোই-দবনি, তরুক থোকপগী অমদি নিংথৌগীনি, মহু নখোয়না পীখ্রে অহুগা কুন থোকপগী শরুক অমদি ব্রাহ্মণগীনি মসিবু পিনিংব্রবদি লৈবাক অসি মাংবা তারে, স্বর্গদা করিসু ফংলরোই।"

লৌমী অমনা শাউনিংবা ফাজিন্দুনা হায়রকই—"ঐখোয়দি করি চাগনি?"

"ভগবানবা পীগনি, ঐনা ভজন তৌগনি।"

"ভজন তৌরবা কাউবদা দিল্লীগী সুলতাননা অমুক তমথিনা ঈ তাহ ল্লিবা অসি করিগীনো? মহাক্না য়ুম-কৈ, লৌ শিং লোয়না মাংহনবিরম্লে।"

"য়েংউ অপংবসে! মসি নাস্তিকনে!! হৌজিক অমুক থুদোং-থিনবগী বার্তন তৌরেনে। তৌবনা অমমা তৌরগা ঐখোয় নখোয়না দশা তায়রবনিনে!"

"হে, তুমিন লৈয়ু, পুজারী মহারাজনবু অহুম্না ভাংবা হৌনত্রা!!"

"অহুদি মংনা হায়া পিয়োদবা, মংগীদি মমুম থরে, গেন্থ-চানা।"

"পিদদি, নখোয়দি লৈথহৌরগেরা ?"

থংনগে তৌবহু উবদা অটল চংলক্লে অহুগা মহাক্না পুজারীগী মিচংদা লৈরে, হায়রকই—"ঐদি ঐগী শরুক হরাউ—হয়াউনা পিজগনি, দেবতাগী, ব্রাহ্মণগী শরুক পিব তাবনি, হেন্না ফংলকপন্সু য়াইমা॥"

অটলনা পুজারীগী মাইথোংদা হরাউবগী মোমোন নোকপন্থ উরম্মী। অয়াম্বা লৌমীশিংনা পিনিংদ্রবন্সু পিদবা য়ারোয়দবসিদি পিথোকখ্রগা লোয়রে হায়না খনখি। পিবদা থম রাবগী রাদনি অটলনা দান তৌনিংবগী মত্তৌসি উবদা হরাউনরম্মী। মহাক্না খল্লি, পুজারীগী তেংবাংবনা তুংদা কান্নি হায়না। লৌমী পুমমক্না লাইগী শরুক কুন থোকপগী অমা অহুগা ব্রাহ্মণগী কুহু থোকপগী অমা পুজারীদা পীরে। পুন্না পুজারীদা তরানিথোয় থোকপগী শরুক অমা পিখ্রে। পুন্না শরুক মরি থোকপগী অমা শরুক অমা লৌমীশিংদগী পিথোকখ্রে অহুগা শরুক মরি থোকপগী অহুম্না লৌমীশিংগী লেমহৌরি। মপালগী লুট তৌবশিংনা লুট তৌখ্রবদি অমত্তা থাকুনা পুখিগনি খনবদগী লৌমীশিং পুক্নিং মুংঙাইত্তবা তৌদনা পেনখোক্না লৈরে। তাঞ্জা অফবা য়েংহুনা অটলনা পুজারীগা চিক্না উন্নরে। য়াম্না নোল্লুকপগা লোয়ননা ইচম-চম্না মহাক্না পুজারীগা রা তাম্নরম্মী।

"মহারাজ অদোমগী জ্ঞান অসিবু কদায়দগী ফংবনো? অদোমগীদা লাইরিক-লাইস্সু কয়া লৈবদি উদে অহুবু জগৎপুম্বগী রা পুন্নমক্তি থংই।"

"করিস্সু থংবা নত্তে, ভগবানগী ভজন তৌবত্তনি। ঐদি ভগবানগী মীংলেন নত্তনা করিস্সু থংদে।"

"বাবাজী, অদোম্না রামায়ণ, মহাভারত শাস্ত্র ময়াম অমা চীনদা থিবা, ঐখোয়স্সু তম্বা য়াগত্রা ?"

"করিগী তম্বা য়াদনি? নং ক্ষত্রিয়নি, বেদ কাওবা তম্বা য়াই।"

"অদোমদি বেদ তমলবরা?"

"খর খর তমলে। কলিযুগতবু বেদ তম্বা, তম্বিবা কয়াগ্না লৈনি?

"মুপীশিংদি তম্বা য়াগদ্রা?"

"বেদবো! রাম! রাম! মুপী অমম্নুং শুদ্র বেদ তম্বা য়াদে।

"বেদ নত্তে, মহারাজ পুরান-বুরান।"

"নংসিবু করম্বা মীনো? পুরানবু বুরান হায়রিবসিবো ব্যবহার কায়হৈদে।"

"হৈ! হায়দোকখ্রে। ভাকপিগনি। মুপীশিং তম্বা য়াগদ্রা?"

তম্বা য়াই। শহরশিং অমম্নুং অচৌবা খুনশিংদা মুপীমচা-মুপা-মচাশিংগী কুল তোঙান-তোঙান লৈ। লান্দাবশিংনা ওৎপদা ক্ষুলশিং লোয়নন। বন্দ তৌখ্রে। ক্ষুলশিংদুদা মুপীমচাশিংম্নু তম্মী।

"মীওৎপশিং অসিপা করম্না লাম্বা তৌগনি?"

"ধর্মতমা। ধর্ম মরোং তাযরুবা, বর্ণ কায়বয়রুবা, মীওৎপশিংগী মকোক হায়গৎলকদি।"

অটল ভাইহাক্তং কুমীরা লৈরম্মী অচুগা নোয়কপা খোঙেল ইংনা কিমা হংলম্মী, "বাবাজী মহারাজ, করম্বা ধর্মনো?

"অহল-লময়া তাক্লম্বা ধর্মনিদনা, রাধাকৃষ্ণ, সীতারামগী ভক্তি-নিদনা। মীচমগীদমক্তদি মসিনা মহেক্লে।"

"মহারাজ, কৃষ্ণ ভগবানদি করি বর্ণ ওইখি? মহাকী জাতিদি করিনো?"

"নংবু মহু কাওবা খংজিবয়নে? ক্ষত্রিয়নে, অশেংবা ক্ষত্রিয়।"

"অচুবুদি তাজরে মহারাজ, ঐখোয়দি খুম্নুংগী মীনি, খুম্নুংদা লৈবা, অচুমা চন্দ্রবংশী ক্ষত্রিয়নি হায়।"

"অহীরম্নু গুজরম্নু চন্দ্রবংশীনিনা।"

"হোয়রে! হোয়রে! ঐখোয়ম্নু চন্দ্রবংশী হায়রনা হায়রৈ।"

"অহুদি অহীরগা গুজরগা চপমায়রেদবা ?"

"হোয়নে ! হোয়নে ! অনীমক্কী থবক চপ মায়ে।"

"অহু ওইরবদী অহীরগা গুজরগা লুহোং-খোংদোংনবা য়াদিরা ? চপ মায়রবনিনা শাস্ত্রশিংদা লুহোং-খোংদোংনবা য়াদেদি হায়রয়রোইনা।"

"হে ! হে ! করিনো নংনা হায়রিসিবো, হায়দি ভৌনয়বা য়াই, হৌজিক্তি কদায় য়াদগে।"

"অদোমনদি পুরান-য়ারী কয়া লিবিখি, য়ারীশিং অহুদদি য়ায়া হেজিন-হেজিনা তাকপিখি।"

"হে। হে ! লাইরিক-লাইগুদি হৈতে, রাদি নৈ-নৈহুনা মরুকংনা পুথোরুবা লাক্লে !! ঐনা লিখিবা লিখিবা য়ারী অহুদি ত্রেতা দ্বাপুর যুগকীনে, হৌজিক্তি কলিযুগনিনে।"

"অদোম্বা কলিযুগকী য়ারী খরম্ব লিখিখিদা, খুদম ওইনা রাজস্থানগী নিংথৌ অমনা হম্মক্কা জাটিন অমগা লুহোংখি হায়হুনা।"

"ঐগা হেক্কা চিন্দা-পাউদানরেনে। নং পণ্ডিত ওইরগেরা ? নংনা হায়রিসিবু নচনমুপী অহু অহীর অমগা লুহোংলগে হায়রিবরা ? গুজর নির্বংশ ওইরগেরা ?"

"নংচদে বাবাজী মহারাজ, মহু নত্তে, কম্রিগুম্বদা মহু ওইরোই। মহাক্কীদি অহেনবা অফবা বর থিগনি, ঐনা ইচম চম্মা হংবগী য়ানি।"

পুজারী শাউবা হম্মখ্রে। পুজারীনা মহাকা নিম্নীগগী পাজল থংই। খুনসিদা মখোয়গী মিচং য়ায়া লৈ হায়বা থংই।

পুজারীনা থেমজিন্দুনা হায়রকই, "ঐ নঙোন্দা থর কয়া হায়বগী য়াদনি, নিম্নীগী বরদি ঐনা থিগনি। নংনা থংইবহুনি, মতম কত্রবা, খুদোংথিরবা মতমদম্ব ঐনা দেশ বিদেশ কয়া'মা কোয়কনবনি। হৌজিক ঐ থালিরয় চংকনি, নিংথৌ মানসিংনা ঐবু ফজনা থংই অহুগা থাগী সরদারশিংবম্ব ঐবু ফজনা থংকনি। থাজিরয়দা গুজর শাগেগী অফ-অফবা মী লৈ. মখোয়নম্ব ঐবু থংই।"

অটলনা ইচম-চম্মা পুজারীবু থাগৎলি, "অদোয়া থংলিবা অম্মুয়া

কনাসু খংদে. অদোমদি অপিকপা খুন অসিদা চন্নকম খংদনা তাহনা লৈরে।"

পুজারীনা হায়রকই—"রাই তুরেল, উমং-রামং অমদি চীং মান পুম্নমক অসিবু ঐনা নুংশিজে, পামজে অহুগী মথক্তা ঐনা তেক-কায়রবা মন্দির অসি শেমজিনগে হায়না রাশকলে. ফজবা মূর্ত্তি মচা অমতংগা লিংখৎলমখিগে অহুগা অতৈ অতোপ্পা মফম অমা অমুক খল্লগে। গ্বালিয়রদা চৎকদবগী মরমসু অসিনি।"

"অদোম গ্বালিয়রদা কৈদৌঙৈ লেংবিগদৌরিবা ?" অটলনা হংই।

পুজারীনা হায়রকই—"নুমিৎ মতা তরানিগী মনুংদা।"

"অহুগা করম্বা মতমদা হনবিরক্কদৌরিবা ?"

"থা অমা অনীদি চংগনি।"

( ৬ )

থা কয়া হৌখ্রে, সিকন্দর লোদীনা গ্বালিয়র থাদোকখিবা। কিলা মনুংদা নিংথৌ মানসিংহ, সামন্ত সরদারশিং, লান্মী ময়াম অমদি সেবক-শিং কিলাদগী মপান থোরক্রে অহুগা কাংখোং চায়রবা গ্বালিয়রবু ইনৌ নৌনা শেমগৎনবা হোৎনরম্মী।

থা কয়াগী মতুংদা মীয়ামনা মশা-মশাগী মযুমদা হজিন্নরক্রে। ঈশিং য়াকপনা থকপা ঙমনরমদে, মী-শাগী অসিবা মশা পুমথরকপনা মরম ওইহনা গুহা পুম্নমকী ঈশিং ফত্তবনা নমথিরম্মী। অনৌবা গুহা থুনা অমুক তৌবা ঙম্নমদে। কিলাগী মনুংদগী অফবা অরুবা ঈশিং ফংনবা থৌরাং তৌরম্মী। নিংথৌ মানসিংহনা লাঙ্গেনলুবদগী হল্লবপশিংবু কিলা মনুংদা মতম খরগীদমক লৈননবা শিল্লম্মী. অহুগা গুহা শেংদোকপগী থবক য়াম্না থুনা য়াংনা তৌরম্মী। গুহা খরদি শেংদোকলে অহুগা গুহা মনুংগী ঈশিং অহু লৈথা ফংনা ফংনা কয়ারক চিখোক্লে, অহুগা

গঙ্গাজল খিক্‌না অমসুং মন্ত্র শোন্দুনা শেংদেক্লাগা থকপা য়ানবা কওংদা শেমখ্রে। গুহাশিং অসিগী মনাক নকপা খুনশিংগী মীশিং কিলাদগী থোরক্রে, অদুবু গুহা কয়া শেংদোকপা ওমদদুনা লৈরি। খালিয়রদা লৈরম্বা, মপান্দগী লাকপশিংসু খর-খর লাক্‌না মী য়ামশিল্লক্রে। থুদেক পিরম্লবা য়ুমশিং শেমজিল্লরে, ফৎলমদবা গুহাশিং শেংদোকচরে।

শেংবদি শেংদোক্লবা মন্ত্রনদি শেংদ্রিবা গুহা কয়ামসু লৈরম্মী। মুংশানা মৈমুক শারম্মী। মজদুরশিং অদু ফি মচেৎ খরনা মকোক খুমদুন অশাবা মুংশিংকী মৈশা মরক্তা থবক তৌরম্মী। গুহা অমগী মনাক্তা নিম পাখী মনাপুংবা অমা হৌরম্মী মদুগী মরুমদা পোথানিংবনা মীয়াম অদু লাংতক্লরম্মী। অদুবু গুহাগী ঈশিং অদু লোয়বা ফাওবা শিংতোক্লগা পোৎথাগদবা ওইরম্মী। মরম অদুনা কমলিবা ব্রাহ্মণশিং অদুসু শেংদোকনিংবনা তপথরমদে।

চন্দোল চত্না থিনবা ব্রাহ্মণ অমসু য়াউরম্মী। মহাক শিব নিংবনি, পুজাগী মপোৎমচৈ খর পুরক্লদুনা অতোপ্পা অমগা ব্বারী শাদুনা চৎমিন্নরম্মী।

শৈবনা বৈষ্ণবতা হায়রই—গঙ্গাজল মরিক অদুম মরিনা কররি তৌবনি? ঐনা হায়রিবা অসিনি লৈ নত্রগা লৈবাক্তা শারগা 'ওঁ নম: শিবায়'' হায়দুনা শোল্লগা গুহাদা হেক থাদো, শেংলগনি। কররিগী অসুক য়াম্না জনজাল ওইহল্লিবনো?

''গঙ্গাজল অমসুং লৈ নত্রগা লৈবাক কররিবু খেন্নবগেনে;''

'শিবগী জটাদগী গঙ্গাজল থোরকপনি অদুনা শিবগা গঙ্গাগা খেন্নৈনা, অদুননি ঐনা হংলিবসে গঙ্গানা চাউব্রা? শিবনা চাউব্রা?

"মীসু, সমাজসু মতম-মতমগী মতুংইন্না অচৌবনা পিকপসু য়াওই অপিকপনা চাউবসু য়াওই।"

''কররিনো অর্থ অনী থোক্লা ব্রা ভাংলিবসিখো? অপিপকদি

অপিকপা ওইনা লৈগনি, অচৌবদি চাউহ্না লৈগনি। অচৌবনা অপিকপা ওইবা য়াবা নত্তে।"

"মরৈ য়েৎপসিনা নংগী হৈনবীনি। বিষ্ণুগা শিবগগী মরক্তা বিষ্ণুনা চাউই হায়গ্রে অহুবু করি করিগুম্বা তানজাদা মহাদেবনা চাউবম্ব ময়াউখিনা।"

"ওইখোক্কে! ওইথোকক্কবনি! শিবগী মমাংদা বিষ্ণুগী করি শক্তি লৈ?"

"অরেম্বদা কান্নদবদা খৎনরে, লম্বী খুদিংমক পম্মুংদি অমত্তনি।"
"পুমলাল লাল্লে। লম্বী পুম্নমক পম্মুংদি অমত্তদা থুংলবদি ওহাদা তারবম্ব, তুরেলদা তারবম্ব, চীংদা তারবম্ব, কিলাদগী তাদবম্ব, মমৈদা বৈকুন্থধাম য়ৌই হায়বা য়াবরো? অসিরনে?"

"অর্থ খেন্নহনবগী থবক অসি নখোয় তিলংগানা কাংবুতনা তৌই, অহুন্না কনাম্ব তৌদে।"

"তিলংগানা কাংবুশিংনা বেদশিংগী পরিভাষা পিন্নিবনি, নত্রবদি ইকায়বনা লোৎকমম্ব লৈরমলোয় নখোয় গৌড়দেশকী ব্রাহ্মণশিং অসি।"

"নংসিদি মী খৎনিংবনা মরেং-মরেং চৎপা জাৎনি। নওদি মসি ফাওবা খংবা ওমত্রি—গুহা, পুক্রিদা তাহ্না শিবনা অমনি, লম্বী তোঙান তোঙান পুজা কন্না তৌহ্না মানা মানা ফংজনিংবা কংনবা হোৎনবগী রানা অমনি। ধ্যান তৌহ্না, পুক্রিং লাকশিন্দুনা, মশাগী অচেৎপা লম্বীদা মীনা অরাম-খুভম ফংবা ওবনি।"

"তুরেলশিং, ঊশিং, লিল মকোন ময়াম, চীংমানশিং, য়াউ ময়াম, হৌদোং ময়াম অমদি মুংগী মুর্ত্তি নিংহ্না নপুক্রিংনা পুজা তৌহ্না ফংলরমি অরাম-খুভম! নখোয়সিনিনে যুগ অসিবু কলিযুগ ওইহল্লিবসে! পেল্লিদকো নখোয় অসি!!"

"তোল্লিবদি নখোয়নিনে, নখোয়গী নপা নপুনিনে। পংবদগীনিনে নখোয়না শৈবমত অসিনা লোন্নরে খল্লিবা অসি!! নখোয় অসি অপংবগী কোমদা তারবনি, নরক্তা চৎলো।"

মখোয় অনি অহ্ খোন কনখৎনরক্লে, ফুক-ফুক হৌগৎনরক্লে। কুহাদা থবক তৌরিবা মজহুরশিংস্মু মখোয়-মখোয়গী থবক থাদোক্লহুনা উগী মরুমদা লাক্লে। কুম্মৈ ফজবা অমা ওইরহুনা মখোয়না য়েংনিংবা হায়বহু থোক্লে।

"নরক্তা চৎকদবদি নখোয়নিনে, নখোয়গুম্বসিনিনে হৌজিক হৌজিকমক ওইরিবা পুন্সি অসিবু নশাগী স্বার্থদা য়েংবক্তা নত্তনা কনাবুস্মু মগুণ লৈনা থনদবা। ঐখোয় শিবলিঙ্গ নিংবা কাংবুদি পুন্সি অসে স্বর্গ ওইহল্লি অহুগা শিরবা মতুংদা কৈলাস কংজে।" অতোপ্পহুনা লিংনা হায়রকই।

মজহুরশিংগী লুচিংবা অহুনা মরক থৎলে। শনত্তায়হুনা হায়রকই— মহারাজ, খৎনবীরগমু! ঐখোয়দমু থরম্মু থংহনবীখোইত্রা?

ব্রাহ্মণহুনা হান্না খংহায় হায়রকই, "ঐ তাকপা ঙমগনি, তিলংগানাগী বিজয়জঙ্গম অসিদি ঙমলোয়।"

বিজয়জঙ্গম হায়রিবা মুপাহুনা হায়রকই, "তাকউ, তাকউ, করি তাকপা ঙম্বগে য়েংসি॥"

"ভজন, ভজন, ভজন তৌজো অপংবশা" মহাক্না হায়রকই।

"কনাগী ভজন? মজহুরশিংগী লুচিংবনা হংলকই। বিজয়জঙ্গমনা থুনা পাউখুম পিরকই—"পুককংবা অসিগী, মজহুরশিংগী চালুক মুরুগা চাবাসিগী, ভিক্ষা নিহুনা চাবসিগী, মসিনি মহাক্কী ভজন তৌবগী মরম।"

মহাক চোংশিল্লম্মী। মজহুরনা থাম্বা চংলকপহুদা শোক্ল শম্নবা য়াদবনিনা থর খৌতক চারম্মী।

বিজয়না হায়রম্মী—মখোয়সিনা থবক তৌবা, নংনা ভিক্ষা নি নিহুনা চাবা, মসি নত্রা নংগী ভজনগী শিক্ষা?

মজহুরশিংগী লুচিংবনা হায়রকই—"ঐখোয়গী লাইবক্তা ঙমথ্রবনি। নহালমুকী মপোকী ফলনি ফংলিবা অসি। নখোয়গী নরাইখক করনা লাইরিক লাইগু হৈবা, লৈবাক ঙাকপা ঙাকহনবা অদি ওইহ্র ঙমলিবনি অহুননি নখোয়না জাৎ অত্রাংবদা পোক্লিবনি।"

"পুন্নমক অসি ভ্রমনিনে" বিজয়না প্রতিবাদ অসি তৌরম্মী, "পুক্সিসিদা থবক তৌবা, নোমতুনা চাবা, শিবগী মমিং শোনবা, মসিমা অথোয়বনি ; মসিনি পুক্সি মহৈ য়ানবা হায়ববু। ভিক্ষা নিহুনা চাবা, লৌনম-লৌথুপ তৌবা, অপংবশিংবু থাজহন্নগা মুন্দুনা চানবা লাক্লবা মসি খ্বাইদগী চাউবা পাপনি। মমাংগী মপোক্তগী হৌনা থবক তৌবা হায়বসিনা খ্বাইদগী অথোয়বনি। মমাংগী মপোক্তী অরাবা পুন্নমক থবক তৌরগা, শিবগী গায়ত্রী শোল্লগা লোয়না কোকপা ওমগনি।"

মজহুরহুদি ব্যাখ্যা মসি থংবা ওন্নমদে।

বৈষ্ণবনা হায়রম্মী—"অথোয়বা শিবগী গায়ত্রীনি হায়রিবা ইবুংঙো, গায়ত্রী হায়বসি অমত্তনে, অমত্তা।"

"মতু মখোয়না লোৎশিন-লোৎশিন্দুনা থম্বগী অমোৎপা ওইয়ে। নখোয়না মখোয়দা গায়ত্রী থিহুনা তাহল্লুনে, ওম্ব।?"

"নত্ত অসিমু অপংবা অমনিনে! গায়ত্রী থিহুনা পংত্তা তাহনবা য়াব্রা? য়াম্না অথুপ্প; অরুবা পোৎনে হে অপংবা জনম!" শিবগী গায়ত্রীদি চাণ্ডাল ফাউবা জপ তৌবা য়াই, মশাবু শেংদোকচবা য়াই অহুবু নংদি নবুক থল্লবা লাক্লবা অমদি পাখন্দীগী থবক তৌবদা জপ তৌনবগী মতম ফাউবা ফংহুরম্মোই।"

"করি লাইরিক্তা ইরি শিবগী গায়ত্রী অমা তোত্তান্না?

"বাসব পুরাণ্দনিদনা অপংবা।"

"অমুক্তা হন্না চৈয়বদি মুং অসিনা নকোক থুগাইগনি।"

"মুংনা কোক থুগায়ত্রিবৈদা ত্রিশুল অসিনা নংগী থিবোং-থিন্নিল অহু লৌথোকনি।"

মখোয় অনি অমুক চোংশিন্নরে। মজহুর অহু মখোয় অনিগী মরক্তা চংলক্লম্মী।

"চৎলসি তিলক্ক নিংথৌগী মনাক্তা অচুম-চুমদ থংনরুমসি অহুগা ন'বু দন্দি পিহনগনি।" বৈষ্ণবনা লাউহুনা হায়রম্মী।

বিজয়নগর লাউরগী—"ঐ তৈলঙ্গ নত্তেনে গধা! ঐ কর্নাটকনিনে, মন্দী অমসুং ভগবান শঙ্করনা অবতার তৌবা মফম অদুদগীনি। চৎসি ঐনা চুম্নবদি নমায়দু হায়ুক তৈগনি।"

"কদি যুগতা অবতার তৌবা! করে, চৎলো মফম অদুদা অচুম-চুমদ য়েংনসি" অমহুনা য়াম্না চেৎনা থাজবা মওংদা হায়রক্লগী।

"মজহুরদুদা মহাক্না য়াথং অসি পিরকই—"নখোয় সাথী ওইয়ু, চৎলসি ঐখোয়গা লোয়নননা।"

মজহুরগী লুচিংবা অদুনা হায়রকই, "অদুবু হৌজিক করিগুম খুং থোক্লবসু লৈতে, খুংনসু শুনত্রি, ত্রিশুলনসু থিমত্রি, নখোয় অনি য়া ভাংনবতনি মদুদি ঐখোয়না খংবসু নত্তে।"

বৈষ্ণবনা হায়রকই—"মহাক্না ভগবানবু উশিন্তে হায়বসিদি নংসু খংলেদনা? লোয়না নন্নবসু নং নত্তোমতা চৎসি।"

"চৎসি।"

"অদুগা মফম অসিগী থবক্তি কনানা শেম্নবা?" লুচিংবনা হংলগী।

খিবাদী অদুনা শাউনা হায়রকই, "থবক তোক্লবসু তোক্লেদনা, থবক য়েংগত্রা, নন্নগা ধর্ম মাংনবা তৌগত্রা?"

"ঐনা কৈদৌনি?" লুচিংবা অদুনা য়ানিংদনা হায়রকই।

"নিংথৌগী থবক লেপলেদনা, নখোয়না থোকপা তৌরো। কুহা শিৎতোকপা লোয়রে অদোম্না গঙ্গাজলগা মন্ত্রনগা শেংদোকপিরো অদুগা চৎসি হায়রবসু চৎসি।"

"ধর্মনা লুই, কুহা শেংগে শেংসনু-শেংলোয় তোকসনু। চৎলো ঐগা লোয়নননা।" মহাক্না নিংডাই তৌরে।

মখোয় অদুম কিলারোমদা লাক্রে। নিংথৌগা মুম্নিদাংডাইরমদা উম্নবা য়াগনি হায়না কিলাগী থোং থিংলে। মখোয় অনিদি তৌকম খংলমদে অদুগা লুচিংবা অদুদি ইরুজনিংবগা থোঙ্গা তেকপগা মাম্নদুনা পোৎথাক্রে।

মথোয় অহুম কিলাগী থোং মনাকী উ পাৰী অহুগী মরুমদা পোংথাগ্রে। মুংথিল পোবোপ্তা পোংয়োম মচা অমগা য়াই থুনগী পুজারী অহুম্নু মফম অহুদা থুংলরে।

থিবাদী লাকপগা মানা হংলকই—"থোং হাংজিবয়া ?"

"মুমিদাংয়াইরমদা হাংগনি" হায়না খুমলকই। বিজয়না উকুল-য়াইকুল তৌবা, হুমাংনা পুমলুপ লুপ্লবা পুজারী অহুবু মুন্না য়েংলম্মী। পুজারীগী মাইথোং অহু য়াম্না নোল্লুকই, পুজারীনস্তু মথোয় অনিবু য়াখল চংনা য়েংলম্মী।

বিজয়গী লোয়নবা মরুপনা পুজারীদা হংলম্মী. "কনানো ? কদায়দগী লাকপিবনো ?"

মহাক্না পাউখুম পিরকই--"কোস তরুক লাপ্না লৈবা লান্দা পুমথু থুগায়খিরম্বা য়াই হায়বা খুল অহুলগী লাকচবনি, ননাইগী মিংনা বোধন শাস্ত্রী কৌই।"

বিবাদী অহুনা বোধন শাস্ত্রীগী গোত্র, শাখা, মচা মশু, মপাগী মমিং, ধর্ম,-কর্ম পুম্নমক লোয়না মুন্না হংলে। মুন্না হংলবগী মতুংদা ঈশিং থকউ হায়রম্মী। বোধনদি ঈশিং থকপদা মগাইরি, অহুনা থোজানবীবগীদমক থাগংচরে।

"কৈদোবা লেংবিরকপনো ?" মহাক্না লাকপগী মরম হংলম্মী। বোধননা লাকপগী মরম হায়রকই, "খুনদা ভগবানগী মন্দির অমা লৈরম্মী। লান্দাবশিংনা থুগাইবিরম্লে. মহু অমুক হন্না শেমগৎ-শাগৎনবা মিংথোদা হায়জবা লাকচরিবনি।

অমদগী অনি শুরে—অনিশুবা শাস্ত্রী। বিবাদী অহু মাগী মীচং লৈরগনি খনবদা অনোবা থোনা লাক্লম্মী। বোধনস্তু বিবাদী অহু করিগী লাকপনো হংলম্মী।

মহাক্না শন্দোক্না তাক্লে।

বিবাদীনা হায়রে—"অশোকগীসিমা বিজয়জঙ্গম কোই। জিলজানা

নত্রগা কর্নাটকতগীনি। লহী অমদা চৎলগা থুংনিংবা মকমদা থুংবা গুম্মী হায়বসি মহাক্না য়ানিংদে।"

বিজয়না হায়রকই—করম হায়না য়ানিংগদৌরিবনো? কণ্ড-হাউদি চায়থোকপা অমমুং মোহনভোগ চাবগী কল অমদি অম্তরবু করম্না কাউবা য়াগনি।

বোধন কয়া য়ানিংদে।

বিজয়গী বিবাদীনা হায়রকই- "হৌজিক ঐথোয় অনিগুরে। শাস্ত্রগী অর্থ পিনিংবঃ পিজরো।"

বোধনদি অসিগুম্বা য়েৎনবা অসিদা য়াউবা পাম্রমদে।

বিজয়না কয়েমনরম্মী, "অনি ওয়রগা হেক্তা চুমগদবা নত্তে, অপংবা অনি ভিন্নয়গা অশিংবা শাবা য়াবা নত্তে।"

বোধন শাউরপ তৌরম্মী, অদুবু য়াদি ওাংলমদে।

বিবাদীনা কয়েরদুনা হায়রম্মী—"মসিংদি অদুম কৌই অদুবু তশেংবদি অপংবা হায়বনি।"

বোধননা য়াম্না য়েৎনবা হেনগৎহনবা অসি পাম্রমদে, মরমদি মহাক নিংথৌগী মঙাংদা য়েৎনবা (বাদী-বিবাদী) অমা ওইনা চংবা পামদে হায়রকই—পুং অমা মথায়দা ডায়রেদনা নিংথৌগী মফমদা থুংগদবা, মকম অদুদা অচুম-অয়াল নৈনবনা কয়নি।"

হুম্রিদাংবায়রমগী পুং য়েরবদা শনথোং হাংলে। মথোয় মরি মফুংদা চংলক্লে। কিলা মফুংদা অপিকপা য়ুম মচা ময়াম লৈ মফুদা লাম্মীশিং লৈ। য়ুমশিং অদুগী থোংদা থোংতাকপা অময়ম তাক্রম্মী। থা মায়কৈগী লম্পাকলোমদা মনেমপোক-মযৌগী মন্দির অমদি ভেলী মন্দির লৈ। মকম অদুদা ঈনা হুম্না য়ুম মচা কয়া লৈ, মফুদা পুদোংখিবা অমদি অবাব কয়া থাংনদ্রি অদুগা কুহাশিং শেংদোকপা তাইনদ্রি। অহাংথংবা কিলাগী মফুংদা নিংথৌগী কোমুংনি। তাইহাকী মফুংদা নিংথৌনা মথোয়বু কোম্বুং মফুংদা কৌশিনবীরে। মথোয় পুম্নমক থবকশুবহ্ নত্তা

নিংথৌনা হায়রা থংবা মীওই ভাক্তা ওইরম্মী। মখোয় অহুম কিন্দাদা কমগ্রে অহুগা থবকশুবত্নদি লেপ্তুনা লৈরে।

নিংথৌ মানসিংহ মীয়ায় ওইরপ তৌরবা মীওইনি। মগ্নিং লাউই, শিঙম শোংই, মনাম্ভোম শাংই, মমাই শাংলপ তৌই। নোকফেং-নোকফেং তৌনা চীংলম্মী। ঙক্তনা হকচাং শাঞ্জেল ভৌরনা মশা-মওউ চেকশিল্লি মরেপ রাংই অমদি মথবাক ফল্লি। লিকং শানা মকোয় কুংলপ তৌনা হৌই।

মানসিংহনা মখোয়না লাকপগী মরম খংগ্রবনি অহুবু মরৈ য়েংনবত্নু হেনগংহনবা পাগদে। মমাংঙৈদগী শকথংনরবা অহুবু নৌহৌনা অমুক থংনগে হোৎনবগুম বোধনদা হংলম্মী—"কদায়-কদায়দা অরা-অনা থাংহুনা কোয়চং চৎলীরুরে শাস্ত্রীজী? ভগবাননা ঐখোয়বু ভাকপিহুনা ঐখোয় মশেল অমুক উরবা ফংলিবনি।" মানসিংহগী খোঞ্জেল অত্র লানগী থাংখোলগুমই।

বোধননা মশাগী অরা-অনাগী রারী তৌজে, মরমদি মানসিংহ অমসুং মাগী লোয়নবশিংমা অরাবগী রারী পুরমক ভাগ্রবনি। মহাক্না হায়রকই—"মহারাজ শোক্লে হায়বা ভাজে।"

মহারাজনা মোমোন নোক্তুনা খোশাদনা কোংদোকই, "খরদং খেংখিবনিদা শাস্ত্রীজী। তেন অনি অহুমদং খেংগ্রে, ঐগী মরুপ-মপাং খরদি শিগ্রে অহুগা থরনা শোকপ্রে। অহুবু মখোয়না তৌফম থোকপা মথৌ ফজনা তৌখি, মহুতননি ঐখোয়না লান্দারকপা কয়ামরুমপা নায়োকপা ঙম্নিবনি। মুংঙাইতবা রা অমনা, প্রজা মীয়ামবু মায়া ঙংপিগ্নিবনিনি, অহুমা কুহাশিং অসি হৌজিক ফাউবা শেংদোকপা ঙমজ্রিবনিনি।

মকত্নর অহুদি অহুম উইরুম-উইরুম লেপতুনা লৈরে। বোধননা হায়রকই—"অসুম থোকউ হায়হুনা থোকলিবনি মহারাজ।"

নিংথৌনা খুন কয়ম-করম ভৌরিবগে হংলম্মী। বোধননা মপ্তিরগী ফিউম ফওবত্নু হায়া কোংদোকে থঙ্গুনা হায়রম্মী—"অহানবা লাঙ্গাবদা

চহী চনিয়োম ওয়বা খ্বাইদগী লিরবা মন্দিরস্থ মাংহন ত্তাকহনগ্রে, অমুক শাগৎখ্রে, অমুকস্থু মাংহনখ্রে, হন্দক অমুকস্থু পুম্মাং মাংহল্লয়ে, মহু ঈনা কুপশিনজরে। মহু অমুক হয়না শাবিনবা হায়হনা শ্রীমান্দা হায়জবা লাকচরিবনি।"

নিংথৌনা চিংনদনা হায়রকই, "হায়া কুহাশিং, পুত্রিশিং অমদি ঈশিং-থোংশিং অসি শেংদোকখিগে অহুগা মন্দির শেমজিনগে, হেক ওয়মখৈ মতেং পাংগনি। অদোমস্থু দেশ কোয়হুনা ইনাকখুনবা মেঠশিং-দগীস্থু শেনখায় খর থোমজিন্নবা হোৎনবীয়ু।"

বোধন তুমিন্না লৈরে। নিংথৌদি য়া-ভাংবা লেপত্তরি। হংলকই—"থুনগী লৌ-শিং অমদি শা-যণ কমদৌরি?"

বোধননা হায়রকই—"লম খর শেমগৎপা ওমলে। ঈশ্বরগী থৌজাল লৈরবদি মথংগী চহীদদি লমলেম লৈরিবশিং অসিস্থু লৌ-থোয়বা য়ারগনি, যণ, ঈরোই খরদি লেমহৌরি। অহুবু লমশাশিংনা য়ায়া ওৎ নৈরি।"

"করম কয়ম্বা শাশিং লৈ?"

"লমঈরোই, লমওক, শওয়"

"কৈ-কাদি লৈতয়া?

"হোয় শ্রীমান কৈস্থু লৈ।"

"থুমদা শা তানবা ওবা, মথুৎচুবা মীদি লৈত্রা?

"থুম অদি পিকশিনখ্রেদা! মদিদা মথুৎচুবা অদি-অহুমদি লৈ। গুজর মচিন-মৌপ্‌া অনিগা অহীর লৈশাবী অমগা"

"সুপীমচাশিংস্থু শা তান্নবা! থাগৎনিংঙাইমি থুন অহু!

"মহারাজ অহীর সুপীমচা অহুদি তম্বা হৌগৎলকপদা মঙাইদ্রি গুজর সুপীমচা অহুদি য়েংবদা পেয়ে, মশক মতৌনা কজরিবা, মশা-মউনা ফরিবা, তেন কাপ্পনা হৈরিবা, এক কৈনচিংবস্থু তেন অমত্তনা হাৎপা ওমই।

"কেন অমতনা! ফনবু ফরিনে। তাঙ্গা হেক কংবগা ঐস্মু নোংমা শা তানবা লাকনি, মন্দিরস্মু য়েংগনি। মন্দির শেমজিন-শাজিন্নবস্মু খুনা খৌরাং তৌগনি।

খোধন অনিংবা মথৈ ফংজয়ে। বিজয়গা বিবাদীগা অনিগী অচুম অয়াল তানিংলম্মী, মহাক্তি অচুম্বা তাবা পানবজে। নিংথৌদি য়েংনবা অসি পাম্নমদে। খোধন্না হৌদোক্লক্লে—

"মহারাজনা য়েংনবিবা অসিগী বারেপ অমতং লৌথিবনা ফংগনি।"

নিংথৌনা মখোয়দা নুংশিবা মিংয়েংনা য়েংলম্মী, নখোয় নখোয়গী বা হায়জৌ হায়বগুম্মা।

বিজয়না হৌরক্লম্মী, "লান মন্নুংদদি ব্রাহ্মণশিং অমি বানিয়নদা লৈতে, ঐদি শ্রীমান মসিদা অমুম লৈজে। ঐখোয়দি অহিং-মুংখিল চুম্বা খরায় খুরাক্তা হাণ্ডুনা থবক তৌই অম্বা অনা খংদবমথৈ। পুন্না হিংমিন্নবা হায়বসিবু পুন্সি কৌই। ভগবান শঙ্করগী মকমদদি বর্ণ খায়দে, জাৎ-বিজাৎ খায়দে। ঐখোয় অমগা-অমগা লিংজেল মান্নরিব-মথৈদি কনানস্মু লাকচয়োয়, মখোয়শিং অসিগী অমাং-অশেং অসি ইন্নন্নবদি ঐখোয় চোয়জাইনদুনা শিরমগনি।"

"খুদোংথিরবা অম্বা অনা তারবা মতমদদি ধর্ম পুন্নমকসে মান্নে, মসি সনাতন সিদ্ধান্তনি। অদুবু খুদোংথিবা লৈতবা মতমদদি মদু নিংতম্না তৌনিংবতা তৌবা য়াদে।" দিবাদীনা হায়জই।

নিংথৌনা হংলম্মী, "অতোপ্পা থোরদোকপা সমস্যা লৈত্রবা নত্রা, মসিদরা?" অদুগা মজহুরদা হংলম্মী, 'নংদি কৈদৌবা লাকপনো?

মজহুরনা নোমুকনা পাউখুম পিরকই, "ননাই ঐদি কুহা শেং-দোকপা পানজবনি। ঐ মিনম্বা হায়জয়োই শ্রীমান, মখোয় অমি অসি খুৎথোক্লদুনা ফুনবস্মু লৈতে, মকোক মরু থুগাইনবস্মু লৈতে, চিন্দা পৌদানবতনি। ঐখোয়গুম্মা চিন্দা পোদানদুনা খৎন-চৈনবস্মু লৈতে, গুপ্তগী অমমা অমবু অপাংবা শিনবতনি। সংসার পুন্নমক অপংবা তাক্তা ওইগ্রে ইনিংথৌ।"

নিংথৌনা নোঙ্গিংবা ফাথদুনা হায়রকই, "ফরে নও নথৌ তৌজরো ; নংগী সাখী দরকার ওইরেরোই।"

মঙ্গদুরদু চৎখ্রে। নিংথৌনা বিবাদী অনিদা মায় শনশিল্লম্মী।

বিজয়না হায়রকই, "মহাক্না হায়, চৎনিংবা লম্বীদা চৎলু. ঈশ্বর ফংগনি। সংসারবু মচেৎ তাহল্লগা, ঈশ্বরগী নাম শোল্লগা মোক্ষ ফংবা য়াগদ্রা? বর্ণ খায়দোক-খায়জিন তৌদুনা অমনা অমবু হন্জোয়নহন্নবা শোক্ল-শম্লবা য়াদবশিংবু মীনি খন্দবা অসিগুম্বা নরক অসিদ। লৈরগা বৈকুণ্ঠ য়োবা য়াগদৌরিব্রা? পুম্নমকপু শেংদোকপা ওম্বা গায়ত্রী অদুবুনা অমোৎ-অকায় মবক্ত। থমছিল্লগা কনাগুম্বনা উত্তবদি অশেংবা ওইরোই খনবা গায়ত্রীদুবু কবম্বা গাইত্রীনো?"

বিবাদীনা মখা তানা হায়থহনদ্রে হায়রকই- "মহারাজ! মহাক্না হায়রিবশিং অসি প্রমাণ করিনে।"

বিজয় জঙ্গমনা পাউখুম পিরকই—"ঐখোয়গী রাসব পুরাণনা প্রমাণনি, ঐনা লানগী মতমদা মীয়ামদা লিদুনা তাইনখি।"

বিবাদীনা হায়রকই— 'সংসার অসি পাপ অমস্তুং পাপীনা পীক থল্লে। ভজন অমস্তুং ত্যাগতনা পাপশিং অসিবু কোকহনবা ঙমগনি। মহাক হায়রি, পুন্সিদা নৈশিদুনা লৈয়ু, মিকুপ খরদংগী ওইবা পুন্সি অসিদা ময়াদা তাউদুনা শুমহত্তুনা লৈয়ু অদুগা অমুক্তং নমঃ শিবায়ঃ' হায়রগা হেক্ত বৈতরণী লাল্লগদবা মতাগুম।'

শাস্ত্রী অর্থ অয়োবী থাক য়োরকপা উবদা নিংথৌনা নোক্তুনা মখুৎনা ইঙ্গিৎ তৌদুনা ইংথহল্লম্মী। হায়রকই—"মসি কায়দবদা পংয়েৎ য়েংনবা মাল্লি, ঐদি শাস্ত্রশিং পাদরি।' নিংথৌদু মিকুপ অমতং তুমিন্না লৈরম্মী।

বিজয়না মরক থত্তুনা কলপ্না হয়রম্মী—"শাস্ত্র পারম্ভ্ পাত্রবম্ভ্ তাদদি তাবিয়ু' নিংথৌনা ইঙ্গিৎ তৌদুনা ইংথহল্লম্মী।

নিংথৌনা মুক্তুনা হায়রকই—'তপস্যা হায়বসি মগুণ য়াম্না লৈহনি অদুবু ঐনা তাবদা তপস্যা তৌরিবা মীশিংনা অক্ষিবা অমম্তুং নাপলনা

মরম ওইদুনা মশানা নশাবু নমথৈ, অদুগা অতোপাবুসু মমথমবা খুৎলাই ওইনা শিজিন্নরকই। অসিগুম্বা মীওইশিং অমি-সংদার অমিদা মগুম মাংথরকলবদা মখোয়না হেন্না মগুন-লৈনিংবগী আশাদা অঙকপা মওংগী থৌপ্লাক-কম্না অভাউবগুম তৌথোরকই।"

নিংথৌ তুমিন্না লৈপ্রে, মখোয় অনিসু তুমিন লৈরে। বোধনসু য়া-লান অমতা ভাংদনা চেৎনা ফমহুনা লৈরম্মী। মখোয় অনি অহুনা খল্লম্মী, নিংথৌনা য়ায়েলবগুম। অদুবু কনাগী মিচংদা লৈরিবগে হায়বহুদি খংলমদে।

নিংথৌনা য়ারোইশিন ওইনা হায়রকই--"কান্নদবদা ফম-ফমহুনা চিনবুংগী লান তৌবা ফত্তে, কর্মনা মরুনি। থবক লৈথোকপা পাম্বা মীনা লৈথোক্কবা থিবগুম্বনি।

ভাহাক্তি পুমচিক চিক্লম্মী।

বিজয়না তুমীন লৈবহু থুগায়হুনা হায়রকই—"য়াসব পুরান্দা মসি-মীনম্বা অমসুং তৌশিন্নবশিংগী মরম ওইনা তাক্লি।"

বিবাদীনা হায়রকই—"হোয়নে, ঐখোয়গী শাস্ত্রশিংদসু অমুম হায়রে।"

বোধননা শোল্লপা ইংনা মত ফোংদোকই, "বোধ-শাস্ত্রদসু অসিগুম্বা য়াসি ইবা থেংনৈনে।"

নিংথৌনা নোক্কনা হায়রকই—"ঐদি খংদে, মীনা হায়নবা তাবদগী হায়বনি। ঐদি শাস্ত্রীসু নত্তে, পণ্ডিতসু নত্তে, ঐনা হায়জ-গদবদি খংন-চৈনবিগনু অসিতনি। থবক খর তৌবিয়ু, তুংদা লাকদবা খুদোংথিবশিং মায়োক্কবা ভমনবা, মরমদি লান্দাবশিংনা মীয়ামবু হয়া-হন্না নৈহৎপীবসি খাংভমদ্রে।"

বোধনদা থাজহন্দুনা হায়রকই, "ঐ য়ায়া থুনা অদোমগী খুনদা লাক্কনি।"

## (৭)

হুমিং য়ুংবা মতুংনি। হুংশিং অশাবা শিংলম্মী। লাথীগী মমা'হু তুমেল খোংবানগী অশংবা নাপীদা ষণ শেনবা চংলম্মী; মকম অহুদা মহাক উরুমদা পোথারম্মী। লাথীনা য়াগী তেনজৈ অহু তেনথাউদা হাপচিল্লগা মনংগন্দা য়ানশিল্লে, ময়েংবান অমদা লিরুং য়ানশিল্লে, মথ্বাংদা ছুরী য়েপশিল্লে অহুগা মখোং খোংউপ তোংদনা মিয়াগী ময়ুমদা থুংখ্রে। অতৈলসু য়াগী ষণ লাবা অমিগা অমোম অমগা পুহনা তুমেল তোর্ব্বান্দা লাপ্না চংখ্রে।

"হৌজিক হুংশা কল্লি, ডাইহাক লৈরগা চৎসি" মিয়ীনা তম্মা হায়রম্মী। লাথীনা হায়রকই, "লমওক্কা লমঙ্গেরোইগদি হৌজিক তুমেল খোংহুংদা ওনখোইহনা লৈরমগনি, অইহাক লৈরদি মখোয় অসি উমংদা মচীঙ্গাক চাবা চংখ্রগনি। ঐখোয়না থিবা য়ারোইদ্রা? চংলসি, হুংশিং অশাবা শিংচরবসু কৈগু য়ারোয়।"

"নথন্তা চংলো।"

"য়োংকী তেনজৈ অনিদং পিয়ু, য়াগী তেনজৈ অসিনদি করিসু ওয়রোয় অহুগা লমওক্কদি তুকচংবু চংলরোয়।"

'অহু হায়য়ুক্না, ঐবু হোবা লাকপা নত্তে, তেনজৈ লৌবা লাকপনি, মন্না?"

"হন্নক মহৈ-মরোং নিংথিনা লোক্লবদি য়োংকী তেনজৈ অফবা শিংগনি অহুগা মহৈ মরোংসু পৈশিনগনি।"

"করে, চৎলসি।"

"অনি নত্রবসু তেনজৈ অমতংদি ঐঙোন্দা পিয়ুদনা।"

"য়াম্বুংদা হায়য়ুদনা, মাদি তেন য়াম্না হেক্তা পিথোরক্কনি।"

"কনানসু হেক্তা পিরোয়দা।"

"অহুদি হুমিং চলয়ুংবা অসিদা থন্নবা লাক্লিবনা?"

"ঐবু লাকহল্লিদ্রবদি ঐ চৎলে।"

"হোয়নে, থুংলুয়ো উবংদা, মকম অছুদা য়াবুংগা থেংনরনি, মঙোন্দগী তেন লৌজরুচো।"

' উয়রবস্তু ফয়ে উয়দ্রবস্তু ফয়ে কৈস্তু অকায়বা লৌত।"

''লাখীছু মমায় লৈষ্নুনা চৎকে তৌরম্মী।

নিন্নীনা থেমলম্মী, "ভাইথোনে! হেক্তা শাউবসিবো!

চৎমিন্নসিনে। তেনজৈস্তু পিগে।"

লাখী মতুং ওষ্মোক্তুনা লেপখ্রে, মুংশা মশী হোন্নী। নিংখিন্নবা থবাক অছু হায়গৎ-হায়থ নোন্নম্মী। নিন্নীনা তেনজৈ, লিরুং, ছুরি পায়রে অছুগা খোংউপ উপশিল্লে। লাখীগী খোংউপ উপতবছু উরগা মহাক নাপল হায়রপ তৌজৈ।

হায়রকই—"কৌ থর কাররুবদি নংগীস্তু খোংউপ অমা শাউদনা।" লাখীদি শাউরি। শাউবা লোৎতুনা নোক্তুনা হায়রকই, "য়োংকী তেনজৈ শাবা ভয়বা কান্দা খোংউপ শাগনি।"

নিন্নী ইংথনা হায়রকই, "ফিভম থর ফররুবদি ঐগী খোংউপ অহনবা অমা শারগা মসি নঙোন্দা পিথোকনি।"

নিন্নীগী মখোং থর চাউই, মহাকী খোংউপ অসি উপ্পগা চৎলবদি কোম্বনা ফক্রাক কক্রাক লাউরনি, কয়িৎম্বা মসি উপ্পগা চেল্লবদি খোং-উপনা অমদা খোংনা অমদা লৈরনি, মসি থনলুবদা লাখী নোক্লিংলম্মী।

হায়রকই, "মছুদি খোংউপ তোংদবনতুম ফরনি, পি হায়বস্তু থোকপা, ঐঙোন্দস্তু কান্নদবা, কৈদৌননি।"

লাখীনা নোকপছুদা নিন্নী হরাউয়ে। তেনখাউদগী য়োংকী তেনজৈ অমা লৌথোক্তুনা পিরে, অছুগা হায়রকই, 'মাংথ্র-খোংথ্রবস্তু অমগা অমুক পিগনি।'

লাখীনা তেনজৈ অছু য়াম্না পামজনা তেনখাউদা হাপচিল্লে অছুগা মখোয় অনি চৎমিন্নম্মী। থুনগা-উবংগা ভাইনম্মী, অমরোমদা তুরেল চেল্লম্মী, মুংশিং অশাবা কম্না শিংপনা ঈশিং-ঈচেল অছুগী মখোন

খোক্লম্মী। মহু উজরগা মখোয় অনিনা পেজরম্মী। ঈচেল অসিগী মনাক্তা লমওক অমদি লমগী ঈরোই ওন খোইদুনা লৈরমগনি হায়বা রাখল খন্দুনা মখোয় অনি অহু হরাউজরম্মী। মখোয় অনি তুরেল তোর্ব্বান্দগী লৈথোক্লগা উমংলোনদা চংখ্রে। মখোয় অনি খুৎ নামনা য়োংকী তেনজৈ অমমম পায়রম্মী, অদুগা মখুৎ নামনা জিরুং পায়রম্মী। লাথীদি মখুত্তা ইন্দ্রগী ব্রজ পায়বগুম থম্লম্মী। উমংদা খোংথাং তপ্পা-তপ্পা থাংদুনা চংলম্মী। মুশিংকী ঈপোম্মা লৈঙোই অমদি তাদুনা লৈবা অকংবা উনাশিং অহু শিংকৎলকুন। নিম্নীগী মৈশা লাংলবা মথজায়দা অমদি লাথীগী পুলৈ কুচু মানবা মথজায়দা য়ৈরম্মী। মখোয় অনি মকোক থুম্নম্মী অদুগা থাংদগী থুখোম য়োনা চোনবা অথাবা ফি শেৎলম্মী। মথবাক ফাজিন্নি, মবুক শিংলি অদুনা য়েংবদা খমথেংনা নিংথিরম্মী। গুকশমদা চারিক পরেং, খুজেংদা চে ক্লিগী খুজি শিরম্মী, অদুগা খোংজিদি শিরমদে। উফুল পকপা মবুক অদুদা হমাং মরি-মরি চেম্বগী লৈই চিংবদোনা ময়ি ময়ি চেল্লম্মী। মুংশিং অইংবা থর-থরম্ব কংলক্লি। নিম্নীগী কোয়রাউনবা মমিং অমদি লাথীগী খুতক তৌবা কাজল থাবা মমিং অহু অমংবা উরুমদা রাখল চংনা করিগুম্বা অমা থিরম্মী। মখোয়গী মিংয়েং অহু হেক্তা চোংশিল্লগে হায়বগী মতাগুম্মী।

মখোয় অনিহু উমংগী লৈতোং লৈকুৎ লান্দুনা খর লাপনা লাক্লে। তুরেল তোর্ব্বান্দগী লাপথোকখ্রে। নিম্নীগী মথনাউ কংলম্মী।

মহাক্না তপ্পা হায়রকই—"তুরেল তোর্ব্বানলোমদা চৎসি ঈশিং থৌরাংলে।"

লাথীনা মুরুম মুরুম শোল্লম্মী – "খজিক্তংসিদা!"

নিম্নীদো শাউবনা মনাতোন কায়্লম্মী।

"থকওই," মহাক্না রাখল অসি লেপ্লম্মী, "মুমিদাংবাই কাউবা থকলোয় নংনা থককে হায়রবস্থ পিথক্লোয়।"

লাথীনা তুমীন লৈনবা ইজিং তৌরম্মী। শাদানবা নত্তনা মখোয় করিম্ব থংদবগুম তৌরম্মী, অদুগা মখোয়নি চেকশিন্না চৎপা হৌরম্মী।

থকরকই, ঈরোইং অনি থবথবা, কেনইজ্জা লোয়না চেনুবা লুপ্ত্রবদি নিংথৌবী শেন্দোঙ্ক শিংবদি ওয়ত্রোই।

নিন্নী মোংশোং মরম্ভা ছায়া য়াংনা লাখীনগী হেবনো মঙ্গলগ চংখ্রে। লেপতুনা নত্রনা লুকথত্না চৎপগীস্থ য়াবা নস্তে, কান্নবা মরুপ্তা শিন্তুনা চৎকদবনি। মখোয় অনি মরুপ্তা শিন্তুনা চৎলম্মী। মথবাক অতোংবা অত্থু মুংদা অমদি তিংখংশিদা থেং থেংতুনা চৎলম্মী। মখোয়গী থবাক অত্থু মুংগা তিংখংগা থেংনবা ওন্নবী মখোয় করিস্থ থৌশাত্রমদে। মখোয়গী মকোক্তা য়েৎলিবা ফি অতু তিংখংদা পান পনত্না চৎলম্মী অতুবু তিংখংনা পল্লিবা অতু তপ্পা তপ্পা লৌথোকচে। নিংথিরবা পাম্বোমশিং অত্থু তিংখংনা থেৎপদা ঈনা পরেং পরেং ইঙাং ওাংলম্মী। হুমাং অত্থু উফুল অমদি মুংশানা কংশিনহল্লম্মী। তিথংনা পনবা মফি-মরোল অত্থু চেকশিন্না তপ্পা লোথোক্লগা শেমজিল্লি। থাউ তৈদবা অক্ষাবা মশম অতু মুংশিংনা হুমজিনবদা উফুল-রাইফুল অমদি উনা-রানাশিংনা পিক থনখ্রে। মখোয় অনি অতংপা লৈতনা তপ্পা তপ্পা চত্তুনা চীংদোল য়োৎখ্রে করধঙ্গ পাম্বী অমগী মখাদা লেপখ্রে। মখোয় অনি তেন চিংহ্নুনা লেপ্লগা কোয়য়েং য়েংলম্মী অত্থুবু করিস্থ উবা ফংলমদে। মখোয় অনিগী থুকউ অত্থু থম্ন থম্ন তংখ্রে, অত্থুনা মুংশিংকা থেংনবদা চীক-চীক লাউরম্মী। লুকথরগা থম্ন নানথোক্লে অত্থুগা পোথাবা ওইনা ফমথরে, অতুবু মনাদি শিংনা তারম্মী। মুংশিং তুরেললোমদা শিৎৎম্মী। মুংশিং কন্না শিৎপনা উশিংগী শ্রে-শ্রো লাউবা মখোল হৌনা থোরম্মী। মিকুপ থরগী মতুংদা তুরেলগী মায়কৈরোমদা মুংগা থেংনবগী মখোল তারম্মী। মখোয় অনি খংপ্রেক খংনা লুকথত্না য়েংলম্মী। অত্থুবু করিস্থ উদে। লেপথৎপদা উরে, তুরেললোমদা কমৎক তচৌবা তনিংথক চৎলে। ওাইহাক্কী মমুংদা তুরেল তাবা লোকলোমদা কুমথখ্রে।

নিন্নীনা হায়রকই—"মখোয় অনি ঈশিং থক্লগা হনখ্রগনি।"

লাখীনা য়ানিংদে, "মখোয় অনি ঈশিং থক্লগা তুরেল তোর্ব্বানগী কোম অমদা ওন-খোইহ্নুনা লৈগনি, ওাইহাক ওাইখো।"

ভাইহাক পল্লগা মখোয় অনি চীংদোন অতুদগী কুমথরক্লে। মখা য়েৌরগা ভাইহাক পোত্থারে। খ্বাংদা য়েংলিবা ফি অদু লৌথোক্লগা কোক্না য়েংশিল্লে অদুগা তুরেল থোংবানলোমদা য়াম্না চেকশিন্না চৎলক্লে।

মপোলতা তাদুনা মখোয় চৎলম্মী অদুবু সুংশিংকী মখোল নত্তনা করিসু তারমদে। মখোয় লমওকনা কুমথখিবা লোকলম অদুদা থুংলয়ে। লোকলম অদুদা থোকক্কম অমা লৈরম্মী মদুদা লমওকী খোংগুন তারম্মী। লোকলম অদুগী মথক্তা মোংশোং অমা লৈরম্মী। মথুৎনা পায়রিবা তেনজৈ অদু তেনথাউদা হাপচিল্লে অদুগা লিরুং অদু ময়ানা চীক্লগা মথুৎনা অডম্বদা পারদুনা মবুক্তা শিংলগা মোংশোংলোমদা কাথৎখ্রে।

মথক য়েৌরবদা তপনা মুংশাখর হোন্দোক্তুনা পোত্থারম্মী। মমায় থাংগত্তুনা মখাদা য়েংথরম্মী। মখাগী লৈতোং অমগী মরুমদা লমওক অমা মওক লিন্দোকপা উরম্মী অদুগা অমদি উখিদ্রে!

লমওক অদু মতু চোম্মী। নিন্নীনা মোংশোং মরুমদা লুমদুনা ওক অদুগী মওকশমদা তেন্না তমদুনা কাপলে। তেঞ্জে অদু মওক্তা পাল্লদুনা ওক অদু ঈশিংদা ওস্থরম্মী। অদুদগী চোংথৎলক্তুনা তোকর্ব্বান্দা কাথুংলক্লগা কন্না-কন্না থোংলম্মী! অতোপ্পা অমদুনা তুরেল খোংম্নুংদগী থোরক্লগা উমংলোমদা চেনখ্রে। মতোন্দদি লাখীগা নিন্নীগনা তেন কাপ্পা নংহৌদরে।

লমওক্তা থোংবা লাংবা অদু তারগা মথকী লৈতোং অদুদা ও! ও! খোংবা মখোল অমা তারক্লম্মী। ভাইহাকী মস্নুংদা মপুংফানা চাউরবা লমঈরোই অমা লৈতোং অদুগী মথক্তা কাথৎলগা লেপ্লয়ে! শিংগদৌরবা ওকনা ওনথোক্লরিবা অদু ঈরোইদুনা মুন্না য়েংদুনা লৈরম্মী। ঈরোই অদু লৈখোম-লৈনাং তৈরম্মী, অদুনা খর চাউনসু উরম্মী।

মখোয় অনি তেনথা থোংলম্মী, অদুবু লাখীনা হান্না তেন কাপখ্রে অদুগা নিন্নী কাপ্পা নংহৌদ্রে।

"মুংশিংকী ঈপোম কনবনিনা তেন অহু মকোক্কা পান্নোয়, নক্সগা মকোক্কী শরুদা পান্নবদি করিম্ভু কান্নরোয়।"

"ওহো! য়াম্না থুংচুম্বা জাং ওইরে।"

"ওসি নক্সবম্ভু মতম অমদা উংকনি থুং কয়াম চুম্বগে হায়রবদো, পিয়ুনে তেনজৈ অমা। নং ওক অসি শেম্নরম্মু, ঐগী ঈরোই খিরুখিগে।"

"পিরোই। রাগী তেনম্ভু লৌরবদায়। নোংমদা তেনজৈ ফনি করম্না মাংহনগনি?"

"পিরম্নু ফবে, ঐনা রাগী তেনসিনা ঈরোই অহুম খিজরুরগে।"

লাখীনা ঈরোই খিনবগীদমক শাউনা মমায় লৈথোক্লুনা চেংলম্মী।

মিন্নীনা থিংলম্মী "ঐগী কোক ফাউবা শায়রগেরা? ঙাইথো! চংমিন্নসি। লাখী ঙাইয়ু য়াদ্রে, নিন্নীনা চেন্দুনা মাবু তাম্নরে।

হায়বকই, "নংগী মওংসিদি মুংঙাইখিদ্রে, য়ুমগী ইনম্মা ওইদুনা লাক্লবদি থাংবকা ঙম্লোইদোরি।"

লাখী মৈ হৌরমখৈ শাউরম্মী।

শাউরম্না হায়রম্মী, "রা হায়গৎ হায়গৎনা ঙাংইনা! মহারাণীগুম! তেনজৈ থরগীদমকপু অহুক পোংবা হোনব্রা? ঐ রাগী তেনজৈ অসিনা কদায় ফাওদা তৌবা ঙম্বগে হায়বহু উংলবদি নঙগী য়োংকী তেনজৈ অসিনবু ঈরোই হাংপ ঙমদ্রবদি ঐগী ইমিং লাখী নক্রেদনা?"

নিন্নীনা চেনশিন্দুনা কোনগে তৌরকই, লাখীনা হন্দোকই। হায়রকই—"ঐবু মফম অসিদা থনম্লো, পুজথো নঙগী ওক। নংনা গুজরনি হায়দুনা নাশল য়াম্না তৌজবদায়, ঐম্ভু অহৈরনি করিম্ভু হম্বা নরেনা।"

নিন্নী হন্দে, নমদুনা মখুত্তা য়োংকী তেনজৈ পিরম্মী। "ঐম্ভু নংম্ভু অনংবা ঙাক্লনি, ঐথোয় অনি অমত্তনি। নংগী সম্পত্তি নম্বানি,

ঐগী সম্পত্তি য়াম্বুংনি। নং অসি ঐগী অমদি মহাক্কী ওইহুনা লৈরগদবনি, ব্রারৌগম্ !" হায়না নিম্নীনা হায়রকই।

লাখী তেনজৈ লৌরে। মমায় লৈথোক্লগা হায়রম্মী, "নঙোন্দা কনানা হায়, নংগী য়ুমদা ঐ লাক্লুনা লৈরনি হায়না।"

"কমাগুম্বনা হায়বা হায়দবা লোয়না খংনখ্রে। নংগী নমিৎকা মাগী মমিৎকনা ইফোং ফোংনা হায়রেদনা।"

"নংগী নমিৎনা হায়রিনি, মৈরিক্কগী মৈজাওবী তৌহল্লিবসে !"

"পুজারী বাবানা গ্বালিয়রদগী হল্লক্লগা য়াম্বুংদা হায়রিবসিদি।"

"হোয়নে নংসু গ্বালিয়রগী মহারাণী ওইরনী হায়রিনিনে ?"

"মরাইবক থিবনবু করি ওইনি, ঐদি রাই তুরেল অমদি নিংথিরবা উমং-ব্রামং অসি থাদোক্লুনা গ্বালিয়রগী কিলাদা জেলদা লৈবদোনা লৈবদি লৈরোইনা নংবু ঙাউরবরনে ?"

"নংহুন ঙাউজ্রিবরো, ঐনা নখোয় য়ুমগী মীনাই মুপী ওইনা লাক্কনি খল্লিবহুবো ?"

"নত্তে, লাখী ঐখোয় য়ুমগী রাণী ওইননিনে।"

"অমুক হায়রেদো ব্রা অসে, নংনা অচুহায়না হায়রবদি ঐদি কপ্পনি। চৈথাংলগনি। ইমাদা হায়দোক্কনি, ব্রাশকউ নঙোন্দা কনানা হায়।"

"য়াম্বুংনা"

"কৈদোউৈ ?"

পুজারী বাবানা গ্বালিয়রদগী হল্লক্লগা য়াম্বুংদা তাক্লে, নিংথৌ শা-ভানবা লাক্কনি হায়রে, মন্দির শাবিররগনি, মথংগী চহীগী খাজনাসু কোকপিরগনি।"

"নয়াম্বুংনা হায়রিবা, ঐনা হংগনি মহাক্কা হায়ব্রা হায়না।" নিম্নীনা মাবু কোনশিল্লে, লাখীসু য়ানিংদবা তৌদ্রে। হায়রকই, "তশেংনা হায়রু, নংগা য়াম্বুংগা অসিগুম্বা ব্রাসি হায়নখ্রবরনে ?"

লাখীনা মমায় লোত্তুনা হায়রকই—"অসিগুম্বা ব্রা হায়ববু করিনো ?"

নিরৌনা তেনখাউদগী য়োৎকী তেনজৈ অমগা লৌখোক্লে অদুগা হায়রকই, "ঈরোই অহ্ শিরমন্ত্রবদি খুদোংথিবা য়ায়েক য়ানবগীদমক তেনজৈ অমি সুপন্সু-ঐ অক মনাক্কা চংলে. ফুনা হায়রকউ।"

লাখী তেনজৈ অমি পুরগা ঈরোই থিবা লাক্লে। নিরৌ অক মনাক্কা হায়রকলে।

লাখীনা অশোকপা ঈরোই অহুগী খোজ্ ন জিহুনা মিং-না শিংনা তপ্পা চংলম্মী। মুং অমদা ঈ মরিক তাবা থেংনরে। মাংদা ঈ মরি-মরি তারম্মী। মাংদা অকোকপা লৈপুং অমা লৈ. মহুদা কাখৎলগা কোয়েং য়েংলম্মী। মোংশোং অমগী মনাক্কা ঈরোই অহু মুংশা মপী হোল্লগা কুন্দুনা কমহুনা লৈরম্মী। লাখীনা তেনখাউদগী য়াগী মচীন তুম্বা অচৌবা তেনজৈ অমা লৌখোক্লগা ঈরোইগী মণ্ডকশমদা ওম্বমথৈ কয়া কাপ্লম্মী। তেনজৈ অহু খজিক্তং চংলগা তোক্লে, ঈরোই অহু হোৌগৎলক্লম্মী অদুগা লাখীবু উবদা শাউবনা মৈ হৌরহুনা মমৈ থাজৎতুনা লাখীদা হোৎ-চিল্লক্লম্মী। লাখীদি লৈতোংদা অহুম লেপতুনা লৈরম্মী মরমদি ঈরোইনা কাখৎলকপা ওয়্রোয় হায়বসি মহাক্না খংলম্মী। অহুবু মহাক্না য়োৎকী তেনজৈ অমা অমুক্কা লিয়ী চিংহুনা কয়া ঈরোইগী মমিৎ অনি কারক মরাইবক চপ চানা কাপ্লম্মী। তেনজৈ অহুনা ঈরোইগী মরাইবক ময়ায় চপ চানা পান্দুনা উয়ুংদৌনা য়ুংশিনখ্রে, ঈরোই অহু মরু লুকথহুনা তেনজৈ অহুদগী নাম্থোক্লবা মখোংনা লৈবাক্তা খ্রো খ্রো খোৎলগা তুথখ্রে। কয়িগুম্বা হোৌগৎলক্নুনা চোংশিল্লক্লবদি খন্দুনা লাখীনা অনিশুবা তেন অমুক্কা কাপ্পবা লিরীদা তেনজৈ থোংলম্মী। ঈরোই অহু মণ্ডক লেকথরক্লে অহুগা য়াগী তেনজৈ অনি অহু মণ্ডকশমদগী কেন্দুনা তাখ্রে। ওাইহাক লৈরগা মখোং অহুম্সু তিংথোরক্লে, মণ্ডক অমুকন্সু থাংগৎলক্লম্মী। ঈরোই অহুনা য়-য় হায়রকই অহুবু হোৌগৎপদি ওমদ্রে। শিরে হায়বা-লাখীনা খংলে।

লাখীনা নিরৌরোমদা-ওন্দুনা কয়া কৌরম্মী অহুবু নিরৌদি তারমদে। হয়াউমনখিহুনা লাখীহু পুংথায় অমরোম লেপতুনা লৈরে। অরোইবা ওইনা ঈরোই অহু লেংলগ্লগা মখোং চপ তিংথোরক্লে। পুমশি-শিরে।

য়োংকী তেনজৈ অহু জিরী থোংহুনা লৈতোংদগী কুমথরক্লে, অহুগা মহাক খোংফম শেমহুনা চেকশিন্না চংশিল্লক্লে। মহাক ঈরোই মনাক্তা নক শিল্লমদে, লাপলপনা কোয়রম্মী। ঈরোইগী মমিং অঙাংবহু উবগা লাখী মশা পুম্বা তুজুংলম্মী। ঈরোইসি কয়াদা তমথিরিবনো, মহাক্না খল্লকই। তেনজৈ চিংহুনা ঈরোই মনাক্তা চংলক্লে, পুমশি শিরে হায়না খাজরে।

কোয়য়েং য়েংলগা মকোক লোমদা চংলক্লে অহুগা চৈনা নমহুনা য়েংল্লম্মী। রাগী তেনজৈ অনি তেনখাউদা হাপচিল্লগা মথবাক্তা লেংলিবা তেনজৈ অহু মথুং অনি চংহুনা চিংলকই। শংপা ঙমদ্রবদা মখোং অনি অহু ঈরোইদা নেৎতুনা মুক্লগা তেনজৈ অহু শংলে। মরাইবক্তা হুংলিবা তেনজৈ অহুসু য়াম্না রানা শংলগা তেনজৈ অনি অহু পুরগা নিম্নীগী মনাক্তা লাক্লে।

"ফংলব্রা ?" নিম্নীনা মাবু হেক উবগা হংলকই।

"ফংলে, ফংলে, য়েংউদনা শে।" ঈ ইতৈ ঠৈবা তেনজৈ অনি অহু উতুনা পাউথুম পিয়কই।

"ঐস্সু য়েংগে !" য়াম্না লাংহুনা, কৈ-কৈশালক অমত্তা সোমদা লাক্লরোই।" নিম্নীনা হায়রকই।

মখোয় অনি চেন্দুনা ঈরোইগী মনাক্তা য়োখ্রে। নিম্নীনা ঈরোই অহুবু মুন্না য়েংলগা মপুক্লিংদা রাশক্লম্মী, "তেনজৈ অমথক্তনা ঈরোই অমা হাৎপা ঙমদ্রবদি ঐগী ইমিং নিম্নী কৌবা মতিক চাদ্রে।"

হায়রকই—"রাগী তেনজৈনা করিগী মঙক ফাউনা লেংদ্রিবা ? নত্রগা মকোক অসিবু করিগী ফাউনা লেংদে ?

"কদায়দগী ঙমগদগে, ঐনা নাপল তৌহুনা পংঙাং ঙাংবগী রানি, ইতা"

"ইতা হায়মু, ইচন হায়য়ু ! ইচন !"

"অমুক হৌরক্লে অসিগুম্বা ফজদবা রাসি"

"ফজদবা রা নত্তে, য়াম্না নিংথিবা রানি, নংদি নশক-নতৌম্সু নিংথিনা !"

"নঙোন্দগী হেন্না কজত্রা ঙৌত্র', ঙাংত্রা ?"

"করে, মতম খর ঐ নংবু ইনম্মা হায়খিরোই, অদুগা নংনস্থ ইচন হায়খিন্নু। য়াম্নুংগী মমাংদা হান্না চেৎনরম্বা রাঙাং অদু অদুম ঙাংনখিসি, কনামতা খংহনগুমসি।"

"কয়াদা নুংঙাইনা মং মংলিবা ? শাশিং অসিবু পুন্নবদুম খল্লু।"

নিন্নীনা নোক্না হায়রকই, "ঈরোই অদু নংনা থাংলো, ঐনা ওক অসি য়ান্দুনা পুরগে।"

"অরে রাম !" লাখীনা হায়রকই, "ঐখোয় অনি চংদুনা ওক অদু পুবা কাওবা ঙম্লোই, ঈরোইসিদি মী মরি মঙা চংগনি।"

নিন্নীনা বুদ্ধি তৌদুনা হায়রে "ওক অসি মখোং পাইদুনা পুরসি অদুগা ঈরোই অসি খুনগী মী কৌরুরগা পুহল্লসি।"

মখোয় অনি ওক্কী মনাক্তা হল্লক্লে। মখোয় অনিনা ওক অদু থাংনবা হোৎনরম্মী অদুবু ঙমদ্রে, নিন্নীগী মরিংজেল ফুদোকরক্লে।

"ঐ মখোং অসি পাইরগা কমথরগে, নং ঐগী নঙ্গন্দা ইনখৎলকউ, লৈজবী থাদুনা ইনখৎলকউ, ঐ ইতোমতা পুজরগে।"

"নতোমতা !" লাখীনা অঙকপা ফোংদোক্লম্মী।

"হোয়নে, ইতোমতা নঙ্গন্দা পোদুনা পুরগা লোয়রে, ঐখোয় অনি চংবা য়াররোই ; নং ঐগী খুলাইশিং অসি পাইশিল্লু।"

কন্না হোৎনদুনা লাখীগী মতেংনা নিন্নীনা ওক অদু মনংগন্দা পোখৎলে। তুরেল মপান্দা অম্নুম লাক্না মখোয় অনি হুমিদাংবাইরমদা খুন্দা থুংলরে। নিন্নীনা য়ুম হেক য়ৌরগা ওক অদু বোম লাউনা থাখরম্মী। খরনা খুন্দা, খরনা মপান্দা লৈবা মী লোয়না লাক্লে। ঈরোইগী লৈফম তাক্না, মদু থাংননবা মী তরুক চংখ্রে। লাখী ময়ুমদা হল্লগে তৌরিঙৈদা হুপী অমা লাক্লগা পাউ অসি পিররে, "নমাদু নুংশিৎ অশাবা থেংনরুদুনা য়ুমদা রাম্থদুনা লৈহৌরে।"

লাখীগা নিন্নীগা চেনখ্রে।

( ৮ )

মখোয় অনিনা থুংবা মতমদদি অহল্ল অহু নাম্বকা নত্তনা শিরকে। লাখীনা রাম্ব-রাম্ব কপ্পম্মী, নিম্নীস্সু কপ্পে অহুবু লাখীগী হৌকম খম্ববা অরাবা অহু উরগা নিম্নীহু হৈংখ্রে।

লাখীনা হায়রকই, "হৌজিক ঐগী কনাস্ম লৈজদ্রে।" নিম্নীনা থেমজিনলম্মী, "ঐখোয় লৈরিবসিদি, পুন্সি চুপ্পা নংগা থানরোই।"

অতোপ্পা মুপী ময়ামস্সু লাক্তুনা থেমজিনরিরে। অমন হায়রকই, "ঐখোয়না চীংহুংদা লোংলিজৈদদি ইমা শিবদা কপ্পা ফাওবা ফংবা নত্তে। কপ লাউবা তাগদ্রা হায়দনা। ঐখোয়না হিংলিবমখৈ নংগা লৈমিনগনি কপ্পা তোক্লো। যণগী সেবা তৌহুনা, য়ুমদা অরৈবা খর চা থক্লুনা লৈবু, লৈত্রগনা ময়ামনা খায়নহুনা পিগনি, উমং-রামংসু লৈরিদনা, ভগবাননা পিগনি।"

অটল লাক্লে, মহাক্সু থেমজিল্লে। হম্নুবী অহুগী পোংলোইনবা থৌরাং তৌরে, অশোমদনা শগাইদা হাপহুনা ঈরোই অহু পুক্লে। অটলনা থৌরাং তৌহুনা হম্নুবীগী অশিবা মশা অহু পোংলোইনবা পুখ্রে।

অটলনা পোংলোয়রগা হল্লকপদদি অহিং ওইরে। অহুলগী মুপী-শিংগা লোয়ননা লাখী তুরেলদা ইরুজরা চংলম্মী। য়ুমদা হল্লকপদা কনাস্মু লৈরমদ্রবদা অমুক কপ্পম্মী।

নিম্নীনা হায়বকই, "ঐখোয়স্সু অসিদা তুমলো হায়ব্রা নত্রগা ঐখোয় য়ুমদা চংলসি হায়ব্রা? ইহাং হাংবা য়ুম অসিদা নত্তোমতা লৈহৌবদি লৈহল্লরোই।"

অটলস্সু তকশিল্লে।

লাখীনা খল্লি, অস্সুম্মা মীশী য়ুমদা চংলু অপ্রমারে, মাইমকা! করিদি উপাই লৈ, অহাংবা য়ুম অসিদা তত্তরনি। মী শিপ্রবা য়ুমদা ইতোমতা করম্না তুম্বা ওমগনি। অহুবু ইমা হেক-শিবগা অটলগী য়ুমদা চংপা হায়বসিস্সু খল্লুবদা অরাবা অমনি।

অটলনা তুমিননা কায়নবগী অৱাবা য়েংতুনা মাঙোলদা পুল্লিব। যণ অতু থাদোক্লে।

হায়রকই, নিন্নী নংনা মাগা কোল-লিবকা লোয়ননা লাকমিন্নরো। লাখী য়াদবা ঙমখিদ্রে। অটল যণ পুতুনা ময়ুম চংখ্রে।

খুনগী মীশিংনা খনখি, "যণ অসি খুত্তুম চনখ্রেদনা, ভুগীমচা ভসিস্তু; ফাজিনবীখ্রগনি।"

নিন্নীনা য়ুমতুদা লৈরম্বা চেং-চাক খরগা, কোললিক খরগ লোয়ননা লাখীবু ময়ুমদা পুতুনা লাক্লে।

খুনগী মীশিংনা এক অমস্তুং ঈরোই অতু শেমদোক শাদোকপা চংখ্রে। খুনগী মীশিংনা নুমিৎ কয়ানিগী চান-থক্লবা ফংজরে, লাখীনা ঈরোই মউল ফংজরে।

নিন্নীনা লাখীবু পিজ-পিথক তৌরগা মহাক্না তুমিন্নরে। অদুবু লাখীদি তুম্বা য়াদরে, মমা শিবা নিংশিংলকই, অমুক্না এক কাম্না নিশিংলকই অতুগা অমুক্না ঈরোই অতুগী শিরমদায়গী নুংশিরবা মমিৎ নিংশিংলকই।

মহাক্না অমুক খল্লকই, ঈরোই অতু খরদং শোক্লয়গা অতুগী লৈপুং মথক্তা কারক্লম্লবদি ঐগা ইমাগা পুল্লপ পোৎলোয়রমগনি! ঐস্তু শিগদ্রা? করিগী শিরুনি? অস্তুম্না অস্তুম শিরদ্রা? খর হিংখিনিনা, ফজনা হিংলগা শিগনিনা পুন্সিদা খর নুংঙাইহবা ফংলগা শিগদবনি।

নিন্নীনা খল্লকই, লাখী নুংঙাইরম্লরোই, হায়রকই, "লাখী ঐনা নংবু ঙসি পংঙাং ঙাংখ্রে, ঐবু ল্লারৌগনু। মতুংদা নংবু নুংঙাইতবা ল্লা ঙাংলবদি ঐগী ইরৈ অসি কবউ।"

"অস্তুম্না হায়মু নিন্নী," লাখী মসি হায়রগা হিক-হিক কপলকই। অটলনা হিক-হি কপ্পতু তারে।

অটলনা নুংশিনা হায়রকই, "সংসার অসি মথক মখ ওল্লবস্তু ঐগী হকচাং মচেং মচেং তারবস্তু নংবুদি অৱাবা নুংঙাইত্তবা খক তৌহল্লোয় লাখী।"

"ঐস্সু মসি হায়গে খল্লমলিবনি" নিন্নীনা হায়রকই, লাখী হিক হিক কপ্লম্বা তোকখ্রে, মহাক্না তপ্না হায়রকই, "ঐস্সু খল্লমলিবনি. য়ুম অসিদা অস্সুম্না লাক্কদ্রা হায়না।"

খুনগী মীশিংনা ওক অতু শেমদোক্লগা য়েঙ্খোক্লে। অটলদা শক্লক হেন্না থুংলে। অটলনা নিন্নীগী পাঙ্গল অমদি খুৎ চুম্বগীদমক নাপল তৌজৈ, মশা পাবা লাখীনা ঈরোই লাপথুবা ওম্লমগনি হায়বসিদি অটলনা থাজবা খরা ব্রাংলি।

ঈরোই মউন অসিদি মমল য়ামই, মসিগী মহুৎ লৌরবদি চিঙ্লাক য়াম্না ফংলগনি, মুমিৎ কয়ানি চানরগনি। খল্লি, অতুগা থুনা মতোমতা শাউজৈ—ঐনা মউন অসিবু শিজিন্নবা! ব্রাখল ফংলমদে!! লাইরবী মুগীমচা অমনা থব্রাই খুবাক্তা হাপতুখা ফংজরকপা অসিবু ঐনা লম-লুইদোনা লুমহুনা হুরানগদোবগী লুম্বা রাম রাম!! মউন অসিদি লোয়নমক মাগীনি, ঐ মচেৎ অমা ফাউবা লৌবায়। মহাক্কী খোংউপ লৈজদে, মখোংদা খোংউপ তোংদনা যণ শেনজবা, অতুদগী খোংউপ য়াউদনা উমং-ব্রামংদা শা তানবা চৎপা, মচিঙ্লাকস্সু লৈজদবা। মউন অসিগী কান্নবদি মানা ফংফম থোকই; মহাক্কী লৌ উরগা ফংবনা ফংবনি।

মথংগী মুমিক্তা লাখী নিংবা কায়না লৈবা উরম্মী। নিন্নীস্সু মহাক্কী মনাক্তা লৈরম্মী। গ্বালিয়রদগী হল্লকলগা পুজারীনা হায়বা ব্রা অতু হন্না নিংশিংলকই।

"নিন্নীগী মিংচৎ মায়কৈ মরিমক্তা শন্দোকখ্রে, মহাক খুৎ য়াম্না চুমই হায়নখ্রে, হৌজিক নংগী নমিংস্সু শন্দোক্লকলগনি।"

নিন্নীনা লংনহুনা হায়রকই, "অতুদগী ঐখোয়না করি ফংগদৌরিবা?"

অটলনা হান্নরকই, "হৌজিক হেন্না মিংচৎ হেনগৎলগনি, ঐখোয় নিন্নীদি মতোমতা ওক মনমগন্দা থাঙ্গৎতুনা পুরকপা ওম্মী। গ্বালিয়রদগী নিংথৌ ম নসিংহ শা তানবা লাক্লগনি, মহুদা য়েংবা হায়বহু মঙায়রে, নিন্নী অমস্সুং লাখীগী মখুৎ কয়াম চুম্বা হায়বহু।"

লাথোনা মশাগী মুংঙাইতবা,অদু ফোংদোক্লুনা হায়রকই, "নিংথৌনা ওক মনমগন্দা থোক্লৎতুনা মতোমতা উমংদগী পুবিরক্কদরা ?

## ( ৯ )

তৈমুরনা প্রলয়গুম তমথিনা লান্দারকপা অদুনা দিল্লী রাজ্যবু থোয়না হেন্না মপাঙ্গল শোলহনবা ওমখিদে, থোয়না হেন্না শোলহল্লিবদি রাজস্থানগী রাজপুত অমসুং অন্তর্বেদগী পঠানশিংনা তৎতনা অতৎ-অখম লৈতনা অকিবা ফংনা শোক্লখিবা, ওৎ-নৈখিবা লানশিং অদুনি। দিল্লীগী শাসকশিংনা অন্তর্বেদগী বঙ্গাল ফাউবগী প্রদেশশিংবু অপিক অপিকপা জাগীরদার ময়াম থায়দোক্লম্মী। জাগীরদারশিং অসিগী লাম্মী লিশিং মরি মরি মঙা-মঙাদগীনা লিশিং নিফুমঙা ফাউবা লৈরম্মী। অন্তর্বেদ মথন্তদা জাগীরদার অমগী মথুত্তা পঠান লাম্মী লিশিং নিফুমঙা অমসুং শামু চাতরেৎ লৈরম্মী। দিল্লী শাসকনা হেক মপাঙ্গল থর শোন্থরকপগা জাগীরদারশিং অসি মনিংতম্বা রাজ্য ওইন্নবা লুমহুনা লৈরম্মী। হাৎনশুনবা, প্রজাদগী ঈ চুপ্পদা, অফংবা অদুনা নুংঙাইথোকপা অসিনা মথোয়গী পান্দম ওইরম্মী। রাজপুতশিংনা মথোয় মশেল অমগা অমগা হাৎনবা, লান তৌনবা অরেপ্পা লৈরমদে, মথোয় মশেল লিংজেল মান্নদবা অসি মথোয়গী থুদোংথিনিংঙাই ওইরম্মী।

মেৱাড়সু হায়রিবা রাজ্যশিং অসিগী মসুংদা অমনি। রাজ্য অসিগী শাসকসু মশাগী প্রজা ঙাকচনবগীদমক লৈতারমদে। গুজরাত অমসুং মালবকী পঠানশিংগা মেৱাড়গা তত্তনা লান শোক্লরম্মী। করিগুম্বদা মেৱাড়না দিল্লীগসু লান শোক্লরম্মী। মালৱাগী মহমুদ খিলজীবু মায়থিবা শিরবগী মতুংদা রাণা কুম্ভানা চিত্তৌড়দা মিংচৎকী উরোং থিল্লম্মী, অদুনা মহমুদ খিলজীনসু মপুক্লিংগী অশাউবা ইংথনবগীদমক্তা মাগুদা মথোল তরেৎকী মলাল শারম্মী। জৌনপুরগী রাজ্য অসি বুন্দেলখন্দগী অৱাংথংবা

লম কালপী ফাউবা শন্দোক্লম্মী। মহমুদ খিলজীনা মেৱাড় নঙ্গগা গুজরাততগী আশা উদ্রতুনা কালপীদা লান্দারম্মী অদুগা কালপী অদু মহাক্কী রাজ্যদা তিনশিল্লম্মী।

খিলজীনা লৈখিদ্রবদা মহাক্কী মচা গয়াসউদ্দীননা উত্তরাধিকারী ওইরম্মী। মহাক্কী মতমদা কালপী মখুত্তগী নানথোকখ্রে. অদুবু অমুক হন্না খুদুম চননিংবগী ৱাখল অদু গয়াসউদ্দীনগী ৱাখলদা মতম পুম্বদা লৈরম্মী। গয়াসউদ্দিননা মেৱাড়গা সন্ধি তৌনরে। মালৱাদা রাজপুত মশিং য়াম্না লৈরম্মী। মহাক্না মখোয়গী মফমদা নিংথিবা ব্যবহার তৌবা হৌরক্লে মরমদি মখোয়গী মতেং লৌরগা গুজরাত অমসুং দিল্লীগা লান্বা তৌগে খল্লম্মী।

কালপী দিল্লীগী মথা পোনখ্রে। মেৱাড়না দিল্লীগা লান শোক্সরবা মতমদা মহাক্না কালপীদা লান্দাগে খল্লম্মী। অদুবু মহাক্কী লমচৎ অসি লৈতাদবা, লমহেনবা, করামচাউবা অমসুং লৌনম্বা ওইরম্মী। য়ু হেক থকপগা ইচম-চম্বা মীওই ওইরম্মী। য়াম্নদি থক্লে হায়ববু হেক থকপগা থোশাদবা, নিংবা কাদবা, নোক-খেবা, ওক্তবা হেনগৎলকলম্মী। হিন্দু-শিংদদি ওৎ নৈবা তৌদে অদুবু য়ু-হেক থকপগা মহাক্না পাঙ্গলশিংগী কটটরতাবু করেমনৈ, অদুনা মুল্লা কাংবুনা মহাকপু শাউরম্মী। ওক্তবা লমচৎনা হেক্তিনখিদুনা মুপা নুপী, অৱাং-অনেম মশক খংলমদে।

গয়াসউদ্দিনগী চহী নিফুমরি-নিফুমঙামুক ওইনি। মচা নসীরুদ্দীন চহী কুনমঙাগী পাখং ওইরে। নসীরনা খ্বাজাবু খ্বাইদগী হেন্না নুংশিজে, মরমদি মহাক অসি মুল্লাশিংনা য়াবা মীওইনি। নসীরনা মুল্লাশিং অসি লৈঙাক লোন্দা শক্তি য়াম্না লৈ হায়বসি খংলম্মী। মহাক নমাজ অমসুং রোজানচিংবদা পুক্নিং কয়া চংলমদে, মহাক্না তুংগী পুন্সিগী মরমদা হেন্না থল্লি, মহাক্কী তুংগী পুন্সি অসি মুল্লাশিং অমদি মহাকপু তাকপী তম্বীরিবা মুহলমান সরদারদিংগী মথুক্তা লৈরে হায়বসি খংলম্মী। গয়াসনদি নসীরবু মুল্লাশিংগী মথুক্তা শিন্নরগা ৱাইশংলবোই নিংখ্রে, অদুবু মহাক্না মসিমদি খংহৌদ্রে। নোংমদি, "নমাজ থুগাইগে চৎপদা রোজা তৌবা তাবনি"

হায়বসি। মহাক্না খল্লিবদি হৌজিক মুংঙাইরি, তেক্ত-কায়দনা হিংলি হায়বসিদনি। মতমহুদা নসীরদি বুদ্ধি লৌশিং কয়া থোক্লি।

নোংমংলক্লে, নোং কল্লা চুরক্লে, মাগুগী অকংবা চিং-মান পুম্বা ইশং-শংপ্রে, তুরেন অমদি নালানচিংবা পাকথোকলে। মালবাগী চাকহোং ঙাহোংবা হায়বহু ওইরহুনা মচী মচী থুদিংদা ঈশিং তুংখ্রে।

মহল অহুগী মথাদা লৈবা পাৎকী ঈশিং অহু চুথরকপা মতাংনে, কল্লা শিংপা মুংশিংনে মথুম মরাং হৌরমই। মুমিদাংরাইরমগী মতম ওইরবদা অহিংগুম্না মমখ্রে।

মশাগী কাগী মপান ওইরম্না থোংনাও মনাক্তা মচু মখল মখলগী রেশমনা লৈতেংলবা কমপাক্তা কমহুনা গয়াসউদ্দীন য়াখল অমদা লুপ্ত্নুনা লৈরম্মী। মনাই মুপীশিংনা সনানা থাল্লবা মুরাহী অমদি গিলাস পাইহুনা লেপলি। কম্পাক মথাদা খ্বাজা মটরু মায়োক্লহুনা কম্মি। গ্লাস অমা-অনি থক্লগা মনাই মুপীশিং অহু বিদায় তৌখ্রে। থোংনাওদগী নামীবা মুংশিং শিংলকপদা গয়াসনা পুক্লিং মুংঙাইরম্মী।

"অসুক ফজরদি উবু উখিদ্রিনা মনায় অচানবা খুদাবন্দ নিয়ামত।" খ্বাজানা লুলুকথহুনা ওকচৈ।

"কমদোবা মিয়া! অঙোবা অমুবনা থল্লবা মথদাং কোয় অহু মথুৎনা নাল্লহুনা গয়াসউদ্দীননা হংলকই।

"গ্বালিয়র মনাক্তা, থুন অমদা।"

"করি খুন্দা? গ্বালিয়রদগী কয়াম লাপ্পা? কনা হায়বা?

"হৌজিক কাউবা করিগী তাক্কে নংনা? নোংচীং চুবা নিংথম্বা মতম অসিদদি মখোয় অহুদদি ঐগীসিদা লৈকম থোকইনা।" গয়াসনা লাংতক্লনা অপাম্বা ফোংদোকই।

খ্বাজা মটরুনা মরিক চুম্না পাউদমই, "মপু ইবুংঙো! লরাই-থরাইদা ফজবসি ইরৈ লৈগনদে, অদুনা অহানবা হেক ভাবদা ওক্লা থোকই। অহুগী মথক্তা সরকার, মুল্লা মৌলবীশিংনা কোয়শিন্দুনা লৈবনে, অহুগীসু মথক্তা লৈবাকী থবক ইনথাংনগা চিনবনে।"

করি অদ্রি লৈনৈ মুল্লাশিং-মৌলবীশিংগা ! ঐগী রা চৎলবদি ফিরকিশিং অদি হিন্দুশিংগী বৈকুণ্ঠদা থাগদবনি, মক্কম অদুদা লাইরেম্বা/ লাইরেম্বী শিংগী অরমদা মপুন্সি লোয়বা কাওবা মরৈ য়েংনহুনা লৈনব। কয়ে, নোং হেক হাংবগা কালপীদা লান্দানবা থৌরাং তৌরো, য়েংলোমদা খাজিররগী মনাক্তা কাউহনা চৎপা তারে, মখোয় অদুগী কিভম খর তম্মু।"

"অমনা গুজরনি, অত্তোপ্পা অমহুনা অহীরনি। মখোয় অনি শা তানবা চৎমিন্নৈ, তেন কাপ্পা হৈ।"

"করিগীনো শা তাল্লিবদি ? করি পোৎনা তেন শাব্লিবা ? মিৎকী তেললো, থম্মোয়গী তেললা ? মটক্ক নংস্থু কবি নত্রা ?

"মহু নত্তে ইনিংথৌ, মসি কবিগী রা নত্তে। তশেং তশেংবা অহুম্বা রানি। মখোয় উমংদা শা তাল্লি, মখোয়না য়োৎকী তেনজৈ অশাংবা শিজিন্নৈ।"

"অঙকপসি ! অঙকপা ! মখোয় মশক মতৌস্তু ফজবা !! কদায়-দনোনে ঐবু ? নিশা কাহনা গাউরবরনে, জ্ঞান তাদরেনে খ্বাজা ?"

"নিশা নত্তে, ইনিংথৌ ! ননাইশিংনা উরকপহুত্তা তমজবনি। মখোয় অনি অহু থুন অহুগী লাইরবা ইমুংগী ঙুপী মচানি। চান-থক্কবা রাৎপদগী শা তান্দুনা অরাং-অপা মেন্নরিবনি। শেৎনবা ফী-রোল লৈজদে। ঈনা কুপ্পা অয়ুবা য়ুমদা লৈবনা কন্না নোং চুরবদি লৈফম খংবা জাং মত্তে। মখোংদা খোংউপ তোংবা ফংজবা নত্তে।

"অত্তোনবশিং অহু মখোং পোকথোক্নমলোয়জা ?"

"অয়াম্বা মতমদা শিকার ফংত্রবদা উমং-রামংগী মহৈ-মরোং চাহনা অরাম খোরাংবা থাংজৈ। ফি শেগায়বা ফাওবা শেৎপা ফংজত্রবনা উমংগী উনা-রানানা শেৎলি। হুজুরনা মমাংতৈদা কাফির কবি কালি-দাসগী শকুন্তলাগী মরমদা তাবিখিবা অহুমকনি।

'মফম অসিদা কালিদাসপু কাক্কিরনি হায়বা গুম্বা মুল্লা-মৌলবী কনাসু লৈতে। মহাক কবিরা? মহাক্তি কবি নত্তে, কবিশিংগী মণিনি। সংসারগী মণিনি করিগুম্বা মফম অমত্তদা মহাককুম্বা কবিদি পোকপু পোক্তরি।" গয়াসউদ্দীনগী খোনাও কংখ্রে, মমিং ইরা চেল্লক্লে। খ্বাজানা মহাক অসি য়ুনা গুম্নে হায়বা খংলম্মী।

খ্বাজানা হায়রকই, "ইনিংথো মমিংসু য়াম্না মুংশিবা মিংলানি। খুনগী মীশিংনা মহাকপু নিন্নী কৌই, মহাক্কী অশেংবা মিংদি 'মৃগনয়নী' কৌই, অতোপ্পা অমা অসিনা লাখী কৌই, অশেংবদি লাখী রাণী হায়বনি।"

"মখোয়গী কনা কনাদি লৈ?"

"মবুং অমদি লৈ, মহাক্কী মমিংদি করিনো খংদ্রে, য়াম্না লায়রৈ।"

"মুসলমান ওইহল্লসি, করিগুম্বা খর পি-থোক্তুনা তৌরোদদ্রা।"

'ইনিংথোগী বুদ্ধিগা ঐগী বুদ্ধিগা মান্নবা য়াবা নত্তে; মীরৈবাক্তা ঐখোয়গী লুপা নক্কগা লিককোন চৎহনবা ওমলোয়। কালপীদা লান্দারবত্তদা থবক অসি ওইবা য়াগনি খল্লে।"

'নোংথিবোং অসিনা করিবু তৌফম খংলিবগেনে? য়েংউনে, হায়না হায়না হেনতুম কন্না চুথরক্লে, আকাশ অসিবু য়ুরবরা করিনো? ঐদি ওসি অহিংমক লান্দাগে খল্লিবনি, অদুবু মওং- মরিন হেক নাইদবা, লৈখোম মহি, অচৌ-অচৌবা তুরেলশিং অসিগী মরক্তা থবায় থুবাক্তা হাপ্পা হায়বদু থোক্লগদ্রা?"

"মতম খরগী মন্নুংদা ঐ বুদ্ধি পুথোক্তুনা য়েংথিগে, অদুবু খাজবদি খর ল্লাংলে।"

"তৌদবা য়াদবনিনে।"

' ইনিংথো, জগোয় শাবা-শাবীশিং কোয়চৎ চৎপশিং কোয়না চৎজি, মখোয়গী মতেং ওইবা য়াত্রা য়েংবা হায়বদুনি, হোৎনদুনা অমুক্তং য়েংথিগে।"

"হোয়নে য়েংউনে, ঐগী নুংশিরবা মটক্ক! নংগী থবক অহু ঙসিদ-গীদমক হোরো। জগোয় শাবা শাবীশিং অহু হৌজিক কদায়দা লৈ!"

"মখোয়দি শহরদা লৈতে, মবুক থন্নবা লবাই-থরাইদা, উমং-রাবংদা কোয়চৎ চৎপনি। ঐ অমুক্কা পাউ লৌখিগে।"

মনাই নুপী অমা খৌদেমহ্নুনা চংলকই. মখুৎ পুন্নহুনা লেপলৈ করিগুম্বা থর হঙ্গৎকে নত্তাগুম। গয়াসনা হায়জৌ হায়বগী মতাগুম ইঙ্গিৎ পীরম্মী।

"কাজী আজমনা দর্শন ফংজবা য়্যাগস্ত্রা হঙ্গৎচরক্লি," মনাই নুপী অহুনা হায়রম্মী।

গয়াসনা ময়া চিকই। মপুক্লিংদা হায়রম্মী হৌজিকপু উন্নবা মতমলনে, শিররনি। অহুবু প্রধান কাজী অসি মতিক মগুণ লৈবা মীনি। গয়াসনা অয়াবা পীবা ত্তারম্মী। মনাই নুপী অহু চৎখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা খোংথাং ঙপ্পা কাজী চংলক্লম্মী। গয়াসনা য়্যানিংদ য়্যানিংদনা কমকমদা কমহল্লম্মী।

ইঙ্গিৎনা লাকপগী মরম হংই। কাজী হঙ্গৎপা ঙমজদ্রে, অহুনা গয়াসনা হায়রকই, "অদোম্না খংবিরিবা অহুনি মতম অসি ঐ ইতোমত্তা চিক্কা লৈনবগী মতমনি। নোং অমুক কন্না চুরিঙৈসিদা করিগী লেংলক-পনো? করি খুদোংথিবা লৈরবগে?"

"ইনিংথৌ!"

"হায়বিয়ু, হায়বিয়ু, হৌজিক অদোম ঐগী ইফমদা লাকলবনিনে।"

"ইনিংথৌ, মসজিদ শারিবা অহুদা কারীগরশিংনা বদমাশকী থবক থর ত্তোরেনে—"

"অহুথকী রাবনে, অঙকপনি খুদা!! অদোমগী বুদ্ধি লৌশিং থরদি লৈফম থোকইনা" প্রধান কাজী অসি পঠান সরদারশিংগী থাজকমনি অহুগা নসীরুদ্দীনদি মহাক্না হায়রগা লোয়রে, অহুনা কাজী থর থোনা ফৈ!

"ইনিংথৌ, কারীগরশিংনা মসজিদকী থোংলেন শাবগী মুং হকপদা লৈরোংশিং, উনা-ব্রানাশিং অমসুং লৈশিংগা লোয়ননা উচেক অমসুং য়োংশিংগী মুত্তিসু হকচিনখ্রে, তৌগনু হায়বা য়াগ্রে। হয়েং অয়ুক অঙনবদদি মখোয়না মুংশিং অসি লৈতেংদুনা মথক্কী থাক্তা হাপগ্রগনি। শাবা লোইরগা অমুক থুগায়নবা তাগনি, ব্রা অসি য়াম্না করোইদোরে।

"করি হায়নিঙাই লৈরি ?"

"অমন! ইনিংথৌ, মখোয়না ব্রাহং-পাউহংদনা, মীনারগী মথক্কী মিচুৎথোংশিং অদু ইরাক্কী নোমনা কমানীদার অদু হাপদুনা বঁড়েম্নীদার ওয়না হিন্দুগী মন্দিরগুম্না বন্দনবার শারগা হাপখ্রে।"

"করি অদুক হায়নিঙাই লৈরি ?"

"হোয়নে ইনিংথৌ, থোং মথক্কী জালিশিং, শাইজীন য়ুমথক মতোন শারিবা খুৎশাশিং অসি মন্দিরগী খুৎশা শারে। মতোন পুরিবা মুংগী য়ুম্বী অসি ব্রাহোং অমসুং শংগোলগী মকোক ওইনা শারে। পুম্নমক অসি পানশিন্দুনা লৈমজিন-শাজিন্নবা হয়েংগী মুমিৎ অসি লেপ্লে। পুম্নমক অসি মুগলগী চংনবী ব্রাংমদনি। মসজিদ অসিগী মাতোন অমসুং থোং অসি হেক উবদা, মসিগী সিঙ্গার অমদি লৈতেংবা অসি মী পুম্নমক্না শেরান্নবা ব্রাখল থনগ্রবনি, মসিবু মসজিদলা, মন্দিররা খনগ্রগনি।

মহুদঃ মুর্ত্তিদি য়াওহল্লোয়দ্রা ?

"পাপনি, মপু ইবুংঙো !"

"কনানা হায় ?"

"মুল্লা অমসুং মৌলবীনা দন্তি পিগনি হায়।"

"অসুক কুইবা মতমদি কদায়দা তুমলুই ? অয়াম্বা মসজিদতা শাজিনবা হৌখ্রে।"

"মহুদা করিসু অমাংবদি লৈত্রিনা।"

"মুল্লা অমসুং মৌলবীগী মপা মপুনা করিগুম্বা হিন্দুশান্দা মুম শাবা য়াউখ্রব্রা ?"

"মপু ইবুংঙো !"

"নখোয়না য়ানিংদ্রিবা অসি উচেকশিং, শগোলশিং অমসুং ব্রাহোংগী তসবীরশিং অদুত্তা নত্রা ?"

"মপু ইবুংঙোনা তাকপিবা চুম্মী ।

"কারীগরশিংনা মমাংঙৈদগী চৎনরকপা কারীগরীগী থবকশিং তমজরকপা অদুত্তা পুথোকচবনি ।

"অদুবু ইনিংথৌ! চৎনবী অসি অরানবনি, ঐখোয়গী ধর্মনা য়াদবনি । কারীগরশিংনা তৌগে হায়বা অমা য়াউনা তৌবনি, ঐখোয়না তৌনু হায়বা য়াদবনি ।

"লাইরবশিং অদুনা মপুক্কিংগী অচম্বা ব্রাখল অদু করম্না ফুমদুনা থমগনি অদোম্না খংবিব্রা ?

"ননাই ঐবু করি হায়জৌ হায়বগে মপুইবুংঙো ? মৌলবীশিংনদি দণ্ডিগী হুকুম পিগদৌরে ।"

"কারীগরশিংগী লমহেনবা থবক অসিগী মনুংদা অথুপ্পা ব্রাখল খবদি য়াউবা উইনে ।" কাজীনা ব্রাহং খর হংনিংবা মিৎয়েংনা য়েংদুনা লৈরে ।

গয়াসনা ময়ায় কানা হায়রকই, "ব্রাহোং অসি ফজরবা উচেক অমনি অসিগুম্না ফজবদি নখোয় মরক্তা কনাসু য়াউদে, মসিবু য়েংলগা নখোয়গী অথিবা, অরাৎপা অদুগীদমক কল্লক্লগনি, শগোলসু মকোক্তমক উৎলি, নখোয়সু শগোল তঙ্খায় গুম্বনি, অতোপ্পা মশা তঙ্খায় অমনা করি মাল্লমগনি, হায়বা ঙম্বা নত্তে । কারীগরশিং অসিনা য়োংগী মুর্তি হাপ্লগা নখোয়বু করেম্নরি, লংনরি । অশেংবদি নখোয় পূরমকসি য়োংনিনে, তশেংবা য়োং । পিজরগসু চিং-চিংঙ্ খোংবা, পিজদ্রগসু মখোংবা, অকবসু মফম মরাং খংহনদবা, ফত্তবসু ! অদুনা—"

গয়াসকী নিংশিংবা অমসুং করেম্নবগী ব্রাখল অদুবু য়ুগী নিশানা থুমহৎখিদুনা খংউই উইরম্মী । কাজী অদু শাউনিংখিবনা তুমিন্না লৈখ্রে । গয়াসনা খ্বাজা রোমদা য়েংলকই, খ্বাজানা খল্লকই, ব্রা অসি হেক্তিনখ্রেসে ।

হায়রকই—"ইনিংথৌ পুম্নমক অসি ওইজরসন্নু, তসবীরশিং অসি লৌথোকখিনবগী য়াথংদং পিনবিরো।"

পয়াসনা য়ানিংনা কোক হায়রম্মী। হায়রকই, করে! অহুম তৌরো। অহুগনে মৌলবীশিংদা হায়য়ুকো, মখোয়গী দন্দিগী হুকুম অহু উপুদা হাপচিন্দুনা থম্মু, অশিংববু অঙাংবা তাহনগন্নু।

কাজীহু খুরুম্লগা চৎখ্রে।

সুলতাননা চাক পুরক্নবা হুকুম পিখ্রে। খ্বাজা মটকনা তপ্না ইংনা হায়রকই, "থবক অহু থুনা পাংথোক্নবা তৌসি।"

( ১০ )

ভারতকী চীং, উমং ৱামং, তুরেল, ঈথোং, পাক-চাওরবা লমশিং অসিনা লৈবাক অচৌ অপিকশিংবু তোঙান-তোঙান খায়দোকপদা মতেং ওইনৈ, মসিদা নত্তনা মীয়াম অমদি জাতিশিংবুসু তোঙান তোঙান-হল্লি। অহুবু চিদাই অমদগী চিদাই অমা য়ৌনা ৱাখল অমসুং মত শন্দোকপা অমদি য়ৌহনবদদি মখোয় অসিনা অথিংবা পিবা ঙমদে। লৈপাক অচৌ-অপিকশিং অমদি মীয়ামশিংদা ৱাখল অমসুং মত শন্দোকপদা অপনবা ওইদে। লাপথ্রবা খা মায়কৈদা শঙ্কর পোকই, অহুবু মহাক্না মত তিন্নদবশিংবু মায়থিবা পীবদা অমদি মহাকী ৱাখল শন্দোকপদা অথিংবা লৈখিদে; কাশমীর য়ৌথি। লাপ্নবা বঙ্গালদা পোকপা চৈতন্যনা অমদি মহাকী ৱাখল শন্দোকপশিংনা বৃন্দাবণ য়ৌথি। তক্ষশিলাগী ৱাখন্না কাঁচীগী বিদ্যালয় য়ৌথি অহুগা কাঁচীদগী কাশমীর অমদি কাশী য়ৌথি। গঙ্গা অমসুং গোদাবরীগী মিংচৎ অৱাংদগী খা অমসুং নোংপোক্কগী নোংচুপ চিদায় ফাউবা শন্দোকই, য়ুম-য়ুম খুদিং, উমং-ৱামং, চীং-মানদগীনা লোকচাউ, হিমালয়, বিনধ্যা পুম্নমক অসি লৈমায় অমত্তা ওইনা চপ মান্নগুম তৌই।

মতম অসিদা হিন্দুশিংনা তীর্থ চৎপা অসি থরাই থুবাক্তা হাঙ্‌না চিদাই অমদগী চিদাই অমা ফাউবা থুংননবা চৎপদা য়ামদ্রবদা থা তরক চংলম্মী। য়ুমগী মীশিংনা থংনরম্মী, গয়া চৎথ্রবদি চৎথ্রবনি। অদুবু মরু ওইবা পাউ অমদি থোয়দোকপা মত অমা ব্যাখ্যা তৌবগী পাউদি চিদাই অমদগী অমা য়ৌবদা নুমিৎ তরামঙানি চংবদদি মতম য়াম্না চংমনখ্রে থন্নরম্মী। করি করিগুম্বদা মরু ওইবা মগুণ লৈবা পাউ অমা কাশ্মীরদগী রামেশ্বর য়ৌবদা নুমিৎ তরানিদমক চংলম্মী। চিন অমদগী চিন অমদা, থুন অমদগী থুন অমদা, থুনগী শহরদা পাউথাং চৎনরম্মী। ভারতকী মীনা অদুক য়াম্না লাপ্না শাংনা চৎপদি ঙম্নরমদে, অদুবু পাউ চৎপদদি তুরেল, ঈখোং, চীংমান, উমং-রামং ময়াম অসিনা অথিংবা পিবা ঙম্নমদে।

থালিয়রদগী সিকন্দর লোদীনা হনখিবগী পাউ শন্দোকখ্রে, কুহা-শিংদা অপুম-অশা থাদরম্বগী পাউ লেপতনা শন্দোকখি, নিন্নীনা তেন অমত্তনা চাউর-চাউরবা লমওকশিং হাৎপগী পাউ, অদুগা লুহ্নবা হন্নবা ওকপু মরেংবান্দা থোংগত্তুনা মাইল কয়া লাপ্না ময়ুম য়ৌনবা পুরকপগী পাউ, লাখীনা রাগী তেনজৈনা লম ঈরোই হাৎপগী পাউ, মতম থরগী মনুংদা লাপনা লাপনা শন্দোক্তুনা ফাওখ্রে। পাউ অসি মালরাগী কোন্নুং চিত্তোর, গুজরাতকী কোন্নুং অহমদাবাদ য়ৌখ্রে। মসিদ নত্তনা অতোপ অতোপ্পা মফম কয়ামরুমদসু য়ৌখ্রে। অদুগা লোয়ন-লোয়ননা লৈশাবী অনি অসিগী মতিক মগুণ, মশক মতৌ ফজবদা লম্বা লৈতবা, তোপ-তোপ্পা রাফম কয়াসু শন্দোকখ্রে।

য়েংনিংবগী মথক্তা লৌনিংবনা নিংথৌশিং অমদি ফমনাইবশিংগী পুক্নিং তপথহন্নমদে। য়েংনিংবা, উনিংবত্তা নত্তনা মখোয়নিবু ফারগা কোন্নুংদা পুরক্নিংলম্মী। মালরা অমসুং গুজরাতকী সুলতানশিংগী থম্মোয় তিং-তিং চোংলম্মী। মখোয় অনিগী ফজবা অদুগী মমাংদা অপসারশিংগী ফজবা লৈথিদ্রে। লাইরেম্বীশিং ফাওবা মখোয়গী ফজবা অদু উরগা কল্লকখ্রে। পাই পাইদুনা পাউ অসি শন্দোক্লম্মী। অরাংবা থাকী হিন্দু

মুপীশিংদি মাইখুম্বী খুমহুনা য়ুমদা লেমজবা, মতম ফৎচিল্লক্রবদা মৈমুংদা চোংশিন্দুনা শিদোকপা মসিনি মখোয়না থংজবা। মখোয় অসি শোইদনা ইন্দ্রগী দরকারদগী লাকপা ওইরম্লগনি, অদুননি মখোয়না কৈ. কৈশাল, লমওক অমসুং লমঈরোইবু য়াগী তেনজৈনা হাৎপা ওম্লিবা।

গুজরাতকী সুলতান মহমুদ বঘর্রা দি পাউ অসি তাবদা লৈফম চাকম থংখিদ্রে।

গুজরাতকী কোম্নুং অহমদাবাদ অসি খুন্দা লৈতবা চহি ৭৫ খর হেনখ্রে। তরামরিশুবা শতাব্দীগী লোইরমদাইদা তৈমুরলংগনা দিল্লীদা হিন্দু লাখ অমা, মুসলমান লাখ অমা দিল্লীগী লাম্মী লুচিংবশিং অমদি সরদার কয়ামরুম হাৎখ্রবনি। মতম অসিদা গুজরাত, মালবা, জৌনপুর, বঙ্গাল নিংতম্বা রাজা ওইখ্রে। গুজরাতকী অহানবা নিংতম্বা সুলতানদি অহমদশাহ ওইরম্মী। মহাক য়াম্না অচুম্বা চৎপা ওইরম্মী। মী অমা হাৎ-সুবগীদনক্তা অহমদাবাদকী লম্বীদা ময়ানুপাবু মচেৎ মচেৎ ককথৎহনখি, অদুগা হিন্দু সামন্তশিংদি মখোয় মখোয়গী ধর্ম থাদোকপা নত্রগা শিদোকপা নত্তনা অতোপ্পা উপায় অমত্তা লৈখিদ্রে।

অদুবু গুজরাতকী ফজবা নিংখিবা অসিনা মহাক্কী থুংওম্নবা থম্মোয় অসিবু নৌথোকহনখি। অশং অমানবা থল্লবা পাক চাউবা উমং-রামং, লেং-লেং চৎপা লবুকশিংনা মহাক্কী থম্মোয় শুমহৎখি। পাকচাউরবা নিংথিরবা সাবরমতী তুরেনগী তোর্বানগী লমপাক অদুবু অহামদাবাদ শহর ওন্থোকলে অদুগা শেমগৎ-শাগৎখ্রে। গুজারাতকী ইশং শংজবা মফম, অসিদা মসজিদ শাখ্রে। মুংশিবনা সুলতানবু শুমহৎখিবগুম, মসজিদ অসিগী মাইথোং অমদি অকোয়বা মফমশিংসু মুংশিবগী মুর্তি ওইখ্রে। গুজরাতকী মহৌশা লাইরেম্বীগী ফজবা মতিক-মঙান, অঙকপগী মশক ওইরবা নিংখিরবা পুম্বা, মসজিদ অসিদা লৈরোং ওইনা হকচিন্দুনা শাখ্রে। মহমুদ বঘর্রা অসি হায়রিবা অহমদ শাহ অসিগী মশুনি. মহাক মসজিদ অসিগী মনাক্কী কোম্নুংদা লৈরম্মী।

মহমুদ বঘর্রা অসি খুদুপ অহুম মখোয়দগীসু হেন্না য়াংই, মশা পাকমমখিবনা থিকনেম্বগুম তৌই। মতম অসিদা মহাক্কী চহি চাউরাক্লা নিকুমডামুক ওইগনি। নাতোন শুমাংগী কোয় অদু অমুক্কী মতিক শাংই, মকোক পুনবা কোয়ৈ, অদুগা খদাংকোয় অদু মখোয়দো মখা ফাউবা য়াম্বে।

অমুক্তা মায় মমিং তাথোক্লগা দলান মথক্কী তাংবলদা ফমই। মনাইনা চরা য়ান্নবা অচা অথক পুরকই। লফোয় অমুনবা চাময়াংখৈ, খোইহি সের অমা, অদুগা মাখন সের অমা হুমিং খুদিংগী চরা য়াল্লি। নোংমা করিগুম্বা অহিং তুমহৌদদুনা চাবা তুমদ্রবদি লফোয় চাম্মা চায়। খোইহিগা মাখনগদি হম্ববা লৈতে।

মহমুদ চরা য়ানবা হৌরদুনা মমাংদা পৈরিবা ময়ামদু চাবা লোয়গ-দৌরে। পাউ পিনবা অমদি য়াথং লৌনবা সি, আই, দি, মকোক অমদি পাউমী থুংলরে। পুম্নমক অদু লু লুক্কুনা খুংলোন্নদুনা লেপচৈ। থম্মোয় দংদং চোংই, মচিন ফাজিল্লি।

অলিফ লৈলাদা মখোয়না সিন্দবাদ অমদি জিনগী য়ারী পারম্মী, য়ারী অদুমক তশেংনা থোকপগুম তৌই। চরা য়ানবা লোয়দ্রিঙৈদা মহাক্কী অয়ুক্কী থবক থৌরম পুম্নমক লোয়গদবনি।

লফোয় চখোম অমা অনি হুক্লগা বঘর্রানা প্রধান সি, আই, দি, রোমদা মমায় ওনশিন্দুনা ওক হায়রম্মী নোংখোংবগুম, সি, আই দি, অদুনা থক থক নিক্লা মকোক হায়গৎলকই, অদুগা মরুলুক্লা হায়রকই, "মালবাগী সুলতান গয়াসউদ্দীন খিলজী—"

বঘর্রাগী য়াম্লুংদা লফোয় তম্মায় অমা অদুগা তম্মায় অমনা য়োংশি-নদবগী মওংদা, ময়া তম্মায় কাথোক্লগা লৈরম্মী। অয়াকপা য়াহৈনা হায়রকই, 'সুলতান হায়নুনে মীনায় হায়য়ুনে! মীনায় শাগৈগী খিলাজীনে। হায়মু অঙাউবা, অদুগী মরমদা করি হায়গে হায়বা?

খোঞ্জেল নিক্কপ ফাজিন্দুনা সি, আই, দি, অদুনা হায়রকই "ইনিংথৌ! গয়াসউদ্দীন খিলজীগা মেৱারগী কাফির রাণাগা মরুপ

হাম্নগুম্না শাম্নরি। মেৱারগী রাণা না দিল্লীগী সুলতান! ভাকপিগনি, লানজখ্রে, দিল্লীগী সিকন্দর লোধীগী লাশ্মীবু মায়থিবা পিখ্রে।

বঘর্রাগী মত তানবগী দমক সি, আই, দি, অদু ভাইহাক পল্লি। খর পিক্লপ তৌবা লফোই অমা হুকচিল্লগা বঘর্রাণা হায়রকই, "মালা মচা অমনা ঈচেল কনখৎলকুনা পল্লি নমখায়বনিদনা, মুজী অমনা মুজী অমবু হাৎপনিদনা। হায়য়! গয়াসউদ্দীন হৌজিক কৈদৌরি?

সি. আই, দি, না হায়রকই, "ইনিংথৌ মহাক অদু শকফজবী খ্বাজা লৈশাবীন হায়বতা ইন্দুনা লৈ।"

"কৈনে, মরাইনা শিজরনি। মখা হায়থৌ? বঘর্রানা লৈনুংদগী ভাংলকপগুম ভংদুনা হায়রকই।

সি, আই, দি, অদুনা ওইবা য়াবা খরসু শাজিন্দুনা হায়রকই, "গয়াসউদ্দীনগী লাম্মী অতৎপা লৈতনা হেনগৎলক্লি। গ্বালিয়রদা লান্দাগদৌবি মরমদি গ্বালিয়রগী মনাক্তা 'রাই' কৌবা খুন অমা লৈ, মহুদা হিন্দু মুপীমচা অনি লৈ। মখোয় অনি অদু শা তাল্লি। লমঈরোই লমওক, নোংশা অমদি শওমনচি'বা অসি খুৎকাপ অমুক অমুক্তা হাৎপা ঙম্মী। গয়াসউদ্দীননা মখোয় অনিবু মাগুদা পুগে খল্লি।"

"হা! হা!! হা!!! "বঘর্রানা নোকই। নোকপদা তঙ্খায় শায়রুবা লফোই অদু ময়াদগী চোংথোরক্লুনা লাপ্পা তারম্মী। দরবারশিং অদু পৃথিবী পোকথায়গদবগুম নোক্লম্মী। সি, আই, দি, অদু করি থোক্লকনি খনবদা কিবনা থক-থক নিক্লুনা নাক-য়েৎ য়েংলম্মী।

বঘর্রা নোকপা লেপখ্রে অদুগা লফোই অচৌবা অমগী মচেৎ অমা ময়াদা হুনজিলম্মী। শাই-শাইদুনা হায়রকই, "কদায়দগী শাজিন্দুনা লিবিবা রারীনোনে? ফজবা মুপীমচাশিংনা খুৎকাপ অমুক্তা কৈ, লম-ঈরোইবু হাৎপা হায়বসিবো? চীংমী অপংবা মুশিন মুবী শকথিবী ওইরমগনি।"

সি, আই, দি অদু মথরাই পাম্মুদবমখৈ হায়রকই, "ইনিংথৌ মুপীমচা অমনা গুজর জাৎনি অদুগা অতোপ্পা অমনা তাহীর জাৎনি, মখোয় অনিমক ফজবীনি।

বঘর্রা চীং লেম্না চান চান খল্লকই, "অরাংবা জাৎকী হিন্দু লৈশাবী, অদুগীসু মথক্তা মশক মতৌসু ফজবী। শাসু তানবা।"

লফোই চাবা লোয়রগা লফোইশিং অদু তুম্নবা খোইহি শের অমা থকচিল্লে মুমিৎ য়ুংবা ফাওবা চাক লাম্মক্তনবা মাথন শের অমমুক্তা হৈজিল্লে। পুন্নমক অসি তুমহন্নপগীদমক ঈশিং পুন অমা থকচিল্লে। অদুদগী ৰা মতপ তরেৎ নিপাল শায়জিল্লে। মনাইশিংনা মকুশিং অদুনে পাপ্শিং অদুনে পুথোকখ্রে।

বঘর্রানা মোনদা ঙাথদুনা মকোয় নাল্লগা হায়রকই, "বহমনী সলতনতকী করি পাউ লৈ ?"

সি, আই, দি অদুনা নে তানা শ্বর হোন্দুনা পাউথুম পিরকই— মুহম্মদ খাঁ হাৎখিবদগী থারোমগা ইংগরেজ ফকীরশিংগা মুক্রবা হেনগৎলক্লে। বহমনীগী সরকার কায়বদগী অনৌবা সরকার কয়া লিংখৎলক্লে। বিজয়নগরগী নিংথৌনা মখোয়গা লাম্হেংন্দুনা লৈরে।

"থংলেনে" বঘর্রানা হায়রকই, অকনবা নোং-মুংশিংনা উজ্জাও থুদেকপগুম বহমনী সরকারগী মপাঙ্গলনা বিজয়নগরগী নিংথৌবু মাইথিবা পিবা ঙমগনি। মালরা কাংবুনসু বহমনীশিংদা হায়জিনবা ঙম্বগী রা লৈতে। ঐ মাবু অমুক্তং লমন খুমগে খল্লিবনি। পুর্তগালশিংদি করি তৌরি ?

"ঈশিং লাম্মী কনখৎহন্নবা হোৎনরি। মখোয়না অনৌবা জহাজ মঙা থোরাং তৌখ্রে।"

"করিসু রানিংঙাই লৈতে। খবরনবীস, তুর্কীগী সুলতান আজম খলীফা শরীফাদা থোরাং তৌদুনা লৈয়ু হায়দুনা ইখো। তুর্কী অমসুং গুজরাতকী লাম্মীনা পুর্তগালি য়োংশিংদা অকনবা লান্দাগনি।"

"ইনিংথৌ।"

"নোংজুথাগী নোং কন্না চুরিংদা মাণ্ডাদা লান্দাগনি। নোং কন্না থাকলিংঙে, ঈখোং ঈশিংনা পিক থল্লিংদা, গয়াসউদ্দীন না মাণ্ডগী মকোন্দা চংহনা লৈরিংদা, ঐনা নোং থাকপগুম মালবাদা লান্দাগনি, থৌরাং ফজনা তৌ।"

"অহোয়, ইনিংথৌ!"

"হৌজিকমক্তি কনাগস্থ লানথেংনগদবা লৈতেদনা!"

"অহোয়, ইনিংথৌ! অদুবু চম্পানরগী নাক য়েঙদি রাজপুত খর মঙক থাঙ্গৎলকপা হৌরে।"

"হন্দক্তা চহি তরেৎমকস্থ শুদ্রি ঐনা হাংথিবা ময়াম অদো! মখোয়না অমুক থুনা কাউখ্রবা!"

"বহমনী সুলতাননা কাঁচীগী মন্দিব পুম্নমক থুগায়খ্রবনি, অদুবু মন্দির ময়াম অদু লোযনা শাগৎলক্কদৌরে।"

"মন্দিরশিং অদু ঐস্ন উহৌইনে, ভূতশিংদুস্থ। মন্দিরশিং অদু য়াম্না ফজবনিদা, ভূতশি' অদুদং থুগায়রগা লোয়রবনি। সুংবু মথরায় হাপ্পদা হিন্দুশিং অসি য়াম্না হৈনে, অঙকপনি। ঐখোয় পাজলদি খুৎশা হৈতে, কলাকারশিং অসিগী মগুণ থাগৎপা ফাওবা ঙমজদে, ঐখোয়গী ইথৌ উৎপদি লায়রদুনা।"

দরবারীশিং অদু লু লুকথদুনা তুমিন্না লৈবে। বঘর্ানা মপুক্লিংদা হায়রম্মী, "চৌংশিং, উ রাশিং, লৈ-লৈনাশিং, কোকিলনা খোংবা, উচেক-শিংগী নিংখিরব খোঞ্জেলশিং পুম্নমক অসি মন্দিবদা লোয়না শং-শংনা লৈতেংদুনা, মখোয়গী সুংথংনা লোইবোয় লোইরোয় শেমলি। ঐদি উজবতদা শুমহৎলি, অদুগা ভূতশিং অদুস্থ কয়াদা নিংথিরিবা। ঐদি ভূতশিং অদু পুম্না য়োৎশিন্দুনা পুকসুংদা থমজনিংই। ইয়ে! হায়হৈদেনা ধর্ম মাংবা রানি! অদুবু ধর্ম মাংলবস্থ পুক্নিং সুংঙাইরবদি কহিস্থ কায়বা লৈতেনা? লাক্সে লাক্সে খুদানা ভাকপিবা ওইসনু।"

বঘর্ানা মবুক্তা মথুংনা নান্দুনা নোং চুবক্তা অমনবা য়ুম নিংখায়বগুম সুংশা মগী হোক্লম্মী। দরবারীশিংনা তুমিন্না লৈবদু উরগা মহাক্তা

ঙাংখিবা অহুগী প্রায়শ্চিত তৌহুনা হায়রকই, "ফত্নে মন্দির থুগায়গ্রে, ভুতশিংস্ু থুগায়গ্রে, লৈত্রবদি কনানস্তু থুগায়রোইদনা। মসিবু কাফির শায়রশিংনা হায়বদায়। হৌজিক মখোয় হিন্দুশিংনা অনৌবা মন্দির অমুক শাদবনা ফে। থুগায়হৌদবা মন্দিরশিং অহু উরগা অনৌবা শারে হায়জিনবা ওয়রিনি। জাসুস নংবু নশামক্কা উরুরবরনে?"

জাসুস অহু থক থক নিক্লম্মী। বঘর্রনা পামজবস্তু অহুমক্কি। হায়জরকই. "ইনিংথৌ ননাইদি পুর্তগালশিংগী থবকশিং য়েংলিঙেদা ঐ ইশামক্কি চংচবা ঙমজহৌদ্রে, ঙাকপিগনি।"

বঘর্রনা অমেংবা খোঞ্জেন্দা হায়রকই, (ব্রাংচেং ময়াম্না তান অমঙেদা য়েবগুম) "ফত্রে, ঐ হৌজিক কাঁচী নত্রগা বিজয়নগরদা পুক্কিং চংবা পামদে। মাগুদা হিন্দু কারীগর য়াম্না লৈ। মখোয় মুসলমান ওল্লু হায়বস্তু হায়নিংদে। মাগুদা লান্দারুবগা মখোয়বু ফাহুনা মফম অসিদা পুরকপা তারে। মখোয়বু ধর্ম ওল্লু হায়ব্রিফাওবা মখোয়বু অহমদাবাদতা দণ্ডি পিরগনি। মুল্লাশিং অমস্তুং কাজিশিংনা ঐগী মত য়াম্নিংমি অহুনা করিস্তু ব্রানিংঙাই লৈতে। জজিয়া খোনগৎপা ওইনা মখোয়না তানবা পৈশাদগী খর-খর ককতুনা লৌরগা লোয়রে।

"ফগনি ইনিংথৌ! গ্বালিয়রদস্তু মখুৎ-মশা য়াম্না হৈশিংবা কারীগর য়াম্না লৈ।

"মাও নৈথায়রবা মতুংদা গ্বালিয়র অমুক নৈথায়বা হায়বহুনি। করি খুনদনো লৈশাবী অনিহুনা লৈরিবদো? গ্বালিয়রদগী কয়াম্না লাপ্পী?"

খুনগী মমিংদি রাই কোই। গ্বালিয়রদগী চাউরাকনা কোস তরুক লাপ্পী। ফত্রে, নোংজু থাদা য়েংগনি। ঙসিদি সুমিৎয়ুংবা মতুংদা চাক চারগা চমপানেরদা লান্দাবা তারে। সুমিৎ খুদিংগী লান্দা মী লিশিং চামঙা মকোক ককত্রিবা ফাওবদি ইস্তুং মুংঙাইতেদা।

"ইনিংথৌ।" দরবারীশিংনা কোক নোন্দুনা নোকফেৎ তৌহুনা য়াম্নিংবা ফোংদোক্লম্মী।

বঘর্রানা থগেরম্মী, য়োংশুবগী মৈকাম্বী পোকখাইরকপগুম মুংশিং কামথোরক্লম্মী। পুক হাংলক্লে হায়বগী পাউ পিবগুম, মুংথিনগী চাক চাবা মতম য়োরক্লে চাক পিরকপা য়ারে হায়বগুম।

মুমিং খুদিংগী ওইবা নীতিনিয়ম অমদি থবক ইনখাংগী রা তান্নবা লোয়ন্নহুনা দরবারীশিং অহু বঘর্রাগী য়াথং লৌরগা হনখ্রে।

'অঙৌবী মশক মতৌ ফজবী লৈশাবী অনিনা নিংতম্না শা তাল্লিবা অহুদসু নত্তনা চীংমী নিঙোনসু নত্তবা, অহুবু চীংমী নিংঙোন্দসু ফজবদি লৈনা। হিন্দু কারীগরশিংনা মুংদা ফাওবা ফজবা মুপীশিংগী চাংদম্নিং-ঙাই লৈতনা শেম শাহুনা য়েক্তুনা পুথোকইনা, অহুবু হন্দক্কী মুপীশিংসিগী নমুনা পুথোকপা ঙমদ্রি। ফংলবদি অমুক্তং য়েংবা তাই। রাখলদি ফজরি, মুংঙাইদা। ফংদ্রবা ফাওবদা উমং রামংদা চৎপগী মুংঙাইবদি ফংগনিনা। থাংনা তেননা ককলবা থরো থরো ওনবা মকোক অহুগা নগাদগী থোরকপা ঈ য়েংনিংইদা।" রঘর্রানা থল্লকই।

( ১১ )

নোংনা ফুইনা চুরম্মী, ঙাইহাক্তং হাংলকপদা তাঞ্জা ফংহুনা অটল লৌরী নাইরবা লৌবুক্তা লৌ লিংলম্মী। মনাক্তা লৈবা অঙমবা লৌবুক্তা চনাল অহুগা লেমহৌবা মফমদনা উনারী থানবা থাক্তুনা থন্নম্মী। মতম খরগী মতুংদা ফৌ ময়োল চোংলে। নোং কন্না চুরকপদা লৌরী ফাৎথহুনা ঈশিং অহেনবা থাদোক্লম্মী। থা অনিগী মনুংদা, লবুক লেং লেং চৎলক্লম্মী অহুগা জন্নারসু নিংথিনা ফরম্মী। মচিন মৌপ্না অমসুং লাখী মথোয় অহুম্না চেকশিন্না লৌবুক ঙাক শেল্লম্মী।

চান-থক্কবসু লৈশিল্লক্রে উমং রামংদা লৈবা শাশিংসু লাপ্না হন্দোকখ্রে। লৌসু ঙাকপা অহুগা চানবসু তানবা তারম্মী। ফৌগী লবুক্তা লৌতাংশঙ অমা শারে অহুগা উমংগা তাইনবা জন্নারগী লবুক্তা

লৌতাংশঙ অমসু শারে। শাশিং লোংথ্রবসু অহিংদা, অঙনবদা, অথেংবদা অমুক মরক মরক্তা শাশিং লাক্লম্মী। লুংথিনদরি মথোয়সি উবা ফংদে, মরমদি উ বা, নাপী-শিংবী, ঈ অমদি নারক-মোংশোং ইশং শংবনা শা তানবা ফংলমদে। অটলগী চান থরুবা লোয়শিন্নক্লে; হৌজিক লাথীগী শরুক্কুং ঙাইহৌরে। লাথীগী শরুকনে মাগী শাগী শদোমমে অহুনদি মথোয় অহুম চাবা কোয়বা নত্তে। নোং কন্না চুথরখিবনা চৎথোক-চৎশিন ফাওবা ঙমখিদ্রে, অহুগা অহিংদসু লৈচিন থাবগী মমবনে, নোংনা চুবগা শাশিংদা তেন কাপ্নদি লায়রহনা উবা ফাউবা ফংলমদে, উমংগী শাশিং অহু লাউ-লাউহনা তানবা নত্তনা তেন কাপ্নুনা শা তানবগী উপায় অমত্তা লৈরমদে।

লাথীগী ফৌ-চেংসু অটলনা শোক্লিংদে, শোক্তনবগী রাশকসু লৈরম্মী। হৌজিক করি চাগনি? থুনগী অয়াম্বা মৌশিংসু ক্লিঙম অসিদা চপ মান্ননা লৈরম্মী। মথোয়দগী করিমু ফংনিংঙাই লৈরমদে, অহুগা রাই তুরেন্দগী ঙা ফাবসু ঙম্বগী রা লৈরমদে।

লাথীনা হায়রকই, "ফৌ-চেং থরদি লৈরিদনা; সুমিৎ থরদি মসিনা চানখিনি!"

'অহল অহুনা লৈখিদবা মতমদা ঐনা নথোয়গী ফৌ-চেং চাথোক্লোয় হায়না রাশকখিনে; মসি নথোয়গী লবুক্তা থানবা থমগনি অহুগা মসি শোকপা পামদে।"

"অহুদি নথোয়গীদি ঐঙোন্দা করিগী পিজরিবা?"

"মহুদি নংগীসুনিদনা?"

"অহুগা মসিদি নংগী নিন্নাগগী নত্রবা?"

"মানিনে অহুদা ঐনা রাশকখিবগী রানি।"

"অহুদি ঐসু রাশক্লোরা?"

"করম্না? করি রাশকদৌরিবা?"

"হেক্তা শরুগা লোয়রে। থংনা থবক তৌত্রবদি?"

"নিন্নাদা হংখিগে। চথোকখি লাক্লরিনি।"

"শ্রীমী: ইবাদি লৌবিগোং নত্তে, কদায়দগী ইববিনি ?"

"লোয়রে। মিমীদকা হংজরম্মোই। অদুবু মশিংসু অোয়রখোকখ্রবদি কম্ফলৌনি ?"

"তুরেল ময়েং তাদ্রগনি, ঙা ফাবা য়ারনি, নোং থর হাকচংদি শা তানবসু য়ারগনি, ফৌসু মুননি, অাবসু "

অটলনা তুংশিন্দুনা থমশিবা অার থর লৌরে। নিমীনা হৌজিকপদা উরদুনা হায়রকই, "য়াম্বুং, অদুদি কৈদৌনা শোক্লুরিবা ?"

অটলনা খুমকই, "মহাক্না হায়দুনা লৌবনি। য়ুম অসিগী চানিংঙাই করিমতা লৈত্তে অদুনা মহাক্না হায়রে, মসি ঐখোয়গীনি হায়না।"

নিমীনা লাথীদা য়েংলগা ইজিং তৌদুনা নোক্লগা হায়রকই, "হোয়নে চুম্মীনে।"

অটল মপান থোকখ্রে। মখোয় অনিনা তল তকখোত্তুনা হোরে, অদুগা মুমিদাংবাইরমগী চরা পুক থন্না চারে।

মুমিদাংবাইরমদা মখোয় লৌতাকপা চংখ্রে।

নিমীগা লাথীগনা কৌগী লৌবুকী লৌতাংশংদা অদুগা অটলনা অারগী লবুক্তা লেকখ্রে।

অহিং অদু পুমমক মমনা অমুবা লৈচিলনা থাজিনখ্রে। অাকাশতা থা থোক্রমবসু থাবল উবা ফংলমদে অদুগা মরক মরক্তা জিক্লা তারম্মী। মুংশিংসু শিংলম্মী অদুগা কাংসু চবুল-চবুল পাইশিন্দুনা চিক্লম্মী। ফি খিজুং য়াওবা অদুনা হকচাংদমক কুপ্না ওন্নী অদুবু হকচাংদা ফিনা হেক কুপ্নদা শাগংলকই, হমাংশৌই, অদুনা হকচাং ইংহনবা ফি অমুক হায়দোকপা তাই। অদুদগী কাং অমুক লাক্লে, শাগৎলক্তুনা হমাংশৌরে, মখোয় অনি ফমদুনা লেনবা অারম্মী।

নিমীনা হায়রকই.— "বারীদুম শাসি।"

লাথীনা খুমকই, "কদি য়ারী শাগনি ? ঐশৈদুম শকউ।"

"শক্লবস্থ কাং ময়াম অসি য়ান্নুংদা পায়শিল্লকনি। কাংশিং অসি ঐনা ওয়বদি লোক্লনা ফারগা মাংহনগে।"

"হোয়নে, মী অচৌবা নিংথৌ ফমনাইবশিংদি কাংদগী কন্নবা কাংখল থুন্নি হায়না।"

"অহুবুদি ঐস্থ তায়না"

"কাংখন হায়ষহু কমদৌবা জাৎনো?"

"কনানা খংগনি! খংলগা কদৌগে হায়বনো? কাংখন থনগে হায়বরো?"

"ঐগী লাইবক্তা কদায়দগী তন্নমগবনো। লমঈরোই অমত্তংগা হাৎলবদি থা অনিগী চিঙাক হান্না লৌশিনগনি; অনিশুবদা অমত্তংগা হাৎপা ওয়বদি কি থর অহুগা কাংখন অনিংদংগা লৈগনি, অমনা ঐগী অমনা নংগী ওইমনবা।"

হোয়দা, অহুমশুবা অটলগীদি কদৌরুগবনো। নংগা য়ান্নুংগগীদি অমা লৈরগা য়ারেদা।"

"নংনা অমুক করেমকএ! খুনগী মীশিংনস্থ চিবোন চিবোন ঙাংনরে, নংগী নচিন্দগী রাসি মীমাংদা ঙাংলুরবদি করি থোকনি?"

"রা অসি কাংবু কাংথোক্লরবদি ফরনি; লুহোংথোকপনা ফরনি।"

"খুনগী পঞ্চনা য়ারোইনে।"

"লুহোংদনা অস্থম লৌশিল্লগা লোয়রে, অহু ওইরবদি পঞ্চনস্থ কন্নিস্থ হায়বা ওয়রোই। লুহোংলবদি মথোন্নদা ব্রজ তাবগুম থোক্লগনি।"

"ঐ লুহোংদনা ইথনতা লৈজরগে। লুহোংদনা য়ুম পান্দৌ-শরুকপুদি রাষ্ট্র তুরেল অসিদা ঙকশমদা মুং য়াল্লগা লুপতুনা শিবনা ফৈ। নংগা লোয়ননা পুন্সি লোনবনা হেন্না ফরে।"

"ঐদি কয়াম কুইনা নাইতোম লৈগদৌরিবা?"

"নংবু লুহোংগদরনে?"

"হোংগনিনা ঐগী পুক্লিংনা পাম্ববু লৈরবদি।"

"নংগী নপুক্লিংনা পাম্বদরা নভ্রগা নয়াম্বুংগী ?"

"য়েংবা হায়বদুনিদনা, ঙসি অহিংমক্তি হোংলোয়দনা।"

মখোয় অনি কাং হাত্তুনা হুগদোক্তুনা লৈরে। ঙাইহাক লৈরগা লৌবুক্কী কাচিন অমদা শ্রো শ্রো লাউবা মখোল অমা তারক্লে। মখোয় অনি নাকোং থাঙ্গৎলগা তাদুনা লৈরে।

লাথোইনা মঙং অমা উরে শেংনা উদে, হায়ফেত্তং উবনি, অদুবু মহাক্না য়োংকী তেন অমা কাপ্লম্মী। মঙং অদুদগী ওম লাউবা মখোল অমা শোক্লক্লম্মী। মহাক্না তেন অমগা অমুক কাপলম্মী; তেন অদু মঙং অদুদা পানখিরম্মী। লমঈরোই অদু য়াম্না হৌনা ও খোংলম্মী, অদুবু তুবদি তুদনা চেনখিরম্মী। উমংদা চেনখিবগী মখোল লাপ্না তারম্মী। ঙাইহাক লৈরগদি তাখিদে।

"ঈরোইনি। চেনখ্রেদনা" নিঙ্গোইনা হায়রকই "নংস্থ থুমনখ্রে।"

"লবুক্তা চংলক্লবদি ফৌ নৈখায়গনি" লাথোইনা হায়রকই।

"ফৌ কয়াম নৈখায়গনি হায়গে? তেনজৈ অনি মাংহল্লে, য়াম্না ফবা তেনজৈনি। নং অসি খিত্তং ফাওবা খনথদে।"

"নং হেক কাপ্লদি কৈদৌই ?"

"হাংহৌবা ঙমদ্রবদি তেনজৈ মাংদুনা তোক্লনি।"

"নহালমুক নুংশা য়াম্না কনবা নুমিৎ য়ুংবা মতমদা তেনজৈ অনি হন্দোকপা অদুম হায়না হয়েং অয়ুক তেনজৈ অনিদু থিরগা হন্দোকপিগনি।"

"থিন্দুনা ফংলরনি ঈরোই। হন্দোকপিরম্নি তেনজৈ!! ঈরোই অদুদি লাপ্না চৎলগা শিরুরনি!!!"

"থরায়দদি থাকউদনা! অয়ুক ফাউবদদি ইংথখোদনা।"

"নংসি নাপল য়াম্না কারেদা।"

"ঈরোইগী মউন্দুনা খোংউপ শারমদ্রবা ফৌ য়াল্লমদ্রবদি এগী তেনজৈস্থ য়াম্না লৈরমগদবনি।"

"ঐখোয়দনা চাবয়নে কৌ অহুবু, অহুনা খোংউশম্‌ নংগী শাজবনি, মহাকা নংগম্ নপুজি লোইমিন্নগদবনি।"

"ঐনা লোয়না চাবনিনে।"

"হৌজিক ঐখোয় পুন্নমক নংগী নরল চারি, অহুননি নংনা প্রমাণ পাইহে তৌরিবা।"

লাখী মখয়াং চিক্‌না লৈপ্রে; নিন্নীসু ভাইহাক তুমিন্না লৈরে অহুবু য়াম্না কুইনা তুমিন্না লৈবা হৈনরমদে।

হায়রকই, "করি করিনো নংনা হন্দোারকদৌরিবা অসে?"

"হেক লোবা মখৈ।"

"য়াম্বুংসু হন্দোকদরা?"

"সুংভাইবা রারীতুম শাসিবা, অহিং সুংভাইনা লেনবা য়াবা। মা অসি হন্নিনা-হন্নিন ভাংহুনা লৈরবদি ঐ হৌজিক লৌভাংশঙ অসিদগী কুমথরনি অহুগা ঈয়োইহ্ থিরুরনি, নংগী মমল য়াম্বা তেনজৈ অহু উমং অসিদা থিরুগনি।"

"ও! হো! য়াম্না থৌনা ফবা পাণ্ডবগী অর্জুন ওইরমাহে।"

"হৌজিক থংনি ঐ কনানো হায়বা।"

লাখীনা থাংশাং পায়খংলে অহুগা শগায়দগী ফন লাউনা চোংথপ্রে। নিন্নীনা মহাকপু ফাবা ঙমহৌদ্রে অহুনা মিন্নীসু শগায়দগী কুমথরক্লে। লাখীদি লৈখোম লৈনাং মরক্তা জম-জম চৎখ্রে, নিন্নীনা তাম্নগে থজিং অহুবু চেনবা ঙম্নমদে। লাখীদি মশা পাবনিনা য়াংনা চেনবা ঙম্মী অহুগা নিন্নীদি মশা নোম্নরনিনা য়াংনা চৎপা ঙম্নমদে।

নিন্নীনা লাউরকই, "ঐনা রাশক্লিবা অসিনি ভাইখো, নংনা হেক চৎপদা ঐ শিগনি।"

"হল্লোয়," লাখীনা অচেৎপা খোজেলনা খুমই।

"অহুদি ঐসু নংগা শিমিন্নবা চৎকনি," নিন্নীনা মাগী অয়েম্পা রা হায়রম্মী।

'নশাবু মপী মপা লৈতে হায়জিন্দুনা ঐবু তমথিবা হিংচাবী ওয়হনগম্নু। মপী মপা লৈতবদি ঐনি। ঐনা ৱাশক্লিবা অসিনি, অমবু ওয়রবস্নু অমবু ওইরবস্নু, মতুংদা শুকখৎ খৎনজররোই।''

ৱাশক অসি হেক তাবগা লাখীনা নিম্নীবু খংকোন কোনশিল্লমই।

"নিম্নী নংনা অস্নুম্না করিগী ৱাশক্লিবনো ?'' লাখীনা কপ্নিং কপ্নিং হায়রকই।

"মরমদি নংদি থুনা শাউগল্লি। ৱাশক অসিগী মতুংদগীদি অসিগুম্বা তাঙ্গা অসি লাক্লরোই।"

"ঐস্নু ইপা-ইপুনা শাথী ওইত্নুনা ৱাশক্লিবা অসিনি, নংনা ফন য়াম্না চৈরবস্নু ফুরবস্নু, ঐনা নংবু ফগুনা খল্লরোই।''

"ফরে-ফরে হৌথ্রে। মতুংদা ঐগা নংগা খক খংনরোইসি। ফরে, হৌজিক্তি নোক্লোদনা।''

"হে ! হা।''

"লুহোংলনিদনা য়াম্নুংগা ?''

"অমুক হৌরক্লব্রা ?''

"হা ! হা। শোয়দ্রে-শোয়দ্রে, ঐ নংগী নচন ওইবা পাম্বগী ৱানি, নংবু ম্নুংশিনা ইনম্মা হায়না কৌজনিংবনি, অমুক্তং নংগী নচিননা 'ইচন' হায়য়ুদনা।''

"ঐনা করি ভমগনি ?''

"য়ানরবদি হোংগদ্রা ?''

"হোংগনি ! হোংগনি !! য়ানদ্রবদি শিদোকনি। নয়াম্নুংগী মথৌনাগী ৱানি।"

"মহাক্তি মথৌনাদি লৈবনি, মত্নদি ঐনা খংই।''

"অদু ওইরবদি ঐগীদি থৌনা ৱাৎতে।''

মথোয় অনি য়াম্না কুইনা কোম্নত্নুনা লৈরে' হুমাংনা পুমচোৎ চোৎথ্রে, হুমাং চোৎমনখিত্নুনা কাংনা ফাউবা চিকপা ভল্লমদে।

লাখীনা কোন্নবত্ন থাদোক্লগা হায়রকই, "য়েংঙ্গে পা লাকলিক্লা।''

"য়োৎকী তেনজৈ য়াম্না লৈ, কাপনিংবা কাপ্পু ঐস্নু কাপকনি" নিম্নীনা চেৎনা হায়রকই।

"অহিংদদি তেন কাপ্পগী মহুত্তা লাংবনা হেন্না ফৈ, তেনজৈ মাংহনবা য়াদ্রে, তুংদা কান্নরকনি।" লাখীনা হায়রকই।

"নংগী 'বর'না হায়রমলেনা, তেনজৈগী করিস্নু থল্লুম্নু।" নিম্নীনা নোক্লুনা হায়রকই।

লাখীনা নিম্নীগী মখজায়দা মখজায়না নৈরম্মী।

"হে ! হে !! হে !!!" নিম্নীনা হৌনা নোক্লম্মী

লাখীনা হায়রকই, "ঈশৈদুম শকউনে ! নংগী মুংশিরবা খোঞ্জেলনা শকপা ঈশৈসে কোকিলনা খোংবমুক মুংশিনে। লাউনা শকউ, শাশিংদু শুমহত্তুনা লেপ লেপ্পুনা লৈননবা।"

নিম্নীনা কনাদগী ঈশৈ তন্নুদে, অসুম তাবদগী হৈবনি, খোঞ্জেল মশানা অদুম মুংশিজবনি। মনা শিংই, বুদ্ধি লৈ, অদুগা মহাক ঈশৈ য়াম্না ফাই, শকপা ঙমই। মহাক ঈশৈ শক্লম্মী। অদুগা অহিং তখায় হেন্না ঈশৈ শক্লুনা, নোক খেদুনা লেল্লম্মী। অয়ুক অথেংবা কাওবা তুমদুনা লৈ।

মাই-মিৎ তাথোক্লগা মখোয় অনি ঈরোই থিবা থোরক্লম্মী। য়াম্না লাপ্পা লাপ্পা ঈ তাবা খোঙ্গুল থেংনরম্মী। অদুদগী মফম মরাং খংখিদ্রে। মুমিৎ য়ুংবা মতমদা হল্লক্লম্মী। অটলগা নিম্নীগদি তেনজৈ মাংবগী মুংঙাইতবা লৈতে, অদুবু লাখীদি মুংঙাইরমদে।

(১২)

গয়াসউদ্দীননা নোংজুথা লোয়রগা কালপীদা লান্দাবা পাম্লম্মী। খ্বাজা মটরুনা মহাক্না পামজবা জগোয় শাবীশিং অদু থিবা ফংখিদ্রে। মতাং অসিদা গুজরাতকী সুলতান মুহমদ বঘর্রানা লাম্মী পুদুনা মাণ্ডুরোমদা লাকলে হায়বা পাউ তারে॥

গয়াসউদ্দীন মীকিথিদি নৎলমদে, অদুনা মহাক্না থুনমক মায়োক য়ানবগীদমক থৌরাং তৌরম্মী। মেৱারদা লানগী মতেং পাংলক্নবগীদমক ইদুনা পিখ্রে।

চহী য়াংখৈ শুরবা মমিং চৎলবা রাণাকুম্ভানা মেৱারদা পাল্লম্মী। নিংথৌ খুভম পাম্বা মচানুপা উদানা মপাবু হু পিজদুনা হাংতোক্লম্মী। নিংথৌ খুভম পাম্বা উদা চহী মঙ' পাল্লম্মী, অদুবু প্রজানা য়ানিংদবা, পেন্দবা লৈরম্মী। মরক অসিদা চম্পানেরগী রাজপুতশিংনা শিবা কিদনা গুজরাতকী বঘর্রাগা লান কন্ন শোক্নরম্মী। রায়মলনা উদাবু চিত্তোরদগী তাম্থোকখ্রে; মেৱারগী খুদোংথিবা অসি উবদা দিল্লীগী সুলতাননা লান্দারক্লম্মী। রাণা রায়মলনা গয়াসউদ্দীনগী মতেং লৌরগা দিল্লীগী সুলতানবু তাম্থোক্লম্মী। মসিনা গয়াসউদ্দীনগা মেৱারগা সন্ধি তৌনবগী কান্নবা ফংবনি।

মাণ্ডদগী মতেং নিরক্নবদা মেৱারসু লানগী থৌরাং তৌরম্মী। গুজরাতকী বঘর্রা অসি মতম পুম্নমক্তা মহৈ-মশিং, শা ঙা চানিংদুনতা লৈ, অদুনা মশাগী অরাম খোৎরাংবা কোক্লনবা লান তৌনিংদুনতা লৈরম্মী। লান তৌবমক ফংদ্রবসু চীং-মান্দা কোয়চৎ-চত্তুনা অরা অনা খাংদুনা মচিঞ্জাক কোয়থি থিরগা চারম্মী। মানা নোংমদা চাখিবা ময়াম অদু তুমননবগীদমক কোয়চৎ চৎপা, লান থেংনবা অসি মহাক্কী শোয়বা য়াদ্রবা থবক ওইনা তৌরম্মী।

নোংজুথা লোয়শিল্লক্লম্মী। তুমিং কয়ানি নোং তাখিদ্রে। ইচোয় চোয়বা অপাবা লৈচিননা কোয়পাই পাইরম্মী, অদুগা নুংশিং নুংশা কল্লম্মী অদুদগী অহিংদসু থৱানমিচাক নিংথিনা থোক্লম্মী। থাগী নামীবা নুংশিংসু শিংলক্লম্মী; অদুগা তুবেল অনদি ঈ-খোংশিংদা ঈশিং ফজনা চেল্লম্মী। লেং লেং চৎপা উজাউশিংগী মত্তোনশিংনা পরেং পরেং নুংশিংকী ঈপোমশিংদা জগোয় শাবগুম নিংথিরম্মী। অদুদগী রাহোংনা জগোয় শারগুম পরেং-পরেং ঈথক হৌনা পাইরিবা তেনরা, মোয়নানচিংবা উচেক-রায়া ময়াম অসিনা অমুক্তা হেন্না ফজহল্লি। তেনরাশিংগী অঙাংবা মচিন

অতু অশাংবা উনাশিংগী মরক্তা অঙাংবা ঈশিং মঙ্কিকথুম উইন্নি। ঈ খোংগী ময়া-ময়াদা হরমৃদারগী লৈ শাৎলি, অতুগা খোয়মুশিংনা কোয়না কোয়না পায়দুনা লৈশিং অতুগী লৈহী চুপ্পি।

লমশিং অতু অরাংবা নাপীশিংনা কুপশিল্লম্মী। মরক মরক্তা খর লাপ্না লাপ্না ইশং কাবা লৈবাক উরি অতুগা লম্বী মপান মপান্দা হৌরিবা ঈ পাম্বীশিং অতুনা লম্বী লৈ হায়বা তাক্লি। বঘর্দা অতু শগোল লাম্মী লিশিং য়াখৈ, শাম্ চামঙাদা পোৎ চৈ হাপ্তুনা মাগু মাইকৈ তমনা খোংশাল্লক্লি। মাগুগী লমদোংদগী গয়াসউদ্দীননা মহাক্তা মায়োক্লনবা কুমথরক্লি। 'ধার' হায়বা লম অসি মাগুদগী অরাং থংবলোমদা কোস তরামাথোই লাপ্না লৈবা মফমনি। মফম অসিগী কিলাদগী বঘর্দা অতু হৌজিক লাপ্না লৈরি। বঘর্দানা ধারদা লান্দাদতুনা মাগুগা ধারগা অনিগী ময়ায়রোমদা চৎলক্লি।

লম্বী লৈত্রবগুম তৌরম্মী, অতুগা লমজীংবা মকোক অতুস্থু লমুক্ত-খিরম্মী। সন্ধ্যা ওইশিল্লক্লে, খর চৎলগা ঈশিংনা ইমায় থনবা ঈচেল কনবা পাক-চাউরবা তুরেল অমা লানবা তারম্মী। লমজীংবা লাম্নীশিং অতু লম্বী খিবদা চোয়জায়নখিরম্মী। মখোয়না লাপ্লপা মৈথু খুবা উরম্মী য়াম্না রানা মখোয়না মফম অতুদা য়োরক্লম্মী। মতম অতুদা জগোয় শাবা-শাবীশিংগী কাংলুপ অমা থেংনরম্মী।

জগোয় শাবশিং অতু তরামঙাদগী হেল্লমদে। উশিংগী মরুমদা লৈবা অতোংবা মফমশিংদা ঈ অমদি উনা-রানানা কুপ্প য়ুম মচা মচাশিং শারম্মী। খর চাউবা য়ুম অমদা মখোয়গী গধাখর, ঈরোই অনি অমস্তুং হামেং লাবা অমোম খর পুন্দুনা থম্লম্মী। য়োং খরস্থু উয়ুংদা পুল্লম্মী। য়ুম মচা অমগী মনাক্তা লিরুং, তেনজৈনা পীক থম্না হাপ্না তেনথাউ অমস্তুং থাংশাং থম্লম্মী। অঙাংশিং অতু উশাদা য়ানবা নাওগুমদা হাপতুনা থম্লম্মী। মশা ফবা নুপা মঙা তরুক্তা লৈশাবী মৌ খরগনা চাক থোংলম্মী, অতুগা নুপামচাশিংনা অশিবা শা অমা শেল্লম্মী। মখোয় লোয়নমক মশা ইরাং ইরাং রাংলম্মী অতুগা কৈজোম শেগায় তুগায় শেৎলি। নুপীশিং অতুস্থু

অমনবা শেগায়রবা পায়জমা শেৎলি, ফি ইল্লমদে, থবাক অদু ফিনা পুনশিল্লি অদুগা মনাদা নায়াম্বী অচৌ অচৌবা য়াল্লি, নাতোন্দনা পিথ্রবাইগী নাশিকা য়াল্লি, ভকশমদনা লিল্লিগী মচু মচুগী লিক শিরম্মী।

খুন্দারিবা মফম অদুগী মায়কৈ মরিদা অচৌ অচৌবা উশিংনা থাজিল্লি। লমজীংবশিংনা হেক উবদা মখোয় অদু কনানো হায়বা লায়না খংলম্মী।

লমজীংবশিংগী লুচিংবা অদুনা মীশিং অদুদা মখোয় লাকই হায়বা খংননবা লাউরক্লম্মী। মখোয় ময়াম্না মদু উবদা চপ চপ লেপখৎলম্মী। মখোয়না কিবদি কিরমদে অদুবু ভকপদি ভক্লম্মী। মীয়াম ওইরপ তৌরবা মখোয়গী লুচিংবা অদুন খুল্লকই হো করি ওইরবনো?

লাম্মীগী লমজীংবশিংগী লুচিংবনা হায়রকই 'গুজরাতকী সুলতানগী লাম্মী অসোমদা লাক্লি হায়বা খংব্রা ?

"ঐখোয় খংজদে।"

"মাণ্ডুগী লম্বী তাকউ, তুরেল তোর্ব্বান কদোমদনো?"

"ঐখোয় খংজদে।"

"লাম্মীশিং অসি থুনা তুরেল ব্রাংমদা লাম্থোকদবনি।"

"করিগীনো?"

"করিগীনো কাম্নু হায়বা শায়, নখোয়গী নপা-নপু লাম্থোকপিনবা। ঐখোয় মফম অসিদগী লাম্থোকখো হায়ব্রা নত্রগা লাম্বুং য়ৈদুনা শামু লাম্মী কৌদুনা নখোয়বু নেখৎহল্লু হায়ব্রা?"

মুপী অমনা য়াম্না নোঙ্গনা হায়জরক্লম্মী, অদুবু মহাক্কী মমিৎ মিংয়েং অদুদি অদুক হাক্লা নোঙ্গদে, মিত্তা তৌরম্মী, "অরে! মহারাজ অদুক তমথিবিরিবা করিগীনো? ঐখোয়গী কুম্মৈদুম য়েংবিখো। জগোয়, থৌরি চৎপী, চোং-ফনবা, উ অমদগী উ অমদা চোংদুনা চৎপা, য়োংগী লিলা অমসুং থৌরম কয়া অমা লৈরি। "হো মুন্দরিয়া, অরিও শুন্দরিয়া" মহাক্লা। পুল্লিবা য়োংশিং অদুদা মিত্তা তৌদুনা মমিৎ খৎলম্মী।

থিদা অপায়বীসে, জগোয় শাবী হায়বদুমক্কি, লুচিংবা অহুনা খল্লম্মী।

হায়রকই "নখোয়গী কুম্মৈ অহু সুলতান অমসুং সরদারশিংদা উংচৌ মনা ফংগনি। ঐখোয়গী লম্বীদদি তাকউ।"

'কদায়দা লৈ নখোয়গী বাদশাহ অমসুং সরদারশিং? ঐ স্বর্গ ফাওবগী লম্বী তাকপীগে। কখোক্কে নখোয়গী নিংথৌদা, করি মনা ফংগনি।"

"বাদশাহনা পুক্কিংনা পাম্বহু।"

জগোয় শাবশিংগী লুচিংবহুনা হায়রম্মী, "লম্বী চুমদ্রিং চৎলু।"

লময়ানবগী লুচিংবনা হায়রকই, "ঐখোয় লমমুক্ররে, চৎমিন্নসি।"

নুপী অহুনা থুনা য়ুম মন্নুংদগী ইনফি লৌরে অহুগা খোংউপ উপশিল্লে। মুখিয়া অহুসু থৌরাং তৌখ্রে। জগোয় শাবী খর অহুগা মীয়ায় চল্লবী নুপী অমগা লোয়নরম্মী।

লাম্মী লুচিংবা অহুনা মুখিয়া অহুদা হংলম্মী, "নংগী নমিং করি কৌই?"

"পোটা"

"অহুগা লৈশাবী অসিগী মমিংদি?"

"পিল্লী।"

"নুপীশিং চৎমিন্নবগী দরকার ওইদে।"

"য়ে। হে! নংনা দরকার ওইত্রবসু ঐদি চৎকনি, মখোয়বু লম্বী তাক্কনি, অহুগা ঐনা জগোয় উৎকনি।"

"নখোয়দি করি লমগী মীনো?"

"মালৱা অসিগীনি।"

লাম্মী লুচিংবা অহুনা মখোয় পুন্নমক লোয়না পুবা তারে। কোস অমরোম চৎলগা লুচিংবা অহুনা লম্বী তাকলে। মফম অহুদগী গুজরাতকী লাম্মীশিং লাংবা তারম্মী।

লুচিংবা অহুনা গ্রনা পিয়ু হায়জল্লম্মী।

লাম্মী লুচিংবা অহুনা হায়মদে, "তুরেল খোংবাদা তাক্লউ।"

পিল্লীনা নিংঙাই তৌদুনা হায়রকই, "হাৎকে হায়রবস্তু হাৎলু ঐদি বাদশাহদা কুম্মৈ উৎখিনি, কুম্মৈ উৎত্রিবা মথৈ তুবেল খোংবান তাকলোয়।

লাম্মী অচৌবা অদু তৌফম খংদ্রে। মখোয় পুন্নমক লাম্মীগী মনাক্তা থুংলম্মী। স্থলতান মহমুদ বঘর্রা চাক লায়রক্লম্মী। থিন্দনা শামুশিংগী মথক্তা হাপ্লিবশিং অদু লৌথরগা চান-থক্লবা ময়াম শেমদুনা থন্নগা ফিদা থারম্মী।

চরা রানবদুগী মথক্তা বঘর্রা অসি নোংমদা গুজরাতকী মোন অমা লুমবা চিঞ্জাক চাং মদু হৌজিক্কী মতমদা সেরকুনগা মান্নগনি। তল ময়াম, শা-ঙাগী য়েনছাং মথল মথা কয়া হরাই, শাক, দহীনচিংবা কয়ামরুমনি। পুন্নমক অসি পুজারিনা থোং থান্নগা শামু মথক্তা শানা হাপকৎলকপনি।

বঘর্রা চাবা হৌরেং মতম গসিদা লাম্মীশিং থর লাংলক্লম্মী। "কৈদৌরে?" উ অমা তেল্লকপগুম হৌনা বঘর্রানা হংলকই। সন্ত্রী চেনশিল্লক্লে অদুগা তাক্লকই, 'লম্বী ভাকপা জগোয় শাবশিং লাকপনি। মখোয়গা নুপী খরস্তু লোয়নরকই লাম্মীশিংদা জগোই কুম্মৈ উৎকদবগী।"

"শোমদা পুরকউ।" উ অমগী উশা তেল্লকপগুম পেংরা অমগী চাংদা চখোম অমা হুকচিল্লগা বঘর্রানা নুংশিনা হায়বকই।

"জগোয় শাবা-শাবীশিং অদু বঘর্রাগী মনাক্তা লাক্লম্মী। স্থলতানগা মিং চানবা ব্যবহার নত্তে, অকনবা দণ্ডী ফংগনি অদুনা জগোয় শাবশিং অদু লু-লুক্কুনা লেপ্লম্মী।

জগোয় শাবীশিংনা অমদি পিল্লীনা অঙ্করপা মওংদা মশা অদু থেক-খোক্তুনা তৌওমদবা মওং কয়া তৌদুনা উৎলম্মী। পিল্লীনা নিংথিনা থেন্দুনা থম্লিবা পৈরিবা চিঞ্জাকশিং অদু য়েং য়েংদুনা মগ্নিং লুকথরগা জগোয় শারম্মী! বঘর্রানা হকচাং থেক-খোক্নুনা জগোয় শাবদু ঙক্না য়েংবদা ভাইহাক্তং চখোম হুকপা কাউথোক্লম্মী।

"ফৈজেদা!" বঘর্রাগী মচিন্দগী থোরক্লম্মী, চৌংদগী মুং কিন্দ্রবকপগুম।

জগোয় শাবশিং অদু থক থক নিল্লম্মী। পিল্লী পাখৎখ্রে, মহাক্লা চপ লেপ্নুনা সুলতানবু হায়কেৎ য়েংলম্মী। রাং চাউবা মশা, মকোয় মরাং অদু উবদা তু চুংলম্মী। সুলতাননা চখোম পৌরা অমমম হুকপা তৌরক্লম্মী।

চখোম অমা হুক্রগা শায় শায়তুনা বখর্‌না হায়রকই, "কদায়দা লৈ নখোয়রবা?"

পিল্লীগী মনাকোংদা খোংলল অদু ইরোই অচৌব অমা পুখ্রিদা চোংথবগুম তাবম্মী।

তপ্পা হায়রকই, ঐখোয় মাণ্ডুগী মনাক্ত উমং অমদা লৈজৈ।

"নখোয় কদায়দা চৎলিবনো?" লুংজাউ পোকথায়রকপগুম হৌরম্মী।

"সরকার মেরার রোমদা।"

"করিগী?" য়োৎ অনি থেঙ্গায়নবগুন।

"মফম অদুগী রাণাজী অমসুং সরদারশিংদা ঐখোয়গী কুম্মৈ উৎলুনবা।"

"মফম অসিদগী নখোয় কেদৌঙৈ চৎকনি?"

"নুমিৎ মিনি হুনিগী মনুংদা, নোং-চিং হেক হাংবগা।"

"নখোয় কনা কনানো?"

"হিন্দু অমসুং মুসলমান অনিমক পুল্লে।"

"করম্না?"

"সরকার, ঐখোয়দি খুদা অমসুং ভগবান অনিমকপু থাজবা মীওইনি। ঐগোয় পুম্নমক শা-ভা লোয়না চাবা ঙাকনি।"

"তোবা! তোবা! মেরাবগী রাণাজীদি কদায়দা লৈ?"

"চিটোরদা লৈরমগনিনা মহারাজ।"

"চিটোরদা লৈতে। ঐগা লান্থোকনরগা মথরায় থাগে লাক্লি। মফম অসিদগী কোম নিঙ্ক খাংম্মি লাম্ম লাক্লুনা লৈরে। মাণ্ডুগী সুলতান

হান্না লোয়শিল্লগা মহাক অমুক লোয়শিনগে। তম্মুচো, চম্পানের নৈথায়বদোনা মাবুম্ম নৈথায়গনি হায়না।"

'হুকুম ইনগনি সরকার''

"রাশকউ।"

"খুদা কী কসম"

"ভগবান পান্দুনম্ম রাশকউ।"

"কসম ভগবানগা খুদাগা অনিগী।"

জগোয় শাবা শাবীশিং অদু মনা লৌনবা লু লুক্তুনা লৈ।

"লম্বী অমম্মং তুরেল তোর্বান তাকউ অদুগা মনা ফংগনি।" বঘর্রানা হায়রকই, অচোংপা অথাবা দরী শেগায়বগুম।

মখোয় চংখ্রে। চাক চাবা লোয়বগা মুলতান বঘর্রা লান্মীশিংগা লোয়ননা চংলক্লে! জগোয় শাবা শাবীশিংনা তাক্লকপা লম্বীদা চংদুনা নুমিদাংরাইরম তুরেল লাক্লে, অদুগা অহিংদা উমংদা পোথাফম শেম্লম্মী।

বঘর্রাগী গুপ্তচরশিংনা মথংগী নুমিৎতা পাউ পুরক্লম্মী, বিলোচিশিংনা গুজরাতকী অরাংথংবা মাইকৈদা লান্মী লাখ অমা পুরক্তুনা সিন্ধদগী চংলক্লগা লুট-পাৎ তৌখ্রে হায়রবে। বঘর্রা থুনা হল্লগে লেপখ্রে। মাগুগী মুলতান অমম্মং থুনগী মুপীমচা অনিগী মতুং ইন্নবগী মহুত্তা বিলোচিশিংবু হান্না নমৎবনা কে অদুগা কোন্না মাগু নমথগে খনখ্রে।

মহমুদ মঘর্রা লমখাংদগী হল্লক্লম্মী অদুগা অহমদাবাদ চংতদুনা গুজরাতকী অরাংলোমদা হায়রক্লম্মী। বিলোচিশিংবু শাথিনা মাইথিবা পিরে। সিন্ধ প্রদেশকী অরাংদা সিন্ধ তুরেলগী তোর্বান্দা বিলোচিশিংনা নিংহন্নবা লৈতনা লানথেংনরম্মী অদুবু মাইথিরম্মী, লান্মী মশিং য়াম্না তাংথিরম্মী। মফম অদুদগী বঘর্রানা খংলক্লম্মী মতুদি জুনাগড়গী থা থংবা লন ড্যু টাপুদা পুর্তগালশিংনা লানগী জহাজ মশিং য়াম্না থোরাং তৌখ্রে অদুগা লান্মী য়াম্না পুদুনা গুজরাত্তা লান্দমক্কদোরে হায়বসি। মাগুদা লান্দাবদু মতম কক্তনা য়ৈথোক্লগা পুর্তগালশিংগা লান্থেংননবা মহাক সিন্ধদগী গুজরাততা হল্লক্লম্মী।

জগোয় শাবা পোটা কাংবু অদু মাগুগী উমংদা নোংজুথা লোয়বা ফাওবা অদুম লৈরম্মী। অকিবগী মশক ফংলবা সুলতান জমদি বল্লবা রাণাজী অনিগী মরক্তা সুং অনিগী মরক্তা হা ওইনিংলমদে, সুলতান লাকনি হায়না চীংনরম্মী, অদুবু সুলতানসু লাক্রে অদুগা রাণাজীসু লাক্রে।

গয়াসউদ্দীন্না রাণা রায়মল হনখ্রে হায়বা পাউ অসি থিন্দনা ফংলম্মী। মহাক্না পামম্বদি মেরারগী রাজপুতনা হান্না লানথেংনবা অদুগা মাগা বঘর্যাগা অমুক লান শোক্লবা অসিনি অদুবু মদু ওইখিদ্রে। মহাক্না মপুক্লিংদা মওন মওন খল্লম্মী, তশেংবদি রাণানা লান শোক্লবা পাম্নমলোয়, মহাক্না খল্লমগনি; ঐগা সুলতান মহমুদ কা হাংনবা; অদুগা মহাক্না থুদোংচার্বা লোবা, মদু ঐসু খংদবা নত্তেনা!

ফিভম অসি য়েংদুনা খাজা মটরুনা পোটা কাংবু থিরম্মী। মখোয়নু কৌরগা মহাক্না হায়রকই, "নখোয় য়াম্না হৈশিংই হায়বা তাই।"

"করি থবক লৈরবগে হুজুর?" পোটানা হংজরকই।

মটরুনা রাই খুনগী লৈশাবী অনি অদুগী মরমদা নিংখিজনা তাক্লম্মী, অদুগা করি তৌগদগে হায়বদুসু তাক্লম্মী।

হায়রকই, "নখোয়না করিনো অমা উপায় তৌদুনা লৈশাবী অনি অসি মাগুদা নত্রগা ঐখোয়গী লম অমদা পুরকপা ঙম্লবদি নখোয়না পাম্বা মনা মথুম পিগনি। নখোয়না চৎপদা চংগদবা খরচ জমদি থুদোংথিবা কয়া থেংনবগীদমক লুপা খর হান্না লৌগে হায়রবসু পিগে। থবক অসি পাংথোকপা ঙম্লবদি সনা লুপা মতিক চানা পিগনি। লৈননবগীদমক মাগুদা ফজবা অচোবা দলাল অমসু পিগে, অদুগা নখোয়গী মরুপ-মপাংগীসু মনা মথুম য়াম্না পিগনি।

পোটানা হায়রক্লম্মী, "ঐখোয়দি য়ুমকৈ পামজদে, ঐখোয়গী রাশক্তি। ঐখোয়না নখোয়গী হুকুম পাংথোক্লবা হেক ঙম্মথৈ উপায় অমা তৌদুনা হোৎনগনি।"

"নখোয়বু জাদু হৈবরনে?"

"জাহু হৈত্রবদি ঐখোয়না করম্না উমংগী লিল, বিছু. শা-কৈ অশুক য়াম্বা অসি করম্না খুদুম চনবা ঙমগনি।"

"ফরে ! চৎলো !! থবক তৌরুরো। ঙসি নখোয়দা লিক কোন খর, ফি খর অতুগা মতিক চাবা পৈশা খরগা পিগে।"

পোটা মপোৎ মচৈ পুহ্না চৎখিরম্মী।

( ১৩ )

গ্বালিয়র অমুক হন্না খুন্দা লৈত্তাখ্রে। কারগরশিং অমসুং থবক শুবশিংনা অমগা অমগা খুৎশমনদুনা থবক তৌমিন্নরে। খুনগী লোমীশিং অমদি শিনমীশিং কপ্প লাউনদুনা, অৱা-অনা খাংনদুনা মখোয় মখোয়গী থবক ইনথাংদা পুক্লিং চংনখ্রে। গ্রাম পঞ্চায়তশিং অমুক হন্না লিংদুনা শাসনগী থবক ইনথাং পাইখ্রে। অকনবা নোং-মুংশিং লাক্লগা নাপী-শিংবি লৈখায়বগুম, উ-রা ফুক্তোক্লম্বগুম, উশা কয়া থুদেক্লম্বগুম, নোং-মুংশিং লোয়খ্রগা হান্নগীগুম লৈবগুম্না পুমক ইংনা লৈনখ্রে।

গ্বালিয়রগী সীমনা ঙাকপশিংবু শহরগী কিলা মপুশিংবু য়াম্না মিৎ-না শিংনা লৈনবগীদমক নিংথৌ মানসিংহনা উপায় কয়া তাক্লম্মী। নরৱরগী চাউরবা কিলা অসি গ্বালিয়রগী তোমারশিংগী মখুত্তা চহী চাম য়াম্ভৈরোম লৈরুরবনি। গ্বালিয়রদগী পংলাপ লাপ্তনা চাউরাক্লা কোস য়াম্ভৈমুক লাপ্পা খা নোংচুপ্তা লৈ। মালৱাগী সুলতানগা লানথেংনবগী অহানবা অচৌবা লানফমনি।

তোমারশিংনা নরৱরগী কিলা অসিবু কচ্ছপঘাতশিং অমসুং কছৱাহ-শিংদগী লৌশিনখিরম্মী। অসি হেক পনবদা কছৱাহশিংগী থম্মোয়দা তাশোম্না খিনবগুম তৌরম্মী। লম মিহৌনবা মতম অসিদা ৱা অসি করম্না কাউথোক্লমগনি ! মানসিংহগী মতমদা কছৱাহশিংগী অরোইবা মচাদি রাজসিংহ ওইরম্মী। মথোক কারকপগী অয়োবা মতমগা ওইবনে, লৈবাক্লা পাবনে, তোমারশিংদা লমন খুমনিংবনে মহাক লৈফম চাকম থংলমদে।

রাজসিংহ থালিয়রগী সীমনা রাংমদা মালৱাগী সরহদীনগর চন্দেরীদা লৈরম্মী। মহাক্কী অপাম্বা থুংনবগীদমক করিগুম্বদা মাণ্ডুগী সুলতানগা মুক্লম্মী অমুগা করিগুম্বদনা দিল্লীগী সুলতানগা মুক্লম্মী। নরৱরদগী চন্দেরী য়োবসি কোস কুনথক্তা লাপ্লম্মী। চন্দেরীদা মালৱাগী সুলতানগী সুবেদার লৈরম্মী। মহাক্কা গালিয়রগী পাঙ্গল থংলম্মী অমুগা নরৱরগী মথক্তা লান্দাবম্মু ঙম্লমদে। সুলতাননা তৌনিংবা তৌজরসম্মু হায়বা রাখল অসি থল্লগা রাজসিংহ তাঞ্জা য়েংহুনা লৈরম্মী।

চন্দেরীগী খা-নোংপোক্কী হৌরগা বেতরা তুরেল অসি চীং কয়া অমম্মুং উমং কয়া লান্দুনা নোংপোকলোমদা চাউরাক্লা কোস মরি লাপ্না অৱাংলোমদা চেল্লি। অনৌবা চন্দেরীগী কিলা অমম্মুং নগর কোটপু মালৱাগী সুলতানশিংনা ইনৌ নৌনা শেমগৎলম্মী. অমুগা অরিবা চন্দেরীদি মফম মরাং থংখিজ্রে।

খুনৌ চন্দেরীগী কিলাগী শহরগী অৱাংদগী নোংপোকলোমদা থেক খোয়না চৎলগা অৱাংবা চীং অমগী মথক্তা "চন্দেরী" অসি লৈ। মফম অসিদা চন্দেরীগী সুবেদার লৈরম্মী। তমদা তারিবা নগর অসি মী কুংনা তাবা মফমনি। মফম অসিদা অচৌবা দলান অমদা রাজসিংহ লৈরম্মী। মহাক্কী য়ুমলোম্নবদা মখোল হায়া নুংশিনা ঈশৈশকপা অমা লৈরম্মী। মাগী মখুৎ অমু বীনা খোংবগীদমক হৈ-শিংলম্মী। মহাক্লা রাজসিংহবু ঈশৈ অমম্মুং বীনা খোংহুনা তাহল্লম্মী। মখোয় অনি মরুপ শান্নে ঈশৈ শকপা অমু মঙোন্দগী মতেং থর থর ফংলম্মী।

সুবেদার অসি ঈশৈ নোংমাই অমুক হাকনা পামবদি নত্তে, অমুবু মহাকম্মু ঈশৈ তাবদা অমুম লোয়নরম্মী। শৈশকপা অমুগী মমিংদি বৈজনাথ হায়না কৌরম্মী। মহাক ব্রাহ্মণনি। ঈশৈ শকপদা মহাক অহিং-মুংথিল, চাবা থকপগী মতম, ফবা ফত্তবা করিমত্তা খল্লমদে। সহরদা মহাকপু বৈজু হায়না খংনরম্মী। বৈজুগী য়ুমলোম্নবদা লাইয়েকপা মুপা অমগী মচানুপী লৈশাবী অমা লৈরম্মী। লৈশাবী অমু লাই য়েকপা

হৈবত্তা নত্তনা ঈশৈ শকপশু হৈরম্মী। বর্ণসঙ্কর ওইবা মরম্না লৈশাবী মপুং ফারবা কাওবদা লুহোংলবদে। মশক কজে, লাখীগুম্না শওং শাদা মাম্নে। মহাঙ্গা বৈজুদগী ঈশৈ শকপা, বীণা খোংবা তম্লম্মী, অদুবু মহাক্তি লাই-রেকপদা হেম্না হৈ, হেম্না পামজম্মী। বৈজুনা ঈশৈ শকপা মতমদা মহাক্কা বীণা পাইদুনা তান থাই অদুগা মরক মরক্তা ঈশৈ খুমহুম্না শকই। মপানা শিরমদাইদা মহাকপু লুহোংনখা কম্না হোৎনরম্মী অদুবু মহাকপু লুহোংহুনা লৌবিনবা কনামজ্জা লৈরমদে। মহাক্নসু লুহোংজররোই হায়দুনা রাশরম্মী; মহাক্কী মমিং কলা কৌরম্মী।

শরত ঋতু লাক্লে। পানবদলকপগী থাবলনা লেং-লেং চৎপা উনাশিং অমদি অশংবা নাপীদা ভাবা লিক্লাবু ইরং-ইরং লংহল্লম্মী শরত পুর্ণিমাগী অহিংদা রাজসিংহগী মুঙদা বৈজুনা ঈশৈ শল্লম্মী। কলাসু তম্বুরা খোংহুনা মরক মরক্তা ঈশৈ খোম্নাংলম্মী। কলাগী মমিং লাহুনা য়াইওং মচুগী অপাবা ফিনা মমিং খুমজিল্লম্মী, ঈশৈগী রসতা লুপথিবনা মমিং নারি হায়বা কাউথোকখিরম্মী।

রাজসিংহগী অপিকপা সভাসিদা মকপ-মপাং কয়ামকম তিল্লম্মী। মখোয়গী মরুংদা চারণশু অমনি। চারণনা করিগুম্বা থর হায়নিংবা লৈবম্না ঈশৈ শক্লিবা অদুগী মরক মরক্তা য়াম্না হৌনা হৌনা ভালো! ভালো!! হায়দুনা লাওরম্মী। ঈশৈ শক্লিবা বৈজুনা ভালো ভালো হায়বশিং অদুদা তৌবিমল শংবা উৎলদুনা মোমোন মোমোন নোকচরম্মী। চারণনা ভালো ভালো হায়বদুদা তৌবিমল উৎহোত্রবদি করিগুম্বা খুদোংথিবা থোকপা য়াই হায়না খল্লম্মী।

ঈশৈ লোয়বদা রাজসিংহনা করিগুম্বা থর খুদোল ওইনা পিরম্মী। চারম্না হায়রল্লম্মী, "বৈজনাথজী নংগী মতিক চাবা দানদি রাজসিংহনা ইপা ইপুগী সম্পত্তি হম্না ফংলবত্তদা পিবা ঙমগদবনি।"

রাজসিংহনা মুংশা মপী ভপনা হোল্লম্মী।

বৈজুনা হায়রকই—"ফংজরিবা অসি য়ামবু য়ামল্লবনি, থরদং ফংজরিবা অসিদগী হেনবা কয়িসু লৈতে।"

চারণনা মখাগী অরেপ্পা রাথল অদু থর কনশিন্না কোংঘোক্লকই, "নরবরগী কিসাদা রাজসিংহগী কিরাল হেক থেংপা ওম্বগা, ঐনা মঙোন্দা হায়জগনি, নংবু ঐগী নিংথৌনা সনা অমদি মণি মুক্তানা ইকায়খুম্নবা উংহনগনি, মতম অদুতদা ঐগী থম্মোয় পেনজগনি। ঐগী আশাসু।" রাজসিংহনা হায়দোক্লকই—"মতম অদুদদি ঐনা ময়াম মমাংদা ঐগী অনিংবা পাংথোকচবা ওম্বগা লোয়ননা য়ু কপ লান্দুনা থকমিন্নগনি।"

কলানা মমিং খুমলিবা ফি অদু হায়দোক্লুনা রাজসিংহদা য়েংলম্মী।

চারণনা হায়রকই, "ঐখোয়গী ইপা ইপুনা রাজসিংহগী মপা মপুগা লোয়ননা নরবর থাদোক্লুনা লাকপনি, মতম অদুদা তোমারসিংনা নরবর লৌখিবনি। ঐখোয়গী ইজৎকী রাফমনি, ঐখোয়না নরবরদা খোংদাভ্রিবা ফাউবদি কছরাহশিংগী ঐখোয়গী রাজ্য নরবরদা লিংবা ওইখোক্লবনি।"

বৈজুদি রাজনীতি কয়া থংজদে। মহাক্না খল্লি, রাজসিংহনা মহাক্কী লাম্মীশিংগা অমসুং চন্দেরীগী সুবেদারগা লোয়ন্দুনা নরবরদা লান্দাবরদি ফল কয়া ফরোই, অফবগী মহুত্তা ফত্তবনা হেনগনি।

"ঐখোয়গীদমক্তদি রাজ্য লৈত্রবা ফাউবদা অদোম্না ঐখোয়গী নিংথৌনি। নরবর অচৌবা কিলানি হায়বা তাজে. ঈ য়াম্না তাম্নগনি" বৈজুনা হায়রক্লমই।

"রাজসিংহ নিশা কাখৎলক্লমই, "নোংমদি শিদোক্লনি। ইমা লৈবাক হঙ্গিনহনবা ওমত্রবদি শিবনা হেন্না ফৈ।"

কলানা মাইখুমকি অমুক্তা হায়গৎতুনা য়েংলকই। মহাক্না রাজসিংহনা অসুম্না হায়বসি অমুক্তা তাখিদ্রি।

চারণনা রাফম অসিদা অমুক্তা হেন্না কনখৎনা হায়রকই, "করিগী হেক্তা শিদোক্লমি। হাৎকদবনি অদুগা নরবরবু অমুক হন্না লৌগদবনি। চন্দেরীগী সুবেদার অমসুং মালবাগী সুলতাননা অদোমবু ইরায় লায়না হেক্তা শিহল্লোয়, লমহুইগুম্না শিগদবা নত্তে রাজপুততি তরায় তরায়না শিগদবা নত্তে।"

রাজসিংহনা মওক হায়দুনা তাক্লকই, মহাক্কী অর্থস্থু ইচম চন্না শিদোকপগী অর্থ নত্তে, হাৎলগা শিগদবনি হায়বসিনি।

চারণনা পুক্লিং থৌগৎনবা শৈরেং থিরম্মী, মদুগী অর্থদি নোংশা অমস্থুং রাজপুত হায়বসিদি লৈরু লৈরু মফমদা মপাম্বোম পাঙ্গলনা রাজ্য লিংই। বৈজুগী ঈশৈগী প্রভাবদগী মহাক্কী শৈরেং অসিনা হেন্না রাজ-সিংহবু পুক্লিং থৌগৎহনবা ঙমগনি হায়বসিনি।

বৈজুদি অদুক হাক্লা সাহিত্যগী কবিতা পাম্বগী রাস্থু লৈতে, অদুনা মহাক কবিতা ফজনা থিনবগী খোঙ্গেলস্থু লৈতে।

কলানা তম্বুরা থল্লগা খল্লম্মী। রাজসিংহনা বৈজুবু হরাউহনগে হায়বগী মতাগুম হায়রক্লম্মী, "বৈজনাথজী, মঙ্গল ওইবা নুমিৎ অদু ভগবাননা পিনবীগনি, ঐখোয়গীস্থু নুমিৎ অমুক্তং থোরকখিগনি। অদুবু তাপ্পা অদু লাক্লি ফাওবদি ঐখোয় খর ফম্মীন্নখিবা তারি, নখোয়গী সনমানস্থু অদুম তৌজগনি। দিবালী লাক্লেদনা অদুদগী মথং-মথং দেবঠান একাদশী অদুদগী কার্তিক পুর্নিমা অদুদগী ব্যাহ পঞ্চমী...... ।"

বৈজুনা রাজসিংহগী রা হায়থবদু থিংজকই, "কুম্মৈশিদ ঐ চন্দেরীদা লৈররোয়। গ্বালিয়রগী নিংথৌ ঈশৈ নোংমাই য়াম্না পাম্মী হায়না তাই, অদুগা থংবস্থু থংই হায়। দেশ বিদেশকী ঈশৈ শকপশিং মাগীদা তিনগনি হায়বা তাই, ঐ কুম্মৈ অদু য়েংবা পামই।"

রাজসিংহ মরু লুকথৈ।

চারণনা তপ্পা হায়রকই, "গ্বালিয়রগী নিংথৌ! মানিনে ঐখোয়গী পুরানা য়েক্লবদি।"

"য়েক্লবদি নররবনি" বৈজুনা ইচম চন্না হায়রকই।

"মহাক্কী রাজ্যগী মমুংদনিনে নররবনা লৈরিবসে" চারণনা তাক্লক্লম্মী।

রাজসিংহগী মরুপ অমনা হায়রকই, "সুলতান্না গ্বালিয়রদা লান্দাগ-দবগী মাগুদা থৌরাং তৌরি। মেরা হিয়াঙ্গৈদা লান্দাগদৌরি।"

রাজসিংগী মপুক্কিংদা খংহৌদনা রাখল অমা পোক্লরম্মী। মাগী মরুপতা হায়ফেৎ য়েংলগা হায়রক্লম্মী, "মহাক অসি চৎহল্লসি, কাম্নবা অমা লৈনি, নংস্তু চৎকেরা কলা ?"

কলানা মরু লুকথহনা পাউখুম পিবকই, "চৎপবুদি পামজৈ, গুরুজীগী য়াথং ফংজরবদি চৎগে।"

বৈজুদি রাফমশিং অসি শেংনা খংজরমদে, মহাক্না য়ানিংনা মবোক হায়রম্মী।

রাজসিংহগী মথনাউদগী মুংশিবা খোঞ্জেল থোরক্লম্মী, "চৎপনা ফগনি, য়াম্না ফগনি ; থবক য়াম্না পাংথোকপা ঙমগনি।" মহাক্না ইঙ্গিৎ অমা তৌদুনা হায়রক্লম্মী।

বৈজনা হায়বকই, "অদোমগী থৌজাল লৈরবদি লোয়না ফগনি। ঈশৈ তৈবা কনা কনা লাকপগে য়েংব হায়বদুদি।"

চারণগা রাজসিংহগা য়েংনরম্মী। মহাক্না মরুপনস্তু মমুংগী অরোন অথুপ থব খংনিবংগী রাখল ফোংদোক্লম্মী। কলানা মাইখুমফি হায় দোক্লনা ফম্লম্মী।

বাজসিংহনা কলা মতোমতদা করিগুম্বা খর হায়রম্মী। অদুদগী লোয়না কায়নখিরম্মী।

( ১৪ )

গালিযব কিলাগী মথাথংবা লমপাক অদুদা লাঙেল্লুবদগী হৃঞ্জিল্লকপশিং অদুগী লৈনবা য়ুম অমত্তা লৈখিদ্রে। মখোয় কিলা মনাক্তা লৈবা লম্পাক অদুদা লাক্লুনা লৈশিল্লরে। লম্পাক অদুগী মোংপোক থংবা চিদায়দা কিলাগী পনখাদা অচোবা অপিকপা অরাংব অনেম্বা রাশিংদা মচু মথল কয়াগী চফশিং য়াল্লম্মী, মাগী-শিংবী অমস্তুং লৈবাক্লা শান্না উচেকশিংস্তু লংনা পুন্দুনা য়াম্ববম্মী, কোইরোক ক্লোইরা মতুম তাবা পোৎ থরস্তু উরুংটীরু লৈহন্দুনা য়াম্বরম্মী। ফম্নাইরাংশিং অমস্তুং লাম্ফীশিংগা লোয়নদা

মানসিংহ তেন কাপ্পা তমলি। পুং অমরোম তাশিল্লকপা মতম অদুরাইদা তেন কাপ্পা তম্বা ময়াম পুল্লরে. মখোয় তোখায় তোখায় কাংবু কাংবু খায়দোক্লরম্মী। বিজয়জঙ্গম মানসিংহগী কাংবুদা য়াউরম্মী।

মখোয় ময়াম অদু তেন অভ্যাস তৌবা হৌখ্রে। মখোয়না অরাপ্পা পান্দম তমদুনা কাপ্পরম্মী। খর হৈরবা কাংবু অদুগীদি অপিক অপিকপা পান্দম তম্লমই। পান্দমশিং অদুগী মতুংদা লৈঙোয় পিক পিক থম্না হাপ্পা অথাবা বোরাগী ফক্রাং শল্লম্মী মরমদি মচিন তুম্বা অথৌবা তেনজৈ-শিং অদু কিলাগী অকনবা ফক্লাংদা পান্দুনা মাংদনহনি।

মানসিংহ অমসুং বিজয় মখোয় অনিগী মমাংদা শাশিক্পা চফু অমা লংনা পুল্লগা য়াল্লমী। চফু অদু লৌথরগা মদুদা ঈশিং হাপ্পিল্লম্মী, অদুগা উনা শাবা ভাতু মচা অমা মদুদা হাপচিল্লম্মী।

মানসিংহনা বিজয়দা হায়রকই, "চফু অসি য়াম্লগা অমুক উক-উক লৈহল্লসি অদুগা উক-উক লৈরিবা চফু অসিগী মনুংদা য়াওরিবা ভাতু অসি তেনজৈনা লেংদুনা লৌথোকপা ঙম্বা তান্নসি।"

বিজয়না হংলকই, 'তেনজৈ কয়াম্না কাপ্পবদা খুৎ চুম্বা খংনসিগে?"

"মঙা!" মানসিংহনা খুমলকই।

"ইনিংথৌ হাম্না" বিজয়না য়ানিংবা কোংদোক্পনা হায়রল্লম্মী।

"আচার্যনা হাম্না" নিংথৌনা মোমোন কোক্পনা য়ানিংদনা হায়রকই— "আচার্য! মসিদা খুৎ চুল্লবদি লমইরোই অমদি শামুগী মঙক ককপা ঙম্লগনিনা।"

"ইনিংথৌ, ঐখোয়দি লান নৎনা কনাগীসু মঙক ককে, জীব হিংশা তৌবা হায়বসি পাপনি।"

"পান্দম অসি ককপদা কনাগুম্বা অমগী মঙক ককলিবনি খল্লোয়ব্রা?

"মাংদা লৈরিবা অসিদি চফুনি. য়েক্লবদি নত্তেনা।"

"অদুবু য়েকথগী মকোক ককপগী তাঙ্গা লাকপদা খুক্তি নিক্ল-রোইদ্রা?"

"কৈদৌঙৈদস্তু নিকখিদে। হৌখিবা শান্দা ঐনা তৌখিবছুনি।"

"অহুদি য়েক্লবগী মকোকশিং অহু লৈবাক্তা শাবনি খন্দুনা তেন কাপ্পরনে?"

"খনদেদা। মতম মতমগী মতুং ইন্না খনগদবনি।"

"চফু অসিনা হায়-হুম্বগী অথুবা অহু শগোল লাম্মীনা থুবগুম থুগদবনি।"

"অহুদি চেল্লিবা শগোলদা ওইনা তেন তন্নসিরা?"

"শগোলদা কাপকদবা নত্তে, লৌবুক্কী ফৌ-চেং মাংহনবা লমঙ্গৈরোই, ওক অমসুং শা উচেকশিংদা কাপ্পনবনি"

"অদোমনা হায়রিবা অসিবু রাহোং, নীলকণ্ঠ, কাওগুম্বা উচেক-শিংদস্তু কাপ্প, হায়বরা?"

"নত্তেদা অতৈ উচেক ময়াম লৈরিদনা।"

"ঐখোয়গী সিস্থান্দনা য়াদবা রানি।"

"অদোম্বু করম্বা শৈবনোনে! দেবতাশিংগী সেনাপতি কুমারবু নিংবরা, নংনা নিংশিবসি কনাবুনো।"

"ঙসিসিবু অদোম করি তৌরবগে? করিগীনো নিংঙাই য়াম্না তৌইদা! হৌজিক্তি খর ইংলি ঙাইহাক লৈরবদি মুংশা য়াম্না শাগৎলকনি হৌবিরোবা।"

"রা অমা লৈরে। ঐ নোংমা নিনিগীদমক শা তানব চৎনিংই, অদোমবু লোয়নসিরা খল্লি। কৈ কবোকৈনচিংবা লেনগনি, মখোয় অহু অদোম্না হাৎপিগদবনি।"

"ঐ মখোয়হু হাৎলোয়, শিকারদা ঐ য়াউরোয়।"

মশাগী নিংঙাই লোৎনবগীদমক বিজয়না নোকশিনুরম্মী, 'অদোম্না ঐগী পুক্নিং হোংহন্নবা কন্না হোৎনরি, তেন তম্বগী নামাদ ঐবু শিংনবগুম তৌরি, মকম মতম চাদনা শাস্ত্রার্থ তৌবা তাত্রা?

নিংথৌনসু নোংকথোক্লরম্মী। হায়রকই, "ফরে ঐহাক্না তেন কাপ্লগে। পাল্লবদি অতোপ্পা চক্ফু অমা অমুক শিনগনি, পালহৌড্রবদি অদোম অমুক তম্মু। অস্মুন্না তেনজৈ মঙা মঙা অভ্যাস তৌননি।"

চক্ফু অদু য়াম্না কন্না হায়রম্মী। নিংথৌনা চেকশিন্না মুংশা শরু থিংদুনা নিশান তৌরম্মী। তেনজৈ অদু পান্দমদা পান্দ্রদুনা লৈত্তোই বোরাদা পানখিরম্মী। বিজয়নসু নিংথিনা নিশান তৌদুনা কাপ্লম্মী অদুবু মহাকসু মহৈ য়ানবা ঙমখিদ্রে। মানসিংহগী তেনজৈ অমনা চক্ফু অদুবুদি থুগায়রে অদুবু মহাকসু উগী ঙান্নু অদুবুদি থিনবা ঙম্লমদে।

অতোপ্পা কাংবুশিংদসু অভ্যাস অসি চৎথরি। অচৌ অচৌবা পান্দমদদি পানবা ঙম্লরে অদুগা অপিক অপিকপা পান্দমদদি পানবা ঙম্লমদে। কনাগুম্বনা পানবা হেক্ক ঙম্বদা হরাউবনা ঙমখৈ লৈরমদে।

মানসিংহ অমসুং বিজয়না অতোপ্পা পান্দম নিশান তৌরম্মী অদুবু অমুকসু পানবা ঙমই অমুবসু পানবা ঙম্লমদে। অভ্যাস অসিদা পুং অমরোম তাশিনখিরম্মী। মী পুম্নমক মশা মশাগী লিক্লং তেন লোয়শিন্নরম্মী মানসিংহগা বিজয়গসু কোন্নুংলোমদা চংমিন্নখিরম্মী।

মানসিংহনা হায়রক্লম্মী "তুর্কী কাংবুদি তেন কাপ্পদা য়াম্না হৈ-শিংই, ঐখোয়না মখোয়দগী হেন্না ফজনা তেন কাপ্পা হৈত্রিবা ফাউবদি মখোয়গা নিংথিনা মায়োক য়াবা ঙমলোয়। ঐখোয়গী মীশিং থৌনা ফৈ পাঙ্গল লৈ অদুবু তেন কাপ্পা অসিদনি ঐখোয়না শোৎথরিবা।"

বিজয়না হায়রকই, "অরাৎপা অশোনবা কয়ামক্লম লৈরি, অরাৎপশিং অদুগী মমুংদা শগোল অকবনি। তুর্কীশিংগীদি শগোল অকবা লৈ। মহারাজনা নিংশিংবিরিনি, ঐনা তৈলংগনাগী খা থংবদা লৈবা বিজয়নগর রাজ্যগী রারী খর তৌখিবা অদো। বহমনী সুলতানশিংগা লান শোক্লবদা বিজয়নগরগী য়ামগ্রবা লাম্নীশিং অদু অরাৎপা অনি অসিদগী মাইখিখিবনি"।

মানসিংহনা অচেৎপা রাজাংনা হায়রকই, "ঐনা অরাৎপা অনি অসি কোকনবা হোৎনগনি। অভ্যাস, কন্না তৌরবদি ঐখোয়গী মীশিংবু তুর্কীশিংদগী হেনবা ওমগনি শগোলগীদি থর লুনা থোকনি, অদুবু মেৱারদগী কংগনি মেৱারগী রাণা অসি ঐঙোন্দগী হেন্নি, থবক অসিদা মহাক্না ঐখোয়গী মতেং পাংবিরকনি।"

"সনা লুপা য়াম্না দরকার ওই। কদায়দগী কংগনি অমুক য়াম্নদি ?" বিজয়না চিংনহা ফোংদোরকই।

"সনা লুপাগী অরাৎপসু লৈরোয়না। শাসন কজনা তৌবা তাই। প্রজানা য়ুম-মরোং নিংথিনা থাগনি, সেঠশিং অমসুং ব্যাপারীশিংনা ললোন-ইত্তিকী থবক, খুৎশা হৈবগী থবক হেনগৎহনগনি অদু ওইরবদি অরাৎপা লৈররোয়।"

"য়ুম শাবীগদৌরিব্রা ? মন্দিরসু।"

"খল্লিবনি, অদুবু হৌজিকমক্তি শাখিরোয়না! করম্বা মওংগী য়ুম শাগনি হায়বদু লেপ্পা ওমত্রি, খাগ্নোমগী তৈল মন্দিরগী মওং শাগদ্রা নত্রগা অতোপ্পা মওংগী শাবনা ফগদ্রা হায়বদু। অদুবু খ্বাইদগী অহানবদা খুৎলায় অমসুং লাম্মী হান্না থোরাং তৌগনি, অদুগী মতুংদা য়ুম অমসুং মন্দির শাগনি।"

"অদুগা শা তানবদি ? খ্বাইদগী হান্না।"

"অদুমক ঐনা হায়খ্রে।"

"রানা হোৎনবগী মতুংদা খর পোথাবসু হৈ।"

"পূর্ণিদা থবক্কী থবক ভাক্তনি। থবক অমা তৌবদা পুক্নিং চোকথরবদি অতোপ্পা অমা তৌবা তাবনি। মসিনি ঐগী পোথাবা হায়ববু।

"অদোমগী রা অসি ঐনা থাগ্নদগী য়োংনা চু পাইবগুম পাইদুনা থম্লবনি। মরম অদুনা হোৎনবদা চোকথত্রিবনি। রাশল্লবসিনি; য়ুম অমসুং মন্দির শাবদা মজদুরশিংগা লোয়ননা হুমিৎ খুদিংগী পুং অমদি মুং শুবা য়াওগনি।"

"শা তানবা কৈদৌডৈ লেংগনি ইনিংথৌ ?"

হো ! হো !! হো !!! অমুক লংনরব্রা !!! চৎলোয়দা। থুন অদুগী ব্রাহ্মণ অদুনা অনিরক লাক্কুনা কৌরবদুদা হরাউদুনা কোক হেক লাকে হায়দোকখিবনি, হরাউবা অদু ময়েং তাখ্রে, হায়খিবা অদু কাউবু কাউখ্রে।"

"অদুবু ঙসিদি নিংশিংবিররক্লেদনা।"

"ঐঙোন্দা অচুম্বা খরসু তৌহল্লুনে আচার্য। ঐ সুপ্নগী মুংঙাইবগী চৎনিংবা নত্তে, উমংশিংদা। য়াংনা চেনবা তমথিরবা শাশিং অদু তেনজৈ অমত্তনা কাপ্তুনা হাৎপা তম্লবা চৎনিংলিবনি। ঙুন্নবদি মক্কম অদুগী তেক-কায়রবা মন্দিরবু শেমগৎ শাগৎপদা মতেং খরসু পাংলুনিদনা।"

"থুন অদুগী শাস্ত্রীনা করিগুম্বা খরসু হায়রমব্রা ?"

"মদু নিংশিংজ্রে।"

"শাদানবা খরগী রাসু হায়রমদায়।"

"হায়রমবনি, নিংশিংদ্রে!"

বিজয়বু নিংথৌনা লুক-হাইল্লে অদুগা মশামকসু লুক হারে। লুক হারবা মতুংদা বিজয়ন মানসিংহবু বীণা খোংদুনা তাইহল্লম্মী। মহাক মহৈ হৈবা মীওইনি। বীণা তাবদা মানসিংহ শুমহৎখিরম্মী। হেক লেপ্লগা বিজয়দা মুংঙাইবা ব্রা হায়রকই, "ইপা ইপুশিংনা চাউর চাউরবা মন্দিরশিং অমসুং চিংলেম্লবা মূর্ত্তিশিং শাবিরম্মী। ঐদি ঈশৈশিং অসি মুংদা হক্কুনা থম্বা পামই।"

"মুংদা ঈশৈ হকপা ?" বিজয়না বীণা থম্লগা অঙকপা ফোংদোক্লম্মী।

"মসি ঙইথোক্কবরনে ? অজমেরগী চৌহান রাজা বিগ্রহরাজনা নাটক অমসুং হরক্লেলী নাটকপু মুংদা হক্কুনা থনমদবরনে ?"

"অদুবু ঈশৈবু ? মসিদি থম্মোয়গা খোনাউগগী পোৎনি।"

"ঐ ইতোমতনা থবক খুদিংমক তৌনবগী ঠিকা লৌবরনে ? ঐনা হৌদোক্লেদনা, অদোমবু খরদি খনথিয়ুদনা।"

"মসিদি ভাইহাক্কী খংহৌ হৌরকপা ব্রাখলনি মহারাজ, অতোপ্পা অমা ?"

"অরোম মুংশিবা ঈশৈ শকপা সঙ্গীতকারনি, আচার্য, অদুবু মা ভাংবদদি মুংশিনা ভাংবা ঙমদে।"

"মহারাজ, ঐগী গুরুশিংনা অচুম্বা ভাংবা অমসুং শুমহৎপা লৈত্তনবগী শিক্ষা পিবিরম্মী।"

"ফরে, ঐনা ব্রাশক্লিবা অসিনি, হরাউ তয়াম্বা অসি মিকুপ খরতগী নত্তে. ঐনা ঈশৈবুসু মুংদা মুর্তি ওইনা হক্কনবগী ব্রা অসি খনগনি."

"রাগ রাগীনিশিংগী মুর্তিশিং, মখোয়গী আরোহী অবরোহী অলংকার, তাননচিংবাময়াম অসিবু মুংদা হক্কুনা থরায় হাপ্পা য়াগদ্রনে :"

"হৌজিক ক্লায়বা ঙমখিরোই, অদোমসু খনবয়ু হায়ক্লরেদনা। পামজৈ, মুর্তি অদুবু হেক উবগা খংদবা হৈতবা মী ফাউবা ঈশৈ হেক্তা ভংলকপা, বীণাদা রাগ অমা হেক্তা মুর্তি ওইনা পুথোকপিয়ু।"

"ফরে, মিকুপ খরদংনা পোৎথাবিখো, থবক ইনথাং খরসু য়েংশিনবিখো।"

বিজয়না ভাইহাক্কুং বীণা খোংহুনা মানসিংহবু ভাইহাক পোখাহল্লে, অদুগা থবক তৌনবা শঙ্গাইদগী মপান থোকখ্রে।

( ১৫ )

রাঈ খুনগী খুঙ্গাশিংনা লৌ থাউনরে অদুগা ভ্যারদি খাউজ্রি। খুনা লৌতাংশংদা ফোনাশিংদু কংহল্লে অদুগা ফো য়ৈরম্মী। চরুশিং অদু নিংথমথাগীদমক্তা পৈশিন্দুনা থমখ্রে। নিংথৌগী খাজনা লৌবা মী লাক্লগা তরুক থোকপগী অমা লৌখিরম্মী। পুজারীসু মাগী শরুক লৌখিরম্মী। লৌমীশিংনা খল্লম্মী, মখোয়দা পিবসিদি ঐখোয়গী লাইবক্তা তমখ্রবনি, মপানগী লুট তৌবশিংদগী কনরিবসিনা ফরে, লুট তৌবশিংনবু লুট তৌবিস্রবদি ভ্যার লোক্লগসু পিথোক-পিশিন তৌথ্রবসু হুমিৎ থরনিদি

চানরগনি। চেংগী আশাদি লৈত্রবনি, ময়মদি মুপীশিংগী শেৎন-চানবা অমদি লিক-কোনসু দরকার ওইরম্মী। চান্দীগী খুদোপ-খোংজী কংজ্জরবদি হরাউবগী ঙমখৈ লৈররোই।

মুপাশিংনা লেমহৌরিবা ফৌ চেংহুনা খুৎশু-খুৎলাই, তেনজৈ খর পাম্লম্মী অহুবু মখোয়গী অপাম্বা ঙাক্ত তৌবা য়াখিদ্রে। মুপীশিংনা নায়ানবী, খুৎজী-নাচী শিদনা অমদি খোংউপ তোংদনা কদায় ফাওবা লৈবা ঙমগনি? কুমৈ ফিয়োং থোরকপদা লৈ চীননিংঙাই, খুজী শিনিং-ঙাই লৈত্রবদি মুপীশিংগী মমিত্তা মপী তাই হায়বসি মুপাশিংগী থম্মোয়দা কক-কক থিল্লম্মী। থেম্লম্মী, "উনারী লোক্লগা লিক-কোল অমসুং ফিরোল লৈবিরগে।" মুপীশিংনা মুংশা-মপী হোন্দুনা উপাই লৈতনা তুমীম্না য়াশিম্নরম্মী। মুপাশিংনা ফৌ খর খায়দোক্তুনা লিক কোল খর লৈদবা য়াখিদ্রে। য়াম্না লিক্লা শিজিন্নহুনা নিংথমথাগী ফি খর তেনজৈ খরসু লৈরম্মী।

খুনদা অটলগী য়ুমনা ইনাক-কৈরাক খর খুল্লম্মী, মরমদি মখোয় অহুমমক মশা-মউ কৈ, নোম্বা কল্লি অহুগা শাসু তাল্লি। ইনাক খুল্লিবা য়ুম অসি ফাউবা কি মতং-মতা ফাওবা লৈতে, অফবা ফিদি লায়রহুনা। মখোয়গীদি ফি-রোল, লিক-কোলগী মহুত্তা তেনজৈ শাহনবনা মরু ওইরম্মী। ফি রোল অমদি খুৎলায় লৈন্নবা অচৌবা শা অমত্তা শাদানব-দমু ফংখিদ্রে অহুবু চান্নবা ফৌ খরবুদি পৈজহৌরে। জ্বারসু লোকদৌরি অহুগা উমারসু লোকদৌরি অহুনা লেমহৌরিবা ফৌ খর অহু তাইথোক্লগা খুৎশু খুৎলাই অমদি ফিরোল লৈরম্মী। লাথীগীনা চান্দীগী খোংজী অহুগা নিম্নীগীনা ঙকশমদা শিননবা অপিকপা লিক অমা দরকার ওইরম্মী। খোংজীদি পৈশা ইচং চংলোয় অহুবু তেনজৈনা হেন্না মরু ওই হায়বসি লাথীগী অপাম্বা ওইরম্মী। নিম্নীনা তক্লম্মী, ঐগীদি তেনজৈ দরকার ওইদে, লিক অমা য়াওত্রবদি ঙক অসি ইহাং হাংই। মুংঙাইতে, অমুনা ঐগীদি রুংসুপী অমদি লৈগদবনি।

নিন্নীগী লৈরিবা তেনজৈহুনসু ওকপা নৎলমদে। মহাক্না লাথীদা তেনজৈ খরবুদি পিশ্রবনি অদুবু মহুদসু ওইবা য়াবা নত্তে। অটলনা তেনজৈশিং অদু লাথীদা পিথোকখ্রো হায়জবসু ওম্বা নৎলমদে। মথোয় অনিগী ফি রোল খরসু দরকার ওইরম্মী অদুবু ফৌ খরা অসিনা পুম্নমক অসি লৈবা কোম্নবদি নৎলমদে।

অটলনা রাখল তৌবা হৌরক্লম্মী।

"হন্দক্তি তা অমত্তংসু লৈবা তারে, নখোয় অনিমক তম্নবা, নক্লসু থিনবা য়াবা অদুগা লাপ্পসু লংবা য়াবা।

"ফরে অদুদি ঐগীসু লিক লৈবিরসু। ঐগীদি তা ওইনা লৈবিরে।" নিন্নীনা হায়রকই।

লাথীসু হায়রকই, "ঐগীসু তা অমা লৈবিরে, চান্দীগী খোংজী দরকার ওইদ্রে। উনহারী লোক্লগা খোংজী লৈজরগে, হন্দক্তি তেনজগা তাপা লৈরসি"

"ঐখোয়না থম্লিবা ফৌ অদু কনানা চাবীগনি? মহু তাইথোক্লগা ঐখোয় অনিগী খোংজী অমমমদি ফংগনি" নিন্নীনা হায়রকই।

"চানবদি কদাই লৈহৌরদগে?" অটলনা হুংশিনা হংলকই।

নিন্নীনা তাক্লকই, "জ্বার মরু চংলক্লে, লোক্লক্লয়দি মহুনা চান্নবা ওইনরনিদনা।"

লাথীনা পাওথুম পিরকই, "নিংথমথা চংলক্লবনিনা উমংগী নাপী-শিংবীসু থুইজিল্লক্লগনি অদুগা শা থিবসু ফংলগনি, মহুনা চাখদা মতেং পাংনরনি। অদুগা তুরেলদা ভাসু ইকায়ক্লে মহুদগীসু খর ফংলনিনা।"

অটলনা মাগী রা চৎপিররোয় হায়বা থংলে। তাগী রা হৌদোক্লুবা লাল্লে, অদুবু মহাক্না আশাদি থাদোক্লমদে।

হায়রকই, "ফরে, তেনজৈ ওয়রে, খোংজী ওয়রে লৈদা লৈরসি। তাদি উনহারী লোক্লগা, ফৌ খরদি থমহৌরসি।

"য়াদে! তাদি লৈদবা য়ারোই।" নিন্নীনা হায়রকই।

"তাদি শোয়বা য়াদে" লাথীনসু নিংভাই তৌরকই।

অটলনা মখোয়গী ৱা ইনবা তারম্মী। চাবদি লাইবক্কা তম্বা হায়বতুনি খল্লম্মী। চেং পুরগা থালিয়রদা পুজারীগা লোয়নবা চৎখ্রে।

নিন্নীগা লাখীগা লিরু তেন পাইদুন উমং য়োইরক্লম্মী। অশোকপা ঈরোই ফংফম অদুদা লাখীনা মী খর উরম্মী। মখোয়গী গধাশিং, হামেং খর য়োং খর পুবতুনা লৈরগদু উবদা মখোয় অনি চিংনরপ তৌরম্মী।

নিন্নীনা হায়বকই, "মখোয়সিবু কন কনানো?"

লাখীনা ভাবনা শারম্মী, "লূট তৌবদি ওইরোয়, কোয়ৎ চৎপা মীওই মাল্লি। চংদুনা য়েংলুসি। কৈদৌনি, ঐখোয়দা লিরুং-তেন অমদি থাং য়াওরিনা।"

নিন্নীনা থৌনা ফনা হায়রকই, "করিগী কিজরুনি? মখোয়না মুনবা য়াবা পোৎস্নু য়াউদে, য়েংউসি।"

মখোয় অনিনা মখোয়গী মনাক্তা য়োৎখ্রে।

কাংবু অসি পোটা অমসুং পিল্লীগী কাংবু ওইরম্মী। হন্দক্তা লাকপনি, মখোয়না মুম শানবা থৌরাং তৌরিবনি। মখোয় অনিনা মখোয়গী মনাক্তা লাকপা উবদা মকোক থাঙ্গৎ থাঙ্গৎতুনা য়েংলম্মী। পোটানা চংশিল্লক্লম্মী, পিল্লীশু মতুং ইন্নরক্লম্মী। নিন্নীগী থোইদোক হেন্দোক্লা নিংথিবা অদু উরগা পোটানা মখোয়দা তাক্লকপা অদু নিংশিং-লক্লম্মী। মখোয় অনিনা লিরুংতেন পায়বা উবদা মহাক্কী আশা কায়খিদ্রে।

পিল্লীনা হায়রকই "মখোয় অনি খুন অসি দগীরা?"

মখোয় অনিনা মাল্লি হায়রম্মী।

"খুন নক্লব্রা?" পোটানা হংলম্মী।

লাখীনা কয়াম লাক্লগে হায়বদু তাকই।

পিল্লী চংশিল্লকই। মহাক ফজবা ফুরিৎ অফবা পৈজামা শেৎলি, মসি খ্বাজা মটক্লনা পিবা পৈশাক্না নৈবনি। অদুগা ফিদি ইল্লমদে।

জগোয় শাদুনা নাশিকা ফেৎ ফেৎ হায়রদুনা পিল্লীনা হায়রকই, "লাওনে চংলকউনে, য়োংগী কুম্মৈ য়েংউরাও। থৌরীদা চত্তুনা জগোয় শাবা, ধোলক য়ৈবা উৎকে মনা পিগদ্রা? করি দিগনি?"

নিন্নীনা ইংনা চিংনবা লৈতনা হায়রকই, "ঐখোয়দি পিনিংঙাই করিস্সু লৈতে, ঐখোয়গী খুন য়াম্না নংই।"

মীয়াই চল্লবী জগোয় শাবী অমা চংলক্লমই।

হায়রকই, "ঐখোয়দোনা লায়রবী ঙাক্কনি, মখোয়দগী করি ননা লৌরুনি, মখোয়দদি লেননা হেক্তা য়েংহল্লগা লোয়রে। অশোমদা লাও, ঐগী অমুনবা-হাউরবা সীতাফল য়াউরি। য়াম্না থুম্বা জাৎনি।"

নিন্নীগা লাখীগনা য়েনরম্মী।

পিল্লীনা জগোয় শাবা হেক্তা হৌরে। মখোয় অনিনা য়াম্না ঙল্লা-পান্না মহাক্কী মশা য়াম্না নোনা থেকপা শাথেক অদু য়েংহুনা লৈরম্মী।

পিল্লীনা থেক-নৌহুনা মখোয় অনিগী মনাক্তা লাক্লনা লেপ্লরে।

মহাক্কা য়াম্না নুংশিনা হায়রকই, ' লাওনে, অশোমদা ইচনশা। য়োংগী জগোয় উৎকেনে।"

পোটানা হায়রকই, ' অতিয়াদা থৌরিদা জগোয় শাবা উরবরনে নখোয়বো।"

লাখীদি পিল্লীগী শাওং-শাদা মুন্না য়েংহুনা লৈরম্মী। নিন্নীনা হায়রকই "উদ্রি।"

"তাবদি তারব্রা ?"

"তাদ্রি"

"অদুদি লাক্লো, হৌজিক উৎলগে। ঐখোয় চোকথরে, রারে অদুবু নখোয়দা কুম্মৈ, জাহু-নুংহু উৎলগা ঐখোয় নুংঙাইজগনি, পেল্লগনি।

"কুম্মৈ য়েংউ, সীতাফল চাউ, শোমদা লাওনে ইচানুপী।" মীয়ায় চল্লবী জগোয় শাবী অদুনা হায়রকই। পিল্লীনা মখোয় অনি অদু অঙকপা শাথেক অদুনা শুমহৎখ্রে হায়বা থংলম্মী, অদুবু মখোয়গী লিরুং-তেন, থাং উবগা খরদি চিংনরম্মী।

মহাক্কা হংলকই, "নখোয়না লিরুংতেন পায়রিবসি করিগীনো?

লাখীনা খুম্লমই, "ঐখোয় অনি শা তানবা লাক্লিবনি, অসোমদা নখোয় উবদা চংলক্লিবনি।"

"অসুক মংবা শোংঞ্জবা ঊমং অসিদা কন্নি শা তাল্লিবা করি উচেকপু তেন্না কাপ্লিবা ? ঐখোয়দি উচেকপু নাউরিনা কাপ্পি পিন্নীনা হায়রকই।"

"নিন্নীনা মোমোন নোক্কুনা হায়রকই, "উচেকপুদি ঐখোয়না মুংনা তমহনা হাংলি। ঐখোয়গী লাখীদি তেনজৈ অমখক্তনা লমঙ্গীরোই লেংহনা হাংজি।"

"ও! মহাক্কী মমিং লাখী কৌবোইরে। অহুগা নংগী নমিংদি" পোটানা হংলকই।

লাখীনা তাক্লকই "মহাক্নদি চাউর-চাউরবা লমঙকপু হেনজৈ অমমমনা কাপথেকই। মহাক্না নিন্নী কৌই। মমিং অশেংবদি মৃগনয়নী কৌই।"

পোটানা খল্লি ঐনা তারকপহুমক ওইরেদনা। অমসিস্নু চহি ১৯/২০ ওইগনি।

জগোয় শাবা কাংবু অহুনা মখোয়গী কৈক্ষম অহু ঊনা কোয়শিন্দুনা পন শারম্বী, লোয়ফাৎতরি। মখোয় অহু শাবা লোয়দবা পন মমুংহুদা চংখ্রে।

মীয়ায় চনবী জগোয় শাবী অহুনা থুমোক অমদগী সীতাফল অনি পুথোয়ক্লে, অহুবু নিন্নীনা লো হায়বা য়ারমদে।

হায়রকই—"ঐখোয় শা খর হাৎলগা পুরকখিগে, অহুগা নখোয়দা পিরগা নখোয়দগী লৌবা য়াবা খরা লৌগে। হেক্তা নমহনা লৌবদি লৌনিংদে, ঐখোয়গী চৎনবীস্নু নত্তে।"

মীয়ায় চনবী জগোয় শাবীহনা হায়রকই, "ইহে নখোয় অনিসিদি কোমুংদা লৈবদা মতিক চাবীনি, ফজ ফজরবা কাংথোলদা হিপকদবনি, মীনাই-মীশননা সেবা তৌগদবীনি। হুকুমদং পিয়ু ঐখোয় হেক্তা শিনগে। সীতাফল অসি নখোয়দা কৎলবনি। য়েংঊনে, নখোয়গী হকচাং অসিদি গুলাব অমস্নুং থম্বালনা শাবা হকচাংনি। নখোয় অসিদি নিংথৌগা লুহোংগদবা-মুপীনি। হয়েং মহারাণী ওইথ্রগা ঐখোয়বু অমদি

ঐখোয়গী সীতাফলসিগা কাউথোকপিগনু। শা তাম্নুরগা পুরকপা অদু লৌগনি, হৌজিক্তি ঐখোয়গী খুদোল অসি লৌবিয়ু, মহারাণী।"

নিন্নীদি লোন্দা অসি হৈনরমদে; লাখীদি হৈনৈ।

লাখীনা হায়রকই, "লৌনে নিন্নী, লৌরো। হৌজিক ভল্লি উমংদা শা অমা নত্রগা অমা শোয়দনা ফংখিগনি, অদুগা শেন্দোয়গা লোয়ননা শিংসি।"

জগোয় শাবীশিংনা হায়জবা অদুদা থোইদোকপা অয়োল অথুপ লৈতবা উদুনা নিন্নীনা লৌরে। অমনা লাখীনা। মখোয় অনিনা সীতাফল চাবা হেক লোয়রকপদুদা পোটানা থুমোক অমদগী থৌরি অশাংবা অমা লৌথোক্লগা রা অনি কাচী শেমলগা থৌরি তিংলে। মীয়ায় চনবী জগোয় শাবী অদুনা ইঙ্গিং তৌরগা অচৌ অচৌবা সীতাফল অনি অমগা অমুক পুহল্লক্লে। মখোয় অনিনা মদু চাউ হায়বা য়াদ্রে, অদুবু পিল্লীগা মুপীদুগনা হায়জবদুদা য়াদবা ওমখিদ্রে। মখোয় অনিনা চাবা লোয়ফাৎত্রিডেদা পোটানা মণ্ডকশমদা ঢোল হুকচিল্লগা মাগী মপাংশিংগা থৌরিদা কাপ্রে অদুগা থৌরি মথক্তা চৎপা হৌরক্লে।

মখোয় অনি ওক্তুনা কুম্মৈ অদু য়েংদুনা লৈরে। পিল্লীনা থেক নৌদুনা জগোয় শারগা ঈশৈ শক্লক্লে। পোটানা অমুক তপ্না অমুক থুনা থুনা থৌরি অদুগী মথক্তা হজৎ–হন্দা চৎপা হৌরক্লে। পিল্লীনা জগোয় শারিবা ঈশৈ শক্লিবা অদুগা তাব চায়না মণ্ডা পুল্লিবা ঢোল অদু য়ৈবা হৌরক্লে।

নিন্নী ওক্লমদু ওকখিদ্রে। ভাইহাক্তংদি পিল্লীগী ঈশৈ অদু মুংভাইরম্মী অদুবু ভাইহাক লৈরগদি তানিংলক্তরে। মহাক্না তৌরিবদুগী মরম খংবা ওন্নমদে অদুগীমু মথক্তা পিল্লীগী শুর চাদবা ঈশৈ অমসুং মখোল বোরো বোরো লাউবা অদু তানিংলক্তরে। মুপীনবু অমুক ইকায় খংদবসিবু। মহাক্কী মপুক্লীংদা য়াম্না হল্লোইরম্মী।

লাখী মপুক্লিংদা খল্লম্মী "ঐদি ওমল্লোইদ্রা? করিগী ওমদনি? জগোয় শাবীদোনা থেক খোৎপা ওমজবমু মখোয়না থৌরিদা কোয়চৎ

চৎপসিদি ওমগনিনা, শোয়দনা ওমগনি। হকচাং চাং নাইহনবা অমদি শ্বর শান্নবগী ব্রাদনি। তমগনি য়ুনদা থৌরিস্থ লৈনা, উমংদগী ব্রা য়াল্লুনি। ওসিমক ব্রা মরিদং য়াল্লগা য়ুম হেক য়োবগা অভ্যাস তৌগনি। শা তানবদা ফংলকপা শা অহু পিরগা মহৈ অসি মখোয়দগী তমহৌরগে।''

উৎপা লোয়রহুনা পোটা কুমথরক্লগা মহাক্না হংলকই 'হুপীমচা কমদোই?'' নিন্নীদি মঙকতমক হায়রমই অদুগা লাখীনদি হরাওনা হায়রকই, ''য়াম্না ফজে. নখোয় কৈদৌঙৈ ফাওবা লৈগনি?''

''অরেপ্পা লৈতে, লাকপদা ওাইরি। ভুরেলগী মতেংনা লৈবনি, ঐখোয়গী শাশিংগী চান্নবা নাপীস্থ মরাং কায়না লৈ, নাবয়েক্স থুন লৈ। মীদি পংয়াম য়াম্না তাদে অহুবু কুম্মৈ উৎকনি. হৌজিক ফাওবদি সিদা লৈরিদনা'' পোটানা হায়রকউ।

পিল্লীনা হায়রকই. ''নখোয় তত্তনা লাকউ হুমিৎ খুদিংগী অনৌবা কুম্মৈ উৎকনি, হৌজিক উৎলিবা অসিদি করিস্থ লৈবা নত্তে। মশিং নাইদনা কুম্মৈ লৈরি, নখোয়গী থুনদস্থ ঐখোয় লাক্নি।''

নিন্নীনা আশা কায়না হায়রকই. 'খুন্দা কুম্মৈ তৌরবস্থ ফংলোয়নে য়াম্না লায়ররি।

মীয়ায় চল্লবী জগোয়শাবী অহুনা আশা পীহুনা হায়রকই, 'হুপীমচা ঐখোয়দি য়াম্না তানবা ওমই, খুন অমদা নক্লগা অমদা তানগনি। নখোয়গী মতেংনা উমং অসিদা লৈগনি. মসিদা করি অরাৎপা লৈগনি? তত্তনা লাকউ ঐনা হায়রিবসিনি নখোয় অনি তত্তনা লাকউ। নখোয় করিগী শা তাল্লিবনো? মহুদি হুপাগী থবক্লি, উমংদা শা-কৈ, লৈকুৎ-লৈতোং অমদি তিথং লৈ। নখোয়গী ওকশমদদি লৈ পরেং শিবনা ফজগনি, খ্বাংদা মণিগী খ্বাংলাক লাক্লদবনি। লিরুং-তেন থম্নগা লাকউ, মহুনা হেন্না নিংথিজগনি।''

পিল্লীনা থবাক নোম নোমহুনা মিৎ খৎলগা মোমোন মোমোন নোকই। লাখীদি মঙোন্দা করেম্নবগুম থোক্লে অহুনা হঙোয়না অমদি হুংওাইতনা নিন্নীগী মমায়দা য়েংলকই।

নিঙ্গীনা হায়রকই, 'ঐখোয়, হৌজিক শা তানবা চৎলগে, ফংলক্লবদি নখোয়দস্ত পিগনি।"

পোটানা হায়রক্লস্মী- 'ঐখোয় তেন কাপ্পা হৈ ঐখোয়বুস্ত পুখিয়ু মতেং ওইনগনি। অনিদগী অহুম, অহুমদগী মরি শুরবদি ফগনি।'

লাখীদি য়ানীংলম্মী অহুব নিঙ্গীনা থুনা য়ানিংদবা কোংদোক্লকই, "শা তানবদা অনিদগী অহুম শুরবদি খোয়রে, শা ফংলরোই। ঐখোয়দি কনাগম্ম লোয়নদে, ঐখোয়গী য়াম্থুং ফাওবা লোয়নদে।

"কদায়দা লৈ নখোয়গী য়াম্থুংদি ?"

"ওসি খালিহরদা চৎখ্রে।"

"কয়াম কুইরগা হল্লকনি ?"

"থুমিৎ মরি মঙানিদা হল্লকনি।"

মীয়ায় চল্লবী থুপীহুনা হায়রকই, 'ফরে, নখোয় অনি চৎলুরো, অহুগানে শা ফংলবদি ঐখোয়বুদি কাউগনুকো। চেং অফবা, মালরাগী চিনী ঐখোয়গা লে নখোয়দা পিগনি।"

নিঙ্গীনা হংলম্মী, "নখোয়বু কদায়দগী লাকপনো ?"

মহাক্না খুম্লকই, "ঐখোয় লাপ্পা মালরাগী উমংদগী লাকপনি। লায়রবনা ঐখোয়গী য়ুম লৈজদে, ঐখোয়না থুংলুবা মফমদু ঐখোয়গী য়ুমনি।"

লাখীনা পিঙ্গীগী ফত্তবা ফিরোল, অরং অরাক অমদি মমল য়াম্বা অহু উরগা ওক্লম্মী। খল্লি, মখোয় অসি শেল য়ান্না তাল্লমগনি অহুননি মমল অয়াম্বা ফিরোল লৌরবসি।

নিঙ্গীনা হায়রকই, "ঐখোয়না নখোয়গী সীতাফল মরিদি চারে।"

মীয়ায় চল্লবী থুপীহুনা মরক থত্তুনা হায়রকই, "হাউবরা ? ঐখোয়গীদি য়াম্না লৈরি উমংদগী হেক হেক্তুনা পুরকপনি।"

নিঙ্গীনা হায়রকই, "নখোয়দগী করিমত্ত লেয়না লৌরোয়, শা হাংলগা পিগনি, অহুগা নখোয়দগী সীতাফল, চেং অমস্থুং চিনী লৌগনি।"

নিঙ্গীগা লাখীগা উমংদা চৎখ্রে।

জগোর শাবশিং অহু পেল্লহুনা য়াম্না হরাউখ্রে। মীয়ায় চনবী জগোয় শাবী অহুনা হরাউমনগনু হায়হুনা ঈঙ্গিৎ তৌরম্মী।

পিল্লীনা হায়রকই, "মখোয় অনিদা অমসুং খুনগী মীশিংদা জাহু তৌনা উৎসি।"

মীয়ায় চনবী মুপীহুনা হায়রকই, "তপ্পা তপ্পা লোয়না তম্বীসি, মমিং লাউবী অসিগী মবুংহু লাকখিসনু।

পিল্লীনা তাক্লকই, "মহাক্কী মমিংহু 'মৃগনয়নী' হায়বনিনে কাউরব্রা?"

"ঐদি কৈদৌবগী কাউদোয়বা 'নংদি অঙাংনিনে, নংদি কাউরবনু য়াইনে, "মীয়ায় চনবী জগোয় শাবীহুনা হায়রকই।

"ঐশু কাউরোয়না" পিল্লীনা থাজনা হায়রকই, "মফম অসিগী মীশিংনা অসিগুম্বা ফজবা ফিরোলশিং অসি উরমখিরোই, নংনা মখোয়বু মৃগনয়নীগী মবুংগী মমাংদা ফজবা ফি শেৎহল্লু। অহুগা য়েংউ, মথক্কী মমাংদা নায়খুম্বী অহু উপহল্লু, মহুদদনি মখোয়বু ঐখোয়না খুহুম চনবা ভমগদবা! মহাক্কী মমাংদা ফি তখায়দমক শেৎলগা লেপ্লবদি মহাক্না ঐখোয়বু থাররোই।"

মীয়ায় চনবী জগোয় শাবীহুনা হায়রকই, "থর লোৎখোত্তুনা ইকায়শিন্নহুনা মুপাগী পুক্লিং শুমহৎকদবনি। মপুক্লিং থরবু শুমহৎখ্রবদি তৌনিংবা উপায় কয়া তৌবা য়াগনি। উপায় অমা তৌহুনা মবুংদো⋯" মহাক্না ব্রাহৈ অসি মপুংফানা হায়ড্রিডৈদা মিৎচিনা খৎনহুনা মখোয়গী মপুক্লিংগী ব্রাশিং অহু খৎনখ্রে। পিল্লী অহু অরেপ্পা খোংফম খংথরে।

পোটানা জগোয়শাবীহুগী ব্রাপাংহুনা হায়রকই "পিল্লী, নংনা খংনা থবক তৌ, নংগী নথক্কী অহন্না হায়রিবসি চুম্মী।"

পিল্লীনা থুনমক য়াথং ইনজগনি হায়বগী ইঙ্গিৎ ফোংদোকলম্মী।

মখোয় মখোয়গী থবক্তা পুক্লিং চংনখ্রে, অহুগা মুমিদাংব্রাইরম ফাউবগী মমুংদা মখোয়গী লৈফম অহু চেৎনা খজিনবা লোয়খ্রে। থাজিল্লিবা অহুগী মমুংদা মখোয়গী ময়ুম শারে অহুগা শাশিং অহু মকম চানা চানা পুন্সুনা থমখ্রে।

ঙাইহাক লৈরগা নিঙ্গীগা লাখীগা ওক অমমম য়ান্দুনা পুরগা লাক্লে। ওক অনিমক পিক্লি, অহুবু নিঙ্গীগীনা খরদি চাউই। লিরুং তেন য়ান্দুনা শাগী ঈনা ইতৈ তৈতুনা জগোয় শাবশিং অহুগী মনাক্তা লেপ্লরে। মখোয় পুম্নমক য়ুমগী থোং হাংদোক্লগা মপানদা থোরক্লম্মী। পোটা অহু ঙক্লম্মী অহুগা মীয়ায় চনবী জগোয়শাবীহুস্থ চপয়ুংনা লেপ্লম্মী। পিঙ্গীনা মখোয় অহুগী চীংলেম্বা অহু য়েংলম্মী।

মখোয় অনিনা শিকারগী শা অহু উরিনা পুন্দুনা পুরকপনি। লাখীগী শা অহু নিঙ্গীনা উরি থোক্লগা মখাদা থল্লম্মী অহুগা মাগীনা অহুম পুন্দুনা থম্নম্মী।

জগোয়শাবশিংদা মহাক্তা হায়রকই, "মসি নখোয়গীনি, মসি চাবরা?

জগোয়শাবশিং অহু হরাউরম্মী। মখোয়না মঙ্গুংদা চংসি অহুগা সীতাফল চারুখিসি হায়না হায়জরম্মী।

নিঙ্গীনা হায়রকই, "সীতাফল য়াম্না চারে; কোম্না অমুক চাগে, নসিগী মহুত্তা চেং খর, চিনী খর পিগেরা? নখোয়না হায়খিবদাই।"

"মীয়ায় চনবী জগোয়শাবী অমম্মুং পিঙ্গী অনিগী মচিন্দা চপ মান্ননা খুম্নকই - পিনিনা।"

পোটানা হায়রকই, "খরদ নত্তে, য়াম্না লৈ, মঙ্গুংদা চংলকখোনে।"

লাখীনা হায়রকই, "মতম লৈতরে, তুরেলদা ঈশিং থক্লগা য়ুম য়ৌথ্রগদবনি অহুগা শাস্থ শেমলুগদৌবনি।"

মীয়ায় চনবী জগোয়শাবীনে পোটানে পল্লি মঙ্গুংদা চেনশিনখ্রে অহুগা চেং সের তরুক্তা চিনী অঙাংবা মতুম অমগা পুথোরক্লে।

নিঙ্গীনা হায়রকই,—"মসি য়াম্মনখ্রে! অম্মুক য়ামগদবা নত্তে।"

"য়ামজসন্থ মুপীমচা মসিদি করিস্থ নত্তে" পোটানা হায়রম্মী। নখোয়দ লোয়না কৎথোক্লগদবনি, কয়াদা খুৎ চুমখ্রবা অচৌ অচৌবা কম নাইবশিংনা ফাউবা পানবা ঙমদবদা।"

মীয়ায় চনবী সুপীতুনা হায়রকই, "লৌনে লৌনে, ঐখোয়না পুয়ক পুরক্তুনা পিরখিগনি। মখোয়গী থুন অসি চাথোক খর হাংস্নাঙ্গে।" লাখীনা খুল্লমী "হৌয়্।" ফিজিদা পোৎশিং অমু পুনশিল্লম্মী। পিল্লীনা হায়জরম্মী, "হয়েং অমুক লাকউকো, ঐখোয়না কুম্মৈ য়াম্না উৎকনি। অরাম্না দেশশিংগী রারী লিবীগে অমুগা অফ-ফকবা ফিরোল উৎকে।"

লাখীনা হায়রকই, "ফনি।"

মখোয় অনি চৎখ্রে।

মিৎয়েং রাংম লানথ্রবদা মখোয়গী পল্লি অমু থিংজিনখিরম্মী।

মীয়ায় চনবী সুপী অমুনা হায়রকই, "পিল্লীনা য়াম্না শিংনা ফিরোনগী রা হৌদোকখিদা। মখোয় অনিগী মসুংদা অমখক্তংবু খুত্নম চনবা ওন্নবদি অমসু খুত্নম চনবা লায়গনি। থবক অসি য়াম্না চেকশিনগদবনি, খর নিললপ তৌবী লৈশাবী লিল্লী হায়ব্রা মৃগনয়নী হায়ব্রা অমু খর লুরপ তৌই। হয়েং অয়ুক, সুপা অনিখক্তং মাগু দা থাখো অমুগা পৈশা খর সম লুপাগী লিককোন খর অমসুং রেশমগী ফি-ম্নোল খর থুনা লৌহল্লুচো। চিনী অমসুং অকবা চেং খরসু লৌহল্লকউ" অমুগা মথাতাবা রা অমু তুমিন্না হায়খিরম্মী।

পোটানা মাগী কাংবুদগী সুপা অনি থনগৎলম্মী।

মীয়ায় চনবী সুপীতুনা পিল্লীদা হায়রকই, "নংনা য়াম্না লৌশিং লৈনা, চেকশিন্না থবক তৌগদবনি। মখোয় অসি সুমিৎ খুদিংগী মরম অমা নত্রগা অমা পিত্নুনা মফম অসিদা কৌরকউ। লৈশাবী অমসুং সুপীশিং অসি করি পোৎ উরগা য়াম্না হরাউজে খংব্রা ?

"পাখংশিং"

"পওমন লাকমনখ্রেদা" কৈদৌঙৈ শিংলকদগেনে। লৈশাবী অমসুং অমসুং সুপীশিংদি ফি অরং অরাক, লিককোল অরং অরাক উরগা হরাউজবনি। মসিগীদমক থরাই কাউদা থাবা পাম্মুদবনি। মখোয়গী ধর্ম ইজ্জৎ পুম্নমক ফিরোল, লিক কৌলিদা লৈবনি। মসিনা মখোয়গী

মখোক কায়কপবু লৈতেংজবনি। অহুদগী হুপাশিংবু পুক্কিং ওয়হৎপগী য়াকম অমুক লাক্লে, মহুস্ু কিরোল সনা লুপা অসিদা লৈক্লে। পাথংহু মশক মতো ফজয়স্ু হায়রিবা কিরোল, সনা লুপা অসিবু লৈত্রবদি হুপীশিংনা হয়া ফাউবা য়েংবগী য়া লৈতে।

"থংলেন, ঐবু কেদৌ হায়বনো অহুক্তা হায়য়ুনে?"

"মখোয় অসি কুপৈ কিয়োংদি কয়া পামলোয়। মখোয়দা কিরোল থর-থর পিবা হৌ, লিককোলসু লাক্লনি, হেক লাকপগা পিয়ু, থর লৈরগা অরাপ্পা তুকান অমদা মখোয়বু পুহনা চৎনবগী থৌরাং তৌগে। তাঙ্গা হেক ফংদ্রিবা ফাউবদি য়ায়া চায় চিন্নবা অমত্তা ওইনা ত্তিমহনা য়ারী-য়াত্তাই শানৌ। মতম অহু ফাউবদি—"থংলেদনা?"

"থংলে।"

মখোয়গী ময়াম্বুং অহু লাকখিসনু, হেক লাকপগা হুংশিবা ওয়মথৈ-থাক্তিনগে। মহাক্না হুপীমচাশিং অসিগা লোয়ননা থেমহনা মালয়াগী সীমনাদা পুহনা চৎকে। মরক অসিদা মাগুদগী তানখিবা পোৎশিং অহু লাক্রবদি থবক পাংথোকপা লায়রনি।

"ফরেদা।"

থংউ অস্ত্রয়া শরৌ-শিন্নবা অসিদা নংনা ঐগী তুং ইনগদবনি।

(১৬)

ইরু-মাইথববগী তুংদা লাথীনা য়ুমদগী চৈ মরিথক থিরে অদুগা মহু হিদোক-খোত্তোক্লগা পুথোরক্লে।

নিন্নীনা হায়রকই, "জগোয়শাবশিংনা উৎপহু ঐসু ওমগত্রা ওম-লোয়রত্রা য়েংগে।"

"চাক-থেংলোয়রত্রা? করম কান্নবা থোংগাজৌরিবা?"

"ঐগী হুংশিরবী নিন্নী, নং থেংউচোবা"

"ঐগী থুং চাগদরো?"

"ওসি নত্রবমু নোংমদি শোয়দনা চারনিনা।"

"ঐভোন্দা 'ইচন' হায়হুনা অমুক্তং কৌদনা।"

"ত্তৌরক্লদৌনি মাগী হোনবী।"

"অমুক্তং হায়য়ু, মুংতিগী থোংবিগে।"

"ঐনা থর শোনবসিদা নংনা মুংতিগী খংনবা হৌরবনি।"

"ফরে, ওসিদি থোংলগে, মতুংদদি নং থোংজোকো। অমুক্তংদি ইচন কৌদনা।"

"হো, ইচন ইবেম্মা, চাক থোংবীরুরো।"

"হো, থোংজরগে ইনম্মা।"

মখোয় অনি অমগা অমগা কোনশিন্নহুনা নোক্কনা লৈরে।

নিন্নী চাক থোংবা হৌখ্রে। লাখীনা উশিং য়ুংলগা সরকাশকী থৌরী তিংলে। অভ্যাস তৌবা হৌরে, অহুবু হন্না হন্না থৌরীদগী তারম্মী। থৌরী অহু থর কোমথরকপগা চিংহুনা অমুক তিংই। অসুন্না নিন্নীনা চাক থোংলিভৈদা, মহাক থৌরীদা চৎপগী অভ্যাস কন্না তৌরি। মমৈথংদা থৌরীদা মিকুপ থর থর চৎপা ওন্নক্লে। খোংথাং মঙা তরুক থাংবা ওন্নক্লে। য়াম্না হরাউহুনা নিন্নীগী মনাক্তা চেনশিনলক্লম্মী।

মুংশা মপী হোন্দুনা হায়রকই, "হপ্তা অমগী মন্নুংদদি ঐ থৌরীদা চৎপা ওন্নগনি, ঐ আকাশতা চৎপা ওয়ে, হায়বা য়ারে।"

নিন্নীনা থাগৎলম্মী, "ফরে, ফরে থাগৎনিংঙাইনি, তৌবা ওমদবা থবক তৌরেদনা! ঐ চাক লোয়রে। মখোয়গী চেংশিংসু অফবা চেংনি, ঐখোয়গীদি য়াম্বুংনা পুখ্রে। ওসিদি, চিনীস্থ লৈরে! য়াম্বুং হল্লক্লগসু চামিন্নগনি, ওসিদি ঐখোয় অনিদমক চারসি।"

মুমিদাং অহু মখোয় অনি পুথম অমত্তদা চামিন্নরে। অহুগা লৌতাংশংদা চংলে। লাখীনা ব্রাখল খন্না খন্না হিপ্লম্মী, "হয়েং অয়ুক জগোয় শাবশিংগী মনাক্তা নিন্নী পুহুনা চৎকে, অহুগা যণশিংসিগা যণজেন-নহাশিংদা শিন্নরমগনি।" নিন্নীদি জ্বারগী লৌবুক ভাকপদা তুন্নমদে। মহাক্না য়াম্না তুম্মিংলক্লবদা লাখীবু হৌদোরম্মী।

অয়ুক্তা মায়মিং তাথোক্লে অতুগা ষণ সেবা তৌরে। চক্তিক খর চারগা জগোয়শাবশিংগী মনাক্তা ফিরুং তেন, থাং পুতুন' চৎলম্মী।

জগোয়শাবশিং অতুনা মখোয়বু ঙরাম্না ঙক্লম্মী, অতুগা মীয়ায় চনবী পিল্লীগনা ফিদা থারম্মী।

লাখীনা থৌরী চৎপগী কুম্মে য়েংনিংই হায়রম্মী। জগোয়শাবশিংনা ব্রা য়ুংলগা থৌরী তিংলে অতুগা মণ্ডকশমদ, ঢোলোক য়ানশিল্লগা থৌরীদা কাখৎখ্রে। পিল্লীনা ফজরবা মচু মচুগী ইরং লংবা ফি শেক্তুনা থোরক্লম্মী। পোটানা থৌরীদা চৎপা হৌরক্লে অতুগা পিল্লীনা তান থা-থাতুনা জগোয় শাবা হৌরম্মী।

ফি ফজবা, খৌরী চৎপা, জগোয় শাবা, ঢোলোক য়েবা অদুদা নিঙ্গী থন্নায় তারমদে, হুংঙাইরমদে। অতুবু লাখীদি মতুদা হুংঙাইজরম্মী। মহাক্কী মপুক্কিংদি থৌরীদা চত্তুন জগোয় শাবা অদুদা শুমহৎলম্মী। জগোয়শাবতুনা থৌরী অতু কন্না কন্না হায়দুনা ঢোলোক্কী তান অতুগা চাননা জগোয় শাবা হৌরক্লম্মী। লাখীদি ওক্তুনা য়েংতুনা লৈরম্মী।

নিঙ্গীনা মপুক্কিংদা খল্লম্মী—মসিগী থবক অসিদি য়াম্না হোৎনবা তাবনি, অতুগা হৈরগম্বু করি কান্নগনি? এনা তানা ওল্লগা লমঙক, লম ঈরোই হাৎপা ওল্লবদি অম্বুন্না জগোয় শাবা অসিদগী হেম্না কান্নগনি।

পোটানা কুম্নে উৎপা লোয়রতুনা থৌরীদগী কুমথরক্লম্মী!

লাখীনা হবাউনা থংহায় হায়রকই, "এম্বু তম্বা হৈগদ্রা!"

'হৈনিন' জগোয়শাবা জগোয়শাবশিংনা অমত্তা ওইনা হায়রকই।

নিঙ্গীনা উরে - ঙরাং মখোয়গীসিদা লৈহোবা জগোয়শাবশিং অতুগী মশিং খর ব্রাংলি অতুবু থোয়না থংনিংলুদে। খক্তি, মখোয় মখোয়গী থবক্তা চংখিবা ওইরমগনি।'

পোটানা হায়রকই, 'য়াম্না থুনা হৈগনি, নংদি নশাম্বু ওাবা তবাই। হুমিং থরনিদা তম্বা হৈগনি, ঙসিদগী হেক্তা হৌরো।"

লাখীনা নিঙ্গীরোমদা য়েংলকই।

নিন্নীনা হায়রকই, "ওসিদি লমঙইরোই অমত্তং হাৎনুগে খল্লি। কবোকৈ অমত্তংগা ফংলবদি মুংঙাইনি, মউন য়োন্নবসু শিংকনি।"

পিল্লীনী হায়রকই, "হৌজিক অমুক ওল্লিবসিবু, লাকখোনে অচৌ-অচৌবা শহরশিংগী মরমদা রারী রাত্তাই খর শাংখসি।"

লাখী য়ানিংলম্মী, নিন্নীসু য়াবা তারে। জগোয়শাবহুনা পোৎ-চৈ খোমজিন তাশিল্লে। মুপী মখৈ অমরোমদা ফমখ্রে। পিল্লীনা মখোয় অনিবু পুহুনা য়ুম অমদা চংখ্রে অহুগা জগোয়শাবীশিং খরদি মপান্দা ফমখ্রে।

পিল্লীনা উপু অমদগী ফি-রোল খর লৌথোক্লুরে অহুগা অমমমতা উৎলহুনা মগুণ থাগৎলম্মী। মখোয় অনিনা অসিগুম্বা ফি অসি অমুক্তা কৈন্দৌউদসু উখিদ্রি অহুনা মখোয় অনিনা য়াম্না পাম্না নান নান্দুনা য়েংলম্মী অহুগা থাগৎপা অহু তারম্মী।

নিন্নীনা খল্লম্মী ফিশিং অসিদি ঐখোয়দদি করিসু কান্নরোই, ফিশিং অসি চাকথোংবদা শেংনবসু য়ারোই, যণ শেনবা, লৌউবা অসিনচিংবদসু শিজিন্নবা য়ারোই, অহুগা শা তানবদসু শেংপা য়াবা নত্তে, তিখং অমত্তংনা য়ুবদা, উশা অমত্তদা পনখিবদা ফৎ শেগাইখিনি। মসি শেকুনা ইবুং-ইপ্যাশিংগী মমাংদা চৎলুরবসু জগোয়শাবীনি হায়ননি রাম! রাম!! রাম!!! কয়াদা ইকায়বা থংগ্রিবা পিল্লীসে!!!

"মখোয়সিদি মমল য়াম্নমগনি?" লাখীনা য়েং য়েংহুনা হংলম্মী।

"হোয়নে, য়ামই। মমল নাইবা নত্তে।" পিল্লীনা হায়রকই।

"নখোয়দি করম্না ফংলকই? কনাগুম্বনা মনা ওইনা পিরকপরা?"

"অহু নত্রবদি কদায়দগী ফংগনি? ঐখোয়না কদায়দগী লৈবা ওমগদগে। ফিশিং অসিদি অচৌ অচৌবা শহরদদা ফংই।"

"নখোয়দি কদায়দগী ফংই?"

ফিশিং অসি মাগুগী রাণীশিংগীশেংনরনি। হায়রদি রাণীশিং নত্রগা ঐখোয় নখোয়গুম্বী মগুণ লৈবীশিংনা শেংনবনি। ঐখোয়না মাগুগী নিংথৌদা কুমৈ উৎলুই মহুদা মহাক্না পোন্নহুনা মনা ওইনা পিরকপনি।"

মীয়ায় চনবী মুপীহুনা মপান্দগী ইনোংহাগু না হায়রমই, "তাউনে মুপীমচা, নিংথৌবু নত্তেদা, ইন্দ্রনি। মহাকী সনা মুপা, মণি মুক্তান-চিংবগী অন্নাংপা লৈতে। অচৌ অচৌবা দলান ময়াম লৈ। মহাক ঐখোয়গী কুম্মে উবদা ওকখ্রবনি।" পিল্লীনা কেনা নোক্লকপগুদা লাখীসু য়াউনা নোক্লম্মী। নিন্নীসু নোক্লিংলম্মী অদুবু থম্মোয়দা য়ানিংদবা অমা পোক্লকপদগী খজিকং নোক্লমগা ফিভম হজিনখিয়ম্মী।

পিল্লীনা হায়রক্লম্মী, "ঐ নখোয় অনিবু য়াম্না মুংশিল্লে করিগীনো থংদে, নখোয় অনিগী অমমম পুজখ্রো। ঐদি মরক মরক্তা কুম্মে ফিয়োংদা শেংপতনি, অদুগীসু মথক্তা ঐগীদি য়াম্না লৈ, অমমম পুজখোদা।"

মখোয় অনিদি অদুক হান্না পায়মদে। নিন্নীহু কয়া মুংঙাইরমদে অদুগা লাখীসু থৌরী চংতুনা জগোয় শাবহু তম্বা পাম্বতনি অদুবু মখোয় অনিগী মুংঙাইতবহুসু উথোকনিংলমদে।

মোমোন নোক্লুনা হায়রকই, "হৌজিক্তি লৌখিরোয়দা নখোয়দা করিগুম্বা থর পিবা ওন্নবা কান্দা লৌগে, মসি শিজিন্নফমসু লৈতে।"

মীয়ায় চনবী মুপীহুনা হংলকই, "নখোয়বু য়ুম পান্নব্রা ?"

"য়ুমগা পানদ্রিদা।" নিন্নীনা চিংনদনা পাউথুম পীরকই।

মহাক্না অমুক্না হংলকই, "হায়নখোংনবদি লৈরব্রা?"

লাখী থর ইকায়রপ তৌরম্মী অদুবু নিন্নীদি করিসু থওইদনা রাহংহুম হংলকই, "মহুদা করি কায়বা লৈ ?"

লাখীনা তাইশিল্লনবা হোংনরম্মী, "হায়ন খোংনবা লৈতেদা। নিন্নী! মখোয়না চুম্না অস্নুম হংজবনি, করিসু রারোনিংঙাই লৈতে।"

মীয়ায় চনবী মুপীহুনা মতেং ফংলহুনা হায়রকই, "হোয়নে, নখোয়গুম্বা মশক কজবী ভোরোক ভৌবী; উমংগী রাণী অসিদি মঙান লৈবা নিংথৌগী ভালোয় ওইগদবনিনে। ঐ খুবাক ময়ী মেংলগা হায়বা ওমগনি। পাজি ফাউবনা হায়বা ওমদবহু ঐনা হায়বা ওমগনি। মন্ত্র মন্ত্রনা থংবা ওজলবহু ঐনা থংবা ওমগনি। মাইবা-মাইবীনা থংবা ওমদবা, হিদাক লাংথক্তা কান্নবা উমংগী উরী-রায়ীশিং অসি ঐখোয়নতা থংবা

ঙম্বনি। ভমথিরবা লিলনা চিক্লবস্থু উরী-রারীগী হিদাক্কা অমদি মন্ত্রনা খুদক্কা ফহনবা ঙমই।"

নিঙ্গী কয়া য়ানিংলমদে, অদুবু পাউখুমস্তু পিনিংলমদে নোক্‌না লৈথোক্লম্মী। লাখীদি মখুবাক তিংথোক্‌না উৎলম্মী।

মীয়ায় চনবী অদুনা খুবাক ময়ী অদু মুন্না য়েংলম্মী অদুগা মহাক্কা ফল হায়রকই, "নংদি অচোবা ফমনাইবা অমদা লুহোংগদৌরি নত্রগা ঠিকাদার অচৌবা অমদা।"

মখোয় অনি নোক্লম্মী। মীয়ায় চনবী নুপী অদুদি খ্ৰিক ফাওবা ইকায়রমদে, হায়রকই, "য়েংউ ঐনা হায়রসি, য়াম্না থুনা ফোং ফাউ-রগনি। মৃগনয়নী নংগীস্থু উৎলোদনা য়েংবিরগে।"

নিঙ্গী ইকায়রপ তৌরম্মী। লাখীনা মখুৎ পায়তুনা তিংথোকহল্লম্মী। মীয়ায় চনবী নুপী অদুনা মুন্না থরাই য়াউনা য়েংলম্মী, অদুগা হায়রকই, "ইবেম্মা নংদি, য়াম্না চাউরবা লৈবাক ঙাকউ হায়বা লৈনা। নিংথৌ মচাগা নত্তে, অচৌবা মতিক মগুন লৈবা মিংথৌরেনগী মহারাণী ওইয়ু হায়বা লৈনা। মসিবু হেক শোয়রবদি ঐগী ইরৈ লৈয়েং, অসি ককৎচৌ।" মসি হায়রগা মরৈ তিংথোক্লগা চিংশিনখ্রে। মরৈ অদু শরৈবান য়াম্না কারম্মী।

মখোয় অনিনা মওং-মতৌ অদু উবদা নোক্লম্মী।

লাখীনা নোক নোক্‌না হংলম্মী, "মহাক্তি কদায়দগী লৈবাক ফংগদৌরিবা।"

মীয়ায় চনবী নুপী অদুনা পাউখুম পিরকই "নুপী মচা, নাক য়েক্তা লৈবাক য়াম্না লৈ, হৌজিক তাকপদি ঙম্মোয়। অদুবু দেবতাশিংদা বলি কৎলগা রাখল চংনা থম্বরবদি মুমিৎ থরনিগী মনুংদা তাকপা ঙমগনি। য়েংউদনা লৈবাক ময়াম লৈরিবা অসি গ্বালিয়র, কালপী, মালবা, মেৱার অতৈ কয়াস্থু লৈরি। ঐখোয়দি দেশশিং অসিদা কোয়চৎ চৎলিবনি, অদুবু মমিংদি লোয়না চিনক্কা পুদে।

লৈবাকশিংগী মশিং থিরকপদা মহাক্না মালয়াগী মমিং অসি য়াম্না হৈনা হাপচিনখ্রে, মখোয়'নি মসি থংলমদে।

মীয়ায় চনবী মুপীতুনা হায়রকই, "হৌজিক ঐখোয় থবক ভোগে, নখোয় অহুমসু নপুক্লিংনা পাম্বা অতু থল্লু।"

নিন্নীনা হায়রকই, "ঐখোয়সু উমংদা চৎলগে।"

পিল্লীনা থিংহুনা হায়রকই, "ভাইহাক ভাইখোদ', হৌজিক য়াম্না ভল্লি।"

মীয়ায় চনবী মুপী অতুনা অতৈ মুপীশিং অতু পুতুনা চৎখ্রে।

নিন্নীনা হংলম্মী, "মসি নংগা করি থোক্লে?"

পিল্লীনা তাক্লকই, "ঐখোয়গীদি মহাক্না হায়খ্রগা লোয়রে, ঐখোয়গী কাংবু অসিগী লুচিংবীনি, মহাক্কী হুকুম চৎলি।"

"মুপীনা লুচিংবী ওইবা? থোরী চৎপতুনা লুচিংবা ওইবা?"

"মপানগী মীশিংগা মহাক্না য়া ভাংনৈ, ঐখোয়গী মমুংদসু মহাক্কী হুকুম চৎলি। ঐখোয়দি অহল ওয়রবী মুপীশিংগী য়াথং ইল্লি।"

"নংগদি করি থোক্লে?"

"ঐখোয়গী ইমানি থোরী চৎপা মুপাদো ঐগী খুরানি। ঐখোয় পুম্নমক ইমুং অমগুগী মীনি।"

"নংদি লুহোংলব্রা?"

"হৌজিক কাউ হোংদ্রি, হায়বা কাউবা হায়নদ্রি। নংদি লুহোং-লোয়দ্রা? নংগী ননাও মুপী অসিদি?"

"ঐগী ইনাও মুপী নত্তে ইভানি।"

"লুহোংলোয়দ্রা?"

"ইস"

"কৈদোরে ইস হায়রিবদি? ঐসু লুহোংগনি। নখোয় অনিবুসু লুহোংবিগনি। মথোং কারকপা মতমনি। মতম্ অসি শাম্নবা, চাবা মুংভাইবা মতমনি।

"চাংথক্নি, শাম্নগি মুংভাইনা।"

'পুন্সি অসি করিস্ন মস্তে, হরাউ তয়াম্না, মুংঙাইথোকপা পোথাবা অসিনা মফবে। ইমানা তৌজিক থৃবাক মন্নী য়েংবদা তাক্লম্বা বন্ন অহু থিবিরগে।"

'লাখীনা হায়রম্মী "তৌজিক ঐগোয়দি চান্নবা থিবা তাবনি। থবক অসিদি যুমগী অহল লমনন তৌজগনি, মহাক্না খালিন্নরদগী হন্নরগা তান্নবা হায়বত্নি।'

নিন্নী লেপখৎখ্রে। লাখীন হায়বকই, ' ৎেংলে ঐখোয় চৎকসি।" মহাকস্ন লেপখৎলক্লে।

পিন্নীমা শান্নবা থৌবাং তৌরম্মী,

লাখীনা হায়বকই, "হয়ো' মুমিৎ চুপ্পা লৈবরগে। ঐ থৌরী চৎপীস্ন তন্নগে অহুগা মংনা মহাকপু ন্নাবী শিবীখু।"

নিন্নীনা চৎলমদাইদা হায়রম্মী 'শা' খারক্লবদি মখোয়গী যুমদা লাক্কে।"

মখোয় অনি চৎখ্রে। মুমিদাংন্নাইলম ফাউবা জগোয়শাবশিংনা ঙাইহুনা লৈরে, অহুবু মখোয় লাকখিদ্রে। মখোয অনি অহু কোয়চৎ চত্তুনা শা থিবদা শা অমত্তা ফংলমদে।

( ১৭ )

অটলনা গ্যালিয়রদা চৎখিবা মুমিৎ নিপানি শুরে। মুমিৎ নিনিদগী নিন্নীনা লাখাগা চিন্তা থবা তৌরম্মী। নোং হেক ঙানবগা মখোয় জগোয়শাবশিংগী কেম্পতা নক্রগা উমংদা শ তানবা চৎপা অসি মখোয়গী মথৌনি। সন্ধ্যা শইত্রিভৈদা মযুমদা হন্নকই। যুমশাশিং শেননৈ, চাক থোংই, চাবগা কবুক্কা (চনানগী লৌ ঙাকপা চৎলি।

মুমিৎ থবনিগী মনুংদা লাখী থৌবী চৎপা কর্জনা তমখ্রে, পোটা কাউবা নোকনরকলে। সুলতানগী মমিং পল্লহুনা পিন্নী অমসুং লায়কিন জগোয় শাবী অনি অহুনা মালন্নাগী কোম্মুং, মাণ্ডুগী সহরশিং, দলানশিং,

চুকানশিং অমস্তুং কৈথেলগী ফজবা মচুংশিং থাগৎতুনা চৈশাবী অচিদুগী মপুক্লিং ওয়বা হায়নিংঙাই লৈতনা তোংনরম্মী। মরক্সিদা নিন্নী অমস্তুং লাখীগদি উমংদগী শা অমত্তা ফংখিদ্রে। মখোয়না কাপ্পিরম্ম। মখোয়দগী লৌনিংবা পোৎ-চৈ্স্ম জোবা ফংদরে। মখোয় অনিনা মখোয়দগী লেমনস্থ লৌশিংদে।

মখোয় অনি শুমিদাং ঙাইদ্রিবৈদা মথুমদা হল্লকই। শা-ঙা পুনথোক পুনশিন তোরিবৈদা অটল হল্লকলে। মগুত্তা তা পাইদুনা, য়োৎকী তেনজৈ হাপ্পা তেনখাউ য়াংদুনা লাকলে। মবেংবান্দা থোন্নুমা পুবিবা তা অমদুগী মতোনদা অভাংবা ফিনা য়োম্ব। ময়োম অম। য়াল্লম্মী। অরুম্বা মচিন তুম্ব। খোংউপ উপলিবা অদুদা উফুলনা পুমজো ঙোবম্মী, মখোংদুস্থ উকুল ঙাক্তা, তুংশিং তুংশাদা চৎপগী মমায়স্থ কাথেকলম্মী, অদুবু মায়থোং মকা লাল্লম্মী। মমীৎ তবং তরংলম্মী। কবিগুম্বা পাউ তন্নীংবনা লাংতরবম্মী। মাঙ্গোলদ হেক চংলবপগা চৈ অনি অনি কৈবগা থৌরি তিংলম্বা অদু উবগা মহাক পুমংক চকলম্মী।

হয়.উ মুংঙাইবগী থোঙ্কেলনা বৌবকলম্মী, "বদাইদা লেবগেনে নখোয়বো।"

লাখীনা খুমলকই—"লাবলে।"

নিন্নী কৌরকই—"য়াম্মুং।"

মখোয় অনি নোক্কনা থোরকলম্মী। অটলনা মথুঙা পাইরিবা তা অদু লৈবাক্তা য়ুংলম্মী, মগুৎ অমনা মবেংবান্দা য়াল্লিবা তা অদু লৌথরগা মখুৎ নামনা পোৎয়োম লৌথরম্মী তিংলিবা থৌরি অদু য়েংলগা নোক্কনা হংলম্মী, "কবি কুম্মৈনো সিদি?"

"কুম্মৈনিদনা" নিন্নীনা হায়রকই, "তাককে হাম্না ক্লাঙ্খো, চুরুমিৎ অস্তুক কুইনা কদায়দা লৈথোকলুই?"

"ঐখোয়দি ক্লান্না রাক্সরে।" লাখীগী হমাউজাদদু লৌৎপা ঙমখিদ্রে।

অটল অহু মখোও তিংখোক্ত্না কমলম্মী, "মুংঙাই মুংঙাইবা পাউ য়াম্না পুরকলে। ঙৈহাক লৈরগা তমগে। অয়ুক্কী চাককা খাকপ্রা? লেমনা হেক্তা হায়রো হায়ব্রা?"

অটল খোংগ্রায় চন্দুনা কমখ্রে। তুমিন লৈশিন্নখ্রে। নিন্নীনা মথুত্তগী তা মুন্নে। লাখীনা য়ুংলিবা তা অহু ফুকলে। নিন্নীনা য়াথং লাউথরে, "লাখী মনঙ্গলদগী তেনখাউ অসি লৌথোরকউ, ঐ ময়োম অসি য়েংগে। করি করি মুংঙাইবা পাউ য়াউরকপ্রা য়েংগে, মৌনী বাবা অসিমা তুমিন্না লৈরিবা অসি।"

অটলনা তৌশিন্নহুনা হায়রকই, "চাক হান্না! চাক হান্না! চাক হান্না! কোন্না লিক্কং তেন পোৎয়োম চৈয়োম থোকপা য়ানি। কৈনো কৈনো লোয়না মুল্লিবা অসিনা, লোয়না লুট তৌরগে হায়ব্রা?"

মখোয় অনি অহুদি হরাউ-মুংঙাইবনা কোয়লাং লাংলম্মী। থুনা পোৎয়োম থোকলে। মহুদা কৈজোম অপোবা অমা, মুপী ফুরিৎ অনি থেংনরে। লুপাগী লিক অমা অহুগা মুপীগী খুদোপ অনিসু য়াউরমলে। তেনখাউ অহু লাখীনা মরেংবান্দা য়ানশিল্লগা তা অহুনা মথুত্তা পায়রগা য়াম্না পামনা য়েংলম্মী। নিন্নীনা লিক অহু মণ্ডকশমদা শিজিন্নে, অহুগা খুদোপ অমসু শিজিন্নে খুদোপ অমনা লাখীগী মথুত্তা শিজিনবিরে। খুদোপ অহু লাখীদা খরা কোমলে। খরা চাফাৎত্তরে। অহুবু মহাক্কি তা অমসুং য়োৎকী তেনজৈশিং অহুদনা হেন্না পুক্নিং চংলম্মী।

নিন্নীনা হায়রকই, "অয়ুক্কী চাক অয়েন্দসু লৈতে, লৈরবসু পিজরোয়, চেংপাক্কা চিনীগা পিজগনি, অফবা লুপা মচুগুম্বা চিনীগা।"

হে! অটলনা মৌনী থুগায়হুনা হায়রকই, "কদায়দগী চেংপাক্কা চিনীগা লৌরুরিবা?"

মখোয় অনি নোকলম্মী।

নিন্নীনা হায়রকই, "নংগী পাউশিংদগীসু হেনবা পাউ কয়া লৈ।" তম্মু! তম্মু! অটলনা খংনিংনা লাউরকই।

নিম্নীনা হায়রকই, "হায়া নংগী হায়খো, য়াসুং নংগী পাউ অসিনা লোয়রব্রা, খরস্থ লোৎলিব্রা ? হায়রো অহুগা ঐখোয়গী অমুক তমগে।"

"ঐগী পাউ য়ায়া লৈরি" অটলনা হায়রকই। পাউ লৈত্রবদি মুমিং নিপাননিবু কদায়দা লৈথোকলুনি ? অহানবা পাউ হায়গে তাউ, পুজারি বাবাগা নিংথৌগা উন্নরে। নিংথৌনা থুনমক শা তানবা লেংলকনি হায়না অচেৎপা রা তাকপিয়কই। অহুগা মখাদি তম্নরোয়, নখোয় তম্মু, চেংপাক্পা চিনীগা কদায়দগী লৌকুই, থৌরি তিংলিবা অসিনা করিগীনো ?

নিম্নীনা শাউনা হায়রকই, "নিংথৌনা হায়ববু করম্না থাজগনি ? মহাক্না কয়ারক হম্না পুজারী বাবাদা লাকনি হায়রে, শুকলাকস্থ লাকতে। মচানা হায়বনা হিকতোক্পা য়াদবা, অচৌবনা হায়বনা রাওইদবা। ঐগী খুৎ চুম্বা উরগা কনানা রাঙ্গ খুনবু ইনাক কৈরাক খুলহনবিগনি। হায়খো করি পাউ লৈরি ?

অটল মহু হায়নিংবা রাদি খোনাউদা পনখ্রে অহুগা খর পল্লপ পল্লপ হায়রকই, "ঐনা মফম অহুদা লাখীগা শকমায়বী লৈশাবী অমা উক্লুরে, ঐ পুমডাও ডাওখয়ে। মহু থাজিয়রদা করম্না কৈদৌডৈ লাকলিবা খনবদা মম্লস্মী। হংলুবদদি করেম্নবগুম থোকখ্রে।" লাখী ইকায়বনা মমায় লোৎলম্মী অহুগা নোকনিংবা থিংলম্মী।

নিম্নীদি ফাক ফাক নোকথোক্লকই। নোকপা লেপ্পগা লাখীগী লেংবান্দা খণ্ডইন ইল্লকই। লাখীস্থ নোকথোরক্লে। নিম্নীনা লাখীবু য়েংলগা হায়রকই—"শাজিন্দুনা হায়জিনলিব্রা খণ্ডদে।"

লাখী মাঙ্গোললোমদা চেনথোকখ্রে।

অটলনা হায়রকই, "ইহে, ঐবু অঙাউবয়নে ?" মসি তারগা মখোয় অনি অমুক হেন্না নোক্লম্মী। অটলনা নোকশিন্নহুনা হায়রকই, "হোয়রে মহাক অহু জগোয় শাবী, লাইয়েকপী ওইরমলেদনা।"

নিম্নীনা হংলকই, "মংতুন্দি কর্বম্না তাইবং ওইখি?" লাখীনা তন্না হায়রকই, "তোকলো থিং। রা কন্নিগী শাংথবিবনো? অতোপ্পা হংল্লিংবা হংলোদনা।"

নিম্নীনা হায়রকই, ঐখোয়গী উমংদা জগোয় শাবা, শাবী খর লাক্লে, খোবী তিংলগা মথক্তা জগোয় শাই। মখোয়গী মতো অতু লাখীনা মাঙ্গোন্দা তমলি। নোংমদি লাখীনা জগোয় শাবীচুপ্গী হেন্নগনি। জগোয় শাবীশিংতুগী চেংপাক চিনা য়াম্মা লে। ঐখোয়না তানবা শ পিবগা মখোয়দগী চেংপাক চিনা লৌবনি মখোয়গী মমল য়াম্নবা ফীরোলস্ন লৈ। ঐদি পামবু পামদে। শা অচৌবা অমত্তং ফারবদি লাখীগী ইনফি অমত্তং লৌখিগে খল্লি।

"নংগীদি লৌদনা ঐগীদি কৈদৌবগী লোগদৌরিবা?" লাখীনা থংজিন্দুনা হায়রকই।

"হোয়নে, হোয়নে, নখোয়গী পাউসিস্ন ফৈনে" অটলনা মাগী পাউনা হেন্না মগুণ লৈ, হন্না হায়রকই।

গ্বালিয়রদা মেলা অচৌবা তৌই। কিলাদা খুৎচুম্বা তাম্নবস্ন ঐনা য়েংলকই। থৌরিদা চফু য়াল্লগা মতুগী মতুংদা ঈশিং হাপলগা উনা শাবা শাম্নপোৎ অমা তাউহল্লি। শাম্নপোৎ অতুবু মী লিশিং লিশিংনা হেক্বনা লৌথোক্লবা তেম তমই। চফু কয়া কায়ম্রে, অতুবু কনানন্থ শাম্নপোৎ অতুদা পাম্সহনবা ঙমদে। নিংথৌ মানসিংহ মতোমতনা অমুক্তং কাপ্পদা পানবা ঙমই। কিলাদা ঈশৈ নোংমায় কয়াস্ন তৌই। মন্দিদা ঈশৈ তাবা য়েংবা মীওই কয়া অরাপ্প অরাপ্পদগী গ্বালিয়রদা লাকই। ঐস্ন চৎলুই। মুমিং নিনি হুমনি চৎলুই। চন্দেরীদগী ঈশৈ য়াম্মা হৈবা অমা লাকই। লৈশাবী অমস্ন লোয়নরকই। মখোয় অনি ঈশৈস্ন শকই, বিণাস্ন খোংই। মীয়াম অতু মুংঙাই নুংঙাইহনবা খংদে, মকোক মরু পংহায়দা হায়।

অতুগা অটলনা নোক্লুনা হায়রকই, "নিম্নী নংগী ঈশৈচুদি ফজনা তানিহে।"

"হৈবু হৈমনজে. তমন্তু তমহৌদমা" খরগা তমহৌরবদি খংগদৌ-নিকো।" নিন্নীনা শাউবংনা হায়বকই—

লাখীবোমদা মাইনেশিন্দুনা অটলনা হায়বকই—পাউ তমগা তমগে তাউ গ্বালিয়রদা ঐখোয জাতিগী ইমুং অমা থেংনরকই। মখোয়গী ইবোয় অনি, মন লাবা জ্বরা অমা, মনবী মচি, মনাউ মচা মরি লৈ, যুমজাও অমম্ভু লৈ, ও হাগী লোবুক অমম্ভু লৈ নুপামচা অতু ফন ফৈ শা ফন শেল্লি লো-শি টই। অন্নাং অপা লৈতে। মমা-মপা লৈ মচিন মনাও লৈ। ঐনা নুপামচা অতুগা ঐখোয় নিন্নীগা ম্রারোযপোং পুন্সি হায়নরমী। ম্রাদি তুপখোকরমগ্রি। মমদা অমুক্তং খন্নরগা লোইনাশ হায়দম্মী। ঐখোইনা তউনপোং তমগাবা লৈতে। পিবা তাবরম্ভু লৌ মচেং কমা লৈহিবসি যোম্ভোঙ্গা লোযবে। মখোয়না নিন্নীগী পুন্সি নাতি থাম্বা খোহল্লি

নিন্নীনা তাহ্ন পুন্সিনগা চংলে মহাম্না মফমদুদগী লাখীবু কৌশিনখবে "ম্রারী শাহ্ন লেবা হায়বা মতম নক্রে. চাক থোংলসি লাকলো।"

লাখীনা মনাম নাকল থেংনগা হাগা অমবোমদা থমজিল্লে।

লিকং শেংদোক্নুনা নিন্নী হায়দম্মী, "য়াম্বুংদা হায়দু, হেজি পোংকী ব্রা হৌদোকলক্নু এ লহোংলোয"

"জগোয শাদনা খুবাক মরি যেংবদা ফাউবদুবু ব্রাহ্মণ কাদি নওকো।" লাখীনা তপ্না হায়বকই।

"নংবু ভাইবব্রা? ঐ যুম পাল্লবোয় হায়রেদনা। নখোয়গী নু ভাই য়াংফবা য়েংজরগা পুংভাই ভরে। ঐনা নখোয়বু থাদোকপা ঙমলোয়নে।"

"ময়ুন নুংভাইদা। অচৌবা সহরনিদা।"

"ঐনা হায়রেদনা, শিরবন্তু মফম অতুদদি এম-পাম্লোয়নে যাম্নু দা তমুচোংবগা হায়দু, যাল্লগা কন্নানো অমবু হাম্নহনবা হায়বকুনি।"

'থুনগী মীনা করি হায়ননি?"

"নংগীদমক্তা ঐনা য়াম্বুংনা খুনগী মীশিংবু কিত্রে, অদুগা ঐগী মরমদদি কৈদৌনা কিগদৌরিব৷ ?"

"ফরে. হৌজিকমক হায়রুরগে ৷"

"হোয়নে, ঐগী লাখী।" নিম্নীগী খোঞ্জেল খর নিকলপ তৌই। অটলনা রা খুরদি তাহৌরে। লাখীনা রা পুম্নমক লোয়মা তমলে।

অটলহু শরায় লাউখ্রে। ঙৈহাক্তুং তুমিন্না লৈরম্মী। ঙৈহাক লৈরগা হায়রকই, "হোয়, ফরে। ঐনা রা তুপখোক্লরকৃবা ফৈদা। অমা অমুক য়েংবা তারেদনা, খিবদি তোকপা য়াদে।"

মহাক্না নিম্নীবু কৌরে। মমিং কোয়রু-কোয়রু য়েংহুনা লাকলে অদুগা অটলগী মনাক্তা লেপলরে।

"মুপীমচা, নংগী নপুক্লিংনা য়ানিংদবা অমত্তা তৌরোয়। পুজখ্রো নংগী তা অসি। হয়েংদগী মসিগী অভ্যাস তৌবা হৌরো। য়ে'লগে, লম ঈরোয় করম্না ফাবা ঙম্বগে হায়বদো।" অটলনা হায়রকই।

নিম্নীনা নোক্তুনা তা লৌখৎখ্রে। লাখীনা চাক থোংউরসি—হায়হুনা চাকশংদা পুশিনখরে। চাকশংদগী হায়রকই, "নখোয়না থোংবা ঐনা চারবনি, ঙসিদি ঐনা থোংবা নখোয় চাবা তারে।"

"ফরে, ফরে।" খর শাংলপনা অটলনা য়ানিংবগী খোঞ্জেল্দা হায়রকই।

## ( ১৮ )

অমুক্তা অটল মন শেনগদবা লৈ, অদু নিম্নী অমসুং লাখী অনিগীসু থবক য়াম্না লৈ—তা লংবা তম্বা, জগোয় শাবীশিং অদুদা শা অমা পিরগ: ফি লৌবা। লাখীগীদি অতোপ্পা থবক অমসু লৈরে—থৌরি চৎপী তম্বা অদুগা অটলদা উংপা। অটলসু মহাক্না মন শেনবা অদু মুমিং নিপাননি চুপ্পা শেনবা নেকনবা লৌমী অদুদা ঙসিদংগা শেনবিখো হায়না নেক-থোকলুরে. মরমদি অটলনা জগোয়শাবীশিংগী অঙকপা মশানসুসু য়েংনিংলে।

মখোয় অহুম হুমিং য়ুংবগা জগোয়শাবশিংগী কেম্পতা থুংখ্রে। জগোয়শাবশিংনা নিন্নী অমম্তুং লাখীবু লাপলিদৈদগী খংখ্রে। মখোনা অনিনা মখুত্তা তা পাইরকপা অহুদা থর শুকতক চায়ম্মী।

পোটা অহু কেম্পতগী মপান থোরকলে। অটলবু প্রণাম তৌরে অহুগা নিন্নী অমম্তুং লাখীদা মমিংনা হংলম্মী।

নিন্নীনা হায়রকই, 'ঐখোয়গী মাবুংনি।"

জগোয়শাবশিং অহুন মখোয় অহুমবু ইকায় খুম্নবা উৎতুনা কেম্প মনুংদা পুশিনখ্রে। জগোয়শাবীশিং অমম্তুং জগোয়শাবশিং অহুনা নিন্নীন তাকলকপা অহু তারে। পিল্লী অহু মফি তংখায় শেত্তুনা য়োংবু হিক ফাহল্লম্মী। য়োং অহু পুরগা থুনা য়াংনা য়ুম মনুং চংখ্রে। নায়কিন না অথাবা, শেগায়বা ফিদা অমা অটলগী ফম্নবা থারে। অটলহু মপুন্সিদা অমুক ব্যবহার ফজনা ইকায় খুম্নবা অসি অমুক্তা ফংখিত্রি। লেমনা কমখখ্রে। নিন্নীগা লাখীগদি লেপত্তুনা লৈরে।

লাখীনা পোটাগী মমিং তাক্তুনা হায়রকই, "মসিনি খোয়ী চৎপী অহু।"

পোটানা থুনা নোল্লুক্তা হায়রকই, "ঐ হৌজিক উৎচগে, ঐগী থবক ময়াম অসি তোক্তুনা কুম্মৈ অমত্তবু নত্তে, ময়াম উৎকে।" মমিং অহু করিগুম্বা থর থিরিবগুম মুনা মুনা য়েংলম্মী।

পিল্লীনা মমল অতাংবা, মচু মরাং হকপা অমম্তুং অনানবা ইনফি অমা ইল্লগা থোরকলে। মহাক নায়কিনগী মতুংদা লেপখ্রে। নায়কিননা তাক্তুনা হায়রকই, "মুপীমচা অদিনা তৌথোরকপা হান্না অমুক্তং য়েংখো, মহাকী বোল হুম্নুনা থেক কোয়না থাংবা খোংথাংনা নখোয়বু শুমহৎকনি। য়েংউ; মশা মউ অসি কয়াদা থোং মেংখ্রবনো? কয়াদা ফজরিবা কয়াদা নিংথিরিবা!!"

পিল্লীনা নোকফেং তৌনা নায়কিনগী মরুমদগী থোরকলে। মহাক্কা মশা ফজবা অহু খজিক্তং হায়দোক্তুনা অটলদা হায়ফেং উৎলম্মী। মাইথুম্বী অহু হায়ফেং চিংখংলি হায়ফেং মিৎচিনা য়েংলম্মী অহুগা মমায়

লুকথরগা হুরান মিৎয়েংনা য়েংলম্মী। ইকায়শন্নহুনা য়েংবা মিৎয়েং অসি অটলদি খংদে। ইঙক ওক্লা থোকই। নিন্নীগা লাখীগদি মমায় ডাংখ্রে। অটলনা মত উরে অহুবু মিৎচান্ননা য়েংবদি ঙমলমদে। ইপং পংনা অত্তে জগোয় শাবীশিংদা য়েংলম্মী, অহুবু থুনা অমুক পিল্লীবু য়েংনিংলকলম্মী।

পোটানা হায়রকই, "ঐ থৌরি তিংলগে। কুম্মৈ হৌরগে।" নায়কিন্না পিল্লীবু খর হেন্না থাগৎতুনা হায়রকই, "মসি অঙকপিনি। মহাক্না থেক কোয়হুনা শাথেক উৎপদা, থৌরিদা জগোয় শাহুনা চৎপদা, মশাগী কল্লাগী হৈশিংবা উৎপদা ময়ায় কাখিহুনা মশাবু ফাউবা কাউ-থোকপা ঙমই।"

অটল অহু পুন্নমক অসি য়েংনিংবনা মপুক্লিং লাংতক্লরম্মী। পোটানা থৌরি তিংলে। নায়কিননা পিল্লীদা মিৎচি খৎতুনা ইংগিৎ পিরমই।

পিল্লীনা ইনফি অহু মথবাক্না মখ্বাংগা লাকশিল্লে, মমিৎ মিৎচিনা অটলদা হায়কেৎ য়েংলমলগা খোংথাংগী হৈশিংবা উৎলকলে। অটল পুক্লিং চংনা পিল্লীগী শাথেক, চোং ফনবা, নোপ নোপ্পা হকচাং য়েংলকলম্মী। মহাক্না করিঙখদা অম্লুক য়াংনা হকচাংগী থেক কোয়বা অসি উখিদ্রি।

পোটানা থৌরি হেক তিংবগা, ধোলক নৈবগা থৌরিদা কারে, পিল্লীনা জগোয় শাবা লেপলে অহুগা ইনফি লৌথোকলগা ইনশিল্লে। মতম অহুদস্ু মহাক্না মিৎচিনা য়েংদুনা মশামউ অহু কিক্তি ফিনা খুম-জিল্লুনা অটলগী মমাংদা চংখ্রে। পোটানা থৌরী মথক্তা নোম্না নোম্নাগী খোংচং চৎতুনা জগোয় শারে। পিল্লীদি অটলগী মনাক্তা মনিং ঙম্না জগোয় শারি। অটল পোটাগী মওং মতৌ অহু মপুক্লিং চংনা য়েংলম্মী। পিল্লীনদি অটলগী পুক্লিং মঙোমলোন্দা চিংশিন্নবা কন্না হোৎনরি। নিন্নীগা লাখীগদি পোটাগী হৈশিংবা অহুবু পামজনা য়েংলম্মী। পোটানা থৌরি অহু খর হায়হল্লগা ফ্রে ফ্রে হায়হল্লি। ধোলক নৈবা অহুনা পিল্লীগী জগোয়গী তান থারি।

পোটানা থৌরিদগী, কুমথরক্লগা হায়রকই, "ইবেম্মা লাখী, নং অমুক অভ্যাস তৌরোদনা।"

লাখী অহানবদা থর ইকায়রপ তৌই, অদুবু নিন্নীনা মরেংবানদা কাহল্লগা থৌরিদা লাখী ফমখ্রে। লেপখত্তুনা চংনবা হোংনবদা মখোং নিকলম্মী। য়াম্না চেকশিন্না লেপখৎলে, খোংথাং অমা অনি থাংলে, চাং পুবা ওমদত্তুনা মথাদা বোম ভাগ্রে। মখোং শুজিনখ্রে, অদুবু ইকায়-খাংত্তুনা নোকশিন্নরম্মী।

পিন্নী ফাক ফাক নোকথোরকলে। অটলনা য়েংথোরকপদা পিন্নীনা নোক্না নোক্না মায়থুমফি হায়গংনা মিংচিনা থংলম্মী। লাখীদি উহৌদে. নিন্নীগা অটলগদি উহৌরে। নিন্নীনা হায়রকই, "চংলসি লাখী, উমংদা তা হুনবা অমুক তমলুরসি।"

"উমংদি মফমসিস্তুনি, কদায়দা কোয়চং চংকদৌরিনো?" মায়কিননা হায়রকই।

নিন্নীনা হায়জরকই, "অভ্যাস শোমবা য়াদবনি। অনকপা উ অচৌবা অমদা অত্তুদগী তাশিং অত্তু য়াবুংদা শিন্নরমলগা উমংদা শা তানবা চংকনি।

"ফরে" নায়কিনস্তু য়ারে।

মখোয় অনি ঙৈহাক লাপলপনা তা হুনবা তমত্তুনা লৈরে। অটলদি অত্তুম ফমত্তুনা লৈরে। নায়কিননা মঙাক্না হায়রকই, "লুপীমচা অসিনা শাবা জগোয় কমদৌই?"

"য়াম্না ফজে" অটলনা থুম্নমই।

পিন্নী হরাঙনা য়ুম মতুংদা চেনশিনখ্রে।

নায়কিননা তপনা হায়রকই, "মসি উবদা নং পামলিমিনে।"

"হোয়। হোয়!"

"য়েংউদনা, ঐনা করি হায়গে হায়বত্তু মহাক থংখ্রে, অদুনা থুনা চেনখ্রিবনি। কয়াদা ইকায়খিত্রবনো?"

"অটলনা তৈহাকী মমাংদা য়েংখিবা পিরাকীগী ইকায়খংবমা মওং অদু মপুং ফানা মিংশিংদি। ঐবু পামলিবা। পামলগা কৈনৌবিগী লুহোংগদ্রা? রাম! রাম!! রাম!!! মহাক্না খল্লকই।

নায়কিননা করিস্নু হায়ত্রে। অটলনা নিন্নীগা লাখীগনা তা তমলিবা অদোমদা য়েংহ্নুনা লৈরে। নায়কিননা অত্তোপ্পা রাকম অমা খল্লে। ইঙ্গিৎনা পোটাবু মনাক্তা কৌশিল্লে। পিন্নী অদু য়ুম মরুমদা নকনা লোৎহুনা লেপলি।

নায়কিনমা হায়রকই, "মখোয় অনি অসি হল্লকত্রিবা ফাউবা মতোন্দা দেশ বিদেশকী ফিত্তম খর লিবিয়ু। মাণ্ডু, কালপী, মন্দসৌর অসি কয়াদা চাউথ্রবা অমদি নিনখোংথ্রবা শহরনো। নংনা হান্না উথ্রবরা?

অটলনা খুম্নকই, "ঐদি ঐখোয় খুন অমদি লোম্নবা খুনশিং অসি নত্তনা অত্তোপ্পা করিস্নু থংদে। হন্দক্তং খালিয়র চৎলুই। অদু নত্তনা করিস্নু উত্রি।"

পোটানা মহাক্না উরুবা উত্রিবা শহর কয়াগী করুবা অদু শেমজিন শাজিম্লুনা তমলে। অরোয়বদা হায়রকই, "ঐখোয়গা লোয়ননা মাণ্ডু চৎলুশি, মাণ্ডুগা চাংদমনবদা খালিয়রদি করিস্নু নত্তে।"

"নিন্নীগা লাখীগদি কনাদা শিন্নরমগনি?"

"মখোয় অনি পুরপা লোয়রেদনা। য়ান্না নুংঙাইনি। মখোয়স্নু উরুবদা নুংঙাইজগনি, সংসারদা সাঁক তুরেন অমদি রাঙ্গ খুন অসি নত্তবা চাউর চাউরবা কয়া লৈ হায়বদো।"

পিন্নীনা মরুমদগী খোদেমলকই।

নায়কিননা হায়রকই, "য়েংঙু, খোদেমহুনা মাণ্ডু চৎসি হায়রিবা অসি। ঐখোয়গা লোয়ননবদা নং য়ান্না নুংঙাইনি।

অটল শুপচিন্নমই।

পোটানা হায়রকই, "সুপীমচা অনিসিগী তেমনী খুং চুবা অমি উনগা মাণ্ডুগী সুলতান অদু ঙকচগনি। অদুগা মনা মথুম য়াম্না পিরকনি।"

"মাগুদি করম লাপই? কদোমদা চৎলি?"

"য়াম্না লাপ্না নত্তে, জরানশিংগীদমক্তদি সংসারগী কাচিন কাচিন ফাওবা লাপ্নি হায়বা থজোয়দবনি। নরবর ফাউহুনা চৎলি লখী অসি, অসিদগী ঘালিয়ররোমদা চৎতহুনা চুম্না চৎকদবনি। কোস কুনমগু অমুক লাপকনি, লোয়রে।"

"ঘালিয়রগী নিংথৌ শা তানবা লাকদৌরি। মহাক্না মুণীমচা শিং অসিগী থুৎচুম্বা য়েংলগদৌরি। করে কোম্না মাগু চৎসি।

ঘালিয়রগী নিংথৌ মমিং তাবনে, মহাক লাকনি হায়বগী পাউ তাবদা জগোয়শাবীশিং অহু তু চুংলে। পোটানা য়ারী অমরোমদা ওহ্নোকখ্রে।

"ঐখোয়গী মমল নাইত্রবা সাড়ী থর অসি মুণীমচাশিং অসিদা পিবা পামই।"

"কদাইদগী মহুগী মমল মখোয়না পিবা ঙমগদগে?"

"ঐখোয়দি মমল য়াউদনা হেক্না পিখোকপা পামলে।"

"মখোয় লৌ হায়বা য়ারোই, নমহাহুনা পিবগু লৌরোয়।"

"হোয়নে-হোয়নে, রাখল রাংবা কাংবুনি, কোম্নুংদা লৈগদ-বমকনি।"

"করি হায়বা?"

"হায়বদি মখোয়গী রাখল থুৎরাং অসিদি কোম্নুংদা লৈবা রাণীশিংগী রাখলঅকনি।"

"হোয়, মহুমকনি; অহুবু য়ুম শেগায় তুগায়বদা লৈবনা কোম্নুং করম্না থংগনি?"

"ঐখোয়গী পানজীনা মুণীমচাশিংগী থুবাক ময়ি ফাওবা য়েংথ্রবনি। পঞ্জিনা মখোয় অসি নিংথৌগী তালোয় ওইগনি হায়।"

"মুংঙাইদা! অহুবু ওইখোকপা য়ারনে?"

"করিগী ওইখোকলোয়, ওইখোকনি। নংনা ফিশিং অসিদা য়েংউনে?" ফরেনে, অম্নুম ফম ফমহুনা কৈদৌনি।"

অটল অহু আশা অমা লাকলে। ফি ফজ ফজবা কয়া পুথোরক্লে। মৃহু য়েংহুনা লৈরে। ফিময়াম অসিদগী নিঙ্গীনা অমথক্তং শেৎচরবদি কয়াদা ফজগবা? মহাক্না খল্লি। ফি ময়াম অসি য়েংলিঙৈদা পিল্লীনা মমল অয়াম্বা ফজবা ফি অমা শেস্তুনা লাকপহু অটলনা উক্তরে। পিল্লীনা মিৎ খৎলকলম্মী। অটলদি পিল্লীগী মুর্তি অহুগা লাখীগী মুর্তিগা চাংদম্নরি। মপুক্লিং মকশিনখ্রে।

"ঐ ঈশিং থকলুখিগে।" অটলন। হায়রকই! মহাক জগোয় শাবীশিংদগী ঈশিং থকপা য়াদে। হৌগৎলগা ভুয়েলক্লোমদা চৎখ্রে।

পোটানা নায়কিনগা চিবোন চিবোন ডাংনরম্মী।

"অস্নুম' তৌবসি ঐখোয়দি থেংবু থেংনদ্রি।"

"মহাক পিল্লীবু খর পাম্বা জাৎনি।"

"ফরে, উপায় অমদি লৈরে।"

"মখোয় অহু মাগুদগী হল্লকলবদি উপায় খরস্তু লৈগদবনি।"

"লোয়ননা মখোয় খরদি পুরকদবনি।"

"হোয়নে, লিককোন, পৈশা-মুংশা অমস্তুং অকবা শাদোং খরস্তু দরকার ওইগনি।"

"থবক অসি লুরে। করিগুম্বা থালিয়রগী নিংথৌনা লাম্নীগা লোয়ননা শাক্তুনা ধমকা অমুক তৌরবদি।"

"লাকচরবস্তু ঐখোয়না পামলিবা অসিবুদি কনা অমত্তুনা খংবা ওমলোয়।"

"লিক-কোন অহুদি মুপা অসিগী মমাংদা উৎলুগনু। লৈশাবীশিং অহুবুতা উহল্লু অহুগা মখোয়ত্তবু পামহল্লু। লৈশাবীশিং অসিদি লীক-কোন অমস্তুং ফিরোলতবু পামজবনা ডাউবনি। পামজবা অসিদা মথৱায় ফাউবা থাজরিবনি। মখোয়দা থেম্নবদি মারকপস্তু মায়। মুপা অসি অমরোমদা থৈখ্রসি অহুগা লৈশাবীশিং অসিদমক পুরগা চৎলসি।"

"থবক অসি খর লুগদবা মাল্লিদা অহুবু বুদ্ধি লোশিং পুথোক্তুনা হোৎনবা তারেদমা মখোয় অনি মাগু চৎখিবহু লাক্লবতদা ওইথোকপা য়াগনি।

ঙৈহাক নৈরগা অটল হল্লকলে, মাগী মতুংদা লাখীগা নিল্লীগস্থ লাকলে। নৈশাবী অনিছু পেনবা মথৈ তা তমলৃরে।

নিল্লীনা হরাউনা হায়রকই, "য়াম্বুং, ঐখোয় তা লংবা হৈরগনি। ত্তেন কাপ্পদগীদি মসিনা খর লায়রে।

"তা লংবা হৈরব্রনে?" অটলনা হংলম্মী।

লাখীনা পাউখুম পিরম্মী, 'য়াম্বুং তাশিং অসি থমবিহৌরে। ঐখোয় অনি শা তানবা চৎলগে। অচৌবা শা ফংলবদি মখোয়দা পিরগা মতুগী মহুত্তা লাখীগী ফি অমা লৌগদৌরিবনি।

"নংগীস্থ অমা লৌগদবনিনে।" লাখীনা হায়রকই।

অটলনা পিল্লীনা শেৎপা উখিবা ফি অতুগা মতমহুদা পিল্লীনা মিৎচিনা অটলদা য়েংখিবদো। ফি অতুগুম্বা মচু মখল মখলগী ওইবা, য়াম্বা নানবা ফি অতু লাখীনা শেৎলবদি কয়াম্বা নিংখিগদবা। জগোয় শাবীগী মতু ফাউবা উবগুম লাখীগী মশা অমদি মতু ফাউবা উরনি। মিং থংপা! মশা মউ উংপা!! জগোয় শাবদা কয়াদা ইকায়বা থংদনা উৎলি!!! লাখীস্থ অসিগুম্বা ফি অসি শেৎলগা জগোয় শাবিগুম তৌরকদরা? মহাক খর হেল্লা লাংলরৈদরা? অতুগা নিল্লীস্থ? অস্থুম্বা ফি শেৎলবদি কয়া নিংখিগবা? জগোয় শাবীদৌনা? উম! নত্তে! রাম! রাম! অটলগী পুক্কিং য়ানিংদবা হংগোয়বা ফাউরম্মী।

মহাক্কা হায়রকই, "ঐখোয় শ্বায়দা অস্থুম্বা শেৎনদে।" নায়বিননা হায়রকই, "মহারাণীশিংদি শেৎনৈ।"

অটলনা য়ানিংদনা হায়রকই, "ঐনা উস্থ উখিল্রি, হায়বস্থ ওমদে, অতুগা ঐখোয় নিংথৌ মহারাণী ওইগদবা নত্তে।"

"অতু ওইরবস্থ য়ুমদা অমদি থমগনি। মতাং চারবা মতমদা শিজিন্নবা।" নিল্লীনা লাখীগী লাকদৌরিবা লুহোংবগী ইঙ্গিৎ তৌরম্মী।

"নৈবা তারেদনা, নৈবা তারবদি অনি নৈগনি অমত্তা লৈরোয়।" লাখীনা হায়রকই।

মখোয় অনি শা তানবা উমংদা চংখ্রে। অটলনা তাশিং অহু পুহনা ময়ুমদা চংখ্রে।

মুমিদাংয়াইরমদা জগোয়শাবশিংগী কেম্পাতগী মুমিং য়াপল, অয়ানিগী মমাংদা চংথিবা জগোয়শাবশিং অহু হল্লকলে। থুংলবগা মখোয়না য়াম্না চেকশিন্না পুরকলবা ময়োম অহু পিরে অহুগা নাপনগা লোয়ননা ইঙ্গিং তৌহনা হায়রকই, মসিদা নন্তনা অহেনবা উপায় কয়াম্স্ন পুরকলে।

নিন্নীগা লাখীগা উমংদা শা তানবা চংলুরগা খুং হাংনা ময়ুমদা হল্লকলে।

( ১৯ )

মথংগী মুমিংতা নিন্নীগা লাখীগা করিস্থ চংথোক্তে। য়ুমগী থবক ইনথাং তৌই। অহুগা তাগী অভ্যাস তৌরম্মী। লাখীনা থৌরি চংগীগী অভ্যাস তৌনবা কন্না হোৎনরে।

অহিংদা মখোয় অনি লেপনরম্মী। নিন্নীনা হায়রকই, মুমিং কয়ানিদগী উমংদা করিস্থ ফংলকতরে। শাগী খোংগুনদি ফংই। অহুবু মমৈদি উবা ফংদে। অয়ুক্কী থবক ইংখাং লোয়শিল্লগা ঙম্না উমংদা চংলসি অহুগা মাইল অমা অনি চংলসি। শা ফংদবরা য়েংসি। জগোয় শাবশিংগী কেম্প শাখিবনা অহুগা ঐখোয়না কোয়চৎ চৎপসিদা শাশিং অহু লাপ্না চংখ্রমাল্লে।

লাখীনা নিন্নীগী য়া অহু য়ানিংলে, "য়াম্না কৈ. লোয়ননা তা অমত্তংগা পুশিল্লবদি কমদৌই?"

নিন্নীনা হায়রকই. "ঐগী তা পুগনি। নঙন্দা পোহনা পুগনি। চৎপদা নারক-মোংশোংদা পল্লবস্থ থুৎনা পারগনি। তাঙ্গা ফংলবদা নংনা তেম্না হান্না কাপ্পু, মতুংদা ঐ তৌগে।"

অয়ুক্কী থবক ইনথাং লোয়রগা চা-থকপা লোয়রগা মখোয় অনি উমং লোমদা খোংশানখ্রে। থুনদগী থরদং চৎপদ, মঙাইরি মখোয়না পোটা উম্নরে।

জগোয় শাবহুনা হায়রকই, মখোয়না অহিংদা শাশিং খোংবা তাদবরা ?

"করম্বা শানো!"

নম ঈরোয়গীরা নক্ষগা নমগুকী মখোল্লা ?

"নক্ষেদা।"

"অহু তমগে লাকলিবনি। ঐখোয় কেম্পকী মনিংজোমদা করি করি শানো খংদে পংলাংদা লাংই। মখোয় মশেন চিকনবগুম তৌই।"

"মুমিং কয়ানিদগী লৌবুকলোমদা শা অমত্তা লাকখিদ্রবনি। নখোয়গী কেম্পতগী কয়াম লাপ্পা ওইগনি?"

জগোয় শাবহুনা শাগী মায়কৈ তাকলে। মখোয় অনি মাইকৈ অদোমদা চৎখ্রে।

জগোয়শাবহু মাগী কেম্পলোমদা চৎখ্রে।

নিন্নীগা লাখীগা শা থি খিহুনা লাপ্পা চৎখ্রে। শা খোংগুন য়াম্না ফংলে। খোংগুন অহু অহাংবা, লমহাংদনা নম্ন তাই, মুংলক নারক-শিংলক্তদি তাদে। খোংগুন অহু অমগী মথক্তা অমা তাশিল্লম্মী, করি শাগী খোংগুননো খংবা য়ারে। করিগুম্বদা ঈরোয়গীসু মাল্লি, করিগুম্বদা শগোলগীসু মাল্লি। শগোলদি মকম অসিদা কদায়দগী লাকনি। মখোয় লানব-চুম্বা নৈনরম্মী। মখোয় অনি ঈরক্তা লেপখ্রে। য়া তাম্নরকই।

"ওক অমসুং ঈরোয়গী খোংপাকতি তংখায় থাইগদবনি, মসিদি শগোলগী মাল্লি।" নিন্নীনা হায়রকই।

লাখীনা হায়রকই, "শগোল ওইগনি, অদুবু মফম অসিদা শগোলদি কদায়দগী ?

"তুর্কী লাকপরনে?"

"খোংগুন অসি লাম্মী ময়ামগীদি নত্তে। তুর্কীশিংনা লান্দারকপা ওইরবদি থুনগী মীশিংনা ওসাইনা হান্না খংলগনি। অহিংদা কেম্প থুদিংদগী মৈ থানবা উগনি। থুন থুন্দা খোল য়ৈবা তাম্নরকনি অদুগা পক্কারক অমগী মীনা পক্কারক অমদা থুৎথাং তৌদুনা তাকনরকনি। রাজা মানসিংহগী মীশিং হান্না খর লাকলিবরা।"

"সুংঙাইরা! শুন্দদি হায়না লাকখ্রুনা মকমসিদা-হায়া-লাকদর। ? অহুগীসু মথক্তা লম্বী অসি থালিয়বদগী লাকপা লম্বীসু নত্তে"

নাকল অমদ' অরাংবা চীং, অঙম্বা উমং, সুং ঙাক্তা ঙাইবা মকম, নাপীসু নেমনা হৌবা মকম, লৈত্তেম 'মাল্লবা তম্পাক' মনা কুংবা উজাউ হৌরি, অশোংবা মকমসু লৈ, শোংদবা মকমসু লৈ। থুনদগীসু মাইল অমা অনি লাপ্পা মকমনি। জগোয় শাবশিংগী কৈশ্পসু লাপলি। মথোয় অনিনা কোযয়েং য়েংলম্মী। লাপ্পা মোংশোং অমগী মকমদা শ্রো-শো লাউবা মথোল তারম্মী।

"শা ওইবা য়াই। ঈবোই শোযত্রেদনা।" নিঙ্গীনা য়াম্না তুমিল্লা হায়খকই।

"হোয়নে ঈরোয় ওইনি ওক ওইরবোয, মথোন য়াম্না হৌই।" মথোয়না মুম্না তাবম্মী, করিসু তাখিদ্রে।

নিঙ্গীনা মনঙন্দগী তা পুল্লিবহু লৌথোবলে।

লাথীনা হায়রকই, 'তা অহু ঐঙোন্দা পিযু। ঈবোয় ওইরবদি নংনা তেন কাপ্পনা ফগনি।"

"ফত্তে, তা অসি ঐগী খুৎচাবী ওইগনি নংনা তেন কাপ্পনা ফগনি। মোংশোং অশোমদা চৎলসি।" নিঙ্গীনা হায়রম্মী।

মথোয অনি মোংশোংলোমদা চৎখৎকলে। মোংশোং য়ৌরগা য়েংবদা, য়াম্না শোংবা মোংশোং ওইরমলে, হিপথরগা চৎপা ফাউবা য়াদবা মকম ওইরমলে। মথোয়না খংলে, মথোন অহু মোংশোংদগী লাকপা নত্তে, থংনবা নাকল অমদগী লাকপনি। লৈতোং য়াংনা য়াংনা লৈ, উশিংসু য়াংনা হৌই। কৈকা লৈরম্লদি কোকথক্তগা চোংশিল্লকলদি, শঙমনা নাগী মরক্তগী চোংশিলক্তনা খোংকা থুদেকলবদি, খুবোমদকা চিকথুৎলবদি, করিগুম্বা উবা-ঙমদবা মোংশোংদগী ঈরোয় অমগা লৈরমক্রনা থবাক্তা য়াইরকলবুদি? মথোয় অনি কিনা থমোয় ফাক্তিন্দুনা থল্লম্মী। চীংদগী খর লাপথোরকলে। মকম অসিদগী অচোম্বা চীংমায় অমা কাখৎকদবনি। চীং অনিগী মরক্তা লমহাং অসি লৈরিবনি। মকম

"অসিদা অচৌবা লম্বী অমা লৈরমগনি। মখোয় অনি য়াম্না চেকশিন্না মখোং তপ্না তপ্না থাংলম্মী, নাকয়েং কোয়য়েং য়েংহুনা অতোংবা মফম অমদা কাখৎলক্লম্মী। লৈতোং অহুদা কাখৎলগা খোঞ্জেল তারম্মী। নিন্নীনা তা চেৎনা পায়রম্মী অহুগা লাখী যোৎকী তেনজৈ চিংহুম। চৎলম্মী।

নিন্নীনা খংলে, লৈতোং অহুগী মরুমদা কনানো অমা লোক খুরি। লাখীসু খংলে, লৈতোং মকমদা কনানো অমা লৈরে। নিন্নীনা লাখীদা খুদোম্বীনা থিলম্মী। মখোয় অনি অমগা অমগা য়েংনবম্মী। শা নত্তে, মীনিনে, মসি খনবদা মখোয অনি মখনাউ কংখ্রে মখোয় অনি কিরপ তৌরম্মী।

লাখীনা তপনা হায়রম্মী, "মীনি, ঈরোয় নত্তে, ওক নত্তে।" মিন্নীনা তুমিননা লৈহুনা মওং খংদোক্লবা মিৎনা ইঙ্গিৎ তৌবম্মী। ঙেহাক মখোয় অনি লেপতুনা য়েংহুনা লৈরে। নিন্নীনা য়াম্না তপ্না হায়রকই, "মুংশিংনা উশাশিংদা য়ৈবগী মখোলনি করিসু নত্তে।"

লাখীনা চিংননা মকোক হায়রম্মী। হায়রকই, "হঙ্গসি।" নিন্নী কিবদা ইকায়জৈ অমদি কিগন্দবা শাবম্মী। মহাক্না ঙেহাক্তং লেপ্তুনা য়েংখিসি হায়হুনা মমিৎনা ইঙ্গিত তৌহুনা হায়বম্মী। মিংকুপ খরগী মতুংদা মখোয় অনিনা নারক অহুদগী শেংনা মীগী লোক খুবগী মখোল তারে, অহুগা শগোলগী খোংথাংগী মখোনসু তারে। মখোয় অনি ওকখ্রে।

মিন্নী মিকুপ অমগী মতুংদা পিগুম শুকতোক্লম্মী, মখয়াৎ চিক্লম্মী অহুগা তা অহু চেৎনা পায়রম্মী। লাখীগী তেন পায়রিবা মখুৎ অহু নিকলম্মী। শাউবনা মখয়াৎ কৈরেং কৈরেং চিংলম্মী। মখোঞ্জেন নিকনা হায়রকই, 'খর হন্দোকলগা মরুম থুপশি শগোল তোংবশিং অসি লাকলে।"

নিন্নী মনা য়াম্না শিংই। মরুম থুমকর্ম লৈত্রহুনা মখোয় অনি তুং হন্না চৎলে। হন্না য়েংলকপদা শগোল তোংবা অনি লৈরমলে। চীংলোমদা

কাখৎকদবস্ নিংথি মুংঙাইবা লম্বী লৈরমগ্রে। মখোয়না লাকপা লম্বীদা হনগদবস্ মরুম থুপকম লৈরমদে। চীংচেপ অদুদা চুমদ্রিং চৎলগদি খর লাপলপনা মরুম থুপ্পা য়াবা উ খরদি হৌরি। মখোয় অদোমদা মমায় ওল্লে। অদুবু মখোয় মকম অদু য়ৌবা নংগ্রে। খুৎলায় পায়বা শগোল তোংবা মী মরি মখোয়না চেল্লিবা লম্বী অদুদা লৈরমলে। মখোয় অনি অপিকপা মোংশোং অমদা লুকথদুনা লোৎলে।

মাংদা লৈরিবা শগোল তোংবা মরি অদুনা লাউরকলম্মী, "কিগনু উমংগী চেকলাশা! ঐখোয় নখোয়বু মুংঙাইহনগে লাকপনি। ঐখোয়গা লোয়ননা চৎসি লাকলো।"

নিন্নী মিছন দং দং চোংবমথৈ লেপখৎলে। খোঞ্জেল নিকনা লাউরকই, "নখোয় কনানো?"

রাহং অসি হংবগা নিন্নীগী মিছন দং দং চোংবদু লেপখ্রে। মহাক্কী শিকার মওং মতৌ মুন্না য়েংদুনা লৈরে। লাখীস্ লেপখৎলকলে।

"নখোয়গা লোয়ননা কদায় চৎকদৌরিবা?" লাখীনা হংলকই। খোঞ্জেল নিকলম্মী অদুবু য়াকলম্মী। মচিনবান খ্রুক খ্রুক কংলম্মী। শগোল তোংবশিং অদু য়োৎকী কবচ উপলম্মী, মমায় খুমলম্মী। মমিংতং কোয়রোক কোয়না কাংলম্মী। মখোয়না পাউখুম পিরমদে। চৎখৎলকলে। মনাক ওইরপনা চংশিল্লকলগা লেপখ্রে।

মমাংথাবদুনা হায়রকই, "শগোল মথক্তা অমমম কাখৎলো। পেটিনা পুনগনি, তাগনি হায়বগী কিরুগনু। নপুন্সিচুপ্পা মুংঙাইহনতা লৈগদবা মফমদা পুবিরগে। খোরকলো নাপীমরক্তগী।"

শগোলদগী কুমথরকলে। মরেংবান্দা ফিরুং তেন য়াল্লি। মথ্বাংদা থাংশাং য়াল্লি। মখোয় অনিরোমদা লাকলে। মতুং থংবা অমহুস্ কুমথরকলগা লাকলে। মখোয় অনিনা শগোল থাদোকলে। শগোল শজিক চাবা হৌগ্রে। অনি অমর্দি অদুম শগোল তোংদুনা লৈ।

নিন্নীনা খোন কন্না লাউরকই, "ঙাইখো! ঐখোয়বু করিগী লর্নরিবনো?"

"অহানবাজুদি খোম কয়রবসু মতুংদদি শাইনশুমদি ঐখোয় হুকুম পুহনা লাকপনি। শগোলদা তোংখৎলো; অহুগী মতুংদগীদি মখোয়গী হুকুম ইনজগে।" মহাক্না হায়রকই।

"য়া ওাংগনু" নিঙ্গীনা নোং খাকপগুম লাউরকলম্মী। মতম অসিদা শগোল তোংলিবা অহুনা মাগী মরুপ অহুদা লাখীবু কান্নবা ইঙ্গিৎ তৌরকই। লাখী কোয়নৈ লৈহুনা নিঙ্গীগী মরুমদা লোৎন্নরে।

মুপা অহুনা ফাক ফাক নোক্ত্না হায়রকই, "ফজেনে! ভাম্সু পাইনে!! লিরুং তেনসু!!! কান্নরোয়, তা থাদোকউ। নংগী মিং মৃগনয়নীরা?

"মাগি," নিঙ্গীনা নোংখাকপগুম য়াকনা খুমলকই, অহুগা তা অহু চেৎনা পায়রগা লংলকলে, তা অহু কবচ ফাউহুনা মখবাক্তা লেংখ্রে। লাখীনা অতোপ্পা মুপা অহুগী মমিংস্তা তেন অমলো। তেন অহু ৰমিত্তা ফাউরেং লেংখ্রে। মখোয় অনিমক "ও" হায়হুনা তুখ্রে, রানা থয়ো থয়ো ওনখ্রে। লাখীনা তেন অমনা অমুক শগোলগী মজকশমদা লেংলে। শগোল তোংবহু মথাদা ওস্থরে। থুনা নিঙ্গীনা ময়েংবান্দগী লিরুং লৌথোক্লগা শগোল তোংবা অমহুদা কাপলে। শগোল তোংবা অহু য়াংনা লৈথোকখিবনা তেন পালহৌদ্রে। লাখীনা তেন অমগা কাপলমই, তেন অহু উশা মচা অমদা পাল্লে, উশা অহু ককখ্রে। পানখিদ্রে। নিঙ্গীনা তেন অমগা কাপলমই, মহুস্ন পানখিদ্রে। শগোল তোংবহু লৈথোক্ত্ন' চেনখ্রে, মথাদা তাখিবা মুপা অহুসু শগোল অমদা তোংখত্ত্না চেনশিন্নখ্রে। লম্বী থেক্ত্না চেনখ্রবা ফাউবা মখোয়দা তান্না তান্নহুনা তেন অমা অনি কাপলম্মী অহুবু অমত্তা পানখিদ্রে। লম্বী থৈহুনা চেনখিবা অহুগী শগোল চৎপগী মখোন তারম্মী। অহুদগী তুমিন লৈখ্রে। শকথংদবা অনি অহু শিগাদবগী কয় কয় হায়রম্মী। নাহেরম্মী। ঙৈহাক লৈরগা তুমিন লৈখ্রে।

নিঙ্গীগা লাখীগা অহু মিহুন দং দং হুন্নম্মী। মখোয় অনি থর ওাংনিংবনি অহুবু অজোন থোরুখিদ্রে। লাখী মথনাউ বংখ্রে। মখোন

খোং খোং লাউনা হায়রকই, "ত্তা অহ্নু অশিবা মশাদগী শক্তোক্লগা থুনা চিংলসি।"

নিঙ্গীনা করিশু খুমদনা অশিবা তুপা অহুগী মনাক্তা চংহুনা য়েংলমই। মহু তশেংনা শিরে। নিঙ্গীনা মথুং থক থক নিকনা তা অহু থকবা হোংনরম্মী। অহুবু শংপা ঙমখিদ্রে। মথুং অহু পাইশিনবা ঙমখিদ্রে। লাথীনা মহাক্কী লিরুং তেন অহু নাপী মরক্তা থম্মলে। কম্থরগা অশিবা অহুগী মশা অহু মথোংনা মুকলগা অমুক্ত চিংবদা শংক্তোকলে। ঈ মবিক শং কাপথোরকই। নিঙ্গীনা মমায় লৈথোক-লম্মী। লাথীনা তা অহু নিঙ্গীদা পিবে, অহুগা থুনা য়াংনা কনাগুম্বদা কাপকে মতোগুম লহাক্কী লিরুং তেন লোথবলে। অহুদগী অমুকস্থ চেন্দুনা অক্তোক্লা অশিবা মশাহুদগী অমস্থং শগোল অশিবা অহুদগী মহাক্কা তেন শংক্তোক্লে অহুগা মহাক্কী তেন থাউদা হাপচিল্লে। মহাক্কী মখিং অহু অঙাউবগুম তোখ্রে। মংদা লেপ্লগুম লেপথংলগা নিঙ্গীগী মরেংবান্দ পায়রকই। মথোন ফুম্না হায়রম্মী—"মফম অসিদগী থুনা চংলসি, য়াংথ্রবা তেনশিং থিরুখিগ্রনে ? থুনা। থুনা !!"

মিঙ্গী জ্ঞান থর তারকলে। হায়রকই, "করিগী তেন থিবনোদা, যুমদা চংলসি। তেনবু য়াংপরা ? যুমদ' ময়াম অমা লৈহৌরি।"

অশিবা মশাশিং অহু হুন্দোকলম্লগা মথোয় অনি থুনা য়াংনা লাকলে। মথোয়না উমং থাদোক্লগা তুরেল তোর্ব্বান ফাউরগা যুম য়ৌরগে থল্লম্মী।

খুন মনাক হেক য়ৌবদা নে তারম্মী। ঈ তৈহুনা কংশিনগ্রবা তা অমদি তেনশিং অহু টবদা মপুক্কিং মুংঙাইরমদে হজোয়রম্মী।

নিঙ্গীদা হায়রকই—"তুরেলদা মথোয়সি চামথোকখিসি অহুগা ইরুজথোকখিসি।"

লাথীনা হংলকই, "তুরেলদা শগোল তোংবশিং অহু লাক্লোরদ্রা ?"

"লাপলিদৌদা টপশিনা, চেন্দুনা যুম য়ৌবা ঙমলনিদ্রা।"

"খুন শিনথুংনা চেকশিন্না লৈনবা হোৎনবা তাবে, খুনদা লান্দ-রকপস্নু য়াই।"

"য়াম্নুং অদু কদায়দা লৈরমগনি। মহাক হন্দোকলমলগা কদায়দা চেন্দুনা লোৎলুগনি? চৎলসি তুরেল খোংবন্দা। জগোয় শাবশিংগী কেন্দস্নু পংলাপ লাপ্লে। মখোয়গী মনাকুদি খুৎলায়স্নু লৈ। মখোয় শগোল তোংবশিং অদুবু মখোয় মরিদুত্তবা, থমস্নু লাকলমখিগদ্রা? খুন্দা লান্দারকপা ঙমগদ্রা?"

লাথী য়ানিংলে। মখোয়গী তেনথাউদা তেন থরা য়াউরি। য়াম্না মমিৎ মনা শিংনা চত্তুনা তুরেল খোংবান্দা থুংখ্রে। কোয়য়েং য়েংলকই। খুন্দা ইচোয় চোয়না চাহুনা লৈবিবা শা যণ অদু নত্তনা করিস্নু উবা ফংদ্রে। তুরেন্দা কুম্নগা তা অমস্নুং তেনশিং অদু ঈশিংদা চামথোক্লে। ইক মাইথজরগা মযুমলোমদা লাকলে। য়ুম য়োরগা অকিবা অমা অমুক পোক্লে। য়ুম অদুবুস্নু উমং ওইনা উবে, ইহাং হাংবা অদুনা মখোয়দা চিক্নবগুম তৌবে মখোয় অনি কনামত্ত মিচং লৈতবা, থুৎলায় অমত্তা লৈতবগুম থল্লম্মী। য়ুম থেং খিংনরম্বা অদুদা অমুক্তা হেন্না কিরে। নিঙ্গীনা পোরোন হাংদোকলে। য়ুম মনু মপান কোয়য়েং য়েংলে।

লাথীনা হায়রকই. 'মখোয়স্নু থিনমনখ্রে, শাশিং অদু শেন্দুনা কদায় কদায়দা চৎলিবনোনে।"

নিঙ্গীনা হায়রকই, "ঐস্নু মসি খল্লি। ঐখোয় পুম্নমক হুমিদাংগী চাক চারগা শগায়দা কাহুনা লোৎলসি।"

ঙাইহাকী মতুংদা মমশিল্লকলে। খুনগী শা হোয়দুনা হুমরকলে। মখোয় লাকপগী খোঞ্জেল অদু লাপ্না তাবদা শগোল তোংবা লাম্নী লাকলত্রা হায়দুনা নিঙ্গীনা চিংনরম্মী। অংখায় অমরোম লৈরগা মখোয় অনিগী মিথয়েং ওইরিবা অটংস্নু মাঙ্গী...শা হোয়দুনা লুক্কলে...।

নিঙ্গীনা হায়রকই— কদায়দা লেকই হোৎজক ফাইবা, কয়া থেংখ্রবনো!"

অটল হৌরকই, 'খোংলবা। শাশিং ঈশিং মাইশিং পিথক্লগা হল্লকপা মতম অসিমকনি। কদোরে, হায়য়ু করিনো?"

লাখীনা হায়রকই, "ঐখোয় অমিদি কত্তবা মতম লাক্লরা খল্লুরে।"

যথশিং অহু শংগোলদা পুনশিল্লুরগা অটল লাক্লবদা মখোয় অনিনা রা পুন্নমক ভমলে। অটল কয়াদি খাজদে, অহুবু য়াবা তারম্মী।

হায়রকই, "তুর্কী কাংবুগী লাম্মী মচেৎ অমা ওইবগী ফবনি, নত্তরবদি নখোয় অনিবু কোয়শিন্দুনা হাৎপিরমগনি। নখোয় অনিবু খাহুনা পুবদি ভমদবা য়াই। ভসিদি ঐনা পুরকপা তেন অমসুং তাগী মহৈ য়াল্লে। ঐখোয়গী তোমর নিংথৌনা চম্বল অমসুং যমুনাগী সিমনাদা, ঘাটশিংদা লাম্মী থমগ্রবনি। মরম অসিনা মরি মণ্ডা ফাউবদি লাকপা ভমলম্বা য়াই। অহুবু লান তৌদনদি লাম্মী ময়াম পুহুনা হাৎপা তুপ্পদি মতিক নত্তে। রারুহু। অহিংদা ঐখোয় অহুম্মক শগাইদা ‌লগনি। নখোয় অনি তুম্মু, ঐ হৌগৎতুনা লৈগে। হয়েংদগী লাপ্পা শা তানবা চৎপা য়াত্রে। ফংরে, লৌ খাউগদবা মতমস্থ য়োরকলে। লৌ লোকলগা কোমদা ফুমহুনা থমগনি, অহুদগী কনাসু লাকলরোয়। করিসু লৈতবা রানি।"

মথংগী মুমিত্তা অয়ুক্তা শগায়দগী কুমথরকলগা য়ুমদা লাকলে। ভৈহাক লৈরগা পোটা লাকলে। মহাক্কী মমিৎ অহু তথক তথক্তে। অহুবু মিংয়েং অহু হান্নদগী খর খেৎনৈ।

ইকায় খুম্নবা মওংদা প্রনাম তৌরগা হায়রকই, "ভরাং মুশীমচাশিং অহুনা শা তানবদা করি ফংলকই? ফংলকলবদি খর পিয়ুদনা।"

অটলনা নাপল তৌনা হায়রকই, "শাদি ফংত্রে হুরানবা খর থেংনরুরে। মখোয় অহু মখোয়না খর হাৎলে, খরনা তাম্মোকখে।"

"হুরানবা! হে ভগবান!! মফম মফম লাইগী লাই ভাইহাক্তা!!! ঐখোয়দি লমতাংদা নাইত্তোম লৈ। কমদৌনি? পোটানা অকিবা কোংদোলকই।"

অটপনা হায়রকই,—“নখোয়দি ফনবু য়ামদি, খুৎলাইস্তু লৈ।” পোটাপা অকিবা ফোংদোক্তনা হায়রকই, “ঐখোয়গী ফিরোন খর লৈজে। চেং অমদি চিনি খরস্তু লৈ। পোৎচৈ খরস্তু লৈজে। খুনগী পঞ্চায়ত অমস্তুং লুচিংবশিংনা য়াবিরবদি ঐখোয় খুন অসিদা কেম্প শাজরগে।”

“কনানস্তু য়াদে হায়রোয়না” খর খল্লপ তৌরগা অটল নাপলগা লোয়ননা হায়রকই।

জগোয়শাবা অতুনা হরাউবা ফোংদোকলমলগা মখোয়গী লৈফমদা চৎখ্রে। মহাক্না তপ্না নায়কিনদা হায়রকই, “ঐখোয়গী অরোন অথুপ মখোয়না খংবা নত্তে, মসিমিৎ খর খুনদা লৈরগা তৌবা য়াবা থবক খর পায়খৎপা তারে।”

মসিমিদাং য়ৌজিবৈদা মখোয়না মখোয়গী কেম্প শাবা লোয়খ্রে।

( ২০ )

ব্রজমুক কনবা খুবামনা পাইবা তাজিননা ববচ থিনগায়খ্রে। অতুগা হরানবশিংবু অঙাংওনহনখ্রে। মসিমিৎ নিনিদং অভ্যাস তৌরগা মপাঙ্গল অমুক কনবা, কয়াদা খুৎচুম্বা ওইরিবা! লাপ্ন লাপ্ন থিরবা ফাউবদা মতেং ফংজ্রি, কপ লাউবা তাবিনিংঙাই লৈতে।! অসিগুম্বা মতম অসিদা মুপীশিংনা শোল্লবদি ডাকুশিংনা থাংতুনা পুথিবা তাবনি অতুগা মখোয়গী সতীগী লমচৎ মাংহনখিবা তাবনি।!! নিন্নীগী থমোয়দা নাপল অসি ঈহৌরকলম্মী। অতুবু মখোয় অতু তুর্কী ওইরমগনি, মখোয় ময়াম হৌনতুনা অমু লাকলগনি। হৌজিক করম তৌগনি? অকিবশিং অসিনা নিন্নীগী নাপল অতু নমথরম্মী।

লাথীনা মঙোন্দা লান্দারকপা মমায়খুম্বা মুপা অতুবু নারক্তা লুমতুনা তেনমা লৌথবা, থুনা য়াংনা মিৎকুপ্তা তৌথিবনি। অতোপ্পা তেন অমনা তুর্কীশিংনা তোংতুনা চৎখিগদবা শগোল কাপখি। মতম অতুদি করি

থন্দুনা কাপখিবনো ? করিস্থ নিংশিংদে. করম্না থাগৎকনি ? রা অসিদি মায়ক্লে মরিদা শন্দোকখ্রে। ঙসি তুর্কীশিংগী লাম্মী ময়াম লাক্কুনা লৌ-শিং, শা যগ অমদি য়ুম ইংখোল নৈহৎলবদি মীয়াম্না হায়নগনি— "লুপীমচাশিং অসিনা পুম্নাং হেক মাংহল্লিদা" লাথীনা থল্লি।

মতম অদুদা মখোয় অনিনা মখোয়গী ক্লয় তৌবগী রারী অটল নত্তনা কনাদস্থ লিরমদে। অটলনা শগোল হাংখিবা অদুগী পাউ অদু কনাদস্থ তমখোকস্থ হায়না পাউমেল্লমই।

অটলগী নাপলনা রারীগী মওং লস্থুয়া ওইহল্লে অহানবা মওংদা লুপীমচাশিংনা হুরানবা তাম্নোকপা. অনিশুবা মওংদা হুরানবশিং অদু খুৎলাই পাই, মখোয় শগোল তোংই. অদু ফাউবা মখোয় শোকলগা চেনখ্রে। অহুমশুবা মওংদা হুরানবশিং অদু তুর্কীশিংনা নত্রগা জহুবের্দগী পঠান কাংবুরা লুট তৌবা হাৎন শুনবা লাকপনি অদুবু তমথিরবা লুপী-মচাশিং অনিসিনা ফুহনা হাৎতুনা তাম্নোকপ। মরিশুবা মওংদা মখোয় অনিনা তুর্কীশিং নত্রগা পঠানশিংবু তেল্লা শোকহল্লে। মখোয়না তেনজেশিং পুহনা চৎখ্রে। হাৎতোকখ্রে হায়রা রা অসি কনাদস্থ তমখোকলমদে অদুগা মখোয়না লুপীমচাশিং অদুবু ফাবা লাকপনি হায়ব সিস্থ কনাগুম্বদা হায়দোকখিদে।

অদুবু খুনগী মীশিংনা হুরানবা লাকপগী মরম থুনা য়াংনা থিস্থবা তৌদনা খংখ্রে! মখোয়না লান্দারকপা তারে হায়দুনা চিংনরে অদুগীস্থ মথক্তা উমং রামংদা হাৎন শুনবা শিকম থংদগী মওং লাকলগনি। রাজপুত মশেন লান শোকনবা ওইবগদি লৌ-শিং লুপী অডাং শোকনি হায়বগী কিনিংঙাই নৈতে, লুপীশিংগী ইজ্জৎস্থ মাংনিংঙাই নৈরোয়।

লুমিৎ নিনি লুমনিগী মনুংদা উমায়বীশিং, লংজাশিং অমদি শা চাবা উচেক রায়াশিংনা মী অনি শিরিবা শগোল অমা শিরিবা অদু তাল্লকলে। জগোয়শাবীশিং অদুনস্থ থিজিন লুমজিন্দুনা তাবলে। কবচ, ঝিলম অমদি তুর্কীশিংনা পাইবকবা খুৎলাইশিং পুরক্কুনা খুনগী মীশিংদা উৎলে।

অশিবা মশাদা য়াউরকপা ফংলকপা থর অদুনা মখোয়গী কেম্পতা থমজিল্লে।

খুন অসি মীশিং য়ামদে। জগোয় শাবা থর অসি লাক্কুনা লৈবা অসিদগীসু থর চিন্তা তৌনরম্মী। জগোয়শাবগী জাতি অসি, মখোয়গী মথৌ অসিনা খুন অমগী মনুংচনবা তিনবা ওইবা য়াদে। খুন অদুগী মীনি হায়বসু য়াদে। লাখী, নিঙ্গী অমসুং অটল মখোয় অদুমগদি থর নকশিন্নৈ, অদুনা মখোয়দি থর চান্ন চিন্নবা লৈবা উই, অদুন খুনগী মীশিংগীদি কিমিংঙাই মচাক অমা ওইরে।

লান্দারক্কনি হায়বগী অকিৎ অসিদা গ্বালিয়র নিংথৌগী মতেংতনা কোকপা ঙমগনি। খুনগী মীশিং পুজারীগী মনাক্তা লাকলে।

"বাবা" খুনগী মীশিংনা অন্নাবা খোঞ্জেল্দা হায়রকই, "লৌমী ঐখোয়দি কনাগসু থৎন চৈনবা লৈতে। লানদি রাজপুতশিংগা, তুর্কী-শিংগা পঠানশিংগা তৌনজবনি, অদুবু খুনগী মুপীমচা অনিসিনা ঙাউবদগী, মখোয়গী তেননা তুর্কী নত্রগা পঠান অনি উমংদা চাংখ্রে।

অটলনা খুনা মরক থৎলম্মী, "বাবা" মখোয় ঙাকুশিংসিনা মুপীমচা অনি অসি নমদুনা ফাগে তৌবনি, খুৎলাই থাদ্রবদি করি তৌগনি? মথায় মাংবা তাবনি, ইপা ইপু নোরোক তাগনি।

খুনগী মীদুনা হায়রকই "চৌম্নক্তা খুমগনু, ঐনা হায়রিবসি তাখো।" অটল তৌকম খঙদনা তুমিন্না লৈরম্মী।

খুনগী মীদুনা হায়রকই, "শগোল থোঙ্গ ন্দগী থংলে মখোয় য়াম্না য়ামই। মুপীমচাশিংনদি মরিথক্তনি হায়, অদুবু চুমলদ্বা য়াই, অশিবা অনি হুন্দোকলমলগা নখোয়নি লাকফমদা হনখিবসু ওইরম্বা য়াই, হৌজিক মখোয়না কয়াম্না পুদুনা অমুক লাক্কদগে থংদে। মখোয় লাক্লবদি মহৈমরোং লৈররোয় ঐখোয়সু হিংলরোয়। অদোম্না গ্বালিয়র চৎতুনা নিংথৌদা তক্বিয়ু।"

গ্বালিয়রদগী হল্লকপদা ঙাইরি। নিংথৌনা হুনিং মার--ঙাকই

মতুংদা লাকনি তাকপিরকই।" পুজারীনা খর নিংবা কায়রপ ভৌবা খোঙ্গেলদা হায়রকই।

খুনগী মীশিংনা হায়জরকই, "অমুক্তংগা রাবিরো। থেমহুনা নৌহনা নিংথৌ লোয়নবিরকউ।"

খুনগী অহল ওইবা অমনা হায়রকই, "পুজারী দেবতা, হন্দকী চহি অসিদগী মন্দিরগী অমস্তুং অদোমগীদমক মমাং চহিগী শরুক্তগী শরুক অনি হেন্না মহৈ মরোং কচ্চগনি, ঐখোয় খুনগী মীনা।"

পুজারী অহু মতুংগীদি কয়া মুংঙাইতবা তৌদে, হন্দক্তীদি খর পেনফাৎখিদে। নোকফেৎ তৌরম্মী। খুৎনোক অহু কয়া পেন্দবা খুৎনোকনি।

অটলনা খুনা হায়রকই, "সংসার থাদোক্তুনা মন্দির অসিদা লাইরিক শাইশু তৌজহুনা লৈরবা পুজারী অসিদা নখোয়না অপাম্বা মীহোৎবা অমুক পিরিব্রা? মহাক্না লৈরিবা অসিবু ঐখোয়না খর রুৎপহু পামহুনা লৈরিব্রনে?"

পুজারী অহু অটলগী চিরোন ভৌবা রাঙাং অহুনা কয়াম্রি পেনমদে, অহুবু পুজারীগী থমোয়দা হকচিনখ্রে—পুক্নিংদা ওয়-তৈম্নবা রাখল লাকলমই। মহৈ মরোং হেন্না কৎলরুবগী অপাম্বগীদমক লৈরিব্রা? অহুবু খুৎনোক অহুদি থারমদে।

হায়রকই, "অমুকা চৎলুখিগে। হন্দক্তি হেক্তা লাকমিন্নরগে। য়াউদনা লাক্লরোয়।"

অটলনা হায়জরকই, "ঐস্সু তুং ইনজরক্তে।"

পুজারীনা য়ানিংদবা ফোংদোকলমই, "ইন্নকসু, ঐ ইস্তোমতা চৎকে।" পাঠ অসি লোয়রগা চৎকে।

খুনগী মীশিং অহু হরাউ ভয়াম্না হন্নকলে। জগোয়শাবশিং অহুনসু মুংঙাঈবা ফোংদোকলে। অহুবু খল্লম্মী, লৈখিদ্রা নক্লগা নিংথৌনা লাকক্রিৱৈদা তুমিন্না নাম্বোকখ্রসিরা?

লাখীগা অটলগন্না লৈখো, নিংথৌনা মখোয়গী কুম্নে উৎখো হায়না হায়জরম্মী।

খুনগী মীশিং অদু লৌ থাউবা ওাইওমত্রে। মুমগদবা খরদি বাং-লিকনি অদুবু মখোয় পাম্নিংত্রে। অটলসু লৌ থাউরে। পুন্নমক্না মখোয় মখোয়গী লৌভাংশংদা কৌ থম্নরে। হন্দক্তি মখোয়গী লৌভাংশং অদু উমংদা শাত্রে। অটলনা নিন্নী অমম্বুং লাখী উমংদা চৎহনখিত্রে। মখোয় অনি খুনগী মনাক্তা লৈবা পলাসকী উশিংদা তা ওমদুনা লৈরে। খুনগী মীশিংনা মখোয় অনিগী মওং অসি য়েংনিংত্রে।

মুপীশিংনা থল্লি, মখোয় অনিসিদং লৈত্রদি করনি। পুন্নমক্না মখোয় অনিবু অওাউবিনী থল্লি, মখোয়সি গোওা হাউম্বুবীনি, অরাংবা জাতিগী মুপীমচানসু অমুম্না মওং চাদবা তৌই হায়ব্রা ?

খুনগী মীশিংগী লমচৎ মখোয় অনিনা থংদবা নত্তে। নোংমা অটল চাক ঈশিং চারগা লৌভাংশংদা চৎলম্মী। মখোয় অনিসু মখোয়গী লৌভাংশংকী খর লাপ্লপ্না তা অভ্যাস তৌরবা পলাস পাম্বীশিংগী মরুমদা থুংখ্রে। তাশিং অদু উদা ওাশিল্লগা মখোয় অনি উরুমদা ফমখ্রে।

লাখীনা হায়রকই, "ঐখোয়না থুৎলাই পাইবা হৈত্রবদি মখোয়না ঐখোয়বু থাদোকপিরমগদ্রা ? ঐখোয় পুম্নাং মাংবদা খুনগী মীনা করি তৌবা ওমগনি ?"

করি হায়গনি ?

"কপ্পা লাউবা নত্তনা কৈদৌনি, করি ওমগনি!" নিন্নীনা হায়রকই।

"তশেংবদি কপ্পু কপলোয়নে। ঐখোয়বু খর চৈর খোৎলগা মখোয় মখোয়গী থবক্তা চংথিনি।"

"মখোয়না করিগী থংদে, ঐখোয় অহুমসি লৈরমত্রবদি, মখোয়গী পৌগী মহৈ মরোং তংখায় অমদি উমংগী শাশিংনা লোয়শিনখিগনি, অদুগা তুর্কীশিং অদুনা খুন অসিগী মুপী তংখায় অমদি পুম্নাং মাংহনখিগনি।"

"ঐনা চিংনবা অমা লৈ, নিন্নী মখোয় অহু ঐখোয় অনিবু ফানবা লাকপা ওইনিনে।"

'করিগী ?"

"মরমদি নংগী ভৌরোক তৌবা হকচাং নংগী নমিৎ, নংগী ফজবা অসি মায়কৈ মরিমক্তা ফাউখ্রবনিনে।"

'চৎলু, অঙাউবীসিদী ! নংদি ফজদ্রনে ?"

"ফজবা ফজদবা থংদে, য়েংনবা মিংশেন কদায়দগী লৌরুনি ? অহুবু ঐনা হায়রিবা অসি অচুম্বনি, মখোয় ঐখোয় অনিবু ফাবা লাকপনি। মফম অসিদগী গ্বালিয়র চৎপনা ফরগনি।"

"হোয়নে, সাঁক তুরেন, উমং রামং শা তানবা লৌবুক কদায়দগী ফংগনি ?"

"চৎকদৌবগী মরম অমগা লে। নং তারব্রা, তাত্রিবরা ?

"তারম্বসু য়ারে।"

"তাদেনা করিনো ?"

"নুপী অমনা ঐঙোন্দা লংনবা ওইনা হায় নং গর্ভ লৈরে হায়নে ?"

"করি ? অচুম্বরনে ?"

"কদাইদৈনোদা চৎলোদা।"

"অার হেক লোকপগা, নং লুহোংবিরগনি। অহুগীনে, জগোয়-শাবশিংদগী লৌগদবা ফি অহু।"

"খুনগী মীশিংনা হোংহল্লোয়দা।"

"মহৈমরোং খর পুজারীদা কৎলগা থেমগনিনা।"

"য়ারোইদা।"

"কনানা হায় য়ারোই হায়বদি ?"

"কনানসু হায়দেদা। নুপীশিংনা ইয়া য়ানিংদবগুম তৌই, ঐ অসি জাৎ তাবগুম লৌনৈ।"

"নংবু জাৎ তায় হায়না লৌরিবহু মশামক জাৎ তারবনি।"

"হৌজিকমকপুদি হায়নদ্রি, অহুবু হায়নরক্দরা হায়না চিংনবগী রানি।"

'অতোপ্পা মফম অমদা হেক চৎথোকপ্রগা লোয়বেদনা অতু ওইরবদি ফত্ত-হাউদি ভাংনদ্রেদনা।"

"মপান্দদি গুজরীনি হায়বগা লোয়রেদনা।"

'অরে! বাহ! করিগী কিবিরা! বৈদৌনা কিদৌরিব? করিস্সু পাপ ওইরোযনা।"

পুজারী বাবানা য়ারি য়াতাই লিবদা হাযরিহুদি লুহোংবা মতুংদগীদি গুজরী মশানা ওকবনিনা। ঐগা যাম্নগনদি লুহোংদ্রিভেদগী চাকখুম ত্তিন্নববা অদনিদনা।'

"খুনগী মীশিংনা লৈহল্লোয়নে। ভাত্তিগী দক্তি অসিস্সু য়াম্না কনবনি।"

"অতু ওইরগা লাপ্পা খুন্দগী চৎখ্রগা হেক লোয়রে। লাপ্পা খুনগী মীশিংগী মীরা মীশা তাদবা মফমদা।"

'জগোয়শাবশি অসিস্সু মওকপা অমনি। খুন অমদা লৈতে, কোয়চৎ চত্রুন লৈ। মুংভাংহুনবা লৈ।"

'লৈশাবী অতু যেংউ, পিল্লী হাযবিদো। রাম! রাম! মিৎতা তৌবনা ইহবিরা, মশ মউ থেক থোত্তুনা উংলিবা পাদ্রবা ইনফি অম হেক ইনশিল্লে, হঙ্গাযব অমস্সু পোকই।"

"ইনফি অতুনিনে, নংনা ঐগীদমক লৈবিনিংলীবা অতু ঐ মতু শেংলোয। জগোয়শানী মানগনি।"

"হোযনে মতুদগীদি, ঐথোযগী ফি অহানবা অসিনা ফে। হাযনবিরা য়া পুরসি পুজারীনা হল্লরগা লেপনযদবনি।"

( ২১ )

হুমিদাংবাইরমনি। নাসিবা হুংশিং শিংথকলি। হাংদোকপিবা অচৌবা থোংনাউশিং অতুদা খারোয়দগী নাসিবা হুংশিং লিবি লিবি শিংচিল্লকলি। থাজগী মোমোন নোকপা মিৎযেংনা দলানগী মখাদা

পরেং পরেং লৈরিবা উপালশিং উরি। মাণ্ডুগী চাউরবা মলান অহুগী অচৌবা কা অহুদা ফজরবা কাংথোল মথক্তা রেশমগী মোনপাক মোনতেক মথক্তা গয়াস্‌উদ্দীন ঙাম্বোয়রি। মথাদা খ্বাজা মটরুনা লু-লুরা ফমলি। কাংথোলগী মনাক্তা নিংথিরবা মশক মতৌ চংথোক্লবী মুপীশিংনা ঙাংলপ ঙাংলপ তৌবা যু হাপ্পা লিক্লীগী পাত্র পায়রুনা লেপ্তুনা থৌগন তৌরি। মণিমুক্তানা থাম্লবা মনাগী তেঙ্গোং অহু মচিনবাম্না থম্লগা যু খজিক খজিক থক্তুনা স্বর্গ লোকী মুংঙাইবা ফংজরি।

"মটরু" সুলতাননা কৌরকলম্মী।

মটরুনা চেকশিন্না অমসুং নোল্লুরা কোক হায়গংলকই, খুং লোম্লজরে, নিংথিবী শকহেনবীশিংদা হায়রপ য়েংজরগা ভুমিন্না লৈজরে। সুলতাননা শকহেনবীশিংদা ঈংগিৎ পিরম্মী। মখোয়না সুরাহী অহু-নাক্তা লৈরিবা অরাংবা টেবল মথক্তা থম্লমলগা চংখ্রে।

মটরুনা তনিক তনিকপা খোঙ্গেলনা হায়জরকই, "ইনিংথৌ হন্দক্তি থবক অসি পাংথোকপা ঙমজরক্তরে।"

"করিগী? করম্না?" মখুত্তা প্যালা অহু পায়রুনা সুলতান্না হংলকই।

"শগোল তোংবা মরিনি, অনিদি অঙাং ওলহৌরে।"

"করম্না? কনানা হাৎলিবা মখোয়বো? মকম অহুদা মানসিংহগী সিপাহী য়োরকখ্রবরনে?"

"য়োরক্ত্রি ইনিংথৌ। লৈশাবী অনিহুগী মরত্তগী অমনা ভানা থিল্লে অহুগা অমনা তেননা।"

"শগোল তোংবশিং অহুনা লমহেল্লুররিগনি?"

"মখোয় লাকপহুদা মখোয়না ফাগে তৌরুরে।"

"পংখ্রবা গধা ঙাক্তনিনে, উকংনা শাবা গধাশিনা হিংহৌবা অনিহুদি কদায়দা?"

"ওসিদং হন্নকপনি। মখোয়না তমলরিবনি।"

"মখোয়হু জেলদা থমজিল্লু। লৈশাবীশিং অদুনা লাকউ য়াদ্রবস্তু হয়াউ হয়াউ রারি য়াতাই শাদুনা চম্বল তুরেল রাংমা ফাউবদি পুরক্ক-নিদনা, ঐখোয় লমগী সিমনাদা, অদুদগী তৌনিংবা তৌবা য়ারেদনা। জগোয়শাবশিং অদুদি করি তৌরি ?

"ইবিংথৌ মখোয় অদু.........."

"ন স্থু অয়ম্বা হায়বদুনিদা। কৈদৌরে পল্লবদি ? হায়য়ুনে, মখোয়স্তু হাংখ্রবয়ো ?"

"নৎচদে ইনিংথৌ। মখোয়না লিককোন, অমস্থুং সনালুপা খর পিরকউ হায়বদুস্থু থাখ্রবনি, অদুবু মখোয়স্তু হৌজিক ফাউবা করিস্তু তৌবা ঙমদ্রি।"

'হেরা' সুলতানগী অশাউবা অদু য়ুন। অমুক হেন্না কনখৎহনখ্রে। মটরু অসি সুলতানগী কৃপাপাত্র অমনি হায়বগী নাপল তৌজরিম্বনি। সুলতানগী অশাউবা অসি উরগা ইপা পাখৎখ্রে। য়া থৈদোকফম থিবকালে।

মটরুনা যুগী পাত্র অদু লানশিন্দুনা হায়রকই, "মহমুদ বঘর্রানা সিঙ্করোমদা অমুক থোরাং তৌরে।"

সুলতাননা য়া থৈদোকথিবা অদুদা করিস্থু য়ারোদে। খোঞ্জেল থৈদুনা হায়রকই, "করি থোরাংলিবা ?"

মুংথিলদা সি আই ডিশিংনা তমলম্বনি, অদুবু য়া পুম্নমক কাউ-থোকখ্রে। মটরুনা হায়রকই, "ইনিংথৌ, হৌজিক মহাক পুর্তগালশিংগা লানথেংন্নবা জহাজশিং শেম শারি, সুলতান মহমুদ অদু।"

"ঐগী ইমাংদা নেপ্রোদুবু সুলতান হায়গম্লুনে।" গয়ামুদ্দীননা লাউরকই। মটরু তুমিন্না লৈরম্মী।

"মহাক রাজপুতশিংগী মথক্তা লান্দাগদৌরি, ঐ থংই। ঐখোয়না গ্বালিয়রদা লান্দাগনি।"

"ইনিংথৌ মহুমকনি তৌগদবা।"

"নররর ফাউদুনা লান্দাগদবনি। নররর কোয়শিন্দুনা থম্নবগীদমক

হায়া লান্মী থর থালিয়রগী সিমানাদা থমলমগনি। লান্মী থর তমনা চম্বলগী লম্বীরোমদা চৎলগা য়াঙ্গ খুন খুত্নুম চনশিনগদবনি। মফম অদু কাউত্নুমা থালিয়র য়োগদবনি। জগোয়শাবশিংদা পাউ অসি পিখো, উপায় অমা তৌত্নুনা মখোয় অনি অদু মখোয়গী মনাক্তগী নানথোক-হনখিগনু। নং ঐগা লোয়নগদয়া।"

"ইনিংথৌগী থৌজালনি"

"ঐবু থর হেঞ্জিগ্রবরনে?"

"হেঞ্জিনদেদা, করিস্নু তৌরোয় ইনিংথৌ।"

"হোয়দা করিস্নু তৌদে। ঐগী ইছুত্তা মাগু, অসি শাহজাদা নসীরুদ্দীননা ভাকহৌবা তাই।"

"অচুম্বনি ইনিংথৌ।"

সুলতানা য়ুগী কপ অদু হুংশিনা চুপ্লম্নুই। মসি হুংতিগী তৌবা থৌওংদি নত্তে।

মটরুনা উরে, সুলতান অদু উইথরক্লে। ঙৈহাক্কী তুংদা হায়জরকই, "ইনিংথৌ, মখোয় শগোল তোংবা অনি অদু ভাকপিরসি। মখোয়গী মরাল করিগু লৈজদে।"

"য়ারোই। মখোয়গী মরুপ অনিবু করিগী শিহল্লি?"

খ্বাজা মটরু অদু তুমিন লৈরে। মটরুনা মওং মওং খল্লম্মী। নররদদা লান্দাবা মতমদা থালিয়রগী তোমরশিং মথুৎ পুন্দুনা থালিয়রদা লৈথোক-কদরা। দিল্লীগী বাদশাহ বহলোলগা সিকন্দরগা লানথেংনরিঙৈদা থালিয়রগী কিলা মমুংদা লানথেংনবগা হজরতশিং অসিগী মহাক্লা মমিৎতা, মথবাক্তা তেন্না লেংলবদা মহাক মাগুদা হিংনা হল্লকপা ঙমখিগদ্রা? লান অসিদগী ঐদং নানথোকহৌবা ঙম্বদি ফগনি। মসিনা নোংগাখ্রবদি নসীরুদ্দীননা সুলতান ওইহৌরগনি। অদুনদি ঐ মহাকপু খলহৌবনা ফগদ্রা? অদুবু মভোন্দগী নানথোকহৌদ্রবদি করম্না ওইথোক্কনি? হায়দি অমুক থিনা শোকচিন্দবনি। হুংশিবা হায়বত্নুনা চানবিগ্রবা মাপ্লে। য়েংবা তারেদনা। মরৈনা খল্লমই।

সুলতাননা হায়রকই "মেৱাড়দা শাশিন্নবা রাণা উদা অমস্থুং অশেংবা রাণা রায়মলগী রারিদি লোয়ৗে, অদুবু হৌজিক কাউবদা মেৱাড়গী অশোনবা থরদি লৈরি। বখর্ ানা মেৱাড়দা থৈজিন্দুনা লৈগ্রবদি ঐখোয় খালিয়রগা লানথেংনবদা থর থুদোং চাগনি। ঐখোয়না মেৱাড়দা মতেং অমত্তা পিররোয়, মরমদি হৌখিবা লান্দা শিগ্রবা রাণানা লাম্মী পুহ্না লাকলবা কাউবদা বখর্ াগা লান থেংনদনা হনখি। অদুন্না হন্দকতি ঐস্মু মায়কৈ অনিদা লান থেংনররোয়। খালিয়রদংগা লানথেং-নরগা লোয়রে। মদুনা ফজ্রা?

সুলতান লেকথখ্রে, হায়বা মটরুনা থংলে, মহাক্না লানখিবা থবক অদু অমুক হন্না হায়নিংঙ্গে। মহাক্না থুম্মী,—

"মদুনা ফরনি ইনিংথৌ।"

নরবর অমস্থুং খালিয়রনা লান্দাবগী মতম চপ চারে। জগোয়-শাবশিং অদু মিৎকুপ নাঙম শিংনা লৈনবা পাউ থাখো। ঐনা হায়বশিং অদু পাংথোক্লবা হোৎনী।

"য়াম্না ফনি, ইনিংথৌ।"

( ২২ )

মুশিং য়ুংবা মতম নত্তনা মুমিৎচুপ্পা রাজা মানসিংহ থবক অমা নল্লগা অমা তৌদুনা ঙৈহাক্তা শংদে। পুং ৯দগী ১২ কাউবগী মতম অসি মীয়ামগা উরে। মুশিং য়ুংবা মতুংদা রায়েনবগী থবক তৌই।

মুংখিল মুমিদাংৱাইরমদনা লাম্মীশিংগী থোয়াং তৌই অদুগা শগোল থোবা লাম্মীগী থোয়াং তৌই। মুমিদাংদা চাক ঈশিং চারগা লৈঙাক-লোনগী শিল্লাংবগী থোয়াং নৈনৈ, অদুগা মুমিদাং অথেংবা কাউবা ঈশৈ নোংমাই তাই।

মুমিদাং অথেংবদা নোংমা সভা ফমই। মানসিংহ সভা-মণ্ডপতা সিংহাসনদা ফমই। সভা অদুদা মন্ত্রীশিং মাগী মাগী মফমলাংদা ফমলম্মী। মানসিংগী মনাক্তা মাবু ঙাক-শেনবা পাথং অমা লেপ্তুনা লৈ। মহাক্কী মমিং বিহালসিংহ কৌই। পাথং অসি চহি কুননিপালদগী কুম্ন্ া কাউবগী মীওইনি। মশা মত্ত ভিক ভিক লাউই, মমিং মনাশিংবা নহানি। হন্দক্তা

মানসিংহনা কোয়থি থিহনা হাপ্পনি। রাজা মানসিংহ অসি অসিগুম্বা মতিক মগুণ লৈবা মী থিব পাম্বা মীনি। মসি মহাক্কী প্রতিভানি।

দিল্লীগী সুলতাননা জোনপুরদা হন্দক অমুকস্ম লান্দাররকবদি জোন-পুরগী সুলতানগী মতেং পাংবা তাবনি। লান্দবসি শোয়কদবা ওইরম্মী। মসি মানসিংহনা মন্ত্রীদা হায়রম্মী।

মন্ত্রীনা হায়রকই, "মহারাজ মালবাগী সুলতাননা ঐখোয়দা লান্দারকলবদি ঐখোয়না জোনপুরগী মতেং পাংব ঙমলোয়। ঐখোয়দা হায়না লান্দাররকবদি জোনপুরগী সুলতাননা ঐখোয়গী মতেং পাংলবত্রা? জোনপুরগী সুলতান অদু বঙ্গাললোমদা চৎখিবনি, হন্নরকস্ম য়ারে।"

"মালবাগী সুলতানগা মেবাড়গস্ম সন্ধি তৌনখিবা লৈ, অদুগা মালবা লৈবাক অসি গুজরাতকী বঘর্রাগী মখুত্তগী কবি শান্তি ফংগনি? মালবানা ঐখোয়দা লান্দাবগী তাঞ্জা কদায়দগী ফংগদগে?"

মন্ত্রীনা চিংনদনা পাউথুম পিরকই, ' মহারাজ, গয়াসুদ্দীন সনকী অসি মপাঙ্গল কনথৎলকলে। ঐখোয়না মহাকা কায়নবগী রাদি খনবা য়াই, অদুগা সন্ধিগীদি থাজবা ঙমদে।"

নিংথৌনা নোক্তুনা হায়রকই, ঐখোয়না তৌনখিবা সন্ধিশিংদস্ম মীয়াম্না অদুম্না করেয়রমগনি।"

মসি হায়রগা নিংথৌনা নিহালসিংহদা থুনা হায়রকই, "ঐখোয়না মালবা অমস্যুং দিল্লী অনিমক্কা লানথেংনগনি। ঐখোয় ইন্নখিবা রাকম ঙাকনি।"

সচিবনা হায়রকই, "অদুগা মালবাগী গয়াসুদ্দীন খিলজীনা ঐখোয়দা হায়না লান্দাররকবা, অদুদগী জোনপুরস্ম দিল্লীগী বাদশাহ কিবদগী বঙ্গালদা চেনখ্রবা অদুগা ঐখোয়না খিলজীগা লানথেংন হৌরা, মতম অদুদা দিল্লীগী বাদশাহনা জোনপুরদা লান্দারকপা, মতম অদুদা ঐখোয়না জোনপুরগী মতেং পাংত্রবা মতুদা ইনখিবা সন্ধি কায় হায়দুনা অপরাধ লৈগদবসি ঐখোয়দরা নত্রগা জোনপুরদরা?"

নিহালসিংহনা থৌনা কনা হায়রকই, "ঐখোয়না মাইকৈ অনিমক্তা লানথেংনগ্রনি ।"

মানসিংহনা ৱারেপ হায়রকই, "ফিভম অসি য়ৌরকলবদি ঐখোয়না মায়কৈ অনিদা লানশোরক্লহনা ঐখোয়গী পাঙল ময়েং তাহল্লোয়।"

মন্ত্রীনা হায়রকই, "থবক মচা অমা কাউহৌরি। ঈশৈ শকপা বৈজু অহু ওসি অয়ুক বিদায় তৌগদবনি। তৌহৌরে। নিংঙাই অমা তৌরে। থালিয়রদা লৈরনি হায়নে। ঐখোয় অসিসু শোনখ্রে, ঈশৈ শকপী অমসুং লাই য়েকপা কাউবা তলব পিদ্রনা থম্বা ওমদে। হৌভিক ফাউবদি ঐখোয়না ঐখোয়গী শেমথুম পুম্বা লান্মীগী খর্চতা শিভিংবা তাবনি।

নিংথৌনা নোক্লুনা হায়রকই, "ঐগী তলবতগী খর ককথরগা কলাকার অনি অহুগী তলব পিন্নবা তৌরোনে। নিংথৌ হায়ববু করিনো? প্রজা য়োকপনিনে, কলা কনবা অহুগা চাউখৎনবা হোৎনবা নত্রা? প্রজাগা কলাগা কনবদা ঐখোয় থবায় থাদোক্লবা থৌরাং তৌগদবনি। অদি অসি কনবসু ধর্ম পালন তৌবা কৌইনে। কদায় চৎখ্রে আচার্য বিজয় জঙ্গম অদো?"

মন্ত্রীনা খুমলকই, "কিলা মহুংদা তৌবদগী হল্লকত্রি।" "বিজয় অসিসু অঙকপা মীনি মশানা নোমজহনা হুমাংমলনা তাঙবা পৈশা নত্তনা কনাদগী করিসু লৌদবা মীনি। কয়াদা থাক ৱাংথ্রবা কলাকারনো, পণ্ডিতনো? ঐখোয়গী সরকারদগী করিসু লৌদে। বীনা থোংবগীদমক পৈশা অমা কাউবা লৌদে। মহাত্মা হায়, থবায় কনবিবগীদনক বীণা তাহল্লিবনি। অহুগা মশাগী ধর্মগীদমক থৌরাং তৌ, মন্ত্রীজী, ঐখোয়গী সরকারগী মায়কৈদগী থৌরাং তৌ।" নিংথৌনা হায়রকই।

মন্ত্রীনা য়ানিংদবা ফোংদোক্লুনা হায়রকই, "মহারাজ, অদোমগী মন্ত্রীশিংগী তলবতগী ককথৎলগা শিনগদবা মণ্ডায়, মহসু ওইথোকলোয়।"

"করিগী ওইথোকলোয়, ঐগীদগী ককথৌ হায়না হান্না হায়রেদনা।" নিংথৌনা মোমোন নোক্লুনা হায়রকই।

নিংথৌনা অনিমকা লান শোক্লরোয় হায়খিবহু নিহালসিংহ হৌজিক্তা ভাব তারকলে। মহাক লু-লুক্লম্মী।

দ্বারপালনা পাউ পিররে, "রাঈ খুনগী পুজারী লাকই। দর্শন তৌজগে হায়রি।"

নিংথৌনা অয়াবা পিরে। পুজারী চংহল্লকউ হায়রে। মখোয় অনি অমনা অমবু খুরুম্নরগা নিংথৌনা পুজারীদা হাল চাং হংলম্মী।

পুজারীনা হায়রকই, "শ্রীমাননা রাঈ খুন্দা শা তানবা লেংবিরক্কনি কয়ারক হায়বিখ্রে। হন্দক্তি হেক্তা লেংমিন্নদবা রাদ্রে।"

"রারৌবিগম্মু শাস্ত্রীজি, লৈঙাকী শিন্নাংবা অসিদা ঙৈহাক্তা শংখিত্রদ্রুনা শা তানবগা কাউথোকখবনি। থুনা লাক্লবা উপায় অমা তৌজরগে। লৈবাক্কী মকম মকম খুদিংদা নিংথমথা থুদিংগী চৎপা হায়বসি ঐগী তৌদবা রাত্রবা ইথৌনি, রাঈদম্মু লাকচগনি।"

"লান্দি লাকশিল্লকলে মহারাজ।"

"করম্না, কদোমদগী শাস্ত্রীজি?"

"হৌজিক ঐখোয়গী খুন্দা লান্দাবগী মমি ঙমকবলে, মসি অন্তর্বেদদগী ওইবা য়াই নত্রগা মালরাদগী।

"পাউখোং চনবগুম হায়রম্মু, শেংনা শেংনা হায়বিয়ু শাস্ত্রীজি" পুজারীনা রাকম পুন্নমক মরিমখোং চুম্না লিচ্চুনা তাহল্লে। মন্ত্রীনা হায়রকই, ' মহারাজ, মখোয় অসি অন্তর্বেদদগী লাকপদি নৎলমলোয়। কালপী অমম্মুং ইটারাম্মু ঐখোয়গী মরুপনি। মখোয় অসি তুর্ক নত্রগা পঠান ওইগনি। হায়বদি মালরাগী খিলজী নঙনা কনানম্মু থবক অসি তৌবা ঙমলোয়।"

রা অসি মুন্না খংনিংদুনা মানসিংহনা হায়রকই, "মতম কৎন-রক্তবনিনা লুট তৌবা মরি অসি মকম অমদগী হেক্তা লাকপা য়াবগী রাকম লৈ।"

পুজরীনা নোঙ্গুরা হায়জরকই, "মহারাজ, মকম অমদগী হেক্তা

লাকপবুদি ওইরমগনি, ফজরবা মুপীমচা অনি অসিবু হুনবা কনাগুম্বা মপাঙ্গল কনবা অমগী য়াথংদগী লাকপা ওইরমগনি।

নিংথৌনা পুজারীদা রাহং হংবগী মিৎয়েংনা য়েংলম্মী।

মুপীমচাশিং অহুগী মরমদা থম্ব হেন্না খংনিংবগী মিৎয়েংনি। পুজারীনা হায়রকই, "ঐনা হৌখিবা কালেন থাদা মহুগীসু মমাংদা মুপীমচাশিং অসিগী থুংচুম্বগী মরমদা থম্বসু হুনগংচগ্রে। মখোয় ফজবগী মরমদা কনাগুম্বা কবি নত্রগা লাইয়েকপশিংনা ফাউবা থাগংপা ফাউবা ওম্বা নত্তে, অহুগীসু মথক্তা ঐদি মখোয়গুম্বসু নত্তে।"

নিংথৌনা খংগ্রে, খংনিংলুবগীদমক থম্বসু ইকায়রপ তৌরম্মী।

নিহালসিংহনা হংগংচরকই, "মহারাজ রাঈ থুন্দা লেংবা য়ায়া দরকার ওইরে। মীয়ামগী মপুক্কিং লুমজনবা, কলকপা য়েক্লবশিংগী পুকনিংদসু অত্তনবা পোক্লবা। ঈরোয়, লমগুকনচিংবসু শিকার তৌবা ফংলগনিনা।"

নিংথৌনা অরেপ্পা য়াথং তাউথরকলম্মী, "ঐ হয়েংমক রাঈ থুন্দা চংলগনি। নিহালসিংহনা মহাক্কী খোংবু পুগনি। চান থক্লবা পোং-চৈ অমত্তা য়াত্তনা পুহুনা চংকনি।"

( ২৩ )

মুমিৎ য়ুংফাত্রি, থুনগী মুপীমুপা লৌবুক য়োবতা মঙাইরি। থবক হৌনবতা মঙাইরি। অটল শমপোৎ খোয়বা হৌবতা মঙাইরি, নিঙ্গীগা লাথোগসু হাপু থুনবা হৌবতা মঙায়রি। পুজারী অহু থুনা য়াংনা লাকলে। অরাপ্পদগী লাউরকলম্মী, "হো তারিত্রা নখোয়বো! তৈহাক্তা লেপখো, ইনিংথৌ লেংলকলে।"

লৌবুক্তা থবক শুরিবশিং অহু চপ চপ লেপখ্রে। পুজারীনা অমুক হন্না লাউরকই। মুপী-মুপা পুন্নমক মাইথোং মকা লামলম্মী, হয়াত্তু তন্নামক্লম্মী।

"কৈদৌঙৈ ?" মীয়াম্না হংলকই।

"হৌজিকনিনে, তুংদা লাকহৌরেনে। য়ৌবু য়ৌরকলগনি। থবক থারো। নিংথৌ দর্শন ফংজবসি ঐখোয়গী লাইবক ফবনি।"

"পুজারী বাবাসি খৈন্যানি। ঐখোয় লাইবক যরে। হৌজিক থবক থারদ্রি। ইনিংথৌ দর্শন তৌজক্করসি।"

"অতুম হায়না হেক্তা দর্শন তৌগদবা নত্তে, অপংবশা! থুনা ইরু-মাইথরুরো। পুখমদা ধূপ দীপ লেংতুনা পুরকউ। মহারাজনা হেক য়ৌরকপগা আরতি কৎকদবনি। ঐনা মন্দির মনাক্তগী শনারৈ থর হেকলক্কে। ফরে! ভাইখো নিন্নীগা লাখীগগী পুখম লৈত্তেংনবা ঐ হেকলক্লগে। নখোয়না হেকলবদি মপান্দা লোয়না নৈহৎপিরমলগনি।"

"ঘীগী থাউমৈ থানগনি, অতুবু ঐখোয় পুন্নমক্কী য়ুমদা পুখমদি লৈতে। কম্বীনা য়াগনিনা।"

ফরে, ফংলকপা পুখমশিং অতুদা ঘীগী থাউমৈ হাপ্লগা আরতী কৎপা হায়বতুনি। নিংথৌ হায়বসি ভগবানগী অবতারনি নত্রগা মমাংগী মপোক্তা যোগী ওইরকখিবমনি। ঈরু-মাইথজতুনা অফবা ফিশেং শেৎতুনা থুনগী সীমনাদা স্বাগত তৌনবা চৎলো।

"অফবা ফিশেংদি কদায়দগী লৌরুনি ?"

"ফরে, অরৈবা অতুনা মফরে। জগোয়শাবশিংদগী হেক যাংরু। ঐ হৌজিক মন্দিরদা চৎলে। মফম অতুদা নিংথৌ লৈনবা থৌরাং তৌরুগে।"

"কয়াম কুইরগা ইনিংথৌ লেংলক্কনি।"

"পুং অনি অতুমগী মমুংদা লেংলক্কনি। খোংলেংবা হৌরমলগনি। লান্মীশিংগা লোয়নবা শগোল তোংতুনা লেংলক্কনি। খংগনি য়েংগে কনা কনা লুট তৌবা লাকপা ভম্বগে হায়বতু ?"

পুজারী থুনা য়াংনা মন্দির পাংনা চেনখ্রে। থুনগী মীশিং অতু খংহৌদনা ঈশিং ইচাউ লাকপগুম মফম মরাং খংখিদ্রে। কোয়চেন চেন্নরম্মী। ইরু-মাইথজরে। মখোয় মখোয়গী লৈজবা ফিরোল অতু

গুদোক চামথোক্লে, কংবোয় কংদবোয় শেংলে। পুজারীনা নিন্নীগা লাখীগা লৈত্ত-খর পিরে।

নিন্নীগা লাখীগদি থোনা হাপখ্রে! নিংথৌ ওক্নখগী মথৌ মখোয় অনিদা তারে। সাড়ী অদু লংজমগীনি, গুদোকন কাউখদা মচু থোকউ য়াদরে। শেগায়না ফোংপগী মমি লৈ। ইনফি অদুসু মচুদি শংই হায়ববু অথাবা ফিনি।

লাখীনা হৌদোকই, "জগোয় শাবশিংদগী ফজবা ইনফি রাইরু-শিরা ?" নিন্নীনা খর খন্থরম্মী।

লাখীনা হায়রকই, "মখোয়গী লিককোন খরসু লৈ।"

"নং উরুরব্রনে ?" নিন্নীনা হংলম্মী।

"হোয়নে, ভরাং ঐভোন্দা উংলকই, য়েংবদা মিং থকই।"

নিন্নীনা অমুক খন্থবম্মী। লাখীনা মাগী মায়থোং য়েংদুনা লৈরমই।

নিন্নীনা হায়রকই, "জগোয় শাবশিংগী ফি, লিককোম রাইদুনা শেংলোক শিরোয়সি। লাইবক্না ভদ্বা হায়বদুনি, হুমাং মন্না তাণ্ডবসিনা অদুম শেংশি।"

"মখোয়দি পিন্নিংই হায়, পিল্লীদি অকবা কি শেত্তুনা আরত্তি হায়গদ্রি, অদুগা ঐখোয় অনিনা শেগায় তুগায়বা শেংকনি।"

"ঐখোয়গী লৈজরিবা অসিনা ফৈদা। ফিগীদমক মিংথৌনা মনা মথুম পিগদবসু লৈত্তে। জগোয়শাবনা জগোয় শাবনি, ঐখোয়না ঐখোয়নি।"

"নং অসি ঐনবু হায়রবদি পংশাউদা শাউই।"

"অদুদি ঐখোয় জগোয়শাবী ওন্নসি হায়বগো ? থুরাজ্ন পায় পায়দুনা চৎপদু ঐখোয়না মতৌ ভমসিরা? নিংথৌনা মখোয় অদুবু জগোয়শাবা কাংবুনি হায়বা খংলোয়দ্রা ? নিংথৌনা ঐখোয় অনিবু জগোয়শাবীনি খনলোইদ্রা?"

"অদুগা নংনা মখোয়মবী অনিগুকা উনফি অসি ঐগীদমক কৈদৌনা লৈখিদ্রা শাগ্রিবা ?"

"হে অপংবী, অমুক শাউবা হৌরকলব্রা? নুহোংবা মতমদা থোনবিনি শেৎপিনি অসিগুম্বা মথল মথল ফিরোল কল্লা। অদুবু তাঙ্গা অসিদদি ঐস্নু শেৎলোয় অদুগা নংবুস্নু শেৎহল্লোয়। নিংথৌদা ঐথোয়গী লিরুং-তেন ঐথোয়গী ইতিক উৎকনি।"

নিন্নীনা মহাক্কী মথঙ্গায়দা চুপলম্মী। লাখী হরাউবগী ওমথৈ লৈখিদ্রে।

চাক চারিডৈ. পুখমদা অমদি পঞ্চারতিদা থাউমৈ লৈডেংশিডৈদা মতম হৌখিবা থংহৌদে। সুপাশিং খুনগী সিমনাদা পুনশ্রে। সুপীশিংদি য়ুমদগী মপান থোরকতরি। অটল চেন্দুনা লাকলম্মী। থোংগান্দগী কৌরকলম্মী, "লাকলো, থোরকলো, নিংথৌগী শাদোং লাকলে।"

মখোয় অনিনা থাউমৈ চুখৎলে, থুৎনা ফিজি ফিনা খন্দুনা পুখম পঞ্চারতি পুদুনা লেপলরে, সুপী ময়ামস্নু থোরকলে। সুপাশিংনা মায়কৈ অমদা, সুপীশিংনা অমরোমদা লেপখ্রে। জগোয়শাবশিংগীস্নু পরেং অমা লেপখ্রে। পিন্নী অদু ইলং লংবা ফিজোল শেৎলম্মী। কজবস্নু মহাক্কী পুখম্না খ্বাইদগী ফজে।

নিংথৌ অদু শগোল তোংদুনা তপ্না তপ্না মীয়ামলোমদা লেং-শিল্লকলে। মহাক্কী মতুংদা নিহালসিংহ লাকই। খর লাপলপ্না শগোল লান্নী লাকই। শামুদি তুরেন্দা থনলমলে।

নিংথৌনি হায়বা তাংদাংবা খংজিডৈদগী সুপাশিংনা মথুৎ লোম্নদুনা লু-লুক্লা লেপখ্রে। সুপীশিংনা মকোক খুমলকলে অদুগা লৈশাবীশিংদি মমায় থাংগৎলম্মী। নিন্নীগা লাখীগদি থম্মোয় তিং তিং চোংলম্মী। নিন্নী মশা পাখৎতনবা খাংলম্মী।

নিংথৌ নকশিল্লকলে। শগোল তপ্না চৎলম্মী। শগোল খাংবা চৎনিংলমই।

সুপাশিংগী কাংলুপ্তা পুজারী অদু পুখমদা মালা, চন্দন, খাইওং চেং হাপ্তুনা চংলকলমই। নিংথৌ শগোলদগী লেংথরকলে। শগোল শোয়শশিংদুনা শগোল শোম্নরে। নিংথৌনা ব্রাহ্মণদা প্রনাম তৌরম্মী।

ব্রাহ্মণনা আশির্ব্বাদ পিরমই। মানসিংহগী পাক্লবা মরাইবক অদুদা চন্দন নমখিরে অদুগা লুকথরকলিবা মগুকশমদা লৈ পরেং ছুঙলমই।

মানসিংহ মুগীশিংগী মাংদা লাকলে। মুগীশিংনা নিংথৌদা আরতি কৎলে। মুগীশিংগী মফি মরোল ইশেং শেগায়বা অদু উবগা নিংথৌনা মপুক্লিংদা খল্লকই ঐসি মথোয় অসিগী নিংথৌ নিকো। মখোয়গী নিংথৌরনে?

নিন্নী চিং লেমখ্রে। আরতি কৎনবা মথুৎ অনিনা পুখম থাংগৎলকই। নিংথৌগী কোকথক্তা নিংথিরবা মচু মখলগী রেশমগী কোয়েৎ য়েৎলমই, মহুক্না সনা মচুনা ফিবান হকপা, মহুক্দা মণি মুক্তাগী মালা য়েৎলমই। গুকশমদনা মণিমুক্তানা থান্নবা লিকলাং পরেং শিরমই।

নিন্নীনা মমিং কোয়রাউনবা অদুনা মিংকুপ অমত্তং য়েংথৎলমই। মসি নিংথৌমকনি। ফজনা হৈরবা মশা মউনি। মরেংবান শাংবা, লিরুং তেন য়ানবা, মনজন্দা চিঙ্গোয় য়ানবা, মখ্যাংদা থাংশাং য়ানবা। থৌনা ফবা নিংথৌ ওইনি। ওক ঈরোয় হাৎপা ঙমগনি। তুর্কশিংবু ভাম্বোকপা ঙমগনি, মহাকী থম্মোয় অমদি মপাঙ্গল অনিমক লৈ, মহাক্না খল্লমই। লু লুকথরে।

মসি কনানো? কমদৌবনো? উৎ মরক্তা কদায়দগী মৈরিনো লৈরমলিবসি? থুন অপুম্বা অসি কয়াদা ফজখ্রবা। সনা মিৎয়েংনা পুজারীদা রাহং হংলমই।

পুজারী হরাউ মুংশি য়ান্নখ্রে, থৌনাগা লোয়ননা হায়রকই, "ইনিংথৌ, মুগীমচা অসিগী মমিং মৃগনয়নী কৌই। থুন অসিদা মীয়াম্না নিন্নী কৌনৈ। মুগীমচা অসিনা তেন অমমমতনা চাউর চাউরবা লম ঈরোয় লমওক হাৎলিবনি। মহাক্কী মথুৎ চুম্বা অসিদি ইনিংথৌগী কমনাইবা দরবারীশিং ফাউবা ঙকনি। ঐথোয়গী নিন্নী অসি ঈশৈসু ফজনা শকপা ঙমই।

নিন্নীমা মিৎকুপ অমত্তং মিৎচিনা পুজারীদা য়েংলকখি, ইকায়রপ তৌখি, পংহায় মহায়রে হায়বগুম য়েংলকখি।

নিংথৌনা মোযোন মোকুনা হায়রকই, "মাত্রীজি খুন অসিদা মতিক মগুণনা থল্লবা মৃগময়ন্নীগুম্বা মুপী পোকপাসি থাগৎনিংজাইনি।

পুজারীনা খুনা অরক থত্তুনা হায়রকই, "মহারাজাধিরাজ। মৃগনয়নী অসি লৈশাবীনি।"

আশাগা লোয়ননা নিংথৌনা মোকুনা হায়রকই, "ডাকপিগনি, মসি কনানো ?

পুজারীনা পাউখুমলক্মী, "গূজর ঠাকুরনি। মসিদা লেপলিবা অসি মমুংনি। মহাকী মমিং অটলসিংহ কৌই। য়াম্না ঙাউবা।" পুজারীনা হরাউমনখিত্তুনা খর হেন্না হায়নিংলক্মী।

অহল অমনা অরক থত্তুনা হায়রকই, "কৰিগী তুমিন লৈরিবনো, অচিন কোংকিনগ্রবরা ? মাংদা ঙাকপি শেনবীবা মপু লৈরে, নথোয় কবিগী থংদে। ঈশৈ নোংমায় থরগু মশকউ, লৈবাক মচা ত্তাখিজ্রেদা। য়েংউ কয়াদা লিংথিগ্রবা চীংলেমগ্রবা ইমিংথোনো ?"

নিম্নীনা মানসিংহদা হায়রপ মিৎচিনা য়েংলমই অচুগা লু-লুকলমই। মানসিংহনসু উরে, অচুগা হয়া হয়া য়েংনিংবা পোকলমই।

নিংথৌনা হায়রকই, "মৃগনয়নী, নথুং চুষগী পরীক্ষা তৌগনি। নংগী তেন কাপ্পগী পরীক্ষা লৌজ্রিবা ফাউবা ঐ থালিয়রদা হল্লোয়।"

নিন্নী অচু মমায় লুকথত্তুনা আরতি হায়রি। পুখমদা লৈ অমা য়াউই। মচু লোখৎলগা মমিৎ হংগৎনা য়েংলগা নিংথৌগী কোয়েৎতক্তা হাপলে! লৈ অচু ওস্থত্তুনা তাগ্রে। নিংথৌনা লৈ অচু খুনথত্তুনা কোয়েৎতা থেৎচিল্লে। অতুম লেপ্তুনা লৈনিংবগী ফিভম তৌরে। মুপীশিং ঈশৈ শকংলক্লে। লাখীনা আরতি ওকনবা পুখম থাংগৎলকলে।

পুজারীনা তাকলকই, "মহারাজ! মসিগী মমিং লাখীরাণী কৌই। ঐখোয়না মহাকপু লাখী কৌই। মসি অহীরনি। লৈশাবীনি। য়াম্না থৌনা কবীনি। মুপীমচা অনিসিননি য়েকবা অনি হাংলিবসি অচুগা অনি অচুমু তাহোকগ্রিবনি। মহাবক্ত মথুং য়াম্না চুমই।

"য়েংবা ভারেদনা" মিংথোমা মোমোন লোক্‌না হায়রকই, "লৈশাবী অনিসিনা রামায়ন মহাভারতকী হুগ অহু মাংদা পুরকলেদনা।"

লাখীনা মুন্না মানসিংহবু য়েংলম্মী। নোকনা নোক্না আরতি হায়রগা লৈ অহু নিংথৌগী কোয়েংতা লংশিল্লে, লৈ অহু মথাদা ভারে। মতম অহুদা শিন্নীনা ইকায় ইকি থংদবমথৈ মানসিংহগী মাংদা পুথম পুহনা লাকলে। লাখীগী লৈ অহু মানসিংহনা থুনগৎপা নংহৌজে। নিন্নীনা উরে, পুন্নমক্কসু উরে। মানসিংহনা মহাক্কী ফিজোল অহু উৎদা ভকখ্রে। থুঙং অসিদবু অসিগুম্বা ফি অসি কদায়দগী লাকলিবা। অদুবু জগোরশাবশিংগী ফিজোল উরগা মথোয় কনানো হায়বা থংঞ্রে। অদুবু পুজারীদা হংলম্মী, "মসি কনানো?"

পুজারীনা ভাকপা নংহৌদরে। নায়কিননা থুনা হায়রকই, "মহারাজাধিরাজ, মসি জগোয়শাবা নট জাৎনি। ঐগী ইচা লৈশাবীনি। মহাক্কী কুম্মৈদি ভম্বদা থোকপা নত্তে। ঐথোয় মহারাজদা কুম্রে অহু উৎচগনি।"

মহাক্কী আরতি ওল্লগা মানসিংহ অহু নটশিং অহুগী মনাক্তা মিংকুপ অমা কাউবা পল্লমল্লে।

হায়রকই, "নথোয়গী কুম্মৈসু য়েংগনি, ঐ মকম অসিদা থর কুইনা লৈগনি।"

পুজারীনা হায়জরকই, "মহারাজ চৌজিক মন্দিররোমদা লেংলসি। মকমসুগী থোংনাং পাম্বী মথাদা কেম্প শারসিনা?"

"হোয় শাস্ত্রীজি, অহুরাইদনা কননি।" নিংথৌনা খুমকই। নিংথৌ অহু মকম অদুদা ঙৈহাক্তং পন্দুনা লৈবা পামলম্মী অদুবু শক্রবগী মরম লৈরমদে। জুগীশিং অহু থুমুং ঈশৈ শকলম্মী। লাখীগী থোজেল থর মুংশিরমই। নিন্নীদি শকলমদে।

নিংথৌনা হায়রকই "শাস্ত্রীজি মকম অসিগী জুগীশিং অসি ঈশৈবু কজনা শকলিনে।" নিংথৌ শকপ ভৌরম্মী।

পুজারীনা মহারাজ অহ্ মন্দির য়ৌনবা চৎলসি হায়রম্মী, হায়রকই ‘ মুপীশিং অসি মন্দির য়ৌরগস্ সকখিগনি ।”

নিংথৌ মফমহুদগী চৎপা তারম্মী, চৎনা চৎমা মৃগনয়নীদা হয়া হয়া য়েংলম্মী। নিয়ৌনসু মিৎচিনা ইঙ্গিৎ তৌরগা য়েংলম্মী। মন্দির য়ৌরগা নিংথৌ লেপখ্রে। অকায়বা অতেকপা মুর্ত্তিশিং অহ্ চোয়জায়ননা তারম্মী। নোং থাকপগুম থম্মোয়দা তিং লাউরম্মী, অকায়বা মুর্ত্তিশিং অহুনা চৈরকপগুম।

অচেৎপা খোঞ্জেলদা হায়রকই, “ঐনা মন্দির অসি অমুক হয়া শাগনি।”

অহুগা রাখলদা দিল্লীগী কুতুবমীনরগী মমাংদা মুংলিবা অচোবা মুপী অহুদা ওনংগপাল তোমরনা হক্ত্না ইম্বিবা রাহৈ অহ্ নিংশিংলকলম্মী, “ঐনা লম অসিবু অশেংবা আর্যবর্ত্ত ওইহনগনি।”

মানসিংহ থম্মোয় ওনখ্রে, মুংশিবনা পৌমাও ফুনখ্রে। তিন য়োৎথরম্মী। খোনাও শেংদোক্লগা হায়রকই, ‘ঐনা মন্দির অসি থুনা শাগনি।”

“মহারাজগী জয় ! মহারাজনা লোয়না পাংথোকপা ওমগনি।”

পুজারীনা আশীর্ব্বাদ পিরম্মী। মহারাজগী মমিৎ অহ্ ককথৎলবা মুপী মুর্ত্তি অমা উরুরে। রাখল মুংওাইখিত্রে। নিংথৌনা পুজারীদা হংনিংলম্মী— মুপীশিং অহ্ ঈশৈ শকপা লাকখিত্রা? অহুবু হংবা ওমখিত্রে। কেম্প শানবগী থৌরাংদা রাখল চংখ্রে।

অটলনচিংবা মুপাশিং অহ্ নিংথৌগী শিবিরগী কুম্মৈ, শগোল শামু লাম্মীনচিংবা য়েংনবগী মন্দিররোমদা চৎখ্রে। মুপীশিংসু ময়ুম ময়ুমদা হনখ্রে।

নিন্নীগা লাখীগদি হরাউজরমই। নিন্নীনা মশাগী মওং থংদনা মুংওাইবা অহ্ নমথরগা লাখীবু হেন্না মুংওাইহনগে মতাগুম হোৎনরম্মী।

নিন্নীনা লাখীগী মরেংবাদ্দা য়াম্নুনা হায়রকই, “নংদি চংমা ফাখ্রেদনা, নংদি ঈশৈনা কজনা শকলিবা।”

"নংদি রাখললা তাউগ্রে। করি খল্লি, মহারাজলা চায়থা লৈ অহু মহারাজনা উফুলদগী খল্লগা কোকথক্তা হাপখিবা অহু।"

'হোয়নে নংগী লৈসু কোয়েৎতা থেৎকে তৌবনি, অহুবু কদোম-দগীনো পিল্লী অঙাওবী অহুনা হংঙোয় চোংশিল্লকপদৌনা চোংশিল্লক্তুনা মফম মরাং থংহৌগ্রে। ইকায় ইকি খংদবমথৈ মথবাক হেক লোং-খোক্তুনা, ইনকি পাপ্রবা অমা হেক ইনশিন্দুনা, মমিৎ নাপ্মা ভাংবীগী মরায়বক্তা সিন্দুর নমগুম।"

"ইহে, ঐগী লেংবান থুদেকপিরগে হায়রা? নংদি নমিৎ লুকথগা পুম্নমক অহু করম্না উরিবা?"

"মিৎ লুকথবতনি, উইবদি উইশিন্দেদনা।"

"অহুগা হুরান হুরান্দুনা য়েংবা?"

"নংদি নমিৎ লাউথোক্তুনা য়েংবদো, নিংথৌ অহু নমিৎ মমুংদা পিগুম্না পুন্দুনা থমজিল্লগে মতাগুম।"

"হা···হা···হা···হা, নংনিনে মহাকপু নমিৎ মমুংদা পিগুম্না পুন্দুনা থমজিনগ্রিবদি।" ঐদি মহু মুম্না য়েংজহৌরিবনে ইচন, নমিত্তা হাপ-চিল্লগা কদায় ফাওবা পুনশিনখ্রে?" লাখীনা নিম্নীগী হৌয়দা খুদোনবীনা থিল্লম্মী।

"কদায়দগীনো নংবো! নিংথৌ ভোজগা গজু তেলীগা!! "হা! হা! হা! শিংইদা শাস্ত্রীজী, থাগৎনিঙাইনি, খুন অসিদা মৃগনয়নীগুম্বী রাৎত পাদবী মগুণ চেনবী মুগী অমা লৈবা অসি! পুজারী বাবানম্মু লেমজনা হায়রকই, হে নিংথৌরেল, মৃগনয়নী অসি লৈশাবীনি!!

নিম্নীনা লাখীগী মচিন থুমগে হায়দুনা থুনা য়াংনা মথুৎ তিংথোক-লম্মী। লাখী নোক্তুনা চেনখ্রে। খামদুনা হায়রকই, "ঙাইখো থম লাপ্না লৈয়ু। ঐসী রা হাম্না তাখো। নংগী নপাজলনা থিংবা ঙম্বা রা নত্তে, হা। হা!"

নিম্নীনা নোকনিংবা অহু থিংম্রবা মফিনা কুপশিন্দুনা মনাতোন মেনশিন্নমা হোংনরম্মী, অহুবু মমিৎপুদি থাম্বা-থিংবা ঙমহৌদ্রে।

লাখীনা পুজারীবু বাঙাংদু হায়রকই, "হৌজিক তুলীমচা অসি লৈশাবী ওইরি। হা! হা! হা! লৈশাবীমা মরিং হনগৎলা য়েংই, অমিৎনা পাউ থাই। নিংথৌবী মিৎনা পাউজেল তৌরগা থম্মোয়দা থমজিন্নইক। অদুগী অমনা অমবু অমনা অমগা মিৎচাহন্না তুমিন তুমিন য়েংমন্না লৈরে, মদু লাখীনা মুম্না য়েংখি। ইজিং অদুনা রা কথৈ লোয়রে। হে! মিন্নী ঐঙোন্দা লোৎনবা হোৎনগনুবো।"

"ও হো! নং অসি অফাউবা কবিগুমলেনা! নংনা তৌবদু ঐঙোন্দা থংজিল্লেদনা। শেংনা হায়য়ু, য়াম্নুংগা নংগমু অমুম হায়না য়েংনব্রা?"

"ইহে! বাহ! নংনা তৌবদু ঐঙোন্দা থংজিল্লেনা!"

"ওইথোকলোয়দবা রা অদু করিগী হায়রিবনো লায়রবা লৌমীগা অচৌবা নিংথৌগা করম্না!"

"লৌমীনা নিংথৌ শেম্বনিনে। অদুগীমু মথক্তা গুজরগা তোমরগা করি থেৎরে?"

"লায়রক্না তম্বা হায়বমু লৈ?"

"অদুনিনে অগোয় শাবীনা খুবাক ময়ি য়েংলগা হায়খিবদো।"

"খুবাক মৈয়িদি নংগীমু য়েংখিনা!"

"হৌজিক ঐমু থাজবা অমা লৈরে। নয়ামুংমু থরদি চাউহ রনিদনা!"

"হৌজিক আশা পংতৌ তৌখিগনুকো।"

লাখীনা চেনশিন্দুনা নিম্নীবু চেৎনা কোনজরম্মী, অদুগা কপথোকলম্মী। হিক হিক কপ্লুনা হায়রকই, "কালীমাইন্দা ইকোক অসি কৎথোক্লগা নংবু রাজিয়রনী রাণী ওইহনবদা ঐ করিগ্নু চিংমরোয়।"

( ২৪ )

মথংগী নুমিত্তা মানসিংহনা শা তান্নবগী থৌরাং তৌরে। লোয়নবা খুন্দগী শা হোয়বা মী ময়াম লাকলে। নিংথৌগা ভিন্নহুনা শা তানিংবগী আশাগা লোয়ননা লাকপনি। মথোয় পুম্নমক হরাউজরম্মী। অটলসু শা তানবা চৎনিংলম্মী, অদুবু শা হোয়বা ওইনদি চৎনিংলমদে। মহাক্কা পামজবদি নিঙ্গীগা লাখীগগী খুৎ চুম্বা পরীক্ষা য়েংবহুনি। নিংথৌদা করম্না হায়গনি? মহাক্কী অপাম্বা ফোংদোক্লবগী দমক বরম্না নিংথৌ মনাক য়ৌগনি? নিংথৌনদি নিঙ্গীবু কয়াম থাগৎখি। মহাক্কা মরম ওইহনা ঐখোয়গী খুন অসি কয়াদা ধন্য ওইরবা!! মথোয় অনিগী পরীক্ষা কৈদৌঙৈ তৌবা? চফু অমদি বোল থুগায়বগী মহুত্তা নিঙ্গীগা লাখীগনা লমঙ্গরোয় নত্রগা কৈ কাপ্পা চমলবদি করি অমুক হায়রুনি।

ঐনা লমওককুম্বা অমত্তংগা কাপ্পা ঙমলবদি ঐগী ইগুণ খরদি মরৈগনি। অসুম্না খল্লে। পুজারীদা হায়জরগে। অসুম্না খল্লিৈদা নিহালসিং অদু পুজারীগী মনাক্তা লাকলে। অশংবা মচুগী শা তানবগী ফিজোল শেৎলি।

য়ৌরকপগা হায়ররে, "মহারাজগী য়াথংনি, সুপীমচাশিং অদুগী খুৎচুম্বগী চাংয়েং অদু ঙসিগী শা তানবা অসিদা তৌগনি।"

পুজারী অদুনা মশাগী মগুণ খর হেনগৎহল্লিংবদগী ঙৈহাক চিংলেম্না রাখল তৌরম্মী। অটলদি করিগুম্বা খর হারনিংবনা তপথরমদে। নিহালসিংহসু য়াম্না তানিংলম্মী। পুজারীনা চাং তমদুনা হায়রকই, "সুপীমচানি। শাবু মখোয়না তাল্লে অদুবু অসুক চাউনা শা হোয়দুনা শা-তানবা অসিদদি খর খুদোং থিনিংঙাইনি।"

নিহালসিংহনা তপথদনা হায়রকই, "ঐনা করি ঙমই? অদোম্না লেংবিরগা মহারাজদা হংগৎপিয়ু! অসুম্না নিংথৌনা তাকপিরকই, সুপীমচাশিং অদু মহাক্কী মনাক্তা শগায়দা ফমহনগনি, শগায়দগী করিসু শোয়দ ঙামদনা মখোয়না তেন কাপ্পা ঙমজনরা। খর থুনা থম্নবিয়ো।"

পুজারীনা হায়ত্রিভৈদা অটলনা অরেপ্পা য়া হায়রকই "মথে য় কিরোয়। খুদোংথিরবা অশোংবা উমংদা যাউবা মখোয়না চৎপা ওয়নি। শগায়কা দরকার ওইবা নত্তে।"

"নংদি কনানো ?" নিহালনা হংলকই।

অটলনা খুমলকই, "ঐ মৃগনয়নীগী মবুংনি, ঐগী ইমিংনা অটল সিংহ কৌই। ঐস্থু শা তানবা চৎনিংই।"

নিহালনা করেম্নবা মীনোক্তা নোকই। খল্লি মসিস্থু শা তাম্নিংলি। নিংথৌগী দরবারীশিংগা মান্ননা।

পুজারীনা হায়রে, "য়াম্না ফরে, অটল নং চৎলো, মখোয় অনিস্থু মফমসিদা থারকলো। মফম অসিদগী শগায় তাম্না চংহল্লসি। মহারাজদা তম্বীয়ু, রাওজী! মখোয় ঐখোয়গা লাকমিনরি অস্থুবু মখোয়গী শা তাম্নবগী ফিজোল থামেন চৎপা লৈজদে।"

"ফনি" হায়রম্লগা নিহাল মোমোন নোকনা চংখ্রে। অটলস্থু খুনলোমদ। থুনা য়াংনা চৎখ্রে। নিন্নীগা লাখীগস্থু য়ুমদা লৈরমলি।

অটলনা লাউহুনা হায়রকই, "খুৎশু খুৎলায় থৌরাং তৌরো। থুরো !! নিংথৌনা শা তানসি হায়না কৌরে ! নখোয়গী খুৎচুম্বগী চাংয়েং তৌগদৌরি। খুৎলায়শিং অস্থু য়াম্না লংনা তকথোক খোৎ-তোকলো।"

পুক্লিংগী রাখল ফাথরগা নিন্নীনা হায়রকই, "খুৎলায়বুদি মেং-দোক্তুনা থমলে।

লাখীস্থু নারোন্দা নোকলমই। নিন্নীদা হায়রকেৎ মিৎচি খৎলম্মী। নিন্নী উশিন্নদনা খুৎলায় লৌবা য়ুমথুংদা চংখ্রে।

অটলনা লাখীদস্থু হায়রকই, "নংবুস্থু কৌরিবনিনে। করিগী লেপ্তুনা লৈরিবনো ? মংস্থু চৎকদবনি।"

লাখীস্থু ইমুংদা চংখ্রে। নিন্নীদা পায়হুনা ইল্লমই।

"করিনো, করিস্থু লৈত্তবা পরীক্ষানি। ঐগী হকচাং থুদেক-লগেরা ?"

"অচম্বা পরীক্ষা নত্তেনে। লাইবক চাংয়েংবনিনে।"

"পরীক্ষা পাস তৌত্রবদি ? তেন পানবা ঙমদ্রবদি ?

"নংদি মাইথিব্রবস্থু জয় তৌরনি। মায়থিবদি মায়থিররোঙ্গনা।"

"পাঙ্গি ওইরে নং! পাঙ্গি অমস্থু মাংগোন্দা লেপলি য়াম্না লাংতক্কনা!"

"শেরান তুরান ঙাংগন্থু, নমায়দা খুৎতুমনা গুনি।"

"হোয়নে অহননিনা তৌনিংবা তৌরো। রাম নাম শোন্দুনা খুৎশু খুৎলায়ছুম পাইখৎলো। তাস্থু পায়শিল্লো।"

মখোয় মখোয়গী খুৎলাই লৌরে অতুগা পুনশিল্লে। ফি ভাংনা কোকয়েৎ য়েৎশিল্লে। খ্বাংচেৎ লাকশিল্লে। মতম অসিদা থোঙ্গালদা শগোল লাকপগী মখোল তারে। নিম্নী নোকনিংলম্মী। লাখী নোক-থোক্লম্মী। হায়রকই, উরেদনা! নিংথৌ ফাউবা ঙাইঙমদ্রে। দোঙ্গাই থারকলে।"

নিম্নীনা খুত্তুম শিংতুনা চেনশিল্লকই অতুগা খংলেপ লেপখ্রে। হায়রকই, "নং অসি য়াম্না ফত্তে।"

মখোয় অনি মশা মশাগী তা পায়দুনা মপান থোরকলে। অটলনা মুগা ফি ময়োম অমা পুরকলে। মহাক হরাউবগী ঙমথৈ লৈরমদে।

হায়রকই, "শিকার তৌবদা ফিভাং শেৎপা হৌনদে। সে! নিংথৌনা থারকলে। থুনা শেৎচিল্লো।"

নিম্নীনা নোক্তনা হায়রকই, "হৌজিক ফাউবদা ঐদি ফিভাং শেত্তনদা শিকার তৌরকলি।"

"হৌজিক্তি মসি শেৎলো, নত্রবদি নিংথৌনা য়ারৌথিনি।" লাখীনা নোক্না নোক্না হায়রকই।

অটলনা ময়োম থোকলে। ফজবা সাড়ী অনি, অপিক অপিকপা কোয়েৎ অনি, অতুগা ফুরিৎ অচোনবা অমা য়াওরম্মী।

অটলনা হায়রকই, "সাড়ীসিনা নখোয়গী, ফুরিৎসিনা ঐগী।"

অটলনা ফুরিং অত্থু লিংশিল্লে। নিন্নীগা লাখীগনা ইমুংদা চংহুমা ফি হোংদোকলুরে।

লাখীনা হায়রকই, "নিংথৌনা ইন্নফি কন্নিগী থারক্লিবনো?" নিন্নীনা মিত্তা তৌরম্মী। অত্থুগা নোকথোরকই।

"নিংথৌস্মু ইন্নফি ইন্নবদি থারকদবা" নিন্নীনা হায়রকই।

মথোয় অনি ফি অহনবা শেত্তুনা অটলগী মমাংদা লাকলে।

অটলনা হায়রকই, "পকচরে! য়েংউ ঐগীস্মু পকত্রা? নিন্নীনা কোকয়েং লৌথোকলগা মথুংত্তা পায়রমই।

মহাক্না হায়—"ফজররোইদ্রা?"

"করিগী ফজদবনি।" লাখীনা হায়, "মুপাগী থবক তৌবা তারবনিনা মুপাগুম ওয়বা তাবনি। কোকয়েং য়েংশিল্লু।"

নিন্নীনা কোকয়েং য়েংশিল্লে। শকচু য়েংগদবস্মু মিংশেল লৈজদে। মাং–তুং ইওন ওন্নরে। শমলাং খন্না মাংলোমদা হায়থন্নকলে, খন্ননা নাক্লমলোমদা।

মথোয় অনি ফি অহনবা শেত্তুনা অটলগা লোয়ননা মন্দিরদা থুংখ্রে। মফম অত্থুদগী নিহালনা নখোয় অহুম অত্থুবু খোংনাবট পান্থীদগী থন্ন লাপ্পা নিংথৌগী কেম্প মনাক্তা পুখ্রে। নিংথৌস্মু খোংশানগদৌরমলে। শা হোয়বশিংদি হান্না মফম মফম চানা য়ৌথ্রবনি।

নিংথৌনা মথোয় অনিগী ফিজেৎ চাকচেৎ অত্থু থন্নায় য়াউনা মিৎয়েং তারম্মী। নিন্নীগী কোয়েং অত্থুদা মিৎ কুপ্তবমথৈ য়েংহুনা লৈথোকখ্রে। নিন্নীস্মু হায়ফেৎ য়েংলম্মী। মায় ওস্থোক্তুনা অমরোমদা য়েংশিন্নরম্মী।

নিংথৌনা হংলকই—"শগোল তোংবা হৈব্রা?"

"হৈতে" হায়না থুমই।

"ফরে, চৎলসি, ঐস্মু খোংনা চৎলগে।"

নিন্নীনা লাখীদা য়েংলকই।

মথোয় পুন্নমক উমংদা শগায় কামবা চৎলকলে। চীংতাগী অথংবা উমংগী মফম অমদা মানসিংহনা মাগী মনায়শিংগা পনখ্রে; লমজিংবশিংস্মু

লোয়নরম্মী। শগায় কদায় ঋদায়দা শারি, কনা কনানা কদায় ঋদায়দা ঋমগনি হায়রবহ থুন য়াংনা লেপনখ্রে।

মানসিংহনা লমজিংবশিংদা হায়রকই, "মখোয় অনি ঐগা নক্কবা শগায়দা ঋমহল্লু।"

অটলগী মফমসু তাকখরে।

নিন্নীনা হায়রকই, "মফম অসি ঐনা হান্না খংগ্রবা ওাক্তনি।

মানসিংহনা নোক্তুনা হায়রকই, জঙ্গল পুম্নমক খংলবা?"

লাখীনা হায়রকই, "অচুম্বনি মহারাজ!"

মানসিংহনা লমজিংবশিংদা ইঙ্গিৎ তৌহনা হায়রকই, "নংনা খর চেকশিনবা শগায়দা ঋমহল্লু।"

মখোয় অনি লমজিংবশিংগা চৎখ্রে। মানসিংহ মাগী শগায়দা ঋমখ্রে অহুগা ময়ামসু মাগী মাগী শগায়দা চেকশিন্না ঋমখ্রে।

নিন্নী অমসুং লাখীগী ঋমঋম য়োরবদা লমজিংবনা শগায়দা কাখৎলু হায়না ইঙ্গিৎ তৌরম্মী।

মিন্নী য়ানিংদনা মুরুম মুরুম শোল্লম্মী, "শগায়দা ঋমলোয়দা, শগায়দগী কান্নদা খুৎ চুমলোয়।"

"নিংথৌগী য়াথংনি।"

"অহুবু নিংথৌগী য়াথংনদি কবোকৈ অমদি ঈরোয় কান্নদা পাল্লোয়।"

"মখাদদি শিগনিনে।"

"কয়িসু খল্লুহু নং চৎকদবা চৎখ্রো।"

"মিংথৌনা শাউগনি।"

"কনাদা ঐঙোন্দরা?"

"খল্লুরহু, নখোয়দা নত্তে ঐঙোন্দনি, অরাঋম তাগনি।"

"কিগহু, নংসু ঊ অমদা কাখৎলো। শা য়োরক্লনি।"

"লমজিংবহু মকোক খোংলগা চৎখ্রে; উজাও অমদা কাখৎখ্রে।"

"কমদৌই" লাখীনা তপ্না হায়রকই।

নিঙ্গীনা হায়রকই, "উগী উরুম থুপ্পনা হেন্না ফৈ। তাশিংহু মফমহুদা য়ুংশিল্ল্। তেন তম্মো, তেনখাওহু তেন অমা অনি লৌথোক্লবা থোৱাং তৌ। নং মায়কৈ অমদা ওল্লু, ঐ অমরোমদা ওনগে। মায়ওন ওন্নবা লেপ্পনা ফৈ। শা লাক্লগা য়েংবা হায়বহুনি।"

"ওসি করি করি শা থোক্লকপগে য়েংলসি।"

"শোয়দনা থোক্লকনি। ঐখোয় জঙ্গলসিদা লাক্তবা কুইরে। অহুগীস্থ মথক্তা শা হোয়বস্থ য়াওরি। শা রাংলরোয়।"

"তারো পুং ময়াম মৈরকলে।"

অরাপ্পদগী পুংখোল ময়াম তারম্মী। মখোয়নি চেকশিন্না লৈখ্রে। শা হোয়বশিংনা জঙ্গলহু চাউনা কোয়খ্রবনি, শা হোয়বা মশিং য়ামই অহুনা চীংগী লম উমংশিং চাউনা কোয়শিনখ্রে। শগায়স্থ লাপ্পা লাপ্পা শাখ্রে। শা অমা হেক থোরকপগা উরনি।

কৈশাল, শওম, লমঈরোয়, লমওক অসিনচিংবা অকিবা ফংলবা শাশিং অসি কিহুনা লোয়না চেনথোরকলে, মখোয়না চৎনিংবা মফমদা চৎখিসনু।

নিঙ্গী অমস্থং লাখীগী মনাক্তা ইহান হান্না রাহোংশিং চেনথোরকলে, মকুংদা লমহুই চেনথোরকলে, মতম ঙৈহাক লৎখ্রে। শা হোয়বশিংনা খিংহুনা, য়ৈহুনা কোয়শিল্লকপা তারে। অস্থুম অস্থুম নকশিল্লকলে।

মায়কৈ অমদা কৈশালগী খোঙ্গেল তারম্মী। লাখীনা নিঙ্গীগী মথুক্তা থিন্দুনা ইঙ্গিৎ পিরম্মী। নিঙ্গীনা ইঙ্গিৎ পিহুনা থুমই, থোৱাং লৈরে।

কৈশালহু শগায় অমরোমদা চৎখ্রে। মহু তেন্না পানখ্রে। মোংশোং মরক্তা তুখ্রে। মহাক্লা ঙংবদি তারি।

থওহৌদনা লাখীগী মমাংদা শরো শরো লাউবা মখোল তারম্মী। নিঙ্গীনা লৈথোক্ত্না য়েংলকলম্মী। মখোয়নিনা তেন শিংলম্মী। অচৌ অচৌবা শজী শঙ্গ্ অমা লাক্লম্মী। নিঙ্গীনা তেন কাপকহু হায়না ইঙ্গি পিরম্মী। শজীশিং চেনখ্রে।

লাখীনা তপ্পা হংলকই, "করিগীনো ?"

নিন্নীনা থুমলকই, "মখোয় কাপ্পা য়াবা নত্তে, লমঙৗরোয় নক্রগা, কৈদা কাপকদবনি।"

শা হোয়বশিং নকশিন্নক্লে। ঙৈহাক ফাওবদি মখোয়নিগী মনাক্তা শা অমত্তা লাক্তরে—লমহৌদোং অনি অহুম নত্তনা।

লমহৌদোংশিংগী মতুংদা শরো শরো লাউবা মখোল খর তারম্মী। মখোয়নিনা তেন চিংলম্মী। হন্দকমুক্তি শজী শঙ্গু অমা থোরক্লম্মী। নিন্নীনা কাপশি য়াদ্রে।

"মসিস্থু কাপসি য়াদ্রবা।"

শজী শঙ্গু অহু চেনখ্রে। অতোপ্পা শগায়দগী শঙ্গুত্থদা তেন কাপল্লম্মী। শা তুবগী মখোল তারম্মী।

"হৌজিক করিস্থু লাক্রবদি ঐখোয় করি কাপকনি।" লাখীনা তপ্পা হায়রম্মী।

শগায় অমরোমদগী ঙংবা মখোল তারম্মী। নিন্নীনা খল্লি মসি কবোক্কেগী মখোল ওইগনি।

ঙৈহাক ফাওবা মখোয়গী মমাংদা অনকপদা কনাস্থু লাক্তরে। তেন চিংদুনা লৈবা কুইরে। পাম্বোম চোকথয়ে নারে। মখুৎ থাদোক্লগা পোত্থারে।

মতমদুদা নিন্নীনা নাপী মরক্তা শরো শরো লাউবা তারম্মী। নারক্তা মুন্না মুন্না য়েংলম্মী। মমি শামি উরম্মী, শেংনা উবা ফংদরে।

মানসিংহগী শগায়রোমদা শা অমা তুবগী মখোল তারম্মী। নিন্নীগী মমাংগী নারক্তা ঙংবা মখোল অমা তারম্মী। নিন্নীনা লিরীদা তেন হাপ্লে। লাখীনা লৈথোক্লগা য়েংলক্লম্মী।

মীকুপ অমগী মতুংদা কৈ অমা মানসিংহগী শগায়রোমদগী মরু লুকথনা চেল্লক্লম্মী। নিন্নীনা থুনা য়াংনা মঙকশমদা তল্লম্মী। লিরী কন্না চিংলগা তেন কাপ্লম্মী। থিঙ্গনা অনিস্লক কাপ্লম্মী।

কৈগী ওকশমদা তেন পানখরে। কৈহু য়ানা খোংহুনা থরো থরো ওল্লম্মী। অমুক হোৎনগা মখোংনা লৈবাক হোৎলম্মী কয়া কয়া খোংলম্মী। লাখীনা মহুদা তেন কাপকে তৌরম্মী। নিন্নীনা খিৎলম্মী। কৈহু অরোয়বা মুংশা শোর হোল্লম্মী।

লাখীনা হরাওমনখিহুনা নিন্নী মখজাই নানগে হায়হুনা মখুৎ তিংথোক্লম্মী। অহুবু মখুৎ নিকখিহুনা মওকশমদা পায়রুরে।

মানসিংহনা মাগী শগায়দগী কৈ খোংবা তারম্মী। মহাক্নদি ওক কাপখিবনী, মহুদি শিখরে। মানসিংহ শগায়দগী কুমলগা লাক-নিংলম্মী। অহুবু নিন্নীগা লাখীগগী শগায়হু উ অরাংবদা শাবনি অহুনা খুদোং খিরমলোয় হায়না থাজরম্মী।

কৈহাক লৈরগা কৈ শিখ্রে। শা হোয়বশিং নকশিল্লক্লম্মী। লাখীগী মমাংদা শরো শরো লাউবা মখোল তারম্মী। লাখী থৌরাং তৌখরে। য়েংলয়গা নিন্নীনা তেন চিংলম্মী। লিরুংদা তেন হাপ্পদা ওাইরিকৈদা অচৌবা ঈরোয় অমা খোংহুনা নারক মোংশোং নৈথায়হুনা লাক্লম্মী। লাখীনা মকোক্তা তেন তম্মম্মী। অহুবু নিংখিনা অমত্তা পাল্লমদে। তেন অমা ময়াইবক্তা পানগ্রে অহুবু খিত্তং চিংলম্মী। ঈরোয়হুনা মখোয়নিদা চোংশিল্লক্লম্মী।

লাখীনা অতোপ্পা তেন অমা কাপ্লম্মী। নিন্নীনা ঈরোয়গী ময়ায়বক চপ চানা তেন কাপলম্মী। তেনহু চুয়া পাল্লে অহুবু য়ায়া কয়দি পান্দরে। অহুবু লাইবক্কী শরু মচেৎ অমা ফকখরে। পল্লপ তৌরম্মী। ঈরোয়হু কয়া খোংহুনা মমৈ থাঙৎহুনা চেনশিল্লক্লে। লাখীনা অতোপ্পা তেন অমগা কাপ্পম্মী। তেনহু নিংজোন্দা পাল্লম্মী। ঈরোয়হু খর ওকচায়রম্মী। হৌজিক তেন অমুক কাপ্পগী মতম ফংদরে। ঈরোয়হু মমিৎ ওাংনা শাউনা হোৎচিল্লক্লে। মনা কায়দা মচিন্দগী কোজোল থোরক্লম্মী।

নিন্নীনা তেন হুনতোক্লগা তা পায়রম্মী অহুগা ঈরোয় তম্মা হোৎ-চিল্লক্লম্মী। ঈরোয়দচুা য়া তা লংলক্লম্মী। তা পানগ্রে। নিন্নী উদগী

খোংক্ম ১/২ হেন্দোকখরে। লাখীনা লিরীদা তেন হাপলে অদুবু কাপ্পা নঙহৌদরে।

ঈরোয়না মফোক লুকথরগা মচিনা মখোয়বু কোংলগা লংনবা হোংচিল্লক্লম্মী। মখোয়নিহু ফংগদবা খিত্তা রাংলবা কান্দা নিন্নীনা ওমজবা থাহুনা তানা লেংলম্মী। অদু হান্না পানখিবা তেন্দগী খরা চংখংলগা পাল্লম্মী। ঈরোয়হু মফম মরাং খংদনা চংশিল্লক্লম্মী। নিন্নীনা তাখোক্ত পায়রম্মী। অদুগা উশা অমগী মরুমদা থুপ্লম্মী। ঈরোয়হু অশোকপা তাগা লোয়নননা উদা থেংজিল্লে। নিন্নীগী মখুত্তগী তাখোক নানথোকখরে। নিন্নী তুং হন্না চোংথোকখরে। অদুগা মাগী ছুরি শংলম্মী। লাখীনা তেন হুন্দোক্লগা তা পায়খংলম্মী। মহাক্না তা থিনগে তৌরিঙৈদা ঈরোয়হু তুখরে। মকোক হায়রম্মী অদুগা মুংশা মপী হোল্লম্মী, শিবদি শিদরি।

নিন্নীনা মঙকশম তন্না ছুরি লংজক্লম্মী। ছুরিহু মথক লান্দুনা চংখ্রে। লমঈরোয়গী নাকন্দা ছুরিহু তারম্মী। লাখীনা ওমজবী পাঙল থাহুনা মবুক্তা তানা লেংলম্মী। অদুবু ঈরোয়হু হৌগংলগা তানা মখোঙ লৌহুনা তুখ্রে। তাখোক্ত, লাখীগী মখুত্তগী নানথোকখরে। লাখীনা মশাগী ছুরি শংলগা তুংহল্লম্মী ছুরী নত্তনা মখুত্তা খুংলায় হাংখরমদে। খুদোংথিরবা কান্দা কাপ্নবা তেন য়াওদরে। নিন্নীনা অতোপ্পা উপায় অমা খল্লম্মী।

নিন্নীনা চোংশিল্লক্লিবা ঈরোয়গী মচি পায়রগা নাবন অমদা ইপ্থোক্লম্মী। লমঈরোয়হু মায়কৈ অমদা লৈথোক্ত না ঙাউহুনা তুখ্রে। নিন্নীসু ঈরোয়গী মচি পায়না পায়না তুশিনখ্রে, অদুবু থুনা হৌগংখ্রে। মাগী মুগা মচুগী অপিকপা কোয়েৎ নাম্বহুনা ঈরোয়দা তাম্লম্মী। ফিজি অমনা ঈরোয়দা, ফিজি অমনা লৈরাক্তা।

তুংলোমদা মানসিংহনা শগায়দগী কুমথরক্লগা চেনজকপা মখোল তারম্মী। নিন্নীনা ঈরোয় থাদোক্লগা তুং হন্না য়েংলক্কপদা মানসিংহনা মখুত্তা থাং পায়হুনা লাকপা উরম্মী। মানসিংহনা ঈরোয় তুখিবা লাপ্পা উরম্মী। মহাক্না ঈরোয়গী খোংবা তারদগী শগায়দগী কুমংহবপনি।

লমঈরোয়দুনা মুংশা মপী হোন্দুনা অয়োয়বা মীয়ং য়েংলম্মী। থন্না লাপ্লপনা কৈ শিহুনা তারম্মী।

মানসিংহনা শিরবা ঈরোয়দা থাংনা য়ানগে তৌরম্মী। অহুবু য়ানখিদরে। তপ্না হায়রম্মী 'শিরেদনা'।

কৈরোমদা য়েংলক্লম্মী। তপ্না তপ্না মহুগী মনাক্তা চংলক্লম্মী। নিন্নীগা লাখীগা মাগী মাগী তেন লৌখৎলম্মী। উদা ঙাহুনা লেপত্রে। ঈরোয় অমরোমদা তাহুনা লৈ।

মানসিংহনা কৈদা য়াম্না কুপ্না য়েংথোকলম্মী। লাখীনা ঈরোয়দা অমুক জঙ্গলদা অমুক য়েংলম্মী। শাহোয়বশিংদি লেপ্তুরি।

নিংথৌনা হংলম্মী, "কৈগী মঙকশমদা পাল্লিবা তেনসি কনাগীনো?"

নিন্নী মরু লুকথরম্মী। লাখীনা মায় ওনশিন্দুনা থুনা থুম্লম্মী, "নিন্নী-মৃগনয়নীগী।"

নিংথৌনা অমুক্কা হংলকই, "ঈরোয়গী লাইবক্তা য়ুংলিবা তা অসি কনাগীনো?"

লাখীনা হায়রকই, "মৃগনয়নী গী।"

বাহ। ধৈন্যনি! নখোয় অনি ধৈন্যনি!!! মানসিংহনা হায়-দোকখিরম্মী অহুগা মঙক্কগী সনাগী মণিমুক্তানা থাম্নবা লীক লৌথোকলগা নিন্নীদা শিবিরম্মী। নিন্নীনা মমায় লৈথোক্লগা উ-মকু থোক্লম্মী।

মানসিংহনা মখোল নীক্না তপ্না হায়রকই, "নিংথিরবী মৃগনয়নী, হায়বা ঙমত্রে অহুবু হায়দবসু য়াত্রে। নংগা লুহোংবা ফংগদরা? ঐগী পুন্সিগী লোয়নবী ওইবা য়াগদরা?

লাখীনা তপ্না মুংশা মপী হোনবা ফাথহুনা মাংদা চংশিনক্লম্মী। নিন্নীনা উ মকু অহু থুনা থুনা থোক্লম্মী।

লাখীনা হায়রকই, "মহুদি মাগী মবুংতনা হায়বা ঙমগনি।"

নিংথৌনা হায়রম্মী, "ঐ মঙোন্দসু হংগে। মাগী মপুক্লিংগী রা হান্না থংখিগে।"

নিন্নী লোক খুশিন্নরম্মী। লাখীনা ইঙ্গিৎ খঙখরে। মনাক্তা লেপললে।

নিন্নীনা তপ্না হায়রকই, "লাইরবগা অচৌবগা করম্না লৈমিন্নগনি?"

মানসিংহ খঙলে। মসি খঙনিংনা হংলিবনি।

মানসিংহনা হায়রম্মী, "হৌরকপদা ইপা-ইপু পুন্নমক লাইররম্মী, মথৌনা মপাঙ্গলনা হেনগৎলকপনি। থৌনাদি নংস্তু ঐডোন্দগী রাক্তেনা।"

নিন্নীনা হায়রম্মী, "অচৌবা মীদি হায়বনা অমা তৌবনা অমা ঙৌই হায়না রারী রাতাইদগী তায়।"

মানসিংহনা খল্লি, "মসি শকুন্তলাগী রারী তারম্নি।"

মানসিংহনা খোন নীক্না তপ্না হায়রকই, "নংনা পিবা লৈ অছু ঐগী কোয়েত্তা থেৎলি, মতুংদস্তু থেৎলগনি, ঐনা গঙ্গা য়মুনা পন্দুনা রাশক-পিবসিনী নও ঐগী পুন্সিগী লোয়নবী ওইরগদবনি।"

নিন্নীনা য়ানিংদনা হায়রক্লম্মী, "রাশকপিগন্নু।"

নিংথৌনা নিঙতায় তৌরম্মী, "অতুদি হায়য়ু করি হায়য়ুগে নিংথিবী।"

নিন্নীনা হায়রকই, "ঐ নিংথৌগী লোন খঙজদে।"

লাখীনা থুনা হায়রক্লম্মী, "নারকলোমদা ঐগী তেন তাখরে। ঐ থিক্লখিগে" হায়রগা নারকলোমদা চেনখরে।

"ঙাইথোনে কদায় চৎলিবনো লাখী? তেনদি সিদা লোয়না লৈরে।" নিন্নীনা হুংশিনা থামলম্মী।

নিংথৌনা মথুৎ তিংথোক্লগা হায়রম্মী, "সংসার পুক্লংরা খংরিবা রানি। নঙগী থুৎ ঐডোন্দা পিরকউ।" মমায় লৈথোক্লগা মিৎচিনা য়েংহৃনা মিছন দং দং হুন্না মথুৎ মিক্লা মথুৎ লানথোক্লম্মী।

নিন্নীনা হায়রকই, "ঐনা তৌরিবসি করি তৌরিবনো খঙদে। ঐগী ইজৎ থম্বীয়ু।"

মানসিংহনা থুনা হায়রকই, "ঈশ্বর সাক্ষি, নঙ ঐগী থম্মোয়গী রাণীনি অত্তুগা পুন্সিগী লৈতেং ওইরবনি খঙলেদনা ?"

"খঙজরে।" য়াম্না তপ্না হায়রক্লম্মী।

"করি হায়বা ?"

"য়াথং ইনজগনি।"

"ঐঙোন্দা য়েংলকউনে।"

"লাখীত্তু নারক্তা য়েংত্তুনা লৈরমগনি।"

নিন্নীনা মাগী মথুং অত্তু মানসিংহগী মথুক্তগী শংতে ক্লম্মী। মথুং শত্তোকপগা মমিৎ মুংশিনা য়েংলম্মী। মানসিংহগী মমিত্তা মুংশিবগী মিয়েং ফাউরম্মী। মিৎচান্নখরে।

মানসিংহনা লাউরম্মী, "ইবেম্মা লাখী তেন ফংলরিনী।"

নারক্তগী নোক্তুনা লাখীনা হায়রকই, "লোয়না কংলে শেন্দোংগা লোয়ননা ফংলে।" নোক্তুনা হরাউ হরাউ লাকই।

মানসিংহনা হায়রকই, "তেনদি কদায় নথুক্তদি অমক্তম্ভু য়াওদে।"

"লৈফমদা লৈ।" মহাক্না নিন্নীদা য়েংলগা লক্লত্তুনা হায়রম্মী।

"নংগী নতাম্ভু অণ্ডকপা অমনি।" মানসিংহনা নোক্তুনা হায়রকই। লাখীনা মমায় লৈশিন্দুনা হংলকই, "মহারাজ কৈদোঙৈ ফাওবা থুন অসিদা লৈবিখিগনী ?"

"নখোয়না চৎলু হায়বা মতমদা চৎকনি।"

"মুংঙাইদা। হৌজিক্তী জঙ্গলসিদা শা য়াম্না তানখিগনী।"

"পুন্সিগী মুংঙাইবা পুন্নমক ফংলে। নখোয় পুন্নমক ঐগা লোয়ননা গ্বালিয়র চৎলসি।"

"অসুম্না ?"

নিন্নী মমায় লৈশিল্লগা হায়রকই, "গ্বালিয়রদা ঈশিং য়াম্না রায় হায়না তায়।"

"হৌজিক্তি গুহা পুন্নমক লোয়না শেংদোকখ্রে। রানিংঙাই লৈত্রে। মানসিংহনা হায়রকই।

লমঈরোয়হ্ মখোঙ তিংথোরকলে, শিরে। মানসিংহনা মনাক্তা চংলগা য়েংলম্মী।

"নঙনা নখুৎমক্তা ইরোয়গী মচি লৈথোক্লগা তুহনবা নত্রা! ঈরোয়সি য়াম্না চাউই!" মানসিংহনা অঙকপা ফোংদোক্লম্মী।

নিন্নীনা খোঞ্জেল তপ্না ঈংনা হায়রম্মী, "ঐদি সিংশিংদরে কয়ম্না তৌথিবনো খংহৌদরে।"

নিংথৌনা মোমোন নোক্ত্না হায়রম্মী, "অম্ুক কনবা নপাজল কদায়দগী লৌরুই?"

লু লুক্লগা মোক্ত্না নিন্নীনা হায়রকই, "রাঈ তুরেল ঈশিংদগীনি। ঐখোয়গী অতোপ্পা করি লৈগনি?"

"রাঈ খুনসি নখোয় য়াম্না নুংশিত্রা?"

"য়াম্না নুংশি। ঐখোয় নিংশিংহুনবা লৈ।"

"গ্বালিয়রগী কিলাদা ঈশিং য়াম্না লৈ, মহু অমুক্তং য়েংউদনা?"

"ঐদি ঐখোয়গী তুরেলসি উত্রবদি লৈবা ওমদে।"

"গ্বালিয়রগী কিলা (কোম্নুং) অসিদা পুরসিন্না?"

"সাঁক তুরেল পুরগা চৎপনা কৈ।"

"কয়ম্না পুগনি?"

"নিংথৌদা খুনগী প্রজানা তাকপা দরকার ওইখিগত্রা?"

"খুনগী মীনা তাকপা নত্তে, নিংথৌগী রাণীনা হন্দৎপা য়াইনিনা।"

"খোং তৌরগা কিলা ফাওবা পুখিরোদনা। ঐদি মসিগী ঈশিং নত্রবদি থকলোই। পুগনি ঐনা রাশকদিবসিনী।"

"কৈদৌঙৈ ফাওবদা?"

"থবক থুনা হৌহল্লগে। লোয়রবরা করি অমুক পামলি?"

"ঐদি গ্বালিয়র চৎলগা পর্দা তৌরোয়।"

"তৌরুম্নু ফরে। করি অমুক পামলি?"

"করিম্নু পামজত্রে।"

শা-থোকপা কাংবু লাকলে। নমজিংবসু কিনা কিনা হায়া উদগী কুমথরগা লাকখ্রে।

মহাক্না হায়রম্মী, "ইনিংথৌ এবু ভাকপিয়ু, এনা সগায়দা কানবা হায়বৈ, মথোয়না য়াবিদে।"

নিন্নী মিচং চংহুনা খায়রকই, "এথোয়না সগায় কাজদবনি।"

মানসিংহনা নোক্না হায়রম্মী, "সগায় কাদবগী মহৈ মাংদা অাহুনা লৈরে, অাহুনা লৈরিবা কৈ অদু।"

শা হোয়বশিংনসু ঈরোয়গা কৈগা উরে। নিন্নীগী ওক্তা শিরিবা মশিনা থায়রবা সনাগী লীক উনগা শা কনানা হাংপনো হায়বা খণ্ডলে।

নিংথৌনা কোয়েত্তগী মনিগী মালা লৌথোক্লগা লাথীগী ওক্তা শিবীরে। হায়রকই, "নংসু থৌনা কবিনী।"

ঙৈহাক লৈরগা শাদানবশিংসু লাকখ্রে।

মথোয় মথোয়না তৌথিবা, তৌবা ওদবা ময়াম য়ারী শায়রম্মী।

নিংথৌনা লমওক অমসু হাংলে।

অটলসু য়োয়কলে। মাগীসু করিমত্তা কংলক্তরে। কৈ অমসুং লমঈরোয় উরে, নিন্নী অমসুং লাথীগী মওক্তা শিরিবা মালা উনগা মহাক হয়াউখরে।

## (২৫)

কিংখিয়বী মৃগনয়নীগা নিংথৌগা হুংশিনৈ হায়বসি ময়ামা মন্দির য়োয়কপদা থওনখরে। নিন্নীগা লাথীগা মন্দির নাকন্দা নাথৈহুনা চংলম্মী। পুজারীনা মথোয় অনিবু কৌশিল্লে। পুজারীহু হায়া শা তাবরবী পাওকংখিরম্মী।

হায়রকই, "ওসিদি মথোয় অনিনা হুন অমি চাইংহাংহনলে। ঈশ্বর খুরুমজরগা নয়ুমদা হনগ্রী।"

নিন্নীনা নাথৈহুনা খুরুম্মী, "ঈরুতদনা ঈশ্বর করম্না খুরুম্নগনি।"

লাখীনা মতেং পাংশিন্নম্মী, "হয়েং অমুক ঊজকয়গা লাকচরগে, মহৈ মরোং থ্রম্ম কৎচরগে।"

পুজারীনা মোমোন মোক্ত,না হায়মকই, "মপান্দগী লায়া থুরুমলো। ঐনা নখোয়দগী মহৈ মরোং লৌমোমজনে। মন্দিরগীদমক্তা থুমসি ওইনা লৌরগা লোয়রে।"

"কনাদগী লৌগদৌরিবা?" লাখীনা হংলম্মী।

নিন্নীনা লু লুক্লগা মমিৎনা য়েংখৎলম্মী।

"গ্বালিয়রগী রাণীদগী লৌবা তারেদনা।" পুজারী মকোক মোনথুনা হায়রম্মী। মায়কৈ অমরোমদা মানসিংহগা নিহালসিংহগা লাকপা উরে।

"লাইরবা লৌমীগী মচান্নুপীনি" লাখীনা মোক্ত,না হায়রম্মী, মসি হায়রম্লগা নিন্নীগী খুৎ চিংথুনা য়ুমলোমদা চংখ্রে।

নিংথৌনা পুজারী থুরুমলগা হায়রক্লম্মী, "শাস্ত্রীজি আশির্ব্বাদ পিনবিয়ু।"

"আশির্ব্বাদতি নিংথৌদা পিথুনা লৈরেনা।"

'মানসিংহ তোমরগা মৃগনয়নীগদা আশির্ব্বাদ পিনবিয়ু।"

"খুনগী অমদি মন্দির পুজারীগীদি লেমজনিংঙাইনি, মহারাজ।"

"গ্বালিয়রদা বৈদিক মন্ত্রনা হোম তৌথুনা লুহোংবসি পাংথোক-নিংই। অদোমস্থু লেংবিরকনবা থোয়াং তৌবিরো।"

"মহারাজ মথুদি কদায়দগী য়ারনি? মসি মকমসিগী চৎনবিনী। ঐ মুপী ময়ুমগী পুরোহিতনি, অদোমগী পুরোহিত গ্বালিয়রদগী কৌবিয়ু। ঐখোয় করিস্থু কৎনিঙাই লৈজদে, লৈদমক কৎচগনি। যজ্ঞ হোমগীদমক্তা মটলগী য়ুমদগী ঘী থুয়া অমা পুথোকচগনি।"

অটলস্থু হয়াউনা মকম অথুদা লাক্লম্মী। পুজারীনা মঙোন্দা হায়রম্মী, "মহারাজগা মৃগনয়নীগা লুহোংবসি মকম অসিদা তৌসিন্না মন্ত্রগা গ্বালিয়রদা তৌসিরা?"

মহারাজা চাউথোকচনা খুয়ম্মী, "মকমসিদা তৌগনি, মসি ঐখোয়গী ইপা ইপুগী চৎনবীনি।"

পুজারীনা মোক্ত্না হংলক্লম্মী, "নিংথৌদা পিনবা খরদি কৈবরা ?"

অটলনা চিংনদনা হায়রকলম্মী, "কম্যগা যণবী অমগা পিবা হায়বহনি। যণলাবা জুরাদি ঐগী থমহৌনি।" মখোয় রা নোক্লম্মী। অটলনা খল্লম্মী, ঐনা হায়রিবসি অপংবা ওইনা থোক্লব্রা ?

পুজারীনা নোক্ত্না করিগুম্বা খরা লোৎলগা হায়রম্মী, "যজ্ঞ হোমশীদি করি পীগনি !"

মহাক্না ইকায়রপ খুম্লক্লম্মী, "খরনা লৈগনি, খরনা পূরুগনি।" মানসিংহনা কোনশিল্লগা হায়রম্মী, "করিস্থ রাকত্থ লোয়না ফনবা শিনগনি।"

অটলনা তপ্না হায়রকই, "ঐনা অদোমদগী করিস্থ লৌভনিংদে।" নিংথৌনা থেমজিল্লম্মী, "রাগম্থ, লুহোংবসি নংগী লৈজবনা হোংগনি।"

পুজারীদা হায়রকই, "পুংকম অফবা য়েংবিরো শাস্ত্রীজি।"

মহাক্না নোক্ত্না খুম্লকই, "পাঞ্জিনা খঙজবা মতুং ইন্না য়াম্না অনকপা অফবা মতম পুথোকচবা ঙমজগনি মহারাজ।"

অফবা মতম পুথোক্লবা হোৎপা হৌরে।

নিন্নীগা লাখীগা খুন য়ৌদ্রিবৈদা ময়াম ঙাংনবা হৌত্রে।

"সুমিৎ ২/৩ নিগী মতুংদা নিন্নী লুহোংলগনি।"

"হৌজিক্তী মহারাণী হায়গ্রনি ! লাইবক্তা তম্নকপা হায়বহনি।"

"চানিংঙাই থকনিংঙাই লৈরমদবত্থ হৌজিক্তী রাত্ত পাদবা ওইরনি।"

"অটলদি পুক থন্না চারনি, নিংথৌগী মবাই হায়নরনি।

"কোম্নুংগী লম্বীদা দোলাই ফৈনা তোংলনি।"

"লাখীনা মনাইম্নুপী ওইরনি, নিন্নীগী মখোঙ নম্রনি, নিংথৌগী ফম থায়নি।"

"লাখীত্থ অটলগী গর্ভ লৈরিবনী। নিংথৌগী থৌজালদগী লোয়না কুপশিন্নগ্রনি।"

"হে ভূমিন্না লৈয়ুনে ! নিংথৌ তারবদি লোয়না শিরনি।"

"মখোয়নি চৎখ্রবদি লুৎ তৌবা কনাস্ত লাক্লোই, মকম অসিগী দশা কোক্লনি।"

নিঙ্গীগা লাথীগদি য়ুমদা লৈরম্মী। নিঙ্গী চীং লেপ্পা লৈনবা হোৎনরম্মী। লাথীদি মথুম মরাং হৌরম্মী মহাক হন্না হন্না নিঙ্গীগী মমাংদা লাক্লম্মী। লাথীনা নিঙ্গীবু মথৱাং শায়রগা চিংখৎলম্মী।

হায়রকই, "ঐগোন্দা য়েংলকউনে।"

"করিনো? ঐ অকিবা মানবরা?"

"কিদ্রবদি ঐগা মীৎচাগ্নৌ।"

"কৈদোগে হায়বনো?"

"মাগা উনহল্লবদাইনে?"

"ঐবু থাদোকউ, চাউরেদকো নংনা তৌরিবসি।"

"ফরে তাকউ, উথাদা করি রারী শায়খি।"

"নংস্ত লোৎশিন্নরুনা য়েংবদায়নে।"

"উথাদা থুৎ শোক্লবদি উই, রারী শান্নবদি তাদে। য়াম্না কুইগ্রে, করি হায়নৈ?"

"কদায়দা কুইরিবা মীকুপ অমতংচুবু।"

"হে ভগবান! য়াম্না তেনবা মীকুপ ওইরে! ঐদি তেন হ্নিবদা রারে। হায়য়ু করি হায়নথি?"

"ঐনা হায়থি ঐগী ইজৎ থম্মীয়ু। মতম পুম্বদা য়াথৎ ইঙ্গগনি। অসিত্তনি। থাদোকলো।"

"কদায়দা লুহোংবগে হায়রচু য়েংলসি।"

মতমচুদা য়ুমলোম্নবী সুপী অমা লাক্লম্মী। মহাক কোয়লাউ লাউদুনা হায়রক্লম্মী, "কয়াদা লাইবক ফরিবা। ঈশ্বরনা পুম্নমক থৌজানবিসম্ব। খুনগী মমিং চৎলনি। ফজবগী মতিক নিংথৌ ফংজরে। নিংথৌনা কোয়না থিরবস্তু সংসারদা অসিগুম্বা সুপী ফজরদি ফংলরোয়।"

সুপীচু য়ুমদা চংলকলে। মহাক্না নিঙ্গীনা শিরিবা লীক অহু য়েংলম্মী।

"ময়ল য়াম্লনি! কয়াদা নিংথিরবা অঙৌবা ওকসিদা।"

মুগীচুনা হায়রকই।

নিন্নী করি হায়নি হায়কম খওদরে।

লাখীনা হায়রকই, "মহাক্কী তেম্না কৈ কাপলে। ঈরোয়গী মচি পায়চুনা ইম্মোকলুরে মচুগী মনা ওইনা পিবনি;"

মুগীচুনা হায়রকই, "হায়জিনগমুনে। নিংথোগা লুহোংল-গদবনিনে।"

"করে।" লাখীনা শেমজিন্দুনা হায়রক্লম্মী।

মুগীচু মমিং ঈরা চেলম্মী, হরাউবগী ওমথৈ লৈরমদে। হায়রকই, "ঐথোয়গীদমক্তি নংগী মতেংনা শা যণ ওাকপিবা, লৌ-শিং ওাকচবা চরা অমা চাজবা ওমলিবনি। নং মুংওায়য়ু। ঐথোয়গী হায়ববু মসি মওাইরে।"

লাখীনা মুংশিনা হায়রকই, "ইন্দোল হৌজিক্তী ব্রা লোয়নদ্রি। ওইবু ওইরবদি করি হায়রুনি।"

মুগীচুনা মগী তৈথোক্লগা ফজনা হায়রক্লম্মী, "খুনগী মীশিং কনক্লরে, মচু তম্বা লাকলিবনী ঐস্তু।"

নিন্নীনা খওলে; মহাক্না খ্বাইদগী হেন্না কনক্লম্লনি হৌজিক তৌশিন্নবা লাকলিবনি।

মুগীচুনা হায়রক্লম্মী, "মচাপোক্তবীচুনা হায়নে, নিন্নী রাণী ওইরনি, কা চপ চপ শায়রনি, লাখীনা মনাইমুগী ওইরনি নিংথৌগী ফম থারনি, নিংথিজবীনি মাস্তু।"

নিন্নীগী মমায় ওাংশিন্নে অচুগা লাখীদি তুমিন্না লৈরম্মী। নিন্নীনা শাউন্না হংলম্মী, "কনানা হায়।"

মুগীচুনা চেৎনা হায়রম্মী, "মতাং চারগা হায়গে, হৌজিক্তী হায়ররোই। খুন্দা লৈমিন্নরিবনিনা। মখোয়না তারবদি ঐ পাউদম্বী তারনি। খুনগী তাম্মোকপিনি। ঐস্তু য়াওশিন্নরিবনি, হৌজিক্তী

হংলম্ন। মখোয়স্মু লাক্লনি। ঐনা তমই হায়রবা খংহনগম্নু। রাম। রাম। ইরৈমক কেনগনি, কদায়দগী হায়রুরিবা ঐস্ন।"

মখোয়নি ঈংনা খম্মরম্মী।

লাখীনা হায়রম্মী, "ইন্দোল নংসি কৈদকো। ঐখোয়গী রা কত্তবা মথৈ শন্দোকপীয়ে। ঐখোয়দি ইকায়বনা শিরে।"

মতমসিদা হুপী খরস্মু লাকখ্রে। মখোয় মোমোন নোকলম্মী। কলকপগী মীয়েং য়েংলম্মী। মখোয়গী তুংদা অটলস্মু হয়াও হয়াও লাক্লম্মী।

লাকপগা হায়রকই, "লুহোংবগী মতম লেপলে—নিঙ্গীগা মহারাজগা লুহোংবগী মতম লেপলে—হংচিৎ অসি পুজারী বাবানা অকবা মতমনি হায়রে। ঐখোয়গী করিস্মু লৈজদে. অদুবু খুঙ্গাশিংগী থোজান্দগী করিস্মু রাৎলোয়।

হুপী ময়ামগী মহুংদা হনুবী অমা য়াওরম্মী, মহাক্না খাইদগী হেন্না হয়াউরম্মী।

হনুবীনা হায়রকই, "নিংথৌনা মঙ্গৎ পিগনি। মঙ্গলগীদমক শেম শারো। য়ুমদা অহল লমন্দি কনাস্মু লৈতে। ঐখোয়না হেক্তা ইয়া ওক্লনি। হৌজিক ঈশৈ শকলো।

হনুবীসিগী রাওাংদগী নিঙ্গীনা অচুম্বা রা ফংলে। হুপীশিং মঙ্গলগী ঈশৈ শকপা হোবে। ভৈহাক লৈরগা অটলনা ফিংনা হায়রম্মী। পুম্নমক অসি কোনখিসি। অহানবদা করি তৌগনি হায়া হায়খো। নোংমতগী মতমদা ঙাইরে।

হনুবীগা হুপীময়ামগা থোয়াং তৌরকপদা অটলগী য়ুমদদি লুহোংনবগীদমক করিমত্তা লৈত্ররি।

অদুবু অটলনা চেংনা থাজবগা লোয়ননা হায়রকঈ, "ঐখোয়গী লৌবুক্তা অশং অমান লৈ, মন্দিরদা লৈ খরা লৈ, য়ুমদা য়াইঙং খয়গা লৈ। য়াইঙংনা নিঙ্গীগী মথুং শঙলনি। লৈনা নিংথৌদা কংলনি।

লবুক্কী মনা মশিংনা মন্দির, বক্সনরার অমসু খোংগাললনচিংবা লৈতেংলমি। নিংথৌদগী করিসু লৌরোয়। ইপা ইপুক্কী ইজং কনগনি।"

মুপী অমনা হায়রকই, "তোমরশিংগা গুজরশিংগা লৌনবা য়াবরা?"

অটলনা খুমলকই, "য়াইনে। পুজারী বাবানসু তাকখ্রে। মহাক্কা লুহোংবগী মতম লেপ্লীবনি। মহাকমক্কা লুহোংবসু শোনগনি।"

"হোয় মিংথৌনি। লোয়না তৌবা য়াই।" মসি হায়রগা মুপী অহু তুমিন লৈখ্রে। অহুগা থুনা লুহোংবগী ঈশৈ শরুকলে।

নিস্নীগা লাথীগা পোৎলুম পুখগুম রাম্মে অহুব মুপীশিংহু হনবা লৈতরে। মুপীশিংহু খরায় য়াওনা ঈশৈ শকুনা লৈরে। অকামপেৎ ওাক্লা শরুরে। মখোয়না কলরুম্বা মখোয়গী মুংঙাইতবা ঈশৈদা লোয়না কোকখরে।

অটলনা উমংদগী উ-রা য়ান্দুনা য়ুম-কৈ লৈতেংনবা শিংজং পুরগা চৎখ্রে। খুনগী মুপীশিংনা অকংবা পোৎনা লুহোংনবগী থৌরাং তৌথরে।

নিস্নীগী কা শিঙোলপগী পাত্র পায়গনি! নিংথৌগী ফম থাবগী মনায় ওইগনি!! রাশিং অসিদা লাথীগী পুক্লিংদা মথল মথল থল্লম্মী। অহুবু মহাক্কা নিস্নীগী তুংগী পুন্সি মুংঙাইগদবহু খন্দুনা মুংঙাইজরম্মী।

( ২৬ )

নিংথৌনা থাসিয়ুরনগী বিজয়জঙ্গ কৌরগা মাগী পুরোহিত ওইহল্লে। মহাক্কী মৌরুসী পুরোহিতসু লাকলে। মুপীগী মায়কৈদা বোধন পুজারীনা ওইরে। অটলনা মশাগী উমংগী ( লবুক ) মনা মশিংনা য়ুম্ন লৈতেংলে। খুনগী মীমসু লৈতেংবগী পোৎ শেম শাখরে। নিংথৌগীসু কললনা থুম্ন থাম্ন তৌগরে। লাথীগী নিঙাইনা অটলনা অমত্তা ঙাইজম্নবা

যমবী অহু চৎনবী মতুং ইয়া দান পিরে। নিংথৌনা দান লৌবদা হায়রকই, "যনবী অশিবী মমল সংসারদা লেপ্পা ঙম্বা নত্তে।"

ওসিদগী মৃগনয়নী হায়না কৌথ্রবা নিঙ্গী অসি মমল য়াম্লবা ফিরোল কন্না শেৎচিনখরে। অহুনা য়ারে।

বিদায়গী মতমদা মিঙ্গীনা লাখীবু কোন্দুনা য়াম্না কপখরে। কপ-মন্দুনা খোন শিখরে। লাখীসু কপমন্দুনা য়াম্লগদৌরে।

"ঐ নংবু গ্বালিয়রদা কৌগনি।" নিঙ্গীনা হায়রম্মী। হিক হিক কপ্লুনা লাখীনা হায়রম্মী, "য়েংনি।" মীকুপ অমদা খল্লকই, কা শিত্তোকবা পাত্র পায়বী মনাইমুগী হায়ফেৎ খল্লম্নগা য়াখলদু মাংখিরম্মী।

মৃগনয়নী নিংথৌগী দোলাইদা তোংদুনা চৎলম্মী। সাঁক তুরেল অমসুং য়ানা কজে খনজবা উমংশিং য়েংজরগা মমিত্তগী মপী শিন্থরম্মী। নিংথৌনা খুঙ্গং থাদোকত্রিঙৈদা চহি অমগী খাজনা লৌরোয় হায়না লাউথোক্লম্মী; অদুগীসু মথক্তা হান্না সাঁক তুরেলদগী গ্বালিয়র কাওবা খোং তৌহনখ্রবনি। মসি উবদা মৃগনয়নী পেনখরে।

গ্বালিয়র য়ৌরগা মহাকপু ওরুবগীদমক্তা অঙকপা ফংনা শিন লাংলম্মী। ঈশৈ নোংমাই, সহরগী শেম শাবা, মহৈ মরোংশিংগী অথেলপোৎ, লৈশিংনা অঙকপা ফংনা চাইথরম্মী, আরতি হায়রম্মী, জয় জয় লাউরম্মী। পুম্নমক অসিনা মৃগনয়নীবু ঙকহল্লম্মী। মহাক্না খল্লম্মী, নিংথৌ অসি অশেংবা ভগবানগী অবতার ওইরম্রা! নহান মপোক্কী যোগীরা? যোগ তৌবদগী নিংথৌ ওইবা ফংজিন্রা? যোগী কদায়বু কৌই? মহাক কৈদোই? মতাং চারবা কান্দা নিংথৌদা হংগনি? লাখীগা লাকমিন্নরম্লবদি য়ানা করি হায়নি? ঐঙোন্দা হন্না হন্না লক্লগনি। মহাক কয়াদা ফখ্রবা! হৌজিক য়ানুংগা মাগা লুহোংবিরগনি। থুনগী মীশিংনা পংঙাং ভাংনররোই। নোংমা লাখীবু কৌগনি। মৃগনয়নীনা খল্লম্মী।

নিংথৌগী বরগী জুলুসশিং তপ্না তপ্না কোম্নুংদা থুংখ্রে। থোংদগী দলানগী সিড়ি কাখৎলককলে। দোলাই পুদুনা সিড়ি কাবদা মাগী কা য়ৌবদা খরা

কুইরম্মী। মথক য়োৎবগা কোমুংগা তায়নরিবা চীং লম্পাক অহু য়েংলম্মী। মুমিৎ তাগদবা খরদি রাৎলি মুমিদাংবাইরমগী ঙ্রুঙাম্নবা মশেক্কা পাক চাউরবা লমপাক অহুবু ঙানথোইরম্মী। চীংথক্কা মৈথু রাংনা রাংনা কারম্মী। চীংথক্কা অপিকপা তুরেল চেল্লম্মী। চীং মনাক্তা অপিকপা খুন অমা লৈ। খুন্দুদা চাক থোংনবগী থৌরাং তৌনরমগনি। মনাউ মচাশিং খোংলমগনি। মনবীশিংসু খোংচুনা য়ুমদা চেনলকলমগনি। ইহে! মনবী মন্নাউদি ঐঙোন্দা দান ওইনা পিরকপ্রেনা। কদায়দা লৈরমগনি? মখাদা লৈরমগনি।

কনানা পুনবিরমগনি? কনানা মথা নানবিরমগনি! মুংশিরবা মন অহু ঐ উবা ফংলরোইদরা?

ফীজোল হোংদোক্লগা পান-ইলায়চি, মমম মুংশিবা থাউ লানশিল্লকলে। মঙ্গলগী পোৎ-চৈ লানশিলকলে। মখল মখলগী চানবা লানশিল্লকলে। মনাইসুপীশিং মরু লুকতুনা লেপ্লরে। অশেংবা মুংশিং ফংনবা থোংনাউশিং হাংদোরকলে। ফংবা মোন্তেক থাখরে। হিপ্পবগী মোল্লবা লূপা তোপ্পা ফমুং থাখরে।

মৃগনয়নীনা মপামগী রাখল খল্লরম্মী, সগায়না কদায়, থাবল ফবা অহিংদা লৌনা লেং লেং চৎপা, মখোয়গা রারী শাবদা মুংঙাইজবা, লমঈরোয়, কৈনা খোংবগী মখোল, লিরুং-তেন্না কদায়দা, লাখীনা লক্লবা থুৎ পায়হুনা চিংবা অমুক ওইররোইদরা? ঐ চৎপা ঙম্মরোইদরা? জেলদা লৈবদোনা লৈরদ্রা? মহারাজনদি পর্দা তৌহল্লোয় হায়খিবা রাকম ঙাকদরা? শোয়দনা ঙাকনিনা। মহাক্দি য়াম্না থুনা খোং তৌবা হৌখ্রে! মপাম থোকপা য়ারবসু ঐ কদায়দা চৎলুনি!

নিন্নীনা খোংনাউরোমদা য়েংলম্মী। হৌগৎলগা য়েংনিংলম্মী। মখোয়না করি হায়রনি? রাখন্দা খল্লি, খুঙ্গংগী মীনি। মখোয়দি লাইরিক লাইগু লৈরমগনি। ঐদি লাইরিক হৈতবীনি। ঐসু ঈশৈ খরদি ঙংবা হৈ। মখোয়দি চহি কয়া ঈশৈ শকপা তম্লরিনী। অহিংদা, অয়ুক্তা, সন্ধ্যাদা ঐ ঈশৈ শকনিংলক্লনি. কনানা থিংনি?

থিংত্রবস্থ করি থনখিনী ? মখোয়দগী হেন্না যভনা শক্লবদি মখোয়না করিস্থ হায়রোয়। মখোয় তেন কাপ্পা হৈরমগদরা ? তেন কাপ্পদি ঐনা হেনগনি। মহারাজ ওইরবস্থ, ইপুরোয়বা ওইরবস্থ। থৃৎ চুম্বা হায়বসিস্থ মহৈ অমনি, মসিদা ভয় ওইবা ম য়ুখিব, করি লে ?

য়ুমগী ফক্লাংশিংদা অয়েকপা লাই হেৎলম্মী। মৃগনয়নীগী রাখল অদোমদা চংখ্রে। য়াম্না পামজনা য়েংলম্মী। মখোয়সি করম্না য়েকলিগবা ? চিত্রশিংদা থরায় পান্দে হায়বদ ভায়, য়াম্না নিংথিনা ! মসিগুম্বদি অমুক্তা উথিদরি ! ঐখোয়গী যুঙ্গংদদি কদায়দগী লৈরনি ! ঐনা থুন্দা চংপা মতমদা পুম্নমকসি তম্লগা হৈরগা চংকনি। লাখীদুস্ব তম্বীগনি। হায়গনি, ইনম্মা ঐঙোন্দগী তম্মুনে। ঐগী মুংশিরবা লাখীদুবু হৌভিক কৈদৌরমগনি ? মহাক য়াম্না কপ্পমগনি ? ঐনা মাবু করিগুম্বদা থিনা তৌবিথি। হৌজিক্তী তৌররোঙ্ক। মৃগনয়নীগী মমিংদা মপী তারম্মী। মনাইমুপীশিংনা মরু লুকথখিবজু উরম্মী। মখোয়না খক্তি, কুইনা য়েংনন্দুনা মপী তাবা ওইরিনী।

মৃগনয়নীনা থল্লম্মী পুম্নমক অসি তম্বদা (মুমিৎ) য়াম্না কুইনা চংগনি। য়ুমদদি থুনা চংনিংই, চংপা ওয়দ্রগনা লাখীগা য়াম্নংগা কৌগনি। থুনদা মখোয় অনি করি মুংভাইনি ?

থংনবা কাদগী বিনাগী খোঞ্জেল তারম্মা। মৃগনয়নী ওল্লম্মী। কনানো অমনা খোংলি হায়বদি থঙলে। মখোক অদু য়াম্না মুংশিরম্মী। পুক্লিং মুংশিরম্মী। ভৈহাক লৈরগা ঈশৈস্থ শক্লকলম্মী। ঈশৈসিদি ! খোঞ্জেলসিদি ! অমুক্লবু তাখিদ্রনা। মুপাগী খোঞ্জেলনি অদুবু কয়াদা মুংশিখ্রবা ! মবক মরক্তা গুপী অমগী খোঞ্জেলস্থ তারকই। বিণাগী খোঞ্জেলস্থ থরা কনথংলক্লম্মী।

মৃগনয়নীনা মনাইমুপীদা অহংবা মীয়েংনা য়েংলম্মী। মনাইমুপীনা তাকলকই, "অক্ষাউবা বৈজুনি শক্লিবসি। খোম্বাংলিবী অসিনা মহাক্কী সেবক কম্নানি।

( ২৭ )

খুন্দগী নিংথৌ মৃগনয়নী মনাই মশলশিংগা চৎখ্রবদা খুন অহু পুমচিক চিকখরে। লাখীগা অটলগস্মু য়ুম অহু পুমহাং হাংবগুমখ্রে। লাখীগী মিং মিংকম হোংখরে। অটলগী মিৎস্মু পুমঙাং ঙাংখরে। অটলনা লাখী পুহুনা লবুক্তা চৎখ্রে। মুমিদাংব্রাইরম ফাওবা থবক শুদুনা মতম লেনলে। য়ুমদা হল্লক্লগা চাক ঈশিং চারগা তুমখরে।

মথংগী নুমিত্তা মথোং মখুৎ হামদোক্লগা লবুক্তা চৎখ্রে। উরুমদা ঙৈহাক ফল্লম্মী।

অটলনা ব্রা ঙাংবা হৌরকই, "হৌজিক ঐখোয় অনিস্মু লুহোংবনা ফরে।"

লাখী য়াম্না ব্রারম্মী, মহাক্কী মশক মকশিনখরে। হায়রকই, "নিন্নী য়াউদনা করম্না হোংগনি?"

"মহাকস্মু কৌরগা লোয়রেদনা। শোয়দনা লাক্কনি। রাণী ওইরবস্মু ইচন ওইরিদনা।"

'কৈদৌঙৈ কৌগদৌরিবা?"

"হয়েংমক কৌরগে খল্লি। মাগুবস্মু ইশং শংলি। মসিদা হয়েংমক হেক্তা হোংলসি।"

"নংবু ঙাউরবরা? ঙরাংদা মফমসিদগী চৎখি। হয়েংমক হেক্তা লাকউ য়াগদরা? মসিদি ঙসি ফাওবা খুন অসিদা থোক্তরি।"

"কৈদৌঙৈ লাকপগী চৎনবীদি লৈ?"

মহাক্কি মুকলাকস্মু লাক্লরোয়নে। অদুক য়াম্না চাউবা মহারাণীবু ঐখোয়গী য়ুম মচাসিদা নিংথৌগা মন্ত্রীগনা থাবিরক্তা!"

"করিগী লাকলোয়? কনানা থিংগনি। ঐনা হেক্তা পুরক্কনি। পুজারীদা মতম অকবা লেপহল্লনি। অহুগা থাজিয়র চৎলনি। মহাক লাক্লনি অহুগা মাগী মমাংদা মাগুবসিদা হেক্তা হোংলনি।"

"গ্বালিয়র চৎপদা মণিগী মালাহু পুখো। লুপা লিশিং কয়ামরম শিংকনি হায়নৈ। মহুদগী মণি খরা য়োম্বোরকউ। ঝিরোল খর লৈরকউ। খুনগী মীশিং চাক ঈশিং পিজগদবনি। পূজারী বাবাগী দক্ষিনা পিগদবনি। মহুনা থবক য়াম্না তৌনগদবা লৈ।"

"হোয়নে ফবেনে: ঐদি নিংবু নিংশিংদেনা। মালাহু কদায়দা লৈ?"

"য়ুমদা লোৎলগা থমলি। মহু শিবদা ময়াম কলক্নে। হুরান চিন্থী লাক্নদরা কি।"

"পুজারীদা হান্না অফবা মুমিৎ লেপহনখিগে। থুনা হল্লকে।"

"হাথু হাথুবিবা করিগীনো?"

"ঐখোয়নি পুনবা পামলে। অদুনা য়াম্না থুবা দরকার ওই।"

অটল পুজারী বাবাগী মনাক্তা চৎখ্রে অটলনা খল্লম্মী, নিংথৌগী মবাইনি খন্দুনা পুজারীনা মতম থুনা লেপলকনি –

পুজারীনা অটলগী হায়জবহু থুনা য়াবিখ্রে—

"ঐ ইরৈবাক থাদোকপদি ওমই অদুগা বর্ণাশ্রম থাওইদবদি ওমদে।"

অটলনা মহাক্কা পামজিবা রাখলহু খঙলে। মহাক্কা তপংনা ঈংনা থেন্নবা হোৎনরকই। হায়রকই, 'মহারাজনা মন্দির শান্নবা হায়রম্মী, ঐস্লু মহুদা ওমজব দক্ষিনা পিগনি।"

"ঐ মহু ওমলোয়। ব্রাহ্মণ অমত্তনস্লু ওমলোয়।"

"ঐখোয়গী অনেম্বা জাতিগী মুপীমচাশিংবু করম্না মুপী কুম্থাতরুক লোনবদা লুহোংবিবীবা?"

'মহাক নিংথৌনি। নিংথৌদি লাইগী অবতারনি, মহাক্কি তৌগে হায়বত তৌবা ওমই। মহাক্কীদি ফজবনি। নখোয়দি নিংথৌ নত্তে। নংগীদি য়াদে।"

"অদুবু ঐখোয় অনিদি লুহোংগনি হায়না লেপখ্রে।"

"লাথীহু নংগী গর্ভ পুরবরা?"

"নীনবনি, অদুম্বা নত্তে। গঙ্গাজল ওন্না শেংলীবিনি।"

"পঞ্জাৰকলগা মাগ্রৈ হাল্লজিন্দুনা পঞ্জাবু অপমান তৌগনু। নংনা নিঙাই তৌরবা অহুগা লাখীবু কাজিন্দুনা থম্মরদি খুন্দগী তাম্থোক্কনি।"

"ঐশোয়গী খুমজিদা মহাক্কী শাগৈ মাম্নবা কনা লৈ।"

"খুনগী মুপা—মুপী অমত্তুনা নখোয়না শোকপা ঈশিং থক্করোই। নংবু কনা অমত্তুনা শোক শম্মরোয়, চামিন থকমিম্নরোয় থবক ইনথাং শুমিম্নরোয়।"

"করিস্সু কায়দে, ঐ থালিম্নরদা চংথ্রনি।"

"নিংথৌনস্সু নংবু কাওথোকপিরকনি, প্রজা পুম্নমক্না নিংথৌগী মথাই অসি থর্ম্ম লৈতে হায়নরনি।"

"মকম অমদা হেক্কা চংথ্রনি, অহুবু চুমদবা অসিদি থাওবা ওম্নরোয়। অহানবদা নিংথৌ মনাক চংলগা চুমদবা রাশিং রাকংলুগনি।"

"ঐ ব্রাহ্মণনি। নিংথৌনা ঐঙোন্দা করিস্সু তৌবা ঙমলোয়। নিংথৌনা শাউরগা মাগী লৈবাক অসি থাদোক্লগা চংথিনী। ঐঙোন্দা নংনা থমকী তৌবসি কিগদবা নত্তে। ঐনা শাস্ত্রশিং অসি ইন্নায় লায়না তম্বা নত্তে। চংলো নিংথৌদা হায়রক্রো।"

অটলহু লৈহাক্তং ঈংথনা লৈরম্লগা ক্রং শাউনা চংখ্রে। লবুক্তা হেক থুংবগা মহাক্না হায়রম্মী, "খুজাইহু ফেংদোক্লগা ঈশিং পুরকউ।"

মখোয়না শিজিন্নবা খুজায়হু ইমোং মোংলম্মী! লাখীনা খুজায় ফেংদোক্লগা ঈশিং পুরকলে। অটলগী মমায়দা মুম্না য়েংলম্মী। থওখ্রে।

অটলনা ঈশিং থরা হৈরগা মথুৎ হামদোক্লম্মী। অহুগা মথুৎনা খুজাই লোরে। হায়রকই, "ঐগী নাক্তা কমলরাউ।"

লাখী ইঙক ঙকথরে করিনো তৌরিবসে! অটলনা মথকলোমদা য়েংখৎলগা হায়রক্লম্মী "হে ভগবান! ঐ পাথংনি। লাখী লৈশাবীনি। ঐনা গঙ্গা পায়হুনা রাশকলিবসিনী পুন্সিচুপ্না ঐগী ওইগনি।" মহাক্না মমিং উইশিল্লম্মী। থক থক নিক্লম্মী, মমিত্তুগী মপী তারক্লম্মী।

"করি তৌরবগে তৌরিসিবো?" লাখীনা মুংশিনা হায়রকই, অহুগা অটলগী মপীদু মথুৎনা তৈথোকপিরম্মী। অটলনা খুজায়হু

অমরোমদা থম্নী। হায়রকই, নংগী থুং ওইহ্ন ঐগোন্দা পিরকউ। লাখীনা মথুং তিংখোক্লম্মী, অটলনা-মাগী মথুক্ত পায়রে।

হায়রকই, "ওসিদগী নওসি ঐগী ওইরবনি। ঐগী শাগৈনা ঐখোয়বু তাম্হোক্লবসু তাম্হোক্লসমু। ঐগা মংগী মমী অসি ভবল-রোয়িদবনি। হংলকই, নও ঐগী ওইরেদনা?"

লাখী মমায় ভাংখরে। নোকফেৎ তোরম্মী।

হায়রকই, "হোই, ওইরে।"

"ওসিদগী ঐনা থুন্দা লাউথোক্লবনি, ঐখোয়নি লুহোংরে।"

"মখোয়না য়াগদরা? মখোয়না য়াত্রগনা ঐখোয় পোৎ য়োম্নগা থালিয়র চৎলেদনা।"

"থালিয়র চৎলোয়।"

"করিগীনো?"

"ঐখোয়গী ইথৌ পাংথোক্লগা চৎকনি।"

"নংনা হায়রিবসি ঐ ভাব তাদ্রে।"

"লাখীনা হৌবদগী লোয়বফাওবা মীন। থীনা ভাংনখিবহ্ন জীয়ে। মমৈদা হায়রকই, "মীনা ঐবু মীনায়নি হায়বা য়ারোয়, ঐগী ইচম্না ফাউবা। মহ্ন হায়রকপদা ঐ থাওবা ভমলোয়। নংবু নিংথৌগী মনায়নি, শৈদাংবনি হায়বা ঐ থাওবা ভমলোয়। ঐখোয়বু ঈশ্বরনা পাম্মোম পাঙল পিরী, থবক নোমগনি। করিগুম্বা থবক থয়া পাংথোক্লগা ঐ থালিয়র চৎকনি।"

"ঐদি ওসি হেক্তা থুনগী মীশিংদা লাউথোক্লনি। মখোয়না ফোংনা হেক্তা ঐগোন্দা শিংনবা ভমলোয়। ঐখোয়না থরায় থুবক্তা হাগুনা ব্রাহ্মণগী অমদি মাগী লাইরিক লাইশু কনখিবহ্ন ব্রাহ্মণদি কাও-রবসু থুনগী মীদি কাওরোয়।"

"নংনা চুমলে হায়বহ্ন তৌ ঐ নতুং ইনগনি।"

"অহুবুদি ঐ থাজেনে।"

( ২৮ )

অটলনা থিন্দনা মাগী অনিংবত্থু খুন্দা লাউথোকলে। থুনা মহুগী কপ কংলে।

অমনা হায়রকই, "মহু ঐথোয় খুন্দা ওইবা য়ারোয়।"

অমনস্থু মাগা মায়না হায়রকই, "মসি ধর্ম নত্তে। ফজ্রবা কালি যুগ লাকলে।"

"অহিরগী মুপীবু গুজরগী য়ুমদা!"

"থুনসিদা অহির জাতি লৈরম্লবদি মখোয়নি হাত্তোকখিনী।"

"পুজারী বাবানা করি হায়রে?"

"মসি ধর্ম নত্তে হায়না চুম্না হায়।"

"অটলগী মশেলদি নিংথৌনি।"

"নিংথৌ ওইরগা কৈদৌরবা? নিংথৌনবুদি জাতি অমগী মুপী হেক্তা লুহোংবা য়াই, মুপী অমা হেক্তা পুশিনবা ঙমই। অচৌ-অচৌবা মীবুদি ঙম্মীনে। তোঙ্খু তৌরিবনী। অটলদি কৈদৌনি? রাম! রাম!! রাম!!!"

"মহাক্কী নাপলসি য়েংউ। কাশি-রামেশ্বরদা শেংদোক্লবগুম কোয়চৎ চৎলি।"

"নিংথৌনচুম শাওরকলোইদরা? নিন্নীনবু মিচং চংবিগদরা?"

"ধর্মগী মাংনবা কনা অমত্তনা তৌবা ঙমলোয়। নিংথৌনা ধর্ম লৈত্রবদা কয়াম কুইনা পানবা ঙমগনি।"

"করিগুম্বা খরা তৌরক্লবদি?"

"তৌরক্লবদি বুংদেলখন্দ গা তাইনরিনা। ওরছাগী নিংথৌ খুন্দা চৎপ্রগা লোয়রে। মফমসিদা সনাপাম্বী লৈবস্থু নত্তে, করম্না ধর্ম মাংহনগনি? তুর্কী অমুক হল্লকপস্থু য়ারি।"

"পুজারী বাবাদি কয়াদ চুম্না হায়রিবা। নিংথৌনা লৈবাক তম্খায় অমা পিবক্কাউবদা অটলগী পুরোহিত ওইরোয় হায়।"

"হোয়, মনগা ঈরোয়গা লুহোংবা য়াউখ্রবরা জগৎসিদা ?"

"ঐখোয়না হান্না হায়রে লাখীদু অটলগী গর্ভ লৈরে। মহাক্না খল্লি থা ৪/৫ গী মনুংদা রা থোকচরক্কনি। হৌজিক্তগী হায়হৌ খুনগী মীবু অপংবা শিগনু।"

"লুহোংবা পাম্মী! ঐখোয়দগী মঙ্গল পিবা পামই !!"

"মানা ইকায় খংদবা শাদুনা তৌনিংবদা তৌবা য়াবরা ?"

"খুনগী পঞ্চায়ত অসি করিস্নু লৈতবগুম মানা পংশন্দা শন্দোক্কই! ঐখোয়সি মানা করিস্নু থানদে! ঐখোয় লাইরৈ হায়দুনা তৌরিবরা! ঐখোয়স্নু জাতি ফত্তবদি নত্তেদনা!"

"অচা অথক খরা পিজরগা থেমগদবগী তৌইনে। মাগী কড়ুদুনা করি কায়দৌরিবা ?"

"চামিন থকমিন্নবা, শোক্ল-পননবা, ভাংন-শক্লবা, মতোন্দা য়েংবা ফাওবা য়েংলুরনু।"

"মহাক মসিদগী তাম্থোকখ্রগা গ্বালিয়র চৎখ্রনি।"

"য়াম্না ফরনি। মফমদুদা লাখী মনাইস্নুপী ওইরনি, মাবু তান্নবা খুন্দা লুট তৌবস্নু লাক্লরোই।"

"কয়াদা লমচৎ ফত্তবা স্নুপীমচানো ?"

"খুনগী মনাক্তা লৈবা অহিরশিংদা পাউ পিসি। মখোয়না থুনা রায়েনগনি।"

"মদুনা ফগনি। খুন পুম্বনা মখোয়গা চংনদনবা অহিরশিংদা পাউ পিখ্রসি। নিংথৌনদি ঐখোয়বু লোয়না হাৎলোয়না।"

"অদুম তৌগদবা ওইরবদি ওরছা লৈবাক্তা চৎখ্রগা লোয়রে।"

সুম্বিৎতুমক্তদা মন্দিরগী খোংনাং মথাদা পঞ্চায়ত ফমলে। মখোয় নিগা চংনা খোৎনদবা লেপ্পরে। পুজারীনা রারেপ অসি পুরক্কবা পঞ্চায়তকী মতেং লৌথি

জগোয়শাবা পোটানা লাক্লগা য়াম্না মুংশিনা হায়রকই, "অটলসিংহ জী হৌজিক নখোয় অনি খুল অসিদা লৈরনু, নত্রবদি অনকপদা লৈরিবা

অহিরশিং লাল্লগা নখোয়বু হাংজরগনি। নং অমত্থুং লাখীনা লাইরবা ঐখোয়বু তেবাংই হায়বসি শুমল্লা। খঙই অহুনা ঐখোয়দু অরাবসি তারক্কনি। নংনা তোগদবিহু খুনা থল্লগা তৌরো।"

অটলনা থল্লমী।

জগোয়শাবনা হায়রকই, "অহিরশিং শোয়দনা লাক্কনি, খুন ময়ামগী অহিরশিং লাকপা য়াই। নিংথৌমু ধর্মগী য়াকমদা মথুং থিংজিল্লোয়।"

অটগনা হায়রকই, "নংনা হায়বা চুমই।"

পোটানা হংলকই, "করি থলে?"

অটলনা তপ্না হায়রকই, "হৌজিক ফাওবদি করিসু থনবা থোক্করি।" জগোয়শাবনা হায়রকই, "উপায় অনিথক লৈ, মথমসিদগী চৎথিবরা নত্রগা লাখীবু খাদোকপরা।"

"করি!" অটলনা থংহায় হায়রম্মী।

পোটানা হায়র্জরকই, "ঐনা অদোমগী ফনবা য়া হাল্লজংহনি। ঙাকশিগনি। অহুবু য়া অসি অচুম্বনি।"

অটলনা অমুক থল্লক্লম্মী।

পোটানা তপ্না হায়রকই, "সংসারসি য়াম্না পাক চাওই। অফবা মফম অমদা চত্তুনা থবক তৌদুনা মুংঙাইনা লৈথোকউ। খালিয়র চৎনবা থল্লবরা? অহুবু খালিয়রগী মনাক্তা অহিরশিংনা নিংথৌদা অমুক কোরশিল্লুরমি। নখোয়বু মুংঙাইহল্লোয়।"

লাখীনা মমুংদগী হায়রক্লম্মী, "খালিয়র চৎকনি।"

পোটানা লাখীগী য়া তারগা হায়রকই, "ঐনা হায়রিবসি মরম লৈ, খালিয়রদা হন্দনা লৈরুনি, মায় থন্দম লৈরোয়।"

পোটানা অমুক্তা তপ্না হংলক্লম্মী, "লাখীবু গর্ভ লৈরবরনে?"

"হেয়! হায়হৈদবা য়ানি!" অটলনা শাউনা য়ানিংদনা হায়রকই।

জগোয়শাবনা হায়জরকই, "রাউজী ঙাকশিগনী, ঐখোয়দি জঙ্গলগী অনি। খুনগী মীশিংনা হায়নবদগী ঐগী ইচিন্দগী থোকথিবনী।

মৌজিক খল্লো, করিনো লেপকদবা লেপলো। ঐখোয়স্থ কৈদম হোংনবা খল্লি।"

"কদায়দা চৎকদবা ?"

"ঐখোয় করিস্থ লেপ্তরি। নরবর কিলাগী মনাক্তা মগরৌনী কৌবা খুন-অমা লৈ, মহুদা ঐখোয়গী খঙন চাববা খরা লৈ। মকমছুদা চৎলুদবা কুইখরে। মফমদুদা শায়রুই। মনা ফংলকখি। মকমছুগী মীশিং য়াম্না কৈ। লৌউ শিংউনবগী লমস্থ মরাং কায়না লৈ। মকমদুদা লৈক্লচো। মুঙাইত্রগা মালয়াদা চৎলু। মালয়াদদি অয়াংপা লৈয়রোয়।"

"মগরৌণী কয়ম্বা জাতিগী থুননো ?"

"লুহারশিং অমদি কসেরৌশিং লৈবা খুল্লি। বনিয়াশিং ব্রাহ্মণশিং খরস্থ লৈ। অহুবু য়ারৌসি মফমত্রুদা হোদোকপগী করি দরকার ওই ? করি খল্লি ?"

"খল্লিবনী, ঐখোয় নখোয়গা লোয়নন। চৎলগে। নখোয়গা লোয়নরবদি লাখীস্থ মুঙাইগনি। মগরৌণী য়েরগা লেপ্লসি, মকমছুদা লৈগত্রা নত্রগা মালয়াদা চৎকদরা। মঙোন্দা হংখিগে।"

লাখীনা থুনা হায়রক্লমী, "ঐগী পোৎ খরা পুগনি, অরুম্বদি নত্তে।"

জগোয়শাবনা হায়রে, "ঐখোয়গী গধাশিং অসি করি তৌনগনি ? মসিদা ঐখোয়গী পোৎ নখোয়গীস্থ হাপকনি অহুগা তোংবস্থ তোংনগনি।"

লাখীনা গধাদা তোংলগনি খনবদা অটল হয়াউজরক্লমী, নোক্লমী। পোটাস্থ মুংঙাইরম্মী। অটলদি লেয়া লৈখরে।

"লাইবক্তা তম্বসি হেক্তা ওইরকই। লম্বী চৎপা য়ারবা মতমদা তোংনিংঙাই ফংলবদি ফরবনি।" অটলনা হায়রকই।

পোটানা থুনা হায়রকই, "রাউজী ঐখোয়গী নায়কিনা নংগী নচনগা লাখীগা খুবাক ময়ী য়েংখিবনী। মতমছুদদি নচনপা য়াজিমর শিংখোগা লুহোংগেতি হায়বা খঙনখিদে। পাঞ্জি নায়কিনগী রা অসি থুনা চুমত্রে ! লাখীগী মরমদা য়ানা হায়খিবহুস্থ চুমরবি। নহাক্তি থাজনবা য়াই

অহুবু থুনা চুমলকনি! নায়কিনগী লাইফাও অসি অমুক্তা লান্দে মহাক লায়গুম্বনি!"

লাখীনা ইমুংদগী হায়রক্লম্মী, "থুন অসি থাদোকুনা চৎকনি হায়থিবহুস্নু চুমলে।"

অটলনা অরেপ্পা রা হায়রক্লম্মী, "ফরে ভায় পোটা, নখোয়গা লোয়ননা চৎলগনি। ঐখোয়গী যন লাবা অনি লৈ। ঐখোয় মসিদা তোংলসি অহুগা গধাদনা পোৎ হাপ্লসি।

"ঐখোয়গী জ্বার লোকলে। মহু হয়েং অয়ুক হুমদোল্লগা লৌথৎ-লুবনি! মহু গধাশিংদা হাপকৎলনি খরানা যনশিংদা হাপবংদি। কয়াম্নু য়ামগদবনো?"

"ফরে, ফরে," হরাউনা পোটানা হায়রকই, 'থুন অসিদা কনা অমত্তদা খংহল্লুরম্নু। হয়েং অহিং হোৎৎলগা চৎখ্রসি। থুনগী মীশিংনা ঐখোয় চৎখ্রে খঙবা মতমদা ঐখোয়দি মাইল কয়া লাপ্না চৎলনি।"

অটলনা হংলকই, "মকমসিদগী মগরৌণী কয়াম লাপ্পী? কৈদৌঙ থুংগনি মকমহুদা?"

পোটানা তাকনিংনা তাকলকই, 'য়াম্না লাপ্পা নত্তে, মকমসিদগী কোস কুন-কুন্মাখোয় লাপকনি। মগরৌণীগী খাদা কোস অনি লাপ্না নরবুর লৈ। কনামত্তনা করি করি তৌরি থুঙলোয়। পুম্নমক মশা মশাগী থবক তৌবা ঙাক্কনি। অফবা মকমনি।"

অটলনা মথংগী হুমিত্তা ফৌ চেং লোয়শিল্লে। হুমিৎ চুপ্পা থুনগী মী অমত্তগা ঙাংনবা শকনবা তৌদ্রে। মুপী খরনদি লাখী উবগা হন্না হন্না মতিন শিৎলম্মী। থুনগী পঞ্চায়তনা লেপ্নথিবা রাকমশিংহু পাউ চেন্নবা মুপা খরদি অতোপ্পা খুনশিংদা চৎনখ্রে।

মখোয় অহিংদা তুমিন্না পোৎ-চৈ লোয়শিল্লগা চংখ্রে। লাখীনা মতুংদা কনা লাকপগে হায়না হন্না হন্না য়েংলম্মী।

জঙ্গললোমদা য়েংলগা মুংশা শর হোল্লম্মী। মসিদদি য়েক্করা কনা অমত্তা লৈদ্রে। জঙ্গলগী শাজিংমা থুনগী শাজিংদগী হেন্না যৈ।

অমম্ব। অহিংদা থরানমিচাকশিংনা কুফেৎ কাফেৎ ঙানবসিদা অরাপ্রদ। চীং অমা লৈবা উরে। মসি থালিয়রগী কিলা ওইগনি। মসিদা ঐগী নিন্নী লৈরমগনি, ঐগী নিন্নী। ঙসি ঐগা লৈমিন্নরম্লবদি কয়াদা নোক খেনা মুংঙাইমিন্নগবা! লম্বী অসিদা নোক খেন্থনা চৎকনি!

লাখী কপথোকখরে। লম্বীগী ইরাংলাংনা চৎপসিদা মানা কপ্লহু কনামত্তনা তাবিদবে। থরানমিচাকশিংগী কুফেৎ কাফেৎ মরক্তা মাগী মপীন্থ কনানস্থ উররে।

( ২৯ )

গয়াস্থদ্দিনগী য়াথং মতুং ইন্না খ্বাজা মটরুনা জগোয় শাবশিংহুগা মরি লৈন্নবা সি তাই দি থারক্লম্মী। সি আই দি অহু মথায় খুবাক্তা হাপ্তুনা রাঈ থুন ফাউবা য়োরকখ্রে। মফম অহু য়োরকপদা মৃগনয়নীদি নিংথৌ মানসিংহগা লুহোংখ্রে হায়বা খঙলে। মৃগনয়নী থালিয়রদা চৎখিবা ফুহংয়ে হায়বা খঙলে। লাখী চেনখ্রে, জগোয়শাবশিংস্থ চৎখ্রে হায়বা পুরমকসি খঙলে। সি আই দি অহুম মাণ্ডুদা হনখ্রে।

নরম্বরদা গয়াস্থদ্দিননা লান্দগে তৌরম্বনি হুদুবু তোকখরে। মহাক্না পাউ ফংখ্রে বঘর্রানা মাণ্ডুদা লান্দানবগীদমক্তা অহম্মদাবাদ থাদোকদোরি।

"কদায়দগী অপংবনো?" গয়াস্থদ্দিননা মপুক্লিংদা চৈরম্মী।

মুনিৎ থরগী মতুংদা পাউ ফংলে। বঘর্রা অহু খাদা খান দেশকী স্থলতান নমথনবা চংখ্রে মরমদি খান দেশকী স্থলতান অহু গুজরাতকী মখা পোনবা পামলমদে। গুলবর্গা অমদি বীদরগী লৈবাক কায়খ্রে। মসিদা নিংথৌ মরি মন্তা হৌগৎলকখ্রে। খান দেশস্থ গুজরাতকী মখাদা লৈনিংদবে। বঘর্রানা খাবোমদা চৎপগী মরমস্থ অসিন্নী।

গয়াস্থদ্দিননা বঘর্রাবু চিংনরম্মী। খান দেশরোমদা চৎশিন্নরগা মাণ্ডুরোমদা মায় ওল্লরুবদি। মাণ্ডুদগী খারোমদা থাম্না লাম্না চৎপা

য়াত্রে, মরমদি অ াংবা শাহজাদাগী মখুত্তা মাঙ্‌বু শিন্নরম্নদি অশিংবা ওইরোয় অদুনা গয়াস্সুদ্দিনগী রাথল তোফম থঙখিত্রে।

মটরুনা তাঙ্গা য়েংদুনা অচিকপদা বাদশাহগা উন্নরম্মী। শাহজাদা নসীরনা য়েংলগা মটরুদা হংলম্মী, "য়ু ফত্তবনি হায়রগা করিগী থক্লরিবা?"

মটরুনা হৈশিংনা খুম্নরুম্মী, ''মপু ইবুংঙো, অহল লময়নশিংনা মমাংঙৈদগী ফংতে হায়রম্মী অদু ময়াম্নদি য়ানদে অদুনা থক্লরিবনী।''

''ফত্তে হায়রদি ফরম্লরোয়।''

''মপু ইবুংঙো, ফত্তবা পোৎশিং ইনিংথৌনা শোকপদা অফবা ওই, ননায় ঐনা করি হঙ্গৎকনি? অসুম্না তাজৈ অচৌ অশাংশিংনা হিদাক ওইনা থকনৈ।''

''নঙদি থকপরা?''

''মপু ইবুংঙোগী মাংদা হঙ্গৎপদা লমহেনবা তাগনি!''

''নঙদি কৈদৌনা লাকইবা?''

"মপু ইবুংঙো, বাদশাহনা মপান্দা খোংলেংখিবা মতমদা মাঙু অসি অদোমনা পানবিগনী মতমদুদা ঐবু নিংশিংবীয়ু, য়ুম কৈ য়েংশিনবীয়ু। মপু ইবুংঙোগী হুকুম ঐঙোন্দা তাকপিগনি অদুদা ইকোক ককউ হায়রবস্থ ককচগনি।"

"ঐ সংসার য়েংবা পামই। লাইরিক য়াম্না পারে, অদুবু সংসারসি থঙবা ঙমদে।''

''মপু ইবুংঙোনা জয় ওইসনু। ঐ কথোকচরে। হুজুর য়েংনিংবত্তা য়েংবিয়ু পেনবা নাইবা সংসার নত্তে, পেম্না য়েংবিয়ু।"

''তাঙ্গা য়েংউ।''

"তাঙ্গা লাকনি অদুবু হৌজিকস্থ য়াইনা। য়াথং থিনবত্তনি থৌরাং লোয়রে খনবীয়ু। থরায় খুবাক্তা হাপচগে, মুল্লা মৌলবীনা মনায়বু য়েংশিন্দুনত্তা লৈ।"

''মুল্লা মৌলবীশিং থঙলোয়। ইতোমত্তা লৈ। অহিং অহিংদা লাকউ।"

"মপু ইবুংঙোনা ননায়বু য়াম্না চানবিরে। মপু ইবুংঙোগী মুংঙায়নবা অহিং মুংথিল মীকুপ অমত্তা কাংদনা সেবা তৌনবা অমা শিনজ্জরগে। মহু থুনা হেক্কা শিনজ্জরগে, ইনিংথৌঅহনবা খংগ্রবদি ননাইগী ইঙ্কাক অসি হুইগী চানবা ওইনখ্রনি অহুগা মপু ইবুংঙো অমুক্কম্না চেকশিন্না থমখ্রগমি।"

"মসিদগী হেনবা করি চেকশিননীংঙাই লৈ। শিনিংলবনী। ফরে নংনা হায়বহুনা ফরে। মসিদা লেপ্পরসি। অহুগা শেংনা শেংনা হায়য়ু, ফত্তে হায়রিবা পোত্তু কয়াম মুংঙায়বা জাৎনো? নহুগা তশেংনা ফত্রবরা?"

"মপু ইবুংঙো, অহুদা মুংঙাইত্রবদি নিংথৌরেলশিংনা করিগী পাম্নখ্রিবা?"

"মহু অমুক্কুং য়েংসি। য়ামদনা খজিক্কুং নত্রবদি খংথিনী। অতোপ্পা অমনা নংনা খঙনা অহুম তৌরো।"

"মপু ইবুংঙো করিস্নু লুনিংঙাই লৈতে।"

"হৌজিক ফাউবদি ঐগী করিস্নু লৈতে, তাঞ্জা লাক্লগা মনা পিগনি।"

"হুজুর, তাঞ্জা ফংগনি, ঈশ্বরনা থৌজানবীসনু। হুজুরগী মঙাল লাক্লগনি, নরব্বরদা লান্দাবগী মরম করি ওয়নি।"

"গ্বালিয়রগী নিংথৌনা তৌনিংবদা তৌরে।"

"অহুগা মপু ইবুংঙো, গ্বালিয়র লৈবাক্তা ফজবা চেক্লা অনিথক লৈরে। পাউ অসি পকশন শন্দোকপা য়াদে। পাউ অসি খংগ্রবদি ননাই ঐদি তিন কাংগুম শিরগনি।"

"ঐনা কনাদবু করি হায়গদৌরিবা? অহুবু মটরু ঐঙোন্দনা পংথিংদা থিংবা। য়ু, মুপী নহা অথিংবগী অথিংবা ঙাক্তা। ফরে ঐখোয়গী করি রাত্তনা, য়েংবা ঙারেদনা। হরাউ তয়াম্বা ফত্তে হায়বা ফৎত্রিবদি মীহাৎপসি নত্রা? ফরে কাউরনু।"

"হুজুরগী থৌজাল ফংলগা ননায়স্নু মুংঙায়জরে।"

( ৩০)

মহমুদ বঘর্রা মাণ্ডু থৈরগা খারোমদা খানদেশতা চৎখরে। গয়াসুদ্দিন্না যুনা নররবদা লান্দারে। মাণ্ডু ঙাক্নবা মমিংতা ওইনা নাসিরগী খুত্তা শিন্নরম্মী। তশেংবদি বজীরগী খুত্তা লৈরম্মী।

নররর মাণ্ডুগী অরাং নোংচুপ্তা লৈ। মালরাগী লম, চীং জঙ্গল কয়া লান্দুনা গয়াসুদ্দিননা লাম্মী য়াম্না পুক্নুনা নররবগী তায়নবা জঙ্গলদা থুংখ্রে।

নররবগী খা অমসুং নোংচুপ্তা চাউরবা জঙ্গল লৈ। সিন্ধ তুরেলনা লিলগী মতৌগুম চাউনা থেক খোয়না খা নোংচুপ্তগী লাক্নগা নররববু ওনাংচুপলোমদগী কোয়শিল্লগা অরাং নোংপোক্তা চোল্ল, অদুনা নররর অসি তুরেলসিগী নোংচুপথংবদা তুরেলনা ফৈদি কোনশিন্দুনা ময়ায়দা লৈ।

জঙ্গল অসি চাউই, শুকই, অকিবা ফংই, চাউর চাউরবা শামু শঙ্গু শঙ্গু চত্নুনা লৈ। কৈশিং, লমঙৗরোয়, শামুগগ্ণানচিংবা য়াম্না লৈ। অরাংদগী খারোমদা নররবগীমা খা-নোংচুপতা সিন্ধ তুরেলনা থেক খোয়বা ঘাট কয়া লান্দুনা চেল্লম্মী। পাক চাউরবা জঙ্গল অসি নররবগী নোংপোক্তা লৈরম্মী, খরা লাপ্না চৎলগদি জঙ্গলগী শরুক লোয়শিন্নকলে।

খা-নোংপোকলোমদা অসুকপা জঙ্গল লৈ। চীংগী চীং ঙাক্তা পরেং পরেং লৈখরে। অপিকপা মচৌবা তুরেল কয়া, পাৎ লবুক, জঙ্গলগী লৈতেম মান্নবা লম কয়া শন্দোকলি। চন্দেরী য়ৌবা ফাউবা কোস ৩০ শাংনা চৎলি। গয়াসনা চন্দেরীগী সুবেদারবু মাণ্ডুদগী য়াথং থাখিবনি। চন্দেরীগী সুবেদারনা চন্দেরীগী খা নোংচুপ থংবা চীং অদু কন্নম্মী। চীং অদু কন্নগা মহাক্না চন্দেরীদগী মালবা য়ৌবা লম্বী শেম্বা পাম্নম্মী। সুবেদারনা থবক অদু তৌরে অদুগা নররবদা চৎখ্রে। অপিক অপিকপা চোয়না তাবা হিন্দু রাউ অমদি রাঈশিংনা তৌবিমল থঙবা ওইনা মতেং পাংলম্মী। গয়াসুদ্দিননা লম্বীদা লাকপদা রাঈ অমদি রাউশিংনা মতেং পাংলম্মী। প্রজাশিং অসি মখোয় মখোয়গী লৌউবা পুন্সিগী অন্না-অনা কয়াদা লাম্বেংনন্নিবা ঙাক্নুনি। গয়াসনা মুংতিগী থবক ইনথাং নিয়ম নাইনা চৎথরম্মী। অমরোমদা গয়াসুদ্দিননা অদুগা চন্দেরীগী

সুবেদারনা অমরোমদা মখোয়নিমক নররবদা লান্দানবগীদমক্তা গ্বালিয়রগী সিমনাদা চঙলক্লে। অদুবু প্রজাশিংদি লান শোরুবগী রাখন্দি লৈরমদে করি থোক্লগবা হায়না খরদি চিংনরম্মী। গয়াসকা চন্দেরীগী সুবেদারগনা থুঙ্গং ওৎ নৈরমদে। লবুকস্থ মখোয়গী শগোলনা চানবা হৌরক্তমক লোবা নত্তনা মাং তাকহন্নমদে।

গয়াস্থুদ্দিন নররর য়োগদবা পংলাপ লাপ্লকতরে। খা-নোংচুপ্তা অশোংবা উমং, লৈতোং লেকুং অমদি অপাকপা লম খর নররবগী য়োগদবগী লম্বীদা লৈরম্মী। উমংনা কোয়শিনবা অহাংবা লম অমদা মহাক্কী সুবেদারনা লাম্মী পুদুনা লাক্কদবা ঙাইদুনা লৈরে। নররবগী কিলাদারনা মফম অদুগী চৎথোক চৎশিন তৌবা মীশিংদা হংবদা গয়াস্থুদ্দিন লাক্লে হায়বা খঙখরে অদুনা মহাক্কা মীকুপ নাহুম শিংনা ঙাকখরে। কিলাদারনা গ্বালিয়রদা মতম চানা পাউ পীবা ঙমখিদরে। কিলাগী থোং থিংজিনখরে অদুগা লাম্থেংন্নবা থৌরাং তৌখরে।

নররবগী অরাংদা কোস অনি লাপ্না মগরৌণী খুন লৈ। মফমদুদগী য়োং অমস্থং কোরীগী লৈতেংগী পোৎ শাদুনা ভারতকী অরাপ্পা মফমদা য়োনবগীদমক্তা যন গাড়ীদা হাপ্তুনা পুনরম্মী। মগরৌনীস্থ লানগী কোয়শিনবদা য়াউখরে। কোয়শিনবদা য়াউদবা লমগী মীশিংনা মাগী মাগী খুদোংচাবা য়েংদুনা অরাপ্পা খুন্দা লানজেন্নখরে।

হিয়াঙ্গৈ থাগী শীথরকপদা থানা নোংচুপ্তা তারম্মী। গয়াস্থুদ্দিনগী লানশং মকোক অদু চেকশিন্না লৈরম্মী। মফম খর খরদা মৈ হৌরম্মী। লানশংগী মায়কৈ মরিমক্তা খুৎলায় পায়বা লাম্মীশিং কোয়চৎ চত্তুনা লৈরম্মী। ময়ায়দা গয়াস্থুদ্দিনগী নিংথৌরবা কেম্প লৈরম্মী। কেম্পকী নাকন অমদা চাক চাফম অমরোমদা দরবার ফমফম, অদুগা তাইনবদা গয়াসকী ফম্ফম লৈরম্মী।

লাম্মীনা নীল খোংবা, জঙ্গলগী উ-রা ককথৎলকপা অসিনা মরম ওইদুনা জঙ্গলগী শাশিং লৈবা ঙম্লক্তরে, মরক মরক্তা কৈন্থ খোংলক্লম্মী।

মতায়থংবা লানশংদা লৈবা লাম্মীশিংনা মখোলশিং অদু শেংনা

তারম্মী। মৈক্লুংদা শীং য়ায়া হাণ্ডুনা মৈরী হেন্না খোকহন্দুনা মথোয়গী অকিবা কোক্রবা হোৎনরম্মী। অরাপ্পা চীংদোলশিংদা লৈচিলনা কোয়-শিনবা উরম্মী। মনাক নকপা অচৌবা উশিংছু নুংশিৎনা হুন্বদা হায় হুন্বহু মথোয়দা থমকা তৌরম্মী। অরাপ্পা উশিং মম্মী শামী উরম্মী। মৈরী হেনগৎলপদা মথোয় লোংলিবগুম তৌরম্মী। অদুগা মৈরী তপথরগনা মথোয়দা অকিবগী মশক ওইহল্লম্মী। লাপ্পা শামুনা খোংবা কৈনা ভংবা তারগা লাম্মীশিং মৈ মনাক্তা চংশিল্লম্মী অদুগা মৈ মনাক্তা হুন্না হুন্না যেংলম্মী। মথোয়গী মকোক থক্তা আকাশ নত্তনা করিসু থল্লমদে।

গয়াসুদ্দিনগী পোথাফম কাগী নাকন অমদা মৈ হৌরম্মী। অম-রোমদনা য়ুগী পাত্র, অমদা মণিনা থাল্লবা কপ সেবা তৌবীশিং বিদায় তৌথরে। গয়াসকী থারিবা গাদিগী মথাদা খ্বাজা মটরু ফল্লম্মী। শামুনা খোংবা, কৈনা ভংবা খরা খরা তাম্না তারক্লে মথোয় অনি য়ারী শাবা মতম কুইরকলে। রাঙ্গী খুন্দা থাখিবা অরোনবা পাউমীশিংনা চেনখিবা সুপীমচাদুগা জগোয়শাবশিংগা থিবী হায়না লম্বীদগী পাউ পীরকলে। পাউমীশিং অদুনা পাউ অসিগা লোয়নন অতোপ্পা পাউ খরগা থারকলে।

চেনখ্রিবা ফজবী সুপীমচা অদু জগোয়শাবশিংগা লোয়নখ্রে হায়বা সুলতান্না থাজখরে।

জগোয়শাবশিংদু সি আই দিনা থিবা খণ্ডরবসু জগোয় শাবশিংনদি নরবরদা লান্দরেখংলবনিন। কেম্প অসিদা মশানা অতুম লাকচরনি। মাণ্ডু-দগী অমুক লাপ্পা লাক্লগা হৌজিক অমুক হনবা হায়বসি ওইথোক্কবনি।

মটরুনা হায়রকই, "জহাঁপনাহ, ননায়বু হায়জৌ হায়রবদি, চন্দেরীগী সুবেদারদা নম্বর কোয়শিন্নবা শিন্নরম্লসি অদুগা ঐথোয়না থাজিদুর কোয়শিল্লুরসি। মহাক (লাখী) মৃগনয়নীগী মনাক্তা থুংলম্বা য়ারে।"

সুলতান্না চাথোম চাউনা চারগা হায়রকই, "মহাক খুন্দগী গ্বালিয়রদা চৎখিবা ওইরবদি মহাক্তা জগোয়শাবশিংগা মাংখ্রে হায়বা পাউ অমি করিগী লাকলিবনো? নণ্ডনা হায়রিবসি অচুম্বা থরদি

লৈ, নররবুনা সুবেদারদা শিন্নরম্বা অছুগা ঐখোয়না গ্বালিয়রদা চৎপা হায়রিবসি। মেৱারগী রাণাদি লান অসিদা য়াউরক্লরোয়। জৌনপুরদি কিনিংঙায় লৈতরে মরমদি সুলতানস্ত বঙ্গালদা চেনখ্রে। ঐ রাখল অমা লাকলে। মটরু, সুংঙায়দা! করি হায়নি!''

''জহাঁপনাহ!''

'হে মিয়া, গ্বালিয়র লোয়শিল্লগা কালপি চংলবা অছুগা কালপিদগী দিল্লী, বালিদ মরক্কমনা তৌবা গুমদবস্তু ঐনা তৌরবদি শিরবস্তু ঐগী মিংচৎ লৈহৌরনি! নও করি হায়নিংই?''

''রাখলদি কয়াদা ফখ্রবা! ফরে জহাঁপনাহ চিংননিংঙাই লৈত্রে!''

শামুনা তাম্না খোংবা তারম্মী। গয়াসকী মপুক্লিং সুংঙায়রম্মী।

হায়রকই, 'অহিং অসিদা খোংলিবসি কয়াদা সুংশিখ্রবা। অশোংবা উমংসিদা, নিংথমথাগী নোংঙাল্লমদায় অচিকপা অহিং মমৈ ওইরকপসিদা শামুনা খোংলি! ঙৈহাক্কী মমাংদা কৈ খোংবা তারম্মী। তাঙ্গা ফংলবদি শা তাম্লিংই। কোয়শিল্লবদি শামু ৫০/১০০ কাবা গুমগনি। হন্দক্তি নররর অসি মালবাদা পুনশিল্লগে।''

''চন্দেরী ফাউবদি ইনিংথৌগী ওইরেদনা, নররগা তিনশিল্লবদি য়াম্না চাউখৎলনি। সুবেদার অমনা নররদা থম্বা অছুগা অমনা গ্বালিয়রদা।''

''নও পংছুনা অহুম লৈরনী। গ্বালিয়র জয় তৌরগা নিংথৌ মানসিংহবু সুবেদার ওইহনগদবনি, ঐনা পামলিবদি মৃগনয়নীদনি, গ্বালিয়র নমথবা নত্রে। রাজপুতশিংদি মরৈবাক কল্লবা হোৎনবদা মথ্যায় থাদোকপা পামুদবনি।''

মটরুনা মপুক্লিংদা খল্লকই, "নুপী অমা পাম্বগীদমক সংসার মৈ থাবা।''

থুনা পাউথুম্লকই, "ইনিংথৌ অচুম্বনি। নররগী সুবেদার অসি রাজসিংহ কছুরাহাদা পিরসী। চহি খুদিংগী লোয়পোৎ কাররুনি।''

''থবক অসি বালিদ মরক্কমনা তৌবা গুমখিদবসি ঐ ইশানা তৌবা

ওন্নি। ফরে রাকম অসি মসি নত্রি। রাকমদি জগোয়শাবশিংনদি লাকনিংলবস্থ সত্রি ময়াম কিবদগী লাক্লয়োয়।"

"ইনিংথৌ য়াথং ফংলবদি সি আই দি থাহুনা থিহল্লসি।"

"ঐসু খল্লিবনী, জগোয়শাবশিং ইজৎ লৈনা মীয়াম মমাংদা নীংতম্না জগোয় শাজরসনু মশা মতোমতা লাকচরনি!"

"চুমইনে মহুনা ফরনি।"

"অদুবু রাখল অমগা লৈনে, অঙাউবা রাজপুত খর জগোয় শাবা শাহুনা কেম্প অসিদা চংলকপা য়াইনে, মখোয়না শেরান তুরান তৌরবদি লান্মীশিংগী ফরোয়নে। অসিদা নত্তনা চন্দেরীদগী লান্মীসু লাক্লরিনি। মখোয় গ্বালিয়রদা চংলবস্থ য়াই!"

"রাজপুতশিংনা জগোয়শাব শাহুনা লাকলোয়না ইনিংথৌ।"

"মিয়া, নংসি পংখ্রেদকো! অশিংবা অলাউদ্দিন খিলজীগী মফমদা চিতোরগী রাজপুতশিংনা মখোয়না দোলায়দা (মুপী) শাহুনা লৌনমখিবহুদি কয়াম্না।"

মটকুনা য়ানিংবা ফোংদোকই। গয়াসুদ্দিনগী ইঙ্গিৎ অমদা মহাক্না য়ুগী পাত্রদগী কপ অমগা অমুক হৈরে। মশামকস্থ মুংঙাইজরে।"

শামুনা খোংবা তারক্লে।

গয়াসুদ্দিননা নিংবা কায়না হায়রকই, "কয়াদা মুংশিনা খোংলিবা!"

( ৩১ )

লাখী অমসুং অটল জগোয়শাবশিংগা লোয়ননা মুমিং ৪/৫ নিদা মগরৌনী থুংলে। গ্বালিয়র অমসুং মগরৌনীগী অরাপ্পা কোস ২১/২৩ দনি, অদুবু চীং ময়াম, জঙ্গল ময়াম লানবনা মতম চংবনি। অদুগী মথক্তা জগোয়শাবশিংনা চৎনিংবা মওংদা চৎপনি।

মগরৌনীদা জগোয়শাবশিংনা খুনগী চিদায়দা মখোয়গী কেম্প শারে। অটলগা লাখীগস্থ মখোয়গীদা ক্ষাংহুনা লৈরে।

লাথীনা খল্লকই, "মসিদগী থাক্লিয়্রবা হেক্না কৈনা, কদায়দগী লাকল্লুরিবা? শিরবদি রাকনা ফাওব রাইগী খুন য়ৌনা ঐখোয়গী শক শয়াং পুখিরবোয় ।।

অটলনা খল্লক্লম্মী, ঐনা অরেম্বদা রানবা শিক্লে ।

লাথীগী অরাবা মায়থোং, অরাবা স্বর তারগা অটলস্থ রাথরে, খল্লি মফমসিদা মাগী কনাদি লৈরী? ঐনা গঙ্গাজল পায়রুনা রাশক-খিবদু মায়থিরগদ্রা? ঐনা ঈশ্বর পন্দুনা মাবু লৌগনি রাশকদ্রে। ঐ হৌজিক রাশক কায়বা তাররবা? কায়বা য়াবোয়।

হৌজিকপু ঐখোয় জগোয়শাবা মরক্তা লৈরগা পোটা অমদি পিল্লীদোনা ওল্লগদ্রা? চৎনিংলবস্ম কদায় চৎলুনি?

মফমসিদা য়োং অমদি কোয়ীগী থবক য়াম্না তৌই, খুৎশুমল ফংগদবা মাল্লি। থবক শুরগা পুক থনবা ফাউবদি য়াগনিনা, থবক থিবা তায়।

মথংগী নুমিত্তা থবক খিবা, লৈফম খিবা, খুন্দা কোয়থোক্লম্মী।

পিল্লীনা লাথীগী মনাক্তা লাক্লুনা ফমলরে।

হায়রকই, "অরাবনি খোংচৎ অসিদা নঙ য়াম্না রায়রিমী। ঐখোয়দি চৎপগী চৎপা অমহাগী অমহানি। ঐখোয়দি অফংবা মফমদা পোথাবনি। নংদি অরাবা কোক্তরি। হৌজিক্তী ফরক্লনি রাক্তরম্ম। নায়কিনগী রাদু চুমদবা য়াওদবনি।"

লাথীনা নুংশা মগী হোন্দুনা হায়রকই, "অরাবদি থাংবা তাইনা। শৌমী শিন্নীগীবু অকবা ফত্তবা নায়বরা?"

"নওগী নমান্নবী নিন্নীদি মৃগনয়নী ওইথরে। খুবাকময়ী য়েংবগী রাদু চুমদ্রনে?" পিল্লীনা নিংশীংলক্লম্মী।

পিল্লীগা নায়কিনগনা জাদু মন্ত্রগী মতেংনা খুবাক ময়ী য়েংলগা তুংগী তাকপা ওম্বা, মী থমায়বা ওম্বা শক্তি কয়ারক হন্না তাশ্রে। লাথীনা কপিওম্বা খল্লি থাজরম্মী।

লাখীনা য়ানিংদবা উত্তরে হায়রকই, "মতুদি থংইনে। লংফৈদা নখোয়বু পুয়মক্কা থাজনৈ।"

"নায়কিন্না হায়, থা অমগী মনুংদা নঙ কিলেদার নত্রগা ঠিকাদারগী মুপীদা নত্তনা মহারাণী ফাউবা ওইরনি।"

"থবক ইনথাং ফজনা ফংলবা, জাৎ বিজাৎ খেন্নবগী অরাবা লৈত্রবদি ঐখোয়গী অরাৎপা করিস্ সু লৈত্রেনা।"

"মাণ্ডু য়ৌরগা থঙগনি নঙ মফমতুদা কয়াম্না মুংঙায়বগে হায়বদো।"

"মফমসিদগী মাণ্ডু কয়াম লাপলি ?"

"করিস্ লাপতরে। চীং থরা জঙ্গল থরা লাল্লগা লৈরে, অশংবা মনা-মশিংনা থনবা মালরানি। মফমতুদা মাণ্ডুগী নিংথৌ সুলতান লৈ। য়াম্না ফজবা দেশনি। খ্বাইগুম্না চারা হেনবা লম নত্তে। মফমতুগী পোৎ থরা য়াউরি য়েংগেরা ? নঙোন্দা উৎলুরা ? অতুবু মসি কনামত্তা থংহনরা য়াবা নত্তে।"

"করি পোৎনো ?"

"উৎকে য়েংউ। মসি কনাদস্ থঙহল্লোয় হায়না হান্না রাশকউ।

কালেনগী নালা অকংবদা ঈশিং থজিক্কুং লাকপগুম লাখীগী মায়থোং থজিক্কুং নোকফেং তৌরম্মী। হায়রম্মী, "রাশকলে, করি মশান্নো ?"

পিল্লীনা মখোয়গী ফী মরক্কগী সনা অমদি মণি মুক্তা লৌথোক্লগা মমাংদা থম্লম্মী। লাখীনা মপুক্নিংদা মাগী মণিগী লীককা মখোয়গীদুগা চাংদম্নরম্মী। ঐগীসিনা মখোয়দগী হেন্না ফৈ খল্লম্মী। মাগীদি কনামত্তা উহন্দনা চেকশিন্না থমখ্রবনি।

পিল্লীনা হায়রম্মী, "মসিগী মমল পংয়াম য়াম্না নত্তে অতুবু মখোয়শিং অসি ফংলবদি ইনাক খুনবা অমদি ওইরেদনা।"

"করম্না ? লাখীনা থঙনিংনা হংলম্মী। পিল্লীনা লাখীগী থঙ-নিংবতু অয়ুক্কা হেনগৎহনলম্মী, "মসিদা নত্তনা মসিদগী হেনবা মমল য়াম্বা কয়া ফংগনি। মসিদী মমল য়াম্বা নত্তে, মসিদী নরন্নরগী কিলা লৈবা ওম্বা ফাওবগীদংনি।"

নরবররগী কিলা অসি মগরৌনীদগী কোস ২ লাপই। সিন্ধু তুরেলগী ময়ায়দনি। গ্বালিয়রমক উবা ফংদ্রবস্থ মসিদি উরনি। লাখীগী মপুক্লিংদা খনজন্মী।

"করম্না উবা ফংগদৌরিবা?" লাখীনা হংলম্মী।

"মাগু য়ৌরগা।" পিল্লীনা খুমলকই।"

লাখী খংচিং চিংনরম্মী।

মহাক্না হন্না হন্না হংলম্মী, "করম্না? কনাদগী?"

পিল্লী জগোয় শাবী নুপীনি। মহাক্না লাখীনা চিংনরে হায়বসি মমিত্তুগী খংলে।

হায়রকই, "নায়কিন্না অসিতমক হায়, নুমিৎ ৪/৫ নিগী তুংদা হায়রক্কনি। মসি ঐনা পিবনি খল্লগা নঙ লৌরো।"

পিল্লী মোমোন নোক্লা লীকশিংত্নু মঙোন্দা পীরে। মীংখিরবা ফীজেৎ লৈতেং উবদা লাখীনা পায়ক্লম্মী। মহাক্না লীকশিং অতু লৌগে তৌবদা লকক তৌরে। লীকশিং অসি সনাগী ওইরমদবা য়াই নত্রবদি মখোয়গী খুত্তা কদায়দগী লাক্কনি? মখোয়না অন্তুক য়াম্না পামহল্লিবদি কপ্নিগীনো? অটলদা মখোয়না লোন্না লোন্না মোমোন নোক্নুনা য়েংলিবসি ঐগা লোন্নবী ওইবা পামল্লিবরা? লীক কোনসি লৌবা তারবস্থু অটলগা তান্নরগা লৌরগে।

হায়রকই, "ভাইখো মহাক লাক্লগা লৌরগে। নঙনা ঐবু য়াম্না নুংশিবীরে।"

পিল্লীনা খল্লি, ওস্তোকপনিদা। হায়রকই, "অফবা কিরোল, লীকশিংসি শীরবদি ময়াম্না হায়মগনি, কদায়দগী রার্গনো। মাগুগী অচৌ অচৌবশিংনা কললগনি।"

পিল্লীনা রাশী লৈত্তনা নোক্লম্মী। লাখীনা মহাক্কী লমচৎ ফজনা খংলম্মী। অত্নুনা থোয়না ফত্তনা খনলুদে! খল্লকই, মসিগী ইনাফি অপাবশিং অসি শেৎলবদি তুখোং ফাউবা উরনি। অউবনা জগোয়শাবী মান্ননি! ছিঃ লীকশিং অসি অশেংবগুম্না তৌই, অথাবা ফী ইল্লগা

শিরবগু মুপীশিংনা কল্লকনি, মুপাশিংসু তকশি শোনগনি। লাখীনা মুংঙাক্ল মুংঙায়বা রাখল ভাবনা শারম্মী। অদুবু মমিত্তা অটল উরক্লম্মী।

লাখীনা হায়রকই, "ফীদি এখোয়গী শেৎনবা অমুম্না শেৎকে।" পিল্লীনা মুংঙায়তনা হায়রকই, "রাণী মৃগনয়নীসু গালিয়রদা খুঙ্গংগী মুপীদোনা শেৎলমগদরা? নঙসু গালিয়রদা মহাক্কা লোয়ননা চৎমিন্নরবদি অদুম্না অদুম শেৎকদরা?

লাখীনা খুনগী মুপীশিংনা হায়খিবা মুংঙায়তবা রাশিংদু নীং-শিংলক্লম্মী। নিন্নীগী কা মহী শিত্তোক্লবা পাত্র পায়বা, নিংথৌগীসু......। মহাক্কা রাখল য়াম্না খল্লুদ্রে। হায়রকই, "সিদা লৈরবসু মাণ্ডু চৎলবসু নংনা হায়বদু য়ারে, ছৌজিক্কী মসি অসুম শেংখিগে।"

"মাণ্ডুদা চৎকনি। অচৌবা খুল্লি। মসিদদি করি লৈ?"

"চৎকনি। মকমদুদা লৈবা চীংশিং, জঙ্গলশিং মসিদগী হেন্না চাউই। মকমদুদা শামু কাউবা লৈ হায়!"

"হোয় লৈ। লমসিদি চাউখত্তবনি। লমসিদগী চুন্না চৎলগা মাণ্ডু য়োই। নহাক্কী শাগৈ অমসুং কুররজীগী শাগৈ জাতি মকমদুদা লৈরমগনি, মখোয় খংহনবা য়াবা নত্তে।"

লাখীনা খল্লি; খংলবসু থেংনরগনি।

মহাক্কা হংলম্মী, "মাণ্ডুদা এখোয় জাতিগী মী লৈরমলোয়দরা?"

পিল্লীনা খুম্লকই, "লৈরমগদরা লৈরমলোয়দরা খঙদে। অদুবু মুজাকাদি লৈ। মা উরবদি নঙ ঙকনি।"

"নোংমা য়েংগনি, মাণ্ডুগী কুম্মৈ ফীয়োং পুম্বা য়েংগনি।"

"মকমদুগী কুম্মৈদি য়াম্না য়ামই। শামু রায়নবা, মুপাশিং মুক্কা শান্নবা, মুপীশিংগী ঈশৈ শকপা, জগোয় শাবা, শণ্ডমগী জগোয় মখল মখা য়াম্না লৈ।"

"মকমদুদা শামু করম্না রায়নগনি?"

"শামুশিং রায়নগনি, খোংগনি, মউদনা মথক্তা ফমদুনা শামু

হ্রায়নহনগমি, সুলতান্না অচৌবা শামু অমদা ফন্নগা য়েংগনি। প্রজানা নাকল অমদা মুংঙায়না য়েংগনি।"

"য়াম্না মুংঙায়বা কুম্মৈ ওইগনি। শোয়দনা য়েংগনি।"

"নংনা অফ অফবা রেসমগী মচু মচুগী ফী শেৎলগা চৎপদা মুপী-শিংনা কল্লক্লগনি। হায়নগনি, হে ঈশ্বর! অমুক ফজবা মুপীসি (অপসরা) কদায়দগী লাক্লিবা মফমসিদা!"

"হা! হা! হা!! ওইবা য়াই। অতোপ্পগী ফিরোল উরগা কল্লকনগনি।" লাখী নোক্ল নোক্লগা রারী শারম্মী। মহাক্কী হ্রাখন্দি শামু হ্রায়নবদা লৈরম্মী। পিল্লীনা তাঞ্জা ফংহুনা হায়রকই, "লীকশিং অসি শিন্থুনা অমুক্তং ফজবরা য়েংসি। পামদ্রগা অমুক লৌথোকসি। অশেংবা মমল য়াম্বা ঙাক্তনি ঐনা হায়বা থাজো।"

পিল্লীনা লীক পিরম্মী, লাখীনা লৌরে। শেৎচিন শিজিনবা হৌরম্মী।

পিল্লীনা থরায় য়াউনা হায়রকই, "মসিগী মথক্তা রেশম ফুরিৎ লিত্তুনা ইনফী ইন্দুনা য়েংসি। অদুগা অমুক লৌথোকউ।"

লাখীনা ফজবরা য়েংনীংলম্মী। লীকসু শিজিল্লে। লীক্কী ফজবদুদা মহাক হরাউজরম্মী। লীক্কী মঙালদু মমিৎনা উরম্মী। পিল্লীনা চেন্দুনা ফুরিৎ ইনফী অমুক পুরক্লে। লাখীনা মদুসু শেৎচিল্লে। হৌজিক্কী মাঙুগী জগোয়শাবীনি হায়ররোয় মরমদি ঐ পায়জমা শেত্তে, জগোয় শাবীদি লীক কোনসু শিদে। কুম্মৈ য়েংবা লাকপশিংনা ঐবুতা য়েংনরনি অদুগা ঐনা শামু হ্রায়নবতবু য়েংদুনা লৈগনি। মীনা য়েংবদা করিসু কায়দে লীক কোনসিদি লৈতেংগীদমক্তনি। মহাক্না মপুক্লিং হরাউনা থল্লমই।

পিল্লীনা হরাউনা জগোয় শাদুনা হায়রকই, "রাণী মাল্লে, মহারাণীগুমলে! মীনা লৌমীনি হায়জসনু, থবক্তি শুবা তাবনি। অফবা ফীরোল লীক কোন শেৎহৈদবরা?"

লাখীনা লৌথোকলসিরা খল্লম্মী অহুবু মশাগী ফজবা নিংথীবহু ভৈহাক্তং য়েংবা পাম্লম্মী।

মহাক্না হংলম্মী, "মাগু নুপীশিংনা লীক কোন, ফীরোল অসি শেৎন চিন্নরমগদরা ?"

পিল্লীনা তাক্লকই, "কদায়দগী লৈগনি ? প্রজাদি লৌমী শিন্মীনা অয়াম্বনি। অফবা ফী শেত্তে। মথোয়দি মেলাগুম্বদা মচু মথল মথলগী শেৎচবতনি। ইনাক খুনবা অথন্নবা মীফাওবদা অসুক য়াম্না লৈরমলোয়। নংবু মীয়াম মরক্তগী উবদা সুলতান অহু শামু রায়নবা য়েংদহুনা নঙোন্দা য়েংহুনা লৈরনি।"

"হোয়নে ওইবা য়াই।"

"ওইবা য়াই নত্তে ওইরিবনী। মহাক নঙবু উবদা ভাওখিহুনা শামুদগী কুমথহুনা কদায়দগী লাকপনো হংলরনি ?"

পিল্লী নোকথোক্লম্মী, লাখীসু নোক্নীংলম্মী। মশাদা লৈত্তেংলিবা ফিজোলশিং হন্না হন্না য়েংলম্মী। মহাক্না অহু পামজরম্মী। ফিজোলশিং অহু মঙোন্দা পকচরম্মী।

পিল্লী তাঞ্জা চারে খল্লম্মী।

হায়রকই, "সুলতানদি নঙ উবদা ভাওরনি।"

"করিগী ?"

"নংনা নশাগী ফজবা গুণ কদায়দগী খঙগনি, মসিদি অউবনা খঙগদবনি।"

"হোয়নে, হোয়নে!"

"ঐনা হায়রিবসিনী, সনা, লুপাগী মমলদি করিস্নু নত্তে ? নঙগী নশক নতৌ ফজবগী হায়রুরবদি মপৈ মপৈ নোংচুবগুম হৈথরক্নি। নঙবু মুংঙাইনা কোমুংদা লৈবিরো হায়রক্নি। মফমহুদা নঙনা রাণী ওইরনি, হুকুম তৌরনি অহুগা কুররজীনা দীবান ওইরনি। ঐথোয় লাইরববু কাউবিথিনু।"

"করি ?"

"হে ঐগী রাণী, ঐনা হায়রিবসি তৌশিন্নবা নত্তে। নঙ মহাক্কী মহারাণী ওইরনি। মহাক্না নঙগী থক্লবা ঈশিং নর্মদাদগী পুহল্লকনি, নঙগী ধর্ম মাংহল্লোয়দা। নঙগা লোয়নননা শামু তোংহুনা শিকার চৎকনি। নঙগী থুম্না উফুল মকোক্তা হাপচগনি। মসিদগী মাঙু য়োৌবদা ঙুমিৎ নিনিদমক চংগনি। ঐনা হায়রিবসি চুমত্রবদি ইকোক ককউ।"

লাখী পুন্সম মমথরে। রাঈগী থুন, তুরেলশিং, চীংশিং, উমং রামং, শিকার, নিন্নী, মানসিংহ শামুগী লান অমমমতা ওইনা মমিৎতা উরক্লম্মী। ফজবা লীক কোল ফীরোলশিং অসি, নোং ঙুংশিত্তা য়েংশিন্নহুনা উনা ময়াম পায়বগুম পায়রকলে। নিন্নীগা মানসিংহগা হেন্না নিংশিংলকই, অহুবু লীক কোল ফীজেৎ লৈতেংগী মঙালদা মমিৎ ফুবদা পুন্সম মমথরে।

পিল্লীনা থল্লি, লাখী মপুক্লিং লেপলে।

হায়রকই, "পুক্লিংদা অহুম থম্মু। কনাদস্সু হায়দোকস্সু। তাঙ্গা লাক্লগা মতম চানা তৌ।"

লাখীগী চময়বা রাখলহু খরা হস্থরম্মী। অহুবু করিমত্তা ঙাংন-খিদরে।

পিল্লীনা হায়রকই, "অরে রাণী! নঙনা করিস্সু তৌগদবা লৈতে। নঙনা কুম্মৈ অমা শান্নবগী দরকারস্সু ওইদে। নঙগুম্বা মণি অমা য়ুমসিদা লোৎলী তাবদা সুলতান্না মশানা লাকচরগদবনি। শামু তোংহন্দুনা কোম্ভুংদা পুরনি, মথাদা কোন্দুনা লাইথক কৈ খনজরনি।"

লাখী মপুক্লিং লাংতক্লরম্মী, তুমিন্না লৈখ্রে। মানা শেংনা খর খর খঙলকলে। মহাক্না খঙহং হংলকই, "নঙগী লীক কোল, ফীরোল কনানা পিরকই? সুলতান্না পিরকপরা?"

"ঐগী লাইবক্তা মসি কদায়দগী তমগদগে?" মহাক্না য়াম্না চেকশিন্না পাউথুম পীরকই, "ঐদি নখোয়গুম্বা মীগী মতেং লৌজবতনি। হুরানবা ফীদি নত্তে, ঐনা মসিগী ফজনা রাশকপা ঙমগনি।"

"অহুদি কদায়দগীনো?" লাখীনা অমুক হংলম্মী।

পিল্লীনা কুপ্পা লাখীগী ব্রাখল খংনবা হোৎনরম্মী। ''তাক্লগে, অহুবু ঐগী কোক পায়হুনা কনাদস্মু তাক্লোয় ব্রাশকউ।''

''ঐ ব্রাশকলে।''

''মৈ অমদি মনম লোৎপা য়াদবগুম নঙগী নগুনস্মু লোৎপা ঙম্‌দ্রে। নঙগীদমক্তা সুলতান্না থারকপনি।''

''কনাগী খুত্তা শিন্নরকলিবা?''

'জগোয় শাবা ঐখোয়গী খুত্তা শিন্নরকপনি।''

''নত্রগা মসিবু ঐখোয়না হাংশিবা শগোলতোংবা অনিহুগী মখুত্তা শিন্নরকপরা?'' লাখী মপুক্লিংদা খল্লম্মী।

লাখী তুমিন লৈরে। মীকুপ খরা তুমিন লৈরে। পিল্লীস্মু মহাক্কী মনাক্তা ফমহুনা খল্লম্মী! হায়রকই, 'মখা হংলল্লমু। সুলতান্ন নঙবু লোৎপা ব্রারী লীনরকপদা ব্রাশিং অসি লোয়না খঙল্লকলনি। সুলতান্না নিন্নীগী মরমদস্মু খঙখ্রবনি। মানা নখোয় অনিমক পামলম্বনি, হৌভিক্তৌ নতোমতনা পাল্লগনি।''

''লাখীনা অটল লাকপরা হায়না মীৎচিনা য়েংলম্মী। অহুগা ফীরোল লীক কোন্দা অমুক খল্লকলম্মী। মহাক্না অমমংতা পুন্নমক লৌথোকলম্মী।

পিল্লীনা হায়রকই, ''অহুম শেংলু, নঙগীনি। কুব্বর সাহেবনা উরবস্মু হবাউজরনি।''

''শেংলোয়।'' লাখীনা খন্থরগা হায়রকই। মহাক্না পুন্নমক লৌথোক্লগা হান্নগী ফত্তবা ফী শেংলে। অহুগা খেন্নবা খল্লকলম্মী।

মসিনা কয়াদা থীরিবা অহুগা হান্নগীহুনা কয়াদা ফজরিবা? মঙোন্দা লোয়না তাকখোক্লক্‌সিরা? ঙসি নত্রবস্মু নোমদি শোয়দনা তাক্কনি, মগরৌনী লৈরিঙৈদা। মহাক্না লেপ্লম্মী।

ঙৈহাক লৈরগা অটল ইপা পাখৎনা লাকলে মহাক্না লাকপগা পুন্নমক্তা হায়রকই, "মাগুগী সুলতান্না নর্ম্বরদা লান্দরক্লে। কেম্প শাররে।''

"মাণ্ডুগী সুলতান। ঐখোয়গী নিংথৌ !! পোটাগী মচিন্দগী য়াদি থোয়কখরে, নত্ত কয়য়া খণ্ডই ? কনানা হায় ? মখোয় কদায়দা, কয়াম শাগ্না লৈ ?"

অটলনা মীপায়না পাউ ত্তয়কই, "খুন্দগী তায়কপনি। মী পুন্নমক য়ানখরে। মখোয় লোয়না নয়রয়দা লান চেন্নবা শেম শানখরে। চংলো, ঐখোয় পুন্নমক নয়রয় চংলসি।"

জগোয়শাবনা অমগা অমগা য়েংনরম্মী। নায়কিয়া হায়রক্লম্মী, "ঐখোয়গা লান তৌবগা করিস্নু মন্নী লৈনদে। নয়রয়গী কিলা কোয়-শিনখ্রবদি ঐখোয় অয়াবা তাগনি। মকমসিদগী চংলসি। সুলতানগী কেম্পতা কুপ্মে ফীয়োং উৎলুবসি, পৈশা খন্না তানহৌসি। নয়রয়দগি কবি ফংগনি ?"

জগোয়শাবশিংনদি মহাক্না হায়বত্থু য়ারে। লাখীনা য়ানিংদনা হায়রকই, "চংলোয়, ঐখোয়দি নয়রয়গী কিলাদা চংকনি।" অটল তুমিন্না লৈরে।

পিন্নীনা লাখীগী মথুং পায়হুনা অময়োমদা চীংখরে। মহাক্না লাখীদা থেন্নম্মী, "ঐগী য়াণী। তাপ্পা মাংহনগনু। ঐনা খনবদা সুলতানত্থু নংবু থীবা মকম অদি কাউবা লাক্লবনি। মসিদগী মাণ্ডু চংপদা গধা, যণ তোংলয়োয়, শামু তোংহুনা হায়না হন্না চংলনি।"

"চংলোয়।" লাখীনা তপ্পা হায়রকই। মাগী মথুং শত্তোকলগা পোং-চৈ লোয়শিন্নম্মী। অটলসু মাগী মত্তেং পাংলরে। জগোয়শাবশিং পুনশিন্নগা তৈহাক য়াতান্নরম্মী। মমৈথংদা মখোয়সু কিলাদা চংপা লেপ্পরে। মখোয়গী মমুংদা পিন্নীগা পোটাগা য়াউবা উদরে। জগোয়-শাবশিংনা পোংশিংথু য়ায়া তপ্পা তপ্পা পুন্নম্মী।

লাখীগা অটলগনা মখোয়না খিষ্বত্থু সুংত্তায়রমদে। অটলনা হায়রকই, "নায়কিন খিন্নগনু ভূর্ক কাংবু লাক্লবদ্রি ঐখোয় অয়াবা তায়নি।"

মহাক্না তপথনা হায়রকই, "কম্নিহু খঙুহু। হৌজিক খুনগী মী থরতন্নি চৎলিবসি।"

মতমসিদা খুনগী মীশিং মপোৎ মচে পুহনা চেনশিনগ্রে।

অটলনা হায়রকই, "য়েংউ, মীশিংনা চেন্নরিবসি।"

নায়কিম্না তপথহন্নম্মী, "ও! হো! হো! মখোয়দি কিগনবা লৌমী শিম্মীশিংনী। ইনাকখুনবা সিপাহী লোয়নবশিংসু লাকখিসনু। অসুক ফজবা লাখী য়াউরি থন্নদে, লম্বীদা তরক তরক চৎনিংদে, লম্বীদা কাপ্পরবদি কমদৌনি? পিল্লীগা পোটাগা লাকখিসনু, মখোয় কনানো অমনা খিবা চৎখিবনী।"

অটলনা পুক্নিং লৈতদনা কোয়য়েং য়েংলগা হায়রকই, "ইনাকখুনবশিংদি করি ব্রাক্লনি, তুর্কশিংদা থর পিজ পিথক্লগা মখোয় শুম লৈরনি। কোন লীক য়োন্দুনা পৈশা তানগনি। মখোয়বুদি কনানা হাৎপিনী, ঐখোয়-গুম্বদনি অরাবা তাগদবা।"

"লুপা ওইরগা করিগী কিরিবনো? তুর্ক লাক্লগা কন্নি লৈহনা নখোয়দগী করি লৌখিনী?" নায়কিম্না থওইদন হায়রকই? অটলনা লাখীদা য়েংলম্মী।

লাখীনা নায়কিন্দা ইজিং তৌহনা হায়রকই, "ঐখোয়গী সনা, লুপা লৈনে। ঐখোয়গী লৈত্রবসু নখোয়গীদি মণি মুক্তা সনা লুপা লৈ।"

"সনা, লুপা, মণি মুক্তা" অটলনা গুকনা হায়রকই।

নায়কিম্না থওইদনা হায়রকই, "ঐনা হায়স্নিবসিনী, ঐখোয়গী করিসু য়াবিরুসু। ঐখোয়গী লৈ অহুবু লোৎশিনগ্র কনানসু থংলরোয়?"

"কদায়দগী সনা মণি মুক্তা!" অটলনা অমুক হন্না হায়রকই।

খুনগী থিক নেম্বা, মীয়ায় চনবা অমোয়বা মপুক কংবা লুপা অমা লুংশা মপী হোন্দুনা হাপু হাপু লাক্লম্মী। মহাকা লোয়ননা লুপা থরা, মায়থুম্বী উম্নী লুপী থরা, অঙাং থরসু কপ কপ্লুনা, গথা মখক্না পোক মচে হাপকল্লুনা, কোল লীক পীক থম্না হাপ্না যণগাড়ী অমগা লাকপা উরে।

লাখীনা হায়রকই, "মখোয়গা লোয়ননা চৎহোরসি। ইনাক্কথুনবা মাম্নি।"

নায়কিননা হায়রকই, "পোটাগা পিল্লীগা লাকখিসঙ্ক।"

অনোয়বা মুপা অচুগী মতুংদা মীয়াম পরেং অমা ইচেলগুম মরি মরি ইন্নরম্মী। মীয়াম অচু মুপা অচুগী মমাং থাগৎখ্রে।

অনোয়বচুনা কৌচুনা হায়রকই. ইচিন ইনাওশা ঐখোয়গা লোয়ননা লাকহোয়রো।"

মীয়াম মরক্তগী মুপা অমনা অমুক হায়রকই, "নখোয়গী মুপী অচাং কনবদা ঐখোয় থরার ফাউবা থাদোকনি।"

অটলনা লাখীদা হায়রকই, "ঐখোয়সু মখোয়গা লোয়নহোরসি। পিল্লী পোটা করম্বা মতমদা লাকনি খংবা ওমদে।"

মখোয় অনি চৎলকলে। বণশিং অচু শক্তিক চাবা লাপ্পা চৎখ্রে। অটলনা ইপা পাখৎখিচুনা বণশিং অচু থিখিদ্রে। মায়কিন্দু থিহদ্রে। মখোয়সু পোৎ চৈ পুনশিন খোৎচিন্দুনা শাখিংগা লোয়ননা নরবর শহর-য়োমদা মখোয় অনিগী তুং ইন্নুনা লাকলে। সিদ্ধু তুরেলগী মানবগা মখোয়না অটলগা লাখীগা তারবা ফংচুনা চৎম্নিয়রে। নরবর শহরদা হায়দগী লান্দায়কপগী পাউ ফংখ্রবনি। কিলাগী থোং থিংজিনখ্রবনি। অচুবু মীয়াম অচুনা মাম্না হায়জ চৎচরমদগী থোং হাংখ্রে। মুমিং তাখিব-দগীদি কিলাগী থোং থিংজিনখ্রে, অচুদগীদি কন্নাবুসু চংহনদ্রে। মুমিং তারবা ফাউবদা পিল্লীগা পোটাগা লাক্তরে।

(৩২)

মুমিং অচু খণ্ডহৌদনা অঙৈবা মুংশিং শিংলম্মী। মুমিং মুংবা মতুং ফাউবা শিংলম্মী। মুমিদাংবাইরমদা মুংশিং শিংপা লেপখ্রে, অচুবু অঙৈবদি হেনগৎখ্রে। নোংচুপ থংবা চীংথক্তা মুমিংকী ভাংগু নুবা মঙেক্না তাম্নি। মুমিংকী মঙালগা অঙৈবা মুংশিংকা লোয়ননা য়ৈবগুম তৌম্নি।

হালিরবগী অমাং নোংপোক অমমুং নোংচুপকী চীংশিং অহু লৈচিলমা কুপশিনখরে। নোংপোক মায়কৈদা চুমথাং থল্লি।

মৃগনয়নী অমসুং মানসিংহগা য়ুমথক্তা লৈরম্মী। য়ুমথকী থোংমাঙ অমদি জালিশিংদা মঙাল চংলক্লম্মী। কম্বাক অমদা মথোয়নি কম্মীরম্মী। মথোয়নি মঙনা কনাম্মু লৈরমদে।

"ঐনা থনবদা বীনা থোংবা তম্বসি মতম য়াম্না চংগনি থল্লি।" মৃগনয়নীনা জালিদা চংলক্লিবা মঙালন্থু য়েংলগা হায়রক্লম্মী।

মানসিংহনা তপ্না মথদাং পায়রগা মঙোন্দা মমায় ওনশিনহলম্মী। মায়গা মায়গা ওনশিন্নহনা নোকমিন্নরগা হায়রম্মী, "ঐনা পুক্লিংদা হংই, নংগী মোমোন মীনোক্না মুমিংকী মঙালগা করম্না শাম্নমিন্নরিবনো? অহুমক নঙনা পাউখুম পীরে।"

"ঐদি খঙদেনা। অদোম্না য়াম্না উশিনবীরে।" মৃগনয়ীনীনা হায়রকই। হায়কেং য়েংলম্নগা নুকথখরে।

মানসিংহনা মঙম্বাক্তা কোনশিনবীরে।

"করি হায়বা হায়নু।"

"ঐনা থরা হায়গে মীংথগা চীন হেক্তা মেনদি।" মহাক্না নোককেং তৌনা হায়রকই।

"হোয়নে, মেনগনি।"

"অহুদি করি হায়মু হায়রিবা?"

"হায়রো নঙনা হায়নিংবহু, ফজনা তারগে।"

"বীমাগী থোঞ্জেল তাবদা ঐ ওকই। থল্লি, তারা অমা অনিনা থোংবদি মুমিং মরি মঙালনিদা থোংগনি অহুবু মসি তম্বদদি চহি করা চংগদবা মাল্লি। মীশেংদি থুনা হৈনি।"

"ঐনা নঙগী রা তায়ে, পাউথুম অমুক পীয়ো।"

"করবা রাহংগীনো?"

"নমায়হু মুমিং মঙালদা ওনশিল্লু।"

"ওনশিল্লে, হংলো।"

"তুমিং মঙাঙগা নওগী মোমোন নোকপা মায়থোংগা করিগী শান্নমিন্নরিবনো ?"

"অদোম্না তুমিং মঙাঙদা শান্নবগুম।" পাউথুম অসিনী। হৌজিক অদোম্না তাকপিরো ঐ শৈশকপা বৈজনাথগুম্না তুমিং কয়ানিদা শকপা ঙমগনি ?"

"মতমদি ঐনা হায়বা ঙমদরে, বৈজনাথনদি হায় মীনা থা অমদা তঙ্বা ঙমদবা তানশিং অহু নঙনা নোংমদা ঙমই। মহাক্কী সেবক কনাগী শৈশক অহুদি নঙনা থা অমদা তানথৎপা ঙমগনি।"

"ঙস্মোয়, মহাক য়াম্না হৈ, অহুবু মঙোন্দগী হেন্না বৈজনাথকা মান্ননা শকপা ঙমজ্রিকাওবদি ঐ পেস্লোয়। ঐ মতম থরা শাংনা ঈশৈ তস্বা শামই। কনানা ঐগা লোয়নরবদি থরা খুদোং চাগনি। মহাক্তি সহরদা লৈ। করিগুম্বদা পুং কয়া কাউবা মাগী মনাক য়োৌবা ঙমদে।"

"করিগী ? কৈদৌ লৈদনা ?"

"অদোমনা নশাদা হংবিরো। ঐবু ননাক্তা অমুক য়াম্না কুইনা কমহল্লিবা করিগীনো ?"

"নওগী মায়থোংগা তুমিংকা শান্নমিম্নৈ হায়বা য়াহংসি হংনবা, খঙনবা।"

"অহু ওইরবদি ঈশৈ নোংমায় করম্না তমগনি। অহুগা লাই য়েকপা করম্না তমগনি।"

"ঐদি নংগী খোঞ্জেলনা বীনাদগী হেন্না তুংশিনে।"

"অপংবী ঐদি অপংবী ওইনা অহুম লৈজগে। ঐ তমগনি, লাই য়েকপা, ঈশৈ নোংমায় নীংখিনা তমগনি, অদোম্না হেক্ক তাবদা ঙমহৎনবা।"

"হৌজিকস্তু ঐবু ঙমহৎত্রিবরনে ?"

"ঐনা করি খঙলদনা ?"

"ঐগীদি নংনা লোয়রে। ঐগী পুন্সিস্তু নঙগি, থম্মায়স্তু নংগি, পুন্সিগী লোয়নবীস্তু নংনি।"

"অদোম মাইক ময়াংদে!! হৌজিক ইথত্তা কমইনবিরোগ।"

"ঐনা নঙবু ঙাংবদি থিংদেনা।"

"মা অমা হায়রুরো ?"

"অমত্তা মত্তে, তম্না হায়রুনে।"

"অংদাঙিগী হকচাং কয়া, মৌমা কয়া, অমম লৈবা, মঙবা লৈবা অসি নোংমা নোংমগী হেনগৎলকপা, অঙকপা গুণ লৈবা ঐনা পাখংই। অসিগুম্বা গুণ লৈতবা নিংথৌদি থা অনি কাউবা পানবা উমলোয়।"

"নঙনা অচুম্বা হায়রে। ঐনা থমোয়দা চেৎনা থম্লগে।"

"ইন্দ্রি খুত্থম চম্না থম্বীয়ু। ঐবুস্ন লৈহনবীয়ু। ঐগী মাঙদগী লৈজরকপা পাজলহ্ অত্থম লৈহনবীয়ু, ইপাজলগী মত্তংনা ঙক দরোয় হাৎপা ঙমথিবগুম।"

মানসিংহনা মা মথা তাহন্দরে। মচিন্না থজায়দা চুম্নীরে হায়রকই, "ঐনা মাণ কশিবশিনী, সুংশিথোয়রবী মৃগনয়নী। ঐ থজলে, মঙবু মতমচুপ্না ইনাক্তা লৈ থল্লগা থবক পুম্না তৌরগনি।"

"অদোম ঐগী ইপুরোয়বনি।"

"ফরে, ইপুরোয়বা থক্কা!"

"ইবুংঙো, ঐগী ইবুংঙো।" য়াম্না তপ্না খোজেলদা হায়রকই। মানসিংহনা হায়রকই, "ঐ মতমপুম্বদা নিংশিংগনি, নঙনা লায়না লৈরু–কাউবদা মানসিংহ চেকশিন্নু হায়রি থনগনি।"

"উম, হুঁ, ঐদি কৈদৌঙুংদস্ত হায়খিদে"

"মহারাণীজী, ঐগী থম্মোয়দা অচুম্বা হায়নে।"

"অদোম মা ঙাংবা হৈ অচুনা লৈথোক লৈশিল তৌরক্তবা হেক্তা হায়!"

"নঙস্থ মতম থগী মপুংদা লোয়না হৈরনি হায়দা ঐনা থাক্কেং নঙস্থ প্রধান পাটে তৌহন্না ঙাংবা হৈরনি। মসি হৌজিক্তগী ঐনা হায়বা ঙমই। ফরে, তাকউ, রাসি নঙোন্দা কনানা তম্বীগ? "ইন্দ্রিবুদ্ধি মপুংনদা লমচৎ কজবা হায়বসি কনানা তম্বী?"

"কনানপু তম্বীবে। মুপী খুদিংমক লোয়না খঙজমগনি। হায়দবা, হায়বা ঙমদবা অহুনা অতোপ্পা রা অমনি।"

"নঙনা য়াম্না কায়বা রা হায়রে। ঙসি সন্ধ্যাগী নঙগী লাইরিক লাইগু তম্বীনবা কজনা শিল লাংলগে। কলা অমসুং বৈজনাথনা ঈশৈ. নোংমায়, লায় য়েকপা তম্বীগনি। বিজয়জঙ্গমবুনা তাকপী তম্বীনবা হায়রগে। মহাকপু হয়েংদগী হোইরক্লসিয়া ?"

"ঐগী ইবুংঙো।"

"করে ঐগী রাহংগী পাউথুম পীয়ো।"

"করিগী পাউথুম ?"

"মুমিংকী মঙালনা নংগী মায়থোংদা তারগা মোমোন নোকপগী কজবহু পুহুনা কদায়দা চৎলিবনো ?"

"ঐগী থরায়গী ইবুংঙো।"

সন্ধ্যা মতুংদা কলা অমসুং শৈশকপা বৈজু লাকলে। মখোয়বু ঙায়নরে। মৃগনয়নী মপুক্লিং চংনা তম্বা হোৱে।

কলাগা লাথীগা মশক মায়বসিদা মৃগনয়নী য়াম্না ঙকখরে। মৃগনয়নীনা কলাবু লাথীগুম থনখরে।

মুমিং অসিদগী কলাগা মহাকা লৈমিন্নগনি লেপ্পরে। বিজয়জঙ্গমদা লাইরিক লায়গু তম্বীনবগী থবক শিন্নরে। লাইরিক তম্বিবগী মতুংদা বীনা তম্বগীসু য়াউরম্মী। মহুদা থরায় য়াউনা তমথখ্রে।

মৃগনয়নী লাইরিক তম্মীঙৈ মতমদা মানসিংহনা রাণী অহলগী মনাক্তা চৎলম্মী। রাণী অহলগী মমিং মুমনমোহিনী কৌই। মমিংগা লমচংকা পুমঙজ ওয়ে।

মহাক্তী কারোমদা মানসিংহ লাকপগী পাউ তাবদা রাণীনা আয়ত্তী ওকুনা কীদাদা লেংশিনহল্লি অহুগা মখূৎ লোয়হুনা মমাংদা লেপ্পরে।

তম্বা হায়রকই, "য়াম্না থোজানবীরে। মহারাজনা লম্বী কাউবী খিহুনা লেংশিনবীরক্রীবরা ?"

"নত্তে, রা অমা হায়জবা লাক্লিবনি।"

'কন্নি য়াথংনো ?"

"অনৌবী রাণী মৃগনয়নীগী মপুক্কিং লৈতরবদে অহুনা এনা ঈশৈ নোংমায় তম্নীনবা শীল লাংলে। মসিদা নঙনা য়াদিংবা লৈব্রা ?"

"অম্বুম্না ঐবু ইকায় খুম্নবিরীবদি ঐগী লায়বক ফবনি। অদুক খুনা মহাক্না করম্না পুক্কিং লৈত্তাগনি ? মকমসিদদি রাজাগী উমং য়ামং, কৈ, ঈরোয়, ওক, লীরুং ত্তেন, য়ুমগী শা যণ কদায়দগী লৈগনি, যাশিন্নবগী কিলাসিদী ইচিক চীক্লনি ! মকমসিদা তুরেল; চীং মান, খুনগী লৌমী যণ অমত্তম্ব লৈতে।"

করেম্নবা হায়রম্মী। মানসিংহনা শাউনা করিগুম্বা থরা হায়নিংলম্মী অহুবু হায়ক্করগদি ফররোয় শল্লম্মী।

হায়রকই, "নঙনা হায়বা চুমই। মহাক মথুংম্ব য়াম্না চুমই, ত্তেন কাপ্পা হৈবশিংনা মাবু উরগা ইকায়জে।"

সুমনমোহিনীনা করেম্নত্নবা হায়রকই, "হোয় মহারাজ ! অদোম-গুম্বা সংসারগী মুপীনা গুম্বা মুপাশিংনা লু লুকনি।"

"মহারাণী অদোমম্ব নোংমত্তং মাগী খুৎ চুবহু য়েংবিয়ুদনা।"

"মা হেক লাকপদগী মীকুপ খুদিং য়েংলি। অহুগা অমুক হম্না য়েংবা ত্তারবম্ব য়েংগনি।"

"মহারাণী, ত্তেন অমত্তনা অচৌবা কৈ অমা হাৎলি অহুগা মপাজলনা লমঈরোয় ফাওবা ইনথুবা গুমই।"

"তায়, মহারাজ, নোংমা চানিংঙায় লৈত্রবদা ওক অমা হাৎলগা মনীদম্বা থোনগত্তুনা পুরকই। মহাক মপাজল মথৌনা লৈ।"

"মহাক ক্ষেত্রীয় কৈন্যনি। নোংমদি ঐখোয় পুম্না খুদোংথিবা মায়োক্নবা তাবনি। অদোম্না য়েংবিয়ু, মহাক্না লাইরিক লাইগু হৈরগা, কলাশিং খঙলগা ঐখোয়গী মিংচৎ থম্নকনি।"

"মহারাজনা ফজনা হঙৎশিরে, অনৌবা য়েসমগী ফীরোল শেংপা কংজবসিদা দলান মথক্তা অমদগী অমদা কো... ...ত্তুনা লৈরে।"

কয়েরবসিদা মানসিংহনা মুংঙায়রমদে। লোয়বীগী য়েংখিনবনা ইচম চম্ববী, নমুক অমহাংদা জলদা শাগজবী মৃগনয়নীবু য়োংঙম্না পীরবা দলান মথক্তা কাজিনবীরে। য়ায়া চেকশিনবমু অমাংবা ওইগনি। মহাক্কপু ঐনা মুংশিনা শেমবিগনি মরমদি সুমনমোহিনীনা দোষ পিরবা। মসি মানসিংহনা খল্লম্মী। অতৈ রাণী তরেৎমক মপুরোয়বা চাংবী হায়বা ইনবী ঙাক্কনি। মখোয়না মখোয়গী অমা মুংঙায় পুন্নমক থাজমই অচুবু লোয়বীগী মুংঙায়তবদি অচুম লৈরম্মী। মৃগনয়নী থেক লাকপদগী মখোয় নিপালগী মুংঙায়নদবচু মৃগনয়নীদা ইচেল অমগুম চেখশিল্লে। মরামগী লুচিংবী সুমন মোহিনীনা কনক য়েংখিবা হেনগৎ-হল্লি। মানসিংহনসু থুনা খঙথরে। মহাক্না খল্লম্মী, অচৌব লৈবাক মনবা ঙাকজীববু মুপী নিপালসি লাকপা ঙমলোয়দ্রনে? মহাকী লৌশিংনা খঙলকই—মুপী অমবু মুপা অমনা লাকপাসি মুনা থোকই, মখোয় নিপাল লাকপদি খাজিয়র নিপাল ঙাকপগা মায়গদৌরিব্রা? করি তৌনি? নোলুকপা, মুংশিবা, লমচৎ ফজবা তারেদনা— কয়েরবা, চৈবা, প্রধান পাইহনা ঙাংবা পুন্নমক থাংলমি। মসিনা মঙল ওইরমি হায়না মানসিংহনা খল্লম্মী।

ঙৈহাক তুমিন লৈরগা মানসিংহনা হায়রকই, "নখোয় পুন্নমকী মহৈ মশিং, লমচৎ ব্যবহার, কমজমিংঙায় ওইবা য়াথল লৈবগুম্না মহাকসু লৈগনি। অচুগা ঐনা নখোয়গী তুং ইনবগুম মাসু ইনগনি।" মানসিংহ নোকথোরকই সুমনমোহিনী নোকশিন্নরম্মী।

সুমনমোহিনীনা মপুক্কিংদা হরাউজরম্মী— মখোয় ঐবুদি কিরিদনা।

মানসিংহনা হায়রকই, "য়াথং ফংলবনিনা বৈজনাথকী মনাক্তা ঐ রারী থর শারগে, মত্রীস্ন লাকনি। মুংখিলদা রা তাম্নবা নঙহৌমরে।"

মসি য়াথং ইনবা নত্তে, য়াথং পীকগদবনি।

সুমনমোহিনীনা অমুকন্থ করেম্না হায়রকই, 'হনক 'মরকসি মহারাজনা কদায়দগী মতম শাংলনি। লৈবাক ঙাকপগী য়াথংনা তেংনা-

ভাউবহুরা টৈরে। অদুগা মহারাজনা মসি কাউবা লেংথোরবগী মতম করম্না কংলিবা।"

নিংথোনা থওইনা তাশিন্নদরে। নোঙ্কুনা হায়রকই, "তাঞ্জা যাম্না কংকখিনী। তাঞ্জা কংবগা রা তাররবা লাক্কনি।"

পাউ কংবগা অতৈ রাণী তরেংশু আরক্তি ওক্লরে। চংনবা মাবা রা অমম অনি হায়রমগা নিংথৌ হনখরে।

বৈজনাথনা মৃগনয়নীদা নোংমগী তঙ্গীগদবা শিক্ষা হৈরবগা থোঙাম্না ফম্লম্মী।

মানসিংহনা লাকপগা হংলম্মী, "তাকপিয়ু আচার্য! অদোমগী অনৌবা শিষ্য অসি কয়াম্না হৈগদৌরি?"

বৈজুনা পাউখুম্নরকই, "মহারাজ নহানমুকী মপোক্তা ঈশৈগী অবতার ওইরমগনি, ঐ কাউবা ওঝাগী গুণ ভারবা কম্না হোৎনবগী মতম লাক্লে।"

বৈজু মোমোন নোক্লম্মী, অচুম্বগী মীনোকনি। অচুম্বনি হায়বা মমিৎনা তাক্লি।

মানসিংহনা হংলকই, "বীনা খোংবা তঙ্কদদি মতম থরা চংগদ্রা?"

"চংলোয়। মসিদা ঐ ঙকই। ঈশৈ নোংমায় বীনা খোংবগি মতম চংদনবা নিয়ম শেমলসি হায়না মহারানীনা তাকপি।" বৈজুনা হায়রকই।

মানসিংহ নোক নোক্তুনা মঙ্গুংদা চংখরে। মৃগনয়নীনা কলাগা বীনা খোংবগী মরমদা য়াম্না থরায় য়াউনা রাতাম্ম্ম্মী। মথোয়বু উরগা মানসিংহনা থল্লকই, "মসিবু কোয়চোং চোংবা য়োংঙম ওইরক্লনে? করাদা চমথ্রবা, ফজথ্রবা মতিক মগুণ লৈবা ওইরিবা!! মাগী মনিং তম্বদা ঐ অয়েৎপা পীরোয়।"

মানসিংহ লাকপা উবদা মথোয় অনিগী ভাংনবত্ লেপথরে। কলাগী মমিৎ ফী পুন্দরে, মমিৎ ফরে। মমিত্তু থরদি ভাংদি। মৃগনয়নী নোকক্নেং তৌরম্মী।

"কলা!" মানসিংহনা হায়রকই, "মহারাণীগা মথোয় অনিগী মমক্তা

অনবা য়াদরি কাউবা তত্তনা হোৎনৌ। নত্তগা মায়রবত্তদা মা য়ুংগুায়-জগনি। কয়াম কুইনা অম্যুম্বা হোৎনগনি ?"

কলানা নোল্লুক্না হায়রকই, থা অমা অনিদা ঐগা মায়রনি। আচার্যনা তাকপা খরছু ঐদি ওমগদরা ওমলোয়দগা চীংনৈ। অছুবু মহারাণীদি য়াম্না থুনা তম্বা ওমই। ঐদি শোখহৌরনি। খোঙেলম্ ঐগোন্দগী হেন্না কৈ। ঐদি সেবা তৌজবগী পুণ্য ফংলগা লোয়রে। অছুগী মঙুংদা লায় য়েকপা তম্নগা লোয়রে।

মানসিংহ হরাউজরে।

"অছুগা লায় য়েকপদি করম্বা কান্দা হৌগদৌরিবা ?" মানসিংহনা হংলম্মী।

"য়াম্না থুনা হৌরনি।" কলানা পাউথুম পীরম্মী।

মনায় মুশীনা থোংগী মরুমদা থৌদেম্লম্মী। মানসিংহনা কৌপিরে।

"করিনো ?" মানসিংহনা হংলম্মী।

"মনায়মুশীনা খুমলকই, "শ্রীমন্ত মহারাজ. মন্ত্রীগা আচার্যগা বিজয় জঙ্গমগা লাকই। মন্ত্রীনা থুনা দর্শন ফংজনিংই হায়জরকই। য়াম্না মরু ওইবা য়াকখনি।"

মানসিংহনা হায়রকই, "লাক্লগে হায়রো।"

মনায়মুশী চৎখরে।

মৃগনয়নীনা হায়রকই, "খবক য়াম্না নৈরম্ননি. তৌথোকপিরুরো।"

মানসিংহনা নোক্লম্মী. "নংগী মতমদি লাইরিক লাইগু তম্বা, ঈশৈ নোংমায় তম্বা, লায় য়েকপদা চংশ্রনি, ঐগী মতম্না মন্ত্রী লাক্লবদা লোয়বা হায়বছুনি। ঙৈহাক নৈরগা বিজয়জঙ্গম লাক্লনি মছুম্ তাবিয়ু।"

"তাগনি।" মৃগনয়নীনা হায়রকই, "ঐনা ওসি ফাউবদা তমলিবা মহৈসি অদোমদা তাহনজগনি। হান্না মন্ত্রীগী বা তাবিরুখো।"

মানসিংহ হরাউবা মন্ত্রী অমদি বিজয়জঙ্গম কমলিবা কাদা চৎখরে।

মানসিংহনা লাকপগা বিজয়জঙ্গমদা হংলম্মী, "আচার্য অদোমগী অনৌবা মহারাণীগী লাইরিক লাইগু, শাস্ত্রগী জ্ঞান পিনবগী খবক অসি

শিন্নরবনি। মহারাণী য়াম্না হৈনিংই। হয়েংদগী হেক্তা হৌখিরো। ভসিদি বীনা থরা তাখিসিদনা।

মখোয় অহুমদি ভকচান্না ফম্লম্মী। মন্ত্রী তৌফম খঙজ্রে। বিজয়না হান্না হায়রকই, "মহারাজ, বীনাগী খোঞ্জেল কোন্না তাসি। নীফং তেনগী বিদ্যা হান্না তাসি।"

মানসিংহনা হংলকই, "করিগীনো?"

মন্ত্রীনা মপুং ফানবা হায়রকই, "মাণ্ডুগী সুলতান গয়াসদ্দিননা নরবরদা লান্দারে।"

"পাউ অসি কৈদৌঙৈ লাকপনো?" মানসিংহনা তপথনা হংলকই। মন্ত্রীনা খুম্লকই, "হৌজিক ভৈহাক্তী মমাংদা লাকপনি। অনকপদা লৈবা খুনশিং পুমচায় চায়থরে। মগরৌনী নৈহৎখ্রে। নরবরগী মায়কৈ মরিমক্তা কোয়শিনখরে।"

"সিকন্দর লোদীনা কদোমদা? মায়কৈ কদায়দা? কদায়দা?"

"সিকন্দর লোদীদি দিল্লীদা মাগী সরদারশিং (দরবারী) গা খৎনহনা লৈরে।"

"গুজরাতকী বঘর্'াদি?"

"বঘর্'াদি সৌরাষ্ট্রাগী ঠাকুরশিংগা পুর্তগালশিংগা থেংনহনা লৈরে।"

চিতোরগী নিংথৌ রায়মলগা মাণ্ডুগী সুলতানগা সন্ধি লৈনৈ।

সোমদনা মহারাণাবু ঐখোয়গী লুচিংবনী খল্লি। মহারাণা না সুলতানবু কনবিবা ভমত্রবসু করিসু লৈতে মরমদি সুলতান মশামক্তা সন্ধি অহু য়ানিংদবগীনি। য়ানিংদনা করম্না পাংথোক্কনি? ঐ হয়েং হেক্তা লান চংলগে। নংনা মহারানাদা পাউ থাখো। দিল্লীগী নিংথৌরেল সিকন্দরসু খর চেকশিন্না লৈয়ু হায়না ইখো। মতাং অসিদা মহাক্না সিকন্দরগা লান শোক্লরবদি ঐখোয়না হোৎনজবা মইহ থুনা য়াল্লগনি। চন্দেলগী লিমামা চেকশিন্না ভাকউ, ঐ নরবর কক্তুরগা থুনা হল্লকে।"

মন্ত্রী মীপায়রম্বা কোকথরে। মায়খোংদা থোনা কবমী মমী উরকই। হায়রকই, "মতমসিদা লাম্মী থোরাং তৌনবা লানবুং য়েংজরগে, অহিংসিদা থোরাং লোয়রসি।

নিংথৌনা অয়াবা পীরে।

বৈজুবা য়েংশিন্নরমদে। নিংথৌনা উরম্মী।

হায়রকই, "আচার্য বৈজু, নং করি হায়নিংই।"

হায়নিংদনা হায়রকই, "মহারাজ! চন্দেরীগী সুলতানগী সুবেদার শেরখানসু লাম্মী পুরগা লাকনি। নরবরদা নত্রগা গ্বালিয়রদা লান্দা-রকদরা খঙদে।

নিংথৌনা হায়রকই, "ঐ খঙই। চন্দেরীগী রাজসিংহনা নরবর পামই। অদুবু থংদবা নত্তে ঐসু চেকশিন্নী। গ্বালিয়র নিংথিনা ঙাক্লবা ঐনা শিন্নমগনি। অদুগা ঐ লান চৎকনি।

"হয়েংদগী ঐ থবক অসি হৌগনি। লান্দা কনামত্তনা অপনবা পীথা য়ারোয়।" বিজয়না হায়রকই।

মানসিংহনা হায়জরকই, "মীকুপ খরদং অদোমগী বীণাগা আচার্যগা সঙ্গত তৌবিয়ু।"

মন্ত্রীনা মখোয় অনিদা য়ারুনু হায়বগী মওংদা মীৎনা ইঙ্গিৎ পিরম্মী।

বিজয়না হায়জরকই, "মহারাজ, লিরু তেন য়েংশিনসি, তেনদোন শেংদোকসি। আচার্যগী তানশিং অদুগা বীনা খোঞ্জেল লাম্মীনা তাপ্রবদি লানগী থোরাং তৌরদি লায়রবনা নিংথৌগী মতুং ইন্দুনা লৈখ্রনি।"

মানসিংহনা মখোয়না হায়বদু থুনা য়ারে। মখোয় অহুম চৎখরে। মানসিংহসু মৃগনয়নীগী মনাক্তা থুংখ্রে। মন্ত্রী লাকপগী মরম তাক্লে-লানগী রা তাবগা মৃগনয়নীনা মাগী লীরুং তেন তা নিংশিংলকলম্মী।

হায়রকই, "মহারাজগী য়াথং ফংলবদি ঐ লানগী দমক্তা য়েংবশিনবা তেনগী পরীক্ষা তৌরগে।"

মানসিংহনা হরাউনা হায়রকলম্মী, "হৌজিক নত্তে। লাম্মী লাক্লা-লাকখিনী। মাণ্ডুগী সুলতান কয়াবু নরবরগী থাটশিংগা তোমর শিংদা

কল্লারক মাল্লথিবা শীথরে, অছুবা হন্দকস্লুলতান্‌মমায় লৈহ্নবা চেনথিনী বদি। নওাজোরনঅমরু সংগী শক্তি ঐনা নিংশিংগনি।"

মৃগনয়নী চীংনথরে, রাজপুত মুপীশিং লান চস্তে অত্থবু মৈঙ্গুংদা চোংশিন্দুনা শিমবা থৌরাং তৌহ্নবা লৈ। মমায়লুকথথরে।

মহারাজনা হায়জবা ওইনা হায়রকই, "নংনা নংগী থৌরম ঈশে নোংমায় ফজনা চংথৌ। ঐনা হল্লকপদা নখোয় মুংঙাযনা লৈরম্লবা। কনাম্লনংগা লোয়নরি। থবক পুক্লিং চংলবদি পংরা য়ারয়োয়। আচার্য বিজয়দি থবক্লা মরুনি থনবা মীনি।

মৃগনয়নীনা লাখী নিংশিলক্লে। অফবসিদা লাখী লৈরবদি হায়না কল্লা খল্লকই।

অমাবস্থ অমথবা ওযত্রে হায়রকই, "লাখী অমদি য়াম্লুং রাঙ্গদগী কৌবিয়ু।"

মানসিংহনা হায়জবত্থ য়াবিরে, "ফরে, শগোল তোংবা অমস্থং উট অয়াংবা তোংবা থারগে। অহিংসীসিদা নখোয় অনি অছুম য়ৌরক্লনি।"

মানসিংহনা খিনথদনা শগোল তোংবা অমস্থং উট তোংবা থাখরে অছুগা লানগী থৌরাং তৌখরে। অহিংচুপ্পা থৌরাং তৌরগা মোংঙাল্লগা লান চংনবগী য়াথং ঙাযহনা লৈনরম্মী।

মোংঙাল্লমদায়দা রাঙ্গদগী শগোল তোংবা কাংবু হল্লক্লে। উট অমদা পুজারী মোযনদমক তোংহনা লাক্লম্মী। বোধম্লা মানসিংহদা নখোয় অনিগী লুহোংবা, খুনগী মীশিংগা চংনদবা জগোয় শাবশিংগা চেন-খিবগীম্লায়ী পুম্লক লীরম্মী।

অমরোমদা হায়রকই, "মহারাজ নখোয়্নিনা তৌহৈদবা থবক থরা তৌখরে। খুনগী মীশিংনা শাউরে। নখোয় চংখিবনা ফরে নত্রবদি খুন্দা ইরাং থোক্লনি।"

মানসিংহনা মুংঙাযতনা হায়রকই, "অদোম লৈম লৈনা।" বোধন খর ইকায়বা, "মহারাজ! ঐনা করি তৌবা ওমগনি? শাস্ত্রগী নিয়ম ঐনা ককপা ওদ্রা নত্তে, ঐদি অপীকপা পুজারী অমনি।"

আচার্য বিজয়জঙ্গমস্সু শাস্ত্র খম থেংনা হৈরবা মীনি। মহাক্নদি তোপ তোপ্পা রা হায়। মহাক্তি জাতি বিজাতি খায়বসি য়াম্না কন্না য়ানিংদে।

"মহাক্না খংদত্নুনা তৌরিবনী। ঐ মহাক্না শাস্ত্রার্থ তৌনবা ঙমগনি।"

"কৈদোঙৈ?"

"হৌজিকমক। মহাকপু কৌখিয়ু। ঐ হৌজিকমক লাইব্রিক য়াউদনা মহাক্না শাস্ত্রার্থ তৌন্নবা থৌরাং তৌরে।"

"হোয়মে! নখোয়গুম্বা মমাংঙৈগী রাখল লৈবা মীনা মৌলবীশিং অমস্সুং মুল্লাশিংগা শাস্ত্রার্থ তৌগে থনখিবা লৈত্রনে?"

"তৌনখি দিনবন্ধু, করিগুম্বা তাংবা ফংলবদি খোংকম হোংলোয়।"

"অদোমগী খোঙস্সু মীংস্সু উব্রনে?"

"মহারাজ ঙাকপিগনি, হিন্দুগী মীংখি ব্রাহ্মণনি। মহাক্না উত্রবদি মমিৎ তাংবা কৌরেদনা।"

"নঙগী মিৎনা অমদি রাঈ খুনগী থবক শুবা লৌমীশিংনা অটল অমদি লাখৌগী লুহোংবতমক উরমগনি।"

"মহারাজ, ঐখোয় নত্তনা কনাগী মিৎনদি উগনি?"

"রাঈগী মমিৎ তাংবশিং অত্তুস্সু নংগুম্বা অপংবা ঙাক্না ওইরবরা?"

"মহারাজনা শাউবিরবস্সু শাউবিত্রবস্সু করিস্সু উপায় লৈতে, অশেংবা ব্রাহ্মণ অমস্সুং হান্নগী শাস্ত্রপুরানদি লেংদবনি।"

"ঐখোয়গী সমাজগী মমিৎ তাংবা, মমা পংবশিং কৈদৌননি? ঐখোয় পুম্নমক লুপমিন্নরগা শিগদৌরি।"

"ঐ খঙই, মহারাজগী ভ্রম ময়ামসি ধর্ম লৈতবা বিজয়জঙ্গমনা তম্মীবা ওইরমগনি।"

"শাস্ত্রার্থ তৌনবদা মতম কয়াম চংগনি?"

"মোংমা, নিনি, মরিনী মঙায় মসিদি ঐখোয় অনি শাস্ত্র খংবগী মথা পোল্লে।"

"অদু ওইরবদি লানবুং, লাললাউ, শগোল, লাম্নী, লাকলিবা য়েক্লবশিংগা মায়োক্লবা তোক্লগা শান্ত্রার্থ তৌনরসিরা ?"

"মহারাজ শাস্ত্রদি শাস্ত্রনি। থরায় চৎখ্রবস্থ শাস্ত্রগী রাদি ককপা ওমদে।"

"নঙগী অন্ধবিশ্বাসনা ফজরবা থরায় অনি মাংহল্লে। মখোয় অনি হাৎপগী দায়িত্ব নঙগীনি।"

"মহারাজনা জয় ওইসমু। ধর্মগীদমক্তা তোল্লবা ব্রাহ্মণ অসি থরায় কৎচরে। দণ্ডি পিনবীয়ু।"

"অপংবসে ব্রহ্মা ফাউবনা ভাব তাহনবা ওমদে। ঐনা চুম্না হায়বা রাসি নঙনা ওম্ন তৈম্ননা খল্লে। হৌজিক্তী ঐ চৎলে। নররর্দগী হল্লক্লগা নংবু অমদি নংগী রা খম্নগনি।"

বোধন পুজারীনা মপুক্লিংদা মুংঙায়ক্তবা রাখল নমথম্নী। নিংথৌনা দণ্ডি অসি মতম য়ৈথোকখরে। মবায়গী অমদি মচেগী মীচং চংহ্রনা দণ্ডি পিরবস্থ য়ায়। ত্যাগ অমদি তপস্যাগী লমচংকী থৌইন-শিন্দগী হায়রকই "ঐ রাঈদা করিগী লৈরুনি? মীরৈবাক্তা চৎখ্রগা লোয়রে।"

নিংথৌ শাউখরে। খোঞ্জেল কম্না হায়রকই, "নংনা চৎনিংবা মকমদা চৎখরো। লৈবাক অসিদা অপংবা অমদি ময়েং তারনি।" খম্না তপথনা হায়রকই, "নঙনা লৈরবস্থ চৎখ্রবস্থ রাঈগী মন্দিরদি ঐ শাগনি।"

বোধন পাখৎলম্বহু খরা হন্থরে। তুমিন্না লৈরে। নিংথৌ থুনা চৎমিংলম্মী। বোধন মথুৎ থাজত্তুনা আশীর্বাদ পিরমলগা চৎখ্রে। নিংথৌনা বোধন চৎখিবগা শাউবহু খরা হেনমনখ্রে খল্লম্মী। অদুগা লোয়ননা মঙক্তা মণিগী লীক শিবিখীবা লাখীবু মমিত্তা উরক্লম্মী। অহানবদা মৃগনয়নীগা উন্নখিবা মতমদা চিংনদনা রাখল ফজনা লৈবা লৈশাবীনি, অটলস্থ ইচম চম্না ঙাউজবা লাখংনি। পুজারী অসিগী থৌওংনা হাত্তোকপিরে! কদায়দা নিঙায় চাউত্রা লপংবনো!

পুজারীগী য়া নিংশিংদরে, নিঙমদবস্তু তৌদরে।

মানসিংহ মৃগনয়নী মনাক্তা বিদায় লৌবা লাকলে। অটল অমসুং লাখীগী য়ারী লিরে। মৃগনয়নীগী মমিত্তগী মপী চহুম চহুম তারক্লম্মী। মানসিংহগী বিদায় য়াখল থনবদগী মপুক্লিং ফাথরম্মী।

মৃগনয়নী মুংশিনা হায়জরকই, "মখোয়না নি থেংনবগী অদোম্মা পুবিরক্কদরা?"

মানসিংহনা অচেৎপা পাউখুম পিয়কই, "পুরক্কনি। লান অসি লোয়বগা জাৎ বিজাৎ খায়বগী লানস্তু শোক্লগনি।"

মৃগনয়নীনা মমিং ঈরা চেন্না আরতি হায়দুনা মানসিংহবু বিদায় পিরম্মী।

লানগী থৌরাং তৌদুনা মীয়ামগী আরতী ওবদগা, মঙ্গল ওকলগা মুমিং তাদুমক্তদ লানগী থৌরাং তৌরগা মানসিংহ গ্বালিয়র থাদোক্তুনা নরবরলোমদা খোংশানখ্রে।

( ৩৩ )

গয়াসমুদ্দিন খিলজীনা নরবরগী নোংচুপ অমসুং খাগী লিমনাদা লান্মী থমখ্রে অদুগা লান্মী অয়াম্বদি অরাং অমসুং নোংপোকলোমদা শন্দোক্তুনা থমখ্রে। নোংচুপ অমসুং খা মায়কৈদদি অরাংবা চীংশাং, অমুকপা জঙ্গল, অচৌ অচৌবা ঘাটশিং লৈ। নরবর কিলাগী থোং অমা খা মায়কৈগী উমংলোমদা লৈ। নরবর খুন অসি ইকোয় কোয়না নোংপোক্তগী নোংচুপ থোং ফাউবা অচৌবা উমং অমনা কোয়শিল্লি। কিলা জয় তৌবা য়াম্না লুনা থোক্কনি অদুবু শহর নৈহৎপদি করিস্তু অখিংবা লৈরোয়।

নরবরগী খা নোংচুপতা চেল্লিবা সিন্ধু তুরেলনা অরাংদগী নোংপোক ফাউবা কোয়শিল্লগা চেল্লি। সহর অমসুং কিলা অসি সিন্ধু তুরেলনা মায়কৈ অহুমদা কোয়শিল্লী। তুরেলগী নোংপোকথংবা চিথেক্তা মঙ্গলকী

কেন্দ্রলৈ। চন্দেরীগী সুবেদারনা অচৌবা লান্মী পুরক্লে। মোংমা নিমীগী মহুৎদা গয়াসনা যালিয়রদা লান্দাগদৌরি। নরবর অসি চন্দেরীগী সুবেদারনা কোয়শিল্লে। যালিয়র লৌশিল্লবদি নরবরদি খুৎ লোল্লরগা মাংদা লেপ্পরনি। গয়াস, মহাকী মুল্লা, চন্দেরীগী সুবেদার অমস্তুং মটক্লনা মসি খন্নখরে। মতমসি ফাউবা গয়াসকী মাংদা যুগী পাত্র অমদি কপ পুশিল্লক্লি। সন্ধ্যা ওইগদবা খর ল্লাৎলি।

মুল্লানা হায়রকই, "জহাঁপনাহ! সহর খুদুম চনবগা মফমসিগী মন্দির অমস্তুং মুর্ত্তিশিং থুগায়গদবনি। অদুগী মতুংদা সুবেদারদা শিন্নয়নগা যালিয়রদা লান্দাবনা ফরনি।"

গয়াসনা রা অসি পামদে। হায়রকই, "সহরগী মন্দির অমদি মুর্ত্তিশিংদী ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংনা থুগায়খ্রবনি।"

"জহাঁপনাহ, অদুবু অনৌবা অমুক লিংখৎখরে।"

"করি ওইজনি, অরেম্বদা কান্নদবা থবক তৌরগা? ঐখোয়না থুগায়বা মখোয়না অমুক শাগৎপা, অফবা করবারদুম ওইরনি।"

"জহাঁপনাহ! হিন্দুশিংদি মুর্ত্তিশিংসিনা মখোয়বু ঙাকলিবনি হায়না থাজে! মুর্ত্তিশিং থুগায়রবদি মখোয়গী থাজবা মাংলবনি। থাজবসি হেক মাংহনবদা মখোয় তিনকাংগুম্না ল্লানা হিংগনি।"

"মসি চুমই, হিন্দুশিংনা ইজৎ অমস্তুং থাজবসি লায় কোটি কয়া কয়াদা থমই, মরম অদুনা উ অমদি মুং লাৎনরিবনী। মুর্ত্তিশিং মাংহল্লগা মখোয়গী থাজবা করম্না মাংহনগনি?"

"জহাঁপনাহ, মদুগী ফল লৈগনি। মখোয়দি অল্লাবা লাকপগা মুর্ত্তিশিংদা হায়জে। মুর্ত্তিশিং থুগায়রবদি থাজবা মাংলনি অদুগা হাংজ-ফমস্তু লৈরোয়।"

"অদা হেক ফংবগা মন্দির শাখিনী। মুল্লাশিংনা হিন্দু শাউহল্লগা করি-কায়বা ফংগনি?"

"জহাঁপনাহ, মখোয়গী অপমানদা অহিং সুংথিল তুমহনদ্রে, মপা

মপুগী লমন থুমনিংবনা লোয়রে, মপা মপুগী লন-থুম অসি য়েক্লবদগী মুন্দুনা লোবা ওমত্রবদি মখোয় রাজপুত নত্তে হায়না খল্লি।"

খ্বাজা মটরুনা অর্থ লৈবা মীয়েংদা সুলতান্দা কয়ারক হন্না য়েংলম্মী। সুলতানসু উরে।

হায়রকই, "খ্বাজা নঙ করি হায়নিংই ?"

"জহাঁপনাহ, থোয়দোকপা বা লৈতে, "মটরুনা হায়রকই, রাখল অমদি লৈ, মহু হুজুরনা হয়েং হেক্তা পাংথোকপিয়ু। ননায়বু হায়জো হায়রবদি মন্দির অমসুং মূর্ত্তি থুগায়বসি মতম চাদে, হিন্দুময়াম সুংঙায়-হন্দবদি কত্তে।"

গয়াসনা হায়রকই, "ঐসু মহু খল্লিবমি।"

মুল্লানা অরেম্বদা শাত্তগত্তুনা হায়রকই, "জহাঁপনাহ হিন্দুগী থৌনা মাংহন্নবগী অফবা উপায়দি মসিনী।"

মটরুনা অমুক্তা অর্থ লৈবা মীয়েংদা য়েংলক্লম্মী। গয়াসনা অমুক হায়রকই, "নঙ করি অমুক হায়নিংই।"

মটরুনা পাউথুম পীরকই, "করিবু হায়নিংঙায় লৈ, বা অসি লেপ্পরবগুম্বনি। নমাজ তৌবা মতম য়োরক্লে।"

গয়াস খঙখরে, মহাক চিক্লা করিগুম্বা খর হায়নিংই। বা ঙাংনবহু লোয়শিনখরে।

পুং ২ গী মতুংদা য়ু গ্লাস ১/২ থক্লবগী মতুংদা মটরুগা গয়াসকা কা অহুদা লৈহৌরে।

গয়াসনা ময়ায় কাবা থোঞ্জেলদা হংলকই, 'নঙ করিগুম্বা খরা হায়নিংবদায় ?"

মটরুনা খুম্লকই, "হোয় জহাঁপনাহ। সুপা অমগা সুপী অমগা জগোয়শাবশিংগা লোয়ননা লাকলে। লাখৌ নররমদা লৈরে।"

"এ! অচুম্বরা ? অসুক নক্লা! মাইল অমতমক লাপ্পবা! মিয়া মটরু নঙনা পিবা পাউসিন্ন অঙকপনি।"

"জহাঁপনাহ, পাউ অসি অচুম্বনি। লাখী লাক্লবা থৌরাং তৌখরে। লীক কোল কী-রোল অহু য়ায়া পায়া শেং চারে।"

"ফরে! ফরে! তাঞ্জাসিদা নরবরদা লান্দারসি।"

"য়ায়া তহা তহাবিগমু অতোনবগী মরুপ। জগোয়শাবা অনিহু হয়েং গুমিদাংরাইরম কাউবগী মসুংদা নরবর সহর য়োগনি। মখোয়গী লৈহৌবা মরুপশিংগা তিন্নরমলগনি। মখোয় পুন্নমক হয়েং ফাউবগী মসুংদা থুংলরগনি, ইঙ্গিৎ পিরকনি। লাখীগা লোয়ননা মখোয় মকম চানা থুংপ্রবা কান্দা ঐখোয়না সহর লাকশিল্লবা হোৎনসি।

"শাবাস ঐগী মটরু। ময়াম মমাংদা হায়বা য়াবা য়াদি নত্তে।"

"জহাঁপনাহ। সহর লৌরবা মতুংদা মন্দিরদা থুৎ থাখিরমু। মসি হিন্দু চরাউহন্নবগী মওং অমনি, মসিনা খ্বাইদগী ফবা ওইগনি। লাখীসু হিন্দুনি। অহুগা মুল্লাজীনদি মসি খঙবা নত্তেদা।"

"গধানি। অপংবনি। ভাব তাদবনি। মুল্লা নত্তে উগী মুল্লানিনে। ঐখোয়গী কেম্পতগী মহাক তাম্নোকখো। মাণ্ডুদা ফাউ চংহল্লমু। লৈবাক কায়হললিবসি মরুওইনা মুল্লাশিংননি।"

"জহাঁপনাহ; ওাকপিগনি, ননায়গী কোক কককে হায়রবমু ককপিয়ু। তাঞ্জা অসিদী মুল্লা তাম্নোক্লবগী নত্তে। সিপাহীশিং শাউগনি অহুগা মপুক্লিং মুংঙায়রোয়। মাণ্ডু য়োরগা হুজুরনা তৌবা য়াবহু তৌবিয়ু।"

"ঐ রাশক্লিবসিনী খ্বাজা, মাণ্ডু হল্লকলগা দরকার ওইদবা কাজী মুল্লাশিং তাম্নোকনি।"

মটরু মপুক্লিংদা হরাউজরম্মী। মরু লুক্লগা হরাউবহু লোৎলম্মী।

গয়াসনা হায়রকই, "হয়েংদা মণ্ডায়রে।"

মটরুনা য়ায়া নোমুক্লা হায়জরম্মী, "জহাঁপনাহনা লেপ্লিবহু ওইরগদবনি।। জগোয়শাবশিংগী প্রোগ্রাম লেপরগা মুখিদাংরাইরম হুক্কৎচরগে।"

গয়াসনা হায়রকই "লাম্বী খোরাং লৈপ্নদি, হুমিং অাফ্রিতৈদা কেম্পকী মফম লেপ্লদি। মেথ য়েক্লণা পুনা থবক হৌরক্কি।"

"হুজুর মহুনা ফরনি।"

"জগোয়শাবশিংনা মফমসি কাউবা করম্না লাকলিবা।"

"মহাকপু পুন্নগা মাপু রোমদা লাকপদা লান্দাবগী পাউ- কংবনগী লেপ্পুরনি। মখোয়গী ময়ক্তগী অনিদী পাউ পীবা অমম্ভুং মতেং লৌয়ম্না কেম্প থিবা লাক্লয়রনি। অশোমদনা জগোয়শাবা থরগা লাখীগা সহররোমদা চংগ্রে।"

"করিগী ?"

"জহাঁপনাহ, রা অসিদী মখোয় উন্নরগা খণ্ডগনি।"

"মখোয় অপণ্ডবা ওাক্তনি। থবক তৌবস্নু হৈত্তে।"

"জহাঁপনাহ।"

"নওস্নু বুদ্ধি ফত্তে। ফরে য়েংবা হায়বত্নু মওায়রে।"

মটক্ষনা পু লুক্তনা মচিবান চিক্লখী।

গয়াসনা মীকুপ অমগী মতুংদা "ফরে, হয়েংগী থবকসি য়াম্না চেকশিন্না তৌগদবনি।"

মটরুনা হায়রকই, "হোয় জহাঁপনাহ।"

( ৩৪ )

নরবর সহরগী কিলাগী থোং ৩ লৈ। অরাংদা অমা অহুগা খা নোংপোক্তা অনি লৈ। অরাংবা চেকপল, অকনবা থোং লৈ। শামুশিংগী কবচ থিনগায়নবা থোংগী মপান থংবা শরুক্তা য়োংপিশিং থিন্দোক্ত্রা লৈ। কিলা অসিদা চহি অমা ফাউবগী চায়বা মতিক চানা থমই। শুংনিংদা থরুবা অকনবা শিং অমত্তুং পুক্ত্রিনচিংনত্নু লৈ। ভাকশেয়রগী অমনি য়েক্লবা মাক্লগাংইরুদা পুরবত্তায় তোরুগদবা অচৌবা লুং অমা কিলা মথক্তা থমই। চহি অমা কাউবদি য়েক্লবশিংনা করিস্নু তৌবা অমলোক

হায়বাস ময়বনগী মীশিংনা থাজে। মসিগী মথক্তা রাজা মানসিং হৌজিক্তেং করিগীসু লাকলোয়।

সুলতানগী লান্মীশিংনা খণ্ডই, হিন্দুগী লান্মীশিংদি চায়গী মতুংদা তরা ফাউবা য়ৌদনা লান শোক্লে। মখোয় তরাহুসু অমগা অমগা থংন্দুনা মকোক কক্লবা হোৎনৈ।

মখোয় থুদিংমক্তা মথন্তনা য়েক্লবশিংবু হাৎপা ওমগনি হায়না নাপল তৌই। মখোয়না মচিন মনাউগী মতেং লৌনদে, মখোয় মশেন মপা মপুগী মাংপ্রবা সম্পত্তি হজিনবা হোৎনৈ। মখোয়গী থায়নগী মীয়োন ১৮ শুপ্রবা মপা মপুশিংগী অপমানগী লমন শুয়বা হোৎমহুনা লৈ।

নয়বয়দা লানগী থৌরাং তৌরন্মী, য়েক্লবা হাৎকনি, শিয়বসু হক্লোয় হায়বা মথৌনা লৈরন্মী। মখোয়না লেমহৌরিবা কাংবুদা শক্তি হাপ্পবা, কিদনবা, তন্দনবা হোৎনরন্মী। লানবুং য়ৈবা, লানগী বজায় বেঙ্গুন খোংহুনা লান্মীদা মথৌনা হাপলন্মী। অথৌবা থুৎলায় পায়হুনা, শগোল তোংহুনা লৈঙাং শংবা ফী শেত্তুনা মাংদা চৎলিবা লান্মীশিংবু উবদা মখোয় থৌনা হেনগৎলন্মী।

অহুবু মীয়ামগী রাখলদা মমাংৈঙগী লুক্কিবা থয় লৈরন্মী। অহু ময়ক ময়ক্তা হায়দোক্লরকই। অহানবদসু তুর্ক লাকথি, মখোয়গা মায়য়োক্লবদা মী কয়া হাৎথি, শিন্সী, মী কয়া ফু চৈথি, লুৎ তৌথি, হন্দকমুকসু অহুম হায়না তৌগনি অহুবু হন্দক্কি মানসিংহ পংলাপ লাপ্পা লৈত্রে, মহাক লাকনি অহুবু মুপী অনৌবদা ডাওহুনা লৈখ্রগদি লাক্লরোয়।

থোং থিংজিনথরে, মহুং মপাল চৎথোক চৎশিন য়াহন্দরে। সহরদা মীশিং থয় হেনগৎথরে অহুবু চানিংডায় লৈতবমখৈ হেনগৎপদি মত্তে। অহুবু মুমিং নিনিগী মমুংদা চান থক্লবা মমল হেনগৎথরে। শরুক অনি হেনগৎনা তাংথথরে। ললোমথশিং য়ানরে, ললোনবা য়ারক্লে। অকোক ভাঙনরে। মখোয়না মপুক্লিংনা থন্নমী, থা ২/৩ দং অসুম্না তৌরবদি পোৎকী মমল শরুক চামা হেনগৎলগনি। অহুগা য়েক্লবনা জয় তৌখ্রবদি

মখোয়সু চান থক্লবা দরকার ওইগনি অদুনা তাবদগী তারবদা শরুক অনিদী মমল হেনগৎলনি।

নগরপাল অমসুং কিলেদারগী মফমদা পোৎ তাংবগী য়াকৎনখ্রে। মখোয়না থেমজিল্লে, লানদদি অসুম্না তৌনবনি। তপথো, হেন্না পৈশা তাল্লগা চানবা ভো। লৈবাক ওাকপশিংনা খংই, শেগ্রাউ পায়বশিংনা শাউরবদি মী পুম্নমক চারা হেন্দুনা শিনরনি।

লাখী, অটল অমসুং জগোয়শাবশিংগীদি ফীরোল, চান থক্লবা লৈজে মদুগী চীন্তা করিসু তৌনিংগায় লৈতে মুম্নিৎ খরনি চৎনখিগনি অদুবু লোয়খ্রবদি কমদৌবা? কৈদৌঙৈ ফাউবা অনৌবা লমসিদা লৈগ-দৌরিবা? সমস্যা অসিনা লাখী অমসুং অটলবু চময়হল্লি। অদুবু মতম অদুদা হৌজিক হৌজিক্কী খনবা নত্তনা উপায় লৈরমদে। মখোয় অনি সহরগী অহাংবা উখা অমদা জগোয়শাবশিংগা লৈরম্মী। মখোয়গী মনাক্তা মী খরসু লৈরম্মী। মখোয়না লৈরিবসি খা থংবা থোংগী মনাক্তনি। ইনাকখুনবশিংগী লৈফমদদি মখোয় লৈবা ফংদরে। অটল অমসুং লাখী জগোয়শাবশিংগা লৈমিন্নরবসু তোঙান তারম্মী।

মনাক্তা লৈরিবা ময়াম্না জগোয়শাবা কাংবুনি হায়বা খঙলে, অদুবু অটলগা লাখীগা তোঙান ত্তাবসিদা চীংনরে। অমথক্তা মখোয়গী জাতি হংলম্মী।

অটলনা তাকলকই, "গুজর ঠাকুরনি।"

নায়কিন নোককেৎ তৌরম্মী অদুগা মিৎচি খৎলম্মী। হংজিবা মীদু থরা চিংনখয়ে।

মহাক্তা য়াম্না নোলুক্তা হায়রকই, "অনিমক গুজর ঠাকুররা? জগোয়শাবা নত্তে হায়বা ঐ হায়না খঙই।"

জগোয়শাবদু মমায় লৈথোকখরে।

হায়রকই, "চুম্মা য়ায়, জগোয়শাবা নত্তে, অয়াংবা জাতিদা পোকপনি। হংলগা কৈদৌনি?" থরদং তাকপম্না মহাক্তা লোয়না খঙখরে।

হংলিবত্থনা নোঙ্গুক্না হায়রকই, ''হে ইবেম্মা! ঐগী ইথৌ করিদি লৈনি। অরাবা তারবা মতমদা থঙনৈ, কনানা ত্তিন্নবা য়াবনো? কনানা ত্তিন্নবা য়াদবনো? ঐনবু কৈদৌরুদগে? ঐমা হংবদা করি অমাংবা লৈ, মীপুম্ হংনরকনিনা।"

নায়কিম্না লৈথোক্তুনা হায়রকই, ''মহাক গুজর ঠাকুরনি, অদুগা অরাংবা জাত্তিদা পোকপনি। চৎলো নশাগী নথৌ তৌরুরো।"

মহাক মথৌ তৌখরে অদুগা লোয়নবশিংদা হায়রম্মী, মথোয় অনি অসি তোঙান তোঙানবা জাত্তিনি, মথোয়দা চিংনবা থরদি লৈ। লানগী মতমনি মশা মশাগী খুদোংথিবা থন্নবা মতমনি। কোম্না য়েংবা হায়বত্থনি" হায়রম্লগা মথোয়মশাগী রাথন্দা লুপথরে।

শহরগী মীয়াম তাবা মকমদগী কপ্পা লাউবা তারম্মী। লাখীগা অটলগনা মনা থাঙত্তুনা তারম্মী। মী খরা চেল্লক্লম্মী।

"লুট তৌখ্রে! হাংলে!!"

''চেল্লো! লোৎখরো!!"

''তুর্কনা হাংলে!!"

''শোক্লে। ঈগী তুরেল চেন্নলে!!"

জগোয়শাবশিংনা অমগা অমগা য়েংনরম্মী অদুগা পাখত্তুনা মথোয়গী পোৎচৈ লোয়শিল্লম্মী। নায়কিম্না জগোয়শাবা অমত্থগী মনাক্কোংদা হায়রম্মী, ''মথোয় অনি অসি য়েংউ, লোৎথি লাকখিনি."

জগোয়শাবনা য়েংশিনগে হায়রম্মী।

অটল মায়থোং হোংলম্মী, লাখীনা চিনবান চিল্লম্মী। অদুগা মখুাংদা য়েপ্লিবা ছুরি শৎলম্মী। খল্লম্মী মমাংঙৈদম্ রাজপুতকী মুপী কয়া মথায় থাগ্রবনি। ঈশ্বরগী থৌজান্দগী ছুরি পায়বা, লংবা হে। র্ক কাংতুবুনা ঐবু শোকপা ঙমগদবা নত্তে।

অটলগী মায়থোং হোংখিবদি লাখীনা উরমদে। লাউখোংজিৎত্থনা মনাক য়ৌরকপদা অটলগা ময়ামগা চংত্থনা রা হুংলম্মী।

' তুর্কশিং করম্বা থোংদা লাক্লে?"

"কদায়দা লুট তৌরে ?"

"মকমসিদগী কয়াম লাপই ?"

"নও কদায় চংলিবনো ?"

"হৌজিক কদায়দা লোংকদৌরিবা ?"

অহুবু মখোয় রাহং অমত্তগী পাউথুম পীবা ঙমদরে। মীকুপ অহুদা রাজপুত অনিথক শগোল তোংহুনা লাক্লম্মী।

অমনা লাউরকই, "মীপায়গমু, তুর্ক লাপ্পা নৈ।"

ময়ামদু হীংগদবা মাল্লে। ময়াম্না শগোলতোংবা অনিদু কোয়শিল্লম্মী। অটলনা মাং থারমই।

অটলনা হংলকই, "করি তৌররে ? কনানা কনাবু শোকহনবনে ?" শগোল তোংবনা খুমলকই, "করিসু তৌদে। করিসু তৌদে। করিসু নৈতবা রাদগী হেক্তা হৌনরকই, কয়াদা পংখ্রবনো মখোয়নে ! করিসু নৈতবদা লাউ খোংহুনা কোয়চেল চেল্লি।"

অটলনা রা অসি হংলম্মী, "অহুবু করি রাদগীনো ?" শগোলতোংবনা তাক্লম্মী, "রাদি অসিনি, ময়ায় থংবা থোংলোমদা মুপা অমগা মুপী অমগা কপ লাউহুনা লাকই। মখোয়বু তুর্কশিংনা ফুরক্লম্বা য়ায়। থরা শোক্লে। থোং হাংদোক্লবা কপ লাউরে। মখোয় খুৎলায় পায়জদবনি। ঐখোয়না থোং হাংদোক্লগা চংহল্লে অহুগা অমুক থিংজিল্লে। মমুংদা চংলক্লবা ফাউবা মখোয় কপ্লম্মী। মখোয় জগোয়শাবনি হায়। মকমসিদা জগোয়শাবনি হায়। মকমসিদা জগোয়শাবা নৈত্রনে ?"

অটলনা ইজিং তৌহুনা তাক্লম্মী। নায়কিম মীয়াম মদুগী খোরক্লম্মী। মমায় মকশিল্লম্মী। মমিৎ লাউখোক্লম্মী।

"মখোয় অনি কদায়দা নৈ ?" নায়কিন্না হংলম্মী।

শগোলতোংবনা খুমকই, "মুম অসিগী মাকনদা পোংথারি। মখোয়বু ঊশিং শিথকলে।"

নায়কিনগা জগোয়শাবগা মায়কৈ অদোমদা চেনখ্রে।

শগোলতোংবনা অটলদা রা হংলম্মী, "নঙদি জগোয়শাব নক্কা।"

অটলনা হায়রকই, "নত্তে, ঐ গুজর ঠাকুরনি।" নাপলগা লোয়ননা হায়রকই।

"কদায়দগী লাকপনো?"

"মগরৌণীদগী।"

"মগরৌণীদগী! ঐনা অমুক্তা উথিজ্রিনা! ঐসু গুজর ঠাকুরনি। মকমসিদা গুজরশিংগী চাউরবা খুন নৈ। কিলা অসিগী নোংচুপথংবা মায়কৈদা গুজর ভাক্তা লৈ। নখোয় মগরৌণীগী কদায়দগী লাকপনো?"

"খাজিয়রদগী মগরৌণীদা লাকপনি।"

"অহুগা জগোয়শাবশিংগা কমদৌনা?"

"লখীদগী লোয়নরকপনি!"

শগোলতোংবনা মখোয়গী মঙ্গি মতা হংনরম্মী, অটলনন্থু হংলে, অহুগা অমরোমদনা জগোয়শাবশিংনা অশোকপা অনিহু শমহুনা পুরক্লম্মী।

অটলনা চিংনমহু কোকথরে। মখোয় পিল্লীগা পোটাগা ওইরম্মী। মখোয় ঈনা পুমতৈ তৈথরে।

মখোয় পুমমক উরথরে, পিল্লীনা মরু লুকথরগা মমিংনা ঈজিং তৌরম্মী। নায়কিন হরাউথরে অহুবু হরাউবহু উহলদমদে। মীয়াম্মা মখোয়বু কোয়শিনথরে।

নায়কিম্না ময়ামহু চংশিনবীরক্তনবা হায়জরম্মী, "ঐখোয়গী হিদাক লাংথক, মন্ত্র যন্ত্র লৈ খুনা ফহনগনি। নশা নশাগী নফমদা চংলো।" ময়াম হন্দোকথরে। অশোকপা য়েংনিংবনি, য়েংবা ফংদরে, লাপ্পা য়েংলগে থম্মরে।

নায়কিম্মনা অমরোমদা পোটা, অমরোমদা পিল্লী হিপহনখ্রে, অমনবা ফিনা খুমজিনথরে।

অটলনা পোটাগী মনাক্তা অহুগা লাখীনা পিল্লীগী মনাক্তা চংশিন্দুনা ফমথরে। নায়কিন অমস্থুং অত্তোপ্পা জগোয়শাবশিংনা মখোয়গী অমোং-পশিং চামথোকপিরে। অশোকপা মফমদি লৈবা উদে। লাপ্পা য়েংবা কাংবুম্রু উবা ফংদবনা য়েংনিংহ্নবা লৈরম্মী।

অচিকপা তাঞ্জা কংলবা মতমদা লাখীনা পিল্লীদা হংলম্মী, "কনানা ফুই ? কদায়দা শোকই ? কদায়দা লৈরুই ?"

পিল্লী নোকফেৎ তৌরম্মী। থুম্নকই, "পোটাদা শোকপনি, ঐদি শোক্তে। মাগী ঈত্থু ঐগী ফীদা চোংবনি।"

"পোটা কয়ম্না শোকলিবা ?"

"তুং অমদা নানথুবনি অত্থুগা অকংবা উ অমনা থিনবনি। শোকপদি শিত্তনি ঈদি য়াম্না থোকখ্রে।"

"অত্থুগা তুর্কশিংনা শোকহনবনি হায়ম্বিবনা কম্নিগী ?"

"নত্রবদি থোং কয়ম্না হাংদোকনি অত্থুনা তৌশিন্নবনি।"

লাখী নোক্লীংলম্মী, অত্থুবু পিল্লীনা নোক্তনা ঈজিং তৌরম্মী।

লাখীনা হংলম্মী, "নখোয়নি কদায়দা লৈরুই ?"

"রাণী ইবেম্মা, পুম্নমক তাকে। ভৈহাক লৈরগা তাকে। থাংবা কলদু।"

থবক কম্নিস্থু লৈতে। লাখী য়াম্না তানিংলম্মী। পিল্লীনা অস্থুম য়ৈথোকলম্মী। মহাক্না না থৈখরে।

হায়রকই, "মফমসিদা খুদোংথিবা লৈতরবরা ?"

লাখীনা হায়রকই, "অহাংবা মফমনি, নিংথম্বা মতমনি কম্নিস্থু খুদোংথিবা লৈতে। লম্বীদমকস্থু নত্তে, শহরদনি ঐখোয়না লৈম্বিবা অসি।"

"মফমসিদা কনাগুম্না জাতিগী মরমদা হংখিবয়া ?

"হণ্ডখি, মহাক্না গুজরনি হায়খরে।"

"অত্থুগা নংগী জাতিদি হংখিবয়া ?

"ঐণ্ডোন্দদি কনানস্থু হংদে। অত্থুবু মখোয় থরদি চিংনখ্রে। কিনিংণ্ডায় লৈতে। মসিদা গুজর য়াম্না লৈ।"

"কনাগুম্বনা থংগ্রবরা ? নংনা হংণ্ডবরা ?"

"হংদ্রে। মহাক্না শগোলতোংবগা রাম্নী শায়বদা ভাহৌবনি।

"মফমসিদা নংগী জাতিগী-শী লৈরমলোয়রবরা ?"

"লৈরম্বা য়াই।"

"য়াগনু। ঐনা কজনা শিন লাংলবনি।"

"কন্নয়া?"

"তাকনি। ঐখোয় সিদা লৈগদবা নত্তে।"

"কন্নিগী তাকথোক্লিবনো। পুম্নমক তাকলো।"

"কনাদসু হায়দোকলোয়ব্রা?"

"হায়দোকলোয়।"

"কুমন্ন সাহবতসু?"

"হোয়নে, হায়রোয়। ঐ তানিংবনা ভায়ঙমদ্রে।"

"নঙনা কন্নিগুম্বা হায়দোকলবদি নংতনি মাংঙগদবা।"

"কন্নয়া? ঐদি কনাদসু হায়দোকলোয়না।"

"হায়দোকলবদি রা অসি শম্দোকখ্রনি। নঙ অমসুং কুবম্নজী তোঙান তোঙানবা জাতিনী। য়ুম থাদোক্লগা লাকপনি। পাপ তৌরবগী দণ্ডি ফংগনি। লানগী মতমনি। কিলেদার অমসুং মগরপালনা অমম্বা কা অমদা নমশিন্দুনা থম্বিরনি। অহুগী মতুংদদি নথোয়গী আশা পুম্নমক মাংলনি' অরেম্বা ওইরনি।"

"হায়দোকলোয় হায়রবদি হায়রোদনা। অসুম্না কন্নিগী কিহল্লিবনো?" মতমসিদা মহাক্না মানসিংহ অমসুং নিন্নী নিংশিংলক্লম্মী। অটল নিংথৌগী মরীমতানি অহুফাউবদা ঐখোয়বু ওৎকদরা? নিংথৌনসু জাতি তিন্নদবা লুহোংই। অহুবু মহাক্তি নিংথৌনি, ঐখোয়না লায়রবনি। নিংথৌনা তৌরগা পাপ নত্তবা ঐখোয়না তৌরগনা পাপ ওইবা থুদোং-থিবসি চৌংগী কিলাগী অমম্বা কা অমদা নমশিনখ্রগা লোয়রে। পিল্লীনা হায়ল্লিবসি চুমগব্রা! জাৎ বিজাৎকী নিয়ম কল্লি মসিগী অচুম্বনি। লাথৌনা থল্লি। মপুক্লিং লাংলম্মী। মখোয় অনি কদায়দা লৈক্লম্নিবা? মখোয়না শিল্লিবসি কদ্রি ওইরমগবা?

পিল্লী ভুমিল্লা লৈরে। মহাক্না মমিত্তমক য়েংলম্মী। পিল্লীনা মমিৎ উইশিন্দুনা হায়রকই, "ঙৈহাক পোথাখিগে, অহুগা কোন্না তাকে।"

( ৩৫ )

ঙৈহাক লৈরগা অটলসু পিল্লী য়েংবা লাক্লম্মী। হৌনবী লমচৎ খরা ঙাংনরগা থুনা হনবা পাম্নমই। পিল্লী ফি অমা ইল্লগা ফমথরে। মহাক্কী মায়থোংদা অরাবগী ফীভম উরমদে।

হায়রকই, "ঐনা লাখীদা য়ারী পুম্নমক লিথোক্লবনি। সহরদা চংবা য়ারমদে। পোটা তুশিনবদগী খরা শোক্কে। ঐদি করিসু শোক্কে, কনাদসু হায়দোকলুহ্ন।"

অটলনা হায়রকই, "ঐদি করিগী হায়দোক্কদৌরিবা?"

লাখীনা হায়রকই, "য়া লোয়না তাকউ য়াদে, তাক্কনিদি হায়! মপান্দা থোক-থাক তৌরগা লাকপনি, হৌজিক হায়দোক্লি।"

অটল লেপখরে। মহাকসু য়াহু তানিংলম্মী।

পিল্লীনা লাখীদা ওনশিন্দুনা হায়রকই, "নায়কিনহু তুমিন্না অমুক্তা কৌরকউ।"

লাখীনা মমায় লৈথোকখিবগা পিল্লীনা ইঙ্কিবা ফি নাম্বহল্লম্মী অহুগা অটলদা মখিং খংলক্লম্মী। অটলনা ইকায়রহুনা মমায় লুকথরম্মী। লাখীসু ফি নাম্বখিবহু উরম্মী, মানা তৌরিবহু লোয়না উরম্মী। চংখ্রে।

পিল্লীনা মফিহু লোয়শিনদরে। মোমোন নোক্তুনা হায়রকই, "কুঁবরজী! মকমসিদগী চৎপনা ফরে, খুদোংথিবা য়াম্না লাক্কদৌরি।"

"খুদোংথিবা লাক্কদবুদি উরেনে।"

"মহুদসু নত্তনা অতোপ্পা খঙদবা খর লৈরি।"

"করিনো? করম্বা?"

"নত্তনা শাউরংননা ঙাংহুনত্তা লৈ।"

"শাউদেদা, খুদোংথিবা মতমনিনে।"

"ফরে ফরে, মসিদগী চৎলগা য়া ঙাংনসি।"

"সুলতান মশামক লাকলে। ঐথোয় মাগা উন্নরুরবনি। লাম্মী ময়াম পুহুনা লালে, শগোল, শামু, লাম্মী ময়ামসু লোয়নরকই। ওসি

নত্রবস্ হয়েংদি কিলাগী মায়কৈ মরিমক্তা কোয়শিনগ্রনি অদুগা ঐখোয়বু হাংগ্রনি। মরকসিদা জাং বিজাংকী ব্রাথোক লাক্লবদি ঐখোয় তৌফম খঙলয়োয়। মফমসিদগী ঐখোয় চৎলসি।"

লাখী নায়কিনবু পুরগা লাক্লে।

"কমদোরি সুপীমচা ?" মহাক্না সুংশিনা হংলকই।

পিল্লীনা লৌনম্বা ওয়দবা রা হায়রকই। কিলাদগী মপান থোক্লবা থৌরাং শিন্দুনা হায়রকই, "খা থংবা থোংগী চেকপল মনাক্তা উ অৱাংবা হৌই। মতুদা কারগা মপান থোকগ্রসি, খারোমদদি শক্সিস্ লৈতে। অহিংচুপ্না চৎলগা নোংঙাল্লগা অতোপ্পা খুন অমদা য়ৌগনি।"

অটলনা হংলম্মী, "নখোয়গী শাশিং, চান থক্লবশিং অসিদি করম্না পুবা ?"

মহাক্না খুম্লকই, "ঐখোয়গী লীক কোন, পৈশা লৈ, য়াম্না লৈবা ফংগনি। সুমিৎ নিনিগী চান-থক্লবা পুরগা লোয়ক্লে, য়াম্না লৈ। থৱায়দি হিংহৌরনিদনা। নরৱরদা ঐখোয়গী করি লৈহ্নুনা ঐখোয়না থৱায় থাগনি ?"

অটলমা হায়রকই, "ঐখোয় চৎত্রবদি ?"

নায়কিন্না হায়রকই, "ঐখোয়দি চৎলনি।"

"নখোয়বু থনম্বা ঐখোয় সুংঙায়তে। অতুবু করিস্ কায়দে। কনাদস্ তাক্কনু কঁুরবজী, নত্রবদি মফমসিদা ঐখোয় সিফায়না হাংগ্রনি।"

অটলনা হায়রকই, "হায়দোকলোয়। থল্লিবনি, ঐখোয় করিগী লৈহৌগনি ? অতুবু করম্না চংকনি। অতুগা অমনা পোটাদি অশোকপনি, করম্না চংকনি ? মহাকপু থনম্লগা চংকদরা ?"

"থনমলোয়, নায়কিন্না খুমলকই, "ঐখোয়গী হিদাক-লাংথক, মন্ত্র মন্ত্র লৈ, সুমিদাংৱায়রম ফাউবদা ফগনি। ঐখোয়গী থৌরী লৈ। কিলাগী মতোনগা উগা থৌরী তিংগনি অদুগা মতুগী মতেংনা ঐখোয় লুমথগনি। মলুং অমলুং মপালগী মীনস্ উবা কংলোয়। কৈনচিংবা

ঐখোয় উদা অহুম লৈগনি। মখোয়না ঐখোয়বু শোকপা ঙমলোয়। অসুম্না মথক মথক্তা লান লান্দুনা চৎকনি। ঐখোয়না লম্বী ফজনা খঙলগা লাক্লবনি।"

অটলনা খহুরকই।

মীকুপ অমগী মতুংদা হায়রকই, "য়াম্না লুবা থবকনি। অহিংদনি থবক অসি তৌগদৌরিবসি। তুমিদাংবায়রম ফাউবগী মতুংদা ঐ খল্লগা হায়গে।"

পিল্লীনা হায়রকই, "মতমচু ফাউবগী মতুংদা পোৎ চৈ পুনশিন্নসি। নায়কিম্না অহিংদা পুমলাং লাংদনবা।"

অটলনা হংলকই, "অহিংগী করম্বা মতমদা চৎকদবা?" পিল্লীনা খুম্লকই, "চিক্লবা কান্দা, নোংয়াবাইদা। ঙসি থর ঈংগমি নায়কিন, শিং খয়া লৌশিন্‌। মৈ কম্না থাম্নগা পুং অমা মথায় পুম্নম মম্নবা। তুমখ্রগা থা তাখ্রগা ঐখোয় তুমিন্না থোকথিসি।"

অটলনা হায়রকই, "মতমচুদা সম্রিশিং লাক্লবদি?"

"সম্রিশিংদী কিলা মথক্তা লৈবনি। নঙস্ু উরিবহুনি। লাক্লবস্ু হায়গনি, কিলাগী মপান্দা কনা কনা লাকপগে য়েংজিবনি। মখোয় হনখ্রগা ঐখোয় নানথোক্ক্‌না চৎখিনী।"

নায়কিনগা অটলগা মফমচুদগী চৎখ্রে। পিল্লীনা লাখীবু থাম্লম্মী, "চৈহাক ভায়খো, য়ারী শাম্নখিসি।"

মহাক ফমথখরে। মায়থোং মকশিল্লম্মী।

পিল্লীনা হায়রকই, "য়াগন্ু, নপুক্লিং অচুক য়াম্না য়াগদবা নত্তে, ঐখোয়গী অফবা হুমিং লাক্লবনি।"

লাখী খরা হরাউজরম্মী। "জাৎ বিজাৎকী য়া মাংখ্রসনু। নহানমখৈ ঐ মসি খঙলুদে।" মহাক্না হায়রকই।

"কুঁয়রজী ঐখোয়গা লোয়ননা চৎত্রবা অচুগা নঙস্ু মফমসিদা লৈহৌরবা অহিরগা গুজরগা লান শোক্লবদি কমদৌনি?"

"শিখিনী নত্রবদি কৈদৌনি? বিজাভিগী নত্রগা তুর্কশিংগী মথুত্তা শিববুদি ইশা ইথস্তা শিজখিবনা কৈ।"

"রাম! রাম!! নঙনা হায়রিবসি করিনো!!! নঙদি শিগদবা মতম নত্তে!!! নঙগী য়েক্লবা শিসম্ব অচৌবা লৈবাক্কী রাণী ওয়খো।"

"রাণী ওইগদবহুদি ওইখরে।"

'নংগী লাইবক্তস্ম ইরিনে। জাৎ বিজাৎ থায়বা কাংবুসে নঙোন্দা চংজরক্কদবা ঙাক্তনি। মখোয় নংগী থুয়া উফুল লেকলথিগদবনি।"

লাখীগী শ্বর ফুনগৎখ্রে। মাগী মুংশাশ্বর হোনবদা মথবাক রাংখৎ-মেমথ তৌরম্মী মঙকশমগী শিংলি উরম্মী, মমিত্তগী মপী শিঙ্করে।

পিল্লীনা মুংশিনা হায়রকই "ঐগী মুংশিরবী নিংছিরবী লাখী, নঙনা কপ্পদা ঐগী থম্মোয় কায়গদৌরে।"

লাখীগী মপী ইরা চেনবা মিৎলুদগী মৈরি থোরকপগুম অশাউবা থোরকলমলগা লাখী ইংথখ্রে।

পিল্লীনা হায়রকই, "ঙসি অহিংমক মফমসি থাদোক্লগা চৎপা তাবনি। মফমসিদা ব্রা লোৎপা য়াররোয় হিংবস্ম য়াররোয়। ঐখোয়বু রাশকউ হায়রবদি অচুম্বা হায়বা তাথনি। জাৎ বিজাৎ থায়বা কাংবুনা নখোয়বু মাংহনবিরনি। অসোমদা তুর্ক কাংবু চংলক্লবদি অরাবা তারনি। সুলতানহু য়াম্না কৈ. অহুবু লান্দদি মহাক্না লাম্মী পুম্নমক শেম্নহুনা লৈবা ওম্বা নত্তে।"

পিল্লীনা মঙোন্দা য়েংলম্মী। মীকুপ খর তুমিন লৈরে। লাখী তপ্পা তপ্পা ঈংথরক্লে।

পিল্লীনা খঙহায় হায়রকই, "নঙনা রাণী ওইগদবা মুমিৎ ২/৩ গী মতুংদগী হেন্না চংলরোয়।"

লাখীনা মপী তৈথোক্লম্মী। রাহং হংলহুনা পিল্লীরোমদা য়েংলম্মী।

পিল্লীনা পন্দনা হায়রকই, "নংসে য়াম্না মশক মতৌ ফজবী নিংখিরবীনি মাণ্ডুগী সুলতানা মতম্বাক্তা কোনবিগনি। মহাক্না নংগী মুংশিবতবু ঙায়হুনা লৈরমগনি।"

লাখী শাউনিংবনা তিং লাউরম্মী। মমিংনো চাগনমঙ্ক মুম্না য়েংলক্লম্মী। থক থক নিক্লম্মী। পিম্নীনা লাখী জ্ঞান তান্নমগঙ্গা থম্মী। হায়রকই, "ঐনা হায়দ্রিবনি মীমম্বা নত্তে। হৌজিক কাউমদা ঐনা পুক্নিংদা লোত্নুনা থম্বা কাশিং হায়দোক্কে।"

লাখীনা খোঞ্জেল তপ্না হায়রকই, "করিনো?"

পিম্নীনা আশাগা লোয়ননা হায়রকই, "থবক ওইদ্রি ফাউবদি য়া হায়দোকপা য়াদে। হায়দোক্লবসু ঐখোয়গীদি অমাংবা লৈত্তে। কুঁবরজীনা নঙোন্দা য়ারৌথিনী। জাতিদা লৈবা ওয়রোয়। নংসু শিবমক্তি পামলোয়দনা। মিম্নীনা নুংঙায়না থালিয়রদা য়াণী ওইবা অহুগা নঙনা কোয়চৎ চৎপা।"

লাখীনা হায়জরকই, "য়া শেংনা হায়বিরো। হৌজিক ঐ জ্ঞান (ভাব) তাবা ওমদরে।"

পিম্নীনা হায়রকই, "মপুং ফানা হায়রগে, মপুংফানা তারো। ঐগা পোটাগা নখোয়দগী কায়নবগা লাম্মীশিংনা ঐখোয়বু ফারে। মখোয়না ঐখোয়বু সুলতানগী মমাংদা পুরে। ঐখোয়না মঙোন্দা য়ারী পুম্নমক লীরে। ঐখোয়গী ফীভম য়েংলগা সুলতান্না ঐখোয়বু থোজানবিরে। নঙগী ফজবগী য়ারী তাবদা মহাক হরাউখরে। হায়রকই, অসিগুম্বা ফজবী অহুবু কোনবীগনি অহুগা ঐগী য়াণী ওইনা থমগনি। ঐখোয়না মুঙিং ২/৩ গী মহুংদা পুমকনি হায়রয়গা লাক্লিবনি। অহিংদা মকমসিদগী থোকখিবগা তোংননবা শামু ফংগনি অহুগা সুলতানগী মনাক য়ৌগনি, মকমহুদা সনা, মণি মুক্তা থাম্নবা ফমুংনা নংবু ঙায়হুনা লৈরমগনি। ঐখোয়দি মকমসিদা লৈগদবা নত্তে। লৈরকসু সুলতানগী লাম্মীনা ঐখোয়বু ওৎ নৈরোয়। ঐখোয়গী শক তাকপদা শোকপা ফাউবা শোক্লোয়। নঙগীদি নঙনা থংলিবহুনি। য়ারী পুম্নমক তাক্লে। নংনা জৌগদবহু থুনা লেপলো।"

লাখীনা মমায় লৈথোকপ্রে অহুগা মীকুপ থরা তুমিম লৈরম্মী।

মহাক্না পিল্লীদা মমায় লৈশিল্লকপদা মমিৎ ঙাংলম্মী অদুগা মমায় তায়ফেং তারম্মী।

লাখীনা হায়রকই, "কুঁবরজীনা করম ভৌবা ?"

পিল্লীনা খুয়রকই, "সুলতান্না দিবান (মন্ত্রী) হাপচগ্রনি নত্রবদি কদ্রি ওইগনি ?"

লাখী মরু লুকথরম্মী। শাউবনা মচিনবান ফৈরেং তুরেং চিংলম্মী, মমিৎ শুরুম্মী। পিল্লীনস্থ মাগী মওংচু উরে। ঙৈহাক লৈরগা মমায় ঙাংনা মমিৎ শুক্না মমায় হায়গৎলকলে।

লাখীনা কোয়য়েং য়েংদুনা তপ্না হায়রকই, "নখোয়গা লোয়ননা মহাকপুস্থ পুরগা চৎকনি। ওসিমক চৎলসি।

"বা অমা হংগে তাকদরা ?"

"হংউ।"

"মহাক্না নঙবু পাম্বদায় ?"

"শেংনা হায়বা ওমদে। পাম্নবা য়ায়।"

"পাম্নবদি মাগী মনাক্তা লৈয়্য, মাবু সুংঙায়হল্লু।"

পিল্লীনা হায়রকই, "ঐদি মসি পামই। মঙোন্দা বাসি হৌঁজিক হায়দোকন্থু। মপান্দা চেনখোকলবা মতমদা মশা মথস্তা খংজরকনি। মফমসিদগী থৌরাগী মতেংনা উদা থুংলনি, চিন্না হুইশেন খোংবগা ভোংনবা শামু থারক্লনি। অসোমদা ঐখোয় সুলতান মনাক্তা থুংলনি। উ অমস্থং থৌরাগী মতেংনা সুলতানগী লাম্মীশিংস্থ কিলা মন্থুংদা চংগ্রগনি। সুলতান্না নররগী নিংথৌস্থ ওয়রগনি। অদুগা নঙনা মাগু অমস্থং নররগী মহারাণী ওইরগনি।"

লাখী মমায় মকশিল্লম্মী। ঙৈহাক লৈরগা নোকশিন্নরম্মী। লাখীনা তপ্না হায়রকই, "ঐ মাবুস্থ চৎনবা থৌরাং ভৌরগে। হৌজিক অসোমবা বা হায়র য়ায়, মসি অৱেপ্পনি।"

"তশেংনা লেপলেকো।" পিল্লীনা লাখীগী মখুৎ শোক্লম্মী।

লাখী মমায় লৈথোক্লম্মী। হরাউনা হায়রকই, "রাশিং অসিনা চুম্নবদি নরররস্থ নংগী তংখায় অমা য়াওরবনি।"

হরাউমনবগী রাখল নমথরগা পিল্লীনা হায়রকই, "লায়রবা ঐখোয়গীদি নররর করি কাম্নগনি? লাইবক্তা নিংথৌ ওইয়্ তম্লমদে। অহুবু থুঙ্গং ১/২ ফংলবা ফাউবা ফে। অতুগা কুঁররজী, মহাকনবু লৈবাক ফংলবদি ঐখোয়না ফংবগুম্বনি!"

লাখী মতুং ওন্থোকলে। পিল্লীনা খল্লি, ফজবতা নত্তনা নিংথিবীনি, ইকায়খিবীনি। নিন্নীস্থ মাগুম্না নিংথিবী ওইরিদরা!

য়াম্না পামজনা হায়রকই, "চৎপা মতমদা শাম্ তোংদ্রিবৈদা দীক কোন শিহুনা মৌ অনৌবীগুম্না চৎলু।"

লাখীনা মমায় লৈথোক্লগা হাররকই, "কেবা মৌবদি মপানথোংগী রানি, অতোপ্পা অমুক হায়রন্থ।"

( ৩৬ )

অটল মপুক্লিং চরাংনরম্মী। লাখীদি চপ য়ুংনা লেপখরে। সন্ধ্যা মতুংদদি থিজিল্ল্বা শীংশিং হোলীগী মৈ থাদোবা মতোগুম্না পৈশিল্লে। লাখীনা অটলবু তোঙাম্না পুথোকখরে।

লাখীনা হায়রকই, "হৌজিক তন্দে মান্দে তোবা মতম নন্ত্রে।"

অটলনা হায়রকই, "কৈদোনি, কাল্লে ফুনি, কান্দ্রে ফুগনি ফীভমদা লৈরে। মাগু য়ৌরগা জাতি বিজাতি খায়বগী অকিবা কোকদরা?"

"লৈরম লৈরম্বহু থেংনবা তারেদনা। রাক্লগন্থ। মুপীনা গুহা অমদি মৈমুংদা চোংশিন্দুনা শিরগে খনবদা তুং-মাং য়েংদে। নংদি মুপানি তোগে খনবহু নপুক্লিংদা চেৎনা লেপ্প্।"

"করি থোকদোরি?"

"পুম্নমক পুং ৫/৬ কী মমুংদা খঙলগনি। চেকশিন্দ্রবদি থুক্লা ফংবা য়াবস্থ ফংলরোয়।"

"ঐ অকিবা লৈতে। মীকিথী নত্তে।"

"নপুক্লিংদা অকিবা লৈহনগনু। ওইরক্কদবা পুম্বা অক্ষবা ওইগনি। মাংদা লাকপত্থু ফজনা পাংথোক্লবদি অক্ষবা অশিংবা ওইরনি।"

"থৌরী চেৎনা পায়ত্থনা কিলা মথক্তা কাগনি। মত্থদগী করি থোক্কনি হায়বা ওমদরে। মক্ষমসিদা কুইনা লৈবা য়াদরে। রা অসি কুইনা লোৎপা য়াররোয়। পুম্নমক্তা ঐগা নিংথৌগা করি থোক্লে খঙন-রক্কনি, নঙনা কনানো হায়বস্থু খঙনরক্কনি। মীয়াম্না নোক্লখিনী অত্থুগা ফত্তনা হায়নগনি, করি করি থোক্কনি খঙলরোয়। মীরৈবাক চৎখ্রবদি খুদোংথিবা খর কোকলগনি।"

"হৌজিক ঐখোয় মায়োক্লবা তাবনি। রাক্লরগন্থু। লাইবক্তা তমখ্রবদা করি উপায় লৈ?"

"জগোয়শাবশিং চৎহনখ্রগা ঐখোয় সিদা লৈহৌবদি য়াদ্রা?"

"মখোয়গী রাখল হোংলে। ঐখোয় য়াউদ্রবদি মখোয় চৎলোয় হায়। অম্বুম্না লৈরবদি ঐখোয় ফত্তবা নত্তনা করিস্থু ওইররোয়।"

"হোয় ঐ খঙই! হৌজিক্তী মখোয়গা হরাউ হরাউ রারী শান্নরুরো। ঐ তল হৌরগা পোৎ-চৈ লোয়শিল্লগে।"

অটল জগোয়শাবশিংগী মমাক্তা চৎখ্রে।

অহিং ওয়রকলবদা নটশিংনা মৈ হৌবা হৌরে। লুংশিৎ শিৎলমদে। অমম্বা মৈথুনা স্বর্গ তম্না চুমথ্রিং পায়থৎলি। মৈরীতুম্ব মৈথু মরক্তা আকাশতা পায়থৎলি। পুংঙাল ঙানবনা লৈকায়ত্থগী য়ুম ফাউবা মশিং থীবা য়াবে। মৈশাত্থনা ময়াম পুম্বা তুংদা হন্দোক্লরম্মী। শীংশিংত্থ অপিকপা অমম্ভং অপাবা ঙাক্তনি। মরমসিনা পুং ২ নিগী মতুংদা মঙোলত্থ অমুক নেমথখ্রে। থেংলক্ষাউবদা উৎ তাঙ্গোয় মরক্তা মৈতান অরাবা লৈরী। মৈ তীকলম্থশিং খর খর চৎনখরে। জগোয়শাবশিং, লাখী অটল মখোয় মখোয়গী ফমুংদা হীপনখরে। অহিং নোংয়াঁয় ওইশিল্লকপদা তাঙ্গোয়গী মরক্তা মৈশা খরদি লৈরী। ময়াম উইনরে অমম্ভং তুম্নখ্রে, জগোয়শাবশিংদী তুম্নমদে।

নোংয়ায় মমাংদা পুমচিক চিকখরে। অহিংদা সল্লি তাবা সিফাহী শিংগী খোঞ্জেল অমসুং সড়কশিং অমসুং কিলাগী যুম্বী মথক্কুতকী তারম্মী। কিলাগী ফক্লাংশিং ( চেকপল ) য়াংই অমসুং চীং মথক্তা লৈখনি। মরম্বগী মীশিংনা থাজে, য়েক্লবশিংনা কিলাগী থোং ফকায়রগা চংলকপদি ঙম্বা য়ায়, অদুবু চেকপল লাম্না লাকপদি ঙমলোয়। চেকপলগী মায়কৈ মরিমক্তা অচৌবা কোমশিংসু লৈ।

জগোয়শাবশিংনা কোয়েং য়েংদুনা হৌগৎলে অদুগা মখোয়গী জগোয়শাবদা শিজিন্নবা কৈরাক অদু কিলাদা থারে। কৈরাক অদু অচৌবা থৌরীনা য়াশিংদা পন্দুনা শেম্বনি। জগোয়শাবশিংনা পুগদবা পোংচৈ মথক্তা থাংগৎলে অদুগা অচৌবা থৌরীসু পুখোরকলে। অমমমতা ওইনা মখোয় কিলাগী মথক্তা কারে।

পোটাগী অশোকপসু ফরে, শোকপু শোকখিদবনি। থৌরী স্কিশি শেমলে। থৌরী অদু মনাক নকপা উশিংদা হন্না হন্না ছুল্লে, মমৈথংদা উ অমদা পল্লে। মদু চিংদুনা য়েংলে। কন্না লৌশিল্লগা ফাজিনখরে।

কনা হান্না চৎকনি, য়া অসি খন্নরক্লে।

নায়কিন্না হরাউনা হায়রম্মী, “ঐ চৎকনি, য়ৌরবা কান্দা থৌরীদু অমুক পিরক্লে, অদুগা পোটা অমুক লাকউ।”

অটলদা হংলকই, “২/২ চৎপা য়ারোয়রা ?”

লাখীনা হায়রকই, “অমমমত্তা চৎপনা কে। অচৌবা থৌরীসু নত্তে।”

পিল্লীনা হায়জরকই, “পোটা থুংখ্রগা লাখী চৎকনি অদুদগী ঐখোয় পুম্নমক অদুগা অরোয়বদা কুঁয়রজীগা ঐগা চৎকনি, ঐদি য়ায়া য়াওই। কুঁয়রজীদি থৌরীগী থবকসি হৈবা নত্তে। ঐনা পুরগা লাক্কে।”

“ঐসু থৌরীগী থবক খঙই, ঐগা লোয়ননা লাক্কে,” লাখীনা থাজনা হায়রম্মী, “অদুবু থৌরী অসি ২/২ চৎপা য়াবা অকনবা নত্তে। য়াত্রগনা, অরোয়বদা ঐগা পিল্লীগা চৎকে।”

নারকিন চৎখ্রে। মখোয় পুন্নমক পুক্নিং চানা মামী খোংচত্তু য়েংলম্মী। মতম খরগী মচুংদা থৌরাম্ভু অমুক পিরকখ্রে।

পোটা চৎখ্রে। য়োরগা থৌরী অমুক পিরকলে। অপুন্না মথং মথং অশোয়বা লোয়না চৎখ্রে।

পোটা থুংখ্রবা কান্দা পিল্লীনা হায়রকই, "হৌজিক লাখী নঙ লাকলো।"

লাখীনা হায়রকই, "ঐ নত্তে নঙ চৎলো।"

মহাক্না হায়রকই, "করে ঐ চৎলগে। মফমদু য়োরগা থৌরী পিরককে নঙ লাকউ কুঁররজী।"

লাখীনা হায়রকই, "কুঁররজীগী য়ারুগন্নু!" অরোয়বা য়াহৈ অদু তপ্না হায়মনখিবনা পিল্লী তাহোত্রে। পিল্লীনা নিংশিংহল্লগা হায়রকই, "তুংগী য়া নিংশিংউ। পুন্নমক থোয়াং তৌরবনি।" মসি হায়রগা চৎকে তৌরে।

লাখীনা হায়রকই, "কাউরোয় চৎলো।" পিল্লী চৎখ্রে। লাখীনা মখিৎ কোয়েং য়েংলম্মী। পিল্লীনা থুনা থুনা চৎলি। লাখীনা থুনা ছুরি লৌথোকলে।

অটল রাখল ইখন খন্নদনা থিংগে মতাঙ্গল লাকলম্মী।

অটলনা তপ্না হংলকই, "করি তৌরিবনো?"

লাখীনা তুমিন্না চৈরম্মী, "তুংদা হন্দোকউ। পুন্দুনা তিংলীবা থৌরাম্ভু ছুরীনা ককলে। অটলনা থাবলগী মঙালদা ছুরিগী অরংবদু উরম্মী।

থৌরী ককথংলে। চেকপল মনিংগী কোমদা কনাগুম্বা অমা তাবগী খম লাউবা মখোল তারম্মী। অন্নাবা খোঞ্জেল তারম্মী। উগী উশা মথন্তগী ওহ! চুংঙায়ত্তেদা হায়বন্নু তারম্মী। উগী উশাশিং নোমলম্মী। উখাদা নারক শিংলক্তা চৎপগী মখোল তারম্মী। কোমদগী নাহেখোল খর তারম্নগা পিল্লী শিখ্রে।

অটলনা অন্নাবা খরদা হায়রকই, "নঙনা তৌরিবসি করিনো?"

লাখী হায়রকলম্মী, "ছিংচাবী! হুরানবী! সুলতানগী মতম্বাক্তা কমহনবা পাম্বদায়! হৌজিক লৌরো নরবর তম্খায় অমা।"

অটলনা পাথৎনা হায়রকই, "করিনো নঙনা হায়রিবসে?"

জঙ্গলগী অনকপা মকমদগী য়েরুবা লাকপগী খোঞ্জেল তারম্মী সম্রিশিংসু মখুত্তা মৈরা পায়ত্না লাকলে।

"মখাদা চৎলো, পুন্নমক তাক্লগে। লান শোক্লনবা শেম শারে' অতুগা ইজৎ লৈনা হিংনবা হোৎনৌ।" লাখীনা হায়রম্মী।

মখোয়নিমক কৈরাক্তগী কুমথরে। খুদকসিদা মৈরা পায়বা সম্রিশিং লাক্লে।

মখোয়না হংলরে, "করিনো? করিনো?"

লাখীনা কিলাগী রাণীগুম্না খুমলম্মী, "কিলাগী মখাদা য়েরুবশিং লাক্লবা ফাউবা নখোয় খঙদবা! লানবুং য়ৈরো, থোরাং তৌরো। তুর্কশিংনা লান্দারক্লগনি।"

সম্রিশিংনা কৈরাক্ত য়েংলম্মী অতুগা জগোয়শাবশিংগী ইচায় চায়রিবা, হামেং, গধা, পোৎচৈশিং মৈঙাল্দা কুফেৎ কাফেৎ উরকই।

লাখীনা হায়রকই, "অয়ুক ওয়রগা ঐ লোয়না হায়গে, হৌজিক থবক তৌ।"

লানবুং য়ৈখরে। কোয়চেন চেম্ররে। নরবর পুম্বা হোৎগৎলে, কিলাগী লাম্মীবু চেফশিন্না য়েংশিল্লে। সহরগী লাম্মী পুন্নমক লাম্থেংননবা থোরাং তৌখরে।

লাখী অমসুং অটল মখোয় অনি কিলাগী নাকল অমদা থমখরে। মখোয় অনি ঈংবনা থক থক নিক্লম্মী।

লাখীনা চোকথনা হায়রকই, 'মখোয়না কিলাগী থোং হাংদোক-লগা করিগী লান শোক্লিব্রনো?"

"নঙনা করি খঙই, অমমম্বদা হুরান লাম্নাদা লান্দারকপা য়ায়? কিলা মনুংদা লানথেংনবনা কৈ।"

লাখীদি ব্রাসি য়াব্বিংদে। অদুবু মহাক্না য়েংখিদ্রে! অহিংচুক্না চরাংনদুনা লৈরে। লাখীগা অটলগম্নু তুমদ্রে।

অটলগী মপুক্কিংদা চরাংনদুনা লৈরম্মী। মহাক্না হায়রকই, "ঐ করিমত্তা ক্সান তাদ্রে, পুম্নমক অসি করিনো? সুলতানগী মতম্বাক্তা ফম্বগী ব্রানা করিনো?"

"কাউরবরা? রাইদা উখাদা লবুক মনাক্তা বনাগী মখুং পায়দুনা কম্নি হায়খি?"

"কাউবা ঙমলোয়।"

"মদু কাউনবগী, মুংথ-নবগীদমক হুরানবী অসিনা ভুং শাদুনা জাল তৌরমলি। নংগী নতম্বাক্তা মানা মৈ থাদুনা অদুগা ঐবুনা উং ওলহন্দুনা সুলতানগী মখোঙদা থমলি।"

লাখী হীক হীক কপখরে।

"ওহ! ব্রাসি ওইরে!!" অটলনা হায়রম্মী।

তপ্না লাখীনা ব্রা পুম্বা লীথোকলে।

অরোয়বদা হায়রকই, "অদুম তৌগদবগী শরুকপুদি জাং ব্বিজাংকী অপমান থাওবনা কৈ।"

( ৩৭ )

অয়ুক্তা চরাংনবা হেনগংথ্রে। কিলাদা নরহেংগী সহরদা অদুগা মপান্দনা কেম্পশিংদনি। পিল্লীগী অশিবা মশা, থৌরী মতৎ, কৈরাক পুম্নমক শহরগী মীশিংনা উরে। জগোয়শাবশিং সুলতানগী অরোনবা মী ওাক্তনি অদুগা মখোয়না কিলা মহুংদা চংবা পাম্লম্বা পুম্নমক ময়াম্না খওনরকলে। লাখীবু ইকায় খুম্নরক্লে। মুপী থরনা খনবদা নত্তনা হায়নরকলে, "মসি দেবীনি! দেবী!"

সুলতানগী কেম্পতগী লান্দানবশিং ইরাং লাংদম্মী। চন্দেরীগী

সুবেদারনা থোং ফকায়নবা অতুগা গয়াসুদ্দিন গ্বালিয়রগী মদা খোংশায়বা থৌরাং তৌরে। জগোয়শাবা কাংবুনা কেম্পকী থোং মনাক্তা কপতুনা লৈরে।

সুলতান শাউনিংলমই।

মটরুদা হায়রকই, "জগোয়শাবশিংনা পুমশোয় শোইহল্লে। অপণবা গধা ডাক্কনি।"

"জহাঁপনাহ, কনাগুম্বনা থৌরী ককথংলি হায়না মখোয়না থল্লি।" মটরুনা কিনা কিনা হায়রকই।

"ওইথোক্লবনি" গয়াসনা হায়রকই, "মখোয় লাক্লবা থৌরাং তৌখ্রবনি। ঘা পুম্বা থম্লখ্রবনি। মৈরাগী মঙালনা কোম্না লাকপনি, মসিদবু করিগী থৌরী শিজিন্নৈ। চেকশিন্দবনি। মখোয়বু কেম্পসিদগী তাম্থোকখো।"

য়াথং ইনবগী মওংদা মটরুনা মরু লুক্লম্মী।

"রাও রাজসিংহদা সহরগী খা থংবা থোং ফকায়হনা লান্দানবা হায়য়ু। অতোপ্পা মায়কৈগীনা ঐনা খেংনরগে।" গয়াসনা হায়রম্মী।

"হোয় জহাঁপনাহ।" মটরুনা হায়রম্মী।

গয়াসনা য়াথং পিরকই, "ঐ গ্বালিয়রদা ঙসি চংলরোয়, মসিদা ঐগী দরকার ওইরকপা য়ায়। লাম্মীশিংসু মফমসিদা থৌরাং তৌহনা লৈরনি।"

মটরু য়াথং পুহনা কেম্পতা চংখ্রে। রাজসিংহগী লাম্মী য়াম্না য়ামদে অদুবু মখোয়গী কেম্প তোঙাম্না শারম্মী। মটরুনা সুলতানগী য়াথং পিবগা রাজপুতশিংনা লানগী থৌরাং তৌখরে।

ভাটনা রাজসিংহদা হায়রম্মী, বীরসিংহ দেব তোমরনা অদোমগী নপা নপুদগী নরবর মুনখিবনী, হৌজিক চহি ১০০ গুরে অদুবু ঙরাংতগুম্না থল্লি। নপা নপুগী অপমানগী লমন খুমলো অতুগা নরবর লৌশিনলো। নরবরসি কছবাহ কাংবুগীনি তোমরগী নত্তে।"

রাজসিংহনা হায়রম্মী, "ঙসি তোমরশিংসি য়াম্না থিনা লাক্লগে।"

ভাটনা খাউহন্দুনা হায়রম্মী, "নপা মপুগীদমক নকোক কেনগেরা নত্রগা নরবরদা নংগী ফিরাল হায়হনগেরা।"

রাজসিংহ অমসুং মাগী লান্মীশিং চা-থক্লবা মতুংদা সুলতান লান্মী-শিংগী মখাং থারম্মী।

নরবর কিলাগী থোং অহমদা অমুক্তদা লান্দারম্মী। রাজসিংহ অরাংথংবা থোংদা য়াউরম্মী।

শহরগী মুনশিংদা মৈগী তেন কাপশিনখরে। কবচ য়াউবা শামু-শিংনা থোং থোংহুনা থোংদা কম্না কম্না য়ায়শিল্লম্মী। কিলা মথুংদগী তেন, অসাকপা মৈরাশিংনা নোং চুবগুম হৈথরক্লম্মী।

শামু, শগোল, খোংমী লান্মী ময়াম শিরে অমসুং শোক্লে অতুমু থোং অমা ফাউবা ককায়বা ওমদ্রে। মুমিংযুংবা মতুং ওইরে।

সিন্ধ তুরেলগী অরাংদা মগরোনীগী নোংপোক্তা লৈচিল থাগৎ লকপগুম্না হোৎকপা উরে।

ডাকলিবা সন্ত্রি কাংবুনা সুলতানগী লানফমদা পাউ পিররে।

"গোয়ালিয়রগী রাজা মানসিংহ য়াম্না চাউবা লান্মী পুহুনা লাকলে।"

সুলতান্না কোয়শিল্লীবা লান্মীশিংদা হন্দোক্লগ তুং হন্নবা য়াথং পিরম্মী। রাজসিংহদি য়ারমদে।

"ওসি ঐ শিদোকনি নত্রগা নরবর লৌশিনগনি।"

মহাক থোংদা কম্না লান শোক্লহুনা লৈরে। মহাক শোকখরে। অতুবু মকোক্তি ককখিদরি। তেনগা তেনগা কাপ্পরম্মী, মৈগা মৈগা, অমগা অমগা লাম্ছেংনরম্মী। ঈ তানরবা ফাউবদা থোংতু মচি লেংখিদ্রে।

সুলতানমা পাউ অমুক পিরকই, "মানসিংহ তোমর লাকলে, মাগা লাম্ছেংনবা শেম শারো।"

ককায়বা ওমদবা থোংহু য়েংলগা রাজসিংহ হনবা তারম্মী। গোয়ালিয়রগী লান্মী সিন্ধ য়ৌরক্লে অতুগা তেনগী লান হৌখরে। মানসিংহ য়ৌরকপাসিদা রাজসিংহ অগাউবগুম্না হৌগৎলক্লম্মী. মনাক য়ৌনিংঙম্মী অতুবু য়ৌবা ওমদ্রে।

লান্মী অনিমক লান থেংনখরে। মানসিংহগী অনৌবা লান্মী উবদগী মাগু্গী লান্মী ব্রারে।

নরৱরগী মীশিংনা মখোয়গী নিংথৌ লাকলে হায়বা খঙখরে অহুগা লানস্থ মখোয়না ওস্বগী ফীভমদা লৈরে। থোং হাংদোক্লগা অথন্নবা লান্মী লিশিং মঙা থোরক্লে অহুগা মখোয়না মাগু্গী লান্মীগী নাকল অমদা লান্দরে। অরাং অমস্নং নোংপোকলোমদা থালিয়রগী লান্মী ময়াম লৈরে। সুলতান্না থা নোংপোক্কী মায়কৈদা হন্দোকনবা লন্থী উরে। লান শোক্ল শোক্লনা মহাক তুংদা হন্দোক্লে।

রাজসিংহগী রাখলহু মপুক্লিংদা অহুম লৈখ্রে। সুলতানগা লোয়নননা মহাক হনবা তারম্মী।

সুলতান্না ময়া চীক্কু্না মথন্তা হায়জে। "খঙগনি, য়ান্না থুনা খঙগনি।"

হুমিৎ তাদ্রিথৈ মমাংদা মাগু্গী লান্মীশিং কেম্পকী পোৎ অয়াম্বা হন্দোক্লমগা হনখরে।

কিলাগী মরুওইবা থোংদা মানসিংহ অমস্নং মাগী লাণ্মী ময়াম মন্নুংদা চংলকলে। অয়াম্বা লান্মীদি মপান্দা থনম্লে। করিগুম্বা মাগু্গী লান্মীনা হল্লক্লবদি মায়োক্লবগীদমক্তনি।

মানসিংহগী লৈফম য়োবা মতমদা সন্ধ্যা ওইরে। অমাং অতো য়েংশিনবা, কেম্পকী পোৎ-চৈ থিজিনবা অহুগা য়েক্লবা ঙাকথোক্লবগী থৌরাং পুম্নমকসি য়েংশিনবদা অহিং হৌখরে। মতমসিদা নিহাল সিংহ মানসিংহগী মনাক্তা লাকলে।

নিহাল সিংহ চোকথরে, অহুবু থৌনাদি মাংলমদে। লাক্লগা হায়রকই, "মহারাজ! নরৱরসি থুদোংখিগদবদগী শন্নাদা কলহৌরে।"

"হোয়, ঐখোয় মতম চানা য়্যৌরকলে। লান্মীশিং অহিংসিমা পোথারহল্লো। হয়েং অমুক লানথেংনরসি। ব্রাক্লরগম্ন।"

"নত্তে মহারাজ, ঐনা ঙসিগী লানগী পাউ তমজদ্রি। সহর মন্নুংদা চংলুবদা নুপী অমনা থৌনা ফনা সহর অসি কলহৌরে হায়বা খঙলে।"

"সুপীনা কমদৌনা ?"

"শহরদা সুলতান্না থারকপা জগোয়শাবা খর লাক্লম্মী। মখোয়না কিলাগী মতোন্দা থৌরী কিছুনা মাগুগী লান্মী কিলা মমুংদা চংহন্নবা হোৎনরম্মী। সুপীছুনা জগোয়শাবশিংবু তাহন্দুনা শিহললে অছুগা থৌরীছু থাংনা কক্থৎলে।"

"সুপীছু কনানো? কদায়দা লৈ ?"

"মফমসিগী থুন অমদা লৈ। নোংঙাল্লগা থঙবা ঙমগনি।"

"মহাক কনানো? মহাক্না য়াম্না চাউবা থবক পাংথোক্লে।"

"পুম্নমক্না গুজরনি হায়। মতৈ মনাউ মগরৌনীদগী লাকপনি, মফমসিদনা গ্বালিয়রগী মীনি হায়নৈ।"

"হোয় ফরে!! মখোয় অনি ওইগনি, মখোয় অনি ওইগনি। হে ঈশ্বর! মফমসিদা মখোয় লৈরবা!"

"কনানো মহারাজ?"

"লাখীরানী অমমুং অটলসিংহ। লাখীগী মথৌনা মরীংজেন্না ওইবা য়ায়।"

"অছুবু মহারাজ লাখীদি অহিরনী।"

"অছু কৈদৌরবা? ঠাকুরদগী হস্থদেনা? নোংঙাল্লগা মখোয়বু থিয়ু। ঐগা উন্নগে।"

লাখী অমমুং অটল কিলাদগী হন্দোক্লগা মন্দিরগী দলান অমদা লাকখরে। ময়াম্না মখোয়বু থাজরে। গুজর সুপীশিংদা থৌনা ফবগী রাখল লৈখরে। সুমিৎচুপ্পা থোংশিংদা লান শোক্লছুনা লৈরে। লান্মীশিং থাজরম্মী, থোংছু ফক্কায়বা ঙম্বা ঙসি ফাউবদা কনা অমত্তা পোক্তি। থুন অছুগী কিলাগী মীশিংস্থু চারা হেল্লগা শিংদোকপা ফাউবা ঙমগনি। অছুবু ময়ামগী রাখন্দি অস্থুক য়াম্নদি চেৎতে। লাইবক্তা তম্লম্বা হায়বছুনি, রাখলসিদা পেন্দুনা লৈথোকই।

হৌজিক অল্লাং থংবা থোংদা রাজসিংহ কছরাহনা অঙাউবগুম্না হন্না হন্না লাম্হেংনছুনা লৈবা উবদা নররগী লান্মীশিং থক ৫ক নিক্লম্মী। অছুবু

মানসিংহগী লাম্মী ম্নৌরকপদগী তপথরে অহুক্কা অয় শুইরগা নি হায়না খল্লম্মী।

থোং হাংলোকপন্দগী লাখীগা অটলপনা মানসিংহ লাকলে হায়বা খণ্ডম্রে।

হয়াউবহু অয়াবনা নমহত্তুনা লাখীনা হায়লম্মী, "হৌজিক করি থোকলগবা?"

অটলনা হায়রকই, "করি থোকনি? থোক্‌লবা পুম্নমক থোকখয়ে। নরবর কনখগী পুণ্য নওনা ফংগনিমা। অহুবু ঐখোয় ঋিখদী চৎলোয় অহুগা সিদা লৈ হায়বস্তু তাকলোয়। কৌরক্লগনা মমাংদা লেপ্লগা লোয়রে।"

"নিংথৌনা ঐখোয় উম্নবা পামলম্নগমি। হৌজিক য়ানিংঙায় ওইদ্রে। জগোয়শাবশিং লোয়না শিখ্রে।" লাখীনা হায়রকই।

লাখীনা খণ্ডখি মতুদি নায়কিননা য়াখল কত্তনা হায়খিবনি, অটল গুজরনি, অয়াংবা জাতিগী অহুগা মসিস্ন হায়খি, অপিকপা লৌমী কাংবুনি, য়াসি শন্দোকখিদ্রি অহুগা শন্দোকপস্ন ওমলোয়। মপুক্লিংদা টিংমখদগী মুরুম মুরুম শোল্লম্মী, হংলকই—"পিল্লীবু মুংশিরুবরে?"

অটলনা মকোক খণ্ডহায় হায়গৎলম্মী অহুগা মমিৎনা চাদোমখৈ মুম্না য়েংলম্মী।

"অম্মুম্না করিগী কত্তবা য়াখল খল্লিখনো?"

"করিগী কত্তনা খল্লিবনো? হৌনবিনে। মুপা হায়বসি খাজনিঙায় ওইদ্রবনে?"

"করিনো নওনা ঙাংলিবসে। নির্দশিংলকলে, নওনা অহিং হায়খিবহু। পিল্লীনা ঐগী তম্বাক্তা মৈয়ীওম লাকলে হায়খিবদো। মতমহুদা ঐ য়াসি জ্ঞান তারমদে। নওনা করিগী হায়রিবনো? ঐনা য়াশকলিবসিনী, তাকলো।"

"হেক্তা য়াশকথোকই! মুপীনা মুপাদা ক্ষেক্তা তয়াই তরাই মুংশিবয়া? ঐনা ওয়াং উখয়ে।"

"মহাকপু স্থপীরনে! কোয়না পায়দা কুমাকপু স্থপীনি হায়বা য়াত্রা ? মন্দিরগী থোং কপাংদা নহা ওইরিবা স্থপীগী মফি য়াউজবা মুত্তি শাহনা থম্মী মপিবু দেবতাশিংগী হুকুমদা। ঐবু অম্মোংপদা তোংবা হয়িংলা ? ঐবু করিনো—"

"ঐঙোন্দা করিগী হেকতা শাউরিবনো। স্থপীনবু অহুক ইকায় খংদবী তৌওম্বী অসিদি ঐদি খমবু খল্লুদেনা ?"

"অহুগা ঐদি ভুংলা নত্রগ রাথল খনবা ওমদবরা ?"

"কুঁবরজী ঐবু ওাকপিয়ু। রাখল অমদা কৈরুরে। মাবু ঐনা হাত্তোকখরে, মসি ফত্রবরনে ?"

"কত্তবা নত্তে, য়াম্না ফরবনি। ঐনা রা অসি খংলম্লবদি মখোয়বু স্থংথিন্দা অহুম হাত্তোক্লমগনিনা।"

"মহাক স্থংথিন্দা শিয়ু তমদবনা স্থমিদাংদা শিরীবনি। স্থংথিন্দা ওইরবদি থবক পুম্বা শোয়রগনি। ঐগী অশোয়বহু নংনা ওাকপিয়বা নত্রা ?"

"অশোয়বা নত্তে। নওনা ঐঙোন্দগী হেম্না খওলিবনি। রা অসি অমুক হন্না হায়ররোয় হায়য়ু।"

"হায়জররোয়! করি অমুক হায়খোগে ?"

মখোয় অনি কোয়হনা কপমিন্নরে স্থংথিন্দা মখোয় অনি দলানগী কাচিন অমদা লাক্কুনা কম্লবে।

হৌজিক করি থোক্লগবা ? মপুক্লিংদা রাহংসি হংলম্মী। থংনবদগী মীয়ায় চনবী স্থপী অমনা মন্দিরদা ঈশিং চায়বা লাকলে। মাগী থবক লোয়রগা মখোয়নিদগী খর লাপ্লপ ফম্লম্মী। নোকফেং তৌহনা মায়থুম ফি শেমজিল্লহনা হায়রকই,

"কিলাদগী তুর্কশিংবু হাংখিবা, চেনহনখিবা গুজর ঠাকুরহু নখোয়না ?"

অটলনা পাউথুমলকই, "গুজর ঠাকুরহু ঐখোয়নি। তুর্ক লাকপা

ওমখিদরে, মখোয়বু লাক্লবা জগোয়শাবশিংনা শিনবনি। জগোয়শাবশিং হাৎখ্রে, তাম্থোকখরে, লোয়না চেনখ্রে।"

"নখোয়না তুর্ক য়াম্না হাৎখ্রে তায়। কনানা খঙনি, নখোয়না জগোয়শাবশিংস্থু হাৎপরা। মখোয় অসি তুর্কশিংদগী হেন্না শাথিবনি। নখোয়বু থাং পায়ব্রনে?

"হোয়। ছুরি পায়।"

"য়েংবদদি অশোনবা মাল্লি, অদুবু নথৌনদি লৈ। নিংথৌনা মনা মথুম পিগনি।"

'পিরবদি লৌগনি।"

"মুংঙায়দা, চৎলগা নিজরুচো। য়ুমদা ফমদুনা লৈরগা কদায়দগী সম্পাত্তি ফংগনি। করি লমদা লৈবা মীনো নখোয়বো?"

"অথাপ্পদগী লাকপনি"

' মফমসিদা নখোয়গী মবি মতা লৈব্রা?"

' লৈতে।"

"মফমসিদা গুজর য়াম্না লৈ। অহিরস্থু লৈ।"

"লৈরমগনি।"

"মাগী অহির জাতিদি য়ুমলোম্নবদ লৈনে।"

"কনাগী জাতি?'

মুপীদুনা লাখীদা ইঙ্গিৎ তৌরম্মী। লাখীনা মঙোন্দা মমিৎ শুক্তোক্লগা য়েংলম্মী। মহাক ইকায়দে।

অটলনা হংলম্মী, "নঙনা করম্না খঙহ?"

মহাক্না হায়রকই, "ঐনা করম্না খঙবা, অচুম্বা য়াদি লোৎপা ওমলোয়নে ভৈয়া!! ইশাগী জাতিবু করিগী লোৎলিবনো? খুন পুম্নমক্না নহাক গুজরনি হায়বা খঙই। মহাকপুনা—"

লাখীনা খোন কন্না হায়রকই, "ঐ অহিরনি। মফমসিদা ঐগী, মাগী মরি মক্তা খীবা লাকপা নত্তে।"

মুণীছু হৌগৎখরে৷ হায়রকই, "রাম। রাম!! ঐ কৈদৌনি! ঐনদি ফুদনী বা হায়রি; মতমা ঠাকুর ওইনিংলবস্থু ওয়য়। ঐগী কয়ি ইথৌ লৈ।"

"খঙ্বা নত্তে, ঐগী ওয়রবনি, লুহোংলবনি।" অটলনা হায়রম্মী। মুণীছু হৌগৎখরে। চংলমদায়দা, হে ঈশ্বর! কলিযুগ লাক্লে! গুজরগা অহিরগা লুহোংলবা!"

নাকল্দগী শগোলশিং লাকপগী মখোল তারে। মুণীছু লেপখৎখ্রে অহুগা মখোয়গী মতৌ য়েংহনা লৈরে। মীকুপ অমগী মতুংদা মানসিংহনা মাংদা অহুগা তুংদনা নিহালসিংহ, লোয়নবা লাম্মী খরস্থু লাকলে। মাগী মতুংদা খুগ্রাশিংবু লাক্লে। মখোয়নিস্থু খঙবদগী লেপখৎলে, কোক নোললে থল্লি, মানসিংহ কিলাগী মপান থোরকলিবনি।

মানসিংহ মন্দিরগী মমাং য়ৌবগা শগোলদগী কুমথরে। নিহালস্থু কুমথরে। খোংলোয়শিংনা মখোয়নিগী শগোলছু ওকলে। মানসিংহ দলানগী মমাংদা লেপ্লরে।

মোমোন নোল্লগা লাখীনা হায়রকই, "কনাগী পোৎ হুরান্দুনা হুরানবগুম্না লোৎলিবনো ?"

লাখীনামরু লুকথরম্মী।

"নয়রবু কনবসি নংনা নত্রগা শতোপ্পা দেবী তমা লাক্‌নুনা কনবয়া ?"

লাখীনা কন্না হৌনবা খরছু কাথরম্মী। মন্দির মমাংদা মীয়াম তিল্লয়ে।

"নত্তস্থু থৌনা লৈনা।"

"লাখীনা অকোক খরদং হায়গৎলগা মমিৎনা থজিক্তং য়েংলম্লগা মরু লুথখরে। অদী ঈল্লা চেল্লম্মী।

মানসিংহনা মখি থামলবা লীক লোথোক্লে, মথুং অনিনা পায়রগা হায়রকই, "রায় হায়গৎলু।"

লাখীনা তপ্পা তপ্পা মমার হায়গৎলে। খক খক নীল্লম্মী। অমিৎ

শিনা থুমহৎলে। নিংথৌনা মঙকশমদা লীক শিরীরে। মীৎকী শিনা ওকতা শিন্নীবা লিক্তা তারে। কিনা মমায় থুমজিন্দুনা কপলম্মী— (পেরম্মী)। অটলসু খৌনাউ কংখরে।

"লাখীরাণী শগোল তোংবা হৈবরা ?"

লাখী খুমদরে। হৈতে হায়না মমিৎনা ঊজিৎ তৌরম্মী।

"শামু তোংলগা গ্বালিয়র চৎসি।" হায়রগা মানসিংহ অটলগা মায়োক্নরে।

নোক্নগা হায়রকই "শ্রীমান কুঁররজী অদোম করি খল্লবা? কনামক্তা তাক্লমদমা কোয়চৎ চত্তুনা লৈরবা।"

অটলনা করিগুম্বা খর খুমগে নীংবনি অহুবু তুমিন্না লৈরে। মখনাউ কংবা অহু ফল্লবা হোৎনরম্মী।

মতমসিদা মানসিংহনা বোধন পুজারী নিংশিংলম্মী, অটলদি হান্না নিংশিংগ্রবনি।

মানসিংহ চীং লেমখরে। নিহালদা হায়রকই, "শামু থান্নকউ হায়খো।"

লাখীনা অরাবা শ্বরদা হায়জরকই, "অহুম চৎচগে।" মামা হায়জবহু তাখিদরে।

ঙৈহাক্কী তুংদা শামু লাকলে। মউদনা শামুবু কুপ্পনবা হায়রে। সিড়ি থারে। লাখীনা কোয়না য়েংলম্মী।

নিংথৌনা হায়রম্মী, "তুর্কশিংনা নরবর মক্নুংদা চংনবা হোৎনরম্বা কৈরাক্তু কদায়দা চৎখ্রে।"

ময়াম্না তাক্লম্মী, 'ককথৎলগা হন্দোকখরে।"

নিংথৌনা হায়রকই, "লাখীরাণী শামুদা কাথৎলো, ঐন্না কেন্দতা চৎসি। কুঁররজী নংসু ফমলো। নরবর কল্লগা গ্বালিয়রদা চৎসি।" লাখীনা মাগী অমোৎপা ফীজোলহু উরক্নম্মী। মীকুপ খমদং অমরৌণীদা শেৎখিবা অরং অরাক্কী ফীরোল নীংশিংলক্নম্মী। মহাক মখোঙ থাৎবা থোক্নরে।

মানসিংহনা মোক্তু্না অটলদা হায়রকই, "শামু মথক্তা থাঙক্তু্না কময়ম্রু। কৈদৌঙৈ লুহোংখি।"

অটলনা নোক্লীংবা থাংলম্মী। লাখীদা কাথংনবা মথুংনা ইঙ্গিৎ তৌরম্মী।

লাখী ইকায়বনা মমায় ইচপমুক ঙাংখরে। থক থক নিক্লা নোকক্কেং তৌরম্মী। মমিৎনা মানসিংহদা অমুক্তং য়েংলম্লগা শামু মৎক্তা কাখক্তু্না কমখরে।

লৈমিবা মীয়াম্না মানসিংহগী জয় জয় হায়না লাউরম্মী। মখোয় পুম্নমক মানসিংহগা লোয়নননা কেম্পতা চৎখরে।

মৃগৈ য়েংলম্মী নুপীশিংনা অমনা অমদা হায়রকই, "য়াম্না ফবা ঐখোয়গী নিংথৌনি। থৌজাল হৈবনি। নত্রনে?"

"থৌজাল হৈত্রবদি করম্না মাগী শামুদা তোংহনগনি? মাগী নুপীগী মবুংনি। মবায়ম্তু শামুদা তোংহল্লি। ফৈদা।"

"অয়! মশাক মতৌ কজবনা শামুদা তোংবা ফংলিবনী। অশেংবমক তুর্ক লাম্নীশিংবু জগোয়শাবশিংনা শত্রুদা পুশিল্লকখিত্রা?"

"লাখীনা থৌনা ফবগী থবক তৌরে, হায়মনবা থোক্লোয়।"

"নিংথৌনা শগোল তোংবা অদুগা নুপীমচা সিদুন। শামু তোংহনবা! হোয়নে, মশক কজবগীনিনে। নত্ত উহৌবরা উহৌদবরা, শামু তোংলম-দারুদা নিংথৌদা য়েংলম্বা মীয়েংদো?"

"নিংথৌনা মহাকপু পুহনা কোম্নুংদা থমখ্রনি।"

"নিংথৌনা অপাম্বদু তৌরসম্নু। ফৈনা। মতমচানা থুংলরে নত্রবদি নয়রর অরাবা তারমগনি। মহাক্না কনখিরবনি।"

শামুদা তোংনা তোংনা অটলনা থল্লি, ঐগী যণ কদায়দা লৈরমগনি। মুমিন মুমিন য়েংলম্মী। অদুবু উবা ফংদরে।

মানসিংহ নুমিৎ কয়ানিমুক নয়রদা লৈরে। হৌজিক গয়াসুদ্দিন 'মাণ্ডু' থুংত্রে হায়বা শংলে, মানসিংহস্ত গ্বালিয়ররোমদা চৎখ্রে। গ্বালিয়র চৎত্রিঙৈ অমাংদা মহাক্না নয়রর কিলাগী মপান্দা জয় তৌবগী থীদাম্

"ঐগু চৈনিংখনি অহুবু চৈবা ওমলহুনা তৌরিবমী।"

"মুন্নাশিংগী মরাল করিনো ? মথোয়দি হুকুম ইজবতনি।"

"ঐ হৌজিক্কী খাংবগী মপান লাননথ্রে।"

মটক হেন্না মরু লুকথখরে।

"জানআলম ঐখোয়দি ননায়মিদো, করি হায়জবা ওঅগনি। তাইজ, মাগী মাগী মতম শোয়দনা লাকনি।

মটক মরু লুকথরগা মিৎচিনা য়েংলম্মী, নসীরগী অওাংবা মায়খোং উরম্মী।

লৈথয়দা মরু লুকথরগা হায়রম্মী, "জানআলম লায়বক্তা তরখিবা হায়বদি হিক্তোকপা য়াদে।"

নসীরনা মোন্দা ওাথরগা করিগুম্বা থর থরম্মী। মটক খুরুমজনা অহুম লৈরম্মী।

নসীরনা হায়রকই, "নিংখিনা কম্মু। মওদি অকবা মীনি।"

মটক নে তানা কমথরে।

নসীরনা হায়রকই, "লায়বক্তা তপ্পা তমদবা হায়বছু ঐগু থওই। লায়বক্তা তহনি হায়হুনা লৈরবস্তু বুদ্ধি মাংই।"

"য়েৎচবদি নত্তে, জহাঁপনাহ, বুদ্ধি পুখোকপা তাবনি। য়েংলনরবদা মহৈ য়ানদবা লৈতবনি। দিল্লীগী তাংবলগী ময়মদা গুজরাটকী তাংবলগী ময়মদা, বাহমনি অমা ওয়না ঐখোয়না হোৎনবা তাবনি।"

"অপাংবশিংনা ঐবুদি অথুয়া তাকপী তথিদে। নওনা থর তাকউ."

"জানআলম, ননায়দি থৌয়াং তৌজগে, ওক কেলহস্তু খোংকম হুরোয়।"

"নঙ চিংনদনা হায়যু, ঐ মুন্না তাগনি।"

"জানআলমা গুজরাটকী অহানবা সুলতান মুজফ্ফর শাহগী ময়মদা তাবিয়রলগনি।"

"তারে, পাবদি পাদরি। মুজফ্ফরশাহবু মাগী মওহুপা অহমদ শাহনা হু পিজহুনা হাৎলগা লোয়শিনখি।"

"অলিগুবা বাল্লি নলায়স্নু তাজে। অহুগা দিল্লীগী বাদশাহ জুনা খাঁ মহম্মদ তুগলকী ফীভম জান আলম্মা তাবিরমলগনি।"

"মালো তৌখিবহুস্নু তারে।"

"জানআলম বারা য়ান্না লৈ অহুবু অরানবা ওরবা য়ায়।"

"অরানবহু মুলানা ঐঙোন্দা তম্বীরে অহুননি ঐনা বুদ্ধি মাংজিসি।"

মখোয় অনি ঙৈহাক তুমিন্না লৈরে।

নসীরনা হায়রম্মী, "নঙনা হায়খিবা শকহেনবীশিংহু মফমসিদা করম্না য়োরকহনগনি?"

"জানআলম" মটরুনা তাক্লম্মী, "সনা, লুপা, লৈবাকী য়ায়েন থৌদা পুন্নমফসি খুত্তা পায়শিন্নবদি শকহেনবীশিংহু মথুৎ লোয়হুনা নমাংদা লেপ্পরনি। অয়াম্বদি মসিদা লৈরে। ঘর করবা কয়ামরুম মালয়াদা লৈ। মপাল্লস্নু লৈ। সনা, লুপা, মণি মুক্তা কয়াস্নু হুজনা হায়বগা কংলগদবা য়াম্না লৈ।"

"ঐগী মীচংদা লেপ্পবা থোয়াং তৌরব্রা?"

"জানআলম, ঐসে অদোমগীনি হায়না খনবিরে।"

"অয়োনবসি ময়াম্না খঙগ্রবদি নংবু মতুপ মতুপ কতুনা হুইদা পিজগ্রগনি। অহুগা ঐস্নু শিবদি শিরোয় অহুবু অরাফমদা তাগনি। অহুগা হৌজিক য়ারিবসিদগী হেন্না য়াগনি।"

"ঐনা কয়াম্না খাঙবা কনবা হায়বহু ঐগী খঙ্গোয়না খঙই, জান আলম।" মটরু কপনিংলম্মী। নসীরনা থেমজিন্নম্মী।

"মটরু নঙগী মতমস্নু লাক্লবনি। অববাস্নু নরবর জয় তৌরুবগা কুম্ভে হয়াউ তৌরি, ঐস্নু তৌগনি।"

"য়োয় জানআলম, জয়বুদি তৌরকলে অহুবু নরবর শহরদা চংবদি ওমদরে। ইতিহাসতদি জয় তৌবগী য়ারী ইশিনখরে।"

"অশেংবদি করিনো?"

"অশেংবদি হুজুর, মানসিংহনা জয় তৌবনি, অময়োমহনা অখবার

নহীকৃ কী ওকনা অসেংবত্ ইশিনখয়ে। হায়বদি শকহেক্সবীশিংদি ফংহোদরে।"

"ঐ মঙায়রে লায়বক থীরিবা, ঐ অক্তবি ফংলায়রী সুংঙায়বা য়াউবা ওমত্রিবা। ঐনা রাশকলে, সুলতান ওয়বগা অঙগদি।"

নসীর ভুমিন লৈরে। মটকনা অকখরগা মীৎচিন্না য়েংলম্মী। নসীরনা হংলকই, "সুমিৎ কয়ানিনা থাখায় শায়, মটক?"

মহাক্না তিংঙক মীয়িঙকনা খুমলকই, "জানআলম, করিগুম্বদা সুমিৎ তরামরিনিনা, করিগুম্বদা তরামঙানিনা।"

"ঐগী থাখায়দি সুমিৎ তরামঙানিনা শাগনি। নোংমদা সুপী লিশিং অমমম। অতু ওয়রবদি থাখায়দা লিশিং ১৫ শুরবদি ঐ সুংঙায়রনি। রাশকলিবসিনী মাগুসি ফজরবা সুপীগী লম ওয়হনগে। নঙ করি খল্লি?"

"জানআলমনা লোয়না তৌবা ওমগনি, তৌসু তৌগনি, মাগুগী সিংহাসন ফংদবগী রাদা ঙায়রে. ফংলবদি লোয়না লায়রনি।"

"নঙ ঐগী ইতেং পাংগত্ননে?"

"জানআলমদা হায়না হায়গ্রবহুনি ঐগী ইশাপুম্বা ফংখোক্লবনি।"

খুদুম শীংনা হায়রকই, "মী অমা চহি ৩০ না পানবসি য়াম্না শাংমল্লবনি। সিংহাসন্না ঐবু কৌরে, অববাজানগী মঙম লোয়রে, ঐনা মসি লেপ্পবনি।"

মটক হয়াউবগী ওমথৈ লৈতরে।

হায়রকই, "'জানআলম' হৈশিংনা থবক পায়খংজু। মুন্নাশিংবু শাউহনগম্ম।"

"সুংঙায়তবা তৌহল্লোয়। মখোয়সু অঙম ঙায়বদা য়ায়য়নি। মখোয়গী অশাম্বা অতুমক তৌগনি অমসুং তাজা মাহোকহল্লোয়।"

'মুন্নাশিং মীপায়নরে, হুজুরগী মতেং পাংগদি।'

"ঐ করি করিগুম্বদা অতুমবু য়াতায়নবা কৌরকদি।"

'জানআলমগীদমক্তা ঐ থরায় কথোকচরে, থোজানবীদুনা ননায়বু মতমচানাকোরকনি থনজে।"

"হরাউ কুপ্মৈ তৌরিউদা তাঙ্গা য়েংবা হায়বছনি।"

"জানআলম থুৎলায়দি থাগমসিকো।"

"নংনা হৌজিক্তা হায়খিবদায়নে, গুজরাতকী মুজফ্ফর শাহগী মশুনা মডোন্দা থুৎলায় থাখিদে, অতোপ্পা উপায় শিজিন্নখি। অদুম্না তৌবনা ফগনি, অদুগী মথক্তা অহমদশাহনা অহমদবাদ শেমখি, দলান য়াম্না শাখি, ঐসু অদুম্না তৌগনি।"

( ৪০ )

লাখী অমসুং অটল গ্বালিয়রগী কিলা মনুংদা কর্ণমহলদা লৈফম পিথরে, মফমদু কর্ণমন্দিরসু কৌনৈ। মানসিংহনা দলান অমসু শাগৎলম্মী, থরদমক শাগৎলম্মী।।

সুমনমোহিনীনা থল্লি মফমদুদা মৃগনয়নী লৈগনি অদুগা মাগা লোয়ননা লাখীরাণীসু লৈগনি।

মৃগনয়নীনা ঈশৈশকপা, ইবা-পাবা অমসুং চাইয়েবপা অদুগা অতোপ্পা কয়াসু তম্মী, মসি পুন্নমক করিগীনো? নিংথোসু মাগী মনাক্তা কুয়না ফমদে। মসি ফাউবা খৈ। মরকসিদা নিংথো কদায়দা লৈ, মসিসু থগুদে। মৃগনয়নীগী মনাক্তসু পংচং চংদে, ঐগী ইনাক্তসু পংলাক লাক্কে। অমত্তা নত্তনা লান কয়াসু জয় তৌখরে। মসিদগী কোন্নংগী ফজবা কয়াম্না হেনগৎলবা? লাকপা মতমদদি ঐ নত্তনা কনামত্তা লৈতবগুমই, মহুদা ঐনসু চৈবী। চৈদ্রেগসু খুন্দগী ফজবা মুপী ১,২ সু পুশিল্লকনি। মসিবু মাগী ফরিত্রনে? ঐনা লুহোংলগা লাকপা মতমদা ঐডোন্দা কয়াদা সুংশিবা উৎখিবা! অদুবু হৌজিক্তী লয়াইমুপীসিনা হেন্না পুমা তৌখরে। অমদগী অনি গুজরখ্রে। কৈদৌনি ঐথোয়সু নিপাননি। ঐথোয় পুন্নমক লোয়না লৈবা চল্লবা অচৌবা দলান অমা

শানিংলিব্রা ? মৃগনয়নী অমসুং লাখীগী কুশিদা চৎখ্রগনি। কদায় ফাউবা খাংবা ঙমগনি ? কয়াম কুইন চাউবা ঙমগনি ? ঐগা মৃগনয়নীগা কয়াম লাপ্পগনি ? কয়াম্সু লাপ্পগনি উন্নবা ফংবা, কৌনবা খোৎনবা তাম্নবা য়ানা নরুগনিনা। নিংথৌগা মাগা করি য়ারী শাগনি ? ঐগী হুতস্সু মখোয়গী মনাক্তা চংবা ঙমলোয়। অদুবু পাউ পিবা অমদি লৈগনিনা। সুপ্নীমচা কলাদা ফজনা হায়নবনা ফয়গদ্রা ? মহাক মৃগনয়নীগী মতাম্সু নত্তে, হুতস্সু নত্তে, ঈশৈ নোংমায় তম্বীবতনি। ঐস্সু তম্লসিরা ? অদুবু নিংথৌনা ঐবু তম্বীনবা অতোপ্পা অমা শিনবিরোয়দরা ? মতুদি ঐনা য়ারোয়না! নিংথৌস্সু ঐগী য়া থরদি য়াফম থোকইনা! লাখী ফাউবা তম্বীহনখরে, ঐদি মঙোন্দগী হন্থত্রনে ? ঙসি অহিং লাকখিসনু খঙগনি। অদুবু মহাক লাকপগী অরেপ্পা লৈবা নত্তে, নোংমদি শোয়দনা লাক্কনিনা। লাক্রবস্সু ঐনা কৌগনি। কলাদু ইনাক্তা লৈহনগনি মৃগনয়নীগী মনাক্তা লৈবগুম। লাখীগা মহাকদি তেংদুনা তম্মী অদুবু ঐদি মখোয়গী মনাক্তা চৎনা তম্বদি ঙমলোয়। কলানা ঐবু তম্বীনবা মথন্তা লাক্কনি। সুমনমোহিনীনা য়া অসি লেপলে।

নিংথৌ মানসিংহনা হরাউনা য়াবিরে। কলানা সুমনমোহিনীবু হরাউনা তম্বীরে।

মানসিংহনা নোংমা হায়রম্মী, "বৈজনাথ ঈশৈগী ওঝানি। মঙোন্দগী তম্মু।"

"ঐনা সুপাদগী ঈশৈ তমগদবা ? করিনো তাকপীরিবসে মহারাজ, রাণী মৃগনয়নীগী মতৌ তম্বা য়াবরা থুঙ সুপী গুম। মতম অমদদি থুনগী লমহাংদা অমসুং জঙ্গলদা কোয়চৎ চৎলম্বীনি, নিংথৌকোন্দদি চৎনবীন য়াদে।

নিংথৌ শাউরম্মী অদুবু অশাউবদি উত্তরে। হায়রকই, "হোয় নংগী অপাম্বদু অদুম তৌ। বিনা খোংবা হৈনবা কন্না হোৎনৌ, খোঞ্জেল কক্সনবা হোৎনৌ। মতম্ থরগীদমক্তদি কলানসু জেন্না ফবনি, অমুক

মতুংদা য়েংবা হাপ্পবহুনি। সুংতিগী পুংজা কয়া হোৎনরবদি অদোমস্থ নীংথিনা হৈরকনি।"

সুমনমোহিনীনা থুৎকাপ্পী কাপ্লম্মী, "পুংজা কয়া হোৎনবা, অদোমনা সুমিৎ কয়ানিগী তুংদা মকমসিদা লেংবিরকলীবা! অদোম্না লাকপা ফাউবা খঙলরোয়।"

"মহারাণীজী, হন্দক মরকসি ঐ য়াম্না চিনখরে।"

"হোয়, মহুদি ঐস্থ খঙই। য়ুমস্থ থুনা থুনা শারি! সুমিৎ চুপ্পা মহু য়েংশিন্দুনা লৈবা ওইরিনি।"

"য়ুম নত্তে, মহুগী মমিং মান-মন্দির কৌগনি।"

"য়াম্না চাউনা শাগদরা?"

"চাউরবস্থ পিক্লবস্থ ফজহন্দবদি য়াদে। মহুগী মেপ উৎলুরা? থোরাং লোয়রে।"

"কাউবিরব্রা? অদোম্না উৎপিখ্রে। অহুবু মসি লুহোংবা মমাংদা উৎথিবনি! হৌজিক অনৌবা অমা শেম্বীরব্রা?"

"হোয়, হোংদোক হোংজিন থর তৌখরে।"

"করিগীস্থ হোংলোয়দগে? যুগ ফাউবা হোংখ্রেদনা! মহুগী মমিংস্থ হোংদোকলোদনা। মৃগনেন্দ্র মন্দির হায়না থোনবিরো।"

"নত্রগা সুমনেন্দ্র মন্দির?" মানসিংহ নোক্লম্মী। সুমনমোহিনীনা মোক্লিবহু সুংঙায়রমদে। হায়রকই, "অস্থুম্না কৈরেং তুরেং ঙাংমবসিদা অদোমগী মতম মাংহল্লে, ঐ থঙজরে।"

মানসিংহনা হায়রকই, "মহুদা নত্তেনে, দিল্লীদগী সিকন্দর লোদিনা থাদিয়রদা লান্দারকদৌরি। মহাকা মায়োক্লনবা থোরাং তৌবদা মতম চংলিবনি।"

"উইঁ। মাগী মপাবুস্থ মায়থিবা পীখ্রে। মহাকপুস্থ মায়থিবা পিখ্রবনি অহুগা মাণ্ডুগী সুলতানবুস্থ মায়থিহনখ্রবনি। মসি অদোমগী-দমক্তি অরায়বনি। হৌজিক্তী অদোমগী অনৌবী মহারাণীনা হায়বগুম য়ুম শাবদা পুক্লিং চঙবিরো।"

( ৪১ )

নিংথমথাগী অয়োবা মতমনি। সুমিদাংব্বায়ব্বমদা সুমিং মঙালছ ঈংথরক্লম্মী। ঈংবা হেনজিল্লক্লম্মী। দলান মথক্কী পর্দা মরুমদা মৃগনয়নী লেপ্লম্মী। লাখীসু লোয়নরম্মী। সুমিং তারমদায় ৬ইরম্মী। মৃগনয়নীনা নোংচুপলোমগী চীং, তুরেল, অমদি খুন য়েংলম্মী। রাঈ খুনগী মরমদা খল্লম্মী। অদুগা অমুক হন্না অরাংলোমদা য়েংলক্লম্মী। লফুগী অপাকপা লাগী অশংবা মথক্তা সুমিংকী নিংথিবা মঙালনা য়্যেরম্মী। লাশিংদু বীনা খোংবগুম খল্লম্মী।

হরাউনা হায়রকই, "লাখী লৈকোন্দা কোয়রুসি। চীংয়া তময়া খরদি উগনি। নাকল অসোমদা করিগুম্বা খর য়েংসি, রাণী অহলসু, অতৈ কনাসু লৈরমলোয়না।"

"ঐ য়েংলুখিগে" হায়রগা লাখীনা চৎকে তৌরম্মী। মৃগনয়নীনা খিংলম্মী, "ঐনা তৌবা য়াবা থবক্ নঙোন্দা করিগী তৌহনগনি।"

"করিসু লৈবা বা নত্তে, ঐগী খোং তুমশিনগদবা নত্তে।"

"ঐদি চৎপা হৈরক্লরোয়।"

মৃগনয়নী থুনা খোরকলে। লৈকোন্দা কনাসু লৈত্তে হায়বা উরে। মখোয়অনি লৈকোন্দা কোয়না চৎলে।

মৃগনয়নীনা রাঈগী জঙ্গলদা অচৌ অচৌবা উ উপ্রে, অদুবু মনা ইকোয় কোয়বা, নিংথিবা, অকুং অকুংবা অশংবা পাম্বীদি কদায়দগী উগদগে? ফজবা নিংথিবনা মহাকপু গুমহৎলম্মী। মতম হেক ফংবগা মসি য়েংবা চৎলি, য়েংবগী পেনবসু নায়দে।

লফু পাম্বী পরেং লৈবদু মতা ময়াম লৈবগুল্লম্মী। মোমোন নোক্লম্মী, হরাউ তুচুংলম্মী অদুগা রাখন্দা উনা শিংনগুম্না জগোয় শানিংলক্লম্মী।

সুমিং তপ্না তপ্না নোংচুপলোমদা লৈথখিরম্মী। চীং অমদা ঈঙ্গিং তৌহনা হায়রম্মী, "মসি রাঈগী চীং ওয়রমগদরা?"

"হায়বা ঙমদে। তুরেল উবা ফংব্রনে?"

"উদ্রেনে ?"

"রাঈগী চীং ওয়রবদি সাঁক তুরেল চেন্নমগনি। উমংদা কৈ, ঈরোয়, ওক, সাঁভর অসিনচিংরা শাশিং লৈরমগনি। অদুবু চত্তুনা য়েংত্রবদি করম্না থংবা ওমগনি ?"

"হান্নগী মকমশিংদু অমুক্তং য়েংনিংই, অদুবু মতিক চারবা কান্দা চৎকে, মদুনা ফত্রনে ? নঙস্থ য়াউমিদনা ?"

"ঐদি মফমদুদা চৎলরোয়। লাকপা কান্দশু হম্না য়েংলক্কে।"

"হৌজিক কনানস্থ করিমত্তা হায়ররোয়।"

"মচিন্না হায়ত্রবস্থ মমিৎনদি হায়গনি। মফমদুদা ঐখোয়গী করি লৈরী ? মফমদুদা কৈ, শামু মপৈ মপৈদা মভায়রে।"

"নরররদি নংগী সম্পতি ওয়রেদনা।"

"সম্পত্তিদি ঐগী নিম্নীতনি অত্তোপ্পা কনা লৈ ?"

"নিম্নীগী য়াম্বুং লৈনা।"

মখোয় অনি নোকলে। মখোয় অনিগী ময়াদু মণিগুমলে। শরৎ ঋতুদা চেনবা তুরেলগী ঈচেলগুম। মমিত্তু মন্নায় কানা নিংথীরম্মী। হকচাং অদু রাগ অমদা নিংথীনা তান থাবগুম লিরি লিরি হুমলিবা লফু মনারক্তা নিংথীরি, লাথীগী ফিজোলদু মৃগনয়নীনা য়েংলম্মী। রেসমগী ফি, সনা, অমস্থং মণিমুক্তাগুম লাথী নিংথিরম্মী।

"ঐগী ইনম্মা! কয়াদা নিংথিত্রবা। য়াম্বুংনা মপুক্লিংদা কয়াদা শৈথাজরমগনি।"

লাথীনা খুদক্তা হায়রকই—"শৈথাজরিবদি মবায় নিংথৌনি ইরমগনি, কথিনীনা। অশেংবা হায়য়ু, মহাক্কা কলপ্পা ত্তৌত্রনে ? বৈজু শৈশকপবু নংগী লুহোং-ঈশৈ অমুক্তং শকহনসিদনা।"

"ইহে! ঐনা ঈশৈ থর তায়, মদু রাধা অমস্থং গোপিশিংবু ঈশৈথারগা শকপদা রাখল পুম্নমক শংশংনা থোরকই। মহাকী ঈশৈ তারগা পুক্লিংসি হরাউবনা জগোয় শায়। কলাসি জগোয় শাবস্থ হে! মঙোন্দগী ঐখোয়নি জগোয় তমসি।"

"তমগনি" লাখীনা হায়রম্মী অদুগা মাগী মখোংদা য়েংকল্লম্মী। মখোংদা লুপাগী ঝিঞ্জুর শিম্বি।"

মৃগনয়নীগী মখোঙদনা সনাগী ঝিঞ্জুর শিরম্মী। মহাক্তী রাণীনি। মখোঙদা সনাগী ঝিঞ্জুর শিবা য়ায় নত্রগনু নিংথৌনা শিয়ু হায়দুনা অয়াবা পিবগী ওয়রমগনি। অদুগা মহাক্তী নররবগী কিলা অমসুং শহর মমিংখক্তগী ওয়না অটলগী সম্পতি ওয়বতনি। তশেংবদি নররর সহরগী আয়গী শরুক অমতং শিবতনি। চুপীনা সম্পতি ফংবা য়াদে মরমদুনা অটলগী মমিংদা লৈবনি। লাখীগী মখোংদা সনা শিবগী বরদান লৈত্তে মরমদি মহাক অচীর জাতিনী অদুগা মীয়ামগী মত থুগায়বসু য়াদে, মানসিংহনা ওম্বসু নত্তে।

লাখীগী মিংয়েং মৃগনয়নীগী মখোংদা য়েংলম্মী অদুগা থুনা গুকশমদা অমুক য়েংলক্লম্মী। মানা করিসু খল্লমদে। মৃগনয়নীগী গুকশমদা লুপাগী লিক অমা শিরম্মী। মহ লুহোংত্রিবৈ মমাংদা নোংমা অটলনা লৈবিরকখিবনি।

মৃগনয়নী চীং লেমখ্রে।

হায়রকই, "হয়েংদগী সনাগী ঝিঞ্জুর শিররোয়। নঙনা লুপাগী শিরগা ঐনা সনাগী শিবা ওয়থোক্লোয়।"

"ঙাওরবরা?" মহাক্না হায়রম্মী, "সনা অসি নিঙ্গীগী মখোঙদা শিবা নত্তে, নিংথৌগী রাণীগী মখোংদা শিবনি।"

"ঐনা নিংথৌদা হায়গনি। মহাকপু সনা শিহন্নু।"

'রাণীশিংনা চংকদবা লমচং নঙোন্দা তম্বীখয়ে। অদুগা অমুক নিঙায় তৌরি। রাণী অহল অদুগা অতোপ্পা রাণী তরেৎসু নিংঙাই হৌরকনি।"

"ঐনা রাণী নিপাল লৈ হায়বা হায়া খঙদে, খঙলমবদি........"

"রাসি ইচন ইবেম্মা রাণীগী মচিন্দগী হায়কদে। হৌজিক হায়-খবদি হায়খে মতুং অমুক হায়রগনু।"

"হায়ররোয়, অমুক হন্না হায়ররোয়। পুন্নমক ওয়তুনস্তু মহারাজনা য়াম্না মুংশিবীরি। অতুগা রাণী অহন অসি মমিংগা লমচৎকা কয়াদা খেৎনরিবা।"

"জঙ্গলগী তমথিরবা তিথ্যং কয়া থেংনতুনা লাক্লবনি মসিদস্তু থেংনরগা অতুম ঙ্কনরকলোয়ব্রনে?"

চাংদমরবতুদা মৃগনয়নী নোক্লম্মী। হায়রকই, "য়ামুংদা কবিগী রাখল লৈরবস্তু লৈত্রবস্তু নঙদি অশেংবমক কবিনি।"

লাখীগী মপুক্লিংদা কল্লিগুম্বা থরদি লোৎলম্মী।

"য়েংউ, ঐগী মুংশিরবী নিম্নী, ঐগী মহারাণী মৃগনয়নী, ঐগী ইচনতুপী, নংগী খুৎ পারতুনা, খোঙ পায়তুনা হায়জরিবসিনি......"

মৃগনয়নীনা খুনা হায়রকই, "তুমিন লৈয়ু, তুমিন লৈয়ু।"

"বা লোয়না তাখো," মহাক্না হায়রম্মী, "খোংদা সনা-লুপাগী ঝিঙুর শিবগী মরমদা খৎন চৈব্রবা করিস্তু তৌরুরস্তু। য়াম্নখিবতুনা করে। তহা তহাগস্তু। কোম্না থম্বরসি।"

মৃগনয়নীনা হায়রম্মী, ঐদি মুংঙায়তে। ঐ হায়ররোয় নঙগা তাম্নদনা হায়ররোয়। অতুবু ঐ নোংমা নংগী নখোংদা সনাগী ঝিঙুর শিবা য়েংবা পামই।"

"নঙগী ওকশমদা লুপাগী লিক শিরিবদি করিগীনো?"

"ঐনা রাজীবু নিংশিংনবা, য়ামুংনা মুমিদাংৱায়রম পুরকখিবতু কাউদনবা শিরিবনি। মহারাজনা লৌথোকউ হায়রবনি ঐনা য়াদবনি।"

"অতুদি ঐগী খোংদা লুপাগী ঝিঙুর শিরিবসি শিহৈদবদি নম্ভেদনা। মসিনা জাৎ বিজাৎকী মরমদা খেন্নবা লৈরোয়দবনি হায়বতু নিংশিংহল্লি।"

"আচার্য বিজয়জঙ্গমদি জাৎ বিজাৎ থায়বসি য়াদে। মসি নিংথৌনা হায়বনি। মহাক্না আচার্যবু য়াম্না য়ায়। পুন্নমকসি ইফ করে, অতুবু বিজয়স্তু থরগী মথৈ জাত পাত থায়বসি য়ানিংজি। অতুগা বিজয় মনমথনবা লাকনবদা বিজয় কয়া অরাবা তাগদবা লৈ।

মনায়নুগী মরি মতা থক লাপ্না উ মনাক্তা লেপ্তু্না লৈ। মৃগনয়নীনা উরে। মমিৎ মনা শুকতোকলম্মী।

লাখীদা হায়রকই, "ইনায় নুপীশিংনা ইন্নবা ফি অথাবা মন্নাম পুরকলে। নিংথমলবদি ঐগীসু নংগীসু লৌখা য়াম্মি! ইংকলবা ফাউবদা কাদা চংত্রবা। মীয়াম অসি উবদা ঐদি শাউবু শাউমিংই।"

লাখীনা হায়রকই—মখোয়গী মথৌনি, কৈদৌরুনি?

ঐদি বিজয়গী বা অতু য়ামু য়ানিংই। মহাক্না হায়, পুম্নমক মশা মশাগী দরকার ওয়বা থবক তৌগদবনি। মহাক মশামকসু তৌই। মহাক্না হায়, দেশ অসি চাকনি ফিনিবনা পিক থনগদৌরে।

"হায়রিসিবু ননায়শিং অসি লেপহন্দুনা অতুম থমলশিরো?"

"লেপচসনু, কনানা কৌই?"

"অরুবা রা খর হায়বা লাকলম্বসু য়াই।"

"রা অমা ওয়রমগনি, গাড়ী অমা পিকথন্না ফি পুরকলি। ঐদি নুমিৎ তাবা য়েংনিংলি, নোংচুপকী ঙাংঙানবা নোংজাবী ফম কজরি। মখোয় লেপখিসনু, ঐ য়েংখিগে। ঐ ফি ইন্নিংদ্রি।"

দাসী অতুনা খর কপ্পপ খোদেমলম্মী।

"ময়াম অসিনা য়োমতুনা লৈরবা ফাউবদা নংনা নুংঙাইনা নুমিৎ য়েংতুনা লৈথোকপা ঙমবগী মহৈদি হৈত্রগা।"

"হোয়নে কৌজরগেনে, ইনম্মা ইবেম্মা, নংবু কনা ঙমদৌরিবনো।"

মৃগনয়নীনা দাসিশিংবু ঈঙ্গিতনা কৌশিল্লে।

মখোয়না ফি পিরে। অমনা মথুৎ লোন্নতুনা হায়জরকই "নুমিদাংদা সভাদা আচার্য বৈজুবুনা ঈশৈ শকবা অতুগা আচার্য বিজয়বুনা বীনা খোংনবা মহারাজনা শিলহনখ্রে। মহারাণী অহনসু অতৈ রাণীশিংবুসু বার্তন তৌখ্রে। অদোমসু লেংবিরকনি।"

মৃগনয়নীনা হায়রকই "ফৈনে।"

দাসী অতু মরু লুক্তুনা লেপ্তুনা লৈরে।

"অতোপ্পা করি অমুক হায়নিংলি?" মৃগনয়নীনা হংলম্মী।

দাসীনা খুমসকই—"অঙৌংবা মুংশিং শিংলে। মৈফু মৈ থাগৎচরে। মৈ য়ায়বিরুরো।"

"থংলে। চৎলো। নুমিৎ তাবা য়েংলগা লাকে।" মৃগনয়নীনা হায়রম্মী।

দাসীশিং চৎখ্রে। মৃগনয়নীনা নোক্লিংবা থাংলম্মী, অদুগা লাথীনা মমায় লৈংথোকশিনদুনা অঙৌংবা থাংবা ওয়না ফিজি চিন্নম্মী।

দাসীশিং চৎখ্রন্দা মখোয় অনি পেল্লা নোক্লম্মী। মৃগনয়নীনা হায়রম্মী, 'মখোয়গী রাজাং অসি করাদা ফজখ্রবা। কনাগুম্বনা মখোয়বু তমবিরমগনি।" মসি হায়রগা মহাক্না নুমিৎ তাবা য়েংলে।

লাখীনা নুমিৎলোমদা মায় ওনশিন্দুনা হায়রবই 'অদুদি বসু মখোনা তম্বীরমগনি।"

মিংদুগী থবগী মতুংদা লাখীনা মুংঙাইতবা ফোংদোক্লুনা হায়রবই—

"য়েনিংদ্রেদা চৎলশিনা।"

"ঐস্ত্র য়েংনিংদ্রে। চৎলো। চৎলসি।"

( ৪২ )

নুমিদাং ওয়রকলবদা কর্ণ মন্দিরগী সভা ভবনদা চৈশে হৌনবা থৌরাংখ্রে। দলান মথক্কী জালি মরুমদা মৃগনয়নী অমসুং লাখী লাকুনা ফমখ্রে। ফিজোল ইলং লংলম্মী। মহাক্কী লৈতেংলিবা ফিজোলশিং অদু কনাগুম্বনা করেমনরক্রদ্রা হায়বসু মৃগনয়নীনা চিংনরম্মী, অদুবু মহাক্না ওমজনবা মায়োক য়াগনি হায়বগী থাজবা থমলম্মী। কনাগুম্বনা মহাক্কী ফজবা মওং মতৌ অদুদা থাগৎলকলবসু মোমোন নোক্লুনা মশাগী অধিকার ওাকচনবগী রাথনসু লৈরম্মী। মায়থোংদি মকা লাম্বা ৎর রাৎলি। লাখীদি মুংঙাইজরম্মী।

মখোয় অনি লাকলবগী মতুংদা সুমনমোহিনীগা অমৈ রাণী তরেৎসু লাকলে। মৃগনয়নীনা চৎনবী মতুংইন্না সুমনমোহিনীগী খোং পাকদুনা

থুরুমজরে। মহাক্কী মকোক শোক্তুনা আশীর্ব্বাদ পীবা মতমদা রাণী অহল অসিনা মৃগনয়নীগী ফিজেৎ চাকচেৎ য়াম্না মুন্না য়েংলকই। লুপাগী লিক শিবদু উরে। মখোয় নিপাল অদু মায়কৈ অমরোমদা ফমখ্রে। মৃগনয়নী অমসুং লাখীদগী খর লাপলপনা দাসীশিং নিংথিনা লেপলম্মী।

মখাগী সভা ভবনদা খর য়াংলপ তৌবা তাংবলদা মানসিংহ ফমলি। অদুগা খজিক্কুং হন্থরগা নাকল অমদা নিহালসিংহ অদুগা অমরোমদনা অটলসিংহ ফমম্মী। মমাংদনা বৈজু, বিজয়, কলা অমসুং পুংয়েবশিং ফম্লি।

বৈজুনা ঈশৈ হৌনবা শেম শারে। বিজয়না বিনা অদুগা কলানা মাগী তবুবাগী স্বুর চান্নবরা য়েংলি। মানসিংহদি শৈহৌগী আলাপ তাবগা বীনাগী খোঞ্জেল তাবগা শুমহৎখ্রে। অসুম্না মুংভায়থোকুবা অহিংসিমা মহাক্না শিনবনি।

সুমনমোহিনীসু ঈশৈ হৌরগা য়া খর হৌদোরিংবনি। অদুবু রানীশিংসু ঈশৈদা পুক্নিং লুপথরে মরমসিনা রাণী অহলদু মতম খর তুমিন লৈখ্রে।

মনাক্তা ফম্বা রাণী অমদা হায়রকই, "অনৌবী রাণীসি সনা লুপা মণিমুক্তা শিবদা পেন্দ্রমাল্লে।"

রাণী অতোনবীশিংনা মীৎচিন য়েংলম্মী, নোকাফৎ তৌরম্মী, রাণী অহলগা মিচানহুনা নোক্নবগী মীনোক নোক্লম্মী অদুগা মখাগী সভা ভবনগী ঈশৈদা মায় ওনশিনথরে।

মৃগনয়নীগা লাখীগনদি উহৌদরে।

সুমনমোহীনিনা মনাক্তা ফম্লীবা রাণী অতোপ্পীদা খুৎকাপ্পী কাপলম্মী। মহাক্না খজিক্কুং ইল্লম্মী।

রাণী অহলনা হায়রকই, "ঈশৈ অসি নোংয়ায় ফাউবা চথরনি। অসোমদা য়েংউ, অনৌবী রাণীগী মহক্কো লুপাগী লিক শিরীবসি। মণি মুক্তাগী লিক মবক্তা লুপাগীসু শিরীনে।"

রাণী অতোপ্পীনা য়েংলে। ঙৈহাক লৈরগা লুপাগী লীক অদু থংউ উরকলে। মচিন খুমহুদা নোক্লম্মী।

লাখীনা উরে, মৃগনয়নীনস্থ উরে।

রাণী অহলনা অতোম্বীগী নোকপহ্নদা মহেং পাংশিল্লম্মী, "ঙ্গপাগী লীক কদায়দগী থাবা য়ারদগে। তুরেন্দগী ঈশিং শোক্তুনা মকোক্তা চফু পুহনা লাকপদা লুপাগী লিক অদু ফেরে ফেরে, হায়রমগনি, শঙ্গোম শুম্বা মতমদা, মাখল শুংবা মতমদা, লুপাগী লিক অদু জগোয় শারমগনি, মস্থী শাবা মতমদস্থ মঙকশমদা তান থারমগনি। লবুক ঙাকপগী শঙ্গায় কাখৎপদা, উচেক তানবদস্থ লুপাগী লিকসি য়াউবমগনি।"

রাণী অহলনা মশাগী কল্পনাদা নোক্লীলম্মী। রাণী অতোম্বীস্থ মচিন্দা ফী খুমহনা নোকলম্মী। অতোপ্পা রাণীশিংস্থ খল্লে। রাণী অহলনা ঙাংলিবশিংদু তারে। মৃগনয়নীদা য়েংলগা নোকখ্রে।

মৃগনয়নী অমস্থং লাখীনা মসি পুন্নমক উখরে অদুবু ঙাংনরিবা রাদি করিমত্তা তারমদে।

ঐখোয়দা করিগী নোক্লরিবনে! ঐখোয়দনি মখোয়না নোকনরিবসি খঙলে! করেম্নরিবসি ঐবুনি। জাং-বিজাং য়েংদমা লুহোংখিবস্থ ঐনি, নিম্নী লুহোংখিবগী মরমনা নিংখোগী মাহয় ঐগী ইপুরোয়বনা লম ফংবনি। অহানবদদি চরা হেল্লম্মী, মন শেল্লম্মী, হৌভিজ্ঞী মনা লুপা শিবা ফংলে, অহানবদদি অমোৎপা ফী শেৎলম্মী, হৌজিল্লী রেশমগী ফিরোল, অদুগা হান্ন খুন্নুং ঈশৈ তারম্বহনা হৌভিজ্ঞী গুরু বৈজু অমস্থং বিজয়নচিংবগী ঈশৈ তাবা ফংলে! মথা খনবা ঙম্মদরে। শাউনিংলে। মনা ফাউবা ঙাংখবে। মৃগনয়নীরে মদা মমিৎনা য়েংলম্মী। মঙ্গাক্কী মমায়স্থ ঙাংখরে অদুবু মহাক্না সভা ভবনগী দৃশ্যদু জালি মরুমদগী য়েংলম্মী।

মৃগনয়নীনা উরবস্থ উবা ফংদরে। ঐঙোন্দা নোক্লরি। ঐনা করি শোয়খ্রবগে? চৎনবী পুম্ব, তৌখ্রে, লানবা য়াওখ্রবরনে? ঐ অসি মখোয়দগী হুম্বনা ফজত্রা? ঐগী লিক কোন শিবদা অশোয়বা য়াউরত্রা? নজ্রগা ঐনা শেৎ চাবদা শোয়খিবদগী ঐগী হকচাংগী ফত্তবা উখ্রবরা? মৃগনয়নীনা মশাদা অশোয়বা য়াউবদা য়েংলম্মী। মখোং অদুদি খজিক্তং

লিংথোক্লম্মী, মখোং অদু শংবান্নবা ঈশিং ঈয়ায়দা থম্বাল অমা শাংপগুম নিংথিরম্মী, থম্বালদুদা পকলিবা অয়ুকী লীক্লাদুদা মুমিৎ মঙালনা য়েবগুম ফজরম্মী। মৃগনয়নীনা সনানা য়োম্লবা নোপুরদু ফিনা কুপশিল্লম্মী। নোক্লরিবদু মসিদা ওয়রম্লনি। মঙ্গলসূত্র নত্তনা ফজবা ফিশিং শেংলরোয়। লাথীনা শেংপা থক্তা শেংলগে অদু ওয়রবদি নোক্লররোয়। মখোয়দগী হইস্থে থম্লবদি নোক্লররোয়, তুমিন কৈজখ্রনি। মহাক্না ব্রা অসি লেপথরে।

ওক্তা শিরিবা লুপাগী লিক অদু খংহৌদনা নিংশিংলক্লে। ঐগী লুপাগী লিক মচাসিনা মখোয়গী ফীজেৎ লৈতেংদগী হেন্না মমল য়ামই। লিক অসি শিরগা কৈবু তেন অমত্তনা হাংলিবনি, লমঈরোয় মচি লৈথেক্লপা ভমলিবনি। নিংথৌগা অহানবা উন্নবদা মহাক্কী লুপাগী লিক্কী মথক্তা মণিগী অমদি সনাগী শিবীরিবনি। মতমদুদা মহাক্না নুংশি মুংশিরবা ব্রা কয়া হায়খ্রিবনি। ময়াম অসি খন্না খন্না সভা ভবনগী ময়ায় তাংবন্দা হরাউনা ফম্লীবা মানসিংহ উক্লরে। হৌজিক ময়েক শেংনা পুম্নমক উরে। মসি ঐগী নিংথৌনি, ইনিংথৌনি।

মৃগনয়নীনা অতোপ্পা রাণীশিংদা মীৎচিনা য়েংলম্মী। মখোয়গী করেম্নবা মীনোক্ত, হৌজিক ফাউবা লোয়রমদ্রি।

মৃগনয়নীনা মপুক্লিংদা হায়রম্মী, 'ওস্তোকপনিদা, রাণী ওয় হায়দুনা কৈদৌনি, লরায় ঐখোয়দগী হেন্না তোল্লি। ঐনা মখোয়বু লরায় করিগী হায়রোয়দগে? ঐবুদি লরায়দগী নিনা ফরে নোকউ, নোকউ, নোংমদি ঐনা নখোয়দগী হেন্না অমুক নোক্লগনি। ঐ ইতোমতা নোকলোয়, নখোয়সু নোকহনগনি। ঐগী যনবীগী শঙ্গোম ইথক্তা থকলোয় নখোয়সু পিথক্লনি। মখোয়না লোকলিবসি ঐঙোন্দা ওয়রমগনি। ঈশৈদা নোকপা ওয়রম্বসু য়ায়। ঐদি পুক্লিং চংনা তারি মখোয়না নোক-লিবসি ঐদি কুপ্পা খংদরে, মখোয়দি খংলমগনি। মখোয়না ভাংনরিংসি ঐনা মূর্ত্তিগুম য়েংবসি উরগা ওয়রমগনি। ওস্তোকপনি ওয়বা য়াবা ব্রা ভাক্লনি অদুবু ঐঙোন্দা ইঙ্গিৎ তৌদুনা মচিন খুম খুমদুনা নোকলিবসিনা করিগীনো? হোয় খরদি ফরে।

অহা ভবন্দা মানসিংহনা বাহ ! বাহ !! বাহ !!! বাহ !!!! হায়রছ তারম্মী।

মৃগনয়নীনা উরে, শৈশকপা বৈজু বিনা খোংলিবা বিজয়দা য়েংল য়েংলগা মোমোন নোক্লম্মী, মহাক্কী মীনেক্তা বিজয়দা উশিন্তবা শিংনবা ওয়রম্মী। বিজয়জঙ্গমবুস্থ য়েংলে। মাগী মায়থোংদা অমম্নুং মমিন্তা মুংঙায়তবছ বৈজুনা জয় ওয়বগী মওংদা উরম্মী অছুগা শিংনবা অছু য়ারম্মী।

কলাস্থ বৈজুনা জয় ওয়বছুদা মুংঙায়জরম্মী। জয় ওয়বগী নোকপছুদা মহাকস্থ নোক্লম্মী।

ঈশৈদস্থ অস্থুন্না হরাউবা মুংঙায়নদবা লৈরিবসি করিগীনো ? ঐনা রাথল চংহোদবদগী ঈশৈগী ফীভম খঙহৌদ্রবরা ? মসিগী মমাংদা ১/২ থোকখ্রবা ? রাণীশিংস্থ ঈশৈসিদা নোকলিবরা ? অছুবু কনানস্থ বাহ ! বাহ !! হায়নখিদেনা !!! অছুবু হৌজিকস্থ হান্নগী নীংশিংলগা নোকপা ওয়রমলনি। ওয়রসনু ঈশৈগী ফীফম লোয়না খঙবা ঙমদ্রবদি ঐ লৈতবনা ফবে। ঐস্থ খংলবা কান্দা নোক্কনি, ঐনা নোকপা মতমদা মখোয় অমুক শুগৎনগনি।

ঙৈহাক্কী তুংদা বৈজুনা অমুক ঙম্নক লৈরে। অছুদগী বৈজুগী মমায় উরগা বিজয়না নোকপা অছুগা কলাস্থ তেংবাংবা ওয়না নোকফেৎ তৌবা। বিজয়জঙ্গমগী মায়থোং খরা মকশিল্লম্মী অছুগা মানসিংহদি বাহ। বাহ !! লাউরম্মী।

মৃগনয়নী ভাব কয়া তারমদে। অতৈ রাণীশিংস্থ নোক্করে। লাখীগী মীয়েংনা করিগুম্বা খরা হংলম্মী।

হৌজিক রাণীশিং নোক্করিবা করিগীনো ? ঐগী মরমদা ভাংনবগী নোকপা ওয়রবস্থ য়ায়। করিস্থ নত্তে, খঙগনিদনা।

ঈশৈ অছু পুং ২'৩০ রোম চথরকলে। মৃগনয়নী উইনিংলক্লম্মী অছুবু উইদনবা হোৎনরম্মী, নিংথৌনা হরাউ মুংঙায়না চেকশিন্না তারিব-

সিমদি ঈশৈসে ফজরম্রনি। ঐস্নু রাখল চংনা তারনি, নোংমদি মখোয়দগী হেন্না শকপা ওয়বা।

লাখী হকাম চন্নম্মী। রাণী অহনদি তুমখ্রে, ফম্মীন্নরিবশিংদা মকোক ওাথরম্মী। মনাক্তা ফমমিন্নরিবা রাণীনা মকোক ওাথবগী অরাবহু থাংহনা ঈশৈ তারম্মী। মমিৎ অমুক উইশিল্লম্মী অমুক পাং-থোক্লম্মী। অতৈ রাণীশিংদি মোন্দা ওাহনা উইরম্মী, খরনা মঙ মংহনা তুম্নম্মী। মনারমুপীশিংস্নু ফমথখরে।

মৃগনয়নীনা লাখীগী মরেংবান্দা পায়রম্মী অহুগা রাণীশিংহু চৈনিংবগী নাবাদা থরা কম্না হায়রম্মী, "তাউমে ঈশৈ ফজনা শকলিবসি, লাখীনা খঙপ্রেক খঙনা য়েংলে, তারে।"

মৃগনয়নীনা হায়রকই, "মখাদা কয়াদা ফজনা চঙখোন্না ঈশৈ শন্নিবা, গুরু অনিসি ঈশৈগী লাম্বা ফজনা তৌনরে। য়েংউনে, ষন ঈরোয়গুম্না ভুমগমুনে।"

মৃগনয়নীনা রাণীশিংদা য়েংলগা রাহৈসি হায়রম্মী। লাখী হরাউরম্মী অহুগা নোক্লম্মী।

লাখীনা হায়রকই, "নং য়াম্না থুনা খঙইনা" হোৎনবদগী ঐস্নু হৈরকলে, তাবা হৈরে। পুক্রিং চংনা তারিবনী।"

রাণী অহন্দু মীকপ থোকলমদে অহুবু মানা ওাথরিবা রাণীহুনা তাহৌরে অহুনা শাউরম্মী।

সভা ভবন্দা বৈজুগী ঈশৈ বিজয়জঙ্গমগী বাদন অসি পুং অমগা হেন্না চথরে। মরকসিদা জয় তৌবা, মায়থিবা তাঙ্গা কম্না লাকখি। বিজয়জঙ্গম মুংওায়খিদরে। বীনা থমখ্রে।

হায়রকই, "হৌজিক ঐ শক্লগে বৈজুনা অমুক বীনা খোংলসনু।" মানসিংহনা হায়রম্মী, "ফয়ে। হৌজিক কয়াম খেংলদনো?"

" বিহাগ শকপা মতম ওয়রে।"

বৈজুনা হায়রম্মী, "গুরু জঙ্গমনা শকপিরো, অহুবু ওসিদি শিংনবা তারে।"

নিংথৌনা হংলম্মী, "করিনো শিংনবা হায়বদি ?"

বৈজুনা থুম্লকই, "ঐনা হৌজিক্তা বীনা খোংবদা মায়থিবা পিজখরে। মানা শক্লিগুদা ঐনা অমুক্তা মায়থিবা পিরবদি মাগী বীণাহ্ন ঐনা মুনগনি, খুগায়রগ থমগনি।"

মৃগনয়নীনা থল্লম্মী, "বৈজু ঙাউরবরা ?"

রাণীহুনা রাণী অহনগী অরুম্বা খাঙবা ঙমজহুনা ইস্নোয়কই। রাণী অহন্না মখোঙ খংতি তিংখোক্লম্মী। মখোংগী সনাগী খোংজি অহু মৃগনয়নী গী মনাক্তা তাখরে, অহুবু কনামত্তুনা উহৌদরে।

রাণী অতোম্বীনা অহন্দা হায়রম্মী, "য়েংবিয়ু মহারাণী, মল্লয়ুধ তৌগদৌরে।"

রাণী অহননা হকাম চন্দুনা মমিৎ নোয়রম্মী। মৃগনয়নীগী অকনবা মখুৎনা কনাগুম্বা অমদা ফুগদৌরমাল্লে খল্লম্মী। খঙনিংনা মৃগনয়নীদা য়েংলম্মী। মৃগনয়নীদি পুক্লিং চংনা সভাদা য়েংহুনা লৈরম্মী।

রাণী অহন্না নিংবা কায়না রাণী অতোম্বীদা হংলম্মী, "করি তৌরে ?" রাণী অতোনবীনা মরী মখোঙ তাক্লম্মী।

তিংলী য়াংনিহুনা হায়রকই, "ঐ ঙৈহাক্তং তুমলুরে। হৌজিক্তী হৌগৎলনি।"

অতোনবীনা খল্লম্মী,—ঙৈহাক্তনি হায়বা, পুং ২ তুম্ববু, ঐগী লেংবানদি তেক্লদৌরে।

ঈশৈ অমুক হৌরে। পুং ১ গী তুংদা বৈজুনা খঙলম্মী, বিজয়জঙ্গম মায়থিরগনি। নিংথৌনসু খঙলে। খল্লম্মী, অফাউবা কলাকার অনি শিংনবসিদী য়াম্না মুংঙায়বজাৎনি।

হায়রম্মী "ঙৈহাক লেপখো।" বিজয়জঙ্গম লেপখরে, বৈজুদি শকথরম্মী। ঙৈহাক্তী মতুংদা পখারাজ থিনবসু তোকখরে। কলাসু লেপখরে। অহুবু বৈজুদি মমীৎ উইশিন্দুনা শক্লি।

মৃগনয়নীনা রাণী অহনবু উইবদগী মিৎকপ থোকপহু উরম্মী। রাণী অহল তানবা লাখীদা হায়রকই, "কয়াদা ফজত্রবা, শৈশকপা হায়বহু

অসিনীদনা কয়াদা পুক্লিং চংনা শক্লিবা। আচার্যদি! মহাক্তি নাক য়েং অমত্তা য়েংদরে। কলা অমদি কলাকার হায়বহু মসিবু কৌইদন।''

ওহ, য়াম্না হৈবজাৎনি। রাণী অহংনা খল্লি, মুম্না মুম্না য়েংলম্মী অদুবু তুমিন্না লৈরম্মী।

নিংথৌসু ঙৈহাক তুমিন্না লৈরুরগা খরা কম্না হায়রকই, বাহ! বাহ!! বাহ!!! বাহ!!!!

মনায়নুপীশিংসু হৌগৎলে অদুগা চেকশিন্না লৈখরে। বৈজুগী মায়থোংদা জয় ওয়বগী মীনোক নোরম্মী। মমিৎ পাংথোক্লগা শিংনবগী মওংদা বিজয়জঙ্গমদা য়েংলম্মী। মহাক মোমোন নোরম্মী অদুগা বীনা থমখ্রে।

বীনা খোংবা লেপখ্রবা? করম্বা কান্দা লেপখিবা? অদুগা কলাসু তম্বুরা থমখ্রবা? করম্বা কান্দা থমখি? পখাৱাজ লেপখ্রে। করম্বা কান্দা লেপখি? বিজয়না মোমোন লোকলিবা করিগীনো? মহাক মায়থিব্রবরা? অদুগা ঐনা ঈশৈ শকখিব্রবরা? করি তৌখ্রবা?

বৈজু ঈশৈ লেপখরে।

মানসিংহনা আশাগা লোয়ননা হায়রকই, ''গুরু বৈজনাথ থাগৎ-নিংঙাইনি, পুক্লিং কয়াদা চংখ্রবা। নংসু নংগী রসতা লুপখরে। ঐখোয় পুম্নমকসু পুক্লিং লুপখরে। মখোয়নসু নংগী রসতা লুপখিদুনা বিনা ফাউবা থমখ্রে। কলাসু তম্বুরা থমখ্রে, পখাৱাজ লেপখরে। ঐখোয় পুম্নমক নংগী রসনা ঙাওহল্লে। ঐনা নংবু থুকঃ জরি।''

বৈজুনা মতম থীখিদরে।

হায়রম্মী, ''মহারাজ, ঙসিদী ঐনা ফংনিংবা পুম্বা ফংলে। পুন্সিগী ফংগদবা পুম্নমক ফংলে। কলাকারনা করি অমুক পামলুখিনী?''

''অদুবু ঐখোয়নদি হৌজিকসু করিগুম্বা খর পামলি।''

''ঐগী লৈজবা পুম্বা মহারাজগীনি।''

''অঙনা পুক্লিং লুপখিবগুম ঐখোয়সু লুপজনু।''

"হা! হা!! হা!!! করম্মা লুপহম্নবা? ঐদি ঈশৈ শকপতনি, ধ্যানদি অয়ুক্তা তৌগদবনি। ঐবু হৌজিক তুমঙ্লুরবত্রা?"

"তুমলিবদি নত্ত নত্তে। নঙনা ঐখোয়বু হৌগৎহল্লিবনি।"

বৈজুনা মকোক নোমদুনা ঈশৈ শক্লম্মী। মীকুপ অমগী তুংদা হায়রম্মী, "হৌরগে। ঙসিদি ঐনা থোয়রগদবনি।"

বিজয়জঙ্গমনা বীনা পায়খৎলে, বলানা তম্বুরা পায়রে। পখরাজ শিনবনা তান থারে।

মানসিংহনা হায়রকই, "ঐনা হায়জগদবা অমা লৈ।" খুমমক তুমিন তুমিন লৈরম্মী মানসিংহনা হায়রকলম্মী, "মমাংদৈদগী তাদুনা লাকপা ঈশৈদু থমজিল্লসি, অনৌবা ঈশৈ খর তাসি।"

"ধ্রুপদ লৈ।" বিজয়জঙ্গমা মাগী খাজবদু হায়রম্মী। মান সিংহনা হায়রম্মী, "হোয় লৈ। তাবা কুম্নরকলে। মতৌ অদুবু শেনদোক শেমজিন খরা দরকার ওয়গনি।

বিজয়না হায়রকই, "মহারাজ! শৈশক অসি হান্নদগী চংনরক্লবনি, মসিবু শেনদোক শেমশিন কনানা ওয়গনি?" শিংনবা ওয়না চেকশিন্না বৈজুনা হায়রকই, "ভগবান শঙ্করনা থৌজানবিরবদি শেমদোক শাদোকচবা ওয়গনি।"

বিজয়না ভগবান শঙ্করগী মিংবু তাবদা মুংঙাংজরম্মী, অদুবু রাদু শিংনবা ওয়নদি তৌরম্মী।

বিজয়গী মচিন্দগী য়ানিংদবা মওংদা হায়রম্মী, "য়েংবা তারেদনা।"

"হাঁ! হাঁ!! য়েংউ ওম্মী হায়বদু উৎকে," বৈজুনা মশা থাগত্তুনা হায়।

বিজয়না খল্লি—বৈজু ঙাওরে।

নিংথৌনা হায়রকই, "মতম থেংজিল্লকলে। খঙ্কংসি লুরে, মসিদা ঐখোয় কুপ্না খন্নখিবা তায়।"

বৈজুনা থুনা য়ানিংবা ফোংদোকলমই, "ঐনা আচার্য বিজয়গা লাম্বা তৌনবসি ওসিমক পানই।"

"হৌজিক নত্তে" নিংথৌনা য়েথোক্লম্মী, নোংমা তৌসি।" বৈজুনা ময়া চিক্না বিজয়দা য়েংলম্মী। নিংথৌনা খল্লম্মী, খর উংথৎনরেদনা।

হায়রকই, "ঐনা অনৌবা শৈশকপা, কজবা, মুংশিবা, অঙকপা ফংবা নিয়ম খর পুথোবপা পামই।"

য়ানিংদবা অমস্থুং মুংঙায়তবগা লোয়ননা বিজয় মরু লুকথরম্মী, কলানা মোমোন নোক্লম্মী।

হকাম চননিংলম্মী অদুবু ভিংলী য়াংলিরগা তোকথরে। নিহালনা উরে অদুগা কলানস্থু নিহালসিংহদা য়েংলম্মী।

বৈজুনা হায়, "ঐ খঙলে। নিয়ম খর পুথোক্লগে। ধ্রুবপদ অসি শকপদা হৌবদগী লোয়বা ফাউবা তানিংগদবা মওংদা শেম্নগে।"

বিজয়না তপ্পা হায়রকই, "লোয়রে। কলানা বৈজুগী মায়থোং উরে। মমিংনা মানসিংহদা য়েংলম্মী অমুক নিহালসিংহদা। মহাক্না নিহাল সিংহদা মূল্লা য়েংশিল্লম্মী। কলাগা নিহালসিংহগা মিংচান্নরে।

বৈজুনা ওংশা মখা হোন্দুনা শোল্লম্মী, "নোংমা নঙগী বীনা থুগায়বা ওমদ্রবদি ঐগী মিং লৈগ্রবোয়"

নিংথৌনদি তানিদরে অদুবু বিজয়নদি ভাহৌরে। নিংথৌনা সভাহ্ লোয়শিনবা পাল্লনী অদুবু কলাকারশিংনদি লাম্বা অদু থাদোকনিংলমদে।

মানসিংহনা সমস্যা অদু তেনশিল্লবা হায়রম্মী, "কলাগী জগোয় অমত্তং য়েংখিসী অদুগা সভা বায়নরসি।"

কলাম্থু বৈজুনা শকখিবা ঈ শৈগা চাবা জগোয় শারম্মী। মরক মরক্তা কলাগা নিহালসিংহগা লোন্না লোন্না য়েংনরম্মী। জগোয়গী মতমদদি রাণী পুম্মা মিরূপ থোক্লনা হৌগৎনরে।

মখোয় পুন্নমক তান্নবা মৃগনয়নীনা লাখীদা হায়রম্মী, "মহারাজনা চুমশে। অচৌবা রাবু খজিক্কদা হৈশিংনা তেনশিনহল্লি। বৈজুমা হায়বা চুমহই মতুংদস্থু চুমগনি। অচৌবা ভুংভাউনা কৈবু হাৎপদগী অপিকপা তেন মচা অমনা তুমহনবনা ফৈ। হোংনরবদি ওয়দবা লৈতে।"

রাণী অহলনা নোঙ্‌ন্না মমায় লৈখোল্লম্মী। অত্তোপ্পশিংসু মখোয় অনিদা য়েংলম্মী। নোঙ্গবা হোৎনরম্মী অদুবু ঙমদরে। মখোয় পুম্নমক জগোয়রোমদা য়েংলম্মী।

মৃগনয়নীনা লাখীগী মনাকোংদা হায়রম্মী, 'ঐসু জগোয় তম্লনি।'

লাখীনসু মৃগনয়নী মনাকোংদা হায়রম্মী, "হোয়, হোয়, তম্বা য়ায়।"

পুং থরগী মতুংদা জগোয় লোয়রে অদুগা সভাসু লোয়শিল্লে। মৃগনয়নীগা লাখীগদি লৈহৌরি মখোয় অনিবু বিদায় তৌরঙ্গা পুম্নমক চৎখরে। মনায়মুপীশিংসু মখোয়গা লোয়নন্না চৎখরে। মখোয় নিংথম্বা ঙায়হৌরে। মৃগনয়নীনা সুমনমোহিনীগী তাহৌবা খোংজি উরে, মদু কাউরম্মগা রাণী অহক চৎখরে। মৃগনয়নীনা মদু লৌখৎলম্মী অদুগা লংথোক্কে থল্লম্মী। মানসিংহনা সভা লোয়বগা মৎকী জালিরোমদা য়েংলম্মী। করিমত্তদি উবা ফংদরে অদুবু বিদায় তৌরগা চৎখ্রে। ইকায়থুম্নবা উংলম্বা অদুদা মৃগনয়নীনা করিগুম্বা থর থল্লম্মী।

মহাক্না থল্লম্মী, ইথম্বা ঙায়বা কান্দা নিংথৌনা ইকায়থুম্নবা বিদায় লৌই। খোংজি অদু পুরগা মশাগী কাদা চৎলম্মী। মথুত্তগী খোংজি উরগা নুংঙাইত্রে। পোৎচৈ থমকমগী কাচিন অমদা লংশিল্লগা থমখ্রে অদুগা ফমুংদা হিপথরে।

রাণী অহলসি ওম্মোকপনি। ঐঙোন্দা নোঙ্গদবগীতা হোৎনৈ অদুগা অতৈ রাণী তরেৎমকসু মশাগী ইজৎঙাইরাবা চত্তে। রা থুদিংমক রাণী অহলগী মতুং ইল্লি। অদুবু ঐগী মহারাজনা ঐগী সম্পত্তিনী! ঐ মহাক্কীনি, মহাক ঐগীনি। ঐখোয় অনি কপাদা মু শিনরিবা। ঐসু মাগুম্না মত্তিক চাবা ওয়গনি অদুগা মখোয় নিপানবু নোম্নগনি। কৈ অমসুং ঈরোয়শিং অসি লাক্কবা ঙমদ্রবদি ঐ কৈদৌরনি! অশং অমাম্না থল্লবা লবুক কদায়দা লেপ্লে. অদুগা অশাংবা অচৌবা জঙ্গল! শগায়, কৌগী লবুক অমসুং অহাংবা লমহাং। তেনরা, রাহোং মসিদা লৈবদগী

উবা ফংদরে। মখোয়না ৱাদ্রবদি ঐস্থ ৱাদে। শগায়দদি কয়াদা অশেংবা মুংশিং ফংবা অদুগা ঐনা ঈশৈ কয়া শকচবা! বৈজুগুম্বা শকনি, মঙোন্দগী হেনগনি অদুগা লাথীসু হায়গনি, নঙনা চুম্না হায়রে, পুম্নমক ওয়থোকপা য়ায়, ওয়বা য়ায়। মহাক তুমখরে।

( ৪৩ )

সনা তুংশিনবা পাম্বদগী, হাৎনগুনবা পাম্বদগী, মুপীগী ইজ্জৎ মাংহনবা পাম্বদগী, লৈবাক শন্দোকপা পাম্বদগী, হেক ওম্বমথৈ ধর্ম শন্দোকপা পাম্বদগী লান পাম্বা পঠানশিং অমসুং তুর্কশিং ভারতদা চংলকখ্রে। মখোয় পুম্নমক অপুনবা মফিংদি অপাম্বা কৌখ্রে। অপাম্বা অসি থিবদা শেরশাহ লাকখ্রিঙৈ মমাংদগী ভারতকী মফম মফম খুদিংদা দিল্লী, মালৱা গুজরাত, জৌনপুর, গোলকুণ্ডা, বঙ্গাল অসিনচিংবা লৈবাক লিংনবগা মপানা মচাবু, মচানা মপাবু হু পিজহুনা নক্রগা অফবা উপায় কয়া শিজিন্নহুনা, সিংহাসন ফংনবা, য়েরুতিংখং লৈতনবা হোৎনখি। অপাম্বা অসি ফংনবা হোৎনবদা সুলতানশিং, মখোয়গী সরদারশিং অমসুং সিপাহীশিং মপাঙ্গল শোনখ্রে, ওয়ম্বা ওয়খ্রে। স্বর্গ-কিবা, নিংবা কায়বা হিন্দু অদুগা মখোয় মশেন লানথেংনবদা শোল্লবা হিন্দু, স্বর্গসু ফংজদ্রবা হিন্দু, ফংজরবসু ধর্ম রাজনা মখোয়বু স্বর্গদা মতম কুইনা লৈহল্লরোয়বা হিন্দু ওয়রন্মী।

অদুবু অপাম্বা অসিনা হেন্না মুংঙাইথোকপা লেমজা চান্থনা লৈথোকপশিংবু কয়া পামলমদে। মৌলবী অমসুং মুল্লাশিংনা ওৎথনা চেকশিন থৌরাং কয়া তৌরি। মুল্লা-মৌলবীশিংনা হেক ওম্বমথৈ ইসলাম শন্দোকনিংবনা মখোয়গী শেবোক শাখাশিংবু জ্ঞান তাহল্লি, মুকই, অমসুং শাউনহল্লি। সুলতাননা তাবিদ্রবদা সরদারশিংদা সারদারশিংনা তাবিদ্রবদা সিপাহীশিংদা মুল্লা-মৌলবীশিংনা ধর্মগী লান জিহাদ পাংথোকনবা ইনশিল্লি, চিরোন কয়া তৌনৈ অদুগা মখোয়না অমা নক্রগা

অমা পাংথোক্লি কাউবা পোৎথাদে। জিহাদ অসি পাংথোক্তবা য়াদে হায়বগী ফল ওয়না স্বর্গ য়ৌনবস্ু য়াউনৈ। জিহাদকী কৃপাদগী সুলতান, সরদার অমসুং সিপাহী কয়া তৎতনা স্বর্গ য়ৌনরি। মসিনি মখোয়না খ্বাইদগী পামজবা, মসিনি মখোয়গী খ্বাইদগী অশোনবা।

মালর নৈবাকী মুল্লাশিংনা গয়াসুদ্দীনগী মচামুপাবু খুৎলায় ওয়না শিজিন্নরে, তুংগী আশাগী কেন্দ্র ওয়হল্লে. মরমদি গয়াসুদ্দিননা স্বর্গ থিবদা মুল্লাশিং অমসুং মৌলবীশিংনা তাকপা স্বর্গবু থেংনরে।

গয়াসনা নরব্বরদগী হল্লকপা থা ৬ শুথরে। নিংথমথা লাকলে, বসন্ত লাকলে, লোয়খরে হৌজিক কালেনথা লোয়খিদুনা নোংজুথা লাকলে অদুবু গয়াসতি সুকসি সিদরে।

নসীরনা মুল্লাশিংনা তাকপদু পাংথোকলে– হরাউ কুম্মে তৌরে, চিরোন তৌরে, হোৎনবা য়াবা হোৎনরে অদুবু ওয়বা য়াদরে।

অসুক য়ায়া হোৎনরবা কাউবদা গয়াসতি খঙদে। মটরুনা নসীরগী মতেং পাংই। মরমসিনা নসীরদা করিস্সু শোক্তে। অদুবু নোংমদি মতম য়ৌরক্লে।

গয়াসকী জগোয়শাবী নুপী অমনা মটরুনা হোৎনবদগী নসীরগী মিচংদা লাকখরে অদুনা থবক পাংথোকপা ঙমলে। নুমিৎ নিনিদগী খঙহৌদনা নোং লাকখরে, অঈংবা নুংশিৎ শিংলে।

সন্ধ্যাগী মতমনি। দলানগী থোংনাউশিংদা নাম্মীবা নুংশিৎ শিংলক্লম্মী, নোংলিক খর তারক্লম্মী। জগোয়শাবী অদুনা য়ু পুরক্লে। মটরুনা তাংবলগী মথাদা ফম্লম্মী।

"সুলতান সিকন্দর লোদীনা গ্বালিয়রদা লান্দগনি লেপখিবদু মেবারগী রাণানা পন ওয়না থিংখ্রেদনা?" গয়াসনা খুৎকাপ্পী কাপ্পুনা হায়রম্মী।

লুকথরিবা মকোক হেন্না লুকথরগা মটরুনা হায়রম্মী, 'জহাঁপনাহ, মুজী অনি খৎনহনখিবনা হেন্না ফরনি।'"

"ঐনা রাণা রায়মলদা পাউ পিখ্রে, সিকন্দরনা খালিয়র চৎকনি হায়রগা মেৱারদা থুংলগনি, নঙনা মহাক্পু মফমহুদা থিংউ।"

"মাগী মচা সাঁগা থারক্লবদি সিকন্দর মফমহুদগী অহুম হন্খ্রনি।"

"নংসি গধানি! রাণানা মশাগী নিয়মদা লান শোরগনি, নংগী নিয়মদা শোক্লগদবা নত্তে। ঐনা মাগী অঙম্বা অমবু থৌজিনখ্রবনি, মহাক্না ঙম্নবা হোৎনজরকলগনি।"

"জহাঁপনাহ, মহু য়াম্না চুম্লনি।"

"অহুগা অসোমদা সিকন্দর অমসুং রাণা অনিনা থেংনরিঙৈদা সোমদনা ঐনা কালপী ফাউরগা খালিয়রদা লান্দগনি। হন্দক্তি নরৱর-রোমদা চৎলরোয়। ঐনা অরাংলোমদা চৎলগা খালিয়র থুংগনি অহুগা চন্দেরীগী সুবেদারনা খালিয়রগী খারোমদগী লাক্কনি। করি খল্লিবা?"

"জহাঁপনাহনা চুমলে। অরাংলোমদগীনা জহাঁপনাহ অহুগা খারোমদগীনা চন্দেরীগী সুবেদারনা লাকপা।"

"অহুদগী থবক পাংথোক্লনি। মথোয় অনিমক খালিয়রদা লৈ, খঙলেদনা?"

মটক্লনা মীকুপ অমখক্তং মমায় থাংগৎলগা অমুক লুকথখরে। গয়াসগী মশেন মরাংবা মিৎলু অহু মহাক্না উরম্মী।

হায়রকই—"কনানো জহাঁপনাহ?"

মহাক্না কপ পায়রহুনা হায়রম্মী, "য়ু হৈহুনতা লৈ, নঙবু অমুক থুনা কাউররা—মৃগনয়নীগা লাখীগা মথোয় অনি মাঙুদা পুরক্ত্রিফাউবা ঐ মুংঙায়ররোয়।

গয়াসকী মমিৎ উইথরক্লে।

"ঙসি ঐগী থুৎ অমুক য়াম্না নিকলিবসি কর্রিগীনো?"

"জহাঁপনাহ, অঙৈংবা মুংশিৎ শিংলি।"

"হৌজিক রাণা রায়মল নক্লগা মাগী মচানুপা সাঁগা গা সিকন্দরগা থেংনহনবদা মতম কয়াম...চং...চংথি...গনি?"

"জহাঁপনাহ খর চঙখিনী।"

"অপংব।" অনি থৎনহন্নগা লোয়" লোয়" রে।"

গয়াসকী মথুত্তগী কপ তারে। খরাসিনহু থোংগী মরুমদা লেপ্লম্মী। খজিকৎ লোৎলম্মী। গয়াসনা মোন্দা ভারম্মী। মটরু লেপখৎখ্রে তপ্না কৌরম্মী, "জহাঁপনাহ!"

গয়াস করিশ্নু খুয়ক্তরে। ময়া কোঙ্গোল কারকলে। মটরুনা খুবাক খুরম্মী। খরাসিনহু থুনা থোরকলে।

মটরুনা তপ্না হায়রম্মী, "নসীরদা পাউ পিখো কনামত্তা খত্তহনগন্নু, জহাঁপনাহ লেকথখরে।

খরাসিন চংখ্রে। ঙৈহাক্কী মতুংদা গয়াস থরো থরো ওল্লে, নসীর য়োরক্রিঙৈদা মথ্বায় থাখরে।

নসীরনা কিরপ্না গয়াসতা য়েংলম্মী অহুগা মটরুদা অমুক য়েংলম্মী। মটরুনা থোরাং মহৈ য়াল্লে হায়বগী মতাংগম ঈঙ্গিৎ তৌরম্মী, লোয়শিনখরে।

নসীরনা খোঙ্গেল নীঙ্গা হায়রম্মী, "সুলতান সলামত য়াম্না কন্না নারে হায়না মপান্দা পাউ শন্দোকখ্রে। অহুগা অশেংবা রাদি কনাদন্নু হায়গন্নু।"

"মটরুনা ঈংনা তপ্না হায়রম্মী, "জহাঁপনাহ সুলতান নসীরুদ্দিন্না জয় ওয়রে! মুল্লা মৌলবীশিং নত্তনা কনামত্তনা খংবা ঙম্লরোয়। হুজুর সুলতান মরহুম লৈখিদ্রে। দরবারগী অখবার নবীসতা সুলতান লৈখিদবগী পাউ, থা কয়াগী মতুংদা ফোংদোকপা য়ারনি।"

নসীরনা হংলম্মী, "জগোয়শাবীহু কদায়দা লৈ?"

জগোয়শাবীহু মাগী তুংদা লেপ্লম্মী। মনামথুম ফংগনি খন্দুনা চংশিনলক্লম্মী। নসীরনা থুনা থাং শত্তুনা মকোক ককহৎলে। মটরু রাম্বগে তৌরম্মী। নসীরনা থাংহু থাংথুমদা হাপচিল্লম্মী।

হায়রকই, "চেকশিল্লু খাজা মটরু! চেকশিল্লু! জগোয়শাবীহুনা ময়ামদা শভহনখিগদরা খনবদগী হাৎতোকপনি!

করিগুম্বা অথুপ্পসি থংনথ্রবদি ঐখোয়নিনা মুপী অসিদা হু পিজহনা হাৎপনি হায়গনি। অহুগীদমক্তনি ঐনা মাবু হাৎলিবসি। মা শিন্নবনিনা ঐ:খোয়গী লম্বীদা অয়েৎপা লৈতরে। কোম্নুংদা মাবু দথি পিবগী মরম-দমক শন্দোকপনা ফরে মীয়াম পুম্নমক মশা মশাগী ৎবক তৌনজ্রনি। খঙলেদনা?"

"খঙজরে, জহাঁপনাহ, পুম্নমক খঙজরে।"

"হৌজিক জহাঁপনাহ, হায়গদবা নত্তেনে, অপংবা, হান্নগী জান-আলম অহুম হায়গদবনিনে।"

"হোয়, জানআলম, জানআলম।"

ভৈহাক্কী তুংদা মুল্লা মৌলবীশিং অহুগা সর্দারশিংসু লোয়না খঙখরে। লৌনমহুনা গয়াস নারী হায়হনা মীয়াম প্রজা অমন্সুং সিফায়-শিংদা শন্দোকখরে। অশিবা মশাহু থাউদা হাপতুনা থমখরে। নসীরনা সাসন পায়খরে। অথবার নবীসতা গয়াস শিবগী মরমদা কুয়না ইশিন্দরে।

নসীরনা চাবা থকপা, মুপীশিংগা লোয়নহুনা শান্নহুনা অহুম্মক লৈখোক্লে। খ্বাজা মটরু অহুগা মাগুম্বা কয়া মাগী চিরোন তৌবা থোরকলে।

( ৪৪ )

সিকন্দর লোদীনা মেন্নারগী নিংথৌ রাণা রায়মলগী মচানুপা সাঁগা সগ্রামসিংহগা হায়রপ লান থেংনরগা গ্বালিয়ররোমদা লাকলে। ধোল-পুরদা লান্দরে অহুগা কোয়শিন্ননবা চাউরবা লাখী তেঙ্গোলগী তংখায় অমা থনম্লগা চম্বল তুরেল লান্দুনা গ্বালিয়রদা মমায় ৎহ্লকলে! মতমহুদা ধোলপুর অসি তোমর শাগৈগী নিংথৌ ভমগী মথাদা লৈরম্মী মহাক্না নিংথৌ মানসিংহগী মতেং পাংলম্মী। সিকন্দরনা মেন্নাররোমদগী ধোলপুরদা থুনা লান্দবনা মরম ওয়হনা গ্বালিয়রদগী মতেং লৌবা

নংহৌদরে। লাম্না মপৈ মপৈ মচোয় মচোয় লান্দায়ন্নম্মী অহুনা ময়ম ওয়হুন গ্বালিয়রদা পাউ পিগবস্সু লোয়না থিংখ্রে। পাউ পিনবগী উপায় হৌনখিদরে অহুনা অয়াম্বা মতমদা পাউ থিন্না কংলে গ্বালিয়রদা শন্নথা পাউ কংলে। সিকন্দর লোদীসু ধোলপুর লান্দায়ন্নগা মেয়াররোমদা হৌনখ্রে। সিকন্দরনা চম্বল তুরেল লান্দুনা গ্বালিয়ররোমদা লাকলে।

মানসিংহনা অনৌবা য়ুম অহুগী মথোল অনি শাবা লোয়খরে। সুমনমোহিনীগী কলকপা মওং মতৌদগী অনৌবা য়ুম অসি থুনা শাখিবনী। মানসিংহনা খণ্ডই, কর্ণমহলগী মফম অসি কয়া চাউদবনা ময়ম ওয়হুনা মাপলশুবা রাণীগা সুমনমোহিনী অমসুং রাণী তরেৎকা ওাইহাক লৈতনা কক-কা তৌনবা হেনগৎলকই। অহুনা অনৌবা য়ুম অসি শাবা লোয়রগদি শান্তি থর ফংলগনি।

মথক থংবা শরক শানবগী ময়মদা থম্ন- নৈনরি।

বিজয়জঙ্গমনা মত পিরম্মী, "তৈলঙ্গ মওংদা শাহনবিয়ু। মথকী শরক অনিদা বন অমদি হৈকোল লৈকোল থম্বা, অহুগা অপিক অপিকপা চীংহুম থরম্নু লৈহনবা মন্দির মানবা চীংদোন্দগী সুমিৎ থোরকপা মালহনবা।"

মানসিংহ শেংনা খণ্ডরে।

বিজয়জঙ্গমা শন্দোক্না তাক্লকই, "মথকী থাকী মায়কৈ মরিগী চিথেক মরিদা ত্রিভুজ শাবা মখোং য়ুংলগা মথক্তা চপ মান্নবা মওংদা শারগা শমজিন্নহনবা। ঐখোয়গী বিলাগী মসুংদা লৈবা তৈল মন্দির- গুম্না শারগা, চীং, তুরেল, উমং-রামং লৈহনব', লোয়ননা শিবগী ত্রিশুল য়ুংবা, ময়ামসি শাবা লোয়রগা মান মন্দির হায়না থোক্লসি।"

"মফমসিদদি অরাংলমগী মীনদি খণ্ডরোয়, ময়মদি মখোয়গী চংনবীগা থর থেৎনৈ।"

"তৈল মন্দির অসি মখোয়গী মপা মপুনা শাবা ভুম্নমলোয়জরে?"

"চহি ৬০০ কী মমাংদা গ্বালিয়রগী সিংখৌনা তৈলঙ্গ লৈয়াক্তগী

রাজকুমারীগা মুহোংখি। খাগী মিস্ত্রীশিং রাজকুমারীগী অরাংদগী-কাকখিন মথোয়গী মিস্ত্রীশিংনে অরাংলমগী মিস্ত্রীশিংনে পুক্লগা-শগ্রখিবনী। তৈল মন্দিরগী মতোন অসি তৈলঙ্গ রাজকুমারীগী মওংনি অমুগা মতোনগী মথাংথংবা শক্লা অরাংলমগী চৎনরকপা মূর্তিগী মওংনি। কৌথিকৌ মিস্ত্রীশিং অমু লৈখিদ্রে।

"হোয়নে, তৈল মন্দির অসিদা বিষ্ণুগী শঙ্খ, চক্র, গদা, পদ্মাগী ফঙ্গবা অমুগ ভগবান শিবগী অরাংবা থোরবা ত্রিশুল অমদি ভুজেলশিংগী মগুণ পুন্না লেতে লি।"

"আচার্যনা হায়রবা চুমইনে, মন্দিরগী মায়কৈ মরিদা গণেশকী, রাহোং তোংবা কার্ত্তিকেয়গী মুর্ত্তিশিংসু লৈ।"

'মহারাজ! মসি বৈষ্ণবশিংগী অত্যাচারনি।"

"অহুবু মন্দির অসি অরাংলমগী বৈষ্ণবশিং অমসুং খা লমগী শৈবশিংগা পুনশিল্লগা শাথিবা ওয়রমগনি।"

"অদোমবু অমুম্না পুনশিনবা মওংনা শাকিগদৌরিবরা?"

"ঐদি খুদক্ত খুক্লায়, কবিতা অমদি ঈশৈগী তাল মুর্ত্তি ওয়না ওন্থোকপা পামই। উপায় অমসুং সাধনশিং অমু নখোয়গী অহৈ-অশিনা তাকপিগদবনি, ঐসু খরদি খল্লি, অহুবু রাখল থোক্তরে।"

"মফমসিগী খুৎশা হৈবা মিস্ত্রীশিংনা তাকদবনি।"

"মিস্ত্রীশিং অশিদি ঐখোয়না হায়বা তৌবতনি। মখোয়গী থোরাং, শেমজিন শাজিনবা, লৈশি লৈথোনবা অমুগা চামনবা শেম্বা, নিংখিহনবা অসিনা ঐখোয়গী ইথৌনি।"

"থনগনি। অদোমদি ঘজরনা কাব্যবু মুংদা হক্কুনা অশেংবা পুথোকলগে খল্লব্রা?"

"অদোমনাদি ইতৎ তত্তনা তাকপিবদায়দে, পুন্সিবু মঙ্গল ওয়বা, ফঙহনবা ওয়হল্লবতদা শিবসু মঙ্গল ওয়হনবা ঙমই। ঐনা পুন্সিবু মঙ্গল মওংদা মুংদা হক্কুনা থম্বা পামই।"

"ঐনা গুরুগী রাজ্যাং অমু ওন্না নিংশিংজরি। "হকবা অকিপিবদা

হৰুগাংনা, ইশাৰকী পাজলন। হোৎনগদবনি হায়না, য়ুম শাবা অসিদা মতু কয়া কোংদোকনি?"

"মসিগী মতম দৈবা ফজবসিনা ঐখোয়গী য়াথল ফোংদোকপা ঙমগনি।"

"মসিগী ফজবসিনা অয়েংববু য়াহনগদরা?"

"মসিনা অয়াংবা চায় পাম্বীগুম্বনা ফজবা ওইরোয়দবনি।"

"ফজবা অসিনা অয়েংবা অউবা মীশিংদা ফজবা থোইনশিন কংহনদ্রা?"

"ঐনা পামই, ঐখোয়সু তুংদা লাকলিবশিংসু য়েংজরগা হয়াউনা ঊশৈ ঙংলকপা, মসিগী ঈথক ইপোমসিনা মথৌ খঙবশিংগী মথৌনা মপাঙল হায়না ঙমা।"

"থনগনি, কয়মা ঐখোয়না খল্লিবা য়াথল অসি মুংদা হৰুনা য়াথল ফোংদোকপা ঙমা, অদোমসু থনবিয়িদনা।"

( ৪৫ )

মুম্বিদাংয়াইয়মদগী নোং মংবা হৌরকলে। নোং শাকলকলে, নোংগী অয়াউবা লোয়নবা নোং জম জম চুথরকলে। অমম্বা থাসি মুক্ষিং-থা মশক উথিজে। মৃগনয়নীগা মানসিংহগা কর্ণমহলগী কা অমগী ময়ায়দা ফমমী। মানসিংহ চিন্তা তৌরম্মী, মৃগনয়নীদি হয়াউ মথোয় কারম্মী।

মানসিংহনা হায়রকই, "হন্দক চহি অসিদি নোং অসি অয়েপ্পা দায়ত্রেদনা।"

মৃগনয়নীনা নোকচেৎ তৌদুনা হায়রকই—"নৌলিং শিয়গদ্রা হায়না চিংনবিয়ত্রা?"

"মহাকী অয়ংবা ময়াম উয়গা মানসিংহগী চিন্তা কোকথদে।"

'লৈবাক্তী, লৌমীশিংগী লৌ-শিং অসি নিংথৌগী ওইরি। অদুবু মতমসিদা চিন্তা ওয়রিবদি য়ুম শাবদা অপনবা লৈরিবনিনি।"

"য়াই থুন্দা লৈরগীদা এন্দু অহিং অমা মসি থরম্মী।"

"নগ্ণু থরমগনি, কবিতা নত্রগা ঈশৈ, ঐগোন্দা হায়য়ু, নগ কয়ি থনথি মতম অদুদা?"

"কবিতাসু নত্তে, ঈশৈসু নত্তে। ঐ মতমদুদা কয়ি থনগনি? অদুবু করিগুম্বা থরদি থরম্মী।"

"তাকপিরোনে। ঐ খোৱাংনা তাহৎরে।"

মৃগনয়নীনা মখিৎ অরাউবা অদুনা ইকায়রপ য়েংলম্মী। মোমোন নোক্লম্মী। মীকুপ অমা তুমিন্না লৈরম্মী।

"নংনা তরায় তরায় হায়ররোয়দ্রা। হায়দোকহনবগী উপায় তৌরা? ঐ উপায় য়ায়া হৈ।"

মৃগনয়নী নোক্লম্মী।

মহাক্না হায়রম্মী, "হেক্তা হায়রগে। অহিং অমা ঐগী রাথদা থাবলগী ফজবা মঙালদা চেক্লিবা তুরেলদু কাজিননিংলম্মী, লবুক্তী নিংথিরবা অমসুং চীংজাউগী ফজরবা অনিমক অমত্তা ওয়হননিংলম্মী।"

"অচৌ-অচৌবা বন্দনবার শেম্বা অদুগা অশংবা মনা উনাশিংনা কুম্বা, তুরেলগী ঈথকশিংনা ঈশৈ শকপা, পুম্নমকসি পুন্না লৈবা য়ুম অমা শেম্বা। ঐগা লাথীগা পুন্দুনা অসিগুম্বা য়ুম অমা শাগে নীংলম্মী। মদু মীকুপ থরগী তুংদা মাংখিরম্মী। অদোম্মদ অচৌ অচৌবা কয়ামা শারি। নোংমদি শোয়দনা লোয়রনি।"

"তুরেলগী ঈথকপু ওাউহল্লিবা ঈশৈদু কয়িনো?"

"ইহে নিংশিংত্রে কাউথরে।"

"থুনা তাকউ নত্রবদি।"

"ঈশৈদুদি, ঐগী মুংশিথোয়বনা হোথোকপদা ঐ হোগংলে।"

"ঐগোম্বা তাহন্নু।"

"হায়না তাহনত্রেনা!"

মহাক্লা নিঙায় তৌরম্মী, "ঙসি অমুক হুন্না ভাহন্নু।"

মৃগনয়নীনা ঈশৈদু য়াম্না নিংথিজনা শকলে। মহাক্কী ভানদু হান্না শংকখিবদগী হেন্না নিংথিরম্মী।"

মানসিংহনা হায়রকই, "অনৌবা য়ুম শাবা মতমসিদা অনৌ-অনৌবা রাখল কয়া ফংলে।"

অতিয়া লৈচিল থাংদরে অহুগা থাবল খর খর থোরক্লে। নোংচুবা লেপখরে। মঙালদুদা মুৎশি মুৎশিনা চীংশিং উরক্লে। অরাম্বদা লৈবা চীংশাংশিং উরকলে।

মানসিংহনা হায়রম্মী, "য়ুমগী ফজবা নিংথিবা অসি মগুণ লৈবা মন্দিরগুম শাগনি। থোৎ মেংলবা রাখলগী য়ুম, নংগী পামজবা, শক্তিলৈবা অমম্বুং পুকচেল চাউবগী থুদম ওয়বা, নংগী কলপ্নাগী বন্দনবারম্বু শেমশারগনি। মন্দির অসিগী ফজবা অহুনা থাবলগী মঙালদা আকাশদগী "ঐগী নুংশি থোয়বনা হৌদোকপদা ঐ হৌগংলে হায়না ঈশৈ শকনি।"

"হুংনবু করম্না শক্কনি।"

"নংগী থুনগী উপাল রাপাল, চীং-তুরেল, থাবলগী মঙালনা ঈশৈ শকপগুম শক্কদবনি।"

মৃগনয়নীগী রাখল শাগৎলম্মী, ঐনা মহুদা লৈগনি, কা অমদা লাখী লৈগনি, সুমনমোহিনীসু লাকনি অদুগা ঐবু নোক্লহুনা ঙাংলগনি। ঙাংজসনু। ঐনা ভাশিন্নবিরোয়, তুমিন্না লৈথোকনি, মানা কৈদোবা ওমগনি? অহুবু মাগী মীয়েংদি? করেম্নহুনা লৈগনি, অহুবু খঙগনি। ফজবা মন্দির অমদি লৈরনি। মহুদা ঐথোম্বনা তত্তিথি ওয়হনা লৈগনি। ঐ শাউবিরোয়, মা মথক্তা ইকায়জনি। ইহে! মাগী থোংজি!! মহু ঐনা কাচিন অমদা লংশিনখিবদগী কাউখ্রে? হুমিৎ কয়ানি কাউখ্রবা? মহু মঙোন্দা পিথোকখ্রগে। ঐনা করিগীদমক থুনগৎলুরিবনো? ইথুংনা করিগী শোকলুরিবা? কাচিন্দা করিগী লংশিনলুরিবা? মহাক্লা থম্নমগনি, ঐনা নম্রগা কনাগুম্বী অমনা শোয়দনা হুরাম্নমলগনি। ওহ। য়াম্না য়াম্না মুংঙায়খ্রে। মহুবু কদায়দনো অমা হন্দোকখ্রসিরা? নত্তে,

"রাজপুত তোমরশিং অফিম চাহুনা ভাউজ্জনা লৈরে।"

"অনৌবা রাণী লাকপদগী নিংথৌগী মথৌনা হনগ্রে। নিহাল-সিংহদি করিগুম্বা থর তৌবা ঙমগনি।"

"নিংথৌনা তৌত্রগবু মনায়না কেদৌনি।"

"হৌজিক মথক্তা তারবনিনা নিংথৌস্মু করিগুম্বা থরদি তৌরনিনা।"

"হায়স্মু তুর্কশিং মায়থিজ্জনা হনথি, হন্নকস্মু হনজখিনী।"

"নিংথৌবু করম্বা মথৌনা লৈহনগনি?"

"কিলাগী মন্নুংদা লাংবা হেনগৎলকপদগী মানসিংহনা লানগী থৌরাং তৌখরে। কিলাগী মন্নুংদা লাম্মীশিংগী মফম মফমশিং শেমজিন শাজিল-লে। শহরদগী চেনখিদবশিংবু চৎ-চত্তুনা থেমজিল্লুরে। সিকন্দরগী লাম্মীশিং লাপ্না হন্দোকহনখিনবা চীংশিং অমস্মুং লোকশিংদা লাম্মী থমথরে।

মুমিদাংবায়রমদা মৃগনয়নীনা থৌরাং পুন্নমক্কী পাউ তাখরে। রানথরে অত্তুবু মহাক্কী মপুক্লিংদদি য়ারমদে।

মৃগনয়নীনা হায়রকই, "তাজা ফংলবদি ঐস্মু লাম্হেংনগনি।"

"নঙনা লাম্হেংনরবদি ঐখোয় মুপাদি কৈদৌ লৈগনি?"

"মুপীশিংদি কৈদৌননি? মুপীশিংগী মথৌ অসিবু কে মৌবা অত্তুতরা?"

"নত্তে, পুন্সিবু থৌইনশিন পিদিনি, অয়ুক্কী মুমিৎ মঙালগুম পুন্নমকপু হৌদোকপা ঙম্মীনি।"

"ঐদি কবিতা খঙদে, অত্তুবু ঐনা হংনিংই, অয়ুক্কী অঙৈবা মঙালত্তু মুংখিলদা অকনবা মৈশা ওয়রক্তবরা? রাণী অহলনা পাউ থারকলে খুদোংথিবা তারবদি ঐখোয় মৈমুংদা চোংশিনগনি। অয়ুক্কী অঙৈবা মঙাল অত্তু অকনবা মঙাল ওয়রকত্তুনা, আকাশতা কাখৎলক্তত্তুনা হেক্তা তাখিবরা?"

"পাউ অসি রাণীশিংদা থারোয়দবনি।"

তোম্বাগী অবাং-নোংচুপ্পা তৌহরক্লা লৈরনা পাউ অসি

থাম্লরিবনি। লানগী মফম অসিদা রাণীশিংনা মসিবু নিংশিংলকই, মরমদি মখোয় থাং তেন পাইহনা লান য়াউগে হায়বগী রাখল তৌনরমদে। হৌখিবা সতীশিংনা মৈমুংদা চোংথহনা শিদোকপা কিদবগুম থাং তেন পাইহনা লান য়াউবসু কিরোইদবনি। য়েরুবশিং অহু কিলা মনাক্তা লাকখিসনু, ঐগা লাখীগগী থৌনা উৎকে।

"ঐনা মহু থাজৈ, ঐনা পাম্বনা অমনি হুমিংচুপ্পা লান থেংনরুরগা নংগী কা অসিদা চংলকপদা নংগী মোমোন নোকপা অমমুং ফজবা রাহৈ রাতা তাবদা ঐগী চোকথরম্বা অরাবা পুন্নমক কোকপা, ইপাঙল কনখৎ-লকপা, অসিতনি।"

"নুপী ঐখোয়না তেন কাপদা অদোমগী পাম্বোম পাঙল হেন্নগৎ-লোয়রা? অদোমগী য়ুম শাবা লোয়রগা তুম্নবা বার্তন তৌবা, অদুগা লান লাক্লগনা মুপা নখোয়দমক লান শোকনৌ, নুপীনা য়ুমদা খৎনহনা লৈরু হায়বা।

"শারনিনে, বার্তনসু তৌরনিনে, অদুবু শাবা য়াজ্রিবসিনিনে। য়ৈখায় খিনগায়বা অমা নত্রগা অমা লাক্তনতা লৈ। তুর্কশিংদগী থোরকলিবা খুদোংথিবা অসি করম্না কোকদগে খল্লিবনি, মসিবু কোবলবদি য়ুম শাবদি থুনা লোয়রনি, বৈজুগী ঈশৈদা অনৌবা থরায় হাপকে চিত্রকার, সাহিত্যনচিংবা অসি খমথেংনা চাউখৎহনগে।"

"তুর্কশিংদগী খুদোংথিবা অসি কদায়দগী কোকনি। সনা লুপা পিথোকপ্রোদনা।"

"মহুসু ঐ খল্লিবনি।"

"তশেংনমক মহু অদোম্না খনবিরিব্রা?"

"করিগী খল্লোয়? রাজনীতিদা থেম্বা, মমল পিবা, দণ্ড পিবা, মখোয় মশেল অমগা অমগা খৎনহনবা, নিয়ম মরি অসি শিজিন্নবা জাবনি। খন্নবদা করি কায়বা, কৎতবা লৈ?"

"ঈশৈ নোংমায়গী পূজা হেন্না তৌমনখিবনা অদোমগী রাজনীতিগী

রাজকুমারদগী মমল শিবদা হেন্না চংশিনগ্রে? দণ্ডি শিকপী রাখল করিগী খনবি ত্রিবনো?"

"লোয়না খনবা তাবনি।"

"ঐদি রাজনীতি খঙদে। লৌমী নিঙোন্নি। মসি ফাউবসি খঙই, শগায়দা অহিংচুম্বা তুমবোয় তুমদবোয় লৈরগা অয়ুকী মঙাল উজবদা পুক্নিং মুংঙায়জবা, উচেক রায়া খোংলকপদা অনৌবা আশা লাকপা, লোংঙামবগা থবক শুবা। অয়ুকী ঙাংঙ্রামবা মুমিং মঙাল ফংগবা. হেক্লা-শিংনা খোংবা তাবগা, তুরেলগী ঈচেল নিংথিবা উরগা,অ রাং অয়াংবা চীং-মানশিং উরগা, শংবান্নবা উ-রা, উনা-রানাগী ফজবা, নিংথিবশিং অসি থজরগা! য়ুমগী থবক ইনথাংদা অমুক চংই।"

"অহুবু লৈবাকী য়ুমগা মুংনা হক্তুনা শারিবা, শাবা লোয়ঙ্রিবা য়ুমগদি য়াম্না থেন্নে।"

"বীনা থোংহুনা মুংঙায়না লৈথোক্লবসু, তাঙ্গা ফংবদা থাং পায়হুনা চোংথোকপা ঙমত্রবা, মুংঙায়বা, অমোনবা ফমুংদা তুম্লবসু. অরাবা তারক্লবা মতমদা খ্বাংজেৎ শেত্তুনা থাং পায়বা ঙমত্রবা ধ্রুবপদ শক্লা শক্লা য়েক্লবগা মায়য়োক্লবা ঙমত্রবা, খোজেল মুংশিবা তাবা ঙমলিবা নাকোং অসিনা লানগী লানবাউ তাবা ঙমত্রবা অহু ওয়বদি ঐখোয়না বীনা খোং-লিবা ধ্রুবপদ তারিবা, মুংঙায়বা ফমুংদা তুমলিবা অসি করি কান্নে?"

মৃগনয়নী মথৌনা লৈখৎলকলে। মানসিংহ তুচুংলম্মী। মহাক্লা মহাকপু কোনশিনবীরে।

"ঐবু থাদোকপিয়ু" মৃগনয়নীনা হায়রম্মী, মতমসিদা ক্ষেত্রীয় অমনা তৌফন থোকপা তৌবিয়ু। কোম্মুং ঙাকপগী রাখল থাদোকপিয়ু। ঐনা কোম্মুং ঙাকচগনি।"

মানসিংহ হরাউবগী ঙমখৈ লৈখিদরে। হায়রম্মী, "অশেংনমক ঐগী নুংগী থৌনা ফংলে। য়েক্লববু সনা-লুপা শিন্থুনা থেম্বা তৌরমোক। অশেংবা ইথৌ খঙহন্দবা ঈশৈ নোংমায় কৈদৌননি? অহুগা ইথৌ খঙবগা ঈশৈ নোংমায় ময়াংহনবস্থ কৈদৌনমি।"

মৃগনয়নীনা মানসিংহগী অকনবা মথবাক্তা শিরৌবা মশিংগী মালাবু মথুংনা হায়হল্লগা নোক্তুনা হায়রকই, "হৌজিক কৈদৌসিগে হায়বহুতা থনবিয়ু।"

মানসিংহনা য়ান্না চেকশিন্না হায়রম্মী, "পুন্নমক পাংথোক্লগনি, থবাগী মবেম্মা। অহানবদা ইথৌ তৌবা অহুগা হন্নাউ কুশৈনা কোন্না।"

( ৪৭ )

মানসিংহগী য়াণী অহলগী মচানুপা অমা লৈ। মমিংনা বিক্রমাদিত্য কৌরমই। মহাক পাথং ওয়রকপদা মঙায়রি। মানসিংহন মথুংমক্তা মহাকী খ্বাংদা থাংশাং য়ানশিনবীহুনা সিকন্দরগা মায়োক্নবা কিলাগী মপান্দা থারম্মী। নিহাল সিংহবুনা মায়কৈ অমরোমদা লান তৌনবা য়াথং পিরম্মী অহুগা হায়রম্মী, "সিকন্দর হনখ্রগনি হায়বা ঐ থাজে। করিগুম্বা হন্নবদি মহাক্কা অচেৎপা সন্ধি তৌনৌ। হায়য়ু, মালবাগী সুলতানগী লশ্বাগীদমক থাজিয়র লৈ। অহুগা সিকন্দরনা কনাগুম্বা সর্দারগা নিংঙাই শাংদানরবদি লান্দারক্লবদি ঐখোয়না নংগী মতেং পাংগনি। মেৱারনা তোঙানবা অমনি। মহাক্কা মেৱারগা লান শোক্কনরবদি মহাকী মতেং পাংলোয়।"

নিহালসিংহনা হংলম্মী, "করিগুম্বা থর শিমু হায়রকলবদি?"

মানসিংহনা খুম্মম্মী, "পিনবা তারবদি ঐ য়াউদনা লেপথোকয়ু, কোন্না থন্নদি।"

মহাক্না মৃগনয়নীগী মমিং শুকপত্র উরম্মী। নিহাল চৎখ্রে। মানসিংহনা শহর অমম্সুং কিলা ঙাক্লবগীদমক মনুংদা চংখরে।

নিহাল য়াথং পুরহুনা কর্ণমহলদগী মপান্দা থোরকলে, লৈথোরকপগা অচিকপা তাঙ্গাদা কলাগা উন্নরে। কলা মোমোন নোক্লম্মী। নিহাল চঙক্ররে। কলাসু চঙক্লহুনা লম্বী চৎকম লৈতবগুম লেপখরে।

নিহালনা হায়রকই, "মতম কুয়নদগী করিগুম্বা থর হায়নিংবনি।"

কলানা হিংচা খংলদ্মী অহুগা হায়রকই, "উরবা কংখিরে, হৌজিক হায়বিরোদনা।"

"করি তৌহনা লৈবগে ?"

"লায় য়েকপা অহুগা ঈশৈ নোংমায়।"

"কনাগী চিত্রকারী ?"

"কিলাগী মন্দিরশিংগী চিত্র য়েকপা অহুগা শাবনা অত্তোপ্পা"

"চিত্র য়েকপদগী নংগী ঈশৈনা হেন্না ফৈ।"

"অদোমগী থৌজাননি।"

"অহিং অহু নংগী ঈশৈ অমমুং অগোয়হনা রাখল্দা করি করিনো পংখনদা খলহনবি।"

"ঐদি শকখিদেনা।"

"বৈজুগা লোয়ননা শকখিবদায়নে।"

"ঐগী অগোয়না অদোমগী রাথলবু কৈদৌহল্লবা ?"

"নংগী মোমোন নোকপা, থম্মোয় হবা ঈশৈ অহু মংদ কাউবা কাউবা য়াদরে।"

"হৌজিক লেংখিরো, ঈশ্বরনা অমুক উন্নহনবিসনু।"

"নংবু থম্মোয়দা অমুক্তং কোঞ্জনিংই।"

"ঐগী রাশক অমা অনি লৈ, হৌজিক থুংদরিকাউবদি ঐগী ঈশাবু শোকহল্লোয়, শোকলবদি আঘাঘাট তৌগনি।"

"করি রাশকনো ?"

"নংনা লান্দা জয় ওয়রগা হল্লকপহনি।"

"আশা লৈ।"

"জয় ওয়হনা হল্লকুগা নররগী জাগীর অসি অদোম্না ফংকম থোকই। ঐখোয়না তায়, মসি অদোমগী পাজলনা জয় ওয়বনি। অহুনা নররর ফংফম থোকই।

"হোয়, কয়ে, নররদি নিংথৌগী মবায়গী থুম্তা লৈ।"

"ফংকম থোক্কে, অদোম্না নররর ফংবা ঐনা পামই।"

"হন্নরুগা য়েংগে। লাম্বেংনগনি, অকনবা লাম্বেংনগনি, সিব শ্বরবু মরথগনি, মহারাজবু পেলহনগনি অদুগা নররর লৈবাক নিগনি।"

"অদোম্না লাম্বেংনবগী রা হায়বদু ঐ মুংঙায়ন্তে। কিবনা থম্মোয় থক থক নিকই। রাজকুমার অমসুং অতোপ্পা সামন্তশিং মপান্দা লাম্বেংনবা চৎখরে। কিলা মচুংদা মহারাজ মথন্তা লৈরগনি! অদোম্না মহাক্কা লোয়নননা লৈরবদি অফবা ওয়গনি।"

"মহারাজনা অনৌবী মহারাণীগা লোয়নননা কিলা ঙাকমিন্নগনি হায়।"

"মুপীনবু, কৈদোৌবা ঙমগনি ?"

"ঐসু রাখন্দদি খল্লি, অদুবু ঐনা হায়বগী দরকার ওয়দরে, অদুনা হায়দরে। নংনা মহারাণী অনৌবীদা হায়রগা থামহল্লু, অদুনা অফবা ওয়গনি। করিগুম্বা ঐনা লৈরবদি অচিকপা অহিং অমদা নঙগা উন্নবা ফংগদরা ?"

"ঐনা হান্না হায়খ্রবনি, নঙনা লৈবাক (নররর) কংজ্রিফাউবা ঐগী হকচাং শোকহল্লোয়।"

"নররর ফংজ্রবা নত্রগা অতোপ্পা লৈবাক অমা ফংলবদি ?"

"করিগুম্বা অতোপ্পা লৈবাক অমা ফংলবদি নররগা ওম্ভোম্লবিয়ু।"

"নররর অসুক য়াম্না পামলিবসি করিগীনো ?"

"মরমদি অদোম্না জয় তৌহনা ফংলকপনি অদুগা ঐগী য়ুমসু নররগী মনাক্তা চন্দেরীদা লৈ। মসিনী ঐগী অপাম্বা হায়ববু।"

"নংবু করম্না উন্নবা ফংগনি ? রাখল অসি খনবদা কিলা থাদোকপা পামজ্রে। অহিং-মুংথিল নংনা ইমাংদা লৈবা অদুগা ঐনা নংবু য়েংলয়েংলগা থবক পুম্বা পাংথোকপা পামই।"

"মচুদি লুহোংলবা মতুংদদা ওয়গনি।"

"লুহোংজ্রবদি কমদোৌবা! ঐখোয় নখোয়গী জাতিগা থেম্নৈ।"

"ঐদি আচার্য বিজয়জঙ্গমগী নিয়ম য়ানিংই। অদোমগা মহাকদি লোয়নরকপা কুম্নরে, অদোম য়ানিংদবরা? নিংথৌনদি য়ারগা!"

"ঐস্থ য়াগনি।"

"অহু ওয়রবদি হৌজিক কিলাদা লৈরগা লাক্নেনবিয়ু। করি করিগুম্বদা ঐনা অদোমবু উবা ফংজগে।"

"নওনা মহারাণী মৃগনয়নীদা হায়দোক্নোরদনা? হায়রোয়দনা?"

"হায়রোয়। মহাক চিংনখিগনি।"

"ফরে, ঐ করিগুম্বা থর হোৎনরগে।"

কলা লম্বী থাদোক্লগা চৎখরে। নিহালসিংহনা হোৎনরম্মী, অহুবু মানসিংহনা লেপখিবা রা হোংদোকউ হায়বা য়াদরে। নিহালসিংহ মপান্দা চৎখরে।

( ৪৮ )

সুমনমোহিনীনা কলাদগী করিগুম্বা থর তম্লম্বা য়াই, তম্মদবা য়ায়, কলা মহাকী মনাক্তা তুমিন তুমিন্না ফমহুনা লৈ।

সুমনমোহিনীনা হংলম্মী, "নওদি গুজরী রাণীবুনা হেন্না সুংশি রমগনিনে?"

কলানা খওই, রাণী অহল্লা মৃগনয়নীবু কয়া সুংশিদে।

কলানা চেকশিন্না খুম্নকই, "ঐদি অদোমগী থৌজালনা হিংজবনি, অদোম্না হেল্লিনা।"

রাণী অহল্লা মুন্না য়েংলগা হায়রকই, "মহাক্না সুংশিবদি লাখীদনি, লাখীরাণী হায়খ্রেদনা। নঙবুস্থ মাগুম্না সুংশিব্রনে?"

কলানা য়াম্না চম্বা শাহুনা হায়রম্মী, "গুজরী রাণীনা লাখীরানী নত্তনা কনাবুস্থ সুংশিদে।"

"নঙ ঐবুদি সুংশিবরা?"

"ঐদি মহারাণীজীবু য়াম্না সুংশিজে। ননাগী ইচিনশিবগী করি হায়গনি?"

"ঐদি বংশা ইভা শাম্নবা পামই, মৃগনয়নী খণ্ডবা মওংদা ঐনা মঙবু ব্যাবহার তৌগনি।"

"অদোমগী থৌজালসে মপোক সিমগী কাউজররোয়।"

"করে নংনা কিলাগী মকম মকম খুদিংদা লায় য়েকলিবসি নংনা করি কংগনি।"

"করিস্মু কংজদে, মহারাণীজী। মন্দিরশিংগীস্মু চিত্র য়াম্না য়েকচরে।"

"মৃগনয়নীগীস্মু য়েক্লবরা ?"

"য়াম্না য়েকচলে। মহারাজগী ফাউবা য়েকচলে।"

"অদুগা ঐগীদি ?"

"অদোমগী য়াথং লৌগে থনবা পুক্লিংদদি কুয়জরবনি, অদুবু বিদুনা হায়জবা ঙমজদবনি।"

"হৌজিক য়েকলো।"

"য়াম্না য়েকচরগে।"

"অতৈ থরস্মু হৈবরা নত্রগা লায়য়েকপা, ঈশৈ লোংমাদয়মক তৌগদরা ?"

কলানা রাণীদা চাগদবগুম য়েংলম্মী।

রাণী অহম্না অর্থ লৈবা মীনোক্তা হায়রম্মী, "ঐগী য়াথং ইনগদ্রা ?"

"কলানা থৌনা ফনা খুমলম্মী, "ইকোক থক্তা হাপচগে।"

রাণীনা তপথনা হায়রম্মী, "গঙ্গা পন্দুমা রাশকপা ঙমগদরা ?"

কলানা থাজনবা রাশকলে।

কলাগী মপুক্লিংদা মাগী রাশকপসিগী মরক্তা অথুপ্প অমদি থম্মী। মহাক্রা রাজসিংহ নত্তনা কনামত্তগী রাশক পাংথোকনিংদে।

রাণীনা কোয়না য়েংলগা হায়রম্মী, "থবকসি থর লুগনি, য়াম্না শিংনা তৌরবদি মনা-মথুম চাউনা পিগনি।"

"তৌগনি" কলানা য়ায়া চেকশিন্না হায়রম্মী।

"ঐ নচোন্দা হিদাক অমা পীগে। মসি তুমিন্না মৃগনয়নীদা পিজো। কিগনু, হিদাক অসি শিবা য়াবা হিদাক নত্তে, মসি থক্লবদি মমিৎতা মচা উররোয়।"

রাণীনা হায়রকই।

কলানা হায়রম্মী, "ঐ তৌগনি। গুজরী রাণীনসু খঙলোয়।" সুমনমোহিনীনা অঙৌবা হিদাক মকুপ পীরে। কলা পুরগা চৎখরে। মসি মচা পোক্লনবগী হুদি ওয়ররোয়। অকনবা হু ওয়রমগনি। মৃগনয়নীবু হাৎলগা করি কান্নগনি! ব্রা অসি খঙত্রবদি ঐ অরেম্বদা মাংগ্রবনি। উপায় অমা তৌদুনা মানসিংহদা পিজবনা ফরনি। মসিনা হু ওয়রম্লবদি রাজসিংহগী থবক পাংথোক্লনি। করিগুম্বা ওয়রমত্রবসু করিগু কায়দে অদুগা হাৎপা য়াবা হু নত্রবদি অরেম্বদা করিগী হোৎনজক্লনি। কিলাগী মেপতি য়েকপা লোয়রে, রাজসিংহগী থবক পাংথোকপা য়াররনি। হয়েং অয়ুক অঙনবদা থালিয়র কোয়শিল্লগনি, তৌজিক থালিয়রদা কুয়্যনা লৈথবগী দরকার ওয়দরে। অদুগা মসিনা হু ওয়রগা মানসিংহবু করিগী হাৎলোয়। রাজসিংহদা ব্রাশক্লমল্লগা লাকপনি। অদুগা হু নত্রবদি কমদৌবা? কয়ারক হন্না হোৎনরে, মহৈ য়ান্দরে। হন্দক্তি কিলাগী মেপ অসিনা মপুং ফারবদি মসিদা অমুক লৈথবগী দরকার লৈত্রে। মানসিংহদি মশানা শিজগ্রনি। ঐনা করিগী কুয়থনা লৈরুগনি? নিহালসিংহ লৈরম্লবদি পুম্নমক লোয়শিল্লম্লগদবনি। কনানা খঙবা? মাবু হল্লকখিদরা? হল্লক্লগা ঐসু মহুংসিদা ফাজিনত্রবদি ঐনা নহানমখৈ তৌরক্লিবা মরামসি মাংলনি, কলানা খল্লম্মী।

মহাক্না অচিকপদা চৎলগা অঙৌবা হিদাক মকুপতু হুন্দোকলুরে।

( ৪৯ )

অতর্বেদ দা মফম মফম খুদিংদা লান শোক্লদুনা লৈরম্মী, চম্বলগী অরাং নোংচুপকী তোর্বান্দসু ফীভম অসিমক লৈরম্মী। জৌনপুরগী শর্কী নিংথৌশিংনা পানবা লোয়খ্রে, অপিক অপিকপা জমিন্দারশিং অমসুং

বঙ্গালগী সুলতাননা দিল্লীদা লান্দানবা শেম শাখ্রে। বোধম পূজারী রাঙ্গৈ থাদোক্লুনা চৎপা ঙমখ্রে। শান্তি খর ওয়রবদি অযোধ্যা মত্রগা কাশী য়োংগে নিংলম্মী। তাঞ্জা ফংসিদা সিকন্দর লোদীনা চহুলগী অরাং থংবা তোর্বান অমসুং ঘাটশিংদা কোয়শিনখ্রে। সিকন্দরগী ফীভমসিদা গ্বালিয়রগী রাঙ্গৈ খুন অমুগা মনাক নকপা খুনশিংসু পুন্নাং লাংলে। চৎনিংঙ্গবা ফাউবদা বোধম্না মশা কনজনবগীদমক্তা গ্বালিয়র শহরদা লাকলে। রাঙ্গৈগী মনাক্তা লৈবা চীং, তুরেল, ভঙ্গলা লৈদুনা মশা কনজবা ঙমলরোয় খনখ্রে। বোধম্না গ্বালিয়রদা লাকপগী মরম মানসিংহথঙ খ্রে। শাস্ত্রী ফংবগা রাঙ্গৈদা মন্দির শানবগী রাসু হায়খ্রে। রাঙ্গৈদগী গ্বালিয়র ফাউবগী খোংসু তৌরি, অমুগা মন্দির শাগনি হায়বহু থাজরম্মী। বোধমনা খল্লম্মী, বর্ণ থায়বসি ঐখোয়গী নিংথৌদি খঙবা নত্তে। নোংমা রারী শারগ খত্রজগনি। কিলাদা মাগী লৈনবা অরু অহেনবা য়ুম অমা ফংখ্রে। মৃগনয়নীদি কমদৌরমগনি? রাণীগুম লৈরমগনি। লাখীনা কমদৌরমগনি? মহাকসু মফমসি য়োরকখ্রবনি। মসিদি অফবা নত্তেনে। য়েংবা হায়বহুনি। সংসারদা ফত্তবা মী য়াম্না লৈ কনাগীবু খল্লগনোদা? নিংথৌবু ঈশ্বর নিংহম্নবা বিজয়জঙ্গমসু লৈ। হন্দক্তি বিজয়সু খর তম্বীরগে।

নিংথৌনা বৈজুগীসু কিলাদা য়ুম অমা পিখ্রে। বৈজুগা লানগী পাউগা করিসু মরী লৈনরমদে। মঙোন্দদি লানগী রাসিদি মা অমসুং কাংনা চিকপগুম্বনি। চিকপা, খোৎপা অমুগা কাউথোকখিবা। লাম্ছেংনবা কাংবু শিজবা। মানসিংহদি ঙম্বমথৈ লৈবাক প্রজা কম্নবা হোৎনরি। মরমসিনা বৈজুনা অনৌবা য়াম্না ফজ্জবা ধ্রুবপদ অমা পুথোক্লবা খল্লম্মী। ঐনা ফজ্জবা নিয়ম অমা চৎনহনবা ঙম্লবদি ঐগী ইপা ইপুশিং বৈকুণ্ঠ য়োরগনি অমুগা ঐগীদমক্তদি স্বর্গগী থোং হাংদুনা লৈরে। বৈজু রাখলসিদা লুপ্লম্মী।

অহিংগী মতমনি। মৃংশিল্লা লৈচিন খর থাংলম্মী, হৌজিক্তী লোংহৌরক্লে অমুগা খর খুর চুবা হৌরকলে। য়ুমশিংদা থাইমৈ

থাংগৎনরক্লে। বৈজুনা অথাবা ফিদা অমগী মৎক্তে ফমলগা হন্না হন্না বিনা খোংলম্মী অদুগা থন্নম্মী। অমরোমদা পংথাহজলে, মরক মরক্তা তান তায়, ঈশৈ ঙংই। কলানা মতবাক্তা তম্বুরা থমদুনা তুমিন্না ফল্লম্মী। মহাক্না কবিগুম্বা খর খল্লম্মী।

বৈজুগী মচিন্দগী পুংগা লোয়নন্না "ধা ধিট ধিট ধা ধিট ধা ধিট ধা" হায়দোক্লম্মী। অদুগা লেপতুনা করিগুম্বা খর খল্লম্মী। ঈশৈ ঙংদবে।

কলা হায়রম্মী, "মহারাজ, হৌজিক মতম লাক্লে।"

মঙোন্দা য়েংদনা বৈজুনা হায়রম্মী "হৌজিক লাক্তরি। হাংলি।"

"ধকিট ধকিট ধা, ধকিট ধকিট ধা," মাগী মচিন্দগী হায়দোকলম্মী অদুগা মথুক্তগী তাল লৌরম্মী। অমুক হন্না মীকুপ খর তুমিন্না লৈরম্মী। খঙহৌদনা ময়া চীক্লম্মী অদুগা থুক্তুম শিংলম্মী। হায়রম্মী, "হুংঙায়বা কপ্পা হায়বসি পুম্নমক্না খঙনরিবনি। অপংবা! মরায়রকহৌবা! বশ্নসু ঙমদবা, ঈশৈ ঙংবসু হেক্তবা।" ঈশৈ শকপসিদি শঙ্করনা অমুক হন্না লৃশিন্নহল্লমলে।

কলানা অমুক হন্না হায়রকই, "হৌজিক মতম লাকলে।"

বৈজুনা মীকুপ অমত্তং অঙকপা মীয়েংদা য়েংলম্মী। মোমোন নোক্তুনা হায়রকই, "লাক্লে, লাক্লে হন্দক্কি হেক্তা ফারগে।"

কলানা কীনা কোয়েং য়েংলম্মী। কনাসু উদে। মহাক ঈংথরম্মী।

বৈজুনা মকোক হায়দুনা ঈশৈ ঙংলম্মী। 'ফরে' হায়দুনা মহাক্না অলাপ লাউরম্মী। কলা তম্বুরা থল্লগা মাগী স্বরগা চান্নবা লাউরম্মী।

বৈজুনা লাউরম্মী, 'ঙাংথো।' কলানা তম্বুরা মান্নকৈ অমরোমদা থমখ্রে, মঙোন্দা মুন্না য়েংলম্মী। বৈজুসু বীণা মথাদা থল্লগা মমিৎ উই-শিল্লগা করিগুম্বা খর ঙংদুনা লৈরম্মী, অদুগা কৈরুদা তান থারম্মী।

কলানা খল্লম্মী, ঈশৈ অমা রাগ তানবা হোৎনরি।

ঙৈহাক ঈশৈ শক্লমলগা, তান থারম্লগা বৈজু খঙলেপ লেপখৎখরে। অদুগা মহাক্না হা! হা! হা! নোক্লম্মী।

কল্লানা থক্লে, ওসিদী ভাউবা হেনজিল্লকলে।

"ধকিট, ধকিট, ধকিট, অহাহা! হা! হা! ফজরেদা। জয় ভগবান শঙ্করগী, জয় নটরাজগী।" বৈজুনা হায়রম্মী অমুগা বীণা পায়দুনা শক্লম্মী—"মান খেলী হোরী রাজা মান খেলী হোরী… …।" মতুগী তুংদা পুং পায়থংলে, ঈশৈ ওংতুনা য়ৈরম্মী। পুং থম্লগা বিণা অমুক পায়গে তৌরিত্তৈদা কলা য়াম্না লাংতক্লুনা হায়রকই, "গুরুজী মহারাজ, হৌজিক মতম লাকলে।"

মহাক্না হরাউনা হায়রকই, "মতম লাকপা নত্তে, লাকখ্রনে, অপংবী ধ্রুবপদগী হোরী শক্লবা মওং তারে অমুগা তালসু শেমলে। হোরী অসি ধমার তালদা শক্লগনি। গীতকী বোলসু শেমলে। মওং তারবদি নোং ফাউবা লেপলবদি নিংথৌদা তাহনবা য়ারগনি। হেন্না মওং তানবা শেন্না দরকার ওয়রি। ফরে মসিনা ফরনি। ফজত্রিবরনে কলা?

"হোয়নে মহারাজ, মদুনা য়াম্না ফরে। ঐনা হায়নিংবা থর লে।"

"হায়নিংলবসু কোননা হায়য়ু, ঐ হৌজিক মদু তাবগী মতম লৈতে।"

"হৌজিকমক তাবিয়ু, য়াম্না মরু ওয়বা রানি।"

ধ্রুবপদ গা হোরীগদগী তেনবা মরু ওয়বা করি লৈরি! হনক মবকসিদা নংনা করি অমুক তমলুরে?

"ঐথোয়না চন্দেরীদগী লাকপগী মরম মহারাজনা খংবিরিনি?"

"হোয়নে, চন্দেরীদগী লাকপনি, হৌজিক গ্বালিয়রদা লৈরে। ঐবু অঙাংলা মদু ফাউবা খংবা ওমদ্রবদি?"

"চন্দেরীদা অমুক হনবা তারেদনা।"

"করিগী হনগদৌরিবা? চন্দেরীগী মুংশিংদা কোক থুগায়রুনবরা?"

"চন্দেরীগী রাব রাজসিংহনা লাকপা মতমদ রা থম্না শিন্নরক খিবত্নুদি?"

"গ্বালিয়রগী মেলাদা ঈশৈ শকপশিংবু পুং য়ৈবদা মায়থিবা পিরগা চন্দেরী মমিং থমউ হায়রকপদু লোয়না তৌখ্রে। হৌজিক গ্বালিয়রগী মিংচৎ হেনগৎহল্লগনি।"

"মহারাজা করিগুম্বা থবসু হায়রকথিবদায়নে।"

"করি হায়রকথি তাকলো। ঐ রায় রাজসিংহবু ইকায় খুমনৈ।"

"মহারাজা য়াম্না হায়রকথি, মসিমসু হায়রকথি, গ্বালিয়রবু লান্দাব-শিংনা কোয়শিল্লবদা গ্বালিয়রগী লাম্মীশিংগী মপাঙ্গল খংহল্লকউ, মথং চপ চানা খংলগা চন্দেরীদা থুনা হল্লক্লগা তাকলরাউ। মসিগীদমক ঐনা কিলাগী চিত্র য়েকলিবনি।"

"চিত্র য়েক্লগা রায় রাজসিংহদা করিবু কায়গদৌরিবা?"

"মতম চানা নররবদা লান্দাগনি। ইপা ইপুগী লমন শিংগনি। কোয়শিল্লীব শিংদা চিত্রসি পিগনি।"

"অদুবু ধ্রুবপদ নিংথিনা থগুলবা নিংথৌ মানসিংহনা করম্না কমহুনা লৈথোক্কদরা?"

"মসি ঐথোয়গী রা নত্তে।"

"ফরে, মুমিং ২/৩ ভারখো, হৌজিক হোরীগী নিংথিরবা মথং অমা শেমখিগে। অমুক হন্না নিংথিনা ফিজেৎ লৈতেংলগা হোরী অসি নিংথৌ মানসিংহবু তাহনগে। মতুগী তুংদা নিংথৌদা হংগনি মতুদি নও চন্দেরী চৎকদ্রা নল্রগা সিদা লৈরগা থরগা তম্মু তম্বীয়ু।"

কলানা মথন্তা শাউজরম্মী, করিম্নুংগী অভাউবসিগা লোয়ননা চন্দেরীদগী লাকলুরিবা! অদুবু মসি হান্নদি অম্মা তৌরমদে, নোংমা চেকশিন্না অমুক হায়রগে।

(৫০)

নিহালসিংহ অমসুং পাখং বিক্রমাদিত্যনা সিকন্দরগা লাহেৎনরে, সিকন্দরগী লাম্মীনা রাঈগী পাকনা শন্দোকলিবা লমপাক অমসুং উমং-শিংদা চংবা ওমদরে।

মথোয় অনিম্মী লাম্মীনা শামুগী মতেংদগী য়েক্লবা লাম্মী তানখায়রে।

মখোয়না তকশিনরম্মী অহুনা সিকন্দরনা দিল্লীগী পাউ থারকল্লম্মী। লান লেপখরে।

নোং চুরম্মী। পৃথ্বীদা অশং অমান হৌরে অমস্তুং লৈখোম লৈনাংনা থল্লে। সিকন্দর খোংথাং অমা চংবা ফাউবা রারক্লে। মতমসিদা দিল্লী-দগী পাউ লাকলে মহুদি সরদার খর পঞ্জাবতা উংখৎনরে অহুগা নোংপোক্তা জৌনপুরগী জলালনা মকোক হায়গৎলে। গ্বালিয়রদগী দিল্লীনা হেন্না লুই খল্লগা সিকন্দর হনবা তারম্মী। সন্ধি খন্ন নৈননবা তোমরগী লুচিংবা অনিবু দিল্লীদা কৌরে। নিহালসিংহনা বিক্রমাদিত্যবু গ্বালিয়রদা হলহনখ্রে। মহাক্তা লান অমস্তুং সন্ধি তৌনবগী মরমসি মথন্তন তৌবনি হায়হল্লিংলম্মী। মরমসিনা গ্বালিয়রদা পাউ থারগা মহাক লাম্মী খরতগনা দিল্লীদা চৎলম্মী।

সিকন্দরনা মহাকী মপা বহলোলগী রা নিংশিংলকখি। বহলোলনা লাহোর লৈবাকী সুবেদার ওইবা মতমদা দিল্লীগী সিংহাসন হাংলম্মী। বহলোলনা অকমবা লাম্মী পুন্থুনা দিল্লীরোমদা চৎলম্মী। দিল্লীগী মনাক্তা ফকীর অমা উল্লরম্মী। ফকীরমা বহলোলদা হায়রম্মী, "দিল্লীগী বাদশাহ ওয়নিংব্রা ?"

বহলোলনা খল্লম্মী, মিৎতাংবনা করি পামগনি। ফকীরনা তাক্লম্মী, "ঐনা দিল্লীগী বাদশাহ ওয়হনবা ওমই। ঐঙোন্দগী লৈজগেরা ? লৈবা পাম্বা অমদা ঐনা পিগনি। লৈবা ওম্বা অহুনা সিংহাসন্দা ফমগনি।"

বহলোলনা সিংহাসনগী মমল হংলে।

ফকীরনা হায়রম্মী, 'লিশিং অনি ফরে, লৈয়ো অহুগা সুংভায়না পান্দজরো।"

বহলোলনা ফকীরদা লুপা লিশিং অনি পিরম্মী। সরদারশিং অমগা অমগা লান শোক্লরি, অহুগা মহাক্তা দিল্লীগী সিংহাসন্দা ফমখ্রে।

সিকন্দরনা খল্লম্মী, দিল্লীদা ফকীরশিং রাত্তে, করিগুম্বা মপুক্লিং লেপ্তবা সরদার অমনা ফকীর অমদগী সিংহাসনবু মমল হেন্না পিহুনা

লৈগ্রবদি সিপাহীশিংস্থ মতুং ইনখিগনি অদুগদি ঐ লৈতবগা মান্নরে। মরম অদুনা মহাক থিন্দনা দিল্লীদা থুংখরে অদুগা লালহৌবশিং অমু মরু কুপ্পনা লংথোক্কে, খনখরে: জলাল লাপথিবনা মরম ওয়দুনা মদুগী দমক হেন্না যাক্নত্রে।

চরাংনবা সরদারশিংবু মহাক্না নমখরে। মসিগী মতুংদা গ্বালিয়রগী ছত্ত নিহালসিংহদা হংলম্মী, "মংনা নশাগী নিংথৌদগী সম্বিগী ব্রা থৌরাং তৌরগা লাক্লবরা?"

মহাক্না খুল্লম্মী, "হোয়, লাক্লে।"

"নঙগী নিংথৌদা ঐখোয়গী লুপা লাক্ষ ৮০ তৌল্লি।"

"করম্না?"

"অহানবা বাদশাহনা গ্বালিয়রদা লান্দাবা মতমদা লুপা লাক্ষ ৮০ দং চংখি।" মদুগী মতুংদা ঐনা লান্দারে। চহি ৪ গী মতুংদা শরুক অনি ওয়খরে। হৌজিক অমুক ইশামক্না শোয়দনা লৌবা লাক্লগনি। মসিগী খরচনা তোঙানবনি।

"অহানবা ওয়না ঐখোয়গী নিংথৌগী মতমদা বাদশাহ বহলোলনা লান্দারকখি। মহাক মায়থিরগা হনখি। অনিশুবা ওয়না অদোম্না লান্নরে, অদোমস্থ মায়থিরে। হৌজিক কনানা জয় ওয়বা, কনানা মায়থিবা খল্লগদবদা ভায়রে।

"সরদার! ব্যবহার লৈতবা তৌগনু। ঐখোয়গী চেশিংদা লোয়না ইদুনা থময়। নিংশিংউ, বাদশাহ অল্তমশনা গ্বালিয়রদা বহ্নি করি তৌরম্মী?"

"ঐদি নিংশিংদ্রে।"

"চাউরাক্না চহি ২০০ রোম হৌখরে, অদুবু হৌজিক ফাউবা ঐখোয়গী খাখলদা য়াইহেশিং অদু ইনৌ নৌবগুম লৈরী। অল্তমশনা গ্বালিয়রবু ফতেহ তৌরমলবদাই। সিফায় সরদার নিংথৌ পুংমক কাং-থিবদায় অদুগা রাজপুত মুপীশিংনা জোহরব্রত তৌখিবদায়। নংগী কিলা মমুংগী জোহরতাল থোল্লিবদু মরমসিদগীনি। হৌজিক কাউরগনু।"

"করম্না কাউগনি? অদুবু হন্দকমুক্তি কমদৌই ?"

"হন্দকমুক্তি গ্বালিয়রগী বিলা মনুংগী পুখ্রি পুন্নমক জোহরতাল হায়রগনি।"

"হন্দকমুক্তি সুলতানজী, দিল্লীগী পুখ্রিশিং অমম্ভং গুহাশিং পুন্নমক জোহর পুখ্রি হায়না মমিং থোল্লগনি।"

রাজপুতনা কাউখ্রে, মানসিংহনা করি হায়রুচো, করি তৌরুচো থারকপনো হায়বা। সিকন্দর লোদী শাউখরে।

"খুঙত্রা সরদার, করাদা রা ডাংলি মনাংদা কনা লেপলি?"

"অদোমস্তু খংফম থোকই রা ডাংনরিবা অসি ইচম চম্বা মী নত্তে হায়বা। নংগা রারি শান্নরিবা অসিগী মপা মপুননি দিল্লীদা য়োং অচৌবগী য়োংগী থাবা ডমবা তোমর রাজপুত অমুকহন্না অচৌব, য়োংগী থাবা ওয়গী পাঙল লৈরিবনি। কনাগুম্বা য়েকনবা নিংথৌ অমগী মমাংদা লু-লুকখিদ্রিবা নিংথৌগী সামন্তনি, নমাংদা লেপলিবা অসি। নংগী নপা নপুনা দিল্লীবুদি মুপা লিশিং অনিদা লৈরম্বা য়ায়, মতম অদু ফত্তবা মতম ওয়রবননি। অদুবু গ্বালিয়রবুদি বিঙ্কা টাংজাওমুক লুম্বা সনানা ওন্দুনস্তু লৈবা ডমলোয়।

"তুমিন্ন লৈযু টিঙ্খিবা!"

"সন্ধিগী রা থন্নবা অদোম্না কৌবনি, ঐ ইশানা লাকপা নত্তে।"

"মসি পুথোকখো। ঐনা তোমরশিংবু ঠীক তৌবা ডমলগনি হায়না পাউ থাখো। হায়খো দিল্লীগী বাদশাহ অমনা ফতহ পিখ্রবা অদু ফনামত্তনা পানবা য়ারোয়।"

দরবার ডাক শেল্লিবা খরনা নিহালসিংহ ফারগা পুখ্রে। বাদশাহনা করিস্তু হায়দে অদুবু মখোয়না মাবু করি তৌগদগে হায়বদু অদুম খঙই।

রাজপুত অদুনা মকোক তোঙান্না তারবা কাউবদা মকোক নোনখিদে। তোমর অদু মকোক ককলবা মতুং মীকুপ খর ফাউবা লেপত্তনা লৈরম্মী। মীহাৎপশিংদু ডকলম্মী, অমুম্না শিবসি অমুক্তা

থেংনখিত্রী। অয়াপ্পদি শিত্রিডৈ মমাংদা কপ্প। লাউবা, হায়জবা, য়াম্না তৌই অতুগা মাদি শিববু লুহোংবগুম্না থল্লমাল্লে !!

বাদশাহনা নিহালসিংহ শিরে খণ্ডবগা নিংথৌ মানসিংহদ' খুদোল-পোৎ খর অতুগা শগোল খর মাগী প্রায়চিৎ ওয়না থারকখ্রে।

( ৫১ )

বৈজুনা ঈশৈগী অনৌবা নিয়ম অতু চুমিৎ ২/৫ গী মন্নুংদা লোয়-শিন্নবা হোৎনরে। সিকন্দর দিল্লী মায়কৈদগী হেন্দোকথরে তাবদা মানসিংহ খর পোথারে। অতুবু থাজরমদে, মহাক অমুক হল্লখিনী থল্লম্মী। চুমিৎ কয়ানিদগী অনৌবা ঈশৈসি তাহন্নবা অচুম করান থিনবা তাপ্পা য়েংলম্মী। হান্নগী কাহুদা ঈশৈ নোংমায় ভৌনবা শেম শারে। সভা ভবন্দা নিহালসিংহ নত্তনা পুন্নমক লৈরে।

মথক কাগী জালি মরুমদা রাণীশিং মাগী মাগী মফম লাংদা ফমখ্রে। মৃগনয়নী অমসুং লাখীসু মফম লাংদা লাক্নুনা ফমথরে। বৈজুনা কন্না হোৎনচুনা মাগী অনৌবা নিয়মগা লোয়ননা ঈশৈ শক্লবা থৌরাং হৌথরে। বিজয়না বীণা থল্লম্মী।

বৈজুনা হায়রম্মী, "থোংবিয়ু।"

বিজয়না হায়রম্মী, "থোংলরোয়, তাবগে। শৈহৌ কজে। হান্না তাখিত্রিনে।" বৈজুনা রাদনা জয় তৌবচুদা হরাউখরে। সুংশি সুংশিবা সুরদা শক্লকলে। ঈশৈ অসিগী বোল য়াম্না তেংদি।

মান হোলী শান্নরি, রাজা মান হোরী শান্নরি, সুংশিবগী নহৈ ফংজরে, পুক্নিংনা পামজবতু শান্নরি।

রাজ মান হোলী ............ ......

ঈশৈগী তান পুং অনি চংই। সুরসু রাংই। মানসিংহনা মত পিরম্মী "মরক মরক্তা খর তপথবসু কৈ মরমদি তপথরিডৈদা পেচকারীদা রুং হানবা লংনবা।

বৈজুনা হায়রিবা রাহু য়ারে, মানসিংহনা অসিংবহুতা তৌরে। ঈশৈ লোয়শিন্নকপদা বৈজুনা হায়রম্মী, "হোলীগী ঈশৈ হায়না থগুনরনি।"

বিজয়না অমুক হংলকই, "করি করি রাগদা শকদৌরিবনো ?"

"পুক্লিং হুবা মুংশিবা রাগ অমদা হেক্তা ঈশৈ অসি শকপা য়াগনি।" বৈজুনা পাউথুম পিরম্মী অদুগা ঈশৈঙু রাগ কয়াদা শজুনা তাহল্লম্মী।

মানসিংহনা মপুক্লিং থৌগংপগা লোয়নননা হায়রম্মী, "ঙসিদগী আচার্য বৈজনাথপু নায়ক বৈজনাথ হায়বা পদ অসি পিরগে।"

বোধন্না ঙক্না হায়রকই, "নায়ক! হন্দকী যুগসিদা কনাস্থু নায়ক ওয়বোয়। নায়ক হায়বসিদি অনৌবা রাগ পুথোকপশিংনা ওয়গদবনি।"

বিজয়না মরৈ য়েংলম্মী, "অদোমগীসিদি যুগ অসিদা অনৌবা পুথোকপা য়াদবগী রাথলনিনে। মরক থক্তুনা হায়রিবসি অদোমগী করি অধিকারনো।"

বোধন্না হায়রম্মী, "সঙ্গীত হায়বসি শাস্ত্র অমনি। মসি শকপা হৈক্তবা মীশু চংনরিবা নিয়মদি হায়বা ঙমই। মমাংগৈগী ঋষিশিংনা তৌরম্বহু হোংদাকপা ঙম্নদরি অদুগা অনৌবা পুথোকপশু ঙমদরি।"

বৈজুনা মরক থক্তুনা হায়রকই, "পুথোক্তুনা উৎলেদনা।"

বোধন্না অমুক য়েংলকই, "মহু ওয়বা য়াজিনে। ভারত পুম্বগী আচার্য লোয়না পুললবা, মখোয়গী মমাংদা ঈশৈসি শক্লবা, আচার্য বৈজনাথ অসিনা মমাংগৈগী আচার্যশিংদগী হেল্লবা মতমছুদা ওয়বা য়াগনি।"

মানসিংহ মুংঙায়তরে। হায়রম্মী, "নংদি পুজারীনি, ঈশৈ ময়েক অম খঙদে।"

বিজয়না করেম্নরকই, "মতম চাবা চাদবা মরৈ তৌবদি লোন্নমা ঙমই।"

বোধনা থাজনা হায়রকই, "অদোমগা ঐগা নোংমা কান্না পান্নগদবা নৈ। ধর্ম অমদি শাস্ত্রগী মরমদা নগুনা ভ্রম অমম্মুং চুমদহৌ শন্দোকলিবহু ঙসিফাউবদা কনামক্তুনা শন্দোকখিদবনী।"

"হৌজিক মরৈ য়েংনবা ভোকলো, তাজা ফংবা মতম অমদা য়েংনো। মরৈ য়েংবরবগী হান্না থৌয়াং ভৌথো। শৈশকপা অমদি আচার্য ওয়রম্বা বৈজুত্থ হৌজিক্তি নায়ক বৈজু হায়রগনি।"

শাস্ত্রগী বিষয়দা নিংথৌগী য়াথংদমক ইনগনি হায়বা লৈত্তে হায়বসি বোধনবা মপুক্কিংদা খল্লম্মী অত্থগা তপ্না হায়রম্মী, "ঐদি য়াবা ভমলোয়।"

নিংথৌনা তারে। শাউবনা থক থক নিক্লম্মী। কত্তবা খিভম অত্থদগী কয়নবা মহাক্না বিজয়দা হায়রম্মী, "অদোম্না বীনাদা স্থর পান্দুনা শক্কবা হোৎনবিরো।"

বিজয়না বীনাদা স্থর পান্দুনা শক্কবা হোৎনরম্মী। মানসিংহনা অশাউবা নমথনবা হোৎনরম্মী।

মথক্তা লৈথিবা রাণী উইরম্মী। মৃগনয়নীগা লাখীগদি মখিং মনা শিংলম্মী।

মৃগনয়নীনা হায়রকই, "শৈশক অসিগী নোম্না ঐ খঙলে।" মহারাজদা ঈশৈসি থর শমজিন্নবা হায়রগে। কুইনা শাংথনা শক্কবদি ঈশৈগী রসন্থ রাগন্থ মাংলগনি।"

লাখীনা উইদুনা লৈরিবা রাণীশিং য়েংদুনা হায়রকই, "তাগদবা কাংবুদি তুমদুনা লৈরে।"

লাখীনা রাসি থর কন্না হায়খিবনা রাণী অহল তাথোকখ্রে। উইবা কায়খ্রে, মীৎশিং নাশিংখরে, রাণী অহলনা মথোয়নিনা করেম্নবা নোকপত্থ উখরে। খিত্তং নোক্কবসিদা রাণীত্থ শাউবনা মৈ হৌরে। মহাক্না মনাক্তা লৈবা রাণীশিংদা হৌদোক্কবা হোৎনরম্মী। মথোয়স্থ থুনা হৌগৎলে।

'নথোয়বু ঈশৈ তাবা লাকলিব্রা তুম্বা লাকলিব্রা? অহৈ অশিং ময়াম কমলিবসি উব্রা?"

রাণী অহন্না করেম্নরক্লম্মী।

তারিবশিংনা তিংলী য়াংলিংদুনা নোকথোক্লম্মী।

"রাণী অহলনা খোন অমা থারম্মী অশুম্না তুম্নবদি লিক কোন মতমপুম্বদা মাংজনি। হুন্নক্তি কংবগী বাদি লৈত্তে।"

মাইকে অমুনা মৃগনয়নীগী থম্মোয়মদা অশোয়বা থিনবক্তম পাংখরে। ঐবু লীক কোন হয়ানবীরা? ঐবু হয়ানবিরনে? তৌফম খংদতুনা লৌখৎলুবনি, ঐগী খুত্তা অতুম লৈরে, ঐনা খজলকপদি পুক্নিং সুংঙায়ত-হনা কাচিন্দা লংশিন্দুনা থমলুরে। ঐমু কাউথোকলুরে, মসিবু হয়ানজনে? স্থমনমোহিনীনদি ঐবু হয়ানবা খংজিল্লে। ঐবু হয়ানবা ওয়য়নে? হে ঈশ্বর চারা হেন্নবা কাউবদা মীগী মপোংপুদি হয়। কাউবা য়েংলুমকনি, করিস্থ লৈতবা অসিগী হৌজিক ঐবু হয়ানবা তাহন্নরা? মহাক্না লৌমী ওয়রমলবদি খংগদবনি। মাগী লমচংসি য়াম্না ফংহিদরে। মহারাজনদি খোংজিসে হনখিস্থ হায়না হান্না হায়খ্রবনি। গুহা অমদা হুহরহনা করম্বনি। মহুদম্থ ইশাগী রাখন্দি হয়ানবা ওয়গনি। ওহোকপনি। ঐ ফত্তবস্থ ওয়য়মোয় হন্দোকলুবগী সুংঙায়তবস্থ লৈরমোয়। ঐ মথা তানা তাবা হৈনজ্রে।

মতম অহুদা সভা ভবন্দা ঈশৈ শকপা লেপখরে। কনাগুম্বা অমনা সভা ভবন্দা পাউ পিররে, মহুদি 'নিহালসিংহ হাংখরে! সিকন্দর লোদীনা খুদোলপোং অমস্থং শগোল থারকলে, অহুগা মহাক গালিয়রদা লান্দারকপা য়াই।"

সভা ভবন অহু পুমচিক চিকখরে।

মানসিংহ খওশাঙ্ত শাউখরে। ওংহনা হায়রক্লম্মী, "রাজদূত কাউবা হাংখ্রবা। মসিদি য়াম্না উশিত্তবগী য়ানি। মসিগী লমন খুমগনি।"

মথক্তী কাদগী মৃগনয়নীনা তপ্না হায়রকই, "চংলসি লাখীরানী! মকমসিদা অমুক লাক্লগুমসি।"

মখোয়নি চংখরে। স্থমনমোহিনীদি পেল্লম্মী।

বৈজুনা খংহং হংলক্লম্মী, "গালিয়র কোয়শিনথ্রগজ্রা।"

"কদায়দগী কোয়শিনবা ওমগবনোদা" মানসিংহনা থাজনা খুল্লকই, ঐখোয় সিকন্দরগা চঙ্গলগী তোর্বান্দা লাম্হেংনগনি।"

বৈজুনা হায়রকই, "কোয়সিল্লবস্থ য়াই! কিন্তমসিদা কলা মকমসিদা লৈরোয়দৌরি, চন্দেরীদা চৎপা পামই।"

কলা তোকম খংখিদরে।

মানসিংহনা ইচম চম্না হংলম্মী, 'করিগীনে ?"

বৈজুনা ইপং পংনা হায়দোরকলে, "মহাক্না চন্দেরী চৎপ্রগা রায় রাজসিংহদা খালিয়র কোয়শিনহনগদৌরি, নরবরদা লান্দগে হায়রবস্থ লাল্দায়ো হায়রুরনি। নপা নপুগী লমন খুমলুরো হায়রুরনি। অসিত্তনি।

"করি।"

'মসিদা ওকনিংঙায় করি লৈ ?"

"ইহে। মহাক রায় রাজসিংহগা করি থোকনৈ ?"

"করিস্থ থোকনদে, য়ুমলোনবনি।"

"অহুরা! ইথোকপনিদা!

কলা অহু হমাং কাপ্রে। মানসিংহনা মঙোন্দা চাগদবৎম য়েংলম্মী।

কলানা খোঞ্জেল নীকনা হায়রকই—"হায়জিনখনি, তশেংনা হায়জিল্লিবনি, নায়কজী অসি ঙাউরে।"

মানসিংহ শাউবা খর হন্নখরে। মরু লুক্তুনা খল্লি।

বৈজুনা হায়রকই, "কনানা ঐবু অঙাউবনি হায়রিবনো! মুপী-মচাশিনরা!! রায় রাজসিংহ লৈ হায়না নাপল তৌজরিখিনী!!!"

মানসিংহনা মমার হায়গৎলকলগা খোঞ্জেল নিক্তনা তপ্না হায়রকই, "নঙ নয়ুমদা চৎলো। হয়েং নংবু ফজনা ঙাকশেনবা লাম্মীগা মুংঙায়না শাদোংদা তোংহন্দুনা থিলহনগে। নপুল্লি চুপ্না রাৎতনা লৈরুনবা মনা মথুম য়াম্না পিহুনা থাগনি। রায় রাজসিংহ অহু অথৌবা অমগী তৌকম থোকপা করিনো খংত্রে। মসি তস্মুচো।"

কলা মরু লুকথহনা লৈঞ্জে।

বৈজুনা মঙ মংলুবঙম হায়রকই, "মসিনা ঐবু অঙাউবা হায়রিনে!

অমুক কুয়না মহৈ তম্বু করি তম্লিবা, চৎপ্রো লোয়না কাউয়নি। অঙাউনী মপোক তরেৎলক কাউবা ওাউয়নি।"

সভা কায়নখরে।

মথক্তা রাণী অহল্লা মাগী লোয়নবীশিংদা চৎনা চৎনা হায়রম্মী, "ইহে, অতোল অতাং অসি য়াম্না খুদোংখিনিংঙাই ওয়রে। হৌজিক্তা খংলকই, মসি রাজসিংহগী কনানো!"

"কনানো হায়বহ্ শেংনা খওলে। অরোনবা শকলোনপুবী অদিনা গুরুব্ সভা মমাংদা অঙাউবা হায়রেনে!"

"হে ঈশ্বর, কয়াদা হৈনা শিজিন্নরমলিবা!"

"অহুনদি মুপাশিংগী মমাংদা ফোংনা ঈশৈ শকপা জগোয় শাবা ওমলিবসি।"

"হোয়মে, হোয়নে।"

"কয়াদা ইকায় খংদনা মুক্রম মুক্রম শোন্দুনা চৎখ্রিবা!"

রাণী অহল্লা খল্লকই কল। চৎখিবসি দোষ কোকলে। মথংগী মুমিত্তা কলাবু মানসিংহনা সন্মানগা লোয়ননা চন্দেরীদা থারে।

মহাক্তা কিলাগী চিত্র পুত্থনা চৎখিবা ওমত্রে।

( ৫২ )

অহিংদু য়াম্না ময়ম্মী। সন্ধ্যা মতুংদা থালিয়রগী কৈথেল খমখ্রে। সড়কশিংসু ইচিক চিকখ্রে। য়ুম য়ুমদদি খর লাংলম্মী অহুবু মপান্দদি চিরুম্মী। মুমিৎ তাখিবদা মঙায়রি, নোংয়ায় মতমগুম চিরুম্মী। শহরগী চিদায়দা য়ুম অমগী মমুংদা থাউমৈ কুকেৎ কাফেৎ ঙাল্লম্মী। থাউমৈ অহু থাউ লোয়গদবগুম তোরম্মী। ঙৈহাক কুকেৎ কাফেৎ ঙাল্লগা মুৎখরে। য়ুমমমুংদা মৈ হোরম্মী, অমোৎপা কী শেৎপী মুপী অমা নাহেরম্মী। অঙাং খরমু কপ্লম্মী। অহল ওয়বা মুপা অমনা য়াংকোক্তা গেহু খপ্লম্মী।

বাং চাউবা মুপা অমা য়ুমগী মাংগোল মচিদা লেপ্লরে। মকোয় গোমই, মনাত্তোন তুমই অহুগা মমিংসু লাউই। মকোয় মরাংনা

মুপশিনখিহনা লাইখক্তমক উরম্মী। মখি মরোনমু খায়নবা মখোংগা শেংলম্মী। মখুত্তা চৈতুপ অমা পায়। খোংচৎশু শেনায়বা তোকলম্মী।

য়ুম মমুংদা গেহ খল্লিবা মুপাহনা নাহেন্নিবা মুশীহনা হায়রকই, "গেহ থনবদি লোয়রে, অদুবু তকপদি ময়োম, য়ায়া হাবে। নংনা তকপা তমবদি ঐ তল হৌরগে।"

মুশীহনা হায়রম্মী, "ওসিদি ঐ লায়রক্লো করা হৌবে হৌগৎপকাউ ওবদরে। হয়াংনা পুমনুপ লুপলে।"

'ঐশু লামলে, অতাংশিংশু লাবনা য়াহনরে। হৌজিক কৈদৌনি?"

"ঈশ্বরদা হংউ, ঐনা করি হায়রনি।"

"ঐদি তকপশু ওবদরে। উইথরকলে। অমুক্তা কমাসীদা থবক থিরুনি।"

"চারুরমু নোংমত্তংবু। সাধু-সন্যাসীদি চন্না কয়া হেন্দুনা লৈবা ওমই।"

"সাধু সন্যাসীশিংবু থবক ইনথাং ওবা দরকার ওইরে? মখোয়না সংসার শেম্বনি, অদুবু মখোয়দি অতোপ্পা সংসার শেমনবা হোৎনরে। সংসারসিদনা মুমিং খুদিংগী অরা অনা তাহনতা লৈরে। হৌগৎলকরে ঐগীদি লায়রদনা অতাংশিংসিগী থর য়েংউনে।"

"ঐবুদি হু পিজরো অদুগা অতাং মশক য়েংহনা লৈহৌরো।"

"হে হিংচাবী, হৌগৎকদ্রা, হৌগৎলোয়দ্রা?" নয়ায়বক্তদি অকবা তমলকত্রগা।"

"ঐবু হাংতোকলো। থাংবা ওমজে, নঙনা থৌরী মেৎলগা হাংশিল্লো। অরাবদগী কোকচয়ুগে।"

অতাং হেন্না কপথৎলক্লে। থোংদা কনানো অমনা থৌদেম্মী। মুপাহনা ইমুংগী লাউরম্মী, "কনানো?"

মপানগী খুমরম্মী, "ইবুংঙো থোং হাংদোকপিয়ু, ঐ লক্মী চৎপনি। ইংবনা শিগদ্রৌরে, মৈ তৈহাক্তং য়াইরগা লৈকম হংলগা চৎখিগে।"

"নিংথৌগী মীপুংশ্রঙনা চৎপা য়াদ্রা? মকমত্বদদি মৈশু হৌরগনি।"

"ইবুংঙো, ঐ মকম খঙকরে। ঙৈহাক্তং মৈ মাইরগা মওগা মান্নী শান্নগা চৎচবিগে। উপায় লৈজরবনি।"

"হে মাম! মাচুনতা লৈয় ঙমখ্রবোয়! নঙবু কদায়দগী লাকপনো?"

"ইবুংঙো, ইবুংঙো।"

"ইমুংদগী মুপাচুনা লোক খুনা খুনা থোং হাংদোক্লম্মী। মপান্দা লৈবা মীচু ইমুংদা চংলকলে। মহাকী মাং চাউবা মশাচু উরগা ইমুংগী মীশিংচু কিরম্মী। মপান্দা মাগী থোংউপতু থল্লম্মী। মহাক মৈনাক্তা মৈ তিকপা কমথখরে। থর শুপচিল্লম্মী। কাচিন অমদা চক্রি অমা, চফু থর উগী কোল লীক থর, প্রিথায়গী পুখম অমা, খুজায় অমা লৈ, অসি নত্তনা করিস্থ লৈতে।

ইমুংগী মুপাচুনা হায়রকই, "ইমাম্বা! ঐদি করিস্থ লৈজদে। লায়রবনি, কনাগুম্বা অমগীদা য়েংবিরুজো।"

"কিগনু। চরানবা নত্তে।"

"কনানো? কদায়দগী লাকপনো?"

"মাঈ নগদা খুন্দগী লাকপনি।"

"নগদাদি চখায়প্রবদায়। মাঈদা কৈদৌরি?"

"লৌউ শিংউবনি, গুজরনি।"

"ঐখোয় মাগীশু গুজর ঠাকুরনি। মহাকী মনাক্তা চৎলিব্রা?"

"থবক থিবা লাকপনি। লম্বী লমুক্তরে। কিলাদা করম্না চংগনি?"

"মপান্দা চৎসি তাকে, মপান্দা য়েংহনগে।"

"চানবা থর লৈগদরা?"

"হৌজিক্তী করিস্থ লৈতে। ঐখোয়গী কাউবা লৈতরে। মতোন্দা মাম থর তকউ হায়রবনি, অদুবু মাস্থ মশা মায়া তমত্রে, ঐস্থ মাথনা তকপা তমজরে।"

মুপাচুনা নাহে নাহেনা হায়রকই, 'তহোদ। থর ভোরো অদুগা য়েরুনা চামিয়রো।"

শকথভদবনা হায়রকই, "নিংথৌগী মীথুংশওদগী আটা থর লৌরুবা য়াজ্রা?"

“কদায়দগীনোদা !” মুপীহুনা হায়রকই ।

মুপাহুনা য়ানিংদনা হায়রকই, “ঐখোয় চাকনিত্ত্ররনে ? মীথুং-শঙদদি অনাবা, লায়না শকপা, সাধু সন্যাসিত্তনা চংজবনি, ঐখোয়দি থবক শুবনি ।”

শকথঙদবনা মৈঙান্দা য়েংহুনা হায়রকই, “ফরে, নখোয়গী গেহহু ঐ তকপিরগে, অতকমন ওয়না নখোয়না ঐগী লমথুংফম তাফপিয়ু য়ারেদনা !”

মহাক্কা য়ারে । হায়রকই, “থরম্ভু চাবিয়ু । মীথুংশঙদি থোং খিংলম্বা য়াই নত্রগা হাংলম্বা য়াই । থর চা-থক্লগা কাচিনসীদা পোথাবিয়ু ।”

“ফরে” হায়রগা মশাফবহুনা চক্রি পায়খত্র অহুপা থল্লবা গেহহু তকলকলে ! মুপীহুনা ভক্কা য়েংলম্মী, নাহেবা লেপখ্রে । মুপীহুনা খংলম্মী মুপাহু চক্রি পায়ত্রিবা মীনি, মগুৎতু হোং হোংহুনা পায়রি । অহুবু মথুৎ থুনা থুনা তকলি ।

মুপীহু তপ্না হৌগৎলক্লম্মী ।

হায়বকই, “ঐ তকচরগে ।”

শকথঙদবহুনা মকোক হায়রম্মী । চক্রি তকপহুদা কোয়েৎনা থর পল্লম্মী । কোয়েৎ লৌথোক্লগা চক্রিহু কম্না তক্লম্মী । হুম তকপদা মকোয় অশাংবহু নাম্হরে । মকোয়হু শেমজিল্লবা হোৎনবদা অহুম নাম্হরে ।

থবক শুবনা থুনমক খংখরে. হম্না হম্না উথ্রবা মায়থোংনি, মুক হৌগৎলম্মী ।

লাউরগা হায়রকই, “ঐখোয়গী ইনিংথৌনি ! ঐখোয়গী ইনিংথৌনি !”

মুপীহু নাহেবা লেপখ্রে । অঙাং কম্না থরদি লেপথরে, থল্লনা কপলি ।

মানসিংহনা মথুৎ অমনা মকোয় পায়রগা নোত্রগা হায়রকই, ‘কোয়সি নাত্তে চাখিত্রে । থবক লোয়ত্রিডৈদা নান্থরকই ।”

শিন্নীহনা মখোঙ কোনগে ত্তৌরম্মী। মানসিংহনা য়াঙ্গ্রে। শিন্নীহনা মখুৎ লোয়হনা হায়রকই, "মহারাজ ঐবু ঙাকপিয়ু। অদোমনা ত্তৌবিরিবসি করিনো ?"

"ঐ করিস্থু ত্তৌবা ঙমদ্রে। তোল্লিবদি ঐনি। ঐনা কোমুংদা লৈবা, অহগা মখোয়না অঙীংবসিদা শিগদৌরিবা ॥"

"মহারাজ। ঐখোয়গী লাইবক্লা তম্বনি।"

"ওয়খোক্তবনি, খঙদবগী য়ানি। ঐখোয়গী লাইবক ফবা ফত্তবা হায়বসি নখোয়দা লৈরে। নখোয়গী ফত্তবা হায়বসি ঐখোয়গীনা হেন্না ফজ্রবনি।"

সুপীহনা শেগায়বা ফী অমনা মকোক কুপশিনলে, মতুং ওম্মোক্লগা চক্রি মনাক্তা ফমগ্রে।

মানসিংহনা হায়জরকই, "ঐ তককে ইতৈমা।"

সুপীহনা মখুৎ লোয়হনা য়ানিংদবা ঈঙ্গিৎ ত্তৌরম্মী। থাংমৈ মুংকদৌরে।

মানসিংহনা হায়রকই, "ঐ হৌজিক থাউ অমম্মুং লায়হৌগী হিদাক পিরক্কে। শিন্নীশিংগী য়ুম শারগে, লায়েংশঙ শারগে, শিন্নী অমফাউবা চারা হেন্দনবা শিল্লগে।" সুপীহনা হায়রকই, "ঐ আটাস্থু থারক্লগে। ঙমদ ঙমদ তক্লবদি হেন্না শোকচিল্লগনি।"

সুপীহনা তপ্না হায়রকই, "হৌজিক লায়হৌ ফরে।"

সুপাহনা হায়রকই, "ঐগী অরাবা পুম্বা মাংগ্রে। ঐ হৌজিক তক্লগে। হৌগৎলো ছিপলুরো। মহারাজগী য়াথং ইল্লু।"

সুপীহ হৌগৎতরে, মানসিংহ চৎখিগদৌরে।

সুপাহনা হায়রকই, "মহারাজ ঐ লমজিংজগে!"

মানসিংহ নোক্লম্মী। হায়রম্মী, "ঐ কিলাদগী লাকপনি। ঘালিয়রদগী লাকপা নত্তে। ঐনা ঘালিয়র থংগ্রবদি, কনানবু থংগনি ?"

শিন্নীহ হরাউখরে। হরাউমা হায়রকই, "ঐনা তাক্করবদি

মহারাজকসি ব্রাহ্মণ, পণ্ডিত অমসুং ইনাকখুনবশিংগী নিংখনখী, হৌজিক তি লাইরবা শিন্নীশিংগীসুনি হায়বা খঙজরে।"

মানসিংহ চংখরে। ঙৈহাক লৈরগা হিদাক থাউ অমসুং আটা থিরকখরে।

মথংগী সুমিত্তা লায়রবা লৌমী শিন্নীশিংবীনমক্তা লৈনবা চুম শাম্নবী শিন লাংগ্রে। মফম খুদিংদা লায়েংশঙ থম্নবা শিনগ্রে।

( ৫৩ )

মৃগনয়নীনা ইচম চম্না মানসিংহদা নিংশিং, "হৌজিক য়াম্না চাউবা থবক অমা পাংথোকদবা লৈ।"

"কিলা শেমজিনবা লোয়রে, পাং, পুখ্রি, গুহা পুম্নমক শেম্না লোয়রে।" মানসিংহনা য়েংলগা হায়বকই।

মৃগনয়নীনা হায়রম্মী, "য়াঈদগী থোং তৌবা লোয়রে। নাকাশিং অহু অস্টর চল্লগা লাকপনা থম্ন থিল্লি। কনামত্তমা থওদনবা থোং অসি কুপশিল্লগা পুবা অাবনি, নঙনা থওলিবহুনি।"

মৃগনয়নীনা মরু লুক্নমা নোকফেং নোকফেং তৌনা মমিৎনা হংলম্মী।

মৃগনয়নীগী লেংজুমদা পায়হুনা মানসিংহনা হংলম্মী, "করম্না অচৌবা থবকনো নঙ তাকউদনা?"

মহাক্না তাকম্মী, 'লাথীগী লুহোংবনি। ঈশ্বরগী মমাংদনি য়াম্নুংগা মথোয়নি লুহোংথরে অহুবু সমাজগী মমাংদদি হোংদরি।"

মানসিংহনা থাজনা হায়রকই, "লুহোংগনি।"

"করম্না কান্দা?"

"নঙনা হায়রবা মতমহুদা।"

'লান মহুংশিদা লাইরবগী লৈকম শাবা, লায়েংশঙ, শারুঙমা

থবক অদিন্থ পাংথোকপিয়ু। সবাজনা শকথংজিনথৈ-হুী অসি য়াম্না তোম্না হন্থনা লৈ। মতমসিদা অফবা থুমিং অমা লেংলসি।"

"কয়াম লুকনো, মতম লেপ্পিনবা মী য়াম্না লৈনা।"

মানসিংহনা বিজয়জঙ্গমদা অকবা মতম লেপহনলে। মৃগময়নীনা হায়রে, মাগী শাগৈগী অহুগা থুনগীদি আচার্য পুরোহিত বোধননি, ময়মসিনা মাবু লুহোংবদা শোলহনবিয়ু।

নিংথৌনা মাগী শক্তি খণ্ডনা য়াম্ন য়াথোকখরে। বোধনবু কৌরে। রাণী নিপাম্না তাবা কান্দদি করেম্নরকই।

"অম্নুক কুয়রবা ফাউবা লাথীরাণীবু লৈশারীব্রনে?"

"মসিনি ফুমগ্রবা অশিবা অমুক থোত্তোকপা হায়বহু।"

"মহারাজসিবু থবক অমত্তা লৈত্রবা জাংলা?"

"মাগী থবক হায়ববু মৃগনয়নীনা হায়বহুনি।"

বোধম্না লাক্লগা নিংথৌগী প্রস্তাব অহু তাশিল্লে। হৌজিক ফাউবা নিংথৌনা মাগী অনিংবদি থওবা ওমদরে।

অময়োমদা য়েংলগা হায়রকই, "নথোয়গী মন্দির শেমগৎ শাগৎপন্থ হন্দক্কী মতাংসিদা তৌরনি।"

"অদোমগী থৌজাম্নি। মহারাজগী ধর্মনি।"

"অদোমগী লৈনবন্থ অফবা য়ুম অমা শাহল্লগে।"

"ঐদি অযোধ্যানচিংবা তীর্থ চৎকদবগী ওায়হুমা লৈয়বনি। থুমিং কয়ানিদগী থন্দুনা লৈরবনি। কৈদৌঙৈ হল্লকনি খংদে। হল্লকতবন্থ য়াম্না লৈ। ঐগীদমক্তি মহারাজনা রাখিক্লরহু।"

"হৌজিক চৎহনবিয়োয়। ধর্ম-কর্ম অসি হাম্না তৌথো।"

"মহারাজ ভাকপিয়ু। মসি ধর্মগী থবক মত্তে, ঐনা হাম্না হায়-থ্রবহুনি।"

"মঙ্গ অটলসিংহগী পুরোহিত নত্রা? মথনা তৌগনবনি। দক্ষিনা কজনা পিগনি।"

"মহারাজনা লায়রখা অপাম্বা নৈত্রবা ব্রাহ্মণগা ন্নারী শান্নরি। ধর্ম হায়বসি য়োনবা য়াম্বা নত্তে।"

"হিন্দু কন্না নথোম্ননা হায়রগা লোয়রে থনখিরদগী ধর্ম অমদি সমাজদগী লাপ্না চথোকথরে হায়বা নথোরনা থগুত্রবরা?"

"হকচাংদা অপোম্বা নত্রগা লায়থুং পক্লবদি অমুক থবক তৌবা ঙমত্রবনি।"

"হায়রিবসিবু নঙোন্দা অপোম্বা নত্রগা লায়থুং পল্লবরা?"

"পক্কেনা"

"পক্লগা কমদৌনি?"

"শাস্ত্রীজি অচুম অরাম থগুনা থবক তৌ।"

"মহারাজদা ঐনা কম্নি হায়নিংঙায় লৈ! মসিকাউবদি হায়কম থোকই, ক্ষেত্রীয়শিং অসি ব্রাহ্মণশিং পাউত্তাক পিনবা শেমখিবা নত্তে। ক্ষেত্রীয়শিংদি ধর্ম অমন্দুং যন, ব্রাহ্মণ কম্নবা শেমখিবনি।"

"শেমখিবা ওয়রবস্তু, অমুক শেমদোকপা ম্নায়না। জনক, মহাবীর, গৌতম বুদ্ধ কনানো? রাম, কৃষ্ণ, অর্জ্জুন অসিনচিংবা কনানো? অদুবু শাস্ত্রী, ঐ কম্নিসু নত্তবদা মরৈ য়েৎনবা পামদে। মরৈ অসিদগী থৎন-চৈনবা, মুংশিনদবা থোকপা য়ায়। ঐনা আর্যবর্ত অসিবু ইপা ইপুনা তৌরম্বগুম মপাঙ্গল কলহলবা পামই। ঐগী ইত্তেং পাংবিয়ু।"

"মহারাজ, আর্যবর্ত অসিদি বর্ণাশ্রম ধর্ম লেংদনা থম্নবদা কনবা ঙমগনি নত্রবদি সুকগুম ঙমলোয়।"

"শাস্ত্রী থল্লু অম্ম্না হকচিন্না থনবসিদা বর্ণাশ্রম অসিনা হিন্দুশিংবু কয়াম কুয়না কনবা ঙমগনি? কম্নবগীদমক্তি চিজোয় থাং অদ্বিক দরকার ওয়। জাৎ-পাৎ অসিদি চিজোয়গী থবক তৌই অদুবু থাংগী থবক্তি মুগ অসিদা কনবা ঙমলোয়।"

"মহারাজগী রাজাং অসি হায়জহনবিংদে। অম্ম্না নিয়ম লেপ্না থবকসিদি পণ্ডিতশিংনা তৌগদবনি।"

"ঐনা বর্নাশ্রম অসি পুম্নাং মাংহনসি হায়বস্থু নত্তে, অদুবু মসিদা চুমথোক চুমশিন তৌসি হায়বতনি। মসি য়ারোয়দ্রনে ?"

"ঐদি য়ারোয়। পণ্ডিতশিংদা হংবিয়ু।"

"বিজয়জঙ্গমস্থু পণ্ডিতনি, মগোন্দগী শাস্ত্রার্থ তৌবিয়ু।"

"হৌজিকস্থু থৌরাং লৈ; মতুংদস্থু থৌরাং লৈগনি। বিজয়না শাস্ত্র অমদি পুরান কুপশিল্লগা মশাগী নিয়ম চৎনবা হোৎলৈ। নিয়মশিং অসি কুইত্রিবা য়ানি, চহি ৩০০ রোমগী মমাংদা শেমথিবা ওাক্তনি। মসি কাশী অমদি মথুরা ফাউবদা শেমদরি।"

"দ্রবিড় দেশ অসিনা ঐথোয় পুম্নমক্তা ভগবান শঙ্করাচার্য অমস্থং রামানুজাচার্য নচিংবা মহাত্মা পিবিখ্রে। অদুননি ঐনা হায়ফিবসি, লাইরিক লাইশু হৈরবা ফাউবদা নংনা জ্ঞান য়াৎলিবসে।"

বোধন শাউবনা থক থক নিক্লে। তুমিন্না লেপতুনা লৈখ্রে। মানসিংহনা ঈংথনা হংলম্মী, "করি হায়নিংই ?"

বোধন্না খোঞ্জেল নিক্লা হংলকই, "মহারাজনদি বর্ণব্যবস্থা অসি চপ য়ুংনা য়ানিংদরে, মরমসিনা ঐ গ্বালিয়রদা লৈররোয়। ধর্ম লৈত্তবা মফমসিদা ঐ লৈবা ঙমলরোয়।"

মানসিংহণা শাউনা হায়রকই, "নঙসি য়াম্না পংখ্রবা মী নি।"

"মহারাজনা লেপ্লীবসিনা অশেংবা, অচুম্বা ওয়রব্রা ?"

"তশেংবনি।"

বোধন মফমত্তদগী চৎখরে। দ্বন্দকমুক্তি মথুৎ থাংগত্তুনা আশির্বাদ পিরমত্রে।

গ্বালিয়র থাদোক্লগা তীর্থ যাত্রাগীদমক চৎখরে।

মানসিংহনা লাখীগা অটলগা লুহোংবত্তু বিজয়জঙ্গমদা তৌহল্লে। ব্রাহ্মণ কয়ামক্লম লুহোংবসিদা য়াউরম্মী। কয়া অমনা নায়ে হায়শিন্দুনা য়াউথিদে।

মৃগনয়নী হয়াউরে। বোধন চৎখিবদা মানসিংহ শুংঙায়ত্তবা

তৌদ্রে। খুদোংথিবা তারকপা মতমদা নোংমা মালিয়রদা লাকখিনী হায়না থাজরম্মী।

( ৫৪ )

লাখীগা অটলগা লুহোংলবা মতুংদা হরাউ-কুম্মে চাউনা তৌরম্মী। মসি মানসিংহনা জাৎ বিজাৎ থায়দে থজরবা পাংথোকপনি। অমরোমদা মৃগনয়নী হরাউবগী ওয়থৈ লৈখিদরে।

দরবারী অমসুং ইনাকখুনবশিংনা মখোয় অনিবু চাক্কৌরম্মী, অদুগা খুদোনপোৎ কয়া পিরম্মী। মৃগনয়নী অমসুং মানসিংহসু মাউরম্মী। রাণী অহন্না, মানা হান্না চাক্কৌনি হায়রুনা নিঙায় তৌরম্মী, মৃগনয়নীসু য়াবা তারম্মী।

মখোয় অনিনা গ্বালিয়র কিলাদা লাকপা মতম কুইখরে, অদুবু হৌজিক ফাউবা রাণী নিপালনা লাখীগী মথৎ চাদরি। মখোয় তোঙান্না লৈবনা মথুৎ চানবগী তাঙ্গাসু লৈরমদে।

হিন্দু জাতিনা অরাংবা জাতিগী মথুৎ চানৈ। মৃগনয়নীনা লাখীগী মথুৎ চানবা মাগী কাদা ময়াম চাক্কৌরে, লাখীনা থোং থাকপা য়েন্দুনা পিজরবদি ময়াম অদু লাখীগা অটলগা লুহোংবদা য়ানিংদবা তৌদনবনি।

অদুবু রাণী অহন্না হান্না চাক্কৌবগী বার্ত্তন তৌরকলে।

ফরে, ঐখোয়না কোন্না কৌরগে, মৃগনয়নীনা খল্লম্মী।

চংনবীগী মতুং ইন্না মুপা মুপীশিংগী চাকম তোঙান্না শেমলে। রাণীশিংগীদমক্তা চাক শেমহনা পুথোরকলে। মৃগনয়নীগী অমাংদসু চাকলুক থন্নরে। লাখীসু মাগী মনাক্তা ফম্লম্মী। রাণী অহল্লখর লাপ্না ফম্লম্মী। মহাক্কা য়ান্না চেকশিন্না য়েংলম্মী। চাকলুক থাবা লোয়রবদা রাণী অহন্না চাবা হৌরে হায়রম্মী।

মৃগনয়নীনা মুংশিবা খোঞ্জেল্লা হায়রকই, "মহারাণীজী, ঐখোয়গী চংনবীদা মৌ অনৌবাগী মথুৎ চান্নে। অদুনা লাখীরাণীবু অদুক্তগী শেঙহনদিরা ?"

রাণী অহল্লা নোক্কু না হায়রকই, "ঐখোয়গী কোমুংদা চৎনদে।" থুঙ্গংদদি চৎমরম্বা য়ায়।

অদোম্না লাখীরাণীবু ইজৎ থম্বীরবনিনা থুঙ্গংগী চৎনবীসু খর ইনবিয়ু। অহু ওয়রবদি ঐখোয় পুম্নমক অদোম্না লৌখৎপিরে হায়না খঙ্গলগে।"

"অদোম্না খঙজিন্ডৈদা ঐখোয়না হাম্না লৌখৎখ্রেনা।"

"অহু ওয়রবদি ঐঙোন্দা অহুগা অদোমগীদা থর খর য়েনহললগে, অতৈদি য়েঙ্গ্রবসু য়ায়।"

"নঙনা নিঙায় অসুক য়াম্না তৌরিবসি করিগীনো ?"

"অদোমু পেলহলবা পাম্বগীনি।"

"ঐদি মহুদা কয়া পেন্দে।"

"অহু ওয়রবদি ময়াম লুক হাবিরো, ঐ ফমহুনা লৈরগে।"

"অহুদি ঐখোয় কনানসু চাররোয়।"

"ফরে, ঐ লাখীনা শোক্লবা চাক অসি ঐ য়েল্লগে। মসিদদি অদোম্না য়াবিগনিদনা ?"

"ঐখোয়না য়ানিংদবদি তৌরোয় অহুবু পুলিসে ফত্তবদা খোং থাংজিনবগম্বনি।"

মৃগনয়নী শাউবনা মৈ হৌখরে। লাখীদি ফীজ্জেৎ লৈতেংবগা লোয়ননা মরু লুক্কু না লৈরম্মী।

মৃগনয়নীনা হায়রম্মী, "চাকৌবগী নমাদা ইকায়বা পীগে তৌবনি হায়বা ঐ খঙলুজ্রে।"

রাণী অহলহু মম্বিৎ মনা ইথক থকখরে। হায়রকই, নঙগী নিঙায়না ঐখোয়বু অরানবা তাহল্লে।"

মৃগনয়নী হৌগৎখ্রে। লাখীদা হায়রম্মী, "চৎলসি ইনম্মা।"

লাখী হৌগৎলমদে। মহাক্না মথুং লোম্নরহুনা ইঙ্গিৎনা হায়রম্মী, "কম্মু, হায়জসহু।"

মৃগনয়নীনা অচেৎপা ৱাইদনা হায়রম্মী, "কমদোয়, মফমসিদগী চৎলসি। মখোয় য়াম্না ৱাংনা থনখরে।"

"সুমনমোহিনীনা করিগুম্বা থর হায়মিংলম্মী অদুবু ঙাংবা ঙমখিদ্রে।" মখোয়নি মফমদুদগী মখোয়গী কাদা চংখ্রে।

"সুমনমোহিনীনা মখোয়গী চাকলুক্ লাপ্পা হুন্দোকখিনবা মনায়দা য়াথং পিরম্মী।"

মনায়মচুপীদুনা লাথী অমসুং মৃগনয়নীগী চাকলুক পুরগা মপান থোক্কে তৌরম্মী।

সুমননা অতোপ্পা য়াথং অমসুং পিরম্মী "কনাদসু পিজগনু লাপ্পা হুন্দোকলম্মু।"

মনায়মচুপী চংখ্রে। মহাক্না কনাদসু পিজখিদ্রে। লাপ্পা চত্তুনা হুইদা থাবিরম্লগা লাক্লে।

চাক অদু চাবা হুইশিংদো মুমিৎ নির্নিগী মনুংদা শিখ্রে। হুইনা শিবগী মরম কনামত্ত খঙদরে। হুই শিরিবসি হু চাবদগীনি হায়বগী চিংনবদি লৈরে! পঙাং ঙাংনখরে। থন্ন নৈনরে। পাউসি হেন্না হেন্না শন্দোকখরে অদুবু মীয়ামদদি কন্নানসু কোংদোরখিদে।

মৃগনয়নী অমসুং লাথীদি থিন্দনা রাণী অহন্না মখোয়নিগী চাকলুক হুন্দোকখ্রে হায়বা খঙখ্রে। মৃগনয়নী অহিংদু য়াম্না রানা থা'লম্মী, অদুগা চিঙ্গাক অদু চাবদগী ওয়খিবা হুইগী ফিভমদি খঙখিদ্রে।

( ৫৫ )

মথংগী মুমিত্তা মানসিংহসু খঙখ্রে। সুমনমোহিনীগা মরৈ য়েৎনবা অরেম্বনি থল্লম্মী। কিনা কিনা মৃগনয়নীগী কাদা চংখ্রে। দশা তারনি হায়না থল্লম্মী।

মৃগনয়নীনা মাগী অশাউবদু ফাথরে। মানসিংহনা বিনা লাকপা উরগা মৃগনয়নী হরাউথরে।

হায়রম্মী, "মহারাজদি নোংশা শিকার তৌরুগা লাকপা মল্লি।"

মানসিংহ তপথরে। মহাক্না মৃগনয়নীবু কোনশিনবিরে। মিংকুপ খর তুমিন লৈরগা হায়রকই, "নঙবু করম্না থেমগনি খঙদ্রে।"

"করিগী থেমগদোরিবা ? হৌখ্রবদি হৌখরে। ঐনা অসিগুম্বা রাসী অমুক হন্না তারোয় হায়না লেপখ্রে।"

মানসিংহনা অসিগুম্বা অচেৎপা রাকম অসি হাম্লস্সু তাখ্রবনি, অদুবু হোৎনবা হায়বসিস্সু পুক্নিংগী মমিং অমনি।

"পুকচেল চাউবীনি, তশেংনমক পুকচেল চাউই। অরাকপা খুদোংথিবশিং মায়োক্নখ্রগা লাকদবা খুদোংথিবা মায়োক্ননবা শেম শাবা হায়বসি পুক্নিংবু মুংঙায়হনবা অমনি।"

মানসিংহনা ঙাংলিবহুত তারগা, য়েংলগা মৃগনয়নীগী থম্মোয়দা মোমোন মোকলম্মী, মায়থোংদা মশ্মী তারম্মী।

ঙাংলিবহুত কাথরগা হায়রম্মী, "পুক্নিংদা ফংলিবা মুংঙায়বা অসিগা করম্বা মুংঙায়বগা চাংদম্নবা ঙমগনি ?"

"নঙগী মোমোন নোকপদা মুংঙায়বহুগা মান্নৈ।"

"অম্লক নকপা।"

"খুদোংথিবা নকশিল্লকলবদি মায়োক্লগদবনি। অহুগা অরাপ্পা লৈবা খুদোংথিবদি খর কিগনি।"

"থাদোকপিয়ু নত্রবদি নচিনবান চিকথৎচনি।"

"ঐ নোকথোকলগা লোয়রে। কদোনি"

"নঙসে ফৎখিদবে।"

"অহুবু নঙদি য়াম্না কৈ। অকবা ফত্তবা তিন্নবা হায়বসি নিয়মনি।"

"নত্তে, নঙদি য়াম্না কৈ। য়াম্না কৈনে লাপ্পা লৈরগা রারী শান্নসি।"

"রারিবুদি শান্নরিবসিনিনে।"

"কয়ে, রা অমা হুংলগে।"

"অমত্তা নত্তে অনি হংউনে। থুনা থুনা হংউ, ঐ অমা তথা পাউথুম পীগে।"

"ঐনা হংলিবসিনী; ঐনা অহল ওয়রকলবা কাউবা অয়ুক য়াম্না মুংশিবিগন্নু ?"

"নঙনা হায়রিবসি করিনো ?"

"অদোম্না য়াহং অনি হংউ হায়বদায়নে; অনিগুবদু হংলগে, মুংশিবা হায়বসি লেংদনা করম্না থমগনি ?"

মানসিংহনা কোনশিল্লিবদু খর থাদোক্লম্মী। চীং লেক্লম্মী। মৃগনয়নী অদু খর লাপ্পা হন্দোকলগা ফমখ্রে।

মানসিংহসু ফমখ্রে। মৃগনয়নী মোমোন নোক্লম্মী।

মানসিংহনা চীংলেম্বা মাংখ্রে।

মানসিংহনা হায়রম্মী, "নঙ অসি তশেংনা অচোবা মীনি। ঐঙোন্দনী হেন্না চাউই অদুগা য়াম্নসু কৈ।"

"মুংঙায়দা! মুঙোয়দা!!"

"ঐনা হায়রিবসি অচুম্বনি।"

"করম্না ?"

মানসিংহ মাগী মনাক্তা নকশিল্লকলম্মী। মৃগনয়নীনা হেন্নদুম মোমোন নোক্লম্মী।

"নকশিল্লকলবদি ঐ য়াম্না পিকখ্রগনি।"

মানসিংহ ইংথখ্রে।

"নঙনা মুংশিববু লেংদনা থমই অদুগা ঐনা নংগী মুংশিববু তথক তথকহল্লি। মুংশিববু লেংদনা খুদুম চন্দুনা থম্বা ওম্বা অদুডনা ফুংকোয়না কান্নবা মুংশিবা ওয়হল্লি।"

মৃগনয়নীনা মরু লুকথরম্মী। মখুদোনবীনা মখদাং নাক্লম্মী। মোমোন নোকলম্মী।

"পুক্রিংদা পাউতাক পিবসি খর লুনা থোক্কই।"

"পাউতাক পিবা হায়বসি পণ্ডিতশিং অমদি আচার্যশিংগী থবক্নি।"

শীবুর্বচিনা বোরুনবু মখিত্তা শংশংনা উরক্রে। মানসিংহনা খল্লী, মহাক অহুগী মকোক অহু অওকপনি, নোক্লম্মী।

হায়রকই, "অংনা মোমোন নোকপসি মতমগী মতুং ইল্লা শকলোন লৌবত্তম নিংখিজে। পুক্চিচুগ্না নংগী নিংখিজবসি য়েংহনা লৈনিংই। হৌজিক হৌজিক মসি করম্না ওয়থোকনি হায়না খল্লি। ঐনা শারিবা মুমশিগী মমিং মৃগেন্দ্র মন্দির থোল্লসি।"

মৃগনয়নী মরক থৎলগা নোক্লগা হায়রকই, "অহানবা য়াউমদা হঙ্গিং আপ্রে। ইচেগী মমিং থোনবিয়ু— সুমন মন্দির।"

"নত্তে, মহু থোংলোয়। নওদি ঐগী পুক্নিংগী য়াণীনি, ঐংখায় অনিনা মন্দিরগী কা অমদা বিষ্ণু ভগবানগী পূজা তৌগনি, মরমসিনা অসি অবন মন্দির হায়না কৌগনি. মংদি ঐগী মাহুনী, ঐনা নওগী মাননি, অরমলিনা মসি মান মন্দির থোনগনি। নওনা খওই, ঐগী থম্মোয়দা করম্বা মূর্তিনা ইথক ইপোম হৌরি ?"

"ঐনা করি খওগনি ? অদোম্না করি করিনো পংহল্দা হনগৎশিরে।"

"লুহোংকমদা কোয়েংৎ য়েংবুনা লুহোংফান্দা ফমলবা মতমদা, লুহোংবা হৌরকপদা ইশং শংবা মাওবত্তা নওনা চংলকপগী মূর্তিহু নিংশিং- নবা অমগনি মান-মন্দির অসিগী থোংদা মতম অহুগী ফিভম অহুগী মূর্তিহু থমগনি।"

মানসিংহ মীকুপ খর তুমিন লৈরে। মৃগনয়নী মওক খজিক্কং লৈথোক্লম্মী অহুগা মিংচিনা খিত্তুং য়েংখৎলম্মী। মোমোন নোক্লনা হায়রকই, "অহুগা কৈদৌরবা ?"

মানসিংহনা হায়থরকই, "অশীকপা, অচৌবা থোং কয়া ফাংকনি, মহুদা নওগী মোমোন নোকপহু উনবা। নওগী শম, নাহলনচিংবা নিংখিবা ফজবহুগা প্রকৃতিগী ফজবহুগা পুল্লগা ফজবা অমমুক থোক- হনগনি। নওগী নোকপগী ফজবহু তগৎ তগৎ তেকপা উহৈ য়াহৈগী ফজবহুদা মমি তাহনগনি। দোলান মথক্কগী তারক্লিবা শাইজিন অমসুং থোং, থোংনাউশিংগী ফজবহুদা নওগী নপুক্লিং ফোংদোকহনগনি। য়ুমথকী মতুম তাবা মতোন অহু নওগীগুম।"

মৃগনয়নীনা নোক্‌না ঙাংলিবছু থিংহুনা হায়রকই, "মখা তাবা পামত্রে।"

"ফরে ফরে, তারো" মানসিংহনা হায়রম্মী, "মপান্দগী য়েংলগা পাক চাউনা নিংথিবা অহুগা মচুংসু ফজবা, মহুনা ঐখোয়-নখোয়না লাংনরিবা বিষ্ণু মূর্ত্তি লৈগনি।"

"হোয়নে, মহুনি ঐনা পাম্বসু।"

"নঙনা লৈকোলসিগী খ্বায়দগী পামজবা পাম্বী অমা হায়য়ুদনা?"

"লফু। লফুগী ইশং শংবা মনাশিং শামু মনাদগী হেন্না পাকচাউবা লাশিংহু য়াম্না পামজৈ।"

"লাশিংহুগী মশাগী ফজবা মচুনা মান মন্দিরগী মথক্কী শরক্তা য়াম্বহুনা লৈগনি: মসিনা মমুংদা মন্দির অমা লৈ হায়বা খঙনবা। মুংদনা জঙ্গলগী শামু, নোংশা, ঈরোয় অহুগা পাক্তা লৈবা কাংহু উরোকনচিংবসু য়েকহনগনি! বিষ্ণুনা শেম্বনি মখোয়! কয়াদা ফজগবা।"

"য়াম্না ফজনি। কনাগুম্বা কলাকার অমনা চন্দেরী মনাক্তা লৈবা দেবগড়দা বিষ্ণুগী মোমোন নোকপা মূর্ত্তি অমা লৈ হায়। মূর্ত্তিহুনা অয়েংবগী পুক্লিংবু ঈংখহল্লি হায়। করিগুম্বদা মূর্ত্তিহু দর্শন তৌবা ফংজগদয়া?"

মানসিংহ মপুক্লিংদা খঙহৌদনা ইথিল ফাউরম্মী। ঙৈহাক মমিৎ শুরুম্মী। অরাবা খোম্লেলগা লোয়ননা হায়রকই, "তুর্কশিংনা মূর্ত্তিহু থুগায়খিবা কুয়রে। অহুবু মূর্ত্তি অহুগী মপান নায়রবা আশির্ব্বাদনা থল্লবা মোমোন নোকপা অহুদি কোকপা (মুৎপা) ঙমদরি। দেবগড়দি মালরাগী সুলতানগী মখাদা লৈরনি। ইপা ইপুগী খোদাং পাংথোকপা ঙমবা মতমদা, করিগুম্বদা যামিয়রনা লৌশিনব। ঙমবা মতমদা, দর্শন তৌহনগে।"

"অহুগুম্বা বিষ্ণুগী মোমোন নোকপা মূর্ত্তিহু য়েংলগা ঐখোয়গী কলাকারনা থম্মোয়মুংদা হাপতুনা পুরকপা ঙমলোয়দরা!"

"পুন্নকপা ওইসু য়াই। কলাকারগী থম্মোয়ন্তা'দা উপাসনা, আস্থা, শ্রদ্ধা অচুগা ভক্তি অসিগী ইহৌ লৈরবদি, মথোয়না নিংথিবা মোমোন নোকপা মওং মতৌ অচু হুংচুদা নিংথিনা হক্তুনা পুথোবপা ওইবা য়াই, হোৎনগনি। মান মন্দিরগী মন্নুংদা বিষ্ণুগী মুর্ত্তি লাৎকনি, মসিদগী ঐথোয়গী অফবা রাখল ফংগনি অফবা রাখল অদু ময়ামদা য়েন্থোক্নি।"

"অদোমসু কবি ওল্লেনা!"

"কয়ারক হায়খ্রে, তংশেংবা কবিতাদি নঙমকনি, কবিতাগী রাখন্দু ঐগী থম্মোয়দা নংনা হাপতুনদা লাক্রি।"

"তশেংবা কবিদি নায়ক বৈজুনি।"

"হৌজিক্তি পুন্নমক্না বৈজু অঙাঙবনি হায়রিবে। কবিতা হায়বসি নংগুম্বা অঙাঙবীনি।"

"মৃগনয়নী নোঙ্লক্মী।"

হায়রকই, "ঐবু অঙাঙবী! ফবেনে, যভরা উ-রা, শামু ইরোয় মুমিংকী অমসুং থাগী ফজববু হুংদা য়েংনি হায়বিবসিদী কনানো?"

মানসিংহসু ফাক ফাক নোকথোরক্লগী

ভৈহাক লৈরগা হায়রকই, "নায়ক বৈজুসি হন্দক মরক সাধন বন্না তৌরি, মমাংদা চান্ন থক্কবা থম্বফাউবা থংদ্রে। বাগ অমা শেম্নবা অহিং মুংথিলচুম্না হোৎনরি। কনাহন্বনা থিংলুরবদি বীনা থাংগত্তুনা ফুগে তানৈ, বীনাগী তুম্বা কায়থিনী হায়বা ফাউবা থন্দে। মাগী ঈশে ওংজবদুনা মোমোন নোকপা বিষ্ণুগী আশির্ব্বাদ ময়ামদা য়েন্নবা হোৎনৈ।"

'মানা তৌরিবা সাধনা অসুন্না শিল্পী কলাকারশিংনসু হোৎনরদি বিষ্ণুগী মোমোন নোকপা মুর্ত্তিদু হকপা ওমগনি, চুম্বা?"

"চুমলে চুমলে!" মানসিংহনা হৌগৎতুনা মৃগনয়নীবু কোনশিল্লে।

"অদুম্না তৌরোয়দবনি। ঙাংবনা অমা তৌবনা অমা।" মৃগনয়নীনা নোক্তুনা হায়রকই।

মানসিংহ হন্দোক্লগা ফমলে।

হায়রকই, ' বিষ্ণুগী নীংথিরবা মন্দিরসিদা ঐখোয়নি ভক্ত ওয়হনা লৈরম্মি। ঐখোয়নিদা।"

মৃগনয়নীগী মপুক্লিংদা লোয়া হংজরম্মী, "মুমনমোহিনী অহুগা তরেং কদায়দা লৈগনি ?" পুক্লিংদা অহুম খুরুমজরম্মী, শাগম্মি. শাগম্মি। পুম্নমক থাংগনি, থাংবা হায়বহুনি। অরা-মুংভায় থাওমিয়রকলবী লাখী লৈরীদনা। লাখীবু রাণী অহুম্না শোক্ল শয় য়াদবীনি খঙ্লি! অহুগা ঐবুসু!! ঐগী অমমুং লাখীগী চাকলুক মিনায় ফাউবদা পিজদে।! ঐখোয়নিবু অসুক য়াম্না হন্থনা য়েংলিবসি কয়িগীনো।। কয়াদা হন্থনা! অহুবু লাখীগা ঐ-দি ওমলিমথৈ থাংলবনি। মহারাজনদি কয়াদা মুংশিবীরিবা। মুংশিবসিগী মমাংদদি অপমান অসি কয়িন্দ্র লৈত্তে খল্লবনি। অহুবু অমুম্না মুংভায়নদবা, উশিংনদবা অসি থম্নবদি ঐনা কলাশিং অসি তম্বা ওমলরোয়। মৃগনয়নীনা খল্লম্মী।

মানসিংহনা নোক্নুনা হায়রম্মী, "মহারাণীজী কয়ি খল্লিবগে ? বাঈ খুনগী জঙ্গল, চীং, নওনা মৌ অনৌবী ওয়না লাকখিবা মতমদু খল্লিববা নত্রগা বৈজুগী তানবু খল্লিববা ?"

মৃগনয়নীনা তপ্না হায়রকই, "নত্তেদা, ঐগী খুনগী তুম্নেল, অরুবা ঈশিং নিংশিংবগী য়ানি।"

"খরদি ভাওরেদনা। হায়ত্রবহুনি, থালিয়র য়ৌনা খোং তৌরক-পদা মতম খরদি চংগনি।"

"কিলাগী মথক্তা খোংসি য়ৌরকপা ওমলোয়দ্রে ?"

"হোয়, মথক য়ৌবদি ওমলোয়। অহুবু অরাং নোংপোকী কাচিন ফাউবদি য়ৌবা ওমগনি।"

"অহু ফাউবা পুথিরকউ অহুগা মফমদুদা মুম অমা শাথিয়ু। শাথিগদরা ?"

মানসিংহ অরুবা সমস্যা অহু লৈম্নবা, মৃগনয়নীগী মনাক্তা লাকপনি মহু মৃগনয়নীগী মচিন্দগী লায়না খঙখে।

ইচং থৌনা হায়রকই, "য়াম্না ফরে ! য়াম্না ফরে ! ঐস্ু থল্লিবনি, মান মন্দির শাররা মতুংদা কৈদৌগনি, হৈহ্নবু নঙনা তাকলে। মন্দির শাম্লিরা, মরুমসিদা লৈনবা য়ুমসু শাগনি। মহুগী মম্নিং গুজরী রাণীগী য়ুম হায়না কৌগনি।"

"হৈহ্নদসু অদোমগী মীং থম্বীয়ু।"

"নঙনা হায়বহ্ন য়াবে। ঐনা হায়বসু য়াবিয়ু। মহুগী মম্নিং গুজরী রাণীগী য়ুম থোনগনি।"

"মসিদা য়াসি অহুম ফোংদোক্লনিনা ?"

"ফোংদোকলোয়, খেন্নবা লৈগনি, মতম মতমগী নংগী মওং অহোংবা লৈবগুম খেন্নবা লৈগনি। নংগী ফিজেৎ লৈতেংগুম।"

"ঐনা ফিজেৎ লৈতেং কয়াম শেংলদনা ?"

"নত্তে, ঐনা হাররদি নিংথিবা হকচাংদা ফজবা ফি থোনবা অহুগা ফজবা ফিগী মন্নুংদা নিংথিবা হকচাং। বন্ননাগী মতুং ইন্না তশেংনা মুর্তি ওয়না ফোংদোক্লবা হোৎনগনি। মহু মহৈ য়ানবা ঙম্লবদি তৌজনগী মহৈ য়াম্লে থনগনি।"

"দেবগড়গী বিষ্ণু মন্দির অহু অদোমনা থুহ্নম চনশিনবিয়ু, অহুগা হায়গীগুম্না শাবিয়ু। থবক অসি অদোম্না করম্বা মতমদা পাংথোক পিগনি। হায়রকই, "তাঞ্জা ফংলবদি মহুস্সু তৌগনি।"

মৃগনয়নীনা হায়রকই, "কলা অমসুং ইথৌ পাংথোকপগী মরক সিদা চাং পুবা ঙম্বা হায়বদি অদোম্না খঙই, ঐনা হায়রুহ্নুনা কৈদৌনি। কলাঙ্গা পুক্নিং চংলক্রুবদা, কৈ, ঈরোয় শিকার তৌবা চৎনিংই। অমুক্তং চৎনিংই; কাউবা ঙমদে।"

মানসিংহ হৈনিংদনা হায়রকই, "নোংমা থম্নরসি, রাইগী জঙ্গলসু নকলে।"

"হন্দকমুক্তি নররবরগী জঙ্গলদা চৎলসি। ময়মহুদ শামু শঙ্গু শঙ্গ উগনি, শামুমচাসু উবা ফংগনি মফমহুদগী চন্দেরী অমসুং দেবগড় লৌশিন্নবা থৌরাং তৌবিয়ু।"

মানসিংহনা নরবর, কলা অমদি রাজসিংহ নিংশিংলক্লে। রাজ-সিংহনা নরবরস্থু মপা মপুগী লমথুমনি হায়না থল্লি! চন্দেরী অমস্থং দেবগড়বু লায়না থুহুম চনবা ওয়থোকলোয়। অদুগী মথক্তা য়ুম শাবা অদুগা কলা শেমগৎ শাগৎপা লোয়দনা থল্লগা অস্থুক চাউবা থবক অসি করম্না থংপায় পায়থৎকনি? অহানবদা হান্না ঐগী অনকপা সিমনা নিংথিনা শেমথিগে। নিহালসিংহ করম্না মাংহনখিবা! কন্নাদ ফশ্লবা লাম্মী লুচিংবনো মহাক! ওহ!

মানসিংহনা মাগী রাখল লোক্তুনা হায়বম্মী, "য়াম্না থুনা শিন লাংলনি। গুজরী মহলস্থু শাবা হৌরগনি অদুগা মান মন্দির লোয়শিন্নবা হোৎনরগনি। থবক অসি থিন্দনা পায়খৎলনি অদুগা শিকারগী দমক্তি রাঈ অমদি অনকপা জঙ্গলদনা ফগনি।"

(৫৬)

কলা চন্দেরীদা থুংখ্রে। মহাক্না মাগী থবক মহৈ য়াম্দবগী মরম বৈজুননি হায়না তাক্লে। বৈজুদা শাউবছু কলাদা তায়নবে, মুংঙায়হরে।

হায়রকই, "বৈজু অদুক য়াম্না পংবা গধালি হায়বা ঐ খঙলূদ্রে। মসিদা ইঙাও ঙাওনা লৈরম্বসি। গ্বালিয়রগী ঈশিং নুংশিৎনা পংশিন-হনখ্রনাল্লে।"

"হোরীবু ধ্রুবপদ ওয়না শক্নবা বৈজুনা কয়। হোৎনরি, অনৌবা মওংদা ঈশৈ শক্নবা নিয়ম শেম শারি। গুজরী টৌড়ী, মঙ্গল গুজরী নচিংবস্থু। মহাক্না অতৈ করিস্থু থন্দে।"

"পুম্মাং মাংলেদনা। মহাক গ্বালিয়রদা লৈখিবনা ফরে। করিস্থু কান্নদ্রে। রাম্বিবদি নওস্থু করিমক্তা তৌবা ওমত্রিবসিনি।"

কলানা মানা হোৎনজবছু লোয়না তাকলে।

অহুগা হায়রকই, “অদোম্না হায়রিখি, গ্বালিয়র কোয়শিল্লকপা মতমদা খিন্দনা পাউ পিরকউ অহুবু গ্বালিয়রদদি লাক্লে, নরবররোমদা লান্দাখ্রে।”

“মসিদরা ঐনা হায়খিবা - নঙোন্দা অরোনবা থম্সু হায়খিবদায়নে।”

“শেংনা নিংশিংদ্রে। অহুবু ঐনা অনৌবী রাণীগা রাণী অহনগা য়াম্না থৎনকল্লে. মহুদগী হেন্না তৌবা ঙমদরে। কিলাগী চিত্র রেকপা লোয়রবনি অহুবু পুরকপদি ঙমদরে। অদোমদা তমখ্রবহুনি।”

“নঙনা জগোয়-ঈশৈদা হেন্না পুক্নিং লুপখিবনা নথৌ পাংথোকপা ঙমখ্রিবনি। করে কম্সি কায়দে। দিল্লীগী বাদশাহনা লোংমদি গ্বালিয়রদা লান্দগনি অহুগা মানসিংহবু হাৎকনি। নঙনা হাৎপা ঙমত্রবস্নু মানা হাৎখ্রগদবনি। সোমদনা ঐখোয়গী সুলতানসি অয়ম্বা ওয়রে, করিম্সু তৌবা ঙমদরে নত্রবদি নরবরগী কিলাগী থোংশিংদু শামুনা নমথায়হনগে দৌবনি। অহুবু সুলতানহুদি য়াম্না লমচৎ কক্তবা মীনি। সুপী লিশিং তরামাথোয়দি মাংহনখ্রবনি।”

“করি! লিশিং তরামাথোয়।”

“হোয়নে। মাগী কোন্নুংদা লিশিং তরামঙা থমগনি রাশকখ্রবনি!”

“সুপাশিংসু অরেপ্পা লৈবা নত্তে; অমা হেক কায়মখিবদা মথং মথং অরেপ্পা লৈতে।”

“নত্তে কলা, সুপা খুদিং লোয়না মান্নদে। ঐঙোন্দা চুমদবা হায়গনু।”

“অদোম্না ঐঙোন্দা অচুম্বা কয়াম তৌবিরদনা!”

“ঐ তশেংবদি বৈজুবু শাউনিংই। মা থবদি লাম্না হায়খ্রে। মতুংদদি নও অমদা অমদা চংহল্লরোয়। সুলতাবসি কিশিল্লক্লে।”

“কম্বিগী?”

“নঙনা থঙদরে, সুলতান্না কজবা সুপী থিনবা ওকিস অমা হাংখরে।

য়ালরা শিনবা থুংনা মাগী মী থাদোক্তুনা অনৌবা ফজবা মুশী ময়াম ফাহল্লি। মফমসিদম্মু লাকই অহুগা থরম্মু পুথ্রে।"

"রাজপুতশিংদি কদায়দা তুমগ্রবা?"

'রাজপুত য়াম্না লৈবা মফমদি মথোয় চংদে। থরদং লৈবা মফমদা মথোয়না ওংনৈ।"

' রাজপুত কাংবুদি করিগী পূন্দে।"

"পুনবা ওমদবননি।" থিন্দনা রাজসিংহগী মমিশ্বা মানসিংহ উরম্মী। থালিয়র অমদি তোমরশিংগী লাম্মী, মাগী থিক্রম। মতম-সিদা নয়ররগী মপা মপুগী লমন খুন্নীংবগী রাথল নি শিংলকলে। তোমরগা ঐথোয়গা চামিন থকমিন্নবা লৈমিন্নবা ওন্নরোয়দর?

কলানা মমাংদা লেপ্লম্মী।

হায়রকই, "নওগী নমিং পন্দুন নড্বু ফাউবা থিরম্মী।"

কলা পাথংথ্রে। হায়দোকখিরম্মী "এ!"

হংলম্মী "হৌজিক কৈদোগনি? কদায়দা চৎকনি? ঐগীদি কনাস্মু লৈজদে।"

রাজপুত অহুনা পাম্বোম ভিংলম্মী।

মহাক্না হায়রম্মী, "ঐ লৈরিবসিদি। নঙোন্দা হেক শোকপদা হকচাংসি মতুপ মতুপ ককথৎকনি।'

"অদোম নথন্তা কৈদৌবা ওমগদৌরিবা।"

"য়াম্না তৌবা ওমইনা। ঐথোয় থরতনা নয়ররগী কিলাবু নিকহল্লিবনি। সুলতান্না থর ফুম্বংনখিবগী তৌবনি নত্রবদি নয়ররসি পুমতোয় তোয়গদবনি।"

"অহুবু অদোমদি মুমদা লৈহুনতা লৈতে, কল্লানা কনগনি।"

"ঐনা নওবু ময়াম্না খংদবা মফমদা লোত্তুনা থমগনি। মতুদা নত্তনা সুবেদার শেরখান ঐগী মরুপনি। মহাক লৌনম্বা মী নত্তে। ঐঙোন্দা লৌনম লোথুপ তৌরোয়। ইজৎ মাংবা তারবদি ঐ শিরবস্মু শিদোকনি।"

কলানা মানসিংহদি অচৌবা মীনি খল্লম্মী।

( ৫৭ )

নিংথমথা লোয়রখ্রে, বসন্ত লাকলে। নসীরুদ্দিন্না মাণ্ডুদা সুলী লিশিং ১২ থমজিনখ্রে অদুবু মানা নিংথা মতুং ইন্নদি সুলী লিশিং অহুম য়াংলি। মহাক্না গয়াসুদ্দিনদগী হেন্না মটকুম থোজানবিরম্মী। পুক্কেদদি অয়াংবা লৈরমদে মরমদি মালবাগী লৌমীশিংনা মতম চানা লৌশান লীবকই। যুম শাবগী য়াথন্দি তৌদে। মতুদা শরচ তৌগদবনু তৌদ্রে। মেয়াড়সু দিল্লীগা লান শোক্নত্নবতা লৈ। গুজরাতকী মহমুদ বঘর্রাসু কবিগুম্বদা খানদেশকা, কয়িংম্বদা অহম্মদনগরগা, কয়িংম্বদা সৌরাষ্ট্রগী রাজপুত লাম্নীশিংগা চহি কযাদগী লান্থেংনহনবতা লৈ। মহাক্না মাণ্ডুগী সুলতানবু অমুক্তং থীনা মায়থিবা লীশে খল্লম্মী অদুবু তাঙ্গাদি যংলমদে।

নসীরুদ্দিননা য়া অসি খংলম্মী অদুবু হাথু হাথু ওয়থোক্লোয় হায়বসু খল্লি। মনমতুনা মহাক্না মপাবু হাংলগা মাণ্ডুদা খুদোংথিবা লাক্কনবা তোৎনরম্মী। মহাক্না সুলী যজবা লৈবা মফমশিদা চুত থায়। মীকান্নমক্কয়া মসিদা মখোয় ওয়নথি মালবাগী রাজপুতন শাউমনখিবনা মথদাং চিক্নানা লৈরে অদুবু কয়িসু তৌবদি ওয়দবে। মেদিনীরায় পোকখ্রে, অদুবু মহাক্না মালবাগী রাজপুতশিংগা চান্নব ওংদ্রে। খুদোংথিবা লাক্কদবা নসীর থওই অদুবু মানা থওয়রবমদে, মনমদি মতংদুদা অমুয়া খুদোংথিবগি কনাসু থওয়নবনমদে। মেয়াড়সি রাণা সাঁগাগী খুশিনগী মতুং ইন্না লৈরম্মী। নানক, কবীর, চৈতন্য মহাপ্রভু, বদীব অসিনচিংবনা ভক্তি মার্গগী নমথবা উৎকৃষ্ট শক্তি কয়া শেংখ্রে।

নসীরুদ্দিননা মাগী উদ্রপুরী শাহদা য়াথন লোয়রগা চংলম্মী লোংমা মহাক্না মাণ্ডুগী চাউবা পাৎ কালিয়াদহদা জগোয়শাবী শিংগা ইচিংদা শায়খে লেপ্লম্মী।

মটকনা হায়বকই, ‘বাহ, কয়ি হায়নবা জহাপনাহ! সংসারগী মফম অমদা অসুম্না লুংডায়বসি লৈরমলোয়দা।”

ইশিংচায়দী শায়কম অদু পাক চাউনা থাজিনখ্রে।

অমরোমদনা শংবান্নবা ঈথকী ফজবা অতুগা খাজিল্লীবা। অতুগী মনুংদা ফজন্নবা মাথল কয়ানা লৈতেংলদুনা জগোয়শাবীশিংনা কৌজেং মপৈ ইহৌরকপগুম লাক্লম্মী। মখোয় মরক্তা খেন্নবা হায়বমু কৌজেংনা মচু অমত্তনি অতুগা মখোয়গীদি খেন্নবা মচু কয়ানি। নোংজুখাগী কুরাক্লুন্না পায়থোরকই অতুবু কুরাক্তি মকম অমদা পুন্দুনা লৈত্তে মখোয়দি পুন্না লৈরম্মী। মখোয় পুন্নমক নোক খেতুনা লাংতুনা য়ারী শান্নরম্মী। অতুগা মখোয়গী ইনখৎলকপগী ফজবতু উৎলম্মী। অদুনা মখোয় য়ান্না লাংলম্মী। নসীরুদ্দিননা ইংনবা উপায় থিরম্মী। মানা খল্লম্মী, মসিগী লাংবসিদি ইন্দ্রকাউবনা থিংবা ঙমলোয়।

নসীরুদ্দিননা ঈশৈ নোংমায়, জগোয়স্সু তৌহল্লম্মী। ঈশৈ শকপা হৈবা তাম্নবগীদমক শিন লাংলম্মী, য়ু হাপ্পা পাত্র, কপ অসিনচিংবসু।

জগোয়শাবীশিংগী হরাউ তত্নাম্বা লাংবদু খর হন্থখ্রে। নসীরুদ্দিন পেন্দ্রে। ঈশৈ লেপহন্দুনা হায়রকই, "ঈশিংদা চোংথরো, শান্নরো। ঐস্সু ঙৈহাক য়েংলগা চোংথরক্কে।"

য়াথংতু থিন্দনা পাংথোক্লে। ঈরোয়বা হৈবশিংতুনা মফি লৌ-থোক্লগা ঈশিংদা চোংথরে। ঈরোয়বা হৈতবশিংনা তোর্বান্দা ফমতুনা মখোংনা কাউতুনা শান্নতুনা লৈ। নসীরুদ্দিননা অমদস্সু অমদস্সু পুক্লিং থৌগৎলম্মী।

মুসী খরদি শান্ন শান্নতুনা পাংকী ময়ায় য়ৌখ্রে। চোকথরে, ঈরোয়বা ঙমদরে, ঈরাক্লরে। কনবিয়ু হায়না লাউরক্লম্মী। মনাক্তা লৈবা কাংবুনা কন্নবা চোংথরম্মী। ঈরাক্লরিবসু কনবা চৎপা কাংবুসু ঈরাকমিন্নথরে।

নসীরুদ্দিন্না লাউরক্লম্মী, "মখোয়সি কনবিয়ু! মখোয়সি কনবিয়ু!"

পুন্নমক্লস্সু লাউনকরলম্মী।

নসীরস্সু মখোং মপুং থিজম্মী, অতুবু ঈশিংদদি কুমথরমদে: মটন্না মঙাল্দগী হেন্না চোং ফল্লম্মী অতুব করিস্সু তৌবা ঙমলমদে।

খাজিল্লিবা অদুগী মরুমদা সুলতান মনায়ময়াম লেপ্লম্মী, মখোয়দুগী মন্নুংদা ঈরোয়বা হৈবস্ু য়াওরম্মী, খাজিল্লিবদুগী মন্নুংদা চংশিন্দুনা ঈশিংদা চোংথরে ঈরাক্লবদু কল্লম্মী নুপীশিং অদু জ্ঞান মাংলম্মী তোর্বান্দা পুথৎপিরম্মী। মখোয় লায়েংখ্রে। মখোয় কনবা মীশিংদু মরু লুক্তুনা লৈরম্মী, সুলতান্দগী মনা মথুম ফংনিংবগী মীয়েং হেংলম্মী।

সুলতানসু মখোয়বু উরে। মহাক্না মীশিংদু মনাক্তা কৌশিল্লে, নুপীশিংদু মরু লুক্তুনা লৈরম্মী।

"নখোয়গী নমিং করি করি কৌই?"

মখোয়গী মমিং তাক্লম্মী।

"নখোয়না খাজিল্লিবা অসিগী মন্নুংদা করম্না চংলকইবা?"

ব্রাহংসিদা মখোয় হঙ্গোয়রপ তৌরম্মী।

"কনানা কৌবনো? কনাগী য়াথংনো? হায়য়ু, তাকউ।"

মখোয়মীয়াম্না লাউনরকপা তাই। মীনুংশি খঙই, হ্যুন নাকপনি।

অদুবু অমখক্না খুম্নকলম্মী, "জহাঁপনাহনা বল্লু হায়না য়াথং পিখিবদায়নে।"

"অপংবশা! নখোয়দবু য়াথং পিবা।" মহাক্না য়াক্লা লাউরম্মী। অতোপ্পদি করিগী চোংথদে? মখোয়গী পুক্নিংদা খল্লম্মী। নুংঙায়তবা অমদি কিবনা করিমত্তা হায়বা ঙমদ্রে, থক থক নিক্লম্মী।

নসীরনা য়াথং পিরম্মী, "য়েংলুবা উরুবশিং অদুগী মকোক ককথৎলু, মথুৎসু ককথৎলো।"

মনায়শিংনা মপান্দা পুথোক্তুনা সুলতানগী য়াথং পাংথোবখরে।

নসীরনা কন্না লাউরকই, "খ্বাজা মটরু, নুংঙায়বা হায়বদু লোয়রেদনা?"

খ্বাজা মটরু জ্ঞান মাংখরে।

নসীরুদ্দিননা মশাম কয়া শাম্নখরে। নুপীশিংদু ব্রারম্মী অদুবু সুলতান হরাউহনবা হায়রসি মখোয়গী মখোনি। মশাম কয়া শাম্নখরে। শংবাম্নবা পাৎ অদু পুম্নমকসি উরম্মী অদুগা হরাউনা ঈথক হোৌরম্মী।

( ৫৮ )

সিকন্দর লোদীগী থম্মোয়দা গ্বালিয়রসি তিংখংনা য়ুবগম্মা য়ুরম্মী। মহাক্না কয়ারক হন্না লান্দারম্মী অদুবু মায়থিরম্মী। সিকন্দরগী মনাও জলালনা বঙ্গালগী জৌনপুরদা লান্দদুনা মাগী ফিরাল হায়হনগে্র হায়বদি মাগী তোঙানবা লৈবাক শেমনবা হোৎনগে্র। সিকন্দরনা অমরোমদা চৎথ্রিঙৈদা মহাক্না অন্তর্বেদরোমদা লৈথহোরে। সিকন্দরনা জৌনপুর নৈথায়রে। জৌনপুরগী সুলতান হুসেনশাহনা মশাগী মমিংদা হুসেনী কনহড়া হায়বা ঈশৈ অমা হৌদোক্লম্মী। মহাক ফাউথরে, মহাক্না জৌনপুরবু ফজবা নীংথিবা দলান কয়ানা লৈতেংহল্লম্মী অদুগা বঙ্গাল-য়োমদা চৎথিরম্মী। সিকন্দরনা অন্তর্বেদদা লাক্লবগীদমক লখনৌদা পল্লরম্মী। লখনৌ অপিকপা সহর অমনি, অদুবু লমদি পাকচাউই অদুগা লৈহাওসু চেল্লি। জৌনপুরগা লোয়ননা লখনৌসু দিল্লীগী মখা পোল্লি।

লখনৌদা পাল্লিঙৈ সিকন্দরগী মনাক্তা মুল্লা-মৌলবীশিংনা লাক্তা ফম্লরে। সিকন্দর য়াম্না মীচং মীথায় নায়বা মী ওয়রম্মী। মহাক রাজনীতি হৈবা মীনি।

মুল্লা মৌলবীশিংনা মখোয়গী মগুণ খঙহন্নীংদুনা লাউথোকহল্লম্মী মহুদি "কনাগুম্বা হিন্দু অমনা ধর্মগী মরমদা য়েৎনবা পাম্লবদি মখোয়গা য়েৎনবা য়াগনি।"

অমরোমদা অম্মুম্না য়েৎনবনি অতৈনদি দরকার ওয়দে খল্লম্মী। অদুবু বোধনদি শিংনবসি য়ারে। মহাক্না চহি ২ রোম তীর্থযাত্রা তৌরুরগা অযোধ্যাদগী মথুরা বৃন্দাবনরোমদা লাক্লম্মী। নিংথৌগী দরবার য়েংনীংবগা লোয়ননা মরৈ য়েৎনবসু পায়ম্মী। শাস্ত্রার্থ তৌনিংবগী রাখম্না মীগী শেন্দোল লৈবগুম রারম্মী। মহাক মৌলবীশিংগী মনাক্তা লাকলে।

অথাবা ফুয়িৎ, কৈজোম শেংলি, মরু কোকই, চিখাক থাকই, কোয়েৎ য়েংলি, পুমভৌ ভৌরে, মখোংদি খোংউপ তোংদে। মথুত্তা করিস্‌নু পায়দে। সিফায়শিংনা মহাকপু উরগা নোকই। মুল্লাশিংনা মমিৎ সুক্কুনা য়েংই অদুগা থুহুম শিংই।

ভৈহাক্কী মতুংদা সভা ফমলে। সিকন্দর লাক্কুনা অরাংবা তাংবন্দা ফমলে। ভৈহাক লৈরগা মরৈ য়েংনবা হৌরে।

"খুদা অমত্তরা নত্রগা ময়ামলা?"

"অমত্তনি। অমথক্তনি। মহাক পুম্নমক্তা লৈবনি।"

"ঐখোয়গী সিদা লৈবা সুফীস্নু মসিগুম্বা হায়, অদুবু মখোয় লাল্লি। ঐখোয়না হায়, খুদা পুম্নমক্তগী তোঙাল্লি। নঙ লাল্লি হায়বগী প্রমাণ পিয়ু!"

"পরমাত্মা হায়বসি পুম্নমক্তা লৈ অদুগা পুম্নমক্তগী তোঙাম্নসু লৈ। ঐখোয়গী শাস্ত্র অমসুং ঋষিনা হায়। মসি কবি ফাউবা হায়। পুম্নমক চুমই অদুগা পুম্নমক লাল্লি।"

"করিগুম্বা থরদি নঙনা চুমলে। খুদাগী মনাক্তা য়োগদবসি লম্বী অমত্তরা, সুপ্নগী অমথক? নত্রগা ময়াম্না?"

"নী লৈরিমথৈ লম্বী য়ামই। অদুবু পুম্নমক্কী থুংফমদি অমত্তনি।"

"হায়বদি নুংশিং, উশিং, শাশিং পুজা তৌবা কাংবুস্নু থুংগদরা।"

"মখোয়স্নু মত্রগা অতোপ্পস্নু য়াম্না থাজনা ভক্তি লৈনা চংলবদি থুংবা ঊমগনি!"

"হায়বদি মুর্ত্তি পুজা তৌরগস্নু?"

"হোয়নে।"

"নুং মচেৎ পুজা তৌরগস্নু?"

"মখোয়হ নুং মচেৎ নত্তে। মীওইবগী থাজবগী খুদমনি।"

"নখোয়গী যোগীশ, খুদাবু নিরাকার ব্রাহ্মণনি হায়, মতুদা থাজবগা নুংদা থাজবগা করিস্নু খেন্নদত্রা?"

"ওয়বা য়াই নত্রগা ওয়দবস্থ য়ায়। থাজবা, খংবা অমদি ভক্তি তৌরিবদুগী থাক্কী মথা পোল্লে।"

"অপংবগা অশিংবগা খেন্নবরা খেন্নদত্রা?"

"য়াম্না খেন্নৈ। অপংবা হায়বসি অশিংবগী থাক অমনি অদুগা অশিংবা হায়বসিস্থ অপংবগী অনিশুবা থাক অমনি।"

সিকন্দরনা লাউরক্লম্মী, "নঙনা হায়রিবসি করিনো?"

বোধন্না খুম্নম্মী, "ঐনা চুম্না হায়রি জহাঁপনাহ।"

সিকন্দর শাউরম্মী, 'মরৈ য়েংনবা লাকপরা নত্রগা মৌলবীশিংবু ইকায়বা পীবা লাকপরা?"

ব্রাহ্মণদু অকিবা লৈরমদ্রে। অচেৎপা খোঙ্গেন্দা হায়রকই, "মরৈ য়েংনবা লাকপনি, অচুম্বা থিরগা অচুম্বা রা তাকে লাকপনি। ঐগী রাসিদা মুংঙায়ত্রবদি মফমসিদগী চৎখ্রো হায়বরা?"

অদুবু ব্রাহ্মণগী মপুক্লিংদা মফমদুদগী চেন্নীংবগী রাখল লৈরমদে, মৌলবীশিংনস্থ মহাক্কা উশিক্তনা চৎহনথিবদু পামলমদে। কনানস্থ অচুম্বা খিনীংলমদে। মখোয় অমনা অমবু উশিৎনদবগী রাখল লৈরম্মী। বোধনগী মপুক্লিংদা অকিবা লৈরমদে। মুল্লাশিংদি মপাল ফরিবনি।

মনাক্তা লেপলিবা মুসলমান সিপাহিশিংনদি অহানবদা ব্রাহ্মণবু অঙাওবনি খল্লম্মী, মাগী মথৌনা রাখল উরগা মপুক্লিংদা হায়রম্মী, মথৌনা লৈবা সিপাহীদি করিশুম্বদা তোল্লবশিংবু নৈহংগি দেনা।

মৌলবী অমনা হায়রকই, "করম্না চৎকনি ব্রাহ্মণ? মায়থিরে হায়বা য়াজো, ইসলাম ওল্লো অদুগা মফমসিদগী চৎথিবা য়াগনি।"

ঐগী ধর্মনা অতোপ্পদগী করি হস্বদুনা ইশাগী ধর্ম থাদোক্তুনা অতোপ্পদা ওনগদৌরিবনো?

"মসি অপংবনি! মসি অপংবনি!" মৌলবীনা লাউরকই।

সিকন্দরনা হংলম্মী, "কদায়দা লৈবা অপংবা মীনো?"

মহাক্কা খুম্নকই, "গ্বালিয়রগীনি।"

"গ্বালিয়রগী! হায়বদি মানসিংহগী অয়োনবা পাউমী!"

"মানসিংহগী অমোমবা পাউজী মন্তে। মানসিংহগা খংনরগা থোক্কলকপনি, চহি খর কুন্নরে।"

"হায়ক্তিনবনি। মীনবনি!"

মরৈ য়েৎনবা লোয়ত্রে। মাহংদি বোধন কমদৌনি হায়বসিনী?

সুলতানা মৌলবীশিংনা য়াথং পীরে, "মাগী মরায়বকসি নখোয়দা শিন্নরে, নখোয়না লেপলো।"

কদিগুম্বা খর থোক্লনি হায়বা বোধনা খল্লম্মী। মতোন্দা মপুন্সিদা অমুক্তা থোকখিদরিবা ইথিল ফাউরকলম্মী। মৌলবীশিংগী মারেপ্তু খিন্দ্রমদে। ঙৈহাক্তী তুংদা মখোয় অমগা অমগা মাতাম্নরম্মী, মহু বোধনদি খঙলমদে।

মৌলবীশিংনা লেপ্লম্মী, "ইসলাম ওলহনবা নত্রগা মকোক কল্লগা লংথোকপা।"

বোধনা য়াম্না শেংনা কিদনা মারেপতু য়ারে।

হায়রকই, "ইশাগী ধর্ম থাদোকলোয়, কোক কল্লগা লংথোকউ। কোকসি ঐগীস্তু নত্তে।"

"মাহৈসিদি সুকিশিংনা হায়নবা মাহৈনি!" সিকন্দরগী মচিন্দগী হায়রক্লম্মী। বোধন সুংঙৌগী মূর্তিগুম লেপখরে। মহাক মথুৎ পুন্দুনা লেপ্লম্মী।

মুসলমান সিপাহীশিংগী মপুক্লিংদা খল্লম্মী—হে অল্লাহ। মসি করিনো তৌরিবদে। তোল্লবসি হাৎপা তারবরা?

অদুবু সিকন্দর অমসুং মুল্লাশিংগী লৈবাকসিদদি উপায় লৈতে অদুগা মখোয়গী উপায় লৈজদবতু খঙজরম্মী।

বোধন মীহাৎপশিংদা শিন্নখ্রে।

মহাক শিরমদায় ফাউবা লেংদনা লৈরম্মী, শান্তি লৈরম্মী, অকি অথং লৈরমদে। ঈশ্বর পুম্নমক্তা লৈ। ঐতোন্দসু, মীহাৎপদসু লৈ, মীহাৎপগী থাংশাং অদুগা ঐগী কোকতসু লৈ। পুম্নমক্তা লৈ, চপ মানৈ। লাখীদসু অটলদসু ঈশ্বর লৈগরা? অদুগা ঐনা মখোয়মনগী মমক্তা

কম্নিগী খেন্নবা থমলুরিবা ? অচুদি ঙ্গাং বিজাং বর্ণাশ্রমগী য়াদি। অমা ওয়নবস্তু অমা ওয়নবস্তু মখোয়গী মফমদা এগী মুংঙায়তবা লৈখিদে। সিকন্দরগী মফমদা, মৌলবীশিংদা, কনাগুম্বদস্তু এগী ফত্তবা য়াখল থমখিদে।

বোধন্না তপ্না লৈবহু উরগা মীহাৎপহু মীকুপ অমত্তং মুংঙায়তনা লৈরম্মী।

বোধন্না হায়রকই, "কম্নিগী থিল্লিবনো ? য়াল্লোদনা।"

মীহাৎপগী মশুৎ শোল্হরম্মী, মীকুপ হ মক্ত' মশুৎ নিক্লম্মী। বোধনগী থম্মোয়দা অওকপা য়াখল অমা লাক্লম্মী। মহাক্না অম্নাকপা খোঙ্গেল্দা হায়বকই, "ককলোদনা।"

থবক্তু পাংথোকখ্রে অদুগা বোধনস্তু মাগী অপাম্বা লম্বীচুদা থুংখ্রে।

সিকন্দর অমদি মৌলবীশিংদা বোধন লোয়শিনখিবগী পাউ পিথরে।

মুসলমানশিংহু মরাল লৈতবা ব্রাহ্মণদু হাৎপদা কয়া মুংঙায়রমদে। সিকন্দর অমস্তুং মৌলবীশিংগা য়া তাংরম্মী। মখোয়না ভোরবা থবক্না ইতিহাসকী লমায় থিহললে। লাম্বীশিংনা হুরানবা পোৎ-চৈ য়াউবা য়েঙ্খোকবৈ অদুগা হন্দক্কী মীহাৎসিদি কনানত্তস্তু হায়নরমদে (মুংঙায়নরমদে)। মূর্ত্তিশিং মন্দিরশিং থুগায়বদি ভরাং ভারত্তা শাউনরমদে অদুবু বোধন হাৎপসিদি মৈ হৌবমখৈ শাউনখ্রে। অত্তর্বেদগী মায়কৈ মরিমক্তা ময়াম ইহৌবক্লম্মী, মপাঙ্গল কনখৎনরম্মী।

হৌজিক দিল্লী মপাঙ্গল কললে হায়না সিকন্দর অমস্তুং সিকন্দরগী মুল্লাশিং, সরদারশিংনা থল্লম্মী। মখোয়না দিল্লী নিকলে হায়বসিদি খংলমদে। দিল্লী সরকারদু মরা চেৎনা থম্নবা হোৎনবদা য়ৈথায় ফিনগায়বা অনিথক লৈরম্মী, অমনা গ্বালিয়রনি অদুগা অমনা মেবাড়নি। মেবাড়দি খব আপ্না অদুগা গ্বালিয়রদি থমোয়দা তিন্নং পুবওম থোক্লম্মী। দিল্লীদগী গ্বালিয়রদা লাম্দাবা হায়বসি মতম য়াম্না চংলম্মী। মরমসিনা আগ্রাদা অমুক হন্না লৈনন্না শেমখ্রে। আগ্রাদা অহৌবা লাম্বৈরা

শেমগে হায়না সিকন্দরনা লেপখ্রে। মহাক্না আগরাদা অনিশুবা কোনুং ওয়নবা শেম্বা হৌখ্রে। মকমতুদগী গ্বালিয়রদা লায়না লান্দাবা য়ারগনি। অদুগা মেৱাড়বুসু নমথবা য়ারগনি।

( ৫৯ )

গ্বালিয়র কিলাগী চৌংগী অরাংনোংপোক থংবা মায়কৈ অদু থর নেমথরম্মী। চহি মরিগী মতুংদা মসিগী মথক্তা মৃগনয়নীগী গুজরী মহল শারে। মথকী কাদু মহাকী বাগা শমহল্লম্মী। মথাগী কাগী মথাদা রাঙ্গী খুনগী সাঁক তুবেন্দগী ঈখৈদুনা পুবকপা খোং অদু গুজরী মহলগী মথাগী কা ফাউবা পুরকখ্রে অদুগা ঈশিং থাদোক থাজিল শেমখ্রে। গুজরী মহলসি চাউরাক্না পুদুপ ১৫০ শাংই অদুগা খুদুপ ৭৫ পাকই। কা অনিগী মথক্তা, কা অনিগী মখাদা সাঁক তুবেন্দগী পুবকপা খোংগী পুখ্রি থন্নম্মী অদুগা মায়কৈ মনিয়ন্ধা মথোল অনি অনি শারম্মী। মথক্কী কাগী ময়ায়দা পাক চাউরবা মাঙ্গোল থন্নম্মী অদুগা মায়কৈ মরিমক্তা ফজরবা দলানশিং শারম্মী। মপানসু মনুংসু মৃগনয়নীগী মপাঙ্গল কনবা ফজবা নিংথিবা, অচম্বা মুর্ত্তি ময়াম য়েক্লম্মী। কাগী থোংশিং লুহোংবগী মাগুবগী উরি রারীনা বন্দনৱার শেম্বগুম য়েক্লম্মী। য়ুমপুম্বদা ইচম চম্না লৈতেংলম্মী।

মৃগনয়নী মচানুপা অনিগী গমা ওয়খ্রে। অমনা রাজসিংহ অদুগা অমন বালসিংহ কৌরম্মী। লাথীনা মথোয়বু শাক্লবদা রাজে অদুগা বালে কৌরম্মী! গুজরী মহল অসিদা মপাঙ্গল কনবা মমা অমনা মগুণ লৈবা নোংশা মচাগুম্বা মচা অনিবু মতম্বাক্তা পমদুনা শান্তি লৈনা লৈবগুমই। গুজরী মহলগী মথক থংবদা কিলাগী অরাংবা চৌংথক্তা, অরাংবা চেকপল লৈ অমসুং খা থংবা কাচিন্দা মান-মন্দির লৈ। হৌজিক মন্দিরদু শাবা লোয়গদোরে। চেকপল অসি মানসিংহগী কন্নবা খুংলায় অমগুম ওররম্মী, অদুগা মান মন্দিরনা মাগী প্রজা ডাক-শেমবা লেপ্পগুল্লম্মী।

মান মন্দির শাবা থোক্নরে মহারী শক্লকী কশাক্না মতু পাম্বীগী ফজবা য়েকলবতা মঙামনম্মী। নোংবদি য়েকথা লোঞ্শিলালে।

য়াউশংগী রঙ পঞ্চমী মুমিত্তা য়ুম শক্নাবশী মতম লেপরে। হোক্নীদা মীয়াম পুম্নমক হরাউ তম্মাম্মী. রঙ পঞ্চমীদনা হেম্না হরাউরম্মী। মান মন্দির অমম্নুং গুজরী মহল অসি প্রজাশিংনা মশামকিনি খল্লম্মী।

য়ুম সঙ্গাবা মতম য়োরে।

লাম্মীশিংনা কেশরী মচুগী কোয়েং য়েংখি, কেশরী মচুসি মানসিংহগী মুমিং য়েকপা কিরাল মচুশুনি, মচুসিনা পীক থনখরে। সক্নবগী মুপীশিংম্নু মথল মথেলগী মচু শংগ্রে। নায়ক বৈজু অনৌবা কিজেং লৈজেংবদু হোংদোক্লগা অমনবা শেংলে, কোয়েংশু অমনবা য়েংলে, বীনা শেংদোকলে, লৈগুনা সরস্বতি পূজা তৌরে। মানসিংহনা মৃগনয়নীবু গুজরী মহলদগী মান মন্দিরদা পুরকলে। মন্দিরগী মথাসি অনুকী মতিক ফজগ্রে, মহুদি অরাংবা লমু পাম্বীগী বন মমুংদা বিজুনা মথুং তিংথোকুনা আশির্বাদ পিবগুম তৌরি। লাগী ফজবা মচু, মুংদা হকলিবা শামুগী ফজবা অছুগা মনিং তমনা চংলিবা শাশিং উরগা মৃগনয়নী মপুক্নিংদা কম্নো তৌরম্মী। মমুংদা চংলগা, মথক্তা মাঙোনগী নোংচুপ্তা বিষ্ণু মন্দির লৈ, মহুগী মায়কৈ মরিমক্তা কম্নবদা জালি থারি। মাঙোনগী নাকন অমদনা লাইব্রিকী লাইব্রেরী লৈ অমরোমদা সভা ভবন লৈ। সভা ভবন অসি ঈশৈ নোংমায় শকফমনি। বিষ্ণু মন্দিরগী মমাংদা কা অমা লৈ। মসিদু হায়রদগী হেন্না ফজনা লৈজেংলে।

মৃগনয়নীনা হায়রম্মী, "কমায় ফিংথিনা লৈজেংগ্রবা। নগী থম্মোয়দা লৈবা কবিতাচুমক মান মন্দিরগী মমাংদা কম্নরে।"

"ঐগী কবিতা নত্তে, নঙগী কবিতানি। অদুগী মথক্তা খুংগা হৈবশিংগী কবিতানি। ঐগী কারীগরশিংনা খঙলবদু নঙনা ঐগী মাথক্তা পিরনি. মথোয়দা অমুক খঙহনজনি। কারীগরশিংনা য়োগ তৌরে, মথোয়গী মাথক্তগী ফজবা মুর্তি য়োমকলে অদুগা নঙগী ফিংথিবা মাথক্তু মুংদা হকু না কোংদোক্লে।"

মৃগনয়নীনা মমাংঙৈগী রাখল নিংশিংলকলে। অহিংগী মতমদা লবুকী শগায়দা ফমখিবা, থাবলগী ফজবা য়েংবা, ঈথক ইপোমগী ফজবা ফোনাশিংমা লেং-লেং চৎপা, তুংদনা অরাংবা চীংশিং, ইশং শংবা উজাও, অঙ্গলগী শাশিংনা কোয়না চৎপা। মহাক্না খল্লম্মী, মসি পুন্নমক ইশং শংনা উরে অতুগা মথকী মতোনসিদি উহৈ-রাহৈ য়াম্না হৌবগুম্না মৃগনয়নী মুংঙায়বদা লুপখ্রে। মহাকী মায়খোংদা মথোং কারকপগী ফজবা অতুগা মমাওয়বগী ফজবা অনিমক পুন্না তাবতু মানসিংহনা উরে।

মানসিংহনা হায়রকই, "ওসিদি নংনা নায়ক বৈজুগী নিংথিবা নিয়মা শেন্নবা ঈশৈ নোংমায় তাবা ফংলগনি।"

মহাক্না হরাউনা হায়রকই, "মতুগী মতুংদা ঐস্তু ঈশৈ শকলি অতুগা তাণ্ডব জগোয় উৎকনি। ঐনা থোরাং তৌরে।"

"কৈনে, কৈনে, নঙনা তৌনিংবতু তৌ।"

"হোয়নে অদোমস্তু চাউথোকপা হৌরেদনা।"

"মঙনা ওয়নরগা ঐনা থেস্তু হায়বরা ?"

"ঐগীদা লেংলসি, অদোম্না ঐবু কয়াম মুংশিবগে য়েংবা তারে। ওসিদি রঙ্গপঞ্চমীনি, খর চেকশিন্না লেংবিরকউ।"

"ফরে, কনাম ওন্নগে য়েংবা তারেদনা।"

"অদোনবু ঐনা মায়থিবা পিজগনি।"

"মায়থিন্নবা ফাউবদা ঐনা জয় ওয়্গদৌরিবনিনে।"

"মুংঙায়দা, মুংঙায়দা, থম্মোয়স্তু ঐগী, হৃকচাংস্তু ঐগী !"

মখোয় অনি নোকমিন্নরে। মান মন্দিরগী মথক থংবা শরক্না মখোয় অনি লেপলি, নোকমিন্নবগী মখোঙ্গেল অতু তিন্নখিরম্মী।"

মখোয় মখোয়গী মফম লাংদা থুংখ্রে। বিষ্ণু মন্দিরদা পুজা হৌখ্রে, পুজাগী মতুংদা ঈশৈ নোংমায় শকপা হৌখ্রে।

সভা ভবনগী মথক থংবা দলানদা জালি থাবরোমদা মুপীশিংগী ফমফম থমই। মফমতুদা রাণী নিপাল, মৃগনয়নী, লাখী, অতুগা সহরগী মুপীশিং ফম্নম্মী।

লাখী মৃগনয়নীগী মনাক্তা কন্নখী। মখোয়গী মনাক্তা মহৈরগী মুপী শেখবদু কন্নখী।

নায়ক বৈজুনা হোলী শরক্লে।

নিংখিরবী ওয়নবীরদু হোলীগী মুমিৎসিদা।

নঙঙম্না নিংখিবী কনা লৈ।

শান্নবা খাদোক্তুনা মীংচিগী তেন কাপশিবী।

নিংখিরবী ওয়নবীরদু।

নায়ক বৈজুন মুংশিবা খোঞ্জেল, তান মেনগা লোয়নন্না অয়ৌবী শৈশক শরুখী। বিজয়জঙ্গম্না ঙৈহাক্তং খাগা লোয়নন্না শকমিন্নরে। "ঐ তান ইনবা ঙমজে।" মসি হায়রগা মহাক মায়থিরে হায়বা য়ারে। অদুগা তম্বুরাদা বৈজুগী তানদি থারি।

মুংথিল ওয়বনা মথক্তা ফক্লিবা রাণী কনাম্বত্তা উইব্রে অদুগা তুম্বদু তুমজে। অদুবু রসচুপ্পা ওয়না অমগা অমগা রারী শান্নবদি লেপত্রি। সভা ভবন্দা ঈশৈ শক্লি অদুগা অমদনা রাণী অহন্না অচৌবা কা মতপ অনিশক সনাগী শেম্বাক্ত হাপ্তুনা মনায়মুপী অমদা মৃগনয়নী অমম্মুং লাখোগী মনাক্তা থারকলখী।

সনাগী শেম্বাক্তুনা হেক থম্বগা খুনগী মুপীশিংদু অমগা অমগা য়েংনদুনা মরু লুকথনরম্খী। অদুগা মৃগনয়নীরোমদা য়েংলক্লখী। থঙহোৗদনা মখোয়গী মরক্তগী চিংনবা কোংদোক্লরম্খী, মৃগনয়নী থঙত্রে। শেম্বাক্তগী কাহু লোথৎলে, লাইবক কৎলে অদুগা ফিজিদা য়েপশিনখরে। লাখীনা ঈশৈদা পুক্লিং লুপ্না কাহু লোথৎলে, লাইবক কৎলে অদুগা চাশিনগে 'তৌবগা মৃগনয়নীনা মথুং ফারম্খী। হায়রকই, ব্যবহার তৌরগা ফিজিদা য়েপশিনখো।"

লাখীনা মিংনা ঈজিং তৌদুনা হংলম্খী। মৃগনয়নীনা ঈজিং তৌদুনা খুঙহলম্খী, কন্নিতবা থব য়াউরি চাকদু।

হায়রকই, "হুজুরকি ফানি, লায়বক ফবগী কংবুনি," 'ফিজিদা য়েপশিন্দু। লাখীনা য়েপশিনরে। মনায়মুপী অদু থুকয়গাচংত্রে।

লাখী অমস্তুং মৃগনয়নী ঈশৈদা পুক্নিং চংখিজে। লাখী চংনিংবনা লোয়রে। মৃগনয়নীনা চয়াংনবহু ঈ'থহল্লম্মী। মহাক্না খুনগী স্থপীশিংদা করিগুম্বা থর হংনবগী তাঞ্জা ওায়রম্মী। মহাক্না লাখীবুম্ভ তপথখো হায়না ঈশিং তৌরম্মী। বৈজুগী ঈশৈ কজবহুদা খুবাক খুনরম্মী। মরকসিদা মৃগনয়নীনা সুমনমোহিনীদা হয়ান্দুনা য়েংলম্মী। মহাক রানা, লিংবা কায়না, তথক স্তথক্না লৈরম্মী।

তাঞ্জা ফংলবা মতমদা মৃগনয়নীনা খুনগী স্থপীদা ওপ্পা হংলম্মী, "কা চাবদা থিংলিবা কবিগী নো?"

"কদাযদা থিংলিবা? থিংদেনা, মহারাণীজী।" খুনগী স্থপীনা হায়রম্মী অদুবু কবিগুম্বা থবদি মমিংনা হায়রম্মী।

"মিংনদি ওয়রোযনে। ঐনা রাশকলিবসিনি, হায়য়ুনে নথোয়দা কবিগত্তা শোকহল্লোয়।"

"অদৌ অশাংগী রাবু কনানা হায়নি, মহারাণীজী।"

"চিংনন্না লৈতনা হাযযু। ঐনা হায়বিবসিনি, কনাস্থ খণ্ডহল্লোয়।"

"রাশিংহুদা হু যাত্রনগরা চিংনৈ।"

"করিগী? কবয়া?"

"রাণী অহন্না অদোম্ব ত্তংশিদে।"

"অহুবুদি চুমই, নণ্ডনা কবিগী চিংনরিবা?"

"অদোম্না মাগী যুমদা চণ্ডদে, মানস্থ অদোমগী যুমদা চংদে, মসি খুন পুম্বনা খণ্ডই।"

"অহুথক্তরা, থরস্থ খণ্ডলিবরা?"

"অদোম খণ্ডদবরা? খুনপুম্বনদি খণ্ডই।"

"করিনো?"

"মহাক্না অমুকথক হু পিজগে থৌরাংখি। অহুবু অদোম্না চাথিদে। হুইনা চারুবদগী থরো থরো ওন্দুনা শিথি।"

"কৈদোঔগী রানো? হুয়গ্রে। লিংশিংলুজে।"

"লাখীরাণী লুহোংবদা মখোয়না চাকৌবচু।"

"চুমই বে, করে।"

"মহারাণীজী, থুং লোয়হুনা খুরুমজরী, কনাসু খঙহনবিগনু। খঙগ্রবদি ঐখোয়গী ইমুং মচুং অরাবদা লোয়না তারগনি।"

"ঐনা হায়বা থাজো। নঙনা রাসি করম্না খঙই?"

"কুয়রে, মতমহুদা খঙগ্রবনি। থুনপুরুদসু শন্দোকখি অদোমগী কমানসু তাকপিদবরা?"

লাখীনসু রাশিংহু খর তাহৌরে।

ঈশৈ লোয়রকপদা সভা তবন্দা মরৈ অমা য়েৎনরম্মী।

বিজয়না তরানা শকসি হায়।

বৈজুনা হায়রম্মী, "তরানাদি খোনাউগীনি অত্তোম্না করিবু লৈবগে?"

বিজয়না তাল্লকলম্মী, "নংগী শৈশক্তা ফজবা লৈবগুম তরানাদসু লৈনা। গোপাল নায়ক অহুগা অমীর খুসরো মখোয় অনিনা শৈশক অসি হৌদোকলম্বনি।"

গোপাল নায়ক নত্তনা বৈজুনা কনাবুসু থানদে। গোপালদি চহি ২০০ হৌগ্রবদি অহুনা মাগী মমিংসু জিখরে। অমুক ঈশৈ তংবা হৌগ্রে।

তৈহাক লৈরগা বৈজুনা হায়রকই, "ঐনা তরানা তমহৌই অহুবু শকপদি শক্তে।"

বিজয়না নিংঙায় তৌরম্মী। মানসিংহনসু ঈঙ্গিৎনা সমর্থন তৌরম্মী।

"হৌজিক্তী শরুরোয়, কনাগুম্বা অফাউবা অমনা শরুসনু।" হসি হায়রগা বৈজু হৌগৎখ্রে।

মানসিংহ নোকলে। থেমহুনা হায়রকই, "ফমথবীয়ু, ফমথবীয়ু। মকোক মাপন পানবা কনাসু লৈত্তে, রাবন্দনি মকোক তরা পানবা।"

বৈজু ফমথরে। চৌংলেম্না হায়রকই, "রাবণ অমুক পোকলরোয়। রামচন্দ্রবা বাবু তেরা কাপতুনা লানবিগ্রবনি।"

সভা লোয়রশিন্নগা মানসিংহনা হায়রকই, "অদোমহু আচার্য বিজয়জঙ্গমহু গুজরী মহলদা লেংলসি।"

সভা কায়রে। দলান মথক্তগী মুপীশিংহু চৎলবা থোরাংলরম্মী। মৃগনয়নীনা রাণী মহলগী মাংদা লেপ্লদুনা হায়রে, "অদোম ঐগী মুমদা লেংবিয়কউ।"

"ঐ কোক চিক্লে। লাকপা ঙম্মরোয়। কা চাকবদগী কোকসি মুংঙায়ত্রে।"

"মন্থু কিবদগী ঐনা চাদবনি। অদোম্মা ঐগী মুমদা লাকপদা কা পিজরোয়, ঐনা ফিজিদা পুনশিন্দুনা থম্মীবা কাসি ফাউবা পিজরোয়।"

মুমনমোহিনী মীকুপ অমত্তং মরু লুক্লম্মী।

"ঐ চৎলগে।" হায়রম্লগা মহাক চৎখরে।

থুনগী মুপীশিং অহু মিৎচিনা য়েং য়েংহুনা চৎলম্মী। রাসি অমম্থু অমম্থু য়োরমগদরা চিংনরে। মৃগনয়নীনা মুংশিত্রবম্থু মুংশিবা শারম্মী। গুজরী মহল য়োরগা মহাক্না কাহু হাংদোক্লে। মহুদা করিগুম্বা থরদি য়াউরে। অহুবু থোদোকতু নমথবা পাম্লম্মী, অহুনা কাহু হন্দোকখরে। মহাক্না নিংথোদা তাক্লরোয় হায়না লেপ্লম্মী।

( ৬০ )

গুজরী মহলগী অরাংথংবা শরুক্কী নোংচুপ থংবা শরুক্তা য়াম্না চাউবা সভা ভবন অমা শারম্মী। মহুগী থ্বায়দগী মকোক্তা কম্বাক অমম্থু থম্লম্মী। কম্বাক্তুদা নটরাজগী সনাগী মূর্ত্তি অমা লাংলি। মসি বিজয়-জঙ্গমা ফজনা শিন লাংহুনা থোরাংখিবনি।

নটরাজগী মূর্ত্তি অসি শাংকায়বা থম্বাল অমগী মথক্তা লেংলম্মী। থম্বালহু কজরবা মশেক মণ্ডালগা লোয়ননা শাংলম্মী। মসিগী মণ্ডালনা মূর্ত্তিগী মায়কৈ অসিমক্তা নৈ থারবক্তম তারম্মী। মূর্ত্তিহু মথুং মরি

পাল্লম্মী। মখুৎ য়েংথংবা অমদা ডমরু পায়, ওয়থংবা মখুৎনা বর পীবগী মওংনি। ডমরু পায়বা মখুৎনা য়াঙ্গা ভানবা মৈরীগী শোকই। ওয়থংবা মখুৎ অমদনা মৈ, অতোপ্পা মখুৎ অমনা থম্বাল মনাক্তা লৈবা খীকনেম্বা অমদা ঈঙ্গিত তৌরি। মমাংথংবা মখুৎ অমসু মৈরী অমদা শোকপগম তৌরি। খ্বাংদনা মণিশিংগী খ্বাংলি হুমা কায়। মরেংবান্দা লুগুন শি। মমা অমনা মুপাগী কুন্দল অমগা অমদনা মুপীগী নাইল শি। মকোক্তা জটা তারিবা মশমদা মুক্তাগী মালা যেংলি, মায়কৈ অমদনা মশম থর য়াম্বে জটা অমদনা লিননা য়েংলি অমদা গঙ্গা চেম্বরকপা অমগী মথক্তা মরিনি পানবা থা ভাম্বোয়রি। মশা তংখায় অমদনা কৈ মউন শেংলি।

মানসিংহ, বিজয অমগা বৈজুনা মুর্ত্তিদা খুরুমলে। মানসিংহনা নাকলগী কাদা চংখ্রে। সভা ভবনগা কাহগগী মরক্তা মুংগী জালিনা থায়।

মৃগনয়নী নটরাজ শিবগী ফিজোলনা লৈতেংলম্মী, অমগা লাখীরাণী বীণা পায়রুনা সরস্বতিগী ফিজোল শেংলম্মী। মৃগনয়নীনা শিবগী ফিজোল শেংলবসু মশাপুম্বা নিংথিনা কুপশিল্লম্মী।

মানসিংহনা হায়রম্মী, "সভা ভবন্দা চংলসি। অহানবদা তাণ্ডব জগোয় শাগনি অমগা মথোয়গী ঈশৈ নোংমায়।"

"মথোয়গী মমাংদা তাণ্ডব জগোয় শারোয়।"

"মথোয় অসি নংগী গুরুনি। অমনা জগোয় ঈশৈ তম্বীবনি, অমনা শাস্ত্র তম্বীবনি।

"অদোমগী মাংদা নত্তনা কনাগুম্বগী মমাংদা তাণ্ডব জগোয় শারোয় অমগা লাখীসু শারোয়।"

"নত্তদি পরদা তৌদবদায়নে, অমগা করি তৌরবা?"

"পরদা তৌদবগী অর্থদি অদোমা হায়রিবগু নত্তে।"

"হরে, ঐথোয় ঈশৈ তাবা চংলসি।"

"ঐথোয়না ঈশৈসু সিদা মুম তাজরগে।"

মানসিংহ চৎখ্রে। মৃগনয়নীগী লমচৎলিদা মখোয় অনি পেনখ্রে, খোয়দোক হেন্নোক্না বৈজুনা ঈশৈ নোংমায় লোয়নবদা মখোয় অনি চৎখ্রে, মৃগনয়নীগা লাখীগা সভা ভবনদা চংলকলে।

মৃগনয়নীনা শিব তাণ্ডব স্তোত্র থিরে অদুগা লাখীনা বীনা খোংলে। অদুদগী মৃগনয়নীনা তাণ্ডব জগোয় শারে।

অকংবা উদা মৈ লৈবগুম, অচৎ- চৎত জীবশিংদা শিবশক্তি লৈরি। শিবনা তাণ্ডব জগোয় শাদুনা অচৎ-চৎত জীবশিংদা শক্তি পিনবিরি। লেংদি পাল্লিবা পুন্সি অসিদা শিবগী জগোয় লীলা ফোংদোবলি। অনাদি শিবগী তাণ্ডব অসিনা সংসার পুম্বগী থবক ইংথাং পুম্বা ফোং-দোকলি। মথুৎ মরি অসিনা মায়কৈ মরিদা শিনবা থুংনা শন্দোকলি হায়বা তাকলি; ডমরু, নাদ অমসুং শব্দ অসিনা সংসার শেম-শাবা ফোংদোকলি, বরদহস্ত অসিনা ঙাকপিবগী রাথলনি, মৈ অসিন সংসার পুম্বদা শন্দোকলিবা শক্তিনি, জগোয়শাবদা থাংগৎলকলিবা মরিগুবা খুৎ অসিনা চংজরকপবু ঙাকপিবগী রাথল ফোংদোকলি। থা মচেৎ অসিনা চপযুংনা থনবা রাথল ফোংদোকলি অদুগা লিক অসিন সংসারগু পুন্নিবা ধারণ তৌরিবনি খংনরি। সাধনা অসি তৌরবতদা অদুম্বা খংগদবনি। শিবগী হিমালয়দগী চেন্থরকলিবা গঙ্গা অসিনা ভারত পুম্বগু চাউখৎপা অমসুং শ্রাদ্ধা পিনবিরি। মনা অমদনা নুপাগী কুণ্ডল অদুগ মনা অমদনা নুপীগী নাইন অসিনা নুপা অমসুং নুপীগী শক্তিগী খুদম ওয়বি। খ্বাংদি ওয়রিবা মণি মেখলা অসিনা হৌগৎলকলিবা শক্তিবু খারোমদা চৎথ-খিদনবনি, শক্তি অদু থকলোমদা চেনখৎখিনবা খ্বাংলি অসি পুল্লিবনি। খম্বাল অসিনা সংসারগী মওংনি, শিবগী লোয়বা নায়দবা অশেংবগী খুদমনি, থম্বালগী মায়কৈ মরিদা ঙাল্লিবা মণ্ডাল অসিনা শিবগী সংসার শিনবা থুংনা শন্দোকলিবা শক্তিগী মণ্ডালনি। মুণ্ড অসিনা নাপলবু সমজ্ঞমবগী খুদমনি।*

মৃগনয়নীনা তাণ্ডবগী সাত্বিকতা অসিবু নৃত্যনা শ্রাদ্ধগা লোয়ননা শংশংনা উৎলে। নৃত্যগী লোয়রকপা কীক্তমদা মৃগনয়নীগী নেতানা

ইংথরকপা মগুং অহু উবনা মানসিংহগী পুক্লিংবো হুক্তাইরকই ঈথক হৌরকখি। য়াম্না পুক্লিং ওমদবতুনা য়াম্না অৱাংবা থাক্তা পুক্লিংবু পুথকপা ওয়া, য়াম্নমক ওমহৎপা ওয়া, থম্মোয়মচুংদা নিংথিবা প্রজা পোকহনবা ওয়া, থোয়দোক হেন্দোক্লা কজবা ওয়ৰি। কজবা অপাম্বু কায়হৌদনা অচেৎপা রাথল পিবা ওয়নি। মানসিংহনা মৃগনয়নীগী ইংকা কজবদি ইহান হাম্না হুন্দক্তা থংবা ওমলি।

মানসিংহনা হুপীগী ইংনা কজবগী মগুণ অসি অওম্না থংলে, নোংজু-থাদা অনৈবা লৈথোম লৈনাং য়াউনা ইচেল কম্না চেহ্নকলবগী মতুংদা শরদ, ঋতু লাক্লবদা ওম্না ঈংনা চিংলেম্না চেহ্নকপগুম, লাপলিঙৈদদি য়াম্না ইংনা ওম্না চেহ্নবা, য়াম্না নকশিল্লগদি অকনবা ঈচেল ওয়রিবা।

মানসিংহনা হয়াউনা হায়রকই, "ওসি রাণী অহল-লাক্লমলবদি মপুক্লিংদা কাউরোয়দবা রা থর পুজবা ওমজরমগদবনি।"

"মন্দিরদগী ঐস্নু কাউরোয়দবা রা থর পুজরকই।" মৃগনয়নীগী মচিন্দগী রা অসি হায়দোকখিরম্মী। মহাক্লা থিম্মনা রাথল অহু লোংশিনখ্রে।

"করিনো ?" মানসিংহনা হংলম্মী। লাথীনা মৃগনয়নীদা য়ুম্না য়েংলম্মী।

মৃগময়নী মোমোন নোকলম্মী, শিব তাণ্ডব নৃত্যদা নোকখিবগুম। হায়রকই—বিষ্ণুগী মোমোন নোকপগুম, হুংডাইবা, হুংশিবা ঈশৈগুম।

মানসিংহ চিংনরে। মহাক্লা হংলম্মী, 'রাণী অহল কন্নিগী লাক্লিবনো।"

মৃগনয়নীনা খুম্নকই "মশা মশাগী পুক্লিংগী অপাম্বনি। অকোম্না কোম্নুং-মঙুংগী চিন্তা তৌবরুরম্নু, মীয়ামগী ওম্নবা রাথল থমবিয়ু।"

মানসিংহনা অরাবা রাথনগা লোয়ননা হায়রকই- রাঈদা মন্দির অমা শাগদবতা ওয়রে। থোবন্দা রাশকখিবনি, মাগী অাত্মাদসু শান্তি ফংজখিনবা।"

মথোয় অনি থংথ্রেক থংলম্মী।

মখোয়না হংজিঙৈদা মানসিংহনা তাক্লম্মী, "বোধনবু সিকন্দরন লোদীনা লাখনৌদা হাংখ্রে।"

মানসিংহনা বোধন হাংখিবগী মানা তায়রকপা মায়াইহু লীরম্মী।

মৃগনয়নীনা নীংবা কায়না হংলম্মী, "করম্বা মতমদা পাউহু ফংবগে ?"

লাখী মায়কৈ অময়োমদা য়েংলম্মী।

মানসিংহনা খুমলকই, "হৌজিকমক।"

মৃগনয়নীমা তপ্না হায়রকই, "ফত্রবা বাদশাহহুনা তোল্লবা ব্রাহ্মন্দু হাংলগা করি ওয়জবা ফংবা ?"

লাখীনা তপ্না হায়রকই, "মহাক অতোনবদি নত্তে, রাজাই ওাংবা, নিঙায় চাউবনি।"

মৃগনয়নীনা তপথনা রানিঙ্গবা মীয়েংদা য়েংলম্মী, লাখীনদি ইত্রে।

মানসিংহনা হায়রম্মী, "নিহালসিংহ শিখ্রে, বোধনবু হাংখ্রে। সিকন্দরনা অন্তর্বেদগী মন্দিরশিং থুগায়খ্রে, খণ্ডগনিদনা।" মানসিংহনা সিকন্দরগী অতোপ্পা ওৎ-নৈবগী পাউদি তমখ্রে।

থোংগী মপান্দা খর লাপ্না লাংলম্মী মানসিংহ তারম্মী। মহাক্না হায়রম্মী, "রজ পঞ্চমীগী কুইম্মে ওয়রমগনি।"

মৃগনয়নীনা ওক্না হায়রম্মী, "অস্তুক য়াম্না লাংবা!"

মানসিংহনা থোংঙাকপবু চেন্দুনা য়েংহল্লম্মী। মহাক্না হল্লক্লগা তাক্লরে, "লাম্নীশিংনা গঙা থকুনা মতৌ তম্লগা লাংবগী মখোলনি।"

মখোয় অতম মথক্তা কাখংলগা লোয়না য়েংলম্মী। মফমহুদগী লাংলিবহু য়েংলম্মী। লাম্নীশিংনা মথক মথা কয়াগী মঙং কায়বা মঙংদা লাংলম্মী। খরনা গধা তোংলম্মী। অমনা মথুত্তা বীনা পায়হুনা বিজয়গী বীনা খোংবা শারম্মী। অমনা বৈজুগী ঈশৈ শকপগী মতৌ তম্লম্মী। লাম্নী খরনা হুগীগী মঙং চাদবা ফিজেৎ শেৎলম্মী।

"মখোয়শিং অসি কয়াদা ঙাওশিন্নব্রবা!" অসি হায়রগা মৃগনয়নীগা লাখীগা হন্দোকখ্রে।

মানসিংহ ঙৈহাক য়েংহনা লৈরম্মী। লাংলিবশিংহনা কয়েমহনা শেগায়বা তম্বুরা, অতঃপা বীনা থোংহনা থোমহনা শায়রম্মী। অহানবদা শায়রম্মী, মতুংদদি তশেংনা ফুন-চৈনরম্মী। হুপীগী খিজেং শেংপা হুপাশিংহু ফুন-চৈন্দুনা চেল্লম্মী। থিন্দনা কাংলুপ অনি শেল্লম্মী অমুগা তশেংনা হকথেংনরম্মী। লাম্মীনা মশা মশানা থুংলায় পায়হনা লাউরম্মী।

মানসিংহ মফমতুদগী কুমথরগা থোংলোমদা লাক্লে। থোং ঙাকলিবহু তৌফম খংখিজ্রে।

মানসিংহ লাংলিবহুগী মনাক্ত থুংলে। মহাক্না লাউরগা নমংহরে। লাম্মীশিং অহু গজা থক্লম্মী অহুবু নিংথৌ উবদা থক থক নিকলে মখোয়গী মফম মফমদা চংনখ্রে। মানসিংহ ঈংথহল্লগা হল্লক্লে। গুজরী মহলগী অহানবা থোংগী ঙয়থংবা নাকলদা লৈবা লাম্মীশিংহু থর শাউনরম্মী। মখোয়বু ঈংথহল্লগা মহাক মৃগনয়নীগী মনাক্তা লাক্লম্মী।

হায়রকই, "নংগী তাণ্ডব জগোয়না বোধন লৈতবগী অরাবহু কাউহল্লে অহুবু লাংলিবসিনা ঐগী রাখলবু হুংঙায়হন্দরে।

মৃগনয়নীনা হায়রম্মী, "হোলীগী হুমিৎ ৪/৫ নিসীদা লোয়না ঙাউরে।"

"মান-মন্দিরগী নীংথিবা মণ্ডপ লৈবা অসিফাউবা থওদনা ঙাউরেদো। নায়ক বৈজু অহুগা আচার্য বিজয়জঙ্গমগী মতৌ তম্বসু শায়। মহুম্ম ফিলাগী মনুংদা নংগী য়ুমগী মনাক্তা।" মানসিংহনা হুংঙায়তবা কোংদোক্লম্মী।

মৃগনয়নী ঙৈহাক খন্দুনা লৈরম্মী।

হায়রকই, "মখোয়গী পুক্নিংদম্ম ঈশৈ নোংমায়গী রাখল থর থরদি লাকলে।"

"খুনগী মফম মফম থুদিংদা নায়ক বৈজুগী চংনবী নিয়ম তম্বা হৌগ্রে। মখোয়দা কলাগী রাখল লাকলে, কলাবু ইকায় খুম্নে। অহুগা ঐগা অমুক নক্লবা ফাউবদা লমহেনলিবা, ঙাংশিন্নরিবা।"

"মখোয়দি করিম্ম হৈত্রিবনি।"

"ঐগী রাখল্লা সঙ্গীৎকী লোয়শং লিংখৎলসিন্না থজি। নায়ক বৈজুগী চৎনবী লোনচৎ অসি লৈবাক পুম্বদা চৎনহল্লগে। মথোয়স্তু তমজরনি, খণ্ডজরনি।"

"য়াম্না ফবা রাখলনি। সঙ্গীৎকী লোয়শঙস্তু লিংখৎপিরো।"

"নঙনা মোমোন নোকপা ভগবান বিষ্ণুগী মূর্ত্তিবু শান্নবা মত পিথি, মহু মান মন্দিরদা শাগ্রে। মহুগুম্না মূর্ত্তি অমা অহুগা অপিকপা মন্দির অমা রাঈদা শাগনি। ঐনা বোধনদা রাশকপ্রবনি।"

"মসিস্তু য়াম্না অফবা রাখলনি। মহু পাংথোকপিয়ু। অহুগা মন্দির, সঙ্গীৎকী লোয়শং খরস্তু শাখিগদরা?"

মানসিংহনা মৃগনয়নীগী রাঙাংহুদা খরা করেম্নবগুম থনপ্রে। মহাক্না ইচম চম্না অহুদ য়েংহুনা লৈরে, মৃগনয়নী মোমোম নোক্লম্মী। মীনোক্তু ঈং-তপ্লম্মী, গুণ চেল্লম্মী।

"অদোমগী ফজবা কলানা গ্বালিয়রগী মিংচৎ ওয়হনগনি। মরমদুনা হংজবনি।"

"নংগী পুক্লিংদা লৈবদো হায়য়ু। নঙোন্দা রাশক্লিবসিনি।"

"রাশকপিগনু। ঐদি অদোমগী ননায়নি, করি হায়গনি?"

"ইনায় নত্তেনে, দেবীনি, ঐগী থম্মোয়দা লাৎলিবীনি, তাকউনে, ঐনা করি শোয়খ্রবা।"

"ঐনা তাণ্ডব জগোয়সি থন্নায় রাউনা তমথিবনি। মসিগী মরম লৈ।"

"করি মরমনো? ঐ খঙবা পামই। ঐনা নঙবু ঙসিগী অসিগুম কৈদৌউদস্তু উখিদ্রী।"

"অদোম পাণ্ডব শাগৈগী অর্জুনগী মচা মগুনি। ঐনা অমুক খঙহনবগী দরকার ওয়রিব্রনে?"

"মসিবু তোমর অমত্তনা কাউকম থোক্কে অহুগা ঐগী মৃগনয়নীস্তু কৃষ্ণ শাগৈগী মরি মত্তানি হায়বসিমস্তু।"

"ঐগী হায়বা পুন্নমক অদোমগীনি। অর্জুন অমসুং ভীষ্মগী শাগে ওইরিবা অদোম্না অয়াং ভারত অসি কয়া ঙাকশেনবীগে লিংখগে অমুম্না গজ্রা থকপা লাম্মীশিং অসিনা লৈবাক অসিবু কয়া ঙাক্লনি? মখোয়না কয়েম্নরিবা মগুং অসি ঐ উরবনি।"

মৃগনয়নীগী মমিৎ অহুদা থোনা লৈ, অদুবু চৈ-থাংবগী রাথলদি লৈতে।

"ঐনা লাম্মীশিংগুবু মহল অসিগী থোংদা, মতমসিমক্তা দগ্তি পিগনি, মানসিংহনা শাউনা হায়রকই।"

মৃগনয়নীনা মাগী খুনগী লৌমীশিংগী হোলী নিংশিংলক্লম্মী।

"মহারাজ, দণ্ডি পিবনদি কান্নরোয়! মখোয়বু মতম পুন্নমক্তা চেকশিন্না য়েংশিনবীগদবনি। সোমদা কলাদা পুক্নিং লুপলিহৈ, অমরোমদা লিকং তেনগী মহৈ, লানগী মহৈ তম্বদা থর হুম্বরে। ঐখোয়গী লাম্মীশিং, লাইরবা লৌমী ইমুংদগী লাকপনি। ঐখোয়গী কলা মখোয়দা চংদে, মরমসিনা মখোয়না হৈজবতু উংথোরকপনি অদুগা ঐখোয়গী কলা করেম্নবনি। ঐখোয়না কলাদা হেন্না পুক্নিং লুপ্লবদি মখোয়গী লমচংতা অশোয়বা লাক্লগনি।"

অমুম্না শন্দোক্লা তাকপসি মানসিংহ শান্নমদে। মহাক খনবদি থক্লম্মী।

মৃগনয়নীনা হায়রম্মী, "ঐনা মহাভারত পারে, লৈবাক ঙাকপা হায়বসি খুৎলায়না ঙাক্লবতদা মহৈ মশিং কনবা য়াগনি। ঐনা হায়নিংবা অসিনী, অতোপ্পা করিস্মু লৈতে।"

"চুম্না হায়রে, ঐ থক্লিবনি অদুনা "মসি পাংথোকনি। সোমদা পুক্নিং চংলনি। রাঈদা মন্দির অমথুক অদুগা থালিয়রদা সঙ্গীতগী লোয়শং অমা শাথিগনি। মসি পাংথোক্লবা ঐ লেপপ্লবনি। ঐনা মসি লাউথোকলম্লগা মকমসিদা লাকলিবনি।"

"করে। অদুবু মহারাজ, কনানা মীয়াম্বু মখো থওবা ওয়হনবিয়ু, অদুবা রাথল থনবা ওমহনবিয়ু, পুক্নিং চেৎপা, রাথল চেৎপা হায়বসি অমগা অমগা মরী লৈহনথিয়ু, ঐনা করিস্মু হায়নিংক্লায় লৈতে।"

মচুমক মতৌশনি। ঐনা য়াশক্লবনি। সিকন্দরনা অাগ্রাদা বেপ্প থারগা য়াম্নিয়ম্বা 'কম্না মান্দাগনি হায়রবা তারে। ঐনা লাম্মীবু কেকশিনবা হোৎনরগনি।"

"ঐনা অয়ানবা হায়গ্রবস্ু শাকপিয়ু।"

"অয়ানবা হায়খিদেনা। করিগুম্বা ঐনা হায়গ্রবস্ নহাক্না চিংনবা লৈজনা হায়রকউ।"

মৃগনয়নী নোকথোক্লকলে।

হায়রকই, "অদোম্না জগোয়হবু থোয়দাবিথীবরা ?"

মানসিংহ হয়াউত্রে।

"করিস্ু হায়নিংঙায় লৈতে। আচার্য বিজয়জঙ্গমনা তম্বিখি অহুদগীস্ু খয় হেন্নহুম উৎলে। মহুদা কয়াদা অশেংবগুম্না উৎলিবা। ইথৌ খয় শাংথোক্লবা মতুংদা অমুক হন্না য়েংথিনী চৎনবী অসি থারোমদগী লাকপনি। অরাংলোয়দস্ু চৎনহনগনি, তল মন্দিরগী মতোনগী কলা থারোমদগী লাকপগুম। অহুবু হৌজিক কনানস্ু থংনদ্রি। খয় মাংহনখিবা অহুস্ু ঐনা চাউথৎনবা হোৎনগনি।"

মানসিংহগী থম্মোয়সুংদা লজিত কলাগী মুংঙাম্নবা য়াথজহু লাক্লম্মী।

হায়রকই, "নঙনা চিত্রকারীস্ু তমগ্রবদায়। মতম খরসিদা পুম্নমক তমলেদনা। কয়াদা হৈংথোয় শিংথোয়রিবা! তম্বীয়িবদগী স্ু হেন্নে।"

মানসিংহগী কলপ্পাদা কলা নিংশিংলরম্মী অহুবু থল্লুত্রে।

মৃগনয়নী ইকায়রপ নোক্লম্মী।

মানসিংহনা হৌখিবা খয় নিংশিংলম্নম্মী। মহাক্না থলম্মী, মৃগনয়নী-গী কজাবগী কজবগা পুনত্রে।

মৃগনয়নীনা হায়রম্মী, "ঐগী চিত্রশালাদা চৎলসি। মকমহুদা অদোমদা মচু খয় শংগে।"

"ঐনা পাম্বস্ু মহুনি। ঐনা নঙবু লেম্না থাগদরা ?"

মানসিংহনা হায়রকই অহুগা নোক্লুনা মাগী মতুং ইনত্রে।

মৃগনয়নীগী চিত্রশালাদু মহাক্না কয়ারক হন্না য়েংশ্রবনি। অবতার-শিংগী দেবতাশিংগী, মানসিংহগী চিত্র থেংলি। কৌমুদী মহোৎসব অদুগা বসন্তোৎসবসু অমরোমদনা রাগ রাগিনিশিংগী চিত্র। চিত্র অমদি তথায়দমক য়েক্লম্মী। মদু মুমিংসিমক্তদা হৌখিবনি। লৈই চিংবদি লোয়রে অদুগা মচুদি শঙদরি। মানসিংহনা মদুদা মুন্না য়েংলম্মী। চিত্র অদু শরুক অনি থোক্লম্মী। শরুক অমদা নিংথিনা ফিজেৎ লৈতেংলবী ফজরবী অমনা কম্বাক্তা ফম্লী। অমনা পুং পায়রি। অনিশুবা শরুক্তনা খোংনবা বাদয় অহুমশুবনা বীনাদা মখুৎ থমলি। মরিশুবনা জগোয় শারি। মঙাশুবনা ঈশৈ শক্লি। মুপী অমনা মচু, রাগ অমমুং মনম মুংশিবা পোৎ পায়দুমা কম্বাক্তা ফম্লীবীদুগী সেবা তৌবগুম লেপ্লম্মী। দৃশ্য অদু কনাগুম্না রাণী অমগী দরবারগী মওংনি। চিত্রগী অনিশুবা শরুক্তা থর লাপ্না পৃষ্ঠভূমিদা উমং অমমুং চীং লৈহল্লি। মদুদা লাম্মী থর লোত্তুনা লৈহল্লি। রাণীগী দরবারগী থোংদা লাম্মী অমা লেপলি। মহাক্তী মখোং নামনা রাণীগী দরবাররোমদা থাংজিনগদবগুম অদুগা মমায়না লোংলিবা লাম্মীরোমদা য়েংলম্মী, মমিৎ অদু দরবাররোমদা ওৎশিল্লকলে। মহাক্তী তেনখাউদা তেনজৈ য়াউরমদে, মখ্বাংদা য়াহ্লিবা থাংশাং অদু ভংথায় অমা শংতোকলম্মী।

মানসিংহনা থল্লম্মী "লানগী মতমদা ঐগী মঙংবু য়েক্লীবা? অদুগা কম্বাক্তা ফম্লীবসিনা মৃগনয়নীবা? ঙেহাক তুমিন্না মুন্না য়েংলবা মতুংদা য়েকলিবা চিত্রশিং অসিগা কনাগমু মান্নদে হায়বা থংলে। অদুগা চিত্রদুগী অর্থসু ফজনা খংবা ওমলে।

হংলম্মী, "চিত্রসি কররম্বা মতমদা মচু শংগনি? য়াম্না ফজগে।"

মৃগনয়নীনা নিংচি থত্তুনা নোকুনা হংলকই, "চিত্রসি কররম্বা মায়কৈদগী মচু শঙবা হো হায়বগে? উমংলোমদগী নত্রগা নৃত্যশালা-রোমদগী?"

মানসিংহ নোক্লম্মী।

হায়রকই, "অনিমক অমত্তা ওয়না শঙলো।"

মৃগনয়নী নোক্লগা হায়রকই, "অমত্ত ওয়না ?"

"নঙনা পাম্বহ্ তৌরো। নঙনা চিত্র অসিগী মরমদা ঐভোন্দা হায়রা খঙহনখ্রবনি," নোকুনা হায়রকই, "চিত্রসি য়াম্না নিংথিজনা শেমগ্রে, চিত্রগী করম্বা মায়কৈদগী মচু শংবা হৌগনি হায়বহ্ নঙনা লেপচরো। হৌজিক্তি রঙ্গ পকমীগী মচু হৈনরসি।"

মৃগনয়নীনা মোমোন নোক্কুনা মমিৎ কোয়রাওনবহ্না য়েংলম্মী। মানসিংহগী মথক্তা মহাক্না মচু হৈরম্মী অহ্নগা মানসিংহনা মাগী মথক্তা।

মানসিংহনা মাবু পমহ্না হায়রম্মী, "নঙসে তশেংনা দেবীনি।"

ওাইহাক লৈরগা মানসিংহ মাম-মন্দিরদা হল্লকলে।

হৌজিক মুমিৎ তাদরি। মান মন্দিরগী মুংশিং অহ্নগী মচু অহ্ সন্ধ্যারাইগী নোংজাবী মচুগা তিন্নরগা নিংথিরম্মী লফু লা ও নৌবগী মওং মতৌনে মচুনে পুক্লিং শুমহৎলম্মী। অস্নুম অস্নুম মনাক নকশিল্পিব-মথৈ অঙকপা ফংনা ফজে, নিংথিবা ফজবগী রসনা ময়ায় কাহল্লি। খোংদা হেক থুংবগা মশাগী কল্পনা অমস্নুং শিল্পীগী হৈ-শিংবা অহ্নগী দমক নাপল তৌজে। মতম অহ্নদা মৃগনয়নীগী চিত্রশালাগী মপুং ফাজ্রিবা চিত্র অহ্নগী বা নিংশিংলকই। কলাগী শেমগৎ শাগৎপা অমস্নুং মথৌ পাংথোকপা অসি ইরোয়ননা চৎপা য়ায়। ঐনা লাম্মীবু শেমগৎকনি অহ্নগা ললিত কলাবু চাউখৎনবা তৌগনি। ওসি নায়ক বেজুনা হোজী কয়াদা মুংশিনা শকলিবা ! মহাক অসি মতিক মগুণ লৈবা কলাকার ওয়রিবা। মৃগনয়নীগী তাণ্ডব জগোয়স্নু কয়াদা ফজবিব', কয়াদা নিংথিরিবা ! মৃগনয়নী লোয়ফত্রিবা চিত্র অহ্ মায়কৈ অনিরোমদগী মচু হেক্তা শংবা য়ানা লৈরি, মহাক খল্লকখি।

( ৬১ )

গ্বালিয়র কিল্লাদা মণি-মমৌগী মন্দিরগী মনাক্তা নোংপোকলোম থংবদা কিলাগী চেকপলগী কাচিন অমদা মথোল অনিগী দলান মচা অমা লৈ।

বৈজু অহু দলাল অসিনা মতোমতা নৈ। নিংথৌনা মহাক্কী চাক-খোংনবা পুজারী অমনু হাপী। মরম অদুনা করিস্থু চিন্তা নৈতনা ঈশৈ ওঁরায়বছুদা পুক্কিং লুপ্পু না নৈ।

বসন্ত ঋতু চংলকলে অদুবু অমুক অঙনবগী নৈনম অমস্তুং মামাংবা হুংশিন্তি মঙোন্দা কাউরকতরি।

নায়ক বৈজুনা মানসিংহ অমস্তুং মৃগনয়নীনা ওয়হনসিংবা, টোড়ীরাগগী অথুক্কা সুর অহু সুরগা বীণাগা চান্নবা শেমশারি। মনাক নকপা মন্দিরদা কনাগুম্বা অমনা বীণা খোংলি। মহাক অহু অটল ওয়রম্মী। গ্বালিয়র শহরদা মী অয়াম্বনা ঈশৈ শকপা অমস্তুং বীণা খোংবা পান্নরকলে। বীণা খোংবা থর লুই হায়না থনবা কাংবুনা সিতার খোংনরম্মী। অমীর খুসরোনা চহি চনিগী মমাংদা বীণাদগী সিতার ওয়না শেমদোকপ্রবনি। গ্বালিয়রদা সিতার অসি থর লায়বনা সিতার ওয়না খোংনব্রে।

অদুবু অটলনা সিতারগী মহুত্তা বীণা খোংলম্মী। মহাকী বীণা ইচম চম্মী অমদি পীক্লম্মী। মহাক্না মমিংদা ওয়না গুরুদগী শিক্ষা লৌরগা তারকপা ঈশৈ থর বীণাগা লোয়ননা অহিং হুংথিল চুপ্পা ওঁরায়হুনা লৈরম্মী।

মহাক মপামক য়াম্না হৈরে থঙরম্মী। মহাক্না বৈজুদা মাগী থুংকী হৈশিংবা থংহনবা পাম্নম্মী। বৈজুবু ময়ুমদা কৌবদি ওন্নমদ্রে। মহাকী ময়ুমদা বীণা পুরগা চত্তুনা তোংন তিম্নবদু পামলমদে। মণি-মন্নৌগী মন্দিরদু ইমক নকই। মমৌগী মন্দিরনা হেন্না নক্লম্মী, মরমসিনা মন্দির অসিগী মাঙোন্দা ফমদুনা খোংলিবনি। য়াম্না অকুপা থবক্তি নংলমদে। য়ুমশিংদা, নৈতোংশিংদা, উথাদা, মন্দিরদা ফম্বা চৎনরম্মী, অদুনা মচুদা ফম্নৌবনি। মসি কাউবা চৎনরম্মী অয়ুকী ঈরুজবা চৎপা, থবক ইনথাং চৎপা কাউবনা বীণা অমগা সিতার লোংবান্দা য়াম্দুনা চৎনরম্মী। অদুগা তাঙ্গা ফংবগা হেক্কা খোংই। অটলনা পুক্কিং চৎনা অমমম তাম্বা হোংনরি। মহাক্না আশা তৌরম্মী, বৈজুনা সোমদা নৈশিন্নকপা, অদুগা মাবু মমুংদা কৌশিন্নকলবদি গুরু অমদি শিষ্য কলাকার অনি থেংনরগনি।

বৈজুবা মথক্কী কাগী খোংনাউ মপাদা মথৌ তৌদুনা লৈরম্মী। তান্দা ভাউদুনা লৈরম্মী। খঙহৌদনা বৈজুনা তান অমা খোরকলে। অদুগী তান অহু বীণাদা পামবা হোৎনরম্মী। হয়া হয়া হোৎনরম্মী, অদুবু তারকদে। বীণা থম্লা মরুম অমদা মান মন্দিরগী কাচিন অমদা য়েংলম্মী। মন্দিরগী মতোনগী মথাদা চুংশিংলো শেম্বা বঙ্গদরগী ক্ষরবা, মুখা হতুনা শেম্বা উমী.-মাষীগী ক্ষরবা, মনাতোন থাগত্তুনা লেপ্লিবা শামুগী ক্ষরবা ময়ামসিগী মথক্তা মুমিংনা মৈবহুগী ক্ষরবদু য়েংলম্মী। ঙৈহাক্তং লৈরগা মুংগী জালিদা মুংনা শাবা লৈশিং অদুগা কাংগুলিং য়েংলম্মী।

"ইহে। মন্দির অসিগু টৌড়াগী তান থারবা! হৌজিক বীণাদা তান থাদুনা পমক শকপা য়ারগনি।" মহাক্না হরাউনা হায়রকই।

থিন্দনা বীণা পায়খৎলে, কোনশিল্লে অদুগা কয়ারক হন্না চুপলে। অদুগা ভৌবসিদা বীণাগী খুটী (য়োৎপী) অমা কোয়ম্মী অদুনা তারাহু মখোল খোক্তরে। বৈজু খংলমদে। তারাহু খোংগে হায়দুনা মথুৎ থমলুবদা বীণাহু সুর তাদনা খোরকলে।

বৈজুনা নিংগুমদনা হায়রকই, "করি তৌরে?" অদুবু থিন্দনা অকোয়া য়োৎপীহু উরকলে। নোকখোকলকলে।

"ইহে! নগুমু মান মন্দির য়েংলুরমালেদনা অদুনা কোমলিবনি। শেয়ন্নে।"

অটলসু মানা গুংলিবহু তারম্মী। মহাক্না বীণাহু হেন্না অয়াংবা সুরদা কন্না খোংলম্মী।

বৈজুনা য়োৎপীহু শেমহুনা তারাহু তীংলে, মতমতুদা অটলনা খোংবহু তারক্লে। বৈজুনা মাগী বীণাবু মতম্বাক্তা থমহুনা য়াখল চংনা মন্দিরদগী লাকপা খোঞ্জেলহু তারম্মী। ঙৈহাক লৈরগা মথুত্তা বীণা পায়হুনা খোংনাউ মনাক্তা লাক্লে। মফমহুদগী অটল উরে।

বৈজুগী মায়খোংদা অশাউবগী মমি তারম্মী। খংলাউ লাউরম্মী, "হে! সুর তাদনা শক্লিবা। নাপাংবা লেপ্পুনে!"

অটলনা লেপথক্তুনা অপায় তৌরম্মী। বৈজুনা ঊপিয়্রদরে।

হায়রকই, "রাগ-রাগনী হাংনবা তৌরিবা করিপীনো। পাপ লংখিনগনু নত্রবদি নরক তাগনি!"

"অদোমগী সঙ্গীতকী বিষয়দা রা তায়বা, তঙ্গা পায়ই। অদুনা তরানা খোংলিবনি।" অটলনা হায়রম্মী।

বৈজু শাউরে, "অপাংবা মকমদিদগী চৎকেয়। নত্রগা লৈতুরা থায়ক-উয়া, মকোক থুগায়উবা?"

অটলনা তাক্লকই, "ঐ গুজরসিংহ অটলনি খঙত্রবরা?"

বৈজুনা লাউরকই, "চৎলো, চৎলো, নোংশাঙম চাউরেদা।"

অটল শাউনা মন্দিরগী মকমদা চংখ্রে। বৈজুসু মাগী কাদা চংখ্রে।

অটলনা বীণাহু মণি-মমোগী মন্দিরদা থুগায়রগে হায়বা কাউবা থম্মী। মহাক্না বীণাহু নাকলদা য়েপতুনা পুখ্রে।

( ৬২ )

মানসিংহগা লোয়ননা মৃগনয়নী রাজ্যগী ঊমংদা শাদানবা কয়ারক হল্লা লাকখ্রে অদুবু হন্দক্লা থর হেল্লা পুক্লিং হরাউনা লাল্লম্মী।

চহি কয়াগী মমাংদা লাখীগা মখোয় অনিনা শগোল তোংবা অনি হাংখিবা অদুগা অনিবুনা তাম্বোকখিবা মফমদুদা লাল্লম্মী। থৌদোক হেক থোকফম মোংশোং অদুমক্তি থংখ্রে, অদুবু শগোল তোংবা মরি অদুনা চীংমায়দগী হায়থবক্তুনা লাকখিবা মফম অদুদি থংলি।

মৃগনয়নীনা খল্লম্মী, থৌদোক্তু হৌজিক থোক্লবদি মায়োক্লগত্রা? মত্রমদুদদি পীক্লি, হৌজিক্তি চাউরে। খোং থুংসু কনবা হেনগৎলে অদুবু থৌনাদি লৈখিগত্রা? অদুক য়াম্না রাখল চেৎখিগত্রা? মদুবু অশোনবা থরদি লৈরে। কনা তম্বদগী ঐগী রাখলবু চাং মায়না থম্বা ঙমত্রা? হৌজিক ঐবু অদু অদা হায়দুনা খম্দুনা লৈখিগত্রা? হায়ঙত্রা

চেন চোংবা ঙমখিগদ্রা ? অহুগা অশিবা ওক পোহুনা পুরকপা ঙমখিগদ্রা ! মহ্ ঙমদবস্থু য়ায় ।

লাথোদি করিমত্তা থল্লমদে। অহুবু থৌদোক্তু অমুক হন্না থোক্তবনা কৈ হায়না মহাক্না থল্লম্মী।

অমূক মখোয়নিনা ইহাম হান্না মানসিংহগা উঃখিবা মফমদা লাক্লে। ঐনা হায়হৈদবা রা কয়া হায়খিবা ! মতম্ ঐনা হায়গে হায়খিদ্রা ? লোমীগী মচানুপীনবু ! লোমীগী মচানুপীনবু নিংথৌদা অস্নুম্না হায়বা ঙম্রা ? মতমহুদা নিংথৌ কয়াম চাউবগে হায়বা ফাউবা থঙখিদে। অহুগা নিংথৌগী রাণী নিপাল লৈ হায়বা থঙলম্লবদি ঐনা নিংথৌবু করিগী হুংশিরুনি ? সুমনমোহিনী কনানো, করম তৌই থঙলম্লবস্থু করিগী অস্নুম্না লেপ্পমগনি, হৌজিক্তী কৈদোক্লনি ? সুমনমোহিনী অমদি অত্তোম্না নিপাল লৈরবস্থু নিংথৌনা ঐবু হুংশিবিরি, হুংশিখিনি।

শাদানবা লোয়রবা মতুংদা নিংথৌনা মখোয় ময়ামগা লোয়ননা বোধন পুজারীগী লৈকমলোমদা লাকলে। থোংনাং পাম্বীগী মখোংদা কোয়শিন্দুনা ফমলে। অমনবা কায়থরবা মন্দিরগী মহুত্তা অনৌবা মন্দির শারমলে। অহুবু থুন্দুগী ভক্তশিংগী মশিংদি ইহেন হেনগৎলমদে। অনৌবা পুজারীহুনা লোমীশিংদগী লায়গী দমক শরুক কুনথোকপগী অমা লৌরম্মী অহুগা মশাগী ওয়নস্থু শরুক কুহু াথোকপগী অমা হেন্নস্থু লৌরম্মী। খুঙ্গাশিং শাউনিংলম্মী অহুবু ধর্ম কিবদগী হায়বদি ঙমলমদে।

মৃগনয়নী থল্লম্মী, অনৌবা মন্দির অসিস্থু কনাগুম্বা অমা লাক্তুনা থুগায়গ্রবদি অমুক শাগদ্রা ? করম্বা মতম ফাউবা অস্নুম্না চথহুনা লৈখিনী ? ভক্তশিংনা মপাঙ্গল কল্লিফাউবদি অস্নুম্না ওয়খিনী। জগোয়, ঈশৈ অম্বীরগা মপাঙ্গল কনগদ্রা ? কল্লোয় ! মবুক থন্না চারবত্তা মখোয়গী মপাঙ্গল কনগনি। মতমহুদা জগোয় ঈশৈনা মপাঙ্গল কনবা য়ায় ? মসি পুন্নমক কয়ম্না ওয়বা য়াগনি ? নিংথৌনা লাম্মীশিংগী মপাঙ্গল কলহন্নবা মতমদা রাথল ময়াম অসি হায়ন তায়বা য়াগনি।

মৃগনয়নীনা থুম্না চৎনিংবশী বা কোয়দোক্লম্মী, অদুগনা চৎনিংল্লিবা মফমদি মানসিংহনা অহানবা লাকপদা মানা আরতি-ওকখিবা মফমছুনি।

মথোয় অনি শগোল তোংহুনা চৎখ্রে। অটলসু শগোল তোংলম্মী। মফমছু উরগা মৃগনয়নী মপুক্কিং চুংশিরম্মী। মফমছুদা মুমীয়াম লেপখ্রে। আরতি ওকপগুম। শেম্বাকশিংদদি লৈ য়াউরমদে। পুজারীনা লৈ থাখ্রে। মৃগনয়নীসু মুমিং অছুদা অম্মুম্না লেমখিবনি।

মানসিংহ মৃগনয়নীগী মনাক্তা লাকলে।

হায়রকই, "নংগা লাখীরাণীগা অহানবা উনখিবা মফমছুনি।" লাখীনা মুমীশিং অছুগী মায়থোং মুম্না য়েংলম্মী। খরদি অথংবনি, খরনা অনৌবনি। মথোয়গী চক্রিদগী মফমসিদগী চংখিবনি। মতমসিদদি কয়াদা অচম্বা অমসুং নোল্লুপ্পা শারিবা। ঐগা অটলগগী মফমদা মথোয়না কয়াদা ফত্তবা থৌশিল শিনখিবা! মৃগনয়নীনা মানসিংদা হায়রকই, "মফম অসিদনি ঐনা ঐগী দেবতাদা লৈ চায়খিবা।"

মহাক্না হায়রকই, "অছুগা দেবতাছুনা লৈ অছু মাগী কোয়েত্তা লেপশিনখিবা।"

"লৈছু কৈদোনখ্রবা?"

"মাংদা লৈরিবসিনী।"

"অদোমসি চাউখ্রেদা।"

"চাউদেদা, কনাসত্তা উইন্দনা কোয়েত্তা থেজ্জনা থমখ্রে।"

"কৈনো অমা হায়নিংবগুম ভৌই, হৌজিক্তি ঐ হায়ররোয়।"

খরা লাপলপ্না মৃগনয়নীগী যুম লৈরম্মী। মছু কিম্বরে। অটলনা মছু যেংলুরগা হায়রকলে।

নিংথৌনা হয়াউনা লৈরম্বা উরগা অটলনা হায়রকই, "মুমছুদি কিম্বরে, মছুদা কবিবুদি লৈনি। অছুবু পোক্কফমনি।"

লাখীনা তপ্না মৃগনয়নীদা হায়রকই, "পোক্কফমনি হায়দুনা কদৌননি?"

কারনেদা। অমুমু হংবদি হংগে! করি কারনদি? অপিক অপিকপা লৌবুক থরহুনবু। হৌজিক হংলুরবদি ঐনা লৌখিগনবগুম থাক্নিবা হংলগোয়দা।"

লাখোদা হায়রকই, "হৌজিক্তী নশাগী কিলাদা লৈরগদ্রা মহারানীজী!"

মহারাজা খুমকই, "মহারানীজী ঐদি ঐগী গুজরী মহলদা লৈগনি?"

মৃগনয়নী নোকখী।

"ইনখ্রা, নহাক নোংমদি শোয়দনা সিদা লাক্কুনা লৈরনিদনা।" ''

"ইচনমুপী, নংগী মাহু ঐনা য়াররোয়।"

মৃগনয়নীগী মতৌ তমহুনা লাখীনা লংথরখী। মহাক হরাউরখী।

## ( ৬৩ )

সুলতান সিকন্দরনা থাদিয়রবু উফুল তানা নৈহংলক্লা থন্দুনা আগরাদা অচৌবা লাম্মী তেজোল অমা থোরাং তৌরে। চাউরাক্লা শগোল লাম্মী লাখ অমা, খোংমী লাম্মী লাখ অনি, মতুগী খোংজোয় লাখ অম্রি অহুম। শামু লিশিং অমনি। অরবী অমসুং ফারসীগী শিক্ষা তম্বীনবা অচৌবা মদরসা লিংখৎলম্মী। দরবারী মুল্লাশিংগা লোয়নবা মদরসাসি মৌলবীশিং লৌনবগু লেপ্লম্মী। লান্দাবা মতম ওয়ক্লে। মহাকী সরদারনা পাউ পিরে, গুজরাতকী মহমুদ বঘর্‌রানা মালবারোমদা লাখিলে। গুজরাত অমদি মালবাগী সুলতানশিংগী লানগী অওংবা মহাক্না থালিয়রদা লান্দাবা পায়রম্মী। মৌলবী অমদি সরদারশিংনা থিজনা লান্দাবা পায়রম্মী লান্দানবগী মতম লেপ্লবা মুমিদাং অমা আগরাদা দরবার কমলে। অফবা ঋতু ওয়রম্মী। সিকন্দরগী লাম্মী নিংথিজা শেম শারে। পাউমী অমনা পাউ পীরে, নিংথৌ মানসিংহ তোমরনা সঙ্গীত লোয়শং লিংখত্তুনা অতাউবা নায়ক বৈজুনা সিজরে অমসুং হৌজিক হুমশিং শাবা লেপতুনা লাম্মী নিংথিনা শেমজাল শাগৎলে।

মুবারকাবাদ্ কয়া নিরুম্মী।

অহিংদু মাঙ্গ্ী সুলতান নসীরুদ্দিন্না মাগী বেগমশিং মশিং চিপে লোয়শ্মী। হৌজিক মশিং লিশিং ১৫ ঙিগদবতু লিশিং ১ গা মথায় থিবদা মতাওয়রি।

যোয়দা সুমিং থুদিংগী মমিং মথা ইশিনবনি অদুনা মশিং কজনা থঙই। মশিং লানবগী বাদি লৈতে। মশিং থিংগীদি করিমত্তা বাদে, সুপা খরদু চুপীদী কিজেং শেত্তুনা লোত্তুনা লৈরে হাঙবা পাউ ফংলম্মী। সুপাশিং অদু সুপীশিংদুমা কৌশিনবা ওয়রমগনি। চিংনবা কোঙবা অমদি মতি পিবা থৌয়াং দরকার ওয়রে।

সুপীশিংদুবু শেমগিবশিংনা সুলতানগা লোয়ননা চংলম্মী। সুলতানগী মঙ্গেং পাংবা সুপীশিংদুনা মশিং থিঙমদনা মৈরা পায়রম্মী। মশিং থিবা অরুবা থবক নত্তে। সুপীগী মীজেং শেংপশিংদু মথক হেক্তা থংগদবদি নত্তে। মমিং মথা হেক হায়রকপদা সুপাশিং অদু অমুম অমুম নানখোকখি। মমৈথংদা শোয়দনা ফাগনি মরমদি মহলগী মায়কৈ মমিদা লাম্মীশিংনা কোয়শিল্লীবনি।

ঙৈহাক্কী তুংদা নসীর রায়দুনা লেপখ্রে। চৎপগী রাবদি নত্তে, মনায়সুপীশিংনা মাগী হিপকম শেমবা থৌরাংদি। ফমুং থারে। নসীরনা শেমীবা ফমুংদুদা হিপথরে।

নসীর নাখোক্কুনা তুমখ্রে। অদুগা মাঙ্গ্ী কিলা অৱাংবা চৌংগী মথক্কনি, চৌংদু নীকলে। নসীরদু ফমুংদগী ওন্থরে।

মহাক্না লাউরম্মী, "কনবিয়ু! ঐবু কনবিয়ু! হৌজিক কনাবুসু ওৎলমোয়! ঐবু ফারে, কনানো ঐবু কনবিয়ু!"

মৈরা পাইবীশিংগী মথুত্তগী মৈরা তাখ্রে অদুগা মৈরাশিংদু তম্দনগুম মুৎখ্রে। যোয়দুসু মখাদা তারে। চেনাশিং ফম ফদ পায়রে। চে থরগী মথক্তা তাশিন্দুন। হোলাঙম চাক্লম্মী। চাকপা হোরম্মী। মনায়শিংগী মথক্তা বেগমশিং অদুগা বেগমশিংগী মথক্তা মনায়শিং থয়ো থয়ো ওলম্মী। অনকপগী মহলসু থক থক নিকলে। বেগমশিংগী মমল

মাণ্ডুনা নসীরুদ্দিনগী অমা মাংলুরবা তুগীশিংছুনা অমা লাকখবা লায়রক পায়রমই অহুগা মফি মবোল শেমজীনমই। সিকায়শিংনা মখোয়গী মকমদা হজিনরুবা মতমদা তুগীগী থিজেং শেংপা মুপাশিংছু মাংহল্লে। তুগী মশিং থিবগী থবক মতম থম লেপ্লমই।

গুজরাতকী স্থলতান মহমুদ বঘর্রা অহু চাক তৈবা, পোংচৈ অমমুং কাংখোলনা ননবদগী লৌথোকলে। মকোয় মরাং অহু ইফা কায়ে। চাক ঈশিং মাংখিবদি মাংজরো মকোয় মরাং ফাউবা থিকম কায়-হল্লমলে। অয়ুক চমা য়ানবা ওায়বা ওয়না কেম্প মমুং অহুদা তুমথল্লে। হৌগৎলকপদা লান্দা মঙ্গল ওয়রয়োয় থন্দুনা গুজরাত্তা হল্লক্লে।

মানসিংহনা উরে, পুয়মক হাম্নগী মফমদা হনজিল্লে। মমিং পাং-থোক্লকপদদি মৃগনয়নী ঈংনা কমছুনা লৈরমলে।

মানসিংহনা হংলমই, "করিনো তৌরিবা মতৌ অসি?"

মৃগনয়নীনা খুমলকই, "য়ুহায়হাবনি। ঐখোয়গী ইথৌ মিংশিং-নবনি।"

বিজয়জঙ্গমা থল্লে, ঐখোয় শিবভক্তি শিহৌদরে। শিবা হায়থসি পুন্সিগী তৌত্রবা য়াত্রবা ইথৌনি, অয়োয়বা মতমদদি কৈলাসতা শোয়দনা থুংগনি। মহাক্না রাখল অসি চপ মুংমা থল্লমই।

বৈজুনা হায়রমই, "ইমা সরস্বতী নঙনা ঙাকপিয়ু, ঙাকপিয়োয়দরা? করিগুম্বদা কাউথিছুনা স্বর তাদবা তান শোয়বা য়াওত্রবসু মতুংদদি অমুক হন্না থোকহল্লরোয়। মসি ঐখোয়না তৌরুবা কত্তবগী কলনি।"

চেকয়ুম থম কিনথরে, থমনা চেৎথায়রে। মতম থমগী মচুংদা শেম্বা লোয়শিন্নদ্রে। কিন্থরবা য়ুমশিং অহু শেমদা মতম থম থিল্লে। লায়রবা লৌমী শিমীশিংগী য়ুমদি শেমজিনবা ঙমদ্রে। শিমীশিংনা মপোং মচৈ থম খোমজিন্নগা মতম চংনা হোৎনছুনা লৈনবা য়ুমশিং শাল্লে।

মানসিংহনা রাজাগী চীংদা কিলা শাবা হৌরে অস্থুবু মহাক্না কলাগী লেবা তৌবদা পুক্নিং চংবা অহুওমা চংবদা কিলা শাবা অহু পাংকাং

য়াংশিল্লমখে। মৃগনয়নীগী চিত্রশালাগী লায় অহুম্ মৌজিক মপুং ফানা য়েক্করি।

( ৬৪ )

মহাত্মা অমনা রামেশ্বরদগী থালিয়র ফাউবা মখোংনা লাকই হায়রবা পাউসি শন্দোক্লমই, লোঙ্গী থক্তা শেংলি, মীম মনাথক্তা চায়, ধ্যান তৌহুনা লৈ। থালিয়রদগী মাইল অনি/অহুম লাপ্না লৈবা মোতীঝীলদা লৈরে। লোঙ্গী শেংপা অমদি খোংউপ তোংদবা! অহুগা রামেশ্বরদগী থালিয়র ফাউবা। মহুগী মথক্তা ধ্যান! প্রজাশিং অহু মহাকপু উনিংবগী ইহৌ লাক্লমই।

মোতীঝীল মানসিংহনা হাল্লা শেমথিবনী। থবক লোয়শিনখ্রে। মহুদগী খোং তৌরগা অনকপদা লৈবা লৈবাকশিংদা ঈশিং য়েনখ্রবনি। য়ুহার হাবনা থা থরগী মমুংদা পাংকী অকোয়বা মপান পাক চাউথোক্না রাংথংনা শেমখ্রবনি। মহাত্মা অহু পাং অসিগী মপান্দা লাক্লনা লৈররে। নিংথৌ উরবা পামই, মানসিংহগী চুতনা হায়রমই, "মহাত্মা দর্শন তৌবা পামই। অহুবু দর্শন তৌনবগীদমক নিংথৌনা মোতী ঝীলদা মশাঃক লেংলকপা পামই।" বিজয়জঙ্গমস্থ খংখ্রে।

নিংথৌনা মহাত্মাগী মনাক্তা চৎনিংলমই। মহাত্মানা কোস ৬০০/৭০০ লাপদগী ঐখোয়বু দর্শন পিনবা লেংবিরক্লি, অহুগা ঐখোয়না মাগী দর্শন করিগী তৌরোয়দগে?

বিজয়না হায়রকই, "যোগী অমদি মহাত্মাদি অসুম্না কোয়চৎ চৎকদবা নত্তে। মখোয়না করিগুম্বা থর তানশিন্নবা চৎপনি।"

"তপস্বীনি, উন্নবদা করি অমাংবা লৈ।"

"অসুম্না তপস্বী তৌবশিংগী পান্দম অমা লৈ। স্বর্গ ফংবা য়ায়, ফংদবা য়ায়, মখোয়না লোক অসিবু তপ তৌহুনা লোক অসিবু খুদুম চলবা পামই। অদোম্না চহি থরগী মমাংদা ঐগা বৈষ্ণব অমগা মরৈ য়েংনবা মতমদা অসুম্না হায়থিবা থরা লৈ। অদোম নিংশিংবীব্রবরা?"

"হোয়, খয় খয় মিংশিংলী। যোথন পুজারীনা ছুমিং অচুনা লাক্ না ময়ামগী ময়াংদা গুজরী রাণীগী তেনগী বিদ্যাদা হৈশিংবন্থু তম্বী। পুরাণশিং পাবদা ঐখোয়না থেংনরে, যোগীশিংনা মিংথোদা পাউতাক পিবা চৎলি, নিংথৌনা মখোয়বু তম্নাম তরাম ওকই।"

"মতমচুগী যুগকী য়া তোকখ্রো, হৌজিক মতমগী খননিবু। ঐখোয়গী মীয়ামদা মসিমা করি কায়বা পুরকনি ? মেলাওম কৈথেলগুম মীয়াম লাকপা হৈনগংলকনি। তুর্কীশিংগা লান শোক্ননি, মীয়াম অমদি লাগ্নীশিংনা মথৌ কাউথোক্ না মখোয়গী চলাক্তা চৎত্রগনি।"

"তৌশন্নবা ওয়মমদবন্থু য়ায়, হৌজিক খঙত্রি। ঐনা খনগনি।"

মানসিংহ হুমিং নিনি ফাউবা চৎখ্রে। "নিংথৌনা মাবু উন্নবা লাক্ত্রিফাউবা কয়িমত্তা চাররোয়, নীম মনা ফাউবা চাররোয়। পাউ অসি তারে।

মানসিংহ তপথনা লৈবা গুমথিজ্রে।

বিজয়না হায়রকই, "মহারাজ, শিজনসন্থু, মহাক শিগ্রয়দি অপংবা অমা হুন্থরনি।"

"মীয়ামা বৈজু অঙাওবনি হায়, কনাগুম্বনা বৈজু শিবা পায়মগম্বা ?"

বৈজুদি মহাকী মহৈদা ঙাউজবনি। যোগীশিংদি অপংবনি, মাপলদা ঙাউজবনি।

"ঐনা মহাকপু শিহনবা পামদে। মহাক্না শিগ্রবদি মীয়ামা হুংভায়রোয়।"

মানসিংহ থিংবা য়াজ্রে। যোগী উন্নবা চৎখ্রে। যোগীচু মশা পায়ম্বী, ময়াং কংলমই। মথুং ইশাং শাংই। মশাদি মহা ওয়রি অচুগা মশক্না চহি চামা শুবা মাম্নি। মখিং ঙাংই। মানসিংহনা খল্লমই, যোগদা পুক্নিং লুপথিন্থনা মমিত্তু ঙাংলিবনি।

মানসিংহনা থুকমমই। মহাক্না মথুং থাজত্ না বন্দ শিন্নমই। যোগীনা হায়, "নংসি নাপল চাউইদা।"

"মানসিংহ তেক্সীরগী রাখল লৈতেক অহুবু মশাগী নোলুকপগী রাখল লৈবনা মপুক্কিং কাখরমই। হায়রকই, "নাপল নত্তে, লানগী থৌরাংদা শংদহুনা লাক্কবনি।"

"মহুৎকী থবনকনি ঐনা থর হায়নিংলিবনি।"

"য়াথং পিবীয়ু, য়াথং তাকবা হোৎনজগে।"

"লাম্মী কয়া থৌরাং তৌজরে ?"

"মককসিদা লাম্মী লিশিং ৫০, নরররদা লিশিং ২৫/চম্বল তুরেল তোর্ব্বানগী কেম্পশিংদা লিশিং ১/১ লিশিং ২/২ থমই।"

"কেম্পশিংগী রা তোকলো। হেনগৎপস্থ ওমখিগত্রা ?"

"য়ায়া রারবস্থ হেনগৎনবা হোৎনগনি।"

"য়াজিরকগী কিলা নিংখিনা তাকশেয়বা থৌরাংলব্রা ?"

"থৌরাংলে।"

"সুরুংশিং নিংথিনা শেমজিন্নু, করিগুম্বদা দরকার ওয়রকপস্থ য়ায়।"

"লু-নায়া লৈরী।"

"কয়া লৈ ?"

"অমা।"

"কদায়কাউবা চৎলি ?"

"চীং অমদি উমং ফাউবা। অহুবু শাধু মহারাজ, ইপা ইপুশিংগী চৎনবীনি, সুরুং অসিগী মরমদদি ইচাশিং অমদি সেনাপতিগী মরী মতা কাউবা তাকপা য়াদে, অহুনা মথা তাকচবা ওমজররোয়।"

"করিগু কায়দে, করিস্ত কায়দে। লানগী থৌরাংগী মহুক্তা ভজন অমদি পুজা তৌহুনা লৈরো, মহুনা ফগনি। চৎলো, ইনাক্তা লৈরস্থ। ধ্যান তৌরগে।"

মানসিংহ হনখ্রে। থোজীহু মশা ফরি অমদি মখিং ফরি। বিজয় চৎকে লীংলগী। মথংগী মুখিত্তা রারী লাররগী।

মানসিংহনা মঙোন্দা য়ায়ীপুরা ঙাক্লমই। মহাক্না হায়রমই, করিগুম্বা মরু ওয়বা অমত্তা হায়নদে। ঐনা মহাকী মশা মউ ফাবা অমদি মমিং করম্ হায়না পামই।"

"মরু ওয়বা রা হায়নদবা! অদোম্না হায়রিবসি করিনো? মহাক্না লাম্মী অমদি কিলাগী মরমদা থংদোকত্রবদায়নে।"

"মহাক্না পুম্নমকপু চিংনহন্নতা লৈ।"

"অদোম্না হৌজিক কাউবা তপস্বী অসিদা থাঙরি! চাংগী মতমসিদা অদোম অমদি লাম্মীশিংবু পিজ পিথক তৌহনা লায় নিংহনা লৈবা, ঐদি য়ানিংদে। অমুক্তং মহাক্না মোত্তীবীল নজ্রগা অতোপ্পা মফমদা উম্নহনবিগদ্রা?"

নিংথৌনা কোয়থি থিগৎহল্লে। যোগী অহু ঙরাং হুমিদাংদগী মাংখ্রে।

বিজয়না থরা কল্লপনা হায়রকই, 'মহারাজ। ঐদি ঙেরংগী অরোনবা পাউমীসি হায়না থল্লি। লাম্মী অমদি সুরুংগী অরোনবা থওখ্রে। লাম্মীগী মশিং থওথিবদি করিস্থু কায়দে অহুগা সুরুংগী মরমদা থওথিবদি সুংঙায়ত্রে। হৌজিক কিলাগী মন্নুংদা চান থরুবা পৈশিল্লে। সুরুং ঙাকশেনবা য়ারগনি। মন্নুংদা লৈবা মীশিংনা সুরুংদগী মত্তেং অমত্তা ফংলরোয়। ওম্ন-তৈম্নবা য়েক্লবনা সুরুংলোমদা লাক্তুনা কিলা মন্নুংদা চংলকপা ফাউবা য়ায়।"

মানসিংহ য়াম্না নিঙম্নকত্রে। মৃগনয়নীনা হৌদোকখিবা রাহু নিংশিংলক্লে—ঈশৈ নোংমায়দা পুক্লিং লুপখিবন্ন, ঐগী বুদ্ধি কৈবত্রু বরা? ঈশৈ নোংমায়দা করি দোষ লৈ! মহাক যোগীদি ওয়রিদনা। মহাক্না মফম অমা থাদোক্তুনা অমদা অমদা চৎপদা করিস্থু চিংনিঙ্গায় লৈত্তেনা। পূজা লংজা তৌহনা লৈয়ু হায়বসিদী মহাকী পিকম থোকপা পাউত্তাকনি। যোগী ওয়রগা করি পাউত্তাক পিনী। বিজয়না চিংনবসি চুমদে। অহুবু লাম্মী চেকশিন্না থমবদি চুমই অমদি সুরুং বন্দ তৌবা পামই। চিনশিল্লকলবা মতমদা নিংথিনা ঙাক শেনবা ঙমলরোইদ্রা? অদুবন্দ্রা

থাজবা, পুজা লংকা তৌবা পুন্নমক ঈশ্বরগা শিন্নরগে। খুরুং খিংতিন্নবা থৌরাংলগে।

মানসিংহনা থিন্দনা খুরুং খিংজিনহনখ্রে। খুদিং চংবা লামগী থৌরাং তৌবদা মায় ওনশিনখ্রে। রাঈগী কিলাদ্ত লোয়শিনখ্রে। অনকপা কিলা, অতৈঙন্সু শেমগৎ শাগৎখ্রে।

নোংমা নোংজুথাগী অমুক অমদা সিকন্দর লোদীনা লাশ্নী অয়াম পুহনা চম্বল তুরেল লানলক্লে হায়বা পাউ ফংলে।

( ৬৫ )

সিকন্দরনা মাগী লান্মী শরুক ৩ থোক্না থায়দোক্লম্মী। শরুক অমনা নরররয়োমদা থারম্মী অহুগা শরুক ২ না তোঙান তোঙানবা মায়কৈদগী গ্বালিয়রদা থমলম্মী। মহাক মশামক রাইরোমদা লাকদবা শরুক্কা য়াওরম্মী। মানসিংহনা নবররয়োমদা চংথিবা লান্মীদি খঙহৌত্রে। মহাক্না খল্লমই— গ্বালিয়রগী মায়কৈ অহুমদা লান্নারক্কনি।

থিন্দনা মায়োক য়ানবা থৌরাং তৌরে। অম্রাংথংবা মায়কৈদা মানসিংহনা মথোয়বু ভানথায়রগা ময়ায়দা কাম্নবা অহুগা খা থংবা মায়কৈদা মানসিংগী সেনাপতিনা মথোয়বু কাম্নবা, মত্তাংচনা অটৈ না থিংননবা। ময়ায়দনা তোমর লান্মীগী মতেং লৌরগা রাঈগী কিলাদা অটলন ভাককি। থৌরাং তৌহনা মৃগনয়নীগা ময়ামগা উন্নরম্মী।

রাঈগী কিলাদা অটলগী মতেং পাংনবা লাখী চৎকদৌরি। লাখীনা মৃগনয়নীগীদমক্তু বিদায় লৌবা লাক্লম্মী। মহাক কিলাদা অমুক ম্মু লৈরুরবনি।

লাখীনা পল্লপ তৌনা হায়রম্মী, "মকমসিদ। অম্মুম লৈজিংহনি।

মৃগনয়নীনা হায়রকই, "ঐহু মহু পামই। য়াম্মুংদা হায়গে, রাইগী কিলা য়াম্না চাউবা মঙ্গে। ঐখোয় অনি মকমসিদা কিলা চান্নবা পুন্না লৈয়নি।"

মানসিংহমু খোয়াংগী মতুং হন্না কিলা মপান্দা লান শোক্লবা চৎখ্রে ।

মৃগনয়নীনা মথংগী মুমিত্তা চিত্রশালাগী লোয়শিন্ধিবা লাইমু মাগী মথৌ ওয়না মচু শংলম্মী । অদুবু হৌজিকমু লাইমু লোয়শিন্দরি ।

( ৬৬ )

মুইরেনাগী মনাক্তা আলমপুরগী অরাং-অমেম্বা লৈবা লমহাংদা অহানবা ওয়না সিকন্দরগী অরাংথংবদা লৈবা লাম্মীগা, মানসিংহগী লাম্মীগা লাম্থেংনরম্মী । মানসিংহগী শামু লাম্মীগা সিকন্দরগী শামু লাম্মীগা মায়োক্নজি অদুবু লান শোক্ত শোক্লদুনা কাংবু অনি মুজিল্ল-রক্লম্মী । মানসিংহ শগোল তোংলম্মী । মহাক্না শামুদগী শগোলদা হেন্না থাজনম্মী ।

মায়কৈ অনিমক্কী শামু লাম্মী অদু চায়থোক্ত্রনা লান শোক্লম্মী । অদুবু শামুনা শামুদা লাথেংবদি য়ামলমদে, খোংনবনা হেল্লম্মী । শামুগী মথক্তা তোংলিবা লাম্মীশিংনা তেন কায়রম্মী । লাম্মীশিংনা য়োংকী কবচ টুপীনচিংবা শিজিন্নবনা মমম ওয়রদুনা মখোয় অমগা অমগা থিনা শোক্ল-রকদে । খোংমী লাম্মী অমদি শগোল লাম্মীগা কন্না লাথেংনেরম্মী ।

মানসিংহনা উরম্মী, দিল্লীগী লাম্মীগী শক্তক অমদা অতকপা মওংগী লাম্মী থম কন্না লান শোক্লম্মী । কোয়্রী মচু মানবা, লাইবক শাকপা, মমিংথুবা, নাংতোম চাউবা, মনা কাউবা তুপী উপশিনবা, লোক্লুমমু লোকপা মানবা মওংনি । থজামু শক্ত কাপথোকপগুম তোংলম্মী; মতুক য়াওবনা মকোক শাজবগুম; মকোকুদা শম থম হৌই । মহাক্না মওংদি কবিগুবদা উপ্রে—হননি গুলিগী মুগল হায়রিবসিনি, য়শোবতীয়া মচম অমদা ইহান হাক্না লান্দাগ্রবনি, গুসি ঐনা উত্রিবনি । মানসিংহনা তোমরশিংগী শগোল লাম্মীদা লান্দানবা য়াথং পিরম্মী ।

তোমরশিংনা লান্দরে। মুগলগী খোংমী লাম্মীগী মতেং পাংনবা শগোল লাম্মী তুর্ক লাক্লম্মী, অদুবু তোমরশিংনা কন্না লান্দাবনা হানখ্রে। মুগল লাম্মীদি মথয়ায় খুবাক্তা হাপ্তুনা কন্না লাম্ছেংনরি অদুগা তোমরগী শগোল লাম্মীশিংনা নোংলৈ নুংশিংকুম লাম্ছেংনরম্মী। তুর্কগী শগোল লাম্মীশিংনা খোংমী লাম্মীশিংবু ঙাক শেনবা লাকতরে অদুনা তোমর-শিংগী শগোল লাম্মীনা মখোয়বু নৈহৎলে। তুর্ককী শগোল লাম্মীশিংদা মানসিংহগী লাম্মী কাংবুনা "হর, হর মহাদেব।" হায়না লান্দাশিল্লে। তুর্ক লাম্মীশিংনা মায়োক্নরে। মুগলগী খোংমী লাম্মীশিংবু তোমরগী শগোল লাম্মীনা চায়থায়রে, অদুগী মৎক্তা মায়কৈ অমরোমদগীসু লান্দা-শিন্নম্মী। ঙেহাক নৈরগা তুর্ক শগোল লাম্মীশিং তুং হনবা তারম্মী। মখোয়গা লোয়ননা দিল্লীগী খোংমী লাম্মীসু হন্দোকখ্রে। দিল্লীগী লাম্মীসু লান শোক্ন শোক্না তুংহনবা তারম্মী। দিল্লীগী শামু লাম্মীসু মখোয়গী অচৌবা লাম্মী হনবা উরকপদা তুং হল্লে। সন্ধ্যা কাউবা অমুম লাম্ছেংনরে। দিল্লীগী লাম্মীশিং অদু মখোয়গী ময়াম থংবা লাম্মীশিংগা পুনশিন্দুনা লেংদনা লাল্লমহুম্না নৈখ্রে।

মানসিংহনা মশাগী লাম্মী খোমজিল্লে, অদুগা মকম চাবদা অহিংগী লেকক্লম শেমলে।

অমুক্তা লান অমুক শোকনরে। হৌজিক দিল্লীগী লাম্মী য়ায়া চেকশিন্না লাম্ছেংনরম্মী, মরমদি অহানবা হুখিত্তা মখোয়গী লাম্মী থীনা শোকখ্রে। সিকন্দর লোদী মথামকনা লাম্মীগী লুচিংবা ওয়রকলে।

মানসিংহনা মাগী লাম্মী কাংবুনা ময়াম লাম্মীগী লুচিংবা অটলগা মরী লৈনবরম্মী। অটল অসি তুংলোমগী ভম্পাক অমম্বুং উমং ঙাক্নবা অদুগা য়াই কিলা ঙাকনবগী থম্বনি। ওয়াখংবরোমদা তোমর কাংবু অমুবু নররবরোমদা থাখিবা দিল্লীগী লাম্মীগা লানথেংনবা থারম্মী। অদুবু খুদ্ধ থোক্নখিত্রে। সিকন্দরনা মাগী লাম্মীশিংদা অহিংদা মানসিংহগী লাম্মীদা তুংলোমদগী লান্দারক্নবা য়াথং পিখ্রে।

হুমিং হুম্বা কাউবা লান লোক্নুনা লৈরে, হুংখিদবী মুকমদা খাংহোৎনা লানে কনখংলকপী। মানসিংহগী ওয়থন্বা, চাকথোকপা লৈবা নমরগরবোমদা চৎকদবা লাম্নীনা ভুংল্লোম্নবী লান্দাম্লকনী। লাম্নীশিং অহু তপাক অমমুং উমংলোমদগী লাকপনি।

মানসিংহনা অটল অমমুং অতৈ-সরদারশিংদা হায়রকই, "নখোয়না কেয়া অসি শেনবো। কেয়া অসি থুগায়দ্রবা ফুর্ক চংহনরক্ন্ন এ মনাক অদি লোয়শিনগে।"

অটল অমমুং অতৈ-সরদারশিংনা থোনা [illegible] কেয়া [illegible] নখুবা লৈতে। মানসিংহনা থোংবী লাম্নীশা শগোল [illegible] [illegible] ভুংলোমদগী লান্দারকলিবা অহুদা চোংশিন্দুনা লাম্বংনরে। '[illegible] মাক্-শাম্ন লাম্নী অহু মপ্তোকলোমদা থাবক্না য়াখং পিরে।

মানসিংহদি উমংগী লানি অসি থর বীনা থোকলম্মী, দিল্লীগী লাম্নীগা দমক্তনু অমুক হেন্না অরাবা ওয়রশী। দিল্লীগী লাম্নী তপ্না তপ্না হন্দোকখ্রে, হুমিদাংখায়রম কাউবগী মতুংদা মানসিংহনা লাম্নীশিং অহু তকথোকখ্রে; অহুবু লাম্নীশিং অহু হন্দোকখ্রবা সিকন্দরগী লাম্নী কাংলুপকা উিরখ্রে। মানসিংহগী শামুগী লাম্নীনা তারবা ওমখ্রে।

সিকন্দরগী অনৌবা লাম্নী কাংলুপ অমা নায়োনদগী লাকপা উবদা অটলগী লাম্নী থর চরাংনরকই। সিকন্দরনা কন্না লান্দারকলে। অনৌবা লাম্নী কাংলুপতুনম্ন ফুজিন্নকলে। মানসিংহগী লাম্নী অরাংলোমদা হন্দোকপা তারম্মী। সিকন্দরনা চেকশিন্না লানথেংনরদগা লেপখ্রে। অহিংদা মানসিংহগা অটলগা পাউ কাউনবা কংখিখ্রে। অমুক ওয়রক্ন পগা লান অমুক হৌরে। অটলগী কাংমুনা থরগা অমুক হন্দোকখ্রে। হৌজিক মথোয় থালিয়রদা নঙগা রাজৈরোম চৎপা নঙনা অক্তোপ্না উপায় লৈরমদে। রাজৈগী কিলানা থর নক্নী। অহোমদা মানসিংহগা থেংনবন্ন য়ায়। মরম অহুনা অহিংদা মহাক্কী কাংলুপ লোয়নবা রাজৈগী কিলাদা লাক্লে, অদুগা মকমতুনগী অমুক্লে লেপখ্রে।

তুংথিল্লা মানসিংহনা খারোমদা সিকন্দরগী অচৌবা লান্মীগা মায়োক্নবা তারম্মী। থা মচেংশানা কোয়শিল্লগা লাম্থেংনরম্মী। নাকল অমরোমবনা অটলগী লান্মী, অতোপ্পা নাকল অমরোমদনা মানসিংহগী লান্মী লাম্থেংনখি। মরম অসিনা সিকন্দরনা কোয়শিনবা মানসিংহগী লান্মী থম হন্দোকপা তারম্মী। সিকন্দরগী লান্মী অদু থা মচেং শানা শাংনা পয়েং লেংলে। মানসিংহনা সিকন্দরগী লাম্লোং অদু থংলকলে অদুনা মহাক্না য়েংলোম মায়রোমদা লান্মী অনি থোকনা খায়দোকলগা তুং থম হন্দোক্নবা হোৎনরম্মী। অদুবু সিকন্দরগী লান্মী অদু যাঙ্গী উমংলোমদা চংশিনখ্রে। অহিং ওয়শিল্লকপনা মানসিংহনা হন্দোকহনবা ঙমখিদ্রে।

তুমিং হয়নিগী লান অসিদা সিকন্দর য়াম্না মাং তাকখ্রে, অদুবু মরিক্তবা তুমিংতদি আশা অমা উরে, সিকন্দরনা লান্মীশিংদা কোয়না চংলগা থালিয়রগী মনাক নকপা থুনশিং থুহ্ম চমবা য়াথং পিখ্রে। মানসিংহ থংখ্রে। মহাক থাদিংরগী থা নোংচুপ্ত', পনিয়ার থুনলোমদা, সিকন্দরগীনা অয়াংথংবা নাকন্দা, থালিয়র ময়ায়দা লাকপা তারম্মী। থালিয়র কোয়শিনখ্রবদি মানসিংহ কিলাগী মপান্দা লান শোকনবা তাপনি থরম্মী। মানসিংহনা মমায় হেক ওনখিবগা সিকন্দরনা অটলগী লান্মীবু যাঙ্গী কিলাদা কোয়শিল্লে। কিলা অসি অয়াংবা চীংথক্তা লৈবনি। মসিগী মায়কৈ অনিমক্তা য়াম্না লুবা কোম য়াম্না লৈ। নোংপোকলোমদা খুন লৈ অদুগা সাঁক তুরেললোমদা অয়াংবা লম লৈ। মথা, অয়াং অমমুং নোংপোক্তি ফজনা কননিংঙাই লৈ অদুবু নোংচুপ মায়কৈদদি থোয়দোকনা য়াংদবা অনৈবা লম লৈ। অটল মশোমদা য়াম্না চেকশিল্লা লাম্বা তোপে থনখ্রে।

মানসিংহনা অটলগী পাউ ফংজে মহাক্না লান্মী পুম্নমক য়াঙ্গী কিলাদা চংলম্লগনি হায়না থরম্মী, অদুবু থালিয়র থাদোক্লগা য়াঙ্গী কিলাদ চংপা ঙম্লদে. অদুম ওয়নমক সিকন্দরগী অয়াংথংবদা লৈবা লান্মীদা করা লাক্কারম্মী। সিকন্দরগী লান্মীনা মাং তাকপগা লোয়নবা

হনবা থারমী। সিকন্দরনা রাজৈগী কিল্লাবু কোয়শিন্নবা লাম্নী.মাংবু অমা থনম্লগা লাকলে। মানসিংহনা সিকন্দরগী অরাংকংবা, নৈবা ল্লাপী হল্লোকহনজে, সিকন্দরগী লাম্নী লুচিংবনা খা মারৈকেয়োনবদা লাম্লেংনরে।

মানসিংহনা ওবজবী থাহনা মায়োক্নরে। সিকন্দরনু ওবজবীদা লান্নরে। সিকন্দরনা বালিয়রগী কিলা অমস্থুং বালিয়রগী অনকপা চীংশিংবু কোয়শিন্নবা কম্না হোৎনরম্মী অদুবু হন্না হন্না মহৈ য়াদ্রে। সমুদ্রগী অচৌবা ইথক হৌবওয়া মহাক্কী শগোল লাম্মীনা তোমরশিংদা লান্দাম্মী অদুবু সমুদ্রগী ইথক্লা চীংদা থেংনুবগা হল্লোকপওম মথোয়নু হল্লোকপা থারম্মী।

অহিং ওয়রকলবদা মানসিংহনা উরে, বালিয়রগী কিলাদা নৈবগা লাম্লেংনবনা হেন্না ফরগনি, মরমসিনা মহাক লাম্মীশিং পুহনা চংজে। সিকন্দরনা বালিয়র অমস্থুং মানসিংহগী চায়থোক্লবা লাম্মীশিংবু অমুক কাউবদা কোয়শিন্নবা থৌরাংলে অদুবু অমুক ওয়রকপদা লাম্নী অমদি লোৎচৈগা লোয়ননা মানসিংহনা কিলা মহুংদা চংখিবা উরে। মহাক্কা পুন্নাপশিংগী বা নিংশিংলকলে। মতম অমদা সিকন্দরগী মপা মহক্লোলদা চহি তরামাপল কুনগী মমাংদা মানসিংহবু কোয়শিন্দুনা মায়খিবা লিনবা হোৎনরম্মী, অদুওয়া মহাকসু কয়ারক হন্না হোৎনজে অদুবু হোৎনবা পুবা মহৈ য়ান্দরে। মহাক্কা হান্না থওখিবসু অমুক হন্না ওয়াহনলিংদরে।

কিলাদা চংনবা নক্লগা লান্দানবা উপায় অমত্তা লৈত্তরে। মমাংগী চহিদা থৌরাং কয়ামরুম হোৎনজবনি মথোয় কাম্বখিজে, থুহুপ ২৫০ য়াংবা চেকপলস্থ য়েত্নবশিংনা কায়বা হোৎনবদা লাম্নী লিশিং কম্না মথায় থাজবনি।

মহাক্কা মাগী অয়োনবা পাউমী কৌরে।

সিকন্দরনা হংলম্মী, "ম্নুকং কদায়দা লৈ ?"

মগী পাবা অয়োনবা পাউমীহুনা হায়রকই, "জহাঁপনাহ, জনব পা

( ৩৭ )

খুঙ্গিংচুমদা থীরে অদুবু মুকং থিবা থতদ্রে। থাউ [illegible] পেম্বগনি হায়না সিকন্দরনা থন্নকই।

মহারাজা [illegible] কোয়শিনবগী থম্ব য়েংলা য়াউবী কিনাবা পুক্নিং লুপখ্রে। করিগুম্বা মুকং লৈরবম্বু কোয়শিনজিনবা অসিগী [illegible] [illegible] অহিংবা মুমবু ঙৌরকনি হায়বগী অকিবা চিংনবা লৈত্রে হায়না মহাক্না আশা তৌরম্মী।

য়াউবী কিনাদা লান্থারে, অদুবু কায়রে। কিনাগী মথক্কী ইম্ফরকপা অচৌবা মুংগা লান্নাবা কাথংলকপশিংগা লোয়নন্না ওয়মিনখি। অমুক কায়দি লোঙানবনি।

অহিং নোংয়ায়দা সিকন্দরগী কেম্পতা লোয়না লান্থারক্লে। কৌজিক কয়া লান্থারকলে। অদুবু সিকন্দরম্মু ঙাকথোক্কবা নিংহিনা থেরাংলে। লোয়া লান্দাবশিং অহু লান শোক্ক শোক্কনা হন্দোকখ্রে। সিকন্দরনা লান্থাবশিং অহু অয়ুক ফাউবা থম্মিংলম্মী। মহাক্কী লাম্মী য়াম্না হাংখ্রে। অয়ুক ওয়রকপদা লোয়া লান্থারকপা অপিকপা লাম্মী কাংবু অমা থনক্লা মাংখ্রে। লৈহৌরিবা অপিকপা লাম্মী কাংবু অহু চেনথোকপা ঙমখ্রে, মথোয় লোয়না শিবা তারে। নোং পুমজান ঙাক্লবদা অপিকপা লাম্মী কাংবুহুগী অমত্তমক হিংহৌরে। পুম্নমক লাম্মেংনরক্লগা শিখ্রে। হিংহৌবা অমহুক্ক থিনা শোকলে। সিকন্দরনা অশোক্কপহু লায়েংবিরে, অদুবু মহাক শিগ্নি হায়না তমথ্রবা ওয়রে।

সিকন্দরনা মহাকপু কৌরম্মী। হংলম্মী, "নথোর কদোমদগী লাকহ্‌?"

অশোককপাহুনা কিনারোমদা ইজিং তৌরম্মী।

সিকন্দরগী মপুক্কিং থৌলহখ্রে। অমিঙুবা য়াহং হংলম্মী,

"মুকংদগী লাকপনা?"

মুকংদগী লাকপনি হায়বা য়ারে।

সিকন্দর অমুক হেন্না পুক্নিং থৌগৎলে। খেমচুনা হুংশিবা উৎলম্মী।

"সুরুং অচুগী থোং কদায়দনো ঐগী হুংশিরবা?"

'অশোকপচুনা শোয় মতং ওয়না হায়রকই, ওরথংবা নাকনগী গুহাদগী।"

সিকন্দর তুংজুংনা হয়াউদ্রে। খিন্দনা সিকায়শিংবু খিনবা থাদ্রে। সিকায় হলক্লিন্ডেদা অশোকপচু শিদ্রে।

সিকায় হল্লক্কুনা তাক্লয়ে, গুহাগী ওয়, য়েৎ অনিমক্তা সুরুংগী ওয়রবা য়াবা থুদম অমত্তা লৈতে।

সিকন্দরনা অশিবা লাম্মীচুদা য়েংলম্মী। মহাকী মায়থোংচু মোমোন নোক্লম্মী। শিরবমিনা হৌজিক আশা লৈতরে। সিকন্দর মশামক গুহাদা লাক্নুনা সুরুংগী লম্বী থীরে। অকোয়বদা থুদম অমত্তমু ফংদ্রে, হল্লকলে।

শিরিবা সিকায়গী মায়থোংচু মোমোন নোক্লম্মী। মহাকী নোকপচু উরগা শাউনিংলে।

সিকন্দরনা হায়রম্মী, "মসিনা মীনম্বা ওাংলে। শিরমদায় ফাউবা মীনম্বা ওাংইনে।"

বালিয়র কোয়শিলহল্লমলগা য়াঈদা কন্না লান্থারে। লাম থেংন থেংননা হুমিং তাশিল্লকলে, মমৈথংদা ওমগনি থাজরকতরে। অহিং থম হৌজিনদ্রে, য়াঈগী অনকপদা শান্তি ওয়খ্রে।

লাথীনা অকংবা শিং থোমজিন্দুনা অচৌবা মৈজাও অমা থারে। পুং ২নিগী তুংদা মৈরীথোক্লা চাকলে। মৈরীচুনা অতিয়া পক্লা ওাক্লে।

বালিয়রদা মৈওাল অসি উরে। মানসিংহনা মচু উরে, মৃগনয়নী নচু উরে। মথোয়নি মচুগী অর্থ খঙদ্রে। পুং ২নিগী মতুংদা মৈওাল অচু লেমথখরে। মতমসিদা মানসিংহ মৃগনয়নীগা উররে।

মৃগনয়নীনা হায়রকই, "মহারাজ, য়াঈগী কিল্লাদা অটল অমদি লাখী অবাবা তারে।

মানসিংহ চেকশিনখ্রে।

"মখোয়নি রাঈগী কিলাদা লৈরে হায়বা খণ্ডখ্রে। মৎৎোয়গী অরাবা হয়েং কোকহল্লনি। নোংঙাল্লমদায়দা লান্দাগনি, করিগুম্বা তুর্কশিং হিংহৌরবদি খঙগদবনি।"

"অহুবু অদোমনা নশাবুদি অরাফমদা ভাহমবিগনু।"

"হা! হা!! হা!!! অরাকমদা চংলগবু অচৌবা, অশিকপা খায়বা রাত্রা? হৌজিক চিত্রাশালাগী লোয়শিনজিবা লায়হু মচু শওবা মতম ওয়রে।"

"ঐনা মীকুপ অমা শুমৎলুরে, মতুংদা অসুম্বা ভৌজররোয় ঐগী ইবুংঙো। ঐ মপান্দা লোয়নবা ওমলোয়, মসিদা নিংগমজ্রে।"

"সিকন্দরনা কিলাগী মনাক্তা কোয়শিনখ্রে, হয়েং ফাউবদা কোয়শিল্লীবা লাম্মীশিং মাংহনবা ওয়বদি কৈ, ওমজবদি অসুম হেনজিন্নকলনি। মতমহুদা নংগীসু খুৎচুম্বহু য়েংজরো।"

রাঈদগী উরম্বা মৈঙালহু মমথখ্রে। অহুবু ঙাল্লবগী মওংদি লৈরি। মানসিংহনা মশাগী থৌরাং মতুং ইন্না শিল লাংলে।

রাঈ কিলাগী মনাক নকপদা কোয়শিল্লীবা লাম্মীশিংনা রাংনা চাকথুৎ লিবা মৈঙালহু উবদা থর পাখৎলম্মী, রাজপুত মুপীশিংনা জোহর তৌরমলগনি, অহুনা হৌজিক রাজপুতশিংনা ঐখোয়দা কন্না লান্দারক্লগনি। মঙালহুনা নেমথখ্রবা ফাউবা করিমত্তা তৌরক্তে। না থাংগন্তুনা তারিবশিংসু কিলাদা লাংবগী মখোল তাজ্রে। অহুগা অসুক য়াম্না মৈ থাবনা করি মরমগীনো? ঈংবগী থাবা ওয়রবসু অসুক য়াম্না থারোয়! রা থরদি শোয়দনা লৈরমগনি। সরদারশিংগা রা তাররম্মী।

কিগন্দবা লাম্মী থরনা অহিংদা কিলা মমুং চংহুনা থোং হাংদোক্লগা মপানগী লাম্মীশিং মমুংদা চংনবা থৌরাং লোয়খ্রে। মখোয়না কৈরাক অমসুং থৌরী থৌরাং তৌখ্রে। মমুংদা চাক্লম্বা মৈনা নেমথখ্রবদা লাখীনা অটল কৌহুনা হায়রম্মী, "থালিয়রদা ঐখোয় অরাবা তারে হায়বা খংলমনি।"

"মকমতুস্থ কোয়শিল্লমগনি। হয়েং কৈদৌগে য়েংসি। মহাক্লাকনা হয়েং করিগুম্বা থর তৌরকপা য়ায়।"

"ঙসি অহিংদা করিগুম্বা থর থোক্লনি।"

"মায়কৈ অনিমক রানরে, অহিংদা কম্রিগু তৌবা ঙমলরোয়।"

"ঙসি অহিং তুম্বা য়ায়রোয়।"

"ঐগী মীৎতি পাংনিংলরে।"

"নত্তু তুম্মু, ঐ হৌগৎলে।"

খুনগী লৌমী থর অটলগী মনাক্তা চংজকম নিবা কিলাকা লাক্লো মথোয়না প্রণামস্থ তৌরে—নিরমগী মতুং ইন্দি জাগীরদার নত্রগা গঢ়পতিগী মথাংদা কনাগুম্বা লাগ্গী অমা ওয়রবস্থ ওয়রেবস্থ প্রণাম তৌগদবনি।

মক্তিন মমাওগী রাখল্গা লৌমী অমনা হায়রকই, "ঐখোয় অহিং কয়া তুমরে, ঙসি কনানো অমা শঙহল্লো, ঐখোয় তুম্লগে।"

ভৈয়া রাও সাহেব কাউবা হায়রে!

মখোয়না ফত্তবদগী জগোয়শাবশিংগা লোয়নমা য়ানা মুমিৎ-কয়ানি-মক্লম চেনুবহৃ অটলনা কৈদৌফুংদস্থ কাউরমদে।

লাউনা হায়রকই, "য়া ঙাংবা কাউবা হৈক্তবা মখোয়না ঐখোয়গী নাক্তা হেক্তা লাকইনে।"

মখোয়গী লুচিংবা লৌমীহৃ থংলমদে, তিঙক মায়ঙকনখ্রে। হায়রকই, "তৌ হায়বহৃ তৌগে। য়ায়া রারে।"

অটলনা লাউহৎলম্মী, "থবক তৌরুরো চৎলো। নখোয়গীদমক ঐখোয় থরায় থাগদৌরে।"

লৌমীশিংনা থাজরম্মী, লম ঙাক্লবা লাহৌংনরিবনি। মকমহৃদগী তুমিয়া চৎখ্রে। মকমহৃদা য়েক্লবনা চংলকপা ঙমলোয় হায়রবসি লাখীনা খুঙলম্মী।

মখোয় চৎখ্রবদা লাখীনা অটলদা হায়রকই, "নং তুম্মিরো, ঐ

শংলগে।" মহাক্না খুমলকই, "হোয় ঙৈহাক্কং তুমগে, নঙ ঐবু হোৎলোক্লকই অহুগা নঁঙ অমুক তুম্মু।"

অটল হিপথ্রে, খিন্দনা তুমথ্রে। লাখীনা ভেনগী ভেনথাউ লৌখৎলে, থ্বাংদা থাংশাং য়ানশিল্লে, থবাক্কা তবে হাপলে অহুগা কোয়চৎ চৎজি।

মকম খুদিং ইতন তয়রে। পুম্মক মমিৎ শিংহল্লগা লোমীশিং লৈথীবা মকমছুদা লাকলে। লোমী থরনা উইরম্মী, থরনা তুয়রম্মী।

মহাক্না মখোয়দা হায়রম্মী, "নখোয় য়ুমদা চত্‌না তুমলুরো। ঐ ঙৈহাক্তং শিনবিরমগে।"

লোমীছু থঙথ্রেক থঙলম্মী। মখোয় ঙাকচগে হায়হুনা নিংঙায় তৌশিন্নরম্মী।

লাখীদি মপুক্কিং চেৎলম্মী। মহাক্না হুংশিনা থেমহুনা মখোয়বু চৎহনখ্রে। লোমীনা হায়রম্মী, "মখোয় অনি অসি ঐখোয় খুনগীনি, অহুবু লাখীনা কদায়, অটলনা কদায় কয়াদা থেম্নিবা।"

ফিলাগী মথাদা অচৌবা উপাম্বী অমা হৌরম্মী, মসিগী মশা মরেংমা ফিলাগী মথক ফাউবা য়োই। মহুগী মরুমদা ঙাকলিবা লোমীশিং অহু উই-থরম্মী। লাখী লাংতকননা ক্ষমথরমই। মহাক্তি গুকতুম তুমনিংলমদে।

ঙৈহাক ক্ষয়মলগা মহাক লেপথৎখ্রে। ফিলা মতোনগী মোংশোংশিং অহু য়েংলগা ফিলা মথাদা য়েংথরকলম্মী। পুম্মম মমথ্রে। অম্বুকপা থন ওয়বনা মক্ষম অমতন্থু উদরে। মথক্তদি থবানমিচাকশিংনা ঙাল্লি। অয়ামগী চীংশিং অহু লেপ্না লেপ্না তুম্বগুম তৌরম্মী। সাঁক তুরেলগী থেক্ত খোয়না চেনবা ঈচেন্দু উরম্মী। লাপ্প কোয়শিল্লিবা য়েক্রুবগী লাম্মীশিংগী মৈ হৌগৎপগী মৈঙালদা য়াঈগী ফিলা ঙাকলিবশিংবু কেকশিলহল্লম্মী। হায়দি য়াঈ খুনগী উমংগী শাশিংনা খোংবতমক তারম্মী অহুবু য়েক্রুবগী লাম্মীনা ওৎ-নৈবদগী মখোয়সু লাপ্না চৎখ্রে। কেম্প মহুংদা কৌজেংগী চীক চীক খোংবগী মখোল নত্তনা অতৈ ফরিস্থু তাজ্রে। ফিলাগী মহুংদা "তুমগনো তুমগনো!" হায়বা মখোল তারম্মী।

লাখীনা অহাংবা মথকলিদা কিলা মতোনগী মথাদগী শোরো শোরো লাউবা মখোল তারম্মী। উবদি করিমত্তা উরমদে, মম্না খাঙতুনা তারম্মী। ঙৈছাক তুমিন্না লৈখ্রে। লাখীনা থল্লম্মী জঙলগী শা ওয়রমগনি। চেকপলদা ঙাতুনা ফমখ্রে। মহাক্না নররায়গী রা নিংশিং-লক্লম্মী। অসিগুম্ব অহিংদনি। মতুদগী মসিনা হেন্না রাংবা চেকপলনি। জগোয় শাবশিংগী মরক্তা ঐখোয় অনি থর কুয়রম্লবদি পুমলোয় লোয়-রমগনি। হৌজিক্তী কিনিংঙায় লৈত্রে।

মথাদা অমুক হন্না শোব শোর লাউবা মখোল তারম্মী। লাখী লেপথংখ্রে। মপুক্লিং চংনা তারম্মী। করিমত্তা তাদ্রে। লাখীনা খাজরম্মী, উমংগী শা অমনা তুমিন্না লাক্লুনা তুরেন্দা ঈশিং থকপা চৎপা ওয়রমগনি। মখোলদু হেনগৎলক্লম্মী। লাখীনা খনবদু হেন্না খাঙরে। অতুদগী অমুক কুয়না মখোল তাখিদ্রে।

লাখীনা খালিয়রদা করি থোকলম্ক্নি হায়না খল্লকই। মখোয়না মৈঙালদু শোয়দনা উরমগনি। হয়েংদ নিংথৌনা তেংবাংবা লাকনি, রাঈ কল্লগনি অতুগা ঐমা ঐগী মিন্নীগা উন্নগনি। লাখী অহিং কয়া তুমলুত্রবনি, হৌজিক তুনীংলে। মাগী মশাক্না মোন ওয়তুনা চেকপলদা ঙাথখ্রে। মমংদা কৈ, ঈরোয় ওক শঙ্গু শঙ্গু চৌংগী নাকন্দগী শোরো শোরো চেনথোরক্লম্মী অমদি মহাক্না লিরীদা তেঙ্গা থোংলে অতুগা লিরীদি চৌংলমদে। মহাক্না মমিৎ থংপাং পাংথোকলে অতুগা কোয়না য়েংক্লম্মী। মথুংনা কোয়মা মারে, তেনথাউ মারে, পুম্নমক মকম চানা লৈরম্মী। ঈরোয়দু লৈরমদ্রে অতুবু নাকন্দা থর লাপ্পা "ধম" লাউবা মখোল তারম্মী। মমায় লৈথোকলুবদা কিলাগী মতোন্দগী চেকপলদা মী থর কুমথরকপা উরে। মখোয় কনানো? মহাক্কী মপুক্লিংদা খল্লম্মী। ঐখোয়গী মীয়নে? মতমসিদা কিলাগী মতোন্দা মী অমগী মকোক উরে। মতু রাংলম্মী। কনাংম্বা অমনা চেকপলদা মখোং থত্লগা মথাদা ধম লাউনা চোংথরম্মী। অমুক হন্না কিলাগী মতোন্দগী মপানলোমদা য়েংলম্মী, অতুগা মহাক্না থংবা ভুমদবা লোল অমা তারম্মী। মখোয়

ঐখোয়গী মী নক্তে, তুর্কনি, মহাক চিংনিংঙায় লৈজ্রে। অরাম্নদগী তারম্মী, "তুমগন্নু।"

লাখীন্না মমিৎ লাউথোক্তুনা য়েক্লবশিং মশিং থিরকই। মহাক উগী মরুমদা স্থপচিন্দুনা কমখ্রে। মখোয় নাগী মরক্তা থুনা চেনশিনখ্রে। মখোয়শিংদগী অমনা চেকপলগী মপান্দগী চৎথোক চৎশিনগী মতেং পাংলম্মী।

লাখীনা মীকুপ অমগী মন্নুংদা তৌগদবা মথৌ লেপচয়ে।

য়াম্না তপ্না লেংজুমদগী লিকং তেন লোথোবলে। তপ্না মমায় লৈথোক্লে। তেনজৈ অমা হাপতুন কাপ্নবা থৌরাংখ্রে। তেন কাপখ্রে, অশোমদা চৈনাথোলগী মপোল তারম্মী অহুগা নৌমা লাকপশিং তুং হন্না ধম লাউবা খোঞ্জেলগা লোযননা অমম্বদা মখাদা তাখ্রে, শিখ্রে। মফমহু পুম্নাং লাংলম্মী। নাগী মবক্তা পুম্নাং লাংলম্মী। লাখীনা তমুক হন্না তেন কাপ্লম্মী। তেননা পান্দুনা নারক্তা তাখ্রে। থবক্ল শোকখ্রে, থরনা মথবাক্তী তবাশিংদা পানবগী মখোল তারম্মী। নাবক্ত। লৈবশিংনা কদোমদগী তেন লাকপনো হায়বা খংখ্রে। মফমহুদগী লাখীদা তেন কাপলক্লে। থরনা নাকন্দা খেদোকখ্রে, থরনা থবাক্তী তবাদা পাল্লে। তেঞ্জৈ অমনা মাগী কৈফগন্দা পানখ্রে। অহুবু লাখীনা লিক্লং-তেন থাদোক্লমদে।

নারক-শিংলক অহু পুমচায় চায়রে। লাখীনা অমা অমি লেপলিবা, খবনা শিরবা অহু উরে। লেপলিবশিংহুদা লাখীনা অরোয়বী থাহনা কাপ্লম্মী। মখোযনা চেকপলগী মথক্তা কাখৎনবা হোৎনরম্মী অহুবু থৌরী অমম্নং কৈবাক্তী মফম খংদবনা মখাদা তাখ্রে।

লাখী লেপখৎখ্রে। মহাক্না থাং শত্তোকলে। লোক থুরম্মী, ঈ ওরম্মী। মখুত্তা পাম্নরিবা থাং কোম্নম্মী। লাখীনা লাউরগে থলম্মী। লাউবম্মী। মচিন্দগী ঈ চেন্থরম্মী। অমুক হন্না লাউরম্মী অহুগা চেকপলদা থাহনা লোপ্লম্মী। তুমগন্নু হায়না লাউবশিংনা মানা লাউখহু ভারে। মৈরা পাম্নবশিং চেনশিল্লকলে।

য়েরুবশিংগী মরক্তগী অমমা থাংশাং পায়রুনা লাখীদা তোংশিল-লকলম্মী। খুদোংথিবহু উবদা লাখী কনখৎলক্রম্মী। থাং চেংনা পায়রে। লাম্মীহুনা থাংনা য়ানকপগা মহাক খওকম কমথরম্মী। লাখীনা লাম্মীহুগী মবুক্তা থাংনা খিরম্মী, থম্মোয় য়োংখ্রে। লাম্মীহু থরো থরো ওন্দুমা শিয়ে। মৈরা পায়বা থুংলরে।

মখোয়না উরে, লাখী য়াম্না থীনা শোকলে। য়েরুবহু শিগদোরে। অহুগা থর লাপ্পা অশিবা মী থরম্নু তাহুনা লৈরম্মী। থরনা শিগ্রে, থরনা শিগদোরে। মখোয়না মৈঙালহু ফংবদা কিলা মতোনগী থৌরীহু উরকলে। থৌরীহু হাম্না ককথৎলে অহুগা লাখীগী মনাক্তা লাক্লে।

লাখীগী মচিন্দগী নাহেহুনা হায়রকই, "ঐগী ইপুরোয়বহু কৌথিরকউ।" অমনা থিন্দনা হায়রকই, "মাগী মনাক্তা পুবিরগে।"

মহাক্না হায়রকই, "নত্তে, মসিদা পুরকউ। ঐবু শোকহু।" থর চেন্দুনা অটলবু কৌরকলে, অমনা ঈশিং পুহুনা লাকলে।

অটলনা লাখীগী মচিন্দগী ঈ চেহ্নরকপা উরে। মহাক্না লাখীবু কোনখৎকে তৌরম্মী। লাখীনা কাম্নরোয় হায়বা মতাঙম মতক হায়রম্মী।

অটলনা হিক হিক কণ্ডুনা হায়রকই, "নংবু কৈদোরবগে?"

"কম্নিহু তৌদে। ভিক্ষা অমতংদি নিজগে। পিনবীয়ু।" লাখীনা মতং মতং ওয়বা শোরদা হায়রকই।

অটলনা মথুং লোয়রে।

"হি! কয়িনো!!" লাখীগী ঈনা পুমত্তৈ তৈরবা মচিন্দু থজিকং মোমোন নোক্নগা তুমিন লৈখ্রে।

অটলনা মথুং থাদরে। থর কায়না লাখীনা হায়রকই, "মংগা ঙাং মাম্নবা অমা লুহোংবিয়ু।"

লাখী অমুক হন্না করিমত্তা হায়না ঙমখিদ্রে। মচিনথান চিংলে; অমুকং ইরমলগা মহাক সতীলোক্তা ভিনম্রে।

অটলনা মথুংনা থুনা মপী তৈথোক্লম্মী।

অবাবা যাইনা হায়রকই, "পোলোয়নবগী শিং শেমলো। থৌরাং তৌরো। মকমসিদা শেমলো। খুমমক হৌদোক্লগা কিলাগী কাচিন কোয়া য়েংলো। অতোপ্পা কাচিনগী য়েন্থবা চংলকতনবা।"

মকমহুদা থরনা পোলোয়নবা শিং শেমলে। থরনা কিলাদা লৈবা মীশিং হৌদোক্লম্মী। লাখীনা পোথামবা খাদোকখিবা লৌমীশিং অহু কিনা কিনা লাকলে। মথোয়দা অটলনা শাউবা য়েংলম্মী। অহুবু মথোয়দা করিস্নু হায়রমদে।

অটলনা লাখীগী মশাদগী সনাম্বুপা লৌথোক্লগা মায়কৈ অমরোমদা থমলে। জাং-বিজাং থায়বশিংনা লৌজরসনু। মহাকী মপুক্কিংদা থম্মী।

লাখীবু চিতাদা থমলে অহুদা মৈ চুয়ে।

মহাক্কা চিতা (পোলোয়নবা শিং) দা মথুং লোয়রে অহুগা মপুক্কিংদা হায়রম্মী, দেবী ঐ থিন্দনা লুহোংগনি।

অটল মাপী কেম্পতা চংখ্রে। মকমহুদগী চিতাগী মৈতাক হু উরম্মী। মৈতালসি নিহ্নীনা উরমগন্না? মহাক্কা মপুক্কিংদা হংলম্মী। খৌনাউ ফুনগৎলম্মী। মহাক ফাথরে। মতাল য়েংলম্বহুগী লৈথোক্লগা লাম্মী লুচিংবদা য়াথং পিরে। অহিং নোংয়ায়দা কিলাগী থোং হাংদোক্লগা তুর্কশিংদা লান্দারগনি। থবায় থানিংদবশিংনা তুমহৌরো, অহুগা তোমর ভদৌরিয়া অমসুং গুজর মুংশিবশিংনা গেরুবা কি শেৎলগা থোরকলো। য়েরুবশিং লোয়শিন্নমগা হুয়েং খালিয়রদা চৎকনি।

( ৬৮ )

অচিকপা অহিংদা ভাকশোজিবশিংগী মথোল নত্তনা অতৈ তাবা ফংলমদে। খালিয়র কিলাগী লোংচুপ থংবা শয়গজ কোৌবা থোংদগী থোয়রিং থোয়রাংবা লম্বী লান্দুনা মানসিংহগী লাম্মী ফুমথরক্লম্মী।

গুজরী মহলগী মনাক্তী নোংপোক থোংদগী শগোল অমত্তং শামু লাম্মী থোরকলে। মায়কৈ অনিমক্তগী সিকন্দরগী চায়থোক্তনা লৈরিবা লাম্মীদা লান্থারক্লম্মী।

সিকন্দরদি অত্তুমা লান্দানবগী থৌরাং লৈরমদে। মহাক্কা মুক্কংবগী লাকপা লাম্মীগা মায়য়োক্লগনি হায়না খল্লম্মী। সিকন্দরনা লানসি মাদা ওমগনি হায়না খল্লম্মী।

মায়কৈ অমরোমদা মানসিংহগী শামুশিংনা নৈখায়বা হৌরে। অনিশুবা মায়কৈবোমদনা শগোল লাম্মী কাংবুনা থাংনা লান্দারে, অহুম-শুবা মায়গৈরোমদগীদা তেন্না প্রলয় হৌখ্রে।

সিকন্দরগী লাম্মী চোকথরে, লান্দা নিংহমবে। মহাক্কা কম্না হম্না হম্না লান্দারম্মী অহুবু হম্না হম্না নিংহম্বা তাবম্মী। লম্পাক্তা, লোক-শিংদা, চৌংশিংদা লাস্তেংনরম্মী অহুবু সিকন্দরগী লাম্মী খোংকম লেংদবা ওয়মদে। সিকন্দরগী লাম্মী থর গ্বালিয়রগী খাবোমদা হন্দোকখ্রে, থরনা রাঈরোমদা। মহাক্কী লাম্মী থরদি শাম লাম্মীনা কোয়শিনখ্রে, অয়ুক ওয়রক্লিতৈদা লাম্মীশিং অহু লোযশিনখ্রে। মানসিংহনা ঈংনা লানওং শিল্লম্মী। চেত্থোক চেনশিন তৌবা তুতশিংনা চেকশিন্না থবক তৌরম্মী। নোংঙানগবা মতম থর রাংলি।

সিকন্দরগী মনাক্তা রাঈরোমদগী শগোল তোংবা লাম্মী থর লাক্লে। মখোয়না হায়বরে—রাঈ কোয়শিল্লিবা লাম্মীদা অনৌবা লাম্মী লাক্তনা লান্দারকলে মখোয়গা কম্না লাস্তেংনরে। সিকন্দরনা অশেংবা খংদরে।

নোংঙাল্লমদায়দা রাঈগী কিলাশিং থোং হাংপ্রবনি। গেরুবা কি শেংপা রাজপুত তোমরশিং, ভদৌরিয়, গুজর পুম্নমক সিকন্দরগী লাম্মীদা কম্না লান্দারম্মী। কোয়শিল্লীবশিং পুমচায় চায়খ্রে। অহুবু কোয়শিল্লীব-শিংগী শরুক অমদি মাম্না চেকশিন্না লৈরি। মখোয় অহুগনি, লাখীনা টৈরাক্তা, থৌরাঙদা কাথংনবা হোংনরম্মহুগা মায়োক্লখিবা, মখোয়গা অটলগা লাস্তেংনরে। অকনবা লান শোক্লে। সিকন্দরদা পাউ শিনবা

শগোল লাম্মী থর চৎখ্রবনি। চৎখিবশিং অহুনা অটলনা কদোমদগী লান্দারকই হায়বা খংখিদে।

অটলগী কাংবু থৌনা ফনা লাম্হেংনরে। কোয়শিনখিবনা মরম ওয়হুনা তেন কাপ্পা ভমজ্রে, য়েৎ ওয় অনিমক্তা থাং হায়নবগী মৈ হৌরম্মী। চংলুবা মফমদু হাংনা হেক্তা থম্লম্মী। মহাক্না লোয়নবশিংস্নু শোনথরমদে। মথোয় পূম্নমক্না কম্না লানথেংনহুনা কোয়শিল্লীবহু তুং হন্দোকহল্লম্মী। রাজগী লাম্মীশিং অহু শিরোয়দবগুম খল্লম্মী।

নোংঙাল্লে। সাঁক তুরেলগী ঈচেল উবদা মঙায়রি, তেন অমমা অটলগী মমিত্তা লেংখ্রে। মহাক তুখ্রে। হান্না চোকথখ্রবনি মরমহুনা অশোকপহুদা থোয়দোকপা অনাবা ফাউজ্রে। চোয়রোল লোল্লে ঐ লুহোংগনি, মহাক্না, মানা চৎখিবহুদা ঐস্নু চৎলে।

অটল লোয়শিনখ্রে, অহুবু মাগী লোয়নবশিংদি লৈহৌরি। শিবা হায়বহু মখোয়না থিরি। অটলন. শিবা উরগা মখোয়গী থৌনা হেন-গৎখ্রে। মথা তানা লাম্হেংনহুনা লৈরে।

অয়ুক ওয়রকপগা সিকন্দরগী অরোনবা পাউমীনা পাউ পিররে, নররগী মায়কৈদগী মানসিংহ. শগোল লাম্মী লাকলে। নররদা সিকন্দরগী লাম্মীনা লান্দরে হায়বা পাউ ফংলম্মী মরমসিনা লাম্মী লিশিং ১০ গালিয়রদগী লাকলে।

সিকন্দরনা চক্রি ময়া অনিগী মরক্তা চপথায়বহু পামজ্রে। মহাক্না ঈংনা খঙ্গরগা রাজগী উমং-রামংদা চৎলগে লেপলম্মী। রাজদা থুংবা মতমদা লান লোয়রে হায়বা খংলে। মহাক্কী লাম্মী ময়াম অমস্তুং রাজপুতশিং শিহুনা তারে, য়েরুবা রাখল কাউথোক্নুনা তুম্বগুম।

অশিবা অমস্তুং অশোকপশিংগী থৌরাং তৌরম্লগা রাজগী চীং অমস্তুং তোর্ব্বানগী মরুমদা চৎতুনা সিকন্দর লৈখ্রে। গালিয়র অমস্তুং রাজ অনিনক নাম্থোকখ্রে। সিকন্দরনা লেপ্লম্মী, অন্তর্বেদদগী লাম্মী হেন্না কৌরগা শরুক ২ থোক্লনি, শরুক অমমা গালিয়র কোয়শিলহনগনি,

অহুগা অনিশুবমা নরবরদা লান্দাহনগনি, মথোয় অমগা অমগা মচেং পাংনবা শুমদনবা।

মানসিংহনা অরুক ওয়রকপদা থালিয়র কোয়শিনবহু লোয়শিনখ্রে। মহাক্না রাজ্জীগী থমকই। থালিয়রগী থোয়াং তৌরমলগা রাজদা চৎখ্রে। মতমহুদা সিকন্দরগী লান্মী লাপ্না হন্দোকখ্রে।

অটল অমদি মাগী লোয়নবশিংনা গেরুয়া ফী শেত্তুনা লানফমদা তাহনা লৈরম্মী। মহাকী থম্মোয়দা তিং লাউরম্মী। মথোয়না অন্নুম্না করিগী তৌরিবা? হেক্তা শিদোক্নবা লেপ্লিবা করিগীনো? মথোয়গী অহাবা উবদা ঐ লাকলে। নোংমতং ভায়বা য়াই, করিগী অন্নুম্না চয়াংনরিবনো? কিলা ইহাং হাংলে, য়েক্নবা অমত্তা লৈবা উদে। করি মরম লৈ।

মানসিংহনা কিলা য়েংলে, থোং হাংলম্মী। মহুদা লৌমী থর লৈরম্মী। কিলা মহুংদা চংলে। লাখীনা তৌরম্বা থবক অমদি শিবগী পাউ ফংলে। মোংকম অহু হৌজিকস্নু শারম্মী। মোংকম মনাক্তা লাথীগী লীককোন অহুম লৈরমলি। মহুদা মহাক্না সিকার তৌবদা শিবিথিবা মণিগী লিকস্নু য়াওরম্মী। মানসিংহনা সুংভায়তনা লীককোম্নু থোমজিল্লগা সিকায় অমদা পীরে। রাজ্জ ভাকনবা থোয়াং তৌরম্লগা থালিয়রদা হল্লকলে।

লাখীনা তৌরম্বা থবক, শিবগী বাগ্নি অমম্নুং ময়াম্নুংগী থৌনা ফবগী শন্নখা বারী মৃগনয়নীনা তাবে, মহুদগী মহাকী থম্মোয় ব্রজগুম্না কনথৎ-লকলে। রাখলনা শর ফুল্লে, রা ভাংবা থোক্রে।

মানসিংহ মহাকপু থেমজীরম্লগা চৎখ্রে। নরবরগী লান্মী হলহনখ্রে। মহাক্না সিকন্দরগা মায়োক্নবা থোয়াং হেক্না চেকশিনহনখ্রে। মক্তোন্দা হুতশিংনা সিকন্দর অয়াম্বা মতমদা আগরায়োমদা হল্লি হায়না পাউ পীরমে। মশাগী ফগজবা য়েংহুনা সিকন্দরগী ফুং ইল্লমোয়,হায়না থক্লম্মী।

## ( ৬৯ )

সিকন্দরগী মতেং পাংনবা লান্মী ইটাবা দা লৈরম্মী। চম্বল তুরেল লাম্নগা চম্বলগী ঘাটতা মহাক্না উম্নরে। সিকন্দরনা থুনমক লান্দারকলে। অচৌবা লান্মী অহু শরুক অনি থোক্না খায়দোকলে। অংনা নরবর-রোমদা লাকলে, অমদনা মহাক মশামকনা লুচিংহুন লাকলে। অতোপ্পা অমনা গ্বালিয়র রোমদা থারকলে। মানসিংহগী লান্মী অমস্তুং সাধন রাংপনা কিলাগী মপান্দা লান কুয়না শোক্নবা ঙমলমদে। হরম অহুনা মহাক্না লুম লুমহুদা দিল্লীগী লান্মী ওংনৈনবা লান্মী কাংলুপ মচা মচা কয়া থাদোকলম্মী, অদুগা মহাক মশানা বিলা মচুংদা লৈরগা লান শোক্নবা থৌরাংলে।

সিকন্দরনা নরবর কোয়শিল্লে। নরবর কাংবুনা মখোংগী থিলাবু কনামত্তনা জয় তৌবা ঙমলোয় হায়বসি থাজনরম্মী। ঙমস্তু ঙমখ্রিবনি। সিকন্দরনা মাণ্ডুবুস্তু কিরমদে। চন্দেরীবুদি মহাক্না হেক নিংহগা নমথবা ঙমলমই। মাণ্ডুগী স্থুলতান মপাঙ্গল শোত্থরে হায়বস্তু মহাক্না খংখ্রে। রাজপুতশিংগা তুর্ক পঠানশিংগা লান্থেংনহুনা লৈরে হায়বস্তু খংখ্রে। নরবরবু জয় তৌরবদি চন্দেরীদি অরায়বনি, মালবাবুদি খুরা উক্লগুম নৈহৎকনি, অদুগা গ্বালিয়রস্তু নমথগনি, মসি মহাকী ব্বাংকল ওয়রম্মী। —

সিকন্দরগী মতেং পাংনবা রাজসিংহস্তু লাকলে। রাজসিংহনা নরবর অসি মপামপুগী সম্পত্তিনি খনবদা সংসারদা কনাবুস্তু উংশিংলমদে। ভাট কাংবুনা তৎতনা মহাক্কী মপাঙ্গল মথৌন' হাপলম্মী। মুল্লা-মৌলবীশিংনা 'মতম অসিদা তুর্ক পঠানশিংবু রাজনীতিগী প্রেরণা পিরম্মী অদুগা অয়াম্বা রাজপুতশিংবুনা ভাটশিংনা।

রাজপুতশিংনা কস্ত কবিগী পাউ তাক অসি লৌরম্মী—

কনবা ঙম্বা য়ায় মতমদগী জমরাজনশীস্ত
কনবা ঙমলোয়' কস্ত কবিগী পাউতাক্তনী।

সিকন্দরগা রাজসিংহগনা পুন্না ঙরব্রদা লান্দারে, অদুবু নরব্বরগী কিলাগী খোংদি শুকহাং হাংখিদ্রে। নরব্বরগী প্রজাশিংনা নোংম নত্রগা নোংমদি থাদিয়রদগী মতেং পাংলকনি হায়না থাজরম্মী; অদুবু থাদিয়ররসু মায়কৈ মরিদা কোয়শিনপ্রে হায়বদি মখোয়না খংলমদে।

নরব্বর কোয়শিন্নখিবা অসি থা তরানিথোয়মি শুপ্রে। সিকন্দর মরা করক, করক চিক্লনা নবরবরবু পুম্মাং মাংহল্লগে নিংপ্রে। মহারা নরব্বরবু খুৎলায়না মাংহনবা ঙমত্রবসু চরা হেলহন্দুনা হাংলগে খনখ্রে।

অদুম্মক থোকলে।

নরব্বরগী কিলা মমুংদা চান থক্লবা পুমলোয় লোয়খ্রে। মুমিং খর উনা-রানা চাদুনা থাংলম্মী। থাংবা ঙমখিদ্রে।

লাম্বেংলগদবশিংনা মকরধ্বজ পুখ্রিদা পুনখ্রে। ঈশিং থদে। মমাংটৈগী মকরধ্বজ নিংশিংলকলে। মুমিং খুদিংগী থোবদি বা হুমিংপু থুক্রমজরে। মন্দিরশিং দর্শন তৌজরে, শাউবনা মৈ তৌখ্রে।

মমাংটৈগী লানগী মতমদা ওয়ুখিবা ফিবম অদুমক ওয়রে—চিত্তা শেমজল- মুপীশিংনা মৈমুংদা চোংশিন্দুনা মংরায় থারে। লাম্মী-শিংনা কিলাগী থোং হাংদোক্লনা যেক্লবশিংদা চোংশিনখ্রে। সিকন্দরনা জয় ওয়রে। অদুবু মহাক্কী তারিখ নবীসনা ইরে—নরব্বরগী প্রজাশিং চরা কেন্দ্রনা শিদোকলগা আত্ম সমর্পন তৌবনি।

সিকন্দরনা জয় ওয়রে অদুবু শাউধা হেনখ্রে। রাজসিংহদা হায়রকই—"ঐনা নরব্বরবু পুমহোং হোংহল্লবা মতুংদা নঙোন্দা জাগীর অসি পীগনি। চংনিংলগা ঐগা লোয়ননা মমুংদা চংলসি, অদুবু নংনা মুংথংগী থবক শেম্মৌ, নত্রগা ঐনা কৌরবা মতমদা লাকউ।

রাজসিংহনা মহাক্কা লোয়ননা কিলাদা চংল্রে। মহাক অমদি ভাটশিংনা থগুলে, মখোয়গা শিংনবসু ঙমদে।

সিকন্দর কিলা মমুংদা চংখ্রে। কিলাগী শরুক মরিমক কোয়না চক্লনা দুংংশিল্লে। মহাদেব অমদি বৈষ্ণব মন্দির থরা থেংনরে,

অয়াম্বদি জৈন মন্দিরনি। জৈন মূর্ত্তিশিং অসি শান্ত রসকী অবতারনি লৌনৈ। বিষ্ণুগী মূর্ত্তিশিং অসি মোমোন লোকপা মূর্ত্তিনি। মহাদেবগীনা শক্তি পিবা মূর্ত্তিনি। সিকন্দরনা নররবদা থা ৬ লৈদুনা মূর্ত্তিশিং অদু পুম্নমক ভোয়না থুগায়খ্রে, অদুনা ওসি ফাউবদা মন্দরদা মূর্ত্তি অমদি মন্দির লৈরম্মী হায়না কনানন্সু হায়বা ঙম্ররোয়। নিংথিরবা শান্তি। লৈরবা মণ্ডংশিং অসি থুগায়বদা সিকন্দর মশামক্তা লুচিংলম্মী। মানসিংহ অমসুং যাজিয়রসু মুথৎপা ঙমদ্রবসু মথোয়না পামজবা থুদমশিং অসিদি উঠ্ঠুল তানা লৈহৎখ্রে। মহাত্মা মাগী অশাউবকী মৈ অদু অন্নুমা মুথৎনবা থৌরাংথি।

অদুমওয়নমক মহাত্মা ললোন ঈতিক ভোবা ইনাক কৈরাক-খুনবশিংবুদি ওৎলমদে। ললোন ঈতিকীদি মাগীদু দরকার ওয়রম্মী। ইনাক কৈরাক খুনবশিংনা শেল দরকার ওয়রম্মী। লৌমীশিংদি মথোয়গী লৌশাঙ অমদা নঙগা অমদা পিবা তারম্মী। মথোয়গী খুন্দা প্রজায়ত লৈ। মশাগী ওক্লনবা লৈজে।

সিকন্দরনা থা ৬ কী মতুংদা রাজসিংহবু কোরে, কিলা অমস্বুং নররবগী সম্পত্তি শিন্নরম্নগা যাজিয়বরোমদা চৎখ্রে। মহাত্মা দিল্লীদগী থোরকপা চহি ২ মথায় চংখ্রে। অদুনা মাগী অশাউবদু নররবদগী ঈংথরগা লাক্লে, যাজিয়য় জয় তৌনিংবগী আশা লৈত্রে মররমসিনা যাজিয়রদগী মাগী লাল্মী লৌথোকলগা দিল্লীদা হনখ্রে।

রাজসিংনা নররববু ফংলবদা কল্লাবু কোরে। বিলাগী শরুক অমদা হান্নগী অমদি অনৌবা লান্মী লৈহনখ্রে, মকম অতৈদি পুমচায় চায়রি। কোস অনি মথায়না কোয়নবা অচৌবা কিলানি। অরাংবা কিলা অসি চহি কয়াগী মতুংদা মঙোন্দা হল্লক্লে। রাজসিংহনা মাগী অচৌবা সম্পত্তি অসিবু কোয় কোয়দুনা ময়ামদা উৎলকই। অরাংথংবা অহানবা শরুক অসিবু চোলাবাড়া হায়না কাউই। রাজসিংহ তাক্লকই—"চোলা ঐথোয়গী ইপা ইপুনি, থোংসি চোংথদুনা মথোয়না চেনবা তারম্মী। মহাকপু বর (দুলহা) সু হায়নৈ। ওসি মথোয়গী মহুক্তা ঐনা দুলহা ওয়দুনা ঐ নঙগা লোয়ননা লৈরিবিসনি।"

থম্না অমুক কন্নপা হায়রকই, "য়েংউ, থোং অসিগী মনাক্তা লৈবা মন্দিরগী মতোমশি কোহরিবসি। নল নিংথৌনা মকমশি থাদোকখিবদা রাজনথিহুনা মতোমশি কোহখিবনী। অদুগা য়েংউ, মসি নিংথৌ মলগী কম্বালনি অদুগা মসিনা মহাক্না কম্ননবা ককনি। নিংথৌ নল ঐথোয়গী ইপা ইপুনি।"

কলানা থম্নমী. নিংথৌ নলবু উবাকী কম্বাল অমদি অমোংপা কক্তা কবা? লাইমত্রা? মথোয়না কিলাগী অতোম্না শরুক অমদা থুংবা মজমদা মুর্তিশিংগী অকায়বা মচেৎশিং উবদগী কলা পুনশুক তকখ্রে।

মহাক্না হংলম্মী, "মসি করিনো?"

রাজসিংহনা সিকন্দরগী তৌখিবা মাংহন তাকহনবগী থবক অদু শমলপা লিয়ে। মহাক্না থম্নমী, অকায়বা মুর্তিশিং অদুনা তুমিন্না রা তাংবগুম, মথোয়না ঐথোয়বু করিগী কনখিজ্রীবনো? কলাগী মমিত্তা মপী শিংরম্মী। কপনিংবা খোজেলদা হায়রকই, "মসি অদোম্না করম্না ওয়রহল্লিবনো? কমদোনা তৌখ্রিবনো?"

রাজসিংহ মুংঙায়খিয়ে। মীকুপ অমা থম্নগা হায়রকই,

"ঐ মকমদুদা লৈরমদে, মদুদা ঐ য়াওদে।"

"অদোম্না থাম্বিজ্রিবা করিগীনো?"

"ঐ ইথন্তা কৈদৌবা তমগনি? মগবু শেম্নগত্রা নত্রগা মসিবু য়েংগত্রা? হৌখ্রবদি হৌখ্রে, ঐনা মকমসিদা মন্দির অমত্তং মহল য়াম্না শাগৎকনি।"

"ঐ মকমসিদ। কৈদৌহুংদন্থু লাক্লরোয়। ঐ থওলমদে, কৈদৌহুংদন্থু থনখিদে।" পুম্নাং মাংলবা কাউবা মুর্তিশিংসিদা শাস্তি লৈরি— শাস্তি শম্লোক্লি। কলা মাংখ্রবদু, থোগী লৈথা তাখ্রবা কাউবা মশাগী অথোয়বা অহেনবা (গুণ) অদুদি লৈগনি। কলা রাথল থম্নদুনা মহাক্না লোয়ননা চৎখ্রে।

( ৭০ )

মৃগনয়নী মীয়ায় চল্লক্লে, অদুবু মাগী কজবদি হেনগৎলক্লম্মী। মাগী য়াথলস্থ কজবা হেনগৎথ্রে।

ললিতকলাশিং নিংথিনা হৈরে, মৃগনয়নীনা হয়া হয়া হোৎনবদি লেপলমদে। বৈজুনা অনৌবা নিয়ম নিংথিনা থৌরাং তৌরে। মসিবু নিংথিনা শেমসি মানসিংহনা তেংবাংলম্মী, অদুগা মৃগনয়নীনা অমুক হেন্না তেংবাংলম্মী। অহানবদা ধ্রুবপদ অসি মমিং কয়াদা শকথ্রে, মসিগী অঙ্গ মরি স্থায়ী, অন্তরা, সংচারী অমসুং আভোগ—মথোয়গী মতেংদগী গুজরী রাগ, মালগুজরী রাগ, বাহুল্গুজরী রাগ অমসুং মঙ্গলগুজরী রাগ শেমলে।

বিজয়না হায়রম্মী, "থবক্না মরুনি। থবক তৌবনা মীওয়বগী ধর্মনি। থবক তৌনা তৌনা মীওয়বনা স্বর্গলোক য়ৌবা ঙমই।

মানসিংহনা তাক্লম্মী, "মীওয়বনা মথন মথন্তা গুজরগা মুংঙায়, পৈজৈ, অদুবু পুন্না ভক্তিময়গনা হেন্না মুংঙায়বা ফংই, মরামগী মতেংনা তৌবা থবক মপুংফায়, মুংঙায়।

সিকন্দর নত্রগা য়েক্কবা কনাস্থ লৈত্রে, অদুবু মহাক্না থল্লম্মী থুদোংথিবা অসি অমুক হন্না লাকপা য়ায়, মরমসিনা মানসিংহনা লাম্মীশিংবু চেকশিন্না লৈমবা থৌরাংলম্মী।

কালেন থাগী মতমনি। মৃগনয়নীগা মানসিংহগা গুজরী মহলগী য়ুমথক্তা লৈরম্মী। অতিয়াদা লৈচিলগী মরুমদা থা লোৎথ্রে। মান-সিংহনা হায়রকই, "ঈশৈ শকউদনা।" তম্বুরা মনাক্তা থম্মী।

মৃগনয়নীনা তপ্না হায়রকই, "করি শকউগে?"

"ধ্রুবপদ অমা শকউ। ঐনা য়াম্না পামজৈ। মংগী থোঞ্জেলহু নায়ক বৈজুদা কাউবা লৈতে।"

"গুরুদি গুরুনি। ঐদি শিষ্যনি।"

"মাগী শিষ্য য়াম্না লৈথ্রে, অনৌবা নিয়মশিং অদু লৈবাক পুম্বা শন্দোকনি। অদুবু নংদি নংনিদনা।"

"ঐ শ্রবণদ শকপা পাকচে অতোপ্পা শকচগে।"

"অণাবু শকউ, ঐনা তাগনি।"

মৃগনয়নী তম্বুরা থাংগত্তুনা শকপা হৌরে—

অসি নংগী নকমদা কৎথোকচরি।

ছুমিং-থানা নংগী সেবা চৎচরি।

থরানমিচাক লাথ মাপলনা থৌগনংজরি।

মৃগনয়নীনা হন্না হন্না পদ অছু অরাংবা স্বরদা শকলে। ঈশৈ লোয়-মকলবদা মখোয় অনিনা আকাশতা য়েংলম্মী। থা-থরানমিচাক হংথক-লকপা উরম্মী।

"নায়ক বৈজু লেংলকলি।" মনায় অমনা তাকলয়ে।

বৈজু কমহনখ্রে। মখোয় অনি লাক্তুনা মহাকা উরয়ে। বৈজুনা তাকলম্মী—"হৌজিক অদোম ঈশৈ নোংমায়দা পুক্লিং চংবা হয়রে। পুক্লিং থর চংবিবা কৈ।"

মৃগনয়নীনা হায়জরকই—"ঐদি পুক্লিং চংজরি। মহারাজদি রাজনীতিদা, লান্মী শিংদা থর য়েংশিনসন্থু। অদোমগী সঙ্গীত বিদ্যাপীঠ কনা মতেং কংবিরিদনা। অতোপ্পা করি দরকার লৈরি?"

বৈজুনা দরকার ওয়বছু হায়জরকই, "ইনিংথোদা সঙ্গীতকী জ্ঞান কনা লৈ। ইনিংথোনা ইমাংদা ফমবিরবদি অনৌবা রাথল থোকই। ইমাংদা লৈহননিংই।"

মানসিংহনা হায়রকই, "য়েক্লবনা অমুক হন্না লান্দারকপা য়ায়, মরমসিনা মায়োক্লনবা থৌরাং তৌবনা হেন্না দরকার ওয়।"

বৈজুনা লাউনা হায়রকই,—"অদোম্না হায়বিরিবসি করিনো। য়েক্লবা পুন্না শিগ্রবদায়। সরস্বতিগী থৌজান্দগী হৌজিক য়েক্লবা কনান্ন লাক্লরোয়। লাক্লবস্থ হায়গুম্না মায়থিতনা হনখিগনি।"

"নায়কজী, নিঙায় তৌবিগনু" মৃগনয়নীনা খোংহেন তপ্পা হায়রকই।

বৈজুনা হায়রকই, "ঐস্থ পুক্লিং চংলরোয়।"

মৃগনয়নীনা মীকুপ অমগী মতুংদা হায়রকই, "আচার্য বিজয়জঙ্গম্না হায়, অদোম্না অনৌবা রাগ শেম্না য়াবছু শেমলে, হৌজিক মথা শেম্না ওনলোয় হায়বসি অচুম্বরা?"

"বিজয়জঙ্গমা কন্সি খংগনি ? মহাক্তি অহুম্না বাম্নহন্নবা ঐল ।"

"কনা কনাগুম্বগী কলমানি; অদোম্না পুখোকপিবাদ্য গুজরী টৌড়ীগী রাগকী মওং মতৌঅদি 'রূপ-রেখা) অহানবদা গুজরটোড়ীগী ভৌদোক্লখিদ্র"

"অপংবা কনানো ? অদোম্না নোংমা টৌড়ী রাগ শকথবা শকথংদনা তান থাম্নকই। ঐনা মহু পুক্নিংদা খওজিন্নে, মহুনগী খর শেমজোকলগা গুজরী টৌড়ী শেমখিবনি। অপাংবশিংনো কন্নি মশুবা।"

"হৌজিক্তী অনৌবা রাগ করম্না শেমগনি ? অদোমগী পুক্নিং মায়থিরে হায়বা য়ারবরনে ?"

"য়াদে! হৌজিক ইথক্তা সরস্বতি আরাধনা তৌজরি, অনৌ অনৌবা রাথল থক্লি। কৈদৌনুংদম্ব রাখলনা মারুথিরোম্ন।"

মৃগনয়নীনা মানসিংহম্নোমদা মুম্না য়েংলম্মী। বৈজুনসি খওলমদে। মহাক করিগুম্বা খর ওংহুনা লৈরম্মী।

মানসিংহনা মোমোন নোক্তুনা হায়রকই, "ঐনা দুর্গাগী আরাধনা তৌরিভৈদা অদোম্না অনৌ অনৌবা রাগ পুখোক্তুনা সরস্বতিগী পুজা তৌবিয়ু।"

বৈজু নোক্লম্মী। হায়রকই, "হোয়, য়াজরে। অহুমক তৌরসি।"

( ৭১ )

নরবর লৌশিনখিবা চহি কয়া হৌখ্রে, চন্দেরীগী মালবাগা লাহোং-নহুনা নরবরগী ওয়খ্রে অতুবু নসীরুদ্দিননা হুমিং থরনিতগুম থাদখী, কম্নিঙ্গু থোক্তবগুম।

মরমন্থি, মহাকী অমিংমহু থুংখ্রে। হুপীশিংগী মশিং খিবদা পুম্না লিশিং ১৫ শুখ্রে।

মহাক্না লাকপিবা শজিবু থাদা অমুক হম্না ঈশিংদা শাদনবা পিরে। হুমিদাখায়রমগী রমাংদা কলিয়াদহ পাৎতা কনাংনা কোম্রশিন্দুনা থাজিলহন্নে মহুদা মচু-মথল কয়াগী কেন্দ শারে। হুন্দকমুক্তি হাজদগী

হেন্না মচু মখল কয়াগী ফিজেৎ শেত্তুনা অনৌবা রাখল কয়াগী মশান পুখোক্লম্মী। ময়ায়কাবা মশায়শিং কেম্পাকুগী মখাদা পাংথোকলম্মী। মচু কয়ানা লৈজেংলবা মুগীশিং ঈশিং ইথকুম ইকৌরম্মী।

খাজা মটরু মনাক্তা লৈরম্মী। নসীরনা য়াথং পিরম্মী,

"ঈশিংদা অমাঙ্গোয় তানগনি। মচুগী মতুংদা জগোয়-ঈশৈ।"

'জহাঁপনাহ, য়াথং পিবহু পাংথোকচগনি।"

"ঐ ইশামকসু অমাঙ্গোয় তানবা য়াঙগনি।" মশাগী অপাম্বহু কোংদোকলম্মী।

খাজা মটরুনা হায়দোকখিরম্মী, "য়াথং লৈখা তাহনজরোয়"

ময়ায় কান্না, ইথক ইপোম হৌনা জগোয়, ঈশৈ তৌরম্মী। কি শেৎতবা কাউবা ইকায়নরমদে। জগোয় ঈশৈ লোয়রগা নসীর মোন্দা ওাত্থুনা তুমখ্রে। কি শেৎতবগী মানা মানা পাম্বা কুম্ব লোয়খ্রে, হৌজিক মথা তানা য়েংনিংবা পোক্তরে।

মুগীশিং অহুদি হৌজিকপু ঈশিংদা শাম্নিংলম্মী। অহুবু সুল-তানবু কনানা হৌদোকপিগনী? কনামত্তদা মচুগী থৌনা লৈজবরা! মটরুদা হায়জরুয়ে। মহাকসু থৌনা লৈরমদে।

মটরুনা লাংতরুবী অমগী মনাকোংদা করিগুম্বা থরা হায়রম্মী। মহাক্না থর লাপ্না চৎলগা লাউরম্মী ঢিল! ঢিল!! ঢিল!!!

ময়ামনসু মেন-মান তাদহুনা রাহৈহুমক লাউরম্মী।

নসীরসু হৌগৎলগা লাউরে, "ঢিল! ঢিল!! ঢিল!!! কদায়দনো? কদায়দনো?"

মটরুনা চেন্নক্তুনা হায়ররে, "জহাপনাহ, হাবোবগ্রে।"

নসীরনা য়াথং পিরম্মী, "মচু লাম্না হুন্দোকখো। অহুবু পাংতদি থাদগনু কনাংকী রাংমদা হুন্দোকখো। সন্ত্রিশিংনা ফুমজিনজখগনি।"

মটরুনা তপ্না হায়রম্মী, "হুন্দোকখরে, জহঁপনাহ।"

নসীরনা তপথনা হায়বকই, "ময়োংদগী মফমচুদা অকং অকংবা লিঙরখৈ হাংলু। করে হৌজিক শাম্নসি।"

মুপীশিং ঈশিংদা চোংথরে। নসীরনু কুমথরে, শান্নরে, ঈরোয়বা হৈবশিং লাপ্না ঈরোয়হুনা চৎথ্রে। অদুবু য়াম্না লাপ্নদি চত্তে। নসীরদি থম লাপ্না চংথোকখ্রে।

ঙৈহাক শান্নবা মতুংদা নসীর য়ারে। চোকথরে মথোং মথুং থম কাউরি। মটরুনা তোর্বান্দগী য়েংলম্মী। সুলতান শান্নরি।

সুলতান মথোং মথুং হায়বা ওৎপা লেপখ্রে। লাউরম্মী "কনবিয়ু!" কনাটকী মপান্দা লৈবা সিফাহীশিংনা তারম্মী। অদুবু থৌনা লৈরমদে। মথোয়বু মথোং মথুং ককথৎপিগনি। মথোয়না খঙি।

সুলতান্না অমুক হন্না লাউরম্মী, "কনবিয়ু! কনবিয়ু!!" মুপী-শিংহুনা হান্নগী য়া নিংশিংলকলে। মাবু কনবদা ঐথোয় শিগনি। কনামত্তনা মাগী মায়কৈদা চংশিন্দবে। পুন্নমক্না খল্লম্মী, কনানো অমা লাক্লগা কনজনি।

মটরু অমদা অমদা কোয়চেল চেন্নম্মী, লাউরম্মী—"অপংহশা! কনবিয়ুনে!!" মানা হোৎনবহু তৌশিন্নবনি। মহাক্না খল্লম্মী, সুলতান্না খংজনহু, করম্বা খ্বাজনা কনবগে হায়বহু।

কনবিনবা কনাম্নু লাক্তরে, সুলতান ঈশিং মহুংদা ইন্নারুহুনা লুপখ্রে।

হৌজিক "কনবিয়ু! কনবিয়ু!" হায়না লাউনরম্মী। মুপীশিং ঈশিংদগী কাথক্লুনা মফি শেৎচিন্নরম্মী। মপান্দা লাংবা হেৎলখ্রে।

"সুলতান লুপথরে! সুলতান লুপথরে!!" হায়বা য়াহৈন্দিনা পুমনিল নিল্লম্মী।

সন্নাশিংগী অকিবা কোকখ্রে। কনাট থাঙিল্লাইহু ককথক্লুনা মহুংদা চংলকলে। মুপীশিংহু লাউ লাউহুনা কোয়চেম চেনথোক্নরম্মী, অমগা অমগা থেংজিন্নরম্মী। সিফাহীশিংনা মটরুবু ফারে।

নসীরগী মচাহুপা পাউ ফংথ্রে। মহাক খিন্দনা থুংলরে। মহাক্না ইহান হান্না মটরু হাংলে। মহাক্না থোরাং থম কৌরে।

অনিত্তবা ওয়না মহাক্না হুপীশিং অহু তাঙ্খোকলে।

অহুমত্তবদা মহাক্না মেদনীয়াবু কৌয়গা রাজপুতশিংনা সয়দারশিংবু ইরাং নম্থনবা, অহুগা মালবাগী শাসন তৌনবা হায়রে। মুল্লা মৌলবীশিংনা শুংত্তায়রমলে অহুবু করিস্নু থৌশাররমদে। নসীরগী মচাহুপা ওসি অনিত্তবা মহমুদ খিলজী হায়না কাউখরে।

( ৭২ )

রানা সাঁগানা মেরাড়গী সিংহাসন পায়খ্রে। মহমুদ বঘর'া চহি অমিগী মতুংদা চা থকুনা অমম্নুং হাৎন শুনহুনা শিখ্রে। থাদা কৃষ্ণ-দেবরায়না বিজয়নগর লেমগৎখ্রে। সিকন্দর লোদীস্তু মহাক্কী মনাও জলালনা অরাবা পীরে। লানতোবা মশানা তায়ে, লান তৌনরে। জলাল মায়থিরে, চেনখিহুনা সিকন্দরগী কুয়রবা য়েক্কবা মানসিংহগী মনাক্তা থাজিয়রদা মত্তেং নিবা লাকলে।

মানসিংহনা মাগী লান্মীশিংবু কায়দবদা লানথেংনবা থাবা পামলমদে, মরমসিনা জলালনা মাগী লান্মীশিংবু থাজিয়রদা হুন্দোবলমকগা গোণ্ডরা রোমদা চেনখ্রে, মহাক মফমহুদা ফারে অহুগা আগরাদা থাখ্রে। সিকন্দরনা ত্তৌকম থোকপহু তৌখরে হায়রদি সিকন্দরনা মহাকপু হাত্তোকখ্রে।

জলালনা থাজিয়রদা হুন্দোকলম্বা লান্মীশিং অহু কনা লৈত্তদব-শুমখ্রে। দিল্লী চৎপা ত্তমত্রে মরমদি সিকন্দরনা হাৎলোয় হায়-নিংত্তায় লৈতে, মখোয়গী কনাস্নু লৈতে।

মানসিংহনা মখোয়বু চংজফম পীরে। থেমজিল্লে, "ঐনা শুংত্তায়-ত্তবদি সুলতান অমদি মাগী শাসননি মুসলমানশিংদা নত্তে। থবক তৌ, ইজৎ থম্মু, হিন্দুশিংগুম্বা ইজৎকা লোয়নদা চিংউ।"

সিকন্দরনা থাজিরবদা মায়থিখিবহু কৈদৌহুংদহু: কাউরমদে।

মহাক্না হৌজিকসু চাউনা থোরাংলম্মী। লেপ্লম্মী, নঙ্ক্লবদা তৌখিবগুম থাদিয়রদসু তৌগনি। মতুংগী থোরাং তৌনা তৌনা মরুক নোক্লাখ্রে।

মানসিংহনা ঈশৈ নোংমায় অমদি লাম্মী শেমগৎ শাগৎপছু চাং মাম্নমা শেম্লম্মী। মহাক্না রাণী অহল্লগী মচাম্নুপা বিক্রমাদিত্যগী চিন্তা তৌরম্মী। মৃগনয়নীগী মাজে অমসুং বালে হাম্নমা থংনবা, রাজসিংহ অমদি বালসিংহ কোঝা মচা অনি লৈরম্মী। কনানা লৈবাক ঙাক্কনি? অমনা নত্রগা অতম্না ঙাকত্রা? নত্রগা লৈবাক অসি অহম নত্রগা শরুক অনি চপ মাম্নমা থায়দোকত্রা? শরুক ও থোক্লপনা দিল্লীগী মমাংদা কুয়না লেপ্পা ঙমগত্রা? নিংথৌ মানসিংহনা রাখলসিদা মাঙসই। সুমনমোহিনীনা নিঙায় তৌরকপা মতমদা মাগী সুংঙাম্নতকছু হেনগৎলম্মী। মহাক্না থম্লম্মী, রাণী অহল্লগা সুংঙাম্নমবা অমা লৈ, ঐ থুঙহৌদনা শিগ্রবদি গুজরী রাণীনা ওৎপিগনি মরমদি মহাক্তি লৈবাক্কী থবক অয়াম্বা থংই অতুগা মশাগী শ্রদ্ধা লৈজে। মহাকতি ঐ শিখিগত্রা থল্লি, ঐ শিখিগনি থনবদা রাজৈ।

নোংমা সুমনমোহিনীনা মনিগী মতাংদা কুমহুনা থম্মজনবগী কোংদোক্লগে লেপ্লম্মী।

মহাক্না তাজা কংবগা মানসিংহদা হায়রকই, "দিল্লীগী সুলতানমা অমুক হম্না লান্দানবা থোরাং তৌহনা লৈরে।"

"পাউ লাকলে। মহাক শিগ্রে।"

"মহাক শিগ্রবসু অমা লাকনি।"

"মায়োক্লগনি। পুন্সিসে মসিগীদমকনি।"

"অদোমগী চহি অয়াম্বা শুহুনতা লাকলে। হৌজিক্তি পোথখিবা পামলে। চাবা থকপা, ভজন পুজন তৌবদা মতম য়েক্না শিজিন্নবিয়ু।"

"থবক শুবা কাংবুগীদি শিরমদায় মতম থরদমক অহল ওল্লে। ঐদি থবক অমত্তদা তনখিবা তৌনিংদবসু লৈতে, ভজন পুজনদুতৌহন্নমতা লৈরিদনা?"

"নচাশিংবু থবক খর শিজিন্নবিয়্ন নত্রবদি ওনথ্রগনি।"

"শিজিন্নরিনা।"

"নয়রবগী কিলাস্থ নচা অমগী মথুত্তা লৈরম্নদি নাম্বোকখিরমলোয়-দবনি অমুক হন্না থুত্তা লাকপা ওম্নরোয়ব্রা?"

"হোৎনরি।"

"কংলবদি কুমার (নচা) অমদা পিগব্রা?"

"মখোয় অনিদি শীক্লি। থুত্তা লৈরবদি ইচাম্নুপা অহল বিক্রমা-দিত্যবু থাগনি।"

"পিকলি হায়হ্নুনা করিগী থারোয়? মখোয় অনিবুনা মুংশিনা থাজিন্নরদা থমবিবা অমুগা বিক্রমবুনা নয়রদা করিগী লৈহননিংলিবা?"

"হায়নৈ লিংজেন মায়ত্রবদি কায়দে!"

"গুজরী মহলদদি লিংজেল মাম্নরিনি! শেংনা হেক্তা হায়বিয়্ন, রাজসিংহ নত্রগা বালসিংহ মখোয় অনিগী মরক্তা অমবু থাজিয়রগী নিংথৌ ওম্নহনগনি হায়না অমুগা বিক্রমবুনা নয়রর নত্রগা উমংল্লামং চৌংথানগী জাগীর পিগনি হায়না।"

"হৌজিক্তি ঐ হিংলি, কুম্ননা হিংখিগনি।"

"ঈশ্বরনা কুম্ননা পুন্সিহনবিসম্ন, লৈবাক ওাকপা ওম্বা ওয়্নবিয়্ন, ঐদি হয়েং শিরগনি। অদোম্না মুপী লিশিং তরা লুহোংবিহৌরে।"

রাণী অহল অমু শাউবনা মতৌ থক-থক নিকলশী, অমুগা মানসিংহদি নোক্লশী। রাণী অহলমু তুমিন্না লৈখ্রে. য়াম্না শাউরে।

হায়রকই. "অদোম্না শেংদোকপিরম্নু। কনাদা নিংথৌ থুফম পিবিগনি, হৌজিকমক হায়বিয়্নু।"

"ফংফম থোকপমুনা ফংজগনি। হৌজিক মু পাম্বী থারগা করি তৌরগনি?"

"ঐনা বিক্রমবু কয়াম মুংশি হায়বা মসি মহাক্নদি থংই, নওম্নদি থংদে।

"হোয়নে, অদোমবু ঐনা থংলিবসিওম, বিক্রমনা থংদে।"

"মথোৎ অহুম অসি কয়ামহুংশিনৈ, অকোয়দি থংবিদে।"

"হোয়নে! গুজরী রাণীনসি থংলমগনিমে। থাসিরবু শরুক অহুম থোকনা থায়লোকপিরগনি?"

মানসিংহনা অমা মোমোন নোক্তুনা খুমলকই "ঙসি কাউবদি মচেৎ তাম্রিদনা।"

মানসিংহ মোমোনদি মোকই হায়বসু থমোয়দগি কয়া মুংতাইরমদে।

( ৭০ )

মৃগনয়নীনা হুমিৎ থরনিগী মতুংদা মানসিংহদা হায়রকই "চিত্র-শালাদা লেংলসি, চিত্রহু য়েংবিয়ু।"

মানসিংহনা ইথৌ লাংনা হংলকই, "লোয়শিল্লবরা?"

মহাক্না খুমলকই, "লোয়শিল্লক্রি, থর রাংলি অহুবু থরদি লোয়শিল্লরে।"

মানসিংহনা মহাক্না লোয়নন্না চিত্রশালাদা চংশিল্লরে। চিত্রহুগী নৃত্যগী শরুক্না মচু থরদি শংলমলে। অনিশুবা শরুক্তি লোয়শিল্লমলে অহুবু অমরোমদা থরদি রাংলি।

কলাগী শরুক্তী মথক্তা "কলা" হায়না ইরি অহুগা অনিশুবা শরুক্তা "ইথোদাং" হায়না ইরি। মানসিংহনা মচু হায়দি ইবা উথিজ্রি "ইথোদা" হায়না থাবা শরুক্তী য়োংগী অমদা লাখীগী মণিমুক্তা পরেংচু য়ারম্মী, মঙালচুনা তথক তথক হল্লম্মী।

মৃগনয়নীনা মানসিংহগী মথুক্তা চিঠী অমা পিরম্মী। মানসিংহনা পারে। মচুদা রাজসিংহ অমদি বানসিংহনা সিংহাসন অমদি লৈবাক লোয়রোয় হায়না ইরম্মী। মথোয় অনিনা ময়াম্পুংগী য়াথং মতুং ইন্না মথৌ পাংথোকনি। মসিগী কোগী অমা মহারাণী সুমনমোহিনীগী মক্তমদা থাম্রে।

চিঠি পাবগা নিংথৌমা ওক্না মৃগনয়নীদা থেংনখী। মৃগনয়নী মায়থোং মোমোন নোক্লখী। মাগী মশম অদু পোক থর কাগলে। অদুবু উগী বাগী মরক্তা দৈ শাংপগুম নিংখিবখী।

মালতী ফজবগী খম্মোয়রুংগী ফজবনা হেনগ্রে।

মহাক্না নিংশিংলকই—মৌগী চীংলেম্বা ফজবা, ইংগুনা অমি নোংজুথাদা চুরেননা ঈচেল কয়া অনৈবা ঈশিংগা লোয়ননা চেংমলগা শরত ঋতু য়োরকপদা শংবানবা ঈশিংনা তপ্না ইংনা চেনবগুমই, লাপ্না য়েংলগদি তগুম মানবা, য়াম্না নকশিল্লগদি শাফু বনবা ঈচেকহেম।

মানসিংহগী মমিত্তা হয়াউবগী পী ঈরা চেল্লকলে।

মানসিংহনা তপ্না হায়রকই—"নংনা ভৌখিবসি কহিনো?"

চিত্রদা "ইথৌদাং" হায়না ইরিবহুদা খুদোম্বীনা থিন্দুনা হায়রকই "মসিনি!"

মৃগনয়নী হয়াউমথোয় কায়ম্মী। মানসিংহসু হয়াউবনা মগী ঈরা চেল্লম্মী।

মানসিংহনা তপ্না ইংনা হায়রকই, "হৌজিক চিত্রগী লোয়রদবা শরক অসি লোয়শিনবা পায়লে। লোয়শিন্দনা থমজিবা কহিগীনো?"

মৃগনয়নীনা হায়রকই—"সংকল্প" অমসুং "ভাবনা" অনি অসি পুম্নিমক কনা অমিগুম্বনি। থর হেন্না জুমথবা কনা অদু নেমথগদবনি। সংকল্পনা ইথৌনি, অদুগা "ভাবনা" না কনাসি। অনিমক অসি চপ মান্নবা চুপ্সিনবা দরকারনি। হৌজিক কাউবদা ইথৌসু মপুং ফাজ্রি, কনাসু মপুং ফাজ্রি। চিত্র অসিদা কনা অনিমক মায়লমবনি।

মৃগনয়নীনা লাখীগী মনিমুক্তাদা মুন্না য়েংলম্মী। মমিং থকলপ থোরম্মী।

মানসিংহনা মহু উরে।

তপনা থর হোন্নুনা হায়রকই "হৌজিক মথৌগী মায়কৈদা বনি অরক য়াংজি, দেবী!"

